পণ্ডিত ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী

# সমগ্র-ব্যাকরণ-কৌমুদী

( মণিপুরী রূপান্তর )

অনুবাদক

শ্রীগুরুময়ুম তোম্বী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

প্রধানাধ্যাপক, ইম্ফাল সংস্কৃত টোল।

পণ্ডিত ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী

# সমগ্র-ব্যাকরণ-কৌমুদী

(মণিপুরী রূপান্তর)

— ০ —

(অহানবা, অনিশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা শরুক)

সম্পূর্ণ

অনুবাদক

**শ্রীগুরুময়ুম তোম্বী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী**

প্রধানাধ্যাপক, ইম্ফাল সংস্কৃত টোল।

[illegible] মমল লুপা ২২৫/·

প্রকাশক —
**শ্রীগুরুময়ুম দ্বিজমণি শর্ম্মা**
ব্রহ্মপুর নহাবম।



ইং শোক ২০০১ সেপ্তেম্বর।
কোপী মশীং ১০০০

নম্ফম: — But Printer, Imphal

# ভূমিকা

সমগ্র ব্যাকরণ কৌমুদীগী মরীদা খোইদোক্লা হায়রিংঙাই লৈতে মসি সংস্কৃত ভাষা (লোল) খংনিংলবা মীওই অমদি ছাত্রশিংগী মফমদা সংস্কৃতকী সাধারণ জ্ঞান অমদি শোয়দনা পিবা ওন্নবা লাইরিক অমনি। মসিদা ব্যাকরণ অমগী ওইবা মচাক সন্ধি-সমাস, কারক, ধাতু, কৃদন্ত-নচিংবা অমত্তা চিথদনা যাওরে। যাওবিবা নিযম ময়াম অসি নৈনবদা সংস্কৃত সাহিত্য-নচিংবা বিষয় কয়াদা চংশিনবা ওন্নবগী শক্তি শোযদনা ফংলগনি। লাইরিক অসি পশ্চিম বঙ্গগী মমিং লৈরবা পাণ্ডিত স্বর্গীয় ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা বাংলা লোলদা যুম্ফম ওইরগা খাঙ্গিবা সংস্কৃত ছাত্রগী মমল নাইদ্রবা সংস্কৃত ব্যাকরণ-গ্রন্থ অমনি। মসিদা তাক্লিবা নিযমশিং অসিনা মকওইনা অঙাংশিংদা যাম্না লাযনা খংহল্লি। পাণিনীয়, মুগ্ধবোধ, সারস্বত, কলাপ-নচিংবা সূত্র যাওবা ব্যাকরণ কয়া অসিগী অরুবা তত্ত্ব অদু নৈনকদ্রবসু মসিনা অঙাংশিংদা লাযনা জ্ঞান পিবা ওন্নী মসি শরুক (ভাগ) মরি খোক্লা খাযদোকই। মদুদি— প্রথম ভাগ (অহানবা শরুক), দ্বিতীয় তৃতীয় ভাগ (অনিশুবা, অহুমশুবা শরুক), অদুগা চতুর্থভাগ (মরিশুবা শরুক), অসুম্না ভাগ মরিসি লোইনা পুনশিন্দুনা সম্পূর্ণ ওইরবা অসিবুনি ''সমগ্র-ব্যাকরণ-কৌমুদী'' হায়না মিংথোল্লুরিবসি। ব্যাকরণ অসিগী যাম্না ফজাবা অমনা প্রকরণ অযাম্বদা উদাহরণ পিবকপা মতমদা প্রসিদ্ধ ওইবা কবিশিং অমসুং পণ্ডিত কয়াগী প্রয়োগ মফম কয়াদা যাওবা থেংনজবা অসিনি। মসিমক লাইরিক অসিগী তোপ-তোপ্পা মগুণ অমনি।

ব্যাকরণ অসিগী তোঙান-তোঙানবা সম্পাদক কয়া অমসুং সংস্করণ কয়াসু লৈখ্রে, মখোযগী অপাম্বা মত কয়াসু মাগী মাগী চেফোং (সংস্করণ) কয়াদা যোংশিনখ্রে। বিদ্যাসাগরগী মত-দি পাণিনিগী মত পুম্নমক লক্ষ্য তৌবগা ইংরাজী পণ্ডিতকী লক্ষ্যাসসু অনুষ্ঠনি, মরমদি— ভারতবর্ষগী মফম পুম্নমক্তা তাংলি খুদিংমক্কা ইন্দ্র চন্দ্র নচিংবা নব-ব্যাকরণ (ব্যাকরণ মাপন) কী মনুংদা পাণিনীয় ব্যাকরণ (সিদ্ধান্ত কৌমুদী) অসিতবু মত অমত্তা ওইনা শিংথানরম্মী, প্রমাণ তৌনরম্মী। অদুনা অসিগুম্বা মণিপুরী সমাজ অসিগী মনুংদা লৈরিবা সংস্কৃত প্রেমী অমাদি লোন অসিবু খংনিংলিবা হৌজিক্কী মীরোল অমসুং তুংদা লাক্কদৌরিবা মীরোল ছাত্র নহারোলশিংগী মতেং খরা ফংগদ্রা হায়রগী আশাদা বংলাগী পণ্ডিত সারদা প্রসাদ বিদ্যাভূষণ-না সম্পাদন তৌরিবা সংস্করণ অসিগী মত মতুংইন্না মণিপুরী লোলদা অনুবাদ তৌজরনি। সংস্করণ অসিদা যাওবিবা গ্রন্থ-পাউখুমগী মশক ওইবা নৈনবা শরুক অসি যাম্না পাক-চাউবা মতাংসু যাওই। মদুসু লাইরিক অসি যাম্না চাউখিগদবগী অকিবা লৈদুনা খরা লৌথোকচরে। টিপ্পনীগী শরুক্তি চিখদনা হাপচিল্লরে। সম্পাদক মহাশয়

অসিগী মত মতুংইন্না পরিশিষ্ট ওইনা ধাতুরূপ অমদি সংস্কৃতকা ইংরাজী লোলগা অর্থ চানবা ৱাহৈ কয়াগীসু মণিপুরী অনুবাদ য়াওজরে।

লাইরিক অসি ঐগী অহানবা খুৎইনি। ইং শোক ১৯৮১দগী পাণ্ডু-লিপি ওইনা লৈরকখিবনি। শাংখ্রবা মতম অসি ফোংবা ঙম্বগী আশা উরম্ভে। অদুবু ঈশ্বরগী নোংদম্না, ঐনা হোৎনজরকপগী মহৈনা ডাইরেক্তর আর্কাইভ্, ভারত সরকারনা শেলগী মতেং পিবিদুনা ফোংজবা ঙম্বগী খুদোং চাবসি ফংজদুনা ফোংজবনি। মসিদা ভারত সরকারগী মফমদা তৌবিমল খংবা উচ্চরি। অদুগা ডাইরেক্তর, আর্কাইভ, ভারত সরকারদা গ্রান্ট, (শেলগী মতেং) পিবিনবা হায়জবগী মতাংদা মণিপুর সরকারগী আর্কাইভ্- কী থবক পুবিরিবা ডিপুটী ডাইরেক্তরনসু থম্মোয় শেংনা অচৌবা মতেং পিবিখি। অদুগুম্বা মতেং অদুগী লমনসু মতম চুপ্পদা কাউদনা লৈহৌরগনি। অদুগা অমনা লাইরিক অসি নম্রগা পুথোক্লবা হোৎনবদা বট্(But) প্রিন্টরগী প্রোপাইটর শ্রী আরঃ কেঃ তারজিৎ সিংহ ইনাও অসিনসু য়াম্না পুকচেন চাউনা অশোয়-অঙাম কয়াদা য়েংশিনবিবা অমসুং অচৌবা মতেং পিবিবগীদমক্তসু ইনাওগী চাউরবা লমন তোনশিঙ্গে।

ৱাফম অমনা অসিগুম্বা লোল খুদিংমক্কী মমা ওইবা সংস্কৃত হায়বা লোল অসিগী ব্যাকরণ (গ্রামার) অমগী অনুবাদ তৌবা হায়বা অসিসু অরায়বা থবক্তি নত্তে। মীওইবা হায়বসিদি শোয়দবা ঙমদে, লানদবা ঙমদে। মায়কৈ অমা য়েংলিঙৈদা মায়কৈ অমরোমদা হেক্তা চিথহৌই, হেক্তা শোয়খি। হায়নিংবা শেম্লিংবা কয়াসু ৱাৎহৌই; অদুনা করিগুম্বা ভুম অমদগী নত্রগা চেকশিনবা খরা ৱাৎহৌবদগী অশোয়বা, ওন্ন-তৈনবা, কয়া য়াওখিবা মদু পুম্নমক পাঠকশিংনা নিংথিনা পাবিরগা তাকপিরকপা মতুংইন্না অশোয়বা পুম্নমক অদু মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচগনি।

অদোমগী

**শ্রীগুরুময়ুম তোম্বী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী**

ব্রহ্মপুর নহাবম।

তাং ১।৯।২০০১ ইং

# সূচীপত্র

# সমগ্র ব্যাকরণ কৌমুদী

## অহানবা শরুক

### ময়েক অকপা অমসুং মখল

১। ময়েক হায়বা অসি মখল অনি থোকই, স্বর অমসুং ব্যঞ্জন হায়না। অদুগুম্বা ময়েকশিং অদু অতোপ্পগী মতেং য়াউদনা মশা মথন্তনা হায়দোকপা য়াবা মহাক অদুবু স্বরবর্ণ ( স্বর ময়েক ) কৌই। অদুগা অদুগুম্বা ময়েকশিং অদু স্বরগী মতেং য়াউদনা মশা মথন্তনা হায়দোকপা য়াদবা মহাক অদুবু '' ব্যঞ্জনবর্ণ '' (ব্যঞ্জন ময়েক ) কৌই (১)।

### স্বর ময়েক

২। অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৠ ঌ এ ঐ ও ঔ, হায়বা মখোয় তরাহুমদোই অসিবু স্বরময়েক কৌই। স্বর ময়েক হায়বা অসি মখল অনি থোকই। হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘ অসুম্না। অ ই উ ঋ ঌ হায়বা মখোয় মঙা অসিনা হ্রস্ব স্বরনি। অদুগা আ ঈ ঊ ৠ এ ঐ ও ঔ হায়বা মখোয় নিপাল অসিনা দীর্ঘ স্বরনি। ঌগী দীর্ঘ লৈতে। (২)

---

অ ই উণ্।১। ঋ ঌ ক্।২। এ ও ঙ্।৩। ঐ ঔ চ্।৪। হ য় ব র ট্।৫। লণ্।৬। ঞ ম ঙ ণ ন ম্।৭। ঝ ভ ঞ্।৮। ঘ ঢ ধ ষ্।৯। জ ব গ ড দ শ্।১০। খ ফ ছ ঠ থ চ ট ত ব্। ১১। ক প য্।১২। শ ষ স র্।১৩। হ ল্ ১৪। (১)।

হায়বা তরামন্নিসি মাহেশ্বর সূত্রনি হায়বদি শিব সূত্রনি। সংজ্ঞা খংনবা মতমদা ব্যঞ্জনবর্ণ য়াওরিবশিং অদু থাদোক্কদবনি, হায়বদি অণ্ হায়রগা ণ্ থাদোক্লগা অ, ই, উ অসিদং খংগনি ; অচ্ হায়রগা চ্ অসি হন্দোক্লগা অ ই উ ঋ ঌ এ ও ঐ ঔ (স্বর খুদিংমক) অসি খংগদবনি। হল্ হায়রগা ব্যঞ্জন বর্ণ খুদিংমক খংনগনি। অসুম্না সূত্র তরামন্নি অসিগী মখাদা ইরিবা সংজ্ঞা নিযুম্মাথোই অসি উৎলি। মদুদি—

এঙ্ যঞ্ অণ্ হব্ অট্। অচ্ ইচ্ এচ্ ঐচ্। ঝষ্ ভষ্। অক্ ইক্ উক্ অণ্ ইণ্ যণ্। অম্ যম্ ঙম্। যয়্ ময়্ ঝয়্ খয়্। ষর্ ঝর্ খর্ চর্ শর্। অশ্ হশ্ বশ্ ঝশ্ জশ্ বশ্। অল্ হল্ বল্ ঝল্ রল্ শল্।

(২) ব্যাকরণ খংবশিংনা অ ই উ ঋ এ ঐ ঔ হায়বা নিপাল অসিগী উচ্চারণগী খেন্নবদা প্লুত সংজ্ঞা অদু উৎলগা মখোয় অসি প্লুতস্বরগী মমিংদা (৫৯ পেরা নম্বরদা য়েংউ) অতোপ্পা মনিং মখা তম্বা বর্ণনি হায়দুনা শিংথানে। মদুগী মতুং ইন্না স্বরবর্ণগী মশিং অসি কুম্মাথোইনি (২১)।

কনাগুম্বগী মত-তা প্লুত-ঌকার লৈ, মদুগী মতুংইন্না স্বরগী মশিং কুন্নিথোইনি (২২)। তৌইগুম্বসুং মুগ্ধবোধ ইবা বোপদেবনদি দীর্ঘ ঌকার ৡকার তৌই (লৌই)। মদুগী মতুংইন্না ওইরবদি স্বর পুম্নমক পুল্লগা কুনহুমদোই (২৩) শুই।

## ব্যঞ্জন ময়েক

৩। ক খ গ ঘ ঙ, চ ছ জ ঝ ঞ, ট ঠ ড ঢ ণ, ত থ দ ধ ন, প ফ ব ভ ম, য র ল ব, শ ষ স হ ং ঃ, হায়বা মখোয় কুন্থামগা অসি ব্যঞ্জন ময়েক্নি(১)। মখোয় অসিগী মনুংদা ক-দগী হৌরগা ম না লোইবা ময়েক কুমঙা অসি স্পর্শবর্ণ ( অশোকপা ময়েক ) কৌই( স্পর্শাঃ কাদয়োমাবসানাঃ ); (২)। স্পর্শবর্ণ পুম্নমক মখল মঙা খোক্না খায়দোকই। মদুদি — ক খ গ ঘ ঙ, হায়বা মখোয় মঙা অসিনা কবর্গ, চ ছ জ ঝ ঞ, হায়বা মখোয় মঙা অসিনা চবর্গ, ট ঠ ড ঢ ণ, মখোয় মঙা অসিনা টবর্গ, ত থ দ ধ ন মখোয় মঙা অসিনা তবর্গ, প ফ ব ভ ম, হায়বা মখোয় মঙা অসিনা পবর্গ অসুন্না ; অদুগা য র ল ব হায়বা মখোয় মরি অসিনা অন্তঃস্থবর্ণ কৌই ( য র ল বা অন্তঃস্থাঃ )(৩)। শ ষ স হ, হায়বা মখোয়শিং অসিগী মমিংনা উষ্মবর্ণ (শ ষ স হা উষ্মাণঃ) (৪) ; ং (অনুস্বার) অমসুং ঃ(বিসর্গ) হায়বা ময়েক অনি অসিনা 'অযোগবাহ'(৫) কৌই।

---

## ময়েক্কী উচ্চারণ মকম অকপা (৬)

৪। অ আ ক খ গ ঘ ঙ হ, বিসর্গ মখোয় অসিগী পোকফমদি খৌরীদনি ; অদুনা মখোয়গী মমিং কণ্ঠ্যবর্ণ কৌই। ( অকুহবিসর্জনীয়ানাং কণ্ঠঃ )।

---

* বধ্, বন্ধ, বল, বাধ্, বুধ্ বণ্, বন্দ্ বৃ ব্রূ নচিংবা ধাতু অমসুং মখোয় অসিদগী থোকপা শব্দগী ব অদু বর্গীয়নি। হায়বদি বণিজ্, বন্দনা, বদর, বন্ধন, বধ্, বর, বহু, বড়ব, বাণ, বাল, বাড়ব, বালুকা,. বাহ্, বাহু, বুদ্ধি, বুভুক্ষা, বোধ, ব্রহ্ম, ব্রাহ্মণ, হায়বা শব্দ পুম্নমক অসিগী ব অসি বর্গীয়নি। অসিদগী অতোপ্পা অয়াম্বদি অন্তঃস্থ-বনি অমসুং সন্ধি অমসুং প্রত্যয়গী ব, অমদি অদুগুম্বা ব অদুগী মথক্তদা উ ওইবা মখোয় অদু অন্তঃস্থ-বনি ; মদুদি— প্রবণম্, দয়াবান্।

(১) ক্ষ অমসুং ষ্, ময়েক অনি অসি তিনশিন্নগা ক্ষ ওই, মরম অসিনা ব্যাকরণ হৈবশিংনা মসিবু স্বতন্ত্র বর্ণনি হায়দুনা ময়েক ওইনা শিংথানদে।

(২) লৈয়েংগী মতোন, মতোন মনাক, ময়াই, মক্ক, হায়রিবা মফম কয়া অসি শোক্লগা ময়েক পুম্নমক উচ্চারণ তৌই, মরম অসিনা মখোয় অসিগী মমিং স্পর্শবর্ণ কৌই।

(৩) স্পর্শবর্ণ অমসুং উষ্মবর্ণ হায়রিবা ময়েক অনি অসিগী মরক্তা লৈ, মরম অসিনা য র ল ব অসিবু অন্তঃস্থ হায়বদি ময়াইদা লৈবা ময়েক কৌই। ব্যাকরণ হৈবশিংনা অন্তঃস্থা (আকারান্ত) ওইনা উংলি।

(৪) উষ্মবর্ণ হায়বদি নুংশিংনা প্রধান ওইবা ময়েক মরি অসিগী উচ্চারণগী মরিদা নুংশিংনা প্রধাননি। হায়বদি মখোয় অসি উচ্চারণ তৌবদা অশাবা মর হোন্দোকই।

(৫) ন্ অমসুং ম্-গী মফমদা অনুস্বার ওই অমসুং র্ অমসুং স্ গী মফমদা বিসর্গ ওই, পাণিনিগী বর্ণমালাগী মনুংদা মখোয় অসি য়াওদে হায়দুনা অযোগ ; তোইগুম্বসুং মহাক অসি লৈত্রবসু প্রয়োগ অদুম য়াই, মরম অসিনা বাহ কৌই। হায়রিবা অযোগগা বাহগা ধর্ম অনি অসি লাক্নবই হায়দুনা অনুস্বার অমসুং বিসর্গ অসিবু অযোগবাহ কৌই।

(৬) তুল্যাস্যপ্রযত্নং সবর্ণম্। অদুগুম্বা ময়েকশিং অদু মফম অমত্তদা উচ্চারণ তৌবা মখোয় অদু সবর্ণ কৌই। মদুদি অ আ; ই ঈ; উ ঊ অসিনচিংবা। সূত্র অসিদা স্বরবর্ণ

৫। ই ঈ চ ছ জ ঝ ঞ য শ, মখোয় অসিগী উচ্চারণস্থান (খোজেকক্কম) দি তালুনি; অদুনা মখোয় অসিবু তালব্য বর্ণ কৌই (ইচুযশানাং তালু)।

৬। ঋ ৠ ট ঠ ড ঢ ণ র ষ, মখোয় অসিগী উচ্চারণস্থানদি কোক্কি। অদুনা মখোয় অসিবু মূর্দ্ধন্যবর্ণ কৌই। (ঋটুরষাণাং মূর্দ্ধা)।

৭। ঌ ত থ দ ধ ন ল স, মখোয় অসিগী উচ্চারণস্থান (খোজেকক্কম) দি যানদি, অদুনা মখোয় অসিবু দন্তবর্ণ (যানগী পোকপা মরোক) কৌই। (ঌতুলসানাং দন্তাঃ)।

৮। উ ঊ প ফ ব ভ ম, মখোয় অসিগী উচ্চারণস্থান (খোজেকক্কম) দি চিনবাননি। অদুনা মখোয় অসিবু ওষ্ঠবর্ণ (চিবান্দগী পোকপা মরোক) কৌই। (উ পূপধ্মানীয়ানামোষ্ঠৌ)।

৯। এ ঐ, মখোয় অনি অসিগী উচ্চারণ তৌবমদি খৌরি অমসুং তৌনি, অদুনা মখোয় অনি অসিবু কণ্ঠ-তালব্যবর্ণ কৌই। (এদৈতোঃ কণ্ঠতালু)।

১০। ও ঔ, মখোয় অনি অসিগী উচ্চারণ তৌবমদি খৌরি অমসুং চিনবাননি; অদুনা মখোয় অনি অসিবু কণ্ঠৌষ্ঠবর্ণ কৌই। (ওদৌতোঃ কণ্ঠোষ্ঠম্)।

১১। অন্তঃস্থ বকারগী উচ্চারণ তৌবমসি যা অমসুং চিনবানদনি; অদুনা মহাক অসিবু দন্তৌষ্ঠ্যবর্ণ কৌই। (বকারস্য দন্তোষ্ঠম্)।

১২। অনুস্বারগী উচ্চারণ তৌবমদি নাতোননি অদুনা মহাক অসিবু অনুনাসিকবর্ণ কৌই। (নাসিকা অনুস্বারস্য)।

১৩। বিসর্গ অসি—"আশ্রয়স্থানভাগী" হায়বদি মহাক অদুনা অদুগুম্বা স্বরময়েক অদুদা তপুনা লৈবা অদুগুম্বা স্বর অদুগী উচ্চারণ তৌবমদুমক বিসর্গগী উচ্চারণ তৌবমনি।

১৪। ঙ ঞ ণ ন ম, মখোয় অসি লৈরেং অমসুং তৌ অনি অসিগা লোয়ননা নাতোন্দা উচ্চারণ তৌই। মরম অসিনা মখোয় অসিবু অনুনাসিক-বর্ণ কৌই। (ঞ ম ঙ ণ নানাং নাসিকাচ)।

---

# পরিভাষা

১৫। .. প্রকৃতি—ক্রিয়া খংনবা অমসুং বস্তু (পোৎ) খংনবা নত্রগা বস্তুগী (পোৎকী) বিশেষণ খংনবা ৱাহৈ পুম্নমক প্রকৃতি কৌই। প্রকৃতি অসি মখল অনি থোকই, ধাতু অমসুং প্রাতিপদিক হায়না।

১৬। ধাতু—মহাক অদুনা ক্রিয়া খংনবা মদুবু ধাতু কৌই। মদুদি—ভূ, স্থা, গম্, দৃশ্ হন্ অসিনচিংবা অসিনি। (ভূবাদয়ো ধাতবঃ)।

১৭। প্রাতিপদিক—মহাক অদুনা বস্তুবাচক (পোৎখংনবা) নত্রগা বিশেষণ খংনবা মহাক অদুবু প্রাতিপদিক কৌই। বস্তুবাচক—চন্দ্র, সূর্য্য, তরু, লতা, জল, বায়ু, গৃহ

---

অমসুং ব্যঞ্জনবর্ণ মখক্ষ অমত্তদা উচ্চারণ তৌরবসু স্বর-গা ব্যঞ্জনবর্ণগা সবর্ণ ওইদে। স্বরতগী সবর্ণতা (সবর্ণ ওইবগী মতৌ) খংগনি। মদুদি—অ আ; ই ঈ; উ ঊ; ঋ ৠ; ঌ ৡ।

কু—কবর্গ, চু—চবর্গ, টু—টবর্গ, তু—তবর্গ; পু—পবর্গ;।

অসিনচিংবা। বস্তুগী বিশেষণবাচক— দৃঢ়, স্থির, প্রবল, নূতন, পুরাতন, মন্দ, সুন্দর অসিনচিংবা (অর্থবদধাতুরপ্রত্যয়ঃ প্রাতিপদিকম্— ধাতু, প্রত্যয় অমসুং প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দগী তোঙানবা অর্থনতিনবা শব্দ অদুবু প্রাতিপদিক কৌই; কৃত্তদ্ধিত সমাসাশ্চ— কৃদন্ত অমসুং তদ্ধিতান্ত সমাসান্ত শব্দশিং অদুবুসু প্রাতিপদিক কৌই)।

১৮। **প্রত্যয়** — ধাতু অমসুং প্রাতিপদিক কী মথাদা লাকপা মহাক অদুবু প্রত্যয় কৌই। প্রত্যয় হায়বসি মখল মঙা থোকই। মদুদি —বিভক্তি, কৃৎ, তদ্ধিত, স্ত্রীপ্রত্যয়, ধাত্ববয়ব হায়না।

১৯। **বিভক্তি** — ধাতুগী মথাদা তি তস্ অন্তি অসিনচিংবা অমসুং প্রাতিপদিক-কী মথাদা সু ঔ জস্ অসিনচিংবা প্রত্যয় কয়ামুক লাকই, মখোয়শিং অদুবু বিভক্তি কৌই। (বিভক্তিশ্চ)।

২০। **কৃৎ** — ধাতুগী মথাদা তব্য, য, তৃ, ত, ত্বা অসিনচিংবা প্রত্যয় কয়া লাকই, মখোয় অদুবু কৃৎ কৌই।

২১। **তদ্ধিত** — প্রাতিপদিক-কী মথাদা অ, য, অসিনচিংবা প্রত্যয় কয়া লাকই, মখোয় অদুবু তদ্ধিত কৌই (১)।

২২। **স্ত্রীপ্রত্যয়** —স্ত্রীলিঙ্গদা আ, ঈ নচিংবা প্রত্যয় কয়া অমা লাকই, মখোয় অদুবু স্ত্রী-প্রত্যয় কৌই।

২৩। **ধাত্ববয়ব** — ধাতুগী মথাদা ই, স-নচিংবা অমদি প্রাতিপদিকগী মথাদা য, কাম্যনচিংবা প্রত্যয় কয়া লাকই, মখোয় অদু ধাত্ববয়ব কৌই।

২৪। **পদ** — ধাতু অমসুং প্রাতিপদিক-পু মমৈদা বিভক্তি য়াওরবদা মখোয় অদু 'পদ' কৌই। (সুপ্ তিঙন্তং পদম্)।

২৫। **আদেশ** —প্রকৃতি অমসুং প্রত্যয়গী মতৌ অসুম্না মশক ওন্থোক্লবা অদুবু আদেশ কৌই। মদুদি—বৃদ্ধ শব্দগী মফমদা জ্য, স্থা ধাতুগী মফমদা তিষ্ঠ, য়া বিভক্তিগী মফমদা ই, অন্ বিভক্তিগী মফমদা উঃ অসিনচিংবা।

২৬। **গুণ**—স্বরগী গুণ হায়রগা মতৌ অসুম্না খংনগনি, মদুদি— অ আ-গী মফমদা অ, ই ঈ-গী মফমদা এ, উ ঊ-গী মফমদা ও, ঋ ৠ গী মফমদা অর্, ঌ-গী মফমদা অল্ ওইবা। (আদেঙ্গুণঃ)।

২৭। **বৃদ্ধি**—স্বরগী বৃদ্ধি ওইবা হায়রগা অসুম্না খংনগনি, মদুদি—অ আ-গী মফমদা আ, ই ঈ-গী মফমদা ঐ, উ ঊ-গী মফমদা ঔ, ঋ, ৠ-গী মফমদা আর্ ওইবা। (বৃদ্ধিরাদৈচ্)।

২৮। **লঘু অমসুং গুরু** — হ্রস্ব স্বরবু লঘু অমসুং দীর্ঘ স্বরবু গুরু কৌই। অদুগা তপ্নবা ময়েক্কী মখক্তা লৈবা হ্রস্ব স্বর অদুবুসু গুরু কৌই। (হ্রস্বং লঘু। সংযোগে গুরু। দীর্ঘঞ্চ)।

২৯। **উপসর্গ** — মতম অদুদা ক্রিয়াগা লোয়ননা লেংমিন্নরবা অদু ওইরবদি প্র, অপ, অব, উপ, আ, পরা, নি, বি, পরি, প্রতি, অতি, অধি, অপি, অভি, সু, অনু, উৎ (২) সম্, নির্, দুর্ (৩) হায়বা মখোয় কুল অসিবু উপসর্গ কৌই। (প্রাদয়ঃ উপসর্গাঃ ক্রিয়াযোগে। গতিশ্চ)।

---

(১) তিঙন্ত পদগী মথাদা কল্প-নচিংবা তদ্ধিত প্রত্যয় লৌই।

(২) বৈয়াকরণিকশিংনা দকারান্ত ওইনা উবনি।

(৩) পাণিনিদা নিস্, দুস্, হায়বা উপসর্গ অনি অসি স্বতন্ত্র উপসর্গনি হায়না শিংখানে। মখোয় অসিগী মরক্তা বহিস্ উপসর্গনি।

# অতোপ্পা

১। **ইৎ**—বরিগুম্বা অতোপ্পা থবক অমগীদমক অদুগুম্বাময়েক অদু উচ্চারণ তৌরগা মহাক অদু থবক্কী মতম্অদদি য়াউদ্রবা মহাক অদু ইৎ কৌই। মদুদি—অচ্ হায়রগা চ্-দি য়াউদ্রনা কেবল অচ্ হায়বা মমিং অসিদা খংহনবগীদমক্তা চ্ অসি শিজিন্নে। অদুনা চ্ অদু ইৎনি।

২। **উপধা**—অদুগুম্বা ময়েক অদুনা মমৈথংবা ময়েক্কী মথক্তা লৈবা মহাক অদুবু উপাধা কৌই। (অলোহন্ত্যাৎ পূর্ব উপাধা) মদুদি—বনধ্ ধাতুগী ধ্ হায়বা মমৈথংবা ময়েক অসিগী মথক্তা লৈবা ন্ অসি উপাধানি।

৩। **টি**—মমৈথংবা স্বরদগী হৌদুনা মথাদা লৈরিবা ময়েক পুম্নমক অদু টি কৌই। (অচোহন্ত্যাদি টিঃ) মদুদি—মহিমন্ শব্দগী মমৈথংবা স্বর 'ম' গী মনুংদা য়াউবা 'অ' অসিদগী হৌদুনা অন্ অসি টি সংজ্ঞা কৌই।

৪। **বিভাষা** — শরুক অমা ফংবা হায়বদি ওইবা নত্রগা ওইদবা অসিগুম্বা মওংবু খংহনবা মহাক অদুবু বিভাষা (বিকল্প) কৌই। (ন বেতি বিভাষা) মদুদি—গো +ঈশঃ =গবেশঃ, গবীশঃ।

৫। **ভাষিতপুংস্ক**—অদুগুম্বা শব্দশিং অদুনা পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ অনিমক চংপা (লিঙ্গ অনিমক্তা মশাক লৈবা) মহাক অদুবু ভাষিত-পুংস্ক কৌই। মদুদি—মহৎ শব্দ। পুংলিঙ্গদা মহান্, স্ত্রীলিঙ্গদা মহতী।

৬। **নদীসংজ্ঞক**— দীর্ঘ ঈকার অমসুং দীর্ঘ ঊকারনা মমৈদা লৈদুনা মতম পুম্নমক্তা স্ত্রীলিঙ্গদা চংতুনা লৈবা শব্দ অদুগী মমিং নদী সংজ্ঞা কৌই। (যূস্ত্র্যাখ্যৌ নদী) মদুদি—নদী, বধূ অসিনচিংবা।

৭। **অজহল্লিঙ্গ** — অদুগুম্বা শব্দ অদুনা বিশেষণ ওইনা শিজিন্নরগা মহাক মশাগী হান্নগী লিঙ্গ অদুদি হোংদবা মহাক অদুবু অজহল্লিঙ্গ কৌই। মদুদি — শ্রীহরিঃ শরণম্; সম্পদঃ পদমাপদাম্।

৮। **অচ্**— হায়রগা স্বর ময়েক খুদিংমকপু খংনগনি।

৯। **হল্**—(হস্) হায়রগা ব্যঞ্জন ময়েক খুদিংমকপু খংনগনি।

১০। **অভ্যাস**— হায়রগা অনি ওইবগী মওংবু খংনগনি।

---

# সন্ধি প্রকরণ

## সন্ধি *

(ময়েক তিনশিন্নবা)

৩০। ময়েক অনি অসি য়াম্না নক্লরগা অনি অদু তিন্নরকই। অদুগুম্না তিন্নবিবা অদুবু সন্ধি কৌই। স্বর অমগা স্বরগা, ব্যঞ্জন অমগা ব্যঞ্জনগা অমসুং ব্যঞ্জনগা স্বরগাসু সন্ধি তৌই। সন্ধি হায়বসিদা করিগুম্বদা শোইদনা ময়েক অনিসি তিনশিন্নে; মসিদা করিগুম্বদা মথক থংবা ময়েক অদুগী মশাক ওন্নি, অদুগা করিগুম্বদনা মথাগী ময়েক অদু মশাক ওন্নি; অদুগা করিগুম্বদনা অনিমক্কী মশাক ওন্দোকই; করিগুম্বা কালদনা মথক থংবা ময়েক্কী লোপ (মাংবা) ওই; করিগুম্বদনা অমুক মথাগী ময়েক অদু লোপ ওই। মদুদি—মহান্+আগ্রহঃ =মহানাগ্রহঃ; উৎ+চারয়তি=উচ্চারয়তি; যাচ্+না=যাচ্ঞা; মহান্+শব্দঃ=মহাচ্ছব্দঃ; সঃ+আগতঃ=স আগতঃ; গুরো+অনুমন্যস্ব=গুরোঽনুমন্যস্ব।

করম্না মযম্মদা করম্না ময়েক মতৌ করম্না মশাক ওন্নি, অমসুং করম্না মযম্মদা করম্না ময়েক্কী লোপ ওই হায়বা মদুগী নিয়ম অদু মখং মখং ওইনা উৎলক্নি।

### স্বরসন্ধি

৩১। মতম অদুদা অকার নত্রগা আকারগী মথাদা অকার নত্রগা আকার লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা আকার ওই। আকার অদু মথক্কী ময়েক্তা তিনখিগনি। মদুদি—শশ+অঙ্কঃ=শশাঙ্কঃ, কুশ+আসনম্=কুশাসনম্, দয়া+অর্ণবঃ=দয়ার্ণবঃ, বিদ্যা+আলয়ঃ=বিদ্যালয়ঃ (১)।

৩২। মতম অদুদা হ্রস্ব ইকার নত্রগা দীর্ঘ ঈকারগী মথাদা ই, নত্রগা ঈ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা দীর্ঘ ঈকার ওই। ঈকার অদু মথক্কী ময়েক্তা তিন্নগনি। মদুদি—গিরি+ইন্দ্রঃ= গিরীন্দ্রঃ, ক্ষিতি+ঈশঃ= ক্ষিতীশঃ, মহতী+ইচ্ছা = মহতীচ্ছা, পৃথ্বী+ঈশ্বরঃ= পৃথ্বীশ্বরঃ (১)।

---

* ''সন্ধিরেকপদে নিত্যা নিত্যো ধাতূপসর্গয়োঃ। সমাসেঽপি চ নিত্যঃস্যাৎ স চান্যত্র বিভাষিতঃ।।'' হায়বদি পদ অমগী মনুংদা, ধাতু অমসুং উপসর্গদা অমদি সমাস তৌরবদা সন্ধি তৌগদবনি; মসি নত্তবা মযম্মদদি বিকল্পনি; প্রোক্ততা অমা সন্ধি শোয়দনা তৌগদবনি। মদুদি—পদ অমগী মনুংদা—নে+অনম্=নয়নম্। ধাতু অমসুং উপসর্গদা—নি+অবসৎ=ন্যবসৎ; সমাসতা—নীল+উৎপলম্=নীলোৎপলম্। প্রোক্ততা—সন্ধিঃ+ একপদে =সন্ধিরেকপদে।

(১) অকঃ সবর্ণে দীর্ঘঃ—অকঃ সবর্ণেঽচি পরে দীর্ঘ একাদেশঃ স্যাৎ। সবর্ণ-না মথাদা লৈরবদা অবর্ণ, ইবর্ণ, উবর্ণ ঋবর্ণগী দীর্ঘ আদেশ ওইগনি। হায়বদি অবর্ণগী মথাদা অবর্ণ লৈরবদা অনি অদু তিন্নরগা দীর্ঘ (আ) ওই। অসিগুম্না ইবর্ণগী মথাদা ইবর্ণ লৈরবদা অনি অদু তিন্নরগা দীর্ঘ (ঈ) ওই। উবর্ণগী মথাদা উবর্ণ লৈরবদা অনি অদু তিন্নরগা দীর্ঘ (ঊ) ওই; অমসুং ঋবর্ণ গী মথাদা ঋবর্ণ লৈরবদা অনিদুনা দীর্ঘ (ৠ) ওই।

অবর্ণ—অ, আ। ইবর্ণ—ই, ঈ। উবর্ণ—উ ঊ। ঋবর্ণ—ঋ, ৠ।

৩৩। মতম অদুদা হ্রস্ব উকার নত্রগা দীর্ঘ-ঊ কারগী মথাদা উ নত্রগা ঊ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা দীর্ঘ ঊকার ওই। ঊকার অদু মথক্কী ময়েক্তা পুন্সিনি। মদুদি—বিধু+উদয়ঃ=বিধূদয়ঃ, লঘু+ঊর্মিঃ=লঘূর্মিঃ বধূ+উদয়ঃ=বধূদয়ঃ, ভূ+ঊর্দ্ধম্ =ভূর্দ্ধম্ (১)।

৩৪। মতম অদুদা ঋকারগী মথাদা ঋ লৈরবদি, অনি অদু তিন্নরগা দীর্ঘ ঋকার ওই। ঋকার অদু মথক থংবা ময়েক্তা চংগনি। মদুদি—পিতৃ+ঋণাম্=পিতৄণাম্, ভ্রাতৃ+ঋদ্ধিঃ=ভ্রাতৄদ্ধিঃ (১)।

৩৫। মতম অদুদা অকার নত্রগা আকারগী মথাদা ই নত্রগা ঈ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা একার ওই। একার অদু মথক্কী ময়েক্তা চংখিগনি। মদুদি—দেব+ইন্দ্রঃ=দেবেন্দ্রঃ, গণ+ঈশঃ=গণেশঃ, মহা+ইন্দ্রঃ=মহেন্দ্রঃ, রমা+ঈশঃ=রমেশঃ (২)।

৩৬। মতম অদুদা অকার নত্রগা আকারগী মথাদা উ নত্রগা ঊ লৈরবদি, অনি অদু তিন্নরগা ওকার ওই। ওকার অদু মথক্কী ময়েক্তা চংগনি। মদুদি—নীল + উৎপলম্ = নীলোৎপলম্ (শংবান্নবা থম্বাল), এক+ঊনবিংশতিঃ=একোনবিংশতিঃ (তরামাপল) গঙ্গা +উদকম্ =গঙ্গোদকম্, মহা+ঊর্ম্মিঃ=মহোর্ম্মিঃ (২)।

৩৭। মতম অদুদা অকার নত্রগা আকারগী মথাদা ঋকার লৈরবদি, অনি অদু তিন্নরগা অর্ ওই। র্ না মথাগী ময়েক্কী মথক্তা কাগনি অদুগা অকারনা মথক্কী ময়েক্তা চংখিগনি। মদুদি—দেব+ঋষিঃ=দেবর্ষি, হিম+ঋতুঃ=হিমর্তুঃ, মহা+ ঋষিঃ= মহর্ষিঃ, দেবতা +ঋষভঃ=দেবতর্ষভঃ (২)।

৩৮। মতম অদুদা অকার নত্রগা আকারগী মথাদা এ নত্রগা ঐ লৈরবদি, অনি অদু তিন্নরগা ঐকার ওইগনি। ঐকার অসি মথক্কী ময়েক্তা চংগনি। মদুদি—এক+একম্ =একৈকম্, মত+ঐক্যম্ =মতৈক্যম্, সদা+এব=সদৈব, মহা+ঐরাবতঃ=মহৈরাবতঃ (৩)।

৩৯। মতম অদুদা অকার নত্রগা আকারগী মথাদা ও নত্রগা ঔ লৈরবদি, অনি অদু তিন্নরগা ঔকার ওই। ঔকার অদু মথক্কী ময়েক্তা চংগনি। মদুদি—জল+ওঘঃ = জলৌঘঃ, চিত্ত+ঔদার্য্যম্=চিত্তৌদার্য্যম্, মহা+ওষধিঃ=মহৌষধিঃ, মহা+ঔদার্য্যম্ = মহৌদার্য্যম্(৩)।

৪০। ই ঈ নত্তবা স্বর ময়েক্কা মথাদা লৈরবদা, হ্রস্ব-ই অমসুং দীর্ঘ-ঈগী মফম্দা য্ ওই। য্ অসি মথক্কী ময়েক্তা তপশিনগনি অমসুং মথাগী স্বর অদু যকারদা চংগনি। মদুদি—যদি+অপি=যদ্যপি, অভি+উদয়ঃ=অভ্যুদয়ঃ, নদী+অম্বু =নদ্যম্বু, দেবী + আগতা =দেব্যাগতা (৪)।

---

(১) **অকঃ সবর্ণে দীর্ঘ**—অকঃ সবর্ণেঽচি পরে দীর্ঘএকাদেশঃ স্যাৎ।

(২) **আদ্‌গুণঃ**—অবর্ণাদচি পরে পূর্ব্ব পরয়োরেকো গুণাদেশঃ স্যাৎ। হায়বদি—অকার নত্রগা আকারগী মথাদা গুণ বর্ণ হায়বদি ই ঈ, উ ঊ, ঋ ৠ, লৈরবদা অনি অদু তিন্নরগা গুণ ওই; হায়বদি অকার নত্রগা আকারগী মথাদা ই, ঈ লৈরবদা অনি অদু তিন্নরগা এ (গুণ), উ ঊনা মথাদা লৈরবদা ও (গুণ) অমসুং ঋ ৠ-না মথাদা লৈরগনা অর্ (গুণ) ওই। (গুণগী পরিভাষাদা য়েংবিয়ু)।

(৩) **বৃদ্ধিরেচি**—আদেচি পরে, বৃদ্ধিরেকাদেশঃ স্যাৎ।

(৪) **ইকো যণচি**—ইকঃ স্থানে যণ্ স্যাদচি পরে।

ইকো যণচি –(অচি ইকঃ যণ্), অচ্ হায়বদি তোঙানবা স্বর ময়েক্কা মথাদা লৈরবদা ই ঈ-গী মফম্দা য্, উ ঊ-গী মফম্দা ব্, ঋ ৠ-গী মফম্দা র্ ওই। (ইক্—ই ঈ উ ঊ ঋ ৠ ৯)।

৪১। উ ঊ নত্তবা স্বর ময়েক্না মখাদা লৈরবদা হ্রস্বউ অমসুং দীর্ঘউগী মযম্মদা ব্ ওই। ব্ অসি মখক্কী ময়েক্তা তিনগনি, মখাগী স্বরনা বকারদা চংগনি। মদুদি—অনু + অয়ঃ= অন্বয়ঃ, সু+আগতম্=স্বাগতম্, অনু+এষণম্=অন্বেষণম্, সরয়ূ+অম্বু=সরয়্বম্বু, বধূ+ঐশ্বর্য্যম্ =বধ্বৈশ্বর্য্যম্(১)।

৪২। ঋ নত্তবা স্বর ময়েক্ন মখাদা লৈরবদা ঋকারগী মযম্মদা র্ ওই। র্ অদু মখক্কী ময়েক্তা তিনগনি, অমদি মখাগী স্বর অদুনা রকারদা চঙ্গনি। মদুদি—পিতৃ+অনুমতিঃ =পিত্রনুমতিঃ, পিতৃ+আদেশঃ=পিত্রাদেশঃ, পিতৃ +ইচ্ছা=পিত্রিচ্ছা(১)।

৪৩। স্বর ময়েক্না মখাদা লৈরবদা একারগী মযম্মদা অয়্, ঐকারগী মযম্মদা আয়্, ওকারগী মযম্মদা অব্, অমসুং ঔকারগী মযম্মদা আব্ ওই। অকার অমসুং আকার অদু মখক্কী ময়েক্তা চংগনি অমসুং মখাগী স্বর অদুনা যকার অমসুং বকারদা চংগনি। মদুদি —শে+অনম্=শয়নম্, নে+অনম্=নয়নম্। বিনৈ+অকঃ=বিনায়কঃ, সঞ্চৈ+অকঃ =সঞ্চায়কঃ। ভো+অনম্=ভবনম্, পো+অনঃ=পবনঃ। পৌ+অকঃ=পাবকঃ, ভৌ+উকঃ=ভাবুকঃ (২)।

৪৪। অকার নত্তবা স্বর ময়েক্ন মখাদা লৈরবদা পদগী মমৈদা লৈবা একারগী মযম্মদা অ নত্রগা অয়্ ওই অমসুং পদগী মমৈদা লৈবা ওকারগী মযম্মদা অ নত্রগা অব্ ওই। অ অদু মখক্কী ময়েক্তা চংগনি, অমসুং মখাগী স্বর অদুনা যকার নত্রগা বকারদা চংগনি। (৩) মদুদি—সখে+আগচ্ছ=সখ আগচ্ছ, সখয়াগচ্ছ ; তে+একদা=তএকদা, তয়েকদা ; প্রভো +আগচ্ছ=প্রভ আগচ্ছ, প্রভবাগচ্ছ ; প্রভো+এহি=প্রভএহি, প্রভবেহি(৪)।

৪৫। স্বর ময়েক্ন মখাদা লৈরবদা পদগী মমৈদা লৈরিবা ঐকারগী মযম্মদা আ নত্রগা আয়্ ওই অমসুং পদগী মমৈদা লৈরিবা ঔকারগী মযম্মদা আ নত্রগা আব্ ওই। আ অদু মখক্কী ময়েক্তা চংগনি, অমসুং মখাগী স্বর অদুনা যকার অমসুং বকারদা চংগনি। (৫) মদুদি—শ্রিয়ৈ+অর্থঃ=শ্রিয়া অর্থঃ, শ্রিয়ায়র্থঃ, তৌ+ঈশ্বরৌ =তা ঈশ্বরৌ, তাবীশ্বরৌ ; বিধৌ+উদিতে =বিধা উদিতে, বিধাবুদিতে (৪)।

৪৬। পদগী মমৈদা লৈবা একার নত্রগা ওকারগী মখাদা অকার লৈরবদি অদুগুম্বা অকার অদু লোপ ওইগনি। লোপ ওইরগা অদুগুম্বা অকার অদুগী খুদম অমা লৈহৌবা অদুবু লুপ্ত অকার কৌই। মদুদি—সখে+অর্পয় =সখেঽর্পয়, প্রভো+অনুগৃহাণ =প্রভোঽনুগৃহাণ (হে প্রভু! থৌজানবিয়ু) ; গুরো+অনুমন্যস্ব =গুরোঽনুমন্যস্ব (৬)।

---

(১) ইকো যণচি—ইকঃ স্থানে যণ্ স্যাদচি পরে।

(২) এচোঽয়বায়াবঃ —এচঃ ক্রমাদয়্ অব্ আয়্ আব্ এতে স্যুরচি পরে।

(৩) অ-ওইরবদি মখাগী সন্ধি তৌরোই।

(৪) লোপঃ শাকল্যস্য —শাকল্যগী মত-দা পদান্তদা লৈবা এ ও ঐ ঔ গী মযম্মদা ওইরকপা অয়্ অব্ আয়্ আব্গী য্ অমসুং ব্-গী লোপ ওই। শাকল্যগী মত-দা লোপ ওইবা হায়বা অসিনা কনা কনাগুম্বগী মত-দা লোপ ওইদবা যাওই হায়বসি থংগদবনি। হায়বদি বিকল্প ওইনা লোপ ওই।

(৫) আ ওইরবদি মখাগী সন্ধি তৌরোই।

(৬) এঙঃ পদান্তাদতি— পদান্তাদেঙোঽতি পরে পূর্বরূপমেকাদেশঃ স্যাৎ।

৪৭। বিশেষ ওইবা শব্দ খরা— স্ব শব্দকী অকারগী মথাদা ঈর অমসুং ঈরিন্ শব্দ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা ঐ (বৃদ্ধি) ওই। মদুদি—স্ব+ঈরঃ=স্বৈরঃ, স্ব+ঈরিণী= স্বৈরিণী (ক)।

৪৮। অক্ষ শব্দকী অকারগী মথাদা ঊহিনী শব্দ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা ঔ (বৃদ্ধি) ওই। মদুদি— অক্ষ+ঊহিনী=অক্ষৌহিণী (খ)।

৪৯। প্র শব্দগী অকারগী মথাদা ঊহ ঊঢ় ঊঢ়ি শব্দ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা ঔকার (বৃদ্ধি) ওই অমসুং এষ নত্রগা এষ্য শব্দনা লৈরবদি ঐকার ওই। মদুদি—প্র+ঊহঃ =প্রৌহঃ, প্র+ঊঢ়ঃ=প্রৌঢ়ঃ, প্র+ঊঢ়িঃ=প্রৌঢ়িঃ, প্র+এষঃ=প্রৈষঃ, প্র+ এষ্যঃ=প্রৈষ্যঃ (গ)।

৫০। প্র, বৎসতর, কম্বল, বসন, ঋণ অমসুং দশ শব্দশিং অসিগী অকারগী মথাদা ঋণ শব্দগী ঋ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা আর্ (বৃদ্ধি) ওই। খুদমদি—প্র+ঋণম্ =প্রার্ণম্, বৎসতর+ঋণম্ =বৎসতরার্ণম্, কম্বল+ঋণম্=কম্বলার্ণম্, ঋণ+ঋণম্ =ঋণার্ণম্, দশ+ঋণম্ =দশার্ণম্ (ঘ)।

৫১। অকার নত্রগা আকারগী মথাদা ঋত শব্দগী ঋ লৈরবদি অমসুং তৃতীয়া তৎপুরুষ সমাস তৌরবদা অনি অদু তিন্নরগা আর্ (মথাগী ময়েক বৃদ্ধি) ওই। মদুদি—শীত+ঋতঃ=শীতার্ত্তঃ, তৃতীয়াতৎপুরুষ সমাস তৌদবগীনা ওইদে। পরম +ঋতঃ=পরমর্ত্তঃ (ঙ)।

৫২। অকারগী মথাদা ওম্ নত্রগা আঙ্ (উপসর্গ) লৈরবদি অকার অদুগী লোপ ওই (পররূপএকাদেশ)। খুদম—শিব+এহি=শিবেহি (এহি=আ+ইহি) ; শিবায় +ওম্ নমঃ =শিবায়োন্নমঃ (চ)।

৫৩। অকারগী মথাদা এব শব্দ লৈরবদি অরেপ্পা অর্থ হায়দ্রবদা অনি অদু তিন্নরগা এ (এক পররূপ আদেশ) ওই। মদুদি—অদ্য+এব=অদ্যেব। অদুগা নিয়োগ (অরেপ্পা) অর্থদদি—অদ্যৈব গচ্ছ (ছ)।

৫৪। করিগুম্বা উপসর্গগী অকার নত্রগা আকারগী মথাদা ধাতুগী ঋকার লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা আর্ (বৃদ্ধি) ওই। আকার অদুনা উপসর্গদা চংখ্রগনি অদুগা র্-না মথা থংবা ময়েক্কী মখক্তা কাগনি। মদুদি—অপ+ঋচ্ছতি=অপার্চ্ছতি। আ+ঋচতি = আর্চ্চতি (জ)।

৫৫। করিগুম্বা উপসর্গগী অকার নত্রগা আকারগী মথাদা (এধ অমসুং ই নত্তবা) ধাতুগী একার অমসুং ওকার লৈরবদি অকার অমসুং আকারগী লোপ ওইগনি

---

(ক) স্বাদীরেরিণোঃ। (স্বাৎ ঈর ঈরিন্)।

(খ) অক্ষাদূহিন্যামুপসংখ্যানম্।

(গ) প্রাদূহোঢোঢ্যেষৈষ্যেষু—

(ঘ) প্রবৎসতরকম্বলবসনার্ণদশানামৃণে।

(ঙ) ঋতে চ তৃতীয়া সমাসে।

(চ) ওমাঙোশ্চ—ওমি আঙি চাৎ পরে পররূপমেকাদেশঃ স্যাৎ।

(ছ) এবে চানিয়োগে—(নিয়োগোঽবধারণম্)।

(জ) উপসর্গাদৃতি ধাতৌ—অবর্ণান্তাদুপসর্গাৎ ঋকারাদৌ ধাতৌ পরে বৃদ্ধিরেকাদেশঃ স্যাৎ।

হায়বদি —পররূপ ফংগনি। মদুদি— প্র+এষয়তি=প্রেষয়তি, উপ+ওখতি=উপোখতি। এধ্ অমসুং ই ধাতুনা মখাদা লৈরবদি ওইরোই। উপ+এধতে=উপৈধতে, অব+এতি=অবৈতি (এত্যেধত্যূঠ্সু) (ঝ)।

৫৬। অকার নত্রগা আকারগী মখাদা ওতু নত্রগা ওষ্ঠ শব্দ লৈরবদি অমসুং সমাসসু তৌরবদা অকার অমসুং আকার অদুগী বিকল্প ওইনা লোপ ওই। মদুদি— স্থূল+ওতুঃ=স্থূলোতুঃ, স্থূলৌতুঃ। বিম্ব+ওষ্ঠঃ=বিম্বোষ্ঠঃ, বিম্বৌষ্ঠঃ। সমাস তৌদ্রবদি— তব+ওষ্ঠঃ=তবৌষ্ঠঃ (ঞ)।

৫৭। স্বর ময়েক্না মখাদা লৈরবদা পদগী মমৈদা লৈরিবা গো শব্দগী ওকারগী মফমদা বিকল্প ওইনা অব ওই। মদুদি—গো+ঈশঃ=গবেশঃ, গবীশঃ। তৌইগুম্বসুং ইন্দ্র নত্রগা অক্ষ শব্দনা মখাদা লৈরবদা নিত্য ওইনা অব ওই। মদুদি—গো+ইন্দ্রঃ =গবেন্দ্রঃ, গো+অক্ষঃ=গবাক্ষঃ ( খোংনাও )(ক)।

৫৮। সন্ধি য়াদবা—ওকারনা মমৈদা লৈবা অমদি স্বর অমত্তা ঙাইবা অব্যয় শব্দগী সন্ধি তৌরোই। খুদম—অহো+অচ্যুত=অহোঅচ্যুত, আ+এবম্= আএবম্(১)(খ)।

৫৯। প্লুত স্বর অমসুং দ্বিবচন-দা খোকপা দীর্ঘ ঈকার, দীর্ঘ ঊকার অমসুং একারনা মমৈদা লৈবা পদগী সন্ধি তৌরোই। খুদম—এহি কৃষ্ণ অত্র গৌশ্চরতি, কবী+ইমৌ= কবী ইমৌ, সাধূ+ইমৌ=সাধূ ইমৌ, বিদ্যে+ইমে=বিদ্যে ইমে (গ)।

৬০। অদস্ শব্দগী দীর্ঘ ঈকারনা মমৈদা লৈবা অমসুং দীর্ঘ ঊকারনা মমৈদা লৈবা পদগী সন্ধি তৌরোই । মদুদি—অমী+অশ্বাঃ=অমী অশ্বাঃ ( শগোল ময়াম অসি ),অমূ +অর্ভকৌ= অমূ অর্ভকৌ (অঙাং অনিসি ) (ঘ)।

---

(ঝ) এঙি পররূপম্—আদুপর্গাদেঙাদৌ ধাতৌ পরে পররূপমেকাদেশঃ স্যাৎ।

(ঞ) ওত্বোষ্ঠয়োঃ সমাসে বা।

(ক) অবঙ্ স্ফোটায়নস্য —অচি পরে পদান্তে গোরবঙ্ বা স্যাৎ।

গোরবঙ্ স্ফোটায়নস্য। ইন্দ্রেচনিত্যম্। হায়বদি স্বরবর্ণ-না মখাদা লৈরবদা গো শব্দগী ওকারগী মফমদা অব ওই, স্ফোটায়নগী মত-দা হায়বদি অতোপ্পগী মত-দা ওইদে, মরমসিনা বিকল্প ওইবনি। গো+ইন্দ্রঃ= গবেন্দ্রঃ অমসুং গো+ অক্ষ = গবাক্ষঃ (যুমগী খোংনাও)।

(খ) ওৎ—ওদন্তো নিপাতঃ প্রগৃহ্যঃ স্যাৎ। নিপাত একাজনাঙ্—একাজ্ নিপাত আঙ্ বর্জ্যঃ প্রগৃহ্যঃ স্যাৎ।

১। সীমা, ব্যাপ্তি নত্রগা ঈষদর্থ খংবদা, অমদি ক্রিয়াগা লোয়ননা লেংমিন্নবদা, অব্যয় ওইবা আকারগী সন্ধি তৌই। সীমাগী খুদম —আ+ অধ্যয়নাৎ = আধ্যয়নাৎ, (অধ্যয়ন ফাওবা)। ব্যাপ্তি —আ +একদেশাৎ = ঐকদেশাৎ (মফম খুদিং শিন্দুংনা), ঈষদর্থ —আ+আলোচিতম্ = আলোচিতম্ (খজিক্তং খল্লখিবা); ক্রিয়া সহিত যোগ—আ+ ইহি = এহি।

(গ) প্লুতপ্রগৃহ্যা অচি নিত্যম্—প্লুতঃ প্রগৃহ্যাশ্চ বক্ষ্যন্তে তেঽচি পরেনিত্যং প্রকৃত্যা স্যুঃ। এহি কৃষ্ণ অত্র গৌশ্চরতি। ঈদূদেদ্ দ্বিবচনং প্রগৃহ্যম্—ঈদূদেদন্তং দ্বিবচনং প্রগৃহ্য সংজ্ঞং স্যাৎ।

হায়বদি দ্বিবচনদা খোকপা দীর্ঘ ঈকারান্ত দীর্ঘ ঊকারান্ত অমসুং একারান্ত পদগী মমিং প্রগৃহ্য কৌই। মখোয়গী সন্ধি তৌরোই। ''দূরাহ্বানে চগানে চ রোদনে চপ্লুতো মতঃ।'' অরাপ্পদগী কৌবদা, ঈশৈ শকপদা, কপ্পদা শিজিন্নরিবা স্বর অদু প্লুত কৌই। মখোয়দু সন্ধি তৌরোই।

(ঘ) অদসো মাৎ—অস্মাৎ পরাবীদূতৌ প্রগৃহ্যৌ স্তঃ। হায়বদি অদস্ শব্দগী 'ম' অদু ঈকার অমসুং দীর্ঘ ঊকারগা লোয়নরবদি (অমী+অমূ) অসি সন্ধি তৌরোই। (অমুকশীদি সন্ধি তৌগনি)।

**নিপাতন**—মনস্ + ঈষা = মনীষা, হল + ঈষা = হলীষা, লাঙ্গল + ঈষা = লাঙ্গলীষা, শক + অন্ধুঃ = শকন্ধুঃ, কুল + অটা = কুলটা, পতৎ + অঞ্জলিঃ = পতঞ্জলিঃ, সার + অঙ্গঃ = সারঙ্গঃ, সীমন্ + অন্তঃ = সীমন্তঃ। মখোয় অসিগী পররূপ আদেশ অমা ওই অমসুং মসেথংবা স্বরগী মখা থংবা শরুক লোপ ওই নত্রগা মখোয়শিং অসে নিপাতন-দা ওইবনি (ঙ)।

## অতোপ্পা খরা

কিমু + উক্তম্ = কিম্বুক্তম্; কিমুউক্তম্। সপ্ত + ঋষীণাম্ = সপ্তর্ষীণাম্ সপ্ত-ঋষীণাম্। চক্রী + অত্র = চক্রী অত্র, চক্রত্র। গো + অগ্রম্ = গোঽগ্রম্, গোঅগ্রম্, গবাগ্রম্। গো + যৎ = গব্যম্। গো + যুতিঃ = গব্যুতিঃ, নৌ + যৎ = নাব্যম্, প্র + ঋষভীয়তি = প্রার্ষভীয়তি, প্রর্ষভীয়তি; প্র + ঌকারীয়তি = প্রাল্কারীয়তি, প্রল্কারীয়তি।

## নৈনবা

**সন্ধি তিনশিনবা**—মুর + অরি, লক্ষ্মী + ঈশঃ, সাধু + উক্তম্, ভূ + ঊর্দ্ধম্, পিতৃ + ঋদ্ধিঃ, পরম + ঈশ্বরঃ, গঙ্গা + উদকম্, হিম + ঋতুঃ, মহা + ঋষিঃ, তব + এতৎ, দৃষ্ট্বা + এব, মহা + ঔষধম্, নদী + অম্বু, বায়সী + উবাচ, পিতৃ + অনুমতিঃ, নে + অনম্, নৈ + অকঃ, প্রভো + এহি, তে + একদা, রবৌ + অস্তমিতে, বিদ্যে + ইমে, বিম্ব + ওষ্ঠঃ, তব + ওষ্ঠঃ, আ + এবম্, সাধূ + ইমৌ, অমূ + অশ্বৌ, এতে + অস্মৎপুত্রাঃ, কাব্যে + উভে, গো + অক্ষঃ (গবাক্ষঃ), মহা + ঋষিঃ, মনস্ + ঈষা (মনীষা), তাদৃশী + এব অমসুং প্রভাতে + অহম্।

**সন্ধি থাইদোকপা**—অধরৌষ্ঠঃ, দুঃখার্ত্তঃ, নায়কঃ, হিতোপদেশঃ, উপৈধতে, অভ্যুদয়ঃ, মহোর্ম্মিঃ, পরমর্ত্তঃ, অদ্যৈব, কাক্যাহ, গবেন্দ্রঃ, সীমন্ত, বিধাবুদিতে, তেঽপি, উপোষতি, মাংসাদ্যাহারেণ, যদ্যেবং, প্রত্যহং, তত্রৈকঃ, ইত্যাকর্ণ্য, পিতর্য্যুপরতে, বায়স্যাহ, প্রণম্যোবাচ, অথৈকদা, অমসুং কৃচ্ছ্রেঽপি।

**অরানবা চুমথোকপা**—মমপি অভিষ্টমেতৎ। সর্ব্বদেব বিদ্যাভ্যাসং কুরু। গঙ্গৌদকমতিপবিত্রম্। অমহ্শ্বৌ ধাবতঃ। সাধ্বিমৌ মুনিবালকৌ। সর্ব্বৈব বালকাঃ বিদ্যালয়ং গচ্ছন্তি। গির্য্যেতৌ লঙ্ঘনীয়ৌ। উপারোক্তং সূত্রং পশ্য। চক্ষুষ্যক্ষে।

## ব্যঞ্জন সন্ধি

৬১। করিগুম্বা চ নত্রগা ছ না মখাদা লৈরবদা ত্ অমসুং দ্-গী মফমদা চ্ ওই। মদুদি—মহৎ + চক্রম্ = মহচ্চক্রম্, বিপদ্ + চয়ঃ = বিপচ্চয়ঃ, উৎ + ছিনত্তি = উচ্ছিনত্তি, তদ্ + ছবিঃ = তচ্ছবিঃ। (ক)

---

(ঙ) শকন্ধ্বাদিষু পররূপং বাচ্যম্—(তচ্চ টেঃ)।

(ক) স্তোঃ শ্চুনা শ্চুঃ— সকার তবর্গয়োঃ শকারচবর্গাভ্যাং যোগে শকারচবর্গৌ স্তঃ।

সকার অমসুং তবর্গ (ত থ দ ধ ন) অসি শকার অমসুং চবর্গগা লোয়নরগা শকার অমসুং চবর্গ (চ ছ জ ঝ ঞ) ওই।

৬২। করিগুম্বা জ নত্রগা ঝ-না মখাদা লৈরবদা ত-অমসুং ন-গী মফমদা জ্ ওই। মদুদি—ভবৎ+জীবনম্=ভবজ্জীবনম্, তদ্+জন্ম=তজ্জন্ম, বিপদ্+জালম্ =বিপজ্জালম্, মহৎ+ঝঞ্জনম্=মহজ্ঝঞ্জনম্(ক)।

৬৩। করিগুম্বা জ নত্রগা ঝ-না মখাদা লৈরবদা দন্ত্য-ন্-গী মফমদা ঞ্ ওই। মদুদি—মহান্+জয়ঃ=মহাঞ্জয়ঃ, গচ্ছন্ + ঝটিতি=গচ্ছঞ্ঝটিতি (ক)।

৬৪। করিগুম্বা পদগী মমৈদা লৈবা তকার নত্রগা দকারগী মখাদা তালব্য-শ্ লৈরবদি ত্ অমসুং দ্-গী মফমদা চ্ অমসুং তালব্য-শ-গী মফমদা ছ্ ওই। (১) মদুদি — মহৎ+শকটম্=মহচ্ছকটম্, তদ্+শরীরম্ =তচ্ছরীরম্ (২)(ক)।

৬৫। করিগুম্বা পদগী মমৈদা লৈবা নকারগী মখাদা তালব্যশ লৈরবদি ন্ অদুগী ঞ্ অমসুং তালব্য-শ অদুগী মফমদা ছ ওই। মদুদি—মহান্+শব্দঃ=মহাঞ্ছব্দঃ (১)(ক)।

৬৬। করিগুম্বা চবর্গগী মখাদা দন্ত্য—ন্ লৈরবদি দন্ত্য-ন্ অদুগী মফমদা ঞ্ ওই। মদুদি— যাচ্+না=যাচ্ঞা, যজ্+নঃ=যজ্ঞঃ (ক)।

৬৭। করিগুম্বা পদগী মমৈদা লৈবা তকার নত্রগা দকারগী মখাদা হ্ লৈরবদি ত্-গী মফমদা দ্ ওই, অমসুং হ্-গী মফমদা ধ ওই। মদুদি —উৎ+ হরণম্ +উদ্ধরণম্, বিপৎ + হেতুঃ=বিপদ্ধেতুঃ (২)(খ)।

---

(ক) স্তোঃ শ্চুনা শ্চুঃ—সকার তবর্গয়োঃ শকারচবর্গাভ্যাং যোগে শকারচবর্গৌ স্তঃ।

১। স্+শ = শ্ শ যথা — হরিস্ +শেতে = হরিশ্ শেতে।

২। স +চবর্গ = শ্ চ্, রামস্ +চিনোতি = রামশ্চিনোতি।

৩। তবর্গ +শ = চ্ ছ, অগ্নিচিৎ +শেতে = অগ্নিচিচ্ছেতে।

৪। তবর্গ +চবর্গ = চ্ চ্, সৎ+চিৎ = সচ্চিৎ।

৫। চবর্গ + তবর্গ = চ্ চ্, যাচ্ +না = যাচ্ঞা (চ্ = চবর্গঃ, ত্ = তবর্গঃ)

শাৎ—শাৎ পরস্য তবর্গস্য শ্চুত্বং ন স্যাৎ—শকারগী মখাদা তবর্গ লৈরবদি চবর্গ ওইরোই। প্রশ্ + নঃ = প্রশ্নঃ।

শিতুক —শকারনা মখাদা লৈরবদা পদগী মমৈদা লৈবা নকারগী তুক্ আগম তৌগনি। (তগী মফমদা চ ওইগনি)।

(১) তালব্য-শ অদু চ-গা লোয়নরবদি ওইরোই। খুদম—উৎ+ শ্চোতত্তি = উৎশ্চোতত্তি।

(২) ব্যাকরণ হৈবশিংনা পদগী মমৈদা লৈবা তকার অমসুং দকারগী মখাদা শ লৈরবদি পদ অনি থোক্কনি। খুদম—মহৎ শকটম্ মহচ্ছকটম্, মহচ্শকটম্ ; তদ্ + শরীরম্ = তচ্ছরীরম্, তচ্শরীরম্।

(১) শশ্ছোঽটি —পদান্তাৎ ঝয়ঃ পরস্য হস্য ছো বা স্যাদটি।

(২) ঝয়োহোঽন্যতরস্যাম্ —ঝয়ঃ পরস্য হস্য পূর্ব্বসবর্ণো বা স্যাৎ।

হায়বদি ঝয় (পদান্ত বর্গগী অহানবা, অনিশুবা, অহুমশুবা অমসুং মরীশুবা বর্ণ) কৌবা বর্ণগী মখাদা লৈরিবা হ-গী মফমদা বিকল্প ওইনা মখক থংবা ময়েক্তুমক্কী বর্গগী মরীশুবা ময়েক ওই অদুগা মথক্কী ময়েক অদুনা বর্গদুগী অহুমশুবা ময়েক ওই।

ক। বৈয়াকরণিকশিংনা পদগী মমৈদা লৈরিবা নকারগী মখাদা তালব্য-শ লৈরবদি পদ মরি অসি থোকই। মদুদি—মহান্ +শব্দঃ = মহাঞ্চব্দঃ, মহাঞ্ছব্দঃ, মহাঞ্শব্দঃ, মহাঞ্ শব্দঃ।

খ। বৈয়াকরণিকশিংনা পদগী মমৈদা লৈরিবা তকার নত্রগা দকারগী মখাদা হকার লৈরবদি পদ অনি অসি থোকই। মদুদি—উৎ + হতঃ = উদ্ধতঃ, উদ্হতঃ ; তদ্ +হেয়ম্ = তদ্ধেয়ম্, তদ্হেয়ম্।

৬৮। ত্ অমসুং দ্-গী মফমদা ট-ঠ-না মখাদা লৈরবদা ট্ অমসুং ড ঢ-না মখাদা লৈরবদা ড্ ওই। মদুদি—তদ্ + টীকা=তট্টীকা, এতদ্ + ঠক্কুরঃ=এতট্ঠক্কুরঃ, উৎ+ডীনঃ =উড্ডীনঃ; এতদ্+ঢক্কা=এতড্ঢক্কা (৩)।

৬৯। করিগুম্বা ড অমসুং ঢ-না মখাদা লৈরবদা দন্ত্য-ন্গী মফমদা মূর্দ্ধন্য-ণ্ ওই। মদুদি—মহান্+ ডামরঃ=মহাণ্ডামরঃ; ভবান্+ ঢৌকতে=ভবাণ্ঢৌকতে (৩)।

৭০। মূর্দ্ধন্য-ষকারগী মখাদা লৈবা ত-গী মফমদা ট অমসুং থ-গী মফমদা ঠ ওই মদুদি—আকৃষ্+তঃ=আকৃষ্টঃ, ষষ্+ থঃ=ষষ্ঠঃ (৩)।

৭১। করিগুম্বা ল-না মখাদা লৈরবদা ত্, দ্ অমসুং ন্-গী মফমদা ল্ ওই। মদুদি—বৃহৎ+ললাটম্=বৃহল্ললাটম্, এতদ্+লীলোদ্যানম্=এতল্লীলোদ্যানম্, মহান্ +লাভঃ=মহাঁল্লাভঃ (১)।

৭২। করিগুম্বা স্বরবর্ণ-না মখাদা লৈরবদা হ্রস্ব স্বরগী মখাথংনা পদগী মমৈদা লৈবা নকারগী অনি ওই। মদুদি—ধাবন্+ অশ্বঃ=ধাবন্নশ্বঃ হসন্+আগতঃ= হসন্নাগতঃ। দীর্ঘ স্বরদগী মখা থংনা লৈবগীদি ওইরোই। মদুদি—মহান্ + আগ্রহঃ= মহানাগ্রহঃ (২)।

৭৩। পদগী মমৈদা লৈবা ন্গী মফমদা চ ছ-না মখাদা লৈরবদা অনুস্বার অমসুং তালব্য-শ অমদি ট ঠ-না মখাদা লৈরবদা অনুস্বার অমসুং মূর্দ্ধন্য-ষ, অমসুং ত থ-না

(৩) ষ্টুনা ষ্টুঃ—স্তোঃ ষ্টুনা যোগে ষ্টুঃ স্যাৎ।

সকার অমসুং তবর্গ অসি ষকার অমসুং টবর্গ-গা লেংমিন্নরবদি মথং-মনাও নাইনা ষকার অমসুং টবর্গ ওই। হায়রবদি—

(১) স্ +ষ=ষ্ ষ, খুদম— রামস্ +ষষ্ঠঃ+ রামষ্ষষ্ঠঃ।

(২) স্ + ট্=ষ্ট্, – রামস্ +টীকতে =রামষ্টীকতে।

(৩) ষ্ +ত্=ষ্ট – আকৃষ্ +তঃ = আকৃষ্টঃ।

(৪) ত্ + ট্=ট্ -ট্ – তদ্ +টীকা =তট্টীকা, ট্=টবর্গ, ত্ =তবর্গ,

"ন পদান্তাট্টোরনাম্।" পদান্তাট্টবর্গাৎ পরস্যানামঃ স্তোঃ ষ্টুর্ন স্যাৎ। যথা—ষট্ +সন্তঃ = ষট্সন্তঃ, ষট্ +তে =ষট্তে। পদান্ত টবর্গগী মখাদা লৈরিবা সকার অমসুং তবর্গগী মফমদা ষকার অমসুং টবর্গ ওইরোই, তশেংনা বিভক্তিগী নাম্-না মখাদা লৈরবতদা ওই। খুদম— ষট্ +নাম্ =ষণ্ণাম্। নবতি অমসুং নগরীনা মখাদা লৈরবদসু ওই। খুদম— ষট্+নবতি = ষণ্ণবতিঃ অমসুং ষট্+ নগর্য্যঃ=ষণ্ণগর্য্যঃ। অসিদগী তেঙ্গনবদদি ওইদে।

১। তোর্লি—তবর্গস্য লকারে পরে পরসবর্ণঃ স্যাৎ। (নকারস্যানুনাসিকো লকারঃ)। হায়রবদি নকারগী মফমদা পোক্লকপা লকারগী অনুনাসিক উচ্চারণ তৌই। মরম অসিনা মখক্কী ময়েক্তা চন্দ্রবিন্দু তপকনি। খুদম—ভবান্ +লভতে =ভবাঁল্লভতে।

২। ঙমো হ্রস্বাদচি ঙমুট্ নিত্যম্— হ্রস্বাৎ পরো যো ঙম্ তদন্তং যৎ পদং তস্মাৎ পরস্যাচো নিত্যম্ ঙমুডাগমঃ স্যাৎ।

হায়রবগী অর্থদি—অচ্ (স্বরবর্ণ)না মখাদা লৈরবদা হ্রস্ব স্বরগী মখাদা লৈরিবা ঙম্ (ঙ,ণ, ন) গী অনি ওইবগী মতৌ ফংই। খুদম—প্রত্যঙ্ +আত্মা =প্রত্যঙ্ঙাত্মা, সুগণ্ +আত্তে =সুগণ্ণাত্তে, সন্ +অচ্যুতঃ =সন্নচ্যুতঃ।

মথাদা লৈরগনা অনুস্বার অমসুং দন্ত্য-স্ ওইগনি। মদুদি—পশ্যান্+চকিতঃ=পশ্যাংশ্চকিতঃ, ধাবন্+ছাগঃ=ধাবংশ্ছাগঃ, চলন্+টিট্টিভঃ=চলংষ্টিট্টিভঃ, পতন্+তরুঃ=পতংস্তরুঃ (৩)।

৭৪। বর্গগী ময়েক্লা মথাদা লৈরবদা পদগী মরক্তা লৈবা ন্ অমসুং ম্-গী মফমদা অদুগুম্বা বর্গদুগী মঙাশুবা ময়েক অমসুং উষ্মবর্ণ (অশাবা ময়েক)না মথাদা লৈরবদসু অনুস্বার ওই। মদুদি—আশন্+কা=আশঙ্কা, গম্+তা=গন্তা, দন্ + শনম্ =দংশনম্, রম্+স্যতে=রংস্যতে (৪)।

৭৫। করিগুম্বা অন্তঃস্থবর্ণ নত্রগা উষ্মবর্ণ-না মথাদা লৈরবদা পদগী মমৈদা লৈবা ম্-গী মফমদা অনুস্বার ওই অমসুং স্পর্শবর্ণনা মথাদা লৈরবদা অনুস্বার নত্রগা মথাদা লৈরিবা বর্গ-গী ময়েক অদুগী মঙাশুবা ময়েক ওই। মদুদি—সত্বরম্ + যাতি=সত্বরংযাতি, সম্+ শয়ঃ=সংশয়ঃ, ধনম্+ দদাতি=ধনংদদাতি, ধনন্দদাতি (৫)।

৭৬। করিগুম্বা ছ-না মথাদা লৈরবদা হ্রস্বময়েকপী মথাদা চ-না লৈরবদি চ-ছ অনি তিম্নরগা চ্ছ ওই। মদুদি—পরি+ছদঃ=পরিচ্ছদঃ, বৃক্ষ+ছায়া=বৃক্ষচ্ছায়া, সিত+ছত্রম্=সিতচ্ছত্রম্ (৬)।

৭৭। উৎ-উপসর্গ-গী মথাদা লৈরিবা স্থা অমসুং স্তম্ভ ধাতুগী স্ অদু লোপ (মাংবা) ওইগনি। মদুদি—উৎ+স্থানম্=উত্থানম্, উৎ+স্তম্ভনম্=উত্তম্ভনম্, উৎ+স্থিতি=উত্থিতিঃ (৭)।

---

৩। নশ্ছব্যপ্রশান্—অম্ পরে ছবি নকারান্তস্য পদস্য রুঃ স্যাৎ নতু প্রশান্ শব্দস্য।

হায়বগী অথদি—ছব্ (ছ ঠ থ চ ট) না মথাদা লৈরবদা নকারগী মফমদা রু (র) ওই। (র=ঃ=স্ নকারগী মফমদা পোক্লকপা সকার অদু অনুনাসিক ওই) প্রশান্ দি নত্তনা। প্রশান্গীদি—প্রশান্ + তনোদি =প্রশাস্তনোতি।

৪। ম শ্চাপদান্তস্য ঝলি —নস্য মস্য চাপদান্তস্য ঝল্যনুস্বারঃ স্যাৎ। (ঝল্ —ঝ ভ ঘ ঢ ধ জ ব গ ড দ, খ ফ ছ ঠ থ, চ ট ত ক প, শ ষ স,হ)।

অনুস্বারস্য যয়ি পরসবর্ণঃ —অম্ +কিতঃ= অঙ্কিতঃ

(১) ঝল্ হায়বদি বর্গগী প্রথম, দ্বিতীয়, তৃতীয় অমসুং চতুর্থ বর্ণ অমদি শ ষ স হ না মথাদা লৈরবদা পদগী ময়াইদা লৈরিবা ম্ অমসুং ন্-গী মফমদা অনুস্বার ওই। খুদম—আক্রম্ + স্যতে =আক্রংস্যতে। ঝল্ প্রত্যাহারদগী তোঙানবনা লৈরবদি ওইরোই। খুদম—গম্ +যতে=গম্যতে, তৌইগুম্বসুং সম্ +রাট্ মফম অসিদদি ম্-গী মফমদা অনুস্বার ওইদ্রে; সম্রাট্ অসুম্মক লৈরে। সম্ +বন্ধঃ মসিনা বর্গীয় বকারনি হায়দুনা সংবন্ধঃ সম্বন্ধঃ অনিসিমক থোকই; তৌইগুম্বসুং অন্তঃস্থবকার না মথাদা লৈরবদি তশেংনা অনুস্বারতমক ওই। খুদম— বশংবদঃ।

[ যয় বর্ণ হায়বদি বর্গীয় বর্ণ-না মথাদা লৈরবদা পদগী ময়ায়দা লৈরিবা অনুস্বারগী মফমদা পরসবর্ণ (পরবর্গগী পঞ্চমবর্ণ ওই)। খুদম —অম্ +কিতঃ =অংকিতঃ, অঙ্কিতঃ; শাম্ +তঃ =শাংতঃ, শান্তঃ; গুম্ +ফিতঃ =গুংফিতঃ, গুম্ফিতঃ, বান্ +ছতি =বাংছতি =বাঞ্ছতি] ॥

৫। মোঽনুস্বারঃ— মান্তস্য পদস্যানুস্বারঃ স্যাদ্ধলি।

হল্ হায়বদি ব্যঞ্জনবর্ণনা মথাদা লৈরবদা পদগী মমৈদা লৈরিবা ম-গী মফমদা অনুস্বার ওই অমসুং (যয়্) বর্গগী ময়েক্না মথাদা লৈরবদা অনুস্বার নত্রগা অদুগুম্বা ময়েক অদুনা মথাদা লৈরবদা মথাদা লৈরিবা মহাক্কী মঙাশুবা ময়েক অদু ওই। খুদম— হরিম্ +বন্দে—হরিংবন্দে, মধুরম্ + হসতি =মধুরংহসতি। শম্ +করঃ= শংকরঃ, শঙ্করঃ।

৬। ঙ্কো। ৭। ঙাঃ হ্রস্বাৎ পূর্বস্য।

৭৮। করিগুম্বা ব্যঞ্জনবর্ণ, বর্গ-গী অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা ময়েক মত্রগা য র ল ব হ্-না মখাদা লৈরবদা অকারণগী তোঙানবা পদগী মমেদা লৈবা বর্গগী অহানবা ময়েক্কী মফমদা অদুগুম্বা বর্গদুগী অহুমশুবা ময়েক ওইগনি। মদুদি—দিক্+অন্তঃ =দিগন্তঃ, বাক্ + আলম্=বাগালম্, অচ্+অন্তঃ=অজন্তঃ, দিক্+হস্তী=দিগ্‌হস্তী (ক) (ঝয়োহোঽন্যতরস্যাম্) (৮)।

৭৯। করিগুম্বা ব্যঞ্জনবর্ণ মত্রগা গ ঘ দ ধ ব ভ য র ব-না মখাদা লৈরবদা পদগী মমেদা লৈরিবা ত্-গী মফমদা দ্-ওই। মদুদি—জগৎ+অন্তঃ=জগদন্তঃ, জগৎ+বন্ধুঃ=জগদ্বন্ধুঃ (৮)।

৮০। করিগুম্বা ন মত্রগা ম-না মখাদা লৈরবদা পদগী মমেদা লৈরিবা বর্গ-গী অহানবা ময়েক অদুগী মফমদা মঙাশুবা মত্রগা অহুমশুবা ময়েক ওই (খ)। মদুদি—দিক্ + নাগঃ=দিঙ্নাগঃ, দিগ্নাগঃ; জগৎ+ নাথঃ=জগন্নাথঃ, জগদ্‌নাথঃ; মধুলিট্+মত্তঃ= মধুলিণ্মত্তঃ, মধুলিড্‌মত্তঃ; ভবৎ+ মতম্=ভবন্মতম্ , ভবদ্‌মতম্; অপ্+মানম্=অম্মানম্, অব্‌মানম্। তৌঈগুম্বসুং নবতি, নগরী অমসুং (নকার-গা লোয়নবা আম্) নাম্-না মখাদা লৈরবদা ট-গী মফমদা মঙাশুবা ময়েক ওই। মদুদি—ষট্+নবতিঃ=ষণ্ণবতিঃ (৯)।

৮১। ক, খ, ত, থ, প, ফ অমসুং স-না মখাদা লৈরবদা দ্ অমসুং ধ্-গী মফমদা ত্ ওই। মদুদি—বিপদ্ +পাতঃ=বিপৎপাতঃ ক্ষুধ্ + পিপাসে=ক্ষুৎপিপাসে,সমিধ্+সু= সমিৎসু (১০)।

৮২। তোঙানবা— র্ (রেফ্) না অদুগুম্বা ময়েক অদুগী মথক্তা কারবদি মখাগী ময়েক অদুগী বিকল্প ওইনা অনি ওই। তৌঈগুম্বসুং উষ্মবর্ণগীদি ওইরোই। মদুদি—কর্ম্ম, কর্ম; সর্ব্বম্, সর্বম্। উষ্মবর্ণগী খুদমদি—দর্শনম্ ,অমর্ষঃ। অনি ওইরবদা অহানবা ময়েক ওইরিবা বর্গগী অনিশুবা অমসুং মরিশুবা ময়েক্কী মফমদা মথং মনাও নাইনা অহানবা অমসুং অহুমশুবা ময়েক ওই। মদুদি—মূর্দ্ধা, গর্ভ্ভঃ; পক্ষ অমদা. মূর্ধা, গর্ভঃ।

৮৩। কৃ-ধাতুনা মখাদা লৈরবদা সম্ অমসুং পরি হায়বা উপসর্গগী মখাদা সুট্ আগম ওই। মদুদি—সম্ + কারঃ=সংস্কারঃ,পরি + কারঃ=পরিষ্কারঃ।

৮৪। বর্গগী অহানবা অমসুং অনিশুবা ময়েক অমসুং শ ষ স-না মখাদা লৈরবদা চবর্গগী মফমদা কবর্গ ওই অমসুং বর্গগী দ্বিতীয়, তৃতীয় অমসুং চতুর্থ বর্ণগী মফমদা

---

৮। ঝলাং জশোঽন্তে—পদান্তে ঝলাং জশঃ স্যুঃ।

(ক) বৈয়াকরণিকশিংনা কগী মখাদা হ লৈরবদি হগী মফমদা বিকল্প ওইনা ঘ ওইগনি। মদুদি—দিক্ +হস্তী = দিগ্ঘস্তী। ট-গী মখাদা হ লৈরবদি বিকল্প ওইনা হ-গী মফমদা ঢ ওইগনি। খুদম— পরিব্রাট্ + হসতি = পরিব্রাড্ঢসতি, পরিব্রাড্ হসতি। প-গী মখাদা হ লৈরবদি বিকল্প ওইনা হ-গী মফমদা ভ ওইগনি। খুদম— অপ্ + হরণম্, = অব্ভরণম্, অব্হরণম্।

(খ) (প্রত্যয়ে ভাষায়াং নিত্যম্ )। করিগুম্বা মাত্র মত্রগা ময় প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদি তশেংনা মঙাশুবা (পঞ্চমবর্ণ) দং ওই। খুদম—বাক্ + মাত্রম্ =বাঙ্‌মাত্রম্, চিৎ + ময়ম্ = চিন্ময়ম্।

৯। যরোঽনুনাসিকেঽনুনাসিকো বা—যরঃ পদান্তস্যানুনাসিকে পরে অনুনাসিকো বা স্যাৎ।

১০। খরি চ—খরি পরে ঝলাং চরঃ স্যুঃ। (খর্ —খ ফ ছ ঠ থ চ ট ত ক প শ ষ স ; চর্—চ ট ত ক প শ ষ স )।

প্রথম বর্ণ ( অহানবা ময়েক ) ওই। মদুদি —বাচ্ + পটুতা=বাক্ পটুতা, বণিজ্ + পুত্রঃ =বনিক্‌পুত্রঃ, বিপদ্ + কালঃ=বিপৎকালঃ, তুম্ + কামঃ=তুংকামঃ।

৮৫। মনস্ অমসুং কাম শব্দনা মথাদা লৈরবদা তুম্ প্রত্যয়গী মকারগী লোপ ওই। মদুদি—গন্তুম্+মনাঃ=গন্তুমনাঃ, কর্ত্তুম্+কামঃ=কর্ত্তু কামঃ।

তোঙানবা—বিদ্বস্ +জনঃ=বিদ্বজ্জনঃ, পুম্+কোকিলঃ=পুংস্কোকিলঃ, পুম্ + চকোরঃ=পুংশ্চকোরঃ, সুগণ্ + ষষ্ঠঃ=সুগণ্টষষ্ঠঃ, প্রাঙ্ + ষষ্ঠঃ=প্রাঙ্‌ক্‌ষষ্ঠঃ অসিন-চিংবা অসি নিপাতনদা পাংথোক্‌ই।

৮৬। পদগী মমৈদা লৈবা র্ অমসুং স্-গী বিসর্গ ওই। মদুদি—প্রাতর্=প্রাতঃ বহিস্ =বহিঃ।

৮৭। বিসর্গগী মফমদা চ-ছ-না মথাদা লৈরবদা তালব্য-শ্, ট-ঠ-না মথাদা লৈরবদা মূর্দ্ধন্য-ষ্ অমসুং ত-থ-না মথাদা লৈরবদা দন্ত্য-স্ ওই। মদুদি—পূর্ণঃ+ চন্দ্রঃ=পূর্ণশ্চন্দ্রঃ, তরোঃ + ছায়া=তরোশ্চায়া, ভীতঃ + টলতি =ভীতষ্টলতি, ছিন্নঃ + ঠক্কুরঃ= ছিন্নষ্ঠক্কুরঃ, নদ্যাঃ + তীরম্=নদ্যাস্তীরম্, ক্ষিপ্তঃ+থূৎকারঃ=ক্ষিপ্তস্থূৎকারঃ (১১)।

৮৮। করিগুম্বা তালব্য-শ, মূর্দ্ধন্য-ষ,দন্ত্য-স-না মথাদা লৈরবদা বিসর্গ-গী মফমদা বিকল্প ওইনা শ্, ষ্ অমসুং স্ ওই। মদুদি—সুপ্তঃ + শিশুঃ=সুপ্তশ্‌শিশুঃ, সুপ্তঃশিশুঃ; মত্তঃ+ষট্‌পদঃ=মত্তষ্‌ষট্‌পদঃ, মত্তঃষট্‌পদঃ; প্রথমঃ+সর্গঃ= প্রথমস্‌সর্গঃ প্রথমঃ সর্গঃ (১২)।

৮৯। অকারগী মথাদা বিসর্গ লৈরবদা অকার না মথাদা লৈবা মথক্কী অকার অমসুং বিসর্গ অনি অসিগী মফমদা ও ওই। ওকার অদু মথক্কী ময়েক্তা তিনখিগনি অমসুং মখাগী অকার অদু লোপ ওইগনি। মদুদি —নরঃ+অয়ম্=নরোঽয়ম্, বেদঃ+অধীতঃ= বেদোঽধীতঃ; নবঃ + অঙ্কুরঃ=নবোঽঙ্কুরঃ, জ্বলিতঃ+অঙ্গারঃ= জ্বলিতোঽঙ্গারঃ (১৩) (ক)।

৯০। বর্গগী অহুমশুবা, অনিশুবা অমসুং মঙাশুবা ময়েক অমদি য র ল ব হ্ -না মথাদা লৈরবদা অকার অমসুং অকারগী মথাদা লৈবা বিসর্গ অনিগী মফমদা ও ওইগনি। ওকার অদু মথক্কী ময়েক্তা তিনখিগনি। মদুদি—শোভনঃ+গন্ধঃ= শোভনো গন্ধঃ, নূতনঃ + ঘটঃ=নূতনোঘটঃ, শান্তঃ+রোষঃ= শান্তোরোষঃ, কৃতঃ+লোভঃ কৃতোলোভঃ; মনঃ+ রমঃ=মনোরমঃ (পূক্রিং হুবা) শীতঃ + বায়ুঃ=শীতোবায়ুঃ, বামঃ+ হস্তঃ=বামোহস্তঃ (১৪)।

---

১১। (স্তোঃ শ্চুনা শ্চুঃ); ষ্টুনা ষ্টুঃ, বিসর্জনীয়স্য সঃ।

১২। বা শরি —শরি পরে বিসর্জনীয়ো বা স্যাৎ।

১৩। সসজুষোরুঃ —পদান্তস্য সস্য সজুষ্ শব্দস্য চ রুঃ স্যাৎ।

হায়বদি —পদান্তদা লৈরিবা স্ অমসুং সজুষ্ শব্দগী ষ-গী মফমদা রু (র্) ওই। মদুদি— রামস্ —রামর্, মুনিস্ —মুনির্।

(ক) অতোরোরপ্লুতাদপ্লুতে —অপ্লুতাদতঃ পরস্য রো রুঃ স্যাদপ্লুতেঽতি।

হায়বদি—(প্লুত নত্তবা) অকারনা মথাদা লৈরবদা (প্লুত নত্তবা) অকারগী মথাদা লৈরিবা বিসর্গগী মফমদা উ ওই। (অদুগা মথাগী অকার অদু লোপ ওই) (অ+উ=ও)।

১৪। হশি চ।

হায়বদি —হশ্ (হ য় ব র ল, অমসুং বর্গীয় তৃতীয়, চতুর্থ, অমসুং পঞ্চমবর্ণনা মথাদা লৈরবদা অকারগী মথাদা লৈরিবা বিসর্গগী মফমদা উ ওই। (অ+উ=ও)।

## বা[illegible]সন্ধি

১১। অকার নত্তবা স্বরবর্ণ না মথাদা লৈরবদি অকারগী মথাদা লৈরিবা বিসর্গ-গী লোপ ওই। লোপ ওইরবা মতুংদা সন্ধি অমুক তৌরোই। মদুদি—কৃতঃ+আগতঃ = কৃতআগতঃ (১) নরঃ+ইব=নরইব, রামঃ+উবাচ=রাম উবাচ, দেবঃ+ঋষিঃ=দেবঋষিঃ। (১৫)

১২। স্বরময়েক, বর্গ-গী অহুমশুবা, মরিশুবা অমসুং মঙাশুবা ময়েক্কা নত্রগা য র ল ব হ না মথাদা লৈরবদি আকারদগী মথা থংনা লৈরিবা বিসর্গ-গী লোপ ওই। লোপ ওইরবগী মতুংদা সন্ধি অমুক হন্না তৌরোই। মদুদি — অশ্বাঃ + অমী = অশ্বা অমী, (২) হতাঃ+গজাঃ =হতাগজাঃ, অশ্বাঃ+ধাবন্তি =অশ্বাধাবন্তি, উন্নতাঃ + নগাঃ =উন্নত নগাঃ, নরাঃ + লভন্তে = নরা লভন্তে, বাতাঃ + বান্তি = বাতা বান্তি, বালকাঃ + হসন্তি = বালকাহসন্তি। (১৫)

১৩। স্বরময়েকনা, বর্গগী অহুমশুবা, মরিশুবা অমসুং মঙাশুবা ময়েক্কা অমদি য র ল ব হ -না মথাদা লৈরবদি অ আ নত্তবা স্বর ময়েক্কী মথাদা লৈরিবা বিসর্গগী মফমদা র্ ওই। মদুদি—কবিঃ+অয়ম্=কবিরয়ম্, রবিঃ+উদেতি=রবিরুদেতি, গুরুঃ + জয়তি =গুরুর্জয়তি, নিঃ+ ধনঃ=নির্ধনঃ, বায়ুঃ+ বাতি = বায়ুর্বাতি, শিশুঃ + হসতি = শিশুর্হসতি। (১৬)

১৪। স্বর ময়েকনা, বর্গগী অহুমশুবা, মরিশুবা অমসুং মঙাশুবা ময়েক নত্রগা য র ল ব হ না মথাদা লৈরবদা অকারদগী মথা থংনা লৈরিবা র-দগী পোক্ককপা বিসর্গগী মফমদা র্ ওই। (৩) মদুদি—পুনঃ+অপি=পুনরপি, স্বঃ+গতঃ=স্বর্গতঃ, দুহিতঃ+যাহি=দুহিতর্যাহি। (১৭)

১৫। র-না মথাদা লৈরবদা বিসর্গগী মফমদা ওইরকপা র-গী লোপ ওই অমসুং মথক্কী স্বরগী অদু দীর্ঘ ওইগনি। মদুদি—পিতঃ + রক্ষ =পিতারক্ষ, নিঃ + রসঃ=নীরসঃ, নিঃ + রোগঃ =নীরোগঃ, বিধুঃ + রাজতে =বিধূরাজতে। (১৮)

---

১৫ ভো ভগো অঘো অপূর্ব্বস্য যোঽশি।

হায়বদি — অশ্ (স্বরবর্ণ, হ য ব র ল অমসুং বর্গীয় তৃতীয়, চতুর্থ, অমসুং পঞ্চম বর্ণ-না মথাদা লৈরবদা ভোঃ,ভগো, অঘো, অমসুং অবর্ণগী মথাদা লৈরিবা (রু) বিসর্গগী মফমদা য্ ওই বিকল্প ওইনা, বিসর্গগী লোপসু ওই।

১৬। ( সসজুষো রুঃ)

(১) বৈয়াকরণিকশিংনা বিসর্গগী মফমদা মত অমদা য্ ওইগদবনি হায়বসু য়াওই। খুদম—কৃতঃ+আগতঃ =কৃত আগতঃ, কৃতয়াগতঃ; কঃ +এষঃ =কএষঃ, কয়েষঃ।

(২) বৈয়াকরণিকশিংনা স্বরবর্ণনা মথাদা লৈরবদা আকারগী মথাদা লৈরিবা বিসর্গগী মফমদা মত অমদা য্ ওইগদবনি হায়বা য়াওই। খুদম—গজাঃ +ইমে=গজা ইমে,গজায়িমে; নরাঃ+এতে =নরা এতে, নরায়েতে।

(৩) পুনঃ, প্রাতঃ, অন্তঃ, স্বঃ-নচিংবা পদগী বিসর্গ অমসুং ঋকারান্ত শব্দগী সম্বোধনগী একবচনদা থোকপা পদগী বিসর্গদু (রজাত)নি হায়বদি রদগী পোকপা বিসর্গনি।

১৭। হশি চ।

১৮। রো রি— রেফস্য রেফে পরে লোপঃ স্যাৎ।

ঢ্রলোপে পূর্ব্বস্য দীর্ঘোঽণঃ— শম্ভুঃ +রাজতে =শম্ভূরাজতে।

হায়বদি ঢ অমদি র্ লোপ ওইরবদা মথক্তা লৈরিবা অণ্ (অ ই উ) গী দীর্ঘ ওই।

৯৬। অকার নত্তবা স্বরনা নত্রগা ব্যঞ্জনময়েক মথাদা লৈরবদি সঃ এষঃ হায়বা রাহে অনি অসিগী বিসর্গগী লোপ ওই। লোপকী মতুংদা সন্ধি অমুক তৌবোহি। মদুদি —সঃ + আগতঃ=সআগতঃ, সঃ+ গচ্ছতি =সগচ্ছতি, এষঃ+ করোতি =এষ করোতি। (১৯)

৯৭। স্বর ময়েক, বর্গগী অহুমশুবা, মরিশুবা, অমসুং মঙাশুবা নত্রগা য র ল ব হ্ না মথাদা লৈরবদা ভোঃ হায়বা পদ অসিগী বিসর্গ লোপ ওই। লোপ ওইরবা মতুংদা সন্ধি অমুক তৌররোহি। মদুদি—ভোঃ+ঈশান=ভো ঈশান, (১) ভোঃ+গদাধর=ভোগদাধর, ভোঃ+জনমেজয়=ভো জনমেজয়। (২০)

৯৮। ক, খ, প, ফ-না মথাদা লৈরবদা নিঃ আবিঃ, বহিঃ,দুঃ,প্রাদুঃ, চতুঃ হায়বা শব্দশিং অসিগী বিসর্গগী মফমদা মূর্দ্ধন্য-ষ্ ওই। মদুদি—নিঃ+কামঃ=নিষ্কামঃ, নিঃ+খেদঃ =নিষ্খেদঃ, নিঃ+পাপঃ=নিষ্পাপঃ, নিঃ+ফলঃ=নিষ্ফলঃ,চতুঃ+পাদম্=চতুষ্পদম্।

৯৯। ক, খ, প, ফ-না মথাদা লৈরবদি, হবিঃ, সর্পিঃ, আয়ুঃ, ধনুঃ নচিংবগী (২) বিসর্গগী মফমদা বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ষ্ ওই। খুদম—হবিঃ+পততি=হবিষ্পততি, হবিঃ পততি; সর্পিঃ+পততি =সর্পিষ্পততি, সর্পিঃপততি। সমাস তৌরবদি নিত্য ওইনা ওইগনি। মদুদি—হবিঃ+পানম্=হবিষ্পানম্, ধনুঃ+পাণিঃ=ধনুষ্পাণিঃ। (৩)

১০০। তকারনচিংবা তদ্ধিত প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা হ্রস্বইকার অমসুং হ্রস্বউকারগী মথাদা লৈবা বিসর্গগী মফমদা মূর্দ্ধন্য ষ্ ওই। মদুদি — অর্চিঃ+ত্বম্=অর্চিষ্টম্, চতুঃ+তয়ম্ =চতুষ্টয়ম্।

১০১। কৃ ধাতুনা মথাদা লৈরবদা নমঃ, পুরঃ, তিরঃ হায়বা অহুম অসিগী বিসর্গগী মফমদা দন্ত্য-স্ ওই। মদুদি—নমঃ+কারঃ=নমস্কারঃ, পুরঃ+কারঃ=পুরস্কারঃ, তিরঃ+কারঃ =তিরস্কারঃ। নমঃ+কৃত্য=নমস্কৃত্য, পুরঃ+কৃত্য=পুরস্কৃত্য ।

১০২। কর, কার কাম্ভ, কাম, কুম্ভ অমসুং পাত্র শব্দনা মথাদা লৈরবদা অকারগী মথাদা লৈরিবা বিসর্গগী মফমদা দন্ত্য-স ওই। মদুদি—শ্রেয়ঃ+করঃ=শ্রেয়স্করঃ, পুরঃ+কারঃ= পুরস্কারঃ, অয়ঃ+কান্তঃ= অয়স্কান্তঃ, মনঃ+কামঃ= মনস্কামঃ, অয়ঃ+কুম্ভঃ= অয়স্কুম্ভঃ, পয়ঃ+ পাত্রম্=পয়স্পাত্রম্।

১০৩। অমঃ+কাণ্ডঃ, মেদঃ+পিণ্ডঃ, ভাঃ+করঃ, অহঃ+করঃ, বাচঃ+পতিঃ দিবঃ+ পতিঃ, অয়ঃ+কীলঃ নচিংবশিং অসিগী বিসর্গ-গী মফমদা স্ ওই। মদুদি— অমস্কাণ্ডঃ,মেদস্পিণ্ডঃ, ভাস্করঃ, অহস্করঃ, বাচস্পতিঃ, দিবস্পতিঃ।

---

১৯। এতত্তদোঃ সুলোপোঽকোরনঞ্ সমাসে হলি।

হায়রবদি অকার নত্তবা স্বর অমসুং হল্ (ব্যঞ্জন) বর্ণ-না মথাদা লৈরবদা তদ্ শব্দগী সঃ অমসুং এতদ্ শব্দগী এষঃ হায়বা পদ অনি অসিগী বিসর্গ লোপ ওই। ক প্রত্যয় অমসুং নঞ্ সমাসদি নত্তবদা। খুদম — এষকঃ+রুদ্রঃ=এষকোরুদ্রঃ, (ন সঃ অসঃ) অসঃ+যাতি= অসোযাতি।

২০। (ভো-ভগো অঘো অপূর্বস্য যোঽশি।)

(১) স্বরবর্ণ-না মথাদা লৈরবদা বৈয়াকরণিকশিংনা মত অমদা য্ ওইগদবনি হায়বা য়াওই। খুদম —ভোঃ +ঈশান =ভোয়ীশান।

(২) হবিঃ, সর্পিঃ, বহিঃ, অর্চিঃ, রোচিঃ, শোচিঃ, আয়ুঃ, ধনুঃ, চক্ষুঃ, বপুঃ, যজুঃ, অসিনচিংবা।

(৩) ভ্রাতুঃ+পুত্র শব্দগী বিসর্গগী মফমদা ষ্ ওই। খুদম— ভ্রাতুষ্পুত্রঃ।

হ-না মথাদা লৈরবদা বিকল্প ওইনা বিসর্গগী লোপ ওই। মদুদি—মনঃ+হঃ=মনহঃ, মনঃ হঃ; দুঃ+হঃ=দুহঃ, দুঃহঃ।

**তোঙানবা মরা**—বিশ্বস্+জনঃ=বিশ্বজনঃ; পুম্+কোকিলঃ=পুংস্কোকিলঃ, পুম্+চকোরঃ=পুংশ্চকোরঃ, ভুবঃ+লোকঃ=ভুবর্লোকঃ, অহঃ+অহঃ=অহরহঃ, অহঃ+দিবম্=অহর্দ্দিবম্ অসিনচিংবা অসি নিপাতন-দা পাংথোকই।

## নৈনবা

**সন্ধি তিনশিনবা**—গচ্ছন্+চিন্তয়তি, মহান্+লোভঃ, স্বঃ+গতঃ, প্রাতঃ+রম্যম্ (প্রাতারম্যম্), শ্বঃ+ভবিতা, ধাবন্+চলিতঃ, তৎ+হিতম্, শ্রীমন্+আগতঃ, হরি+রক্ষতি (হরীরক্ষতি), বাচ্+মাত্রম্, ভবান্+চরতি, তৎ+শয্যা, সাধুঃ+আয়াতি, পুনঃ+গতঃ, অস্মিন্+তু, ব্রহ্মন্+অপাপা, নীড়াঃ+দৃষ্টাঃ, তরু+ছায়া, ভবান্+ত্রায়তাম্, গুরু+রমতে, তান্+শশকান্, প্রাণান্+ত্যজামি, ততঃ+ভগবান্, অতঃ+উচ্যতে, সঃ+ইচ্ছতি, পুনঃ+রমতে (পুনারমতে), হসন্+আগতঃ, প্রসৃতঃ+অয়ম্, মাতৃ+দুঃখম্, যাদৃক্+রূপম্ বৃহৎ+শকটম্, জগৎ+নাথঃ, চিৎ+ময়ম্, পূর্ণঃ+চন্দ্রঃ, শীঘ্রম্+চলতি, ভাঃ+করঃ, দেবঃ+ঋষিঃ, উৎ+স্থাপয়তি, পুম্+কোকিলঃ, বায়সঃ+আহ, এতস্মিন্+অন্তরে, ভোঃ+অচ্যুত, শিশুঃ+হসতি, দেবঃ+অয়ম্, এষঃ+গচ্ছতি, নদীম্+তরতি, নমঃ+তস্মৈ, নিঃ+রোগঃ, অমসুং মনঃ+রথঃ।

**সন্ধি খাইদোকপা**—তদ্ধিতম্, বিলাম্ভিরম্য, যচ্ছক্যম্, সন্নিমিত্তে, কস্তম্, জম্বুকোক্রতে, মৎস্যাউচুঃ, সন্নব্রবীৎ। তন্ময়ম্, জগদ্বন্ধুঃ, পতংস্তরুঃ, দিগন্তঃ, ক্ষুৎপিপাসে, বালকাহসন্তি, হরিরয়ম্, বিধুরাজতে, নিষ্পাপঃ, চতুষ্টয়ম্, এষ আয়াতি, তচ্ছৃণুষ, মহস্তবেৎ, সনূনম্, বুদ্ধির্যস্য, ভোযুক্তম্, অমসুং ততোঽসৌ।

**অরানবা চুমথোকউ**—পিতো রক্ষ মাম্। তরোর্ছায়ায়ামুপবিশ। হসঞ্চলতি অসৌ+যুবা। দ্বে চক্ষুষ্যন্ধে। পুংস্কোকিলোগায়ন্তি। সর্পস্য শিরমনিঃ অস্তি। সদ্যসদ্যঃ পাঠভঙ্গঃ জাতঃ। নিরসোতরুঃ। কৃতাগতোঽহসি।

---

## ণত্ববিধান

### (ন-দগী ণ-ওইবা)

১০৪। ঋ ৠ র্ মূর্দ্ধন্য-ষ্ হায়বা ময়েক মরি অসিদগী মথা থংনা পদ অমত্তদা দন্ত্য-ন লৈরবদি দন্ত্য-ন অদু মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—নৃণাম্, তিসৃণাম্, ভ্রাতৃণাম্, চতুর্ণাম্, বিকীর্ণম্, কৃষ্ণঃ, দোষ্ণা, পুষ্ণামি। (১)

১০৫। স্বর ময়েক, কবর্গ, পবর্গ য ব হ অমসুং অনুস্বারনা মরক্তা খল্লবদসু দন্ত্য-ন্ অদু মূর্দ্ধন্য-ণ্ ওই। মদুদি—করণম্, হরীণাম্, গুরুণা, মৃগেণ, দর্পেণ, ক্রমেণ, বৃংহণম্ (২) (ক)

---

১। **রষাভ্যাং নো ণঃ সমানপদে**—একপদস্থাভ্যাং রেফষকারাভ্যাং পরস্য নস্য ণঃ স্যাৎ।

২। **অট্‌কুপ্বাঙ্‌নুম্ব্যবায়েঽপি।**

(ক) মসিদগী তোঙানবা ময়েক্না মরক্তা খল্লবদা দন্ত্য-নগী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। খুদম—অর্চ্চনা, মূর্চ্ছনা, অর্জ্জনম্, কিরীটেন, মৃড়েন, দৃঢ়েন, আর্ত্তেন, অর্থেন, বিমর্দ্দেন, অর্দ্ধেন, বিরলেন, স্পর্শেন, রসেন।

১০৬। পদগী মমৈদা লৈবা দন্ত্য-ন অদু মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। মদুদি—নরান্, হরীন্, গুরূন্, ভ্রাতৄন্, মৃগান্, বৃক্ষান্। (৩)

১০৭। দন্ত্য ন-দি নত্তবা তবর্গ-গা লোয়নবা অমসুং প নত্রগা ভ-গা লোয়নবা দন্ত্য-ন অদু মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। মদুদি—বৃন্তুতি, গ্রন্থনম্, বৃন্দঃ রুন্দ্ধি, তৃপ্নোতি, ক্ষুভ্নাতি।

১০৮। পদ অমদা ঋ, ৠ, র্, ষ, তাদুগা পদ অমদনা দন্ত্য-ন লৈরবদি, ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। মদুদি—নৃযানম্, গিরিনন্দিনী, বৃষবাহনঃ, সর্ব্বনাম।

১০৯। করিগুম্বা অতোপ্পা পদদা লৈবা দন্ত্য-ন অদু বিভক্তিগী মফমদা পোক্লকপা ওইরবা নত্রগা বিভক্তিগা লোয়নরবা অমদি স্ত্রীলিঙ্গদা তৌবা ঈপ্ প্রত্যয়গা লোয়ননা লৈরবদি বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—বিভক্তিগী মফমদা পোকপা ন—প্রভাবেণ, প্রভাবেন; বিভক্তিগা লোয়নবা ন—বিষপায়িনা, বিষপায়িণা (ক) ঈপ্ প্রত্যয় লোয়নবা দন্ত্য-ন—বিষপায়িণী, বিষপায়িনী। (৪) (খ)

১১০। মথাগী পদ অদু স্বর অমত্তা যাওরবদি নত্রগা কবর্গ-গা লোয়নবা দন্ত্য-ন ওইরবদি নিত্য ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—স্বর অমত্তা ওইবা—প্রভুণা, বৃত্রহণৌ; কবর্গ-গা লোয়নবা—দুর্গমেণ, আর্দ্রগোময়েণ, শুষ্কগোময়েণ, পরিপাকেণ। (৫) (গ)

১১১। ওষধি (ঘ) (মহৈ হেক মুনবদা মপাম্বী কংবা) অমসুং বৃক্ষ-বাচক (উ-খংনবা) শব্দগী মথাদা লৈবা বন শব্দগী দন্ত্য-ন অসি বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি —ব্রীহিবণম্, ব্রীহিবনম্; মাষবণম্, মাষবনম্; দর্ভবণম্, দর্ভবনম্; লোধ্রবণম্, লোধ্রবনম্; বদরীবণম্, বদরীবনম্; শিরীষবণম্, শিরীষবনম্; জম্বীরবণম্, জম্বীরবনম্। (৬)(ঙ)

১১২। শর, ইক্ষু, প্লক্ষ, আম্র, খদির হায়বা শব্দশিং অসিগী মথাদা লৈরিবা বন শব্দগী ন-গী নিত্য ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—শরবণম্, ইক্ষুবণম্, প্লক্ষবণম্, খদিরবণম্। অদুগা প্র, নির্, অন্তর্ অমসুং (সংজ্ঞাবাচক) অগ্রে হায়বা শব্দ কয়ামুক অসিগী মথাদা লৈবা বন শব্দগী ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—প্রবণম্, নির্বণম্, অন্তর্বণম্, অগ্রেবণম্ (অগ্রা টাউন) তৌইগুম্বসুং অগ্রেবণম্-গী অর্থদি—বনাগ্রম্ (বনগী মমাং)। (৭)

১১৩। অতোপ্পা পদ-দা লৈবা র-নচিংবগী মথাদা লৈবা পান শব্দগী ন-গী বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—ক্ষীরপাণম্, ক্ষীরপানম্, বিষপাণম্, বিষপানম্, নীরপাণম্, নীরপানম্। (৮)

---

৩। পদান্তস্য। ৪। [illegible]

৫। একাজুত্তরপদে ণঃ। কুমতি চ।

৬। বিভাষৌষধিবনস্পতিভ্যঃ।

৭। প্রনিরন্তঃশরেক্ষুপ্লক্ষাম্রকার্ষ্যখদিরপীযূক্ষাভ্যোঽসংজ্ঞায়ামপি।

৮। (পানং দেশে) বা ভাবকরণয়োঃ।

(ক) যুবন্ শব্দগীদি ওইরোই। খুদম—নৃযুবানৌ, ক্ষত্রিয়যূনা।

(খ) ভগিনী, কামিনী, ভামিনী, যামিনী, যূনী নচিংবগী দন্ত্য-নগী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। খুদম—পিতৃভগিনী, হরকামিনী, ঘোরযামিনী।

(গ) পক্ব শব্দগী ওইরোই। খুদম—পরিপক্বেন, পরিপক্বানি, পরিপক্বানাম্।

(ঘ) শস্য অদু মুন্নবা মতমদা পাম্বী খুদিংমক্কী মপুন্সি লোইবা মখোয় অদুবু ওষধি কৌই।

(ঙ) স্বর অনি নত্রগা স্বর অহুম নত্রবদি ওইরোই। খুদম—দেবদারুবনম্, উদুম্বরবনম্, নাগরঙ্গবনম্, নারিকেলবনম্, বোধিদ্রুমবনম্ কোবিদারবনম্, রাজবৃক্ষবনম্, সহকারবনম্, কুরুবকবনম্, কর্ণিকারবনম্, সিন্ধুবারবনম্, নাগকেশরবনম্।

১১৪। চহি খংনবদা ত্রি অমসুং চতুর্ শব্দগী মখা থংনা লৈবা হায়ন শব্দগী ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—ত্রিহায়ণো বৎসঃ, চতুর্হায়ণী গৌঃ। (৯)

১১৫। প্র-না মথক থংবা, অপর-নচিংবা শব্দগী মখাদা লৈবা অহ্ন-শব্দগী ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—প্রাহ্ণ, পূর্ব্বাহ্ণঃ, অপরাহ্ণঃ। (১০)

১১৬। পর, পার, উত্তর, চন্দ্র, নারা শব্দগী মখাদা লৈবা অয়ন শব্দগী ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—পরায়ণম্, পারায়ণম্, উত্তরায়ণম্, চান্দ্রায়ণম্, নারায়ণঃ। (১১)

১১৭। অগ্র অমসুং গ্রাম শব্দগী মখাদা লৈবা নী ধাতুগী ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—অগ্রণীঃ, গ্রামণীঃ। (১২)

১১৮। মমিং খংনবা সূর্পগী মখাদা লৈবা নখ-গী ন-গী অমসুং প্র, দ্রু, খর অমসুং বাধ্রী শব্দগী মখাদা লৈবা নস-গী ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—শূর্পণখা প্রণসঃ, দ্রুণসঃ বাধ্রীণসঃ। মমিং খংনদবদা শূর্পনখা। (১৩)

১১৯। গিরিনদী-নচিংবগী (ক) ন-গী বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—গিরিণদী, গিরিনদী ; স্রুণদী স্রুনদী ; গিরিণিতম্বঃ, গিরিনিতম্বঃ। (১৪)

১২০। অহানবা পদগী মমৈদা মূর্দ্ধন্য-ষ লৈরবদি মখাগী পদদা য়াওবা দন্ত্য-ন অদু মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। মদুদি—হবিষ্পানম্, আয়ুষ্কামেন, সর্পিষ্পায়িনা। (১৫)

১২১। প্র, পরা, পরি, নির্ হায়বা উপসর্গশিং অসিগী অমদি অন্তর্ শব্দগী মখাদা নদ-নচিংবা (খ) ধাতু লৈরবদি মখোয়শিং অদুগী দন্ত্য-ন গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইগনি। মদুদি, নদ্—প্রণদতি। নম্—প্রণমতি, প্রণামঃ, পরিণমতি, পরিণামঃ। নশ্—প্রণশ্যতি প্রণাশঃ। (গ) নহ্—পরিণাহঃ। নী—প্রণয়তি, প্রণয়ঃ, পরিণয়ঃ, নির্ণয়ঃ। নু—প্রণবঃ। নুদ্—প্রণোদঃ। অন্—প্রাণিতি, প্রাণঃ হন্—প্রহণ্যতে, প্রহণনম্। (ঘ) (১৬)

১২২। করিগুম্বা হন্ ধাতুগী ন-না ম-গা লোয়নবা নত্রগা ব-গা লোয়নবা ওইরবদি বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—প্রহণ্মি, প্রহন্মি, প্রহণ্বঃ, প্রহন্বঃ। (১৭)

১২৩। নিংস্, নিক্ষ্, নিন্দ্ হায়বা ধাতু অহুম অসিগী দন্ত্য-নগী বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি, নিংস্—প্রণিংসিতব্যম্, প্রনিংসিতব্যম্ ; নিক্ষ্—প্রণিক্ষণম্, প্রনিক্ষণম্, প্রণিন্দতি, প্রনিন্দতি। (১৮)

---

৯। ত্রিচতুর্ভ্যাং হায়নস্য ণত্বং বাচ্যম্। (বয়ো বাচকস্যৈব, ঙীপ্ ণত্বম্)।
১০। অহ্নোঽদন্তাৎ। ১১। অয়নঞ্চ ১২। অগ্রগ্রামাভ্যাং নয়তেঃ। (ণত্বম্)—
১৩। পূর্ব্বপদাৎ সংজ্ঞায়ামগঃ—উপসর্গাৎ বহুলম্ ১৪। গিরিনদ্যাদীনাং বা।
১৫। ষাৎ পদান্তাৎ (নিষেধঃ)। ১৬। উপসর্গাদসমাসেঽপি ণোপদেশস্য।
১৭। হন্তেঃ—অৎপূর্ব্বস্য।(বামোর্ব্বা)। ১৮। বা নিংসনিক্ষনিন্দাম্—

(ক) গিরিনদী, স্রুনদী, গিরিনিতম্ব, গিরিনখ, গিরিনদ্ধ, চক্রনদী, চক্রনিতম্ব, তূর্যমান, মাষোন, আর্গয়ন।

(খ) নদ্, নম্, নশ্, নহ্, নী, নু, নুদ্, অন্, হন্।
নদো নমো নশশ্চৈব নহনীনুনুদস্তথা।
অনো হনশ্চেতি নব নদাদির্গণ ইষ্যতে॥

(গ) নশ্ ধাতুগী শ্ অসি ষ্ ওইরবদা ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। মদুদি—প্রনষ্টঃ, পরিনষ্টঃ, নির্নষ্টঃ, অন্তর্নষ্টঃ।

(ঘ) হন্ ধাতুগী হ-গী মকমদা ঘ ওইরবদা ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইরোই। মদুদি—প্রঘ্নন্তি, পরিঘ্নন্তি, পর্য্যঘানি, শত্রুঘ্নঃ।

১২৪। হিনু অমসুং মীনাগী ন অদু মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি, হিনু—প্রহিণোতি, প্রহিণুতঃ, প্রহিণ্বন্তি। মীনা—প্রমীণাতি, প্রমীণীতঃ, প্রমীণন্তি। (১৯)

১২৫। লোট্ কী আনি হায়বা বিভক্তিগী দন্ত্য-নগী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি—প্রভবাণি, পরিভবাণি, প্রবহাণি। (২০)

১২৬। গদ্-নচিংবা (১) ধাতুগী মথক্তা লৈবা নি উপসর্গগী ন অদু মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি, গদ্—প্রণিগদতি, পত্—প্রণিপততি, প্রণিপাতঃ; ধা—প্রণিধানম্, হন্—প্রণিহন্তি। (২১)

১২৭। ধাতুগী মথক্তা প্র, পরা, পরি, নির্ হায়বা উপসর্গ মরি অসি অমদি অন্তর্ শব্দ লৈরবদি কৃৎ প্রত্যয়গী দন্ত্য-ন অদুগী মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি, যা—প্রয়াণম্, হা—প্রহাণম্, বহ্—প্রবহমাণঃ, মা—প্রমাণম্, পরিমাণম্। (২২)

১২৮। অয়াম্বা ধাতুগী অহৌবদা ব্যঞ্জন-ময়েক লৈরবদি অমসুং অরোইবা ময়েক্তী মথক্তা অ, আ নত্তবা স্বরময়েক লৈরবদি মখোয়গী মখাদা তৌবা কৃৎ প্রত্যয়গী ন-গী বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি, কুপ—প্রকোপণম্, প্রকোপনম্; গুপ্—পবিগোপণম্, পরিগোপনম্। (২৩)

১২৯। ণ্যন্ত ধাতুগী মখাদা তৌবা কৃৎ প্রত্যয়গী ন-গী বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ণ ওই। মদুদি, যাপি—প্রযাপণম্, প্রযাপনম্; বাহি—প্রবাহণম্, প্রবাহনম্। (২৪)

১৩০। ভা, ভূ, পূ, কম্, গম্, প্যায়্, বেপ্, কম্প্, হায়বা ধাতুশিং অসি ণি তৌরবদি মখোয়গী মখাদা তৌবা কৃৎ-প্রত্যয়গী ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইররোই। মদুদি, ভা—পরিভানীয়ম্, পরিভাপনীয়ম্; ভূ—পরিভবনীয়ম্, পরিভাবনীয়ম্। (২৫)

১৩১। কৃৎ প্রত্যয়গী দন্ত্য-ন অদু ব্যঞ্জন ময়েক্তা লোয়নরবদি মূর্দ্ধন্য-ণ ওইররোই। মদুদি—প্রভগ্নঃ, প্রমগ্নঃ, পরিমগ্নঃ।

মহৌশানা মূর্দ্ধন-ণ ওইবা—কর্ণ, কণা, কোণ, কল্যাণ, কঙ্কণ, চিক্কণ, গণ, গুণ, গৌণ, চাণক্য, তৃণ, তূণীর, বাণী, বিপণি, বণিক, নিপুণ, মৎকুণ, বেণু, বেণী, বাণ, বীণা, পুণ্য, লবণ, লাবণ্য, মণি, শাণ।

## নৈনবা

১। তারক্করেণ অমসুং নৃপেণ হায়বা ৱাহে অসিদা মূর্দ্ধন্য-ণ ওইবগী মরম পিয়ু।

২। দন্ত্য ন-গী মফমদা মূর্দ্ধন্য-ণ ওইবগী সামান্য ওইবা নিয়ম অদু করিনো ? খুদমগা লোয়ননা পিয়ু।

৩। **অরানবা চুথোকউঃ**—রামেন, রামায়নম্, উত্তরায়নম্, গিরিনদী, বিষপানম্, ইক্ষুবনম্, প্রনাশঃ, প্রভাবেন, ত্রিনেত্রঃ, স্বর্গগামিনঃ, দুর্গমেন, পরিপাকেন, ক্ষীরপানম্, মূর্খেন অমসুং বৃত্রহনৌ।

---

১৯। **হিনুমীনা।** ২০। **আনি লোট্।**

২১। ***নের্গদ-নদ-পত-পদ-ঘুমাস্যতি-হন্তি-যাতি-বাতি-দ্রাতি-প্সাতি-বপতি-বহতি শাম্যতি-চিনোতি-দেগ্ধিষু।*** ২২। **কৃত্যচঃ।** ২৩। **হলশ্চেজুপধাৎ।** ২৪। **ণের্বিভাষা।**

২৫। **ন ভা-ভূ-পূ-কমি-গমি-প্যায়ি-বেপাম্।**

(১) গদ্, পত্, দা, ধা, হন্, নদ্, পদ্, দান, দো, দে, সো, ধে, মা, যা, দ্রা, প্সা, বপ্, বহ্, শম্, চি, দিহ্।

৪। মখাদা পিরিবা ব্রাহ্মণশিং ভসিদা ন-গী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইবগী মরম পিয়ু অমসুং বিকল্প ওইবা অতোপ্পা মওংসু তাকউ। পরিণামঃ, প্রণতিঃ, প্রবহণম্, প্রযাপণম্, প্রভুণা, দুর্গমেণ, ক্রমেণ, নগরগামিণী, দুর্মাবণম্, ত্রিহায়ণো (মৎস্যঃ) পূর্ব্বাহ্নঃ, অগ্রণী, শূর্পণখা, প্রাণিতি অমসুং প্রহণ্মি।

---

# ষত্ব বিধান

## (স-দগী ষ-ওইবা)

১৩২। অ আ নত্তবা স্বর ময়েক, ক্ অমসুং র্ হায়বা ময়েকশিং অসিদগী মখা থংনা লৈরবদা প্রত্যয়গী দন্ত্য-স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—মুনিষু, নদীষু, নরেষু, দিক্ষু, চতুর্ষু। (ক) (১) অনুস্বার অমসুং বিসর্গনা মরক খল্লবসু ওইগনি। মদুদি—হবীংষি আশীঃষু। (খ) (২)

১৩৩। ষোপদেশ (৩) ধাতু অদু অনি ওইরবা মতমদা ধাতুগী অনিশুবা স অদু ই, উ, এ, ও হায়বা ময়েকশিং অসিগী মখাদা লৈরবদি মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি, সিচ্—সিষেচ, সিষিচতুঃ, সিষিচুঃ; (৪) সিধ্—সিষেধ, সিষিধতুঃ, সিষিধুঃ; সু—সুষাব, সুষুবতুঃ, সুষুবুঃ; সৃ—সুষুবে, সুষুবাতে, সুষুবিরে; সেব—সিষেবে, সিষেবাতে, সিষেবিরে; স্তু—তুষ্টাব, তুষ্টুবতুঃ, তুষ্টুবুঃ; স্নিহ্—সিষ্ণেহ, সিষ্ণিহতু, সিষ্ণিহুঃ; স্মি—সিস্মিয়ে, সিস্মিয়াতে, সিস্মিয়িরে; স্বপ্—সুষাপ, সুষুপতুঃ, সুষুপুঃ; স্তভ্—তুষ্টুভে, তুষ্টুভাতে, তুষ্টুভিরে; সো—সোষীয়তে, সেব্—সেষেব্যতে, সৃ—সোষূয়তে, স্তু—তোষ্টূয়তে।

---

ক। ইণ্ কোঃ—ইণ্ কবর্গাভ্যাং পরস্যাপদান্তস্যাদেশস্য প্রত্যয়াবয়বস্য চ যঃ সকারস্তস্য মূর্দ্ধন্যাদেশঃ স্যাৎ।

মসিগী অর্থদি অ আ নত্তবা স্বর অমসুং ক নত্রগা র-গী মখাদা লৈরিবা পদগী মমৈ নত্তবদা লৈরিবা আদেশ অমসুং প্রত্যয়গী অবয়ব ওইবা সকারগী মফমদা ষকার ওই।

খ। নুম্ বিসর্জনীয়শর্ব্যবায়েঽপি।

মসিগী অর্থদি—অনুস্বার বিসর্গ অমসুং শর্ (শ, ষ, স) বর্ণ-না মরক খল্লবদসু স-গী ষ ওই।

(১) সাৎ প্রত্যয়গী স-দি মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই। খুদম—অগ্নিসাৎ, বায়ুসাৎ, ভ্রাতৃসাৎ।

(২) ক্লীবলিঙ্গ শব্দগী প্রথমা অমসুং দ্বিতীয়াগী বহুবচন পদদা অনুস্বার লৈবা, মদু নত্তবা অনুস্বারনা মরক্তা খল্লবদি ওইরোই। খুদম—পুম্স্ শব্দগী সপ্তমীগী বহুবচনদা থোকপা পুংসু হায়বা মফম অসিদা ষকার ওইদ্রে।

(৩) সঞ্জ, সদ, সহ্, সাধ্, সিচ্, সিধ্, সিব্, সু, সৃ, সেব, সো, স্তন্, স্তু, স্তভ্, স্ত্যৈ, স্থা, স্না, স্নিহ্, স্নু, স্মি, স্বঞ্জ্, স্বদ্, স্বপ্, স্বিদ্ অসিনচিংবা।

সঞ্জঃ সদঃ সহঃ সাধঃ সিচ্ সিধৌ সিব্ চ সুস্তথা।
সৃঃ সেবঃ সোস্তথা স্তনঃ স্তুস্তভৌ স্ত্যামতিস্তথা।
স্থাস্নাস্নিহস্নুবঃ স্মিশ্চ স্বঞ্জঃ স্বদস্বপ্ স্বিদস্তথা।
এতে চান্যে চ বহবঃ ষোপদেশাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ॥

(৪) যঙ্ প্রত্যয় তৌরবদি সিচ্ ধাতুগী স মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই। খুদম—সেসিচ্যতে।

১৩৪। ধাতুগী মথাদা তৌবা সন্ [illegible] মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরবনা ধাতুগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই। (১) মদুদি, সিচ্—সিষিক্ষতি, সু—সুসূষতি, সেব্—সিসেবিষতে, স্মি—সিস্ময়িষতে, [illegible], [illegible]। (২) সন্-গী স-না দন্ত্য ওইরবদি ধাতুগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওইগনি। স্নু—সুস্নুষতি। মদুদি, স্থা—তিষ্ঠাসতি, স্বপ্—সুষুপ্সতি; সো—[illegible], [illegible] ণন্ত ধাতুগী মনুংদা কেবল থাঙ্গেণেংনা স্বিদ্, স্বদ্ অমসুং সহ ধাতুগীদি মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই। মদুদি, স্বিদ্—সিস্বেদয়িষতি, স্বদ্—সিস্বাদয়িষতি, সহ্—সিসাহয়িষতি। মাসিদগী তোঙানবা ণন্ত ধাতুগীদি ওইগনি। মদুদি, স্বপ্—সুষ্বাপয়িষতি, সিচ্—সিষেচয়িষতি, সিধ্—সিষেধয়িষতি, স্নু—সুস্নাবয়িষতি, সঞ্জ্—সিষঞ্জয়িষতি।(১

১৩৫। ইকারনা মমৈদা লৈবা (৩) অমসুং উকারনা মমৈদা লৈবা (৪) উপসর্গগী মথাদা লৈবা সু-নচিংবা (৫)ধাতুগী স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওইগনি। মদুদি, সু—অভিষুণোতি, অনুষুণোতি;(৬) সূ(৭)—অধিষুবতি, অনুষুবতি; সো—অধিষ্যতি; স্তু—অভিষ্টৌতি স্তভ্—প্রতিষ্টোভতে, অনুষ্টোভতে; স্থা—অধিষ্ঠাস্যতি, অনুষ্ঠাস্যতি; সেনি— অভিষেণয়তি;সিধ্(৮)—প্রতিষেধতি, অনুষেধতি; সিচ্—নিষিঞ্চতি; সঞ্জ্—নিষজতি,অনুষজতি; স্বঞ্জ—পরিষ্বজতে, অনুষ্বজতে; সদ্—বিষীদতি, অনুষীদতি;(৯) স্তম্ভ্—অভিষ্টম্ভোতি, অনুষ্টম্ভোতি। (১০) অট্-না মরক্তা থনবদসু মূর্দ্ধন্য-ষওই। মদূদি—অভ্যষুণোৎ, অভ্যষেণয়ৎ, ন্যষিঞ্চৎ, অন্বষজৎ, ব্যষীদৎ। (১১) (ঘ)

---

(১) ধাতুগী মথাদা তৌরিবা সন্ প্রত্যয়গী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরবদি তণেংনা স্তু অমসুং ণন্ত ধাতুগী সকার-দং ষকার ওই। খুদম —তুষ্টূষতি, সুষাপয়িষতি। মসি নত্তবা ধাতুগীদি ওইরোই, অমসুং সন্-গী স অদু ষ ওইদ্রবদি ধাতুগী স-দু ষ ওইগনি। খুদম —তিষ্ঠাসতি, সুষুপ্সতি।

(২) তণেংনা স্তু ধাতুগী ওইগনি। তুষ্টূষতি।

গ। স্তৌতিণ্যোরেব ষণ্যভ্যাসাৎ। সঃ স্বিদিস্বদিসহীনাংচ।

(৩) নি, বি, পরি, প্রতি, অতি, অধি, অপি, অভি। (৪) সু, অনু।

(৫) সু, সূ, সো, স্তু, স্তভ্, স্থা, সেনি, সিধ্, সিচ্, সঞ্জ্, স্বঞ্জ্, সদ্, স্তম্ভ্।
সুঃ সূঃ সোঃ স্তুঃ স্তভশ্চৈব স্থাঃ সেনিশ্চ সিধঃ সিচঃ।
সঞ্জঃ স্বঞ্জঃ সদঃ স্তম্ভঃ ষাদিরেতে ত্রয়োদশ ॥

(৬) লৃট্ অমসুং লৃঙ্ বিভক্তি অমদি স্যৎ প্রত্যয় না মথাদা লৈরবদা ওইরোই। মদুদি, লৃট্— অভিসোষ্যতি, লৃঙ্ —অভ্যসোষ্যৎ। স্যৎ —অভিসোষ্যৎ। (৭) তুদাদিগণীয়।

(৮) গমনার্থ ওইবা সিধ্ ধাতুগী ওইরোই। খুদম—গৃহং প্রতিসেধতি, পরিসেধতি; অভিসেধতি।

(৯) সদিরপ্রতেঃ। প্রতি-না মথক থংবা সদ্ ধাতুগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই।

(১০) আলম্বন অমসুং সামীপ্য অর্থদা অব-না মথক থংলবদসু ওই। খুদম—অবলম্বন অর্থদা—যষ্টিমবষ্টভ্য আস্তে। যষ্টিমবলম্ব্য তিষ্ঠতীত্যর্থঃ। সামীপ্য অর্থদা—অবষ্টব্ধো গৌঃ, গৌঃ সমীপে বর্ত্ততে ইত্যর্থঃ।

(১১) পরি, নি, বি-না মথক থংবা স্তু অমসুং স্বঞ্জ্ ধাতুগী ষ বিকল্প ওইনা ওইগনি। খুদম—পর্য্যষ্টাবীৎ, পর্যস্তাবীৎ, পর্য্যষ্বজত পর্য্যস্বজত।

ঘ। উপসর্গাৎ সুনোতি -সুবতি-স্যতি- স্তৌতি-স্তোভতি-স্থা-সেনয়- সেধ-সিচ্-সঞ্জ-স্বঞ্জাম্।

(১) সহগী মফমদা সোঢ় ওইরবদি মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই। খুদম—পরিষোঢ়া, নিষোঢুম্, বিষোঢ়ঃ।

১৩৬। পরি, নি, বি-না মথক্তা লৈবা সেব্, সিব্, সহ্ ধাতুগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি, সেব্—পরিষেবতে, বিষেবতে; সহ্—নিষহতে, বিষহতে।(১১) অট্-না মরক্তা খাৱবদসু ওইগনি। সেব্ ধাতুগীদি নিত্য ওইনা ওইগনি; অদুগা সিব্ অমসুং সহ্ ধাতুগীদা বিকল্প ওইনা ওইগনি। মদুদি, সেব্—পর্যষেবত, পর্যসেবত, সিব্—পর্যষীব্যৎ, পর্যসীব্যৎ; সহ্—ন্যষহত, ন্যসহত। সি তৌরবদি লুঙ্ বিভক্তিদা সিব্ অমসুং সহ্ ধাতুগী স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই। মদুদি, সিব্—পর্যসীসিবৎ; সহ্—পর্যসীসহৎ। (ঙ)

১৩৭। (১) ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত উপসর্গগী মথাক্তা লৈবা সেনি-নচিংবা (২) ধাতু অদু অনি ওইরবা মতমদা অনিমগী দন্ত্য স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি, সেনি—অভিষিষেণয়িষতি; সিধ্—নিষিষেধ, প্রতিষিষেধয়িষতি, অভিষেষিধ্যতে; সিচ্—অভিষিষেচ, অভিষিষেচয়িষতি; (৩)সঞ্জ্—অনুষষঞ্জ, প্রতিষিষঞ্জয়িষতি; স্বঞ্জ্—পরিষিষ্বঞ্জয়িষতি; সদ্—নিষিষাদয়িষতি, বিষাষদ্যতে; (৪) সেব্—পরিষিষেবে, অভিষিষেব্যতে। (চ)

১৩৮। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত উপসর্গগী মথাদা লৈবা অনি ওইবা স্থা অমসুং স্তম্ভ্ ধাতুগী স-অদু ত-না মরক খাৱবদসু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি, স্থা—অনুতষ্ঠৌ, অধিতষ্ঠৌ, অভিতষ্ঠৌ; স্তম্ভ্—অনুতষ্টম্ভ, অধিতষ্টম্ভ, অভিতষ্টম্ভ। (৫) (ছ)

১৩৯। পরি-না মথক্তা লৈবা কৃ-ধাতুগী স-অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—পরিষ্করোতি, পরিষ্কারঃ। অট্-না মরক্তা খাৱবদি বিকল্প ওইনা ওই। মদুদি—পর্যষ্করোৎ, পর্যস্করোৎ; পর্যষ্কার্ষীৎ, পর্যস্কার্ষীৎ। (জ)

১৪০। অনু, বি, পরি, অভি-না মথক্তা লৈবা স্যন্দ্ ধাতুগী স অদু বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—অনুষ্যন্দতে, অনুস্যন্দতে; বিষ্যন্দতে, বিস্যন্দতে; পরিষ্যন্দতে, পরিস্যন্দতে; অভিষ্যন্দতে, অভিস্যন্দতে; নিষ্যন্দতে, নিস্যন্দতে। (৬) (ঝ)

১৪১। পরি-না মথক-থংবা স্কন্দ্ ধাতুগী স-গী বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—পরিষ্কন্দতি, পরিস্কন্দতি; পরিষ্কন্নঃ, পরিস্কন্নঃ। (ঞ)

---

(ঙ) পরিনিবিভ্যঃ সেবসিতসয়সিবুসহসুট্স্তুস্বঞ্জাম্।
(চ) স্থাদিষ্বভ্যাসেন চাভ্যাসস্য।
(ছ) স্তম্ভেঃ।

(১) স্থা-নচিংবা ধাতুগী স-অদু (স্থা, সেনি, সিধ্, সিচ্, সঞ্জ্, স্বঞ্জ্ সেব্) অভ্যাস ওইরবসু ষত্ব ওইগনি। খুদম—অধিতষ্ঠৌ, নিষিষেধ।

(২) সেনি সিধ্, সিচ্, সঞ্জ্, স্বঞ্জ্, সদ্, সেব্।
সেনিঃ সিধঃ সিচশ্চৈব সঞ্জঃ স্বঞ্জঃ সদস্তথা।
সেব ইত্যেব বিজ্ঞেয়ঃ সেন্যাদিঃ সপ্তকো গণঃ ॥

(৩) যঙ্ প্রত্যয় তৌরবদি ওইরোই। খুদম—অভিসেসিচ্যতে।

(৪) লিট্ বিভক্তিদা স্বঞ্জ্ অমদি সদ্ ধাতুগী অনিশুবা সকারদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওইরোই। খুদম, স্বঞ্জ্—পরিষস্বজে, বিষস্বজে; সদ—নিষসাদ, বিষসাদ।

(৫) প্রতিস্তব্ধ অমদি নিস্তব্ধ হায়বা শব্দ অনি অসিগী সকার অদু মূর্দ্ধন্য-ষকার ওইরোই। ণত্ব ওইরবদি লুঙ্ বিভক্তিদা স্তম্ভগী সকার অদু মূর্দ্ধন্য-ষকার ওইরোই। খুদম—পর্যতস্তম্ভৎ।

(৬) প্রাণী (থবাই পানবা) না কর্ত্তা ওইরবদি ওইরোই। অনুস্যন্দতে মৎস্যঃ।
(জ) (পরিনিবিভ্যঃ ১৩৩)। সিবাদীনাঞ্চ ব্যবায়েঽপি।
(ঝ) অনুবিপর্যভি-নিভ্যঃ স্যন্দতেরপ্রাণিষু।
(ঞ) পরেশ্চ।

১৪২। নিষ্ঠা ( হায়বদি ক্ত অমসুং ক্তবতু) মতুংবা কৃৎপ্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা বি-না মথক থংবা স্কন্দ্ ধাতুগী স অদু বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—বিষ্কন্তা, বিস্কন্তা; বিষ্কন্তুম্, বিস্কন্তুম্। নিষ্ঠা প্রত্যয়গীদি ওইরোই। মদুদি—বিস্কন্নঃ, বিস্কন্নবান্।(ট)

১৪৩। নির্, নি, বি-না মথক থংবা স্ফুর্ অমসুং স্ফুল্ ধাতুগী স অদু বিকল্প ওইনা মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি, স্ফুর্—নিষ্ফুরতি, নিস্ফুরতি; বিষ্ফুরতি, বিস্ফুরতি; স্ফুল্—নিষ্ফুলতি, নিস্ফুলতি; বিষ্ফুলতি, বিস্ফুলতি। (ঠ)

১৪৪। বি-না মথক থংবা স্কন্ভ্ ধাতুগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—বিষ্কভ্নাতি, বিষ্কম্ভিতুম্, বিষ্কম্ভিতবাস্, বিষ্কম্ভঃ, বিষ্কম্ভকঃ। (ড)

১৪৫। স্বপ্ ধাতুগী মযম্মদা ওইবা সুপ্ ধাতুগী সু, বি, নির্, দুর্ হায়বা উপসর্গ শিং অসিগী মথাদা লৈরবদি দন্ত্য-স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—সুষুপ্তঃ সুষুপ্তিঃ, বিষুপ্তঃ, নিঃষুপ্তঃ, দুঃষুপ্তঃ, দুঃষুষুপতুঃ। (ঢ)

১৪৬। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত উপসর্গগী অমসুং প্রাদুঃ শব্দগী মথাদা লৈবা অস্ ধাতুগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওইগনি। মদুদি—নিষন্তি, প্রতিষন্তি, অভিষন্তি, পরিষ্যাৎ, অনুষন্তি, প্রাদুঃষন্তি, প্রাদুঃষ্যাৎ। তৌইগুম্বসুং সকার, ত,থ,ম অমদি বকারগা লোয়নননা লৈমিন্নরবদি ওইরোই। তযুক্ত (তগা লোয়নবা)— অভিস্তঃ, অনুস্তঃ, প্রাদুঃস্ত ; থযুক্ত (থগা লোয়নবা)—প্রতিস্থঃ, অভিস্থঃ। মযুক্ত (মগা লোয়নবা)—অভিস্মঃ, অনুস্মঃ, প্রাদুঃস্মঃ; বযুক্ত (বগা লোয়নবা)—অনুস্বঃ, প্রাদুঃস্বঃ। (ণ)

১৪৭। বস্ ধাতুগী মযম্মদা উস্ ওইরবদি স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—উষিতঃ, উষিতবান্, ঊষতুঃ, ঊষুঃ। (ত)

১৪৮। ঘস্ ধাতুগী ঘ-গী মযম্মদা ক ওইরবদা স-গী মূর্দ্ধন্য -ষ ওই। মদুদি—জক্ষতুঃ, জক্ষুঃ। (থ)

১৪৯। সহ ধাতুনা থোকখিবা সাহ্ শব্দনা সাট্ অমসুং সাড্ ওইরবদা দন্ত্য-স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি — তুরাষাট্, তুরাষাড্, তুরাষাট্সু , তুরাষাড্ভ্যঃ। সাহ্ ওইনা লৈরবদি ওইরোই। মদুদি—তুরাসাহৌ, তুরাসাহঃ, তুরাসাহম্। (দ)

১৫০। সমাস তৌরবদা অঙ্গুলি শব্দগী মথাদা লৈবা সঙ্গ শব্দগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—অঙ্গুলিষঙ্গঃ। (ধ)

১৫১। সু, বি, নির্, দুর্ উপসর্গ-গী মথাদা লৈবা সম শব্দগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—সুষমঃ, বিষমঃ, নিষমঃ, দুঃষমঃ।

১৫২। সংজ্ঞা (মমিং) থংনবা অ আ দি নওবা শব্দগী মথাদা লৈবা সেনা শব্দগী স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—সুষেণঃ,হরিষেণঃ,মধুষেণঃ। সংজ্ঞা (মমিং) থংনদ্রবদি ওইরোই। মদুদি—কুরুসেনা, যদুসেনা,কপিসেনা। (ন)

১৫৩। ভূমি অমসুং দিবি শব্দগী মথাদা লৈবা স্থ শব্দগী স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—ভূমিষ্ঠঃ, দিবিষ্ঠঃ।

---

(ট) বেঃ স্কন্দেরনিষ্ঠায়াম্।
(ঠ) স্ফুরতি-স্ফুলত্যোর্নির্নিবিভ্যঃ।
(ড) বেঃ স্কভ্নাতের্নিত্যম্।
(ঢ) সু-বিনি র্দুর্ভ্যঃ সুপি সূতিসমাঃ
(ণ) উপসর্গপ্রাদুর্ভ্যামস্তির্যচ্ পরঃ।
(ত) শাসিবসিঘসীনাঞ্চ।
(থ) সহেঃ সাড়ঃ সঃ।
(দ) সমাসেঽঙ্গুলেঃ সঙ্গঃ।
(ধ) এতি সংজ্ঞায়ামগাৎ।

১৫৪। গবি অমসুং যুধি শব্দগী মথাদা লৈবা স্থির শব্দগী স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—গবিষ্ঠিরঃ, যুধিষ্ঠিরঃ। (ন)

১৫৫। সমাস তৌরবদা মাতৃ অমসুং পিতৃ শব্দগী মথাদা লৈবা স্বসৃ শব্দগী অহানবদা লাওবা দন্ত্য স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—মাতৃষ্বসা, পিতৃষ্বসা। বিভক্তি লোপ তৌদ্রবদি বিকল্প ওইগনি। মদুদি—মাতুঃষ্বসা, মাতুঃস্বসা, পিতুঃষ্বসা, পিতুঃস্বসা। সমাস তৌদ্রবদি ওইরোই। মদুদি—মাতুঃ স্বসা, পিতুঃ স্বসা। (প)

**[illegible]**—অগ্নি শব্দগী মথাদা লৈবা স্তুৎ, স্তোম অমসুং সোম, অর্থাৎ জ্যোতিস্ অমসুং আয়ুস্ শব্দগী মথাদা লৈবা স্তোম শব্দগী স অদু মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—অগ্নিষ্টুৎ অগ্নিষ্টোমঃ, অগ্নিষোমৌ, জ্যোতিষ্টোমঃ, আয়ুষ্টোমঃ।

**সদিরপ্রতেঃ**— প্রতি-দি নত্তবা অতোপ্পা ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত উপসর্গগী মথাদা লৈবা সদ্ ধাতুগী স-গী মূর্দ্ধন্য-ষ ওই। মদুদি—নিষীদতি, বিষাদঃ। তোইগুমসুং প্রতিসীদতি।

**স্বাভাবিক ষত্ব** (মশাগী ওইবা মূর্দ্ধন্য-ষ)—আষাঢ়, ইষু, ঈষৎ, উৎকর্ষ, ঔষধ, কোষ, দোষ, দ্বেষ, পুষ্প, ভীষ্ম, মহিষ, মেষ, মূষিক, বৃষ, বর্ষ উষ্মন্, পৌষ, ষোড়শ, পুরুষ, বিষয়, ষট্, হর্ষ, পাষাণ, কষ্ট, বাষ্প, মাষ, অসিনচিংবা।

## নৈনবা

১। নিষেবতে অমসুং পরিষিচ্যমানঃ শব্দদা মূর্দ্ধন্য-ষ ওইবগী মরম পিয়ু।

২। নদগী মূর্দ্ধন্য-ণ ওইবা অমসুং স-দগী মূর্দ্ধন্য-ষ ওইবগী সাধারণ ওইবা সূত্র অদু খুদমগা লোয়ননা পিয়ু।

৩। মথাদা পিরিবা ৱাহৈশিং অসি অচুম্বা অমসুং অরানবা খন্দোকউ।

সুষেণঃ, কুরুসেনা, তুরাষাহ্, অগ্নিসোমৌ, মুসুপ্তঃ, নিসেবতে, ভ্রাতৃসু, নদীষু, অভিষ্টৌতি, নিষিসেধ, উসিতঃ।

## বিশেষ্য অমসুং বিশেষণ

### (Substentives and Adjectives)

অয়াম্বা শব্দদা পোৎ, মফম, জাতি, গুণ অমসুং ক্রিয়াগী অর্থ খংনবা মহাক অদুবু বিশেষ্য (পোৎশক) কৌই। মদুদি, বস্তুবাচক—প্রস্তরঃ, পুষ্পম্, তরুঃ। ব্যক্তিবাচক (মীশক খংনবা) রামঃ, হরিঃ, গঙ্গা। স্থান বাচক (মফম খংনবা)—গ্রামঃ, নগরম্, পত্তনম্। জাতি (কাংলুপ)—মনুষ্যঃ, সর্পঃ, বিহগঃ। গুণবাচক (গুণ খংনবা)—মধুরতা, শুক্লত্বম্, লঘিমা (য়াম্না য়াংবা)। ক্রিয়াবাচক—দর্শনম্, গমনম্, কথনম্ অসিনচিংবা।

অদুগুম্বা গুণ, মিশম অমদি মশিংনচিংবনা মরম ওইদুনা বিশেষ্য অদুবু ময়ামদগী বিশেষ (তোঙানবা মওং) ওইনা পিবা মহাক অদুবু বিশেষণ (বিশিষ্যতেঽনেনেতি বিশেষণম্)। মদুদি—কঠিনঃ (প্রস্তরঃ), শুভ্রম্ (পুষ্পম্) উন্নতঃ (তরুঃ), রমণীয়ং (নগরং), বেগবতী (গঙ্গা), ধার্মিকঃ (রামঃ), কৃপালুঃ (হরিঃ), দ্বৌ (পুত্রৌ), দ্বে (কন্যে), ত্রীণি (পুস্তকানি) অসিনচিংবা।

---

(ন) গবিযুধিভ্যাং স্থিরঃ। (প) মাতৃপিতৃভ্যাং স্বসা।

**বিশেষ্যগী অদুগুম্বা লিঙ্গ, অদুগুম্বা বিভক্তি, অমদি অদুগুম্বা বচন অদু বিশেষণ অদুদসু অদুগুম্বা লিঙ্গ, অদুগুম্বা বিভক্তি, অদুগুম্বা বচন অদু ওইগনি।**

বিশেষ্যস্য হি যল্লিঙ্গং বিভক্তি বচনে চ যে।
তানি সর্ব্বাণি যোজ্যানি বিশেষণপদেষ্বপি॥

মদুদি—(লিঙ্গ) মহান্ তরুঃ ( অচৌবা উ)। মহতী ভক্তিঃ ( খোইদোকপা ভক্তি)। মহত্তয়ম্ (য়াম্না কিন্বা)। নীলঃ আকাশঃ ( অমুবা অতিয়া)। নীলা গৌঃ (অমুবী ষন)। নীলং কমলম্ ( অমুবা থম্বাল)। (বিভক্তি) মহতা তরুণা, (মহাত্যা ভক্ত্যা, মহতা ভয়েন। (বচন) মহান্ তরুঃ, মহান্তৌ তরূ, মহান্তস্তরবঃ (অচৌবা উশিং)।

## উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয়

বিশেষণ হায়বা অসি সাধারণ ওইনা বিশেষ্যগী মখক্তা লৈ। মদুদি—গুণী পুত্রঃ, বিদুষী কন্যা, শুভ্রং কুসুমম্। তৌইগুম্বসুং উদ্দেশ্য বিধেয়গী মফমদদি বিধেয়-বিশেষণ অসি উদ্দেশ্য-বিশেষ্যগী মখাদা লৈ। মদুদি—ঈশ্বরঃ সর্ব্বেষাং শরণম্।

মহাক অদুগী উদ্দেশ্যদা করিগুম্বা অমা হায়বা মহাক অদুবু উদ্দেশ্য কৌই, অদুগা উদ্দেশ্যগী মরমদা অদুগুম্বা অমা হায়বা মহাক অদুবু বিধেয় কৌই। মদুদি —বালকঃ পঠতি মফম অসিদা বালকগী মরীদা হায় হায়দুনা বালকঃ অসি উদ্দেশ্যনি অদুগা পঠতি হায়বসিনা উদ্দেশ্য ( বালক-গী) বিষয় তাকই। মরম অসিদগী পঠতি-সি বিধেয়নি। মতৌ অসুমতৌনা গুরুঃ পূজনীয়ঃ, জলং শীতলম্, শ্রীশ্চঞ্চলা। মফম অসিদা পূজনীয়ঃ, শীতলং, অমসুং চঞ্চলা বিধেয় পদনি। বিধেয় পদ অসিবু বিধেয়-বিশেষণসু কৌই। বিধেয়-বিশেষণ উদ্দেশ্যগী মখাদা লৈ।

অয়াম্বা মফমদা উদ্দেশ্য পদ-না চৎপা লিঙ্গ অদু ওইদনা বিধেয় পদনা মশাগী লিঙ্গ থাদোক্তুনা মহাক্না চৎলিবা লিঙ্গ অদুমক্তদা অদুম লৈবা মতম অদুদা মহাক অদুবু অজহল্লিঙ্গ হায়না কৌই। মদুদি —গুণাঃ পূজাস্থানং, অহিংসা পরমো ধর্ম্মঃ, সম্পদঃ পদমাপদাম্, পরিগ্রহো বৈ মমতানিদানম্, লোভঃ পাপস্য কারণম্, মহারাজঃ প্রমাণম্, পুত্রঃ স্নেহভাজনম্, ধর্ম্ম-এব সংসারস্য মূলম্।

## তর নত্রগা ঈয়স্ অমসুং তম নত্রগা ইষ্ঠ

### ( অনিদগী হেনবা অমসুং ময়ামদগী হেনবা )

| **মশাগী শব্দ** | **অনিদগী হেনবা** | **ময়ামদগী হেনবা** |
|---|---|---|
| অন্তিক — নকপা | নেদীয়স্ | নেদিষ্ঠ |
| অল্প—খজিত্তা | অল্পীয়স্, কনীয়স্ | অল্পীষ্ঠ, কনিষ্ঠঃ |
| উরু—অচৌবা | বরীয়স্ | বরীষ্ঠ |
| ক্ষিপ্র—থুবা | ক্ষেপীয়স্, ক্ষিপ্রতর | ক্ষেপিষ্ঠ, ক্ষিপ্রতম |
| কৃশ—ময়াং কংবা | ক্রশীয়স্, কৃশতর | ক্রশিষ্ঠ, কৃশতম |

| | | |
|---|---|---|
| গুরু—অচৌবা | গরীয়স্, গুরুতর | গরিষ্ঠ, গুরুতম |
| ক্ষুদ্র—অপিকপা | ক্ষোদীয়স্, ক্ষুদ্রতর | ক্ষোদিষ্ঠ, ক্ষুদ্রতম |
| দীর্ঘ—শাংবা | দ্রাঘীয়স্, দীর্ঘতর | দ্রাঘিষ্ঠ, দীর্ঘতম |
| দূর—লাপ্পা | দবীয়স্, দূরতর | দবিষ্ঠ, দূরতম |
| দৃঢ়—চেৎপা | দ্রঢীয়স্, দৃঢ়তর | দ্রঢিষ্ঠ, দৃঢ়তম |
| পটু—হৈশিংবা | পটীয়স্, পটুতর | পটিষ্ঠ, পটুতম |
| পৃথু—পাকপা | প্রথীয়স্ | প্রথিষ্ঠ |
| প্রশস্য—অফবা | শ্রেয়স্, জ্যায়স্ | শ্রেষ্ঠ, জ্যেষ্ঠ |
| প্রিয়—নুংশিবা | প্রেয়স্, প্রিয়তর | প্রেষ্ঠ, প্রিয়তম |
| পাপ নত্রগা পাপিন্—পাপ তৌবা | পাপীয়স্ | পাপিষ্ঠ |
| বলবৎ—মপাঙ্গল কনবা | বলীয়স্, বলবত্তর | বলিষ্ঠ, বলবত্তম |
| বহু—য়াম্বা | ভূয়স্, বহুতর | ভূয়িষ্ঠ, বহুতম |
| বহুল—য়াম্বা | বংহীয়স্ | বংহিষ্ঠ |
| ভৃশ—য়াম্বা | ভ্রশীয়স্ | ভ্রশিষ্ঠ |
| মৃদু—খোৎপা | ম্রদীয়স্, মৃদুতর | ম্রদিষ্ঠ, মৃদুতম |
| যুবন—পাথং | কনীয়স্, যবীয়স্, যুবতর | কনিষ্ঠ, যবিষ্ঠ, যুবতম |
| বৃদ্ধ—অহল | বর্ষীয়স্, জ্যায়স্, বৃদ্ধতর | বর্ষিষ্ঠ, জ্যেষ্ঠ, বৃদ্ধতম |
| মহৎ—অচৌবা | মহীয়স্, মহত্তর | মহিষ্ঠ, মহত্তম |
| লঘু—অয়াংবা | লঘীয়স্, লঘুতর | লঘীষ্ঠ, লঘুতম |
| স্থির—লেংদবা | স্থেয়স্ | স্থেষ্ঠ |
| স্থূল—নোয়বা | স্থবীয়স্ | স্থবিষ্ঠ |
| স্বাদু—অহাওবা | স্বাদীয়স্ | স্বাদিষ্ঠ |
| হ্রস্ব—অতেনবা | হ্রসীয়স্ | হ্রসিষ্ঠ |

ঈয়স্ প্রত্যয় না মমৈদা লৈবা অসিগুম্বা অয়াম্বা শব্দশিং পুংলিঙ্গদা লঘীয়স্ শব্দগা মান্নরে, স্ত্রীলিঙ্গদনা দীর্ঘ-ঈকারান্ত ওইরগা নদী শব্দগা মান্নগনি। মদুদি—লঘীয়সী। অসিগুম্বা ক্লীবলিঙ্গদনা পয়স্ শব্দগা মান্নগনি। ইষ্ঠ প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দশিং অকারান্ত (অকারনা মমৈদা লৈবা) ওইগনি। স্ত্রীলিঙ্গদনা আকারান্ত (আকারনা মমৈদা লৈবা) ওইগনি।

## নৈনবা

১। মথাদা পিরিবা শব্দশিং অসিগী 'অনিদগী হেনবা খংনবা', 'ময়ামদগী হেনবা খংনবা' বিশেষণ শব্দশিং পিয়ু। উরু, স্থির, বলবৎ, পাপ।

২। ময়ামদগী হেনবা খংনবা (তম প্রত্যয়দি নত্তবা) প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ খরা উৎলু। মদুগী মনুংদা গুরু, প্রিয় অমসুং বলবৎ শব্দগী মথাদা প্রত্যয়শিংদু তৌরগা বাহ্ে পরেং ওইনা উৎলু।

পাউখুমঃ—পিতা সর্ব্বেষু গরিষ্ঠঃ। রামোঽপত্যেষু শ্রেষ্ঠঃ। পশুষু সিংহো বলিষ্ঠঃ।

৩। মথাগী প্রকৃতি প্রত্যয় অনি অসি তিনশিন্নরগা ফোংদোকউঃ—
বহু + ঈয়স্ অমসুং পাপ+ঈয়স্।
পাউখুমঃ—ভূয়স্ অমসুং পাপীয়স্।

৪। মথাগী শব্দশিং অসিগী মথাদা অনিদগী হেনবা অমসুং ময়ামদগী হেনবা খংনবা প্রত্যয়শিং হাপ্তুনা পিরম্মুঃ—
(ক) বৃদ্ধ, (খ) গুরু, (গ) বহু, (ঘ) বলবৎ, (ঙ) যুবন্।
পাউখুমঃ—মখক্কী চার্ট-তা য়েংউ।

৫। মথাগী বাক্যদা পিরিবা গরিষ্ঠ অমসুং গরিয়ান্ শব্দ অনি অসিগী খেন্নবা পিয়ু।
পিতা পূজ্যেষু গরিষ্ঠঃ। ধনাৎ ধর্ম্মো গরীয়ান্।

৬। অনিদগী হেনবা অমসুং ময়ামদগী হেনবা খংনবা তদ্ধিত প্রত্যয় ঈয়স্ অমসুং ইষ্ঠ তৌবা মথাগী শব্দশিংসিগী মনুংদগী অহুমগী মশাক পিয়ুঃ—
প্রিয়, গুরু, প্রশস্য, বৃদ্ধ অমসুং যুবন্।
পাউখুমঃ—মখক্কী চার্ট-তা য়েংঙু।

---

# লিঙ্গ ( Gender)

সংস্কৃত-তা করিগুম্বা শব্দ অমা করি লিঙ্গ চৎলি হায়বা খংবা অসি য়াম লুই। ইংরাজীদদি অর্থগী মতুংইন্না শব্দগী লিঙ্গ লেপ্পা ঙম্মি। মদুদি—River, Air, Water, মখোয় অসি Neuter gender, Friend হায়বা অসিনা Masculine gender ওই অমসুং Feminine সু ওই। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত-তা নদী (তুরেল) স্ত্রীলিঙ্গনি। বায়ু (নুংশিৎ) পুংলিঙ্গনি। জলম্ (ঈশিং) ক্লীবলিঙ্গনি। দারা (মতু) পুংলিঙ্গ, কলত্রম্ (মতু) ক্লীবলিঙ্গ অমসুং পত্নী নত্রগা ভার্য্যা (মতু) স্ত্রীলিঙ্গনি। বন্ধুবাচক (মরীমতা খংনবা) মিত্রম্ ক্লীবলিঙ্গনি অদুগা বন্ধু না পুংলিঙ্গনি। মিত্রতা (মরূপ ওইবগী মওং) স্ত্রীলিঙ্গনি অমসুং মিত্রত্বম্ (মরূপ ওইবগী মওং) ক্লীবলিঙ্গনি। ব্যাকরণ অমদি অয়াম্বা সংস্কৃত-কী লাইরিক কয়া অমসুং কোষ-নাচিংবা অসি তম্না নত্তনা লিঙ্গ খংবা ঙমদে। মফম অসিদা লিঙ্গ নিংখিনা খংননবগীদমক পাণিনি-গী লিঙ্গানুশাসন অদু পিরি।

# পাণিনিগী লিঙ্গানুশাসন

## স্ত্রীলিঙ্গ

**ঋকারান্তা মাতৃদুহিতৃস্বসৃযাতৃননান্দরঃ**ঃ— ঋকারান্ত মাতৃ (ইমা) দুহিতৃ (ইচানুপী) স্বসৃ (ইচে-ইচন) যাতৃ (ইনাওনুপাগী নুপী) ননান্দৃ (মনম্মা) অসিগুম্বা শব্দ কয়া অমা স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি।

**অন্যুপ্রত্যয়ান্তো ধাতুঃ**—অনি অমদি উ প্রত্যয়না মযে থংবা ধাতু স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি। মদুদি — অবনিঃ (পৃথিবী) চমূঃ (লাশী) তৌহ্‌গুবসুং অশনি (নোংময়ে শিংজং) ভরণি (থবাশ্মিচাক অমা) সরণি (মৈ লৌনবা উ) হায়বা শব্দশিং অসি পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি.

**মিন্যন্তঃ**—মি অমদি নি প্রত্যয়ান্ত ধাতু (ধাতু অদুদা মি অমদি নি প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ) স্ত্রীলিঙ্গ নি। মদুদি—ভূমিঃ (পৃথিবী) গ্লানিঃ (অবাবা) তৌহ্‌গুম্বসুং বহ্নিঃ (মৈ) বৃষ্ণি (যদুশিংগী শাগে অমা) অগ্নিঃ (মৈ) পুংলিঙ্গ অমসুং শ্রেণিঃ (পরেং) যোনিঃ (থোবকক্ষম) ঊর্ম্মিঃ (ঈথক) পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গনি।

**ক্তিন্নন্তঃ**—ক্তিন্ প্রত্যয়ান্ত শব্দ স্ত্রীলিঙ্গনি। খুদম—কৃতিঃ (থবক) মতিঃ (পুক্নিং) ভক্তিঃ (নিংজবা)।

**ঈকারান্তশ্চ**—ঈপ্ প্রত্যয়না মযেদা লৈবা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গনি। খুদম—লক্ষ্মীঃ ( ভগবান নারায়ণগী নুপী)।

**ঊঙাবন্তশ্চ**ঃ—ঊঙ্ প্রত্যয়না মযেদা লৈবা শব্দ, ঙী প্রত্যয়না মযেথংবা, আপ্-না মযেথংবা শব্দশিং স্ত্রীলিঙ্গনি। মদুদি—কুরুঃ, বিদ্যা (মহে) কালী (দেবী অমা)।

**য্বন্তমেকাক্ষরম্**ঃ—ময়েক অমত্তনা শাবা শব্দ অদুগা ঈকার অমসুং ঊকারনা মযেথংবা শব্দ অদু স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি। মদুদি—শ্রীঃ (লক্ষ্মী) ভূঃ (পৃথিবী)।

**বিংশত্যাদিরানবতেঃ**ঃ—বিংশতিদগী হৌরগা নবতি-না লোইবা মশীং থংনবা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি। মদুদি—বিংশতিঃ (কুল) ত্রিংশৎ (কুন্থ্রা) চত্বারিংশৎ (নিফু) পঞ্চাশৎ (যাংখৈ) ষষ্টিঃ (হুম্ফু) সপ্ততিঃ (হুম্ফুতরা) অশীতিঃ (মরিফু) নবতিঃ (মরিফুতরা)।

**দুন্দুভিরক্ষেষু**—অক্ষ অর্থদা দুন্দুভি শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি। ইয়ং দুন্দুভিঃ (হোকামরু)।

**নাভিরক্ষত্রিয়ে**—অক্ষত্রিয় (ক্ষত্রিয় নত্তবা) অর্থদা নাভি শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি।

**তলন্তঃ**—তল্ প্রত্যয়ান্ত শব্দ স্ত্রীলিঙ্গনি। মদুদি—শুক্লস্য ভাবঃ শুক্লতা (অঙৌবগী মতৌ) ব্রাহ্মণস্য কর্ম্ম ব্রাহ্মণতা, গ্রামস্য সমূহঃ গ্রামতা (খুঙ্গংগী মওং) দেব এব দেবতা (লাই)।

**ভূমিবিদ্যুৎসরিল্লতাবনিতাভিধানানি**ঃ—ভূমি (লৈবাক) বিদ্যুৎ (নোংথাং) সরিৎ (তুরেল) লতা (উরী) বনিতা (নুপী) থংনবা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গনি। মদুদি—ভূমিঃ ভূঃ, বিদ্যুৎ—সৌদামিনী, সরিৎ—নিম্নগা, লতা—বল্লী, বনিতা—যোষিৎ। তৌহ্‌গুম্বসুং যাদস্ (ঈশিংগী জীব অমা) শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি। ভাস্ (মঙাল) স্রক্ (চমচ্) স্রক্ (লৈ পরেং) দিক্ (মাইকৈ) উষ্ণিহ্ (বেদগী শাথা অমা) উপানহ্ (খোংউপ্) স্ত্রীলিঙ্গনি। স্থূণা (যুম্বী) অমসুং ঊর্ণা (শামতু) স্ত্রীলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি। মদুদি—স্থূণা স্থূণম্ ; ঊর্ণা ঊর্ণম্ ; প্রাবৃষ্ (নোংজু থা) বিপ্রুষ্ ( ঈশিং মরিক) রুষ্ ( অশাওবা) বিষ্ (থী) অপ্ (ঈশিং)

স্ত্রীলিঙ্গ। দর্ব্বি(চমস্) বেদি (যজ্ঞ কুণ্ড) খনি (খোনি) কৃষি (লৌউবগী থবক) ওষধি (মহৈ মরোং) কটি (খ্বাং) অঙ্গুলি (খুদোম্বী) স্ত্রীলিঙ্গ। (পক্ষ অমদা ঈপ্) বেদী, দর্ব্বী অসিনচিংবা। তিথি (নুমিৎকী খোংচৎ অমা) নাড়ি (শীংলি) রুচি (অপাম্বা) বীচি (ঈখক) নালি ( শীংলি) ধূলি (উমুন) কেলি (শান্নবা) ছবি (মঙান) রাত্রি (অহিং) রাজি (পরেং) পংক্তি (পরেং) স্ত্রীলিঙ্গ। প্রতিপদ্ (তিথিগী অহৌবা অমা) আপদ্, বিপদ্ (অরাবা) সম্পদ্ (লন-থুম) পরিষদ্ (সভা) শরদ্(ঋতু অমগী মমিং) সংসদ্ (লৈবাক্কী অফ-ফত্তা খন্নবা সভা) উষস্ (অয়ুক) সম্বিৎ (খংবা) ক্ষুধ্ (অরাম্বা, যৌরাংবা) যুধ্ (লান) সমিধ্ (শীং) স্ত্রীলিঙ্গ। আশিস্ (পুন্সি- তোল্লোহ্নবা পিবা) ধুর্ (পোংকী অরুম্বা) পুর্ (সহর) গির্ (রাহৈ) দ্বার (খোং) স্ত্রীলিঙ্গ।

**অপ্সুমনস্সমাসিকতাবর্ষাণাং বহুত্বঞ্চ**—অপ্ ( ঈশিং) সুমনস্ (লৈ) সমা (চহি) সিকতা (লৈঙোই) বর্ষা (নোং) স্ত্রীলিঙ্গ অমসুং বহুবচনান্ত। তৌইগুম্বসুং দেবতাবাচী ওইবা সুমনস্ শব্দদি পুংলিঙ্গ অমদি বহুবচনান্তনি। স্রজ্ (লৈপরেং) ত্বচ্ (উনশা) বাচ্ (রাহৈ) যবাগূ (যব্ মকুপ্পা শাবা পোৎ) নৌ (হি) চুল্লি (লৈরং) বেণি (শম্বুল) তারা (থবাম্মিচাক) ধারা (ঈচেল) জ্যোৎস্না (থাবল) স্ত্রীলিঙ্গনি।

## পুংলিঙ্গ

**ঘঞবন্তঃ**—ঘঞ্ নত্রগা অপ্ (অল্) প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ পুংলিঙ্গনি। মদুদি, পাকঃ (খোংবা) ত্যাগঃ (থাদোকপা) করঃ (মঙাল) গরঃ (হু)।

**ঘাজন্তশ্চ**—ঘ অমদি অচ্ প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ পুংলিঙ্গনি; মদুদি—বিস্তরঃ (শন্দোকপা) গোচরঃ (বিষয়) চয়ঃ (খোমজিনবা) জয়ঃ (মঙ্গল ওইবা) তৌইগুম্বসুং ভয়ঃ (অকিবা) লিঙ্গ ( খুদম) ভগ (চাওখৎপা, মোক্ষ) পদ (খোং) শব্দ স্ত্রীলিঙ্গনি।

**নঙন্তঃ**—নঙ্ প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ শিং পুংলিঙ্গনি। মদুদি —যজ্ঞঃ (লাইগী পেন্নবগী দান) যত্নঃ (হোৎনবা) প্রশ্নঃ ( রাহং) যাচ্ঞা (হায়জবা) স্ত্রীলিঙ্গনি।

**ক্যন্তো ঘুঃ**—কি প্রত্যয়ান্ত (ঘু)দা অমসুং ধাতু না খোকপা শব্দ অদু পুংলিঙ্গনি। মদুদি—আধিঃ (পুক্নিংগী অরাবা) ব্যাধিঃ (লাইথুং)নিধিঃ (লনগৈ) উদধিঃ (সমুদ্র) ইষুধিঃ (তেনখাও) শব্দশিং অসি পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ চৎলি।

**দেবাসুরাত্মস্বর্গগিরিসমুদ্রনখকেশদন্তস্তনভুজকণ্ঠখড়্গশরপঙ্কাভিধানানিঃ** —দেব, অসুর, আত্মন্, স্বর্গ, গিরি, সমুদ্র, নখ, কেশ, দন্ত,স্তন, ভুজ, কণ্ঠ, খড়্গ, শর, অমসুং পঙ্কবাচক (লৈখোম) খংনবা শব্দ পুংলিঙ্গনি। মদুদি—দেব (লাই) বাচক, অজরঃ অমরঃ, সুরঃ, বিবুধঃ, ত্রিদশঃ দেবঃ। (সূর্য্য, চন্দ্র, বায়ু, অগ্নি অমসুং দেববাচক শব্দশিং অসিসু পুংলিঙ্গনি। *

**অসুরবাচকঃ**—দানবঃ, দৈত্যঃ, দনুজঃ, অসুরঃ।

**আত্মন্ (জীবাত্মা)ঃ**— আত্মা ক্ষেত্রজ্ঞঃ দেহী।

**স্বর্গ (লাইরৈবাক)ঃ**— স্বর্গঃ নাকঃ, ত্রিদিবঃ, ত্রিদশালয়ঃ। দ্যৌঃ স্ত্রীলিঙ্গ অমসুং ত্রিবিষ্টপ ক্লীবলিঙ্গনি।

---

* সাধারণ অমসুং বিশেষ ওইনা দেব অমসুং অসুর বাচক (লাই খংনবা) শব্দ অমসুং মখোয়গী মনাইশিং খংনবা শব্দশিংসু পুংলিঙ্গ চৎলি। মদুদি—অমরঃ, বিবুধঃ, (সাধারণ) নি। শিবঃ, মহেশঃ, বিষ্ণুঃ, হরিঃ, ইন্দ্রঃ (বিশেষ)নি। জয়ঃ, বিজয়ঃ, নন্দীঃ (মনাই খংনবা)নি। দানবঃ, দনুজঃ(সাধারণ)নি। বলিঃ, গয়ঃ, মখোয়সিনা (বিশেষ)নি।

**গিরি (চীং)**—গিরিঃ, পর্ব্বতঃ, অদ্রিঃ, অচলঃ, নগঃ, শৈলঃ।

**সমুদ্র**—(সাগর)—রত্নাকরঃ, সমুদ্রঃ, সাগরঃ, সিন্ধুঃ, অর্ণবঃ, অব্ধিঃ।

**নখ**—(খুজিল)—নখঃ, কররুহঃ, পুনর্ভবঃ।

**কেশ** (শম)—কেশঃ, শিরোরুহঃ, চিকুরঃ, কুন্তলঃ, কচঃ।

**দন্ত** (য়া)—দন্তঃ, দশনঃ, রদঃ, রদনঃ।

**সূর্য্য** (নুমিৎ)—রবিঃ, সবিতা, ভাস্করঃ, আদিত্যঃ, দিবাকরঃ।

**চন্দ্র** (থা)—চন্দ্রঃ, ইন্দুঃ, শশী, বিধুঃ, সোমঃ, কুমুদবান্ধবঃ।

**বায়ু** (নুংশিৎ)—শ্বসনঃ, স্পর্শনঃ, বায়ুঃ, অনিলঃ, মারুতঃ, মরুৎ, পবনঃ

**অগ্নি** (মৈ)—অগ্নিঃ, বহ্নিঃ, অনলঃ, পাবকঃ, বৈশ্বানরঃ।

**স্তন** (খোম)—স্তনঃ, কুচঃ, পয়োধরঃ।

**ভুজ** (পাম্বোম)—ভুজঃ, করঃ, দোঃ, হস্তঃ। (বাহুঃ পুং স্ত্রী)।

**কণ্ঠ** (যৌরী)—কণ্ঠঃ, গলঃ।

**খড়্গ** (থাংশাং)—খড়্গঃ, করবালঃ, অসিঃ।

**শর** (তেন)—শরঃ, মার্গণঃ, বাণঃ, বিশিখঃ। (ইষু পুং স্ত্রী)।

**পঙ্ক** (লৈখোম)—পঙ্কঃ, কর্দ্দমঃ।

শত্রু অমসুং বৃক্ষ পর্য্যায় শব্দদি পুংলিঙ্গনি। যথা—

**শত্রু** (য়েক্লবা)—শত্রুঃ, অরিঃ, দ্বিট্, সপত্নঃ, আবাতিঃ, অমিত্রঃ।

**বৃক্ষ** (উ)—বৃক্ষঃ, তরুঃ, পাদপঃ, মহীরুহঃ, দ্রুমঃ, বিটপী, শাখী।

**নাস্তঃ**—নকাবনা মমৈদা লৈবা শব্দ পুংলিঙ্গ—বাজা (নিংথৌ), তক্ষা (উশুবা), তৌইগুম্বসুং চর্ম্মন্ (শউন) নত্রগা বর্ম্মন্ (ফুরিৎ) ক্লীবলিঙ্গনি।

**ক্রতুপুরুষকপোলগুল্ফমেঘাভিধানানি**—ক্রতু (যজ্ঞ), পুরুষ (নুপা খংনবা), কপোল (খজাই), গুল্ফ (খোংগী খুনিং), মেঘ (নোং) খংনবা শব্দ পুংলিঙ্গনি। মদুদি—

**ক্রতু**—ক্রতুঃ, অধ্বরঃ, যজ্ঞঃ।

**পুরুষ**—পুরুষঃ, নরঃ, লোকঃ, জনঃ, মানবঃ।

**কপোল**—কপোলঃ, গণ্ডঃ।

**গুল্ফ**—গুল্ফঃ, প্রপাদঃ

**মেঘ**—মেঘঃ, বারিবাহঃ, জলধরঃ, নীরদঃ (তৌইগুম্বসুং অভ্রম্ ক্লীবলিঙ্গ)।

মসিদা নত্তনা প্রভু, ইক্ষু, মেরু, সেতু, স্তবক, কল্ক, ঘট, পট, গুণ, গণ, পাষাণ, রথ, ইন (নুমিৎ), ফেন (কোঙ্গান), যূপ (যজ্ঞগী শা হাৎফম উচেক), দীপ (থাউমৈ), সপ (লিন), স্তম্ভ (যুম্বী)। কুম্ভ (চফু), সোম (থা), সমর (লান), হয় (শগোল), ক্ষুর (খুজিল), অঙ্কুর (ময়োন), বৃষ (শম্লবা), বৎস, বায়স, মহানস (চাকশং) পুংলিঙ্গনি।

**রশ্মিদিবসাভিধানানি**—রশ্মি (মঙান), অমসুং দিবস (নোংমা) খংনবা শব্দ পুংলিঙ্গ। মদুদি—রশ্মিঃ ময়ুখঃ দিবসঃ ঘস্রঃ। দীধিতী (মঙাল) শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ অমসুং দিন অমদি অহন্ শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি।

**মানাভিধানানি**—মান পর্য্যায় শব্দ পুংলিঙ্গ। মদুদি—কুডবঃ প্রস্থঃ (অকঙ্গী চাং অমা) তৌইগুম্বসুং দ্রোণ অমদি আঢ়ক শব্দ ক্লীবলিঙ্গ অমসুং খারী অমদি মালিকা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গনি।

**দারাক্ষতলাজাসূনাং বহুত্বঞ্চ**—দার (মতু) অক্ষত (চেং) লাজ (কবোক অফাবা) অসু (থরাই) শব্দ পুংলিঙ্গ বহুবচনান্ত।

**নাড্যপজনোপপদানি ব্রণাঙ্গপদানি**— নাড়ী অপ অমসুং জন শব্দগী মথা থংনা, মথং-মনাও নাইনা লৈরিবা ব্রণ, অঙ্গ অমদি পদ শব্দ অদু পুংলিঙ্গ ওই। মদুদি— নাড়ীব্রণঃ (শিংলিগী লাইনা) অপাঙ্গ (মীৎচি) জনপদঃ (লৈবাক)।

মরুৎ (নুংশিৎ) গরুৎ (উচেক মশা) উত্তরৎ (লানশিনবা) ঋত্বিক্ (পুরোহিত ব্রাহ্মণ) ঋষি(লাইনিংবা) রাশি (মপৈ) দৃতি (শউন) গ্রন্থি (কিশি) ক্রিমি(তিন) ধ্বনি (মখোল)বলি(কৎথোকপা) মৌলি (কোক) রবি (নুমিৎ) কপি (য়োং) মুনি (লাইনিংবা) ধ্বজ (ফিরাল) গজ (শামু) মুঞ্জ (লাঙোম) পুঞ্জ(মপৈ) হস্ত ( খুৎ) কুন্ত (লম্বু) অন্ত (অরোইবা) বাত (নুংশিৎ) দূত (পাও পুবা মী) ধূর্ত্ত (লৌনম তৌবা) সূত (দোলায় খৌবা) চূত (হৈনৌ) মুহূর্ত্ত (মীৎকুপ) ষণ্ড(নপুংসক)মণ্ড (চবোন)করণ্ড (থুমোক মচা) তুণ্ড (মাই) গণ্ড (খজাই) মুণ্ড (কোক) পাষণ্ড (বেদমানিদবা) শিখণ্ড (য়াহোংগী মতোক) বংশ(শাগৈ) অংশ (শরুক) পুরোডাশ(তল মচা), হ্রদ (ঈরেন), কন্দ (মরা, লৌচিন), কুন্দ (লৈ অমা), বুদ্বুদ(কোঙোল), শব্দ (খোঞ্জেন) অর্ঘ (অথেনপোৎ), পথিন্ (লম্বী), মথিন্ (নৈবা) ঋভুক্ষিন্ (শোরারেন) স্তম্ভ (মউ, মুঙ্গী) নিতম্ব (নিংজোল) পূগ (কুয়া) পল্লব (মনা) পল্বল (পুখ্রি) কফ (লোক মথন অমা) রেফ (রকার) কটাহ ( থেম্বুগী নঙ্গন শক) মঠ ( মন্দির,আশ্রম) মনি (মনি মুক্তা) তরঙ্গ (ঈথক) গন্ধ (মনম) স্কন্ধ (লেংজ্রম) মৃদঙ্গ (পুং) সঙ্গ (সভা) সমুদ্র(সমুদ্র) পুঙ্খ(তেনখোক) সারথি(দোলাই খৌবা) আতিথি (চংজরকপা, চাকনিবা) কুক্ষি (গর্ভ) পাণি(খুৎ) অঞ্জলি (খুজোক) অসিনচিংবা শব্দশিংসি পুংলিঙ্গনি।

## ক্লীবলিঙ্গ

**ভাবে ল্যুডন্তঃ**—ভাববাচ্যদা ল্যুট্ (অনট্) প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি। মদুদি—হসনম্ (নোকপা)।

**নিষ্ঠা চ**—ভাববাচ্যদা তৌবা ক্ত প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি। মদুদি— হসিতম্ (নোকপা) গীতম্ (ঈশৈ)।

**ত্বষ্যঞৌ তদ্ধিতৌ**—তদ্ধিত-গী ত্ব অমসুং ষ্যঞ্ প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি। খুদম—শুক্লত্বম্ ,শৌক্ল্যম্ (অঙৌবগী মতৌ)।

**যদ্যঢগ্যগঞণ্বুঞ্ছাশ্চ ভাবকর্মণি**—ভাব অমসুং কর্ম্ম অসিগুম্বা অর্থ অনিসিদা তৌবা যৎ, য, ঢক্, যক্, অঞ্, অণ, বুঞ্ অমসুং ছ প্রত্যয়না মমৈদা লৈবা শব্দ খুদিংমক ক্লীবলিঙ্গ ওইগনি। খুদম—শৈত্যম্ (অইংবগী মতৌ), সখ্যম্ (মরুপকী মতৌ), আতিথেয়ম্ (অতিথিগী ওইবা) আধিপত্যম্ ( মপু ওইবগী মতৌ) শৈশবম্ ( অঙাং ওইবগী মওং), সহায়কম্ (মতেং)।

**অব্যয়ীভাবঃ**—অব্যয়ীভাব সমাসতা থোকপা শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি । খুদম— উপনগরম্। যথাশক্তি।

**দ্বন্দ্বৈকত্বম্**—সমাহার দ্বন্দ্বদা থোকপা শব্দ ক্লীবলিঙ্গ (এক বচনান্ত)ওইগনি। খুদম— পাণিপাদম্ (খোং অমসুং খুৎ)।

**অনল্পে ছায়া**—অনল্পার্থে (অয়াম্বা থংনবা অর্থদা) ছায়া শব্দ ক্লীবলিঙ্গ চংকনি। খুদম—শরচ্ছায়ম্, ইক্ষুচ্ছায়ম্।

**রাজামনুষ্যপূর্বা সভা**—রাজন্ শব্দ নত্তবা নিংথৌ অর্থ থংনবা শব্দ অমসুং অমনুষ্য (মীদগী তোঙানবা অর্থ থংনবা) শব্দনা মথক্তা লৈবা সভা শব্দ ক্লীবলিঙ্গ ওইগনি। খুদম— নৃপসভম্, পিশাচসভম্। তৌইগুম্বসুং রাজসভা, পণ্ডিতসভা অসিদা ওইদ্রে।

**সুরাসেনাছায়াশালানিশাদ্বিয়াংচ**—সমাসতা মথক্তা য়াওরিবা শব্দশিং অসি বিকল্প ওইনা স্ত্রীলিঙ্গ ওই। খুদম—যবসুরা, যবসুরম্। শত্রুসেনা, শত্রুসেনম্। বৃক্ষচ্ছায়া, বৃক্ষচ্ছায়ম্। গোশালা, গোশালম্। মহানিশা, মহানিশম্।

**সংখ্যা পূর্ব্বা রাত্রিঃ**—সংখ্যাবাচকনা মথক্তা লৈবা রাত্রি শব্দ ক্লীবলিঙ্গ ওই। দ্বিরাত্রম্।

**দ্বিগুঃ স্ত্রিয়াংচ**—দ্বিগু সমাসতা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ অমসুং নপুংসক লিঙ্গ ওই। মদুদি—ত্রিলোকী ত্রিলোকম্, ত্রিভুবনম্ (মরোল অহুম)।

**ইসুসন্তঃ**—ইস্ অমসুং উস্ ভাগান্ত শব্দ ক্লীবলিঙ্গ চৎলি। খুদমদি—হবিস্, ধনুস্। তৌইংগুম্নসুং অর্চ্চিস্ (মঙাল) অসিদি স্ত্রীলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গসু চৎলি।

**মুখনয়নলোহবনমাংসরুধিরকার্মুকবিবরজলহলধনান্নাভিধানানি**— মুখ (মাই) নয়ন (মিৎ) লৌহ (য়োৎ) বন (উমং) মাংস (শদুম) রুধির (ঈ) কার্মুক (লীরুং) বিবর (মথুল) জল (ঈশিং) হল (লাঙ্গল) ধন (লন) অন্ন (চাক) থন্নবা শব্দ পুম্নমক ক্লীবলিঙ্গনি। মদুদি—

**মুখ**—মুখম্, আস্যম্, বদনম্, আননম্। (বক্ত্র শব্দ পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি)।

**নয়ন**—নয়নম্, অক্ষি, লোচনম্, অম্বকম্ (নেত্র পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি)।

**লোহ**—লোহম্, লৌহং, কালম্।

**বন**—কাননম্, বিপিনম্, গহনম্ বনম্। (অরণ্য পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি, অটবী স্ত্রীলিঙ্গনি)।

**মাংস**—মাংসম্, পিশিতম্, পলম্, আমিষম্।

**রুধির**—রুধিরম্, রক্তম্, ক্ষতজম্।

**কার্মুক**—কার্মুকম্, শরাসনম্, ধনুঃ। (গাণ্ডীব পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি)।

**বিবর**—বিবরং, বিলম্।

**জল**—জলং, বারি, সলিলম্। (অপ্ স্ত্রীলিঙ্গনি)।

**হল**—হলং, লাঙ্গলম্।

**ধন**—ধনম্, দ্রবিণম্।

**অন্ন**—অন্নম্, অশনম্ (ওদন শব্দ পুংলিঙ্গনি)।

**শতাদিঃ সংখ্যা**—সংখ্যাবাচক শত-নচিংবা শব্দ ক্লীবলিঙ্গ ওই। মদুদি—শতম্। সহস্রম্। তৌইংগুম্নসুং অযুত প্রযুত শব্দদি পুংলিঙ্গনি। কোটি শব্দনা স্ত্রীলিঙ্গনি।

**মন্নাচ্ কোংকর্ত্তরি**—কর্ত্তৃবাচ্যদগী তোঙানবা বাচ্যদা স্বর অনি য়াওবা মন্ ভাগান্ত শব্দ ক্লীবলিঙ্গ চৎলি। মদুদি—চর্ম্ম (উনশা), বর্ম্ম (ফুরিৎ), স্বর অনিদগী হেনবা—অণিমা, লঘিমাদি পুংলিঙ্গনি অদুগা ব্রহ্মন্ শব্দদি পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গ অনিমক চৎলি।

**অসন্তো দ্ব্যচ্কঃ**— স্বর অনি য়াওবা অস্‌ভাগান্ত শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি। মদুদি—যশঃ (মিংচৎ), মনঃ (পুক্নিং), তপঃ (তপস্যা), চন্দ্রমস্ পুংলিঙ্গ অমসুং অপ্সরস্ স্ত্রীলিঙ্গনি।

**ত্রান্তঃ**—ত্র ভাগান্ত (ত্র-না লোয়া) শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি। মদুদি—পত্রম্ (উনা), ছত্রম্ (ছাটিন), তৌইংগুম্নসুং যাত্রা (অহানবা থোংথাং), মাত্রা (চাং), ভস্ত্রা (মৈহুম উতোং), দংষ্ট্রা (য়া) স্ত্রীলিঙ্গনি। অদুগা ভৃত্য (মনাই), অমিত্র (য়েক্লবা), ছাত্র (মহৈ তম্লিবা মী), পুত্র (মচা), মন্ত্র (মন্ত্র), উষ্ট্র (উট) পুংলিঙ্গনি। অমসুং পত্র (মনা), পাত্র (পোৎ হাপফম), পবিত্র (অশেংবা), সূত্র (অশাঙ্বা নিয়ম), পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি।

**বলকুসুমশুল্বপত্তনরণাভিধানানি**—বল (পাঙ্গল) কুসুম (লৈ) শুল্ব (কোঙৌ) পত্তন (সহর) রণ (লাল) বাচক শব্দ ক্লীবলিঙ্গনি। মদুদি—

**বল**—বলম্, বীর্য্যম্।

**কুসুম**—কুসুমম্, পুষ্পম্, প্রসূনম্।

**পত্তন**—পত্তনম্ ,নগরম্ ,পুরম্

**রণ**—রণম্ যুদ্ধম্ (আহব অমসুং সংগ্রাম পুংলিঙ্গ, আজি স্ত্রীলিঙ্গনি )।

**ফলজাতিঃ**—আমলকম্ ( হৈক্রু ), আম্রম্ (হৈনৌ) বিয়ৎ (আকাশ) [illegible] (সংসার) পৃষৎ ( ঈশিং মরীক ) শকৃৎ (থী); নবনীত (মাখন) অনৃত (অ[illegible]বা) অমৃত (অমৃত) নিমিত্ত (মরম) বিত্ত (লল) চিত্ত (থম্মোই) পিত্ত (হকচাংগা লৈবা নুংশিৎ মখল অমা) ব্রত (চরাহেনবা) রজত (লুপা) বৃত্ত (অকোইবা শকল) [illegible]লিত (পোক হৌবা) শ্রাদ্ধ ( পিতৃশিংগী পেন্নবশীদাক পিরা দান) [illegible]লীশ (বজ্র) পীঠ (আসন) কুণ্ড (দেবতাশিংগী পূজা স্থান) অঙ্ক (খুদম্) অঙ্গ (শরুক) দধি ( শঙ্গোম অফন) সক্থি (ফৈগন) অক্ষি (মীৎ) আস্য (মাই) আস্পদ (মফম) [illegible]কাশ (অতিয়া) ধান (ফো) আজ্য (ঘী) শস্য (মনা-মশিং) রূপ্য (লুপা) কাল ( শেবেংনচিংবা কাবিশা [illegible] শৈরেং) পণ্য (য়োন্নবা পোৎ) সত্য ( অচুম্বা) অপত্য (মচা) মূল্য (মমল [illegible]) হর্ম্ম্য (দলান) সৈন্য (লাশ্মী) দ্বন্দ্ব (জুড়া) বর্হ (ময়েহোং মতু) দুঃখ (অবাবা) [illegible] ফানবা খুৎলাই মখল অমা, থোই) বিম্ব (মমি) কুটুম্ব (শাগে) কপট (চুনাং) শব্দশিং [illegible] ক্লীবলিঙ্গনি।

ঘৃত (ঘী) ভূত (জীব) ঐরাবত (ঐরাবত শামু) পুস্তক (লাইরিক, [illegible]) (অঙাংবা) শৃঙ্গ (মচী, মতোন) অর্ঘ ( পূজাগী পোৎলম অমা) নিদাঘ (অশাবা নুমিৎ) [illegible] (হোৎনবা) কুঞ্জ ( অথুপ্পা মফম) দর্প ( নাপল) দর্ভ (কুশ, দণ্ড (চৌ) মণ্ড ( চবোন) খণ্ড (মচেৎ) সৈন্ধব (থুম) পার্শ্ব ( নাকল) আকাশ (অতিয়া) কুশ (কুশ) অঙ্কুশ(শামু কাতি) কুলিশ (বজ্র) শব্দশিং অসি পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি।

শ্মশ্রু (মিৎকী পা) জানু (খুকউ) স্বাদু (অহাওবা) অশ্রু (পি) জতু (চা) ত্রপু (কোঙৌ) তালু (ঙৌ) বসু (লন) চিবুক (খদাং) শালূক (লেম্ফু) প্রাতিপদিক, অংশুক (অপাবা ফি) উল্মুক (অচাকপা মৈহুম) কিরীট মুকুট (লুহপ) ললাট (লাইবক) বট (বট্ পাম্বী) বীট (পাম্বী অমা) শৃঙ্গাট (মায়কৈ মবি লম্বী লৈবা মফম) কর্পট (ক্বাক অমা) লোষ্ট্র (লৈতুম) ঋণ (অবাংপা) লবণ ( থুম) পর্ণ (উনা) তোরণ (হোজং) বণ (লান) উষ্ণ (অশাবা) চর্ম্মণ্ (শাউন) বর্ম্মন্ ( ফুরিৎ) কাষ্ঠ (শিং) পৃষ্ঠ (নঙ্গল) সিক্থ (চাক) উক্থ (সাম-বেদ) জঘন (ফৈগন) অজিন ( শবেং মউন) তুহিন (লিকলা) বৃজিন (পাপ) বেতন (তলব) শাসন (লাকশনবা) সোপান (থাক) মিথুন (জোড়া) শ্মশান (মোংফম) রত্ন (মণিমুক্তানচিংবা) নিম্ন ( অনেম্বা) চিহ্ন (খুদম) পাপ (ফত্তবা থবক্তী মহৈ) রূপ (মশাক)উড়ুপ (উঙাম, পোং) তল্প (ফমুং) শিল্প (খুৎশা হৈবগী থবক) পুষ্প (লৈ) শষ্প (মনামশিং) সমীপ (মনাক) অন্তরীপ (দ্বীপ) রুক্ম(সনা) সিধ্ম(কুষ্ঠগী লায়না মখল অমা) ইধ্ম (যজ্ঞগী শিং) যুগ্ম (জোড়া) গুল্ম (মোংগোং)অধ্যাত্ম (ঈশ্বরগী ওইবা) কুঙ্কুম(চন্দন মখল অমা) কিসলয় (মনা অনৌবা) হৃদয় ( থম্মোই) ইন্দ্রিয় ( ইন্দ্রি) উত্তরীয় ( ইনফি) গোময় (ষণথি) শিরীষ (লৈ মখল অমা) জোষ (অপেনবা, হরাওবা, শান্তি) অম্বরীষ ( অবাবা, লান, নরক) পীযূষ (অমৃত) পুরীষ (থী)কিল্বিষ (পাপ) কল্মষ (পাপ) দ্বার (থোং) অগ্র ( মাং) তক্র(শানা মহি) বক্র (খোয়বা) বপ্র (কামগী ক্রিয়া) ক্ষিপ্র (থুবা) ছিদ্র (অহোবা, অকায়বা) ক্ষীর (শঙ্গোম) তীর(মপান) দূর ( অরাপ্পা) কৃচ্ছ্র (প্রায়শ্চিত্ত মখল অমা) রন্ধ্র (অহোবা)শ্বভ্র (অহোবা) গভীর (অরুবা)ক্রূর (তমথিবা) বিচিত্র (অঙকপা) কেয়ূর (পাম্বোম ফাবী, তালনচিংবা) কেদার (লৌবুক) উদর (পুক) অজস্র (অতৎপা লৈতবা) শরীর (হকচাং) কন্দর (লোক) মন্দর (চীং অমা) পঞ্জর

(পোন) চত্বর (মাঙ্গোন) কাশ্মীর (দেশ অমা) নীর (ঈশিং) অম্বর (অতিয়া) শিশির (লিক্লা) অভ্র (অভ্র)যন্ত্র (মেচিন) ক্ষত্র (ক্ষত্রিয়) ক্ষেত্র (লৌবুক) মিত্র (মরুপ) কলত্র (নুপী) চিত্র (লাইঅয়েকপা) সূত্র (শাম্না তাকপা) বক্ত্র (মায়) নেত্র (মিৎ) গোত্র (শাগে) অঙ্গুলিত্র (তেন কাপদা উপ্পবা খুদোপ) অস্ত্র (খুৎলাই) শাস্ত্র (শাস্ত্র) বস্ত্র (ফি) পত্র (চিঠি) পাত্র (পোৎ হাপফম) ছত্র (ছাটিন) শব্দশিং অসি ক্লীবলিঙ্গনি অমসুং পনস (খৈবোং) বিস (থম্বৌ) সাহস (থৌনা)সু ক্লীবলিঙ্গনি ।

## পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গ

কন্টক (তিঙ্খং) অনিক (লাশ্মী) সরফ (য়ু মখল অমা) মোদক (কবোক খোইদুম) চষক(য়ুগী গিলাস) মস্তক (কোক) পুস্তক (লাইরিক) তড়াগ (পুখ্রি) নিষ্ক (সনা, সনাগী অরুপ্পা চাং) শুল্ক (অকংবা) বর্চস্ক (থৌনা হেঙ্গৎপা) পিনাক (মহাদেবগী লীরুং) ভাণ্ডক (কপ) কটক (লানবন) দণ্ডক (অশাংবগী চাং) পিঠক (শৌদোক্রবা পোৎ) তালক (য়েবগী খোঙ্জেল) ফলক (চুংগোই) পুলক (তুজুংবা) দারু (উ)কসেরু (নাপী)বস্তু (পোৎ) মস্তু (ঈশিং হাপ্পবা) কূট (চীংদোন) কপট (লৌনম) কপাট (থোংজাও) কপটি (পোৎ থম্ফম শগাই) নট, নিকট (মনাক) কীট (তীল)মদ্গু (ঈশিংগী উচেক) মধু (খোইহি) শীধু (য়ু) সানু (চীংখাং) কমণ্ডলু (য়ুবী খুজাই) স্বর্ণ সুবর্ণ (সনা) ব্রণ (অশোকপা মফম) চরণ (খোং) বিষাণ (মচী) চূর্ণ (মকুপ) তৃণ (নাপী) তীর্থ (অশেংবা মফম) প্রোথ (নিংজোন) যূথ (মপৈ) গাথ (শৈরেং) মান (ইজৎ)যান(গাডী) অভিধান (মিং) নলিন (থম্বাল) পুলিন (মপান) উদ্যান (লৈকোল) শয়ন (তুম্বা) আসন (ফম্ফম ) স্থান (মফম) চন্দন (চন্দোন) আলান (শামু উচুক) সমান (মানবা) ভবন (য়ুম) বসন (ফি) সম্ভাবন (ওইবা য়াবা) বিমান (এরোপ্লেন) শূর্প (য়াঙ্কোক) দ্বীপ ( ঈশিং ময়াইগী দেশ) বিটপ (উরী) জৃম্ভ ( হকাম চনবা) সংগ্রাম (লানফম) দাড়িম (কফোই) কুসুম (লৈ) আশ্রম (মফম, য়ুম) ক্ষেম (মঙ্গল) ক্ষৌম (সীল্কগী ফি) হোম (মৈদা দান তৌবা) উদ্দাম (থাদোকপা) কষায় (অফকপা) মলয়(চীং অমগী মমিং) অন্বয় (পরেং চানা লেংবা) অব্যয় (অমাং অতা লৈতবা) চক্র (কাংখোং অয়াংপা) বজ্র (নোংমৈ শীংজং) অন্ধকার (অমম্বা) সার (মচি) পার (লাম্থোকপা) ক্ষীর (শঙ্গোম) তোমর (লম্বু) শৃঙ্গার (নুংশিবা) ভৃঙ্গার (ঈশিং হাপ্পবা পাত্র) তিমির (অমম্বা) যূষ (লৈ. লৈবাক) করীষ (ষষ্ঠী অকংবা) মিষ (লৌনম্) বিষ (হু) বর্ষ (চহী) সরস(পুখ্রি) নির্য্যাস (উগী মহী) উপবাস (চরাহেনবা) কার্পাস (লশিং ফি) বাস (লৈবা) মাস (থা) কাস (শীংনাং) কাংস (শেঙ্জেং) মাংস (শদুম)। পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গনি।

পুংলিঙ্গ অমসুং ক্লীবলিঙ্গ— ঘৃত (ঘী) ভূত (জীব) মুস্ত (নাপী মখল অমা) পুস্তক (লাইরিক) লোহিত (অঙাংবা মচু) শৃঙ্গ (মচী অমসুং মতোন) নিদাঘ (ওলাংথা) উদ্যম (হোৎনবা) শল্য (খুৎলাই) দর্ভ (কুশ) পুচ্ছ (মমৈ) কবন্ধ (মকোক য়াওদবা মী) ঔষধ (হিদাক) আয়ুধ (খুৎলাই) দণ্ড (চৈ) মণ্ড (চবোন) খণ্ড (মচেৎ) শব (অশিবা মশা) সৈন্ধব (থুম) পার্শ্ব (নাকল) কাশ (শীংনাং) অঙ্কুশ (শামু কাটি) আকাশ, কুশ (কুশ) কুলিশ (বজ্র) গৃহ (য়ুম) দেহ (হকচাং) পটহ (কেটলী অমসুং ড্রম) অষ্টাপদ (সনা) অর্বুদ (নোং) ককুদ্ (অৱাংবা মফম) শীল (হৌনবী লমচৎ) মূল (মরু) মঙ্গল (য়াইফবা) কমল (থম্বাল) তল (অনেম্বা মফম) মুসল (য়োৎশুক) শূল (লম্বু)।

পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ—গো (ষনবী) মণি (মণি) য়ষ্টি (চৈ) মুষ্টি (খুদুম) পাটলি (লৈ মখল অমা) বস্তি (খুঙ্গং) শাল্মলি (তেরা) ত্রুটি (অপরাধ) মসি (মুক) মরীচি

(মঙালগী মশেক) মন্যু (অশাউবা) মৃত্যু (শিবা) সীধ (য়ু মখল অমা) কর্বন্ধু (বোরোহই পারী) কণ্ডু (হাকচবা) রেণু (লৈরিক)।

মখাদা হায়রিবা শব্দশিং অসি লিঙ্গ অহুমকতা শিজিন্নে। মদুদি—অব্যয় শব্দ, কতি যতি, অসিনচিংবা। অস্মদ্, যুষ্মদ্, সংখ্যাবাচক (ষষ্ঠ, অমসুং নাষ্ট) একঃ, একা একম্। কৃত্য প্রত্যয়ান্ত শব্দ। কর্তব্যঃ কর্তব্যা কর্তব্যম্। গুণবাচক শুক্লঃ শুক্লা শুক্লম্। সর্বনচিংবা সর্বনাম শব্দ।

# বিভক্তি অমসুং বচন

প্রাতিপদিকসী মখাদা বিভক্তি তরেৎ লৈ। প্রথমা—অহানবা কারক, দ্বিতীয়া—অনিশুবা কারক, তৃতীয়া—অহুমশুবা কারক, চতুর্থী—মরিশুবা কারক, পঞ্চমী—মঙাশুবা কারক, ষষ্ঠী—তরুকশুবা কারক, সপ্তমী—তরেৎশুবা কারক। বিভক্তি অমমমদা বচন (মশিং) অহুম অহুম লৈ। একবচন—অমখংনবা, দ্বিবচন—অনিখংনবা, বহুবচনময়াম খংনবা। একবচন-না অমা খংনবদা, দ্বিবচন-না অনি খংনবদা, বহুবচন-না অমদগী পরার্দ্ধ ফাওবা খংনবদা শিজিন্নগনি।

## বিভক্তিগী মশাক

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সু (ঃ) | ঔ | জস্ (অঃ) |
| দ্বিতীয়া | অম্ (অম্) | ঔট্ (ঔ) | শস্ (অঃ) |
| তৃতীয়া | টা (আ) | ভ্যাম্ | ভিস্ (ভিঃ) |
| চতুর্থী | ঙে (এ) | ভ্যাম্ | ভ্যস্ (ভ্যঃ) |
| পঞ্চমী | ঙসি (অঃ) | ভ্যাম্ | ভ্যস্ (ভ্যঃ) |
| ষষ্ঠী | ঙস্ (অঃ) | ওস্ (ওঃ) | আম্ |
| সপ্তমী | ঙি (ই) | ওস্ (ওঃ) | সুপ্ (সু) ১ |

মতৌ অসুম্না বিভক্তি তরেৎ অসিগী মমিং সুপ্ কৌই। প্রাতিপদিকগী মখাদা সুপ্ থাজিল্লগা পদ ওই। সুপ্-না মমৈদা লৈরগা পদ ওই হায়দুনা পদবু সুবন্ত কৌই। বিভক্তি তিনশিল্লগা প্রাতিপদিক-গী করি করিগুম্বা শরুক খরা মশক ওল্লি, অমসুং করি করিগুম্বদা বিভক্তি মশক ওল্লি, হায়বদি লুপ্ ওই (মাংখি)।

করম্বা শব্দদা করম্বা বিভক্তি লেংশিল্লগা করম্বা পদ ওইবগে হায়বা অদু মখং মনাও নাইনা উৎলকই। 'সম্বোধনে প্রথমা বিভক্তি' তশেংনা সম্বোধনদা শব্দগী রূপ অসি প্রথমাগী মতৌগুম্না ওই। তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা শব্দগী সম্বোধনগী একবচনদা মশক তোঙাল্লি; মরম অসিনা সম্বোধনগী একবচনগী মশক অদু মখাদা উৎলক্কদৌরি।

(১) ব্যাকরণ হৈবশিংনা বিভক্তিগী অহানবা মরেক সু অমসুং অরোইবা মরেক প্ হলন্ত অসি লৌরগা বিভক্তিবু সুপ্ কৌই হায়না উৎলমী।

# স্বরান্ত পুংলিঙ্গ শব্দ

## সাধারণ সূত্র (তোঙানবা)

১। অকারনা মথৈদা লৈবা শব্দ, ইকারনা মথৈদা লৈবা শব্দ অমদি উকারনা মথৈদা লৈবা শব্দগী অম্-গী অ অদু লোপ ওই। মদুদি—নরম্, মুনিম্, সাধুম্।

২। সম্বোধনদা অকারনা মথৈ থংবা শব্দগী সু বিভক্তিগী লোপ ওই। মদুদি—নর, রাম, অসিনচিংবা।

৩। হ্রস্ব স্বরনা মথৈথংবা শব্দগী শস্-গী মফমদা ন্ অমদি আম্‌গী মফমদা নাম্ ওই ; অসিগুম্বা শস্-গী ন্ অমসুং নাম্-না মথাক্তা শব্দগী মথৈথংবা স্বর অদু দীর্ঘ ওই। মদুদি—নরান্, মুনীন্, সাধূন্, দাতৄন্, ভ্রাতৄন্, নরাণাম্, সাধূনাম্, দাতৄণাম্, ভ্রাতৄণাম্।

৪। অকারান্ত শব্দগী টা বিভক্তিগী মফমদা ইন, ভিস্-গী মফমদা ঐস্, ঙে-গী মফমদা অয়, ঙসি-গী মফমদা আৎ, ঙস্-গী মফমদা স্য অমসুং ওস্-গী মফমদা য়োস্ ওই। মদুদি—নরেণ, নরৈঃ, নরায়, নরস্য, নরয়োঃ।

৫। ভ্যাম্-না মথাদা লৈরবদা অকারান্ত শব্দগী অকারগী মফমদা আকার ওই অমসুং ভ্যস্ অমসুং সুপ্-না মথাদা লৈরবদা অকারগী মফমদা একার ওই। মদুদি—নরাভ্যাম্, নরেভ্যঃ, নরেষু।

৬। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত শব্দগী ঔ-গী লোপ ওই, অমসুং ই,উ-গী দীর্ঘ ওই। মদুদি—মুনী, সাধূ।

৭। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত শব্দগী টা-গী মফমদা না ওই, অমসুং ঙি-গী মফমদা ঔ ওই। ঔ-না মথাদা লৈরবদা মথৈথংবা স্বর লোপ ওই। মদুদি—মুনিনা, সাধুনা, মুনৌ, সাধৌ।

৮। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত শব্দগী জস্, ঙে, ঙসি, ঙস্ অমসুং সম্বোধনগী ই,উ-গী গুণ ওই (গুণ=ই-গী মফমদা এ,উ-গী মফমদা ও)। অমদি ঙসি অমসুং ঙস্ বিভক্তিগী অকার লোপ ওই। মদুদি—মুনয়ঃ, মুনয়ে, মুনেঃ, মুনেঃ; সাধবঃ, সাধবে, সাধোঃ, সাধোঃ।

৯। শস্‌দগীনা বিভক্তিগী স্বর মক্তা মথাদা লৈরবদা ধাতুদগী থোকপা আকারান্ত শব্দগী আকারগী লোপ ওই অমসুং ধাতুদগী থোকপা ঈকারান্ত শব্দগী ঈকারগী মফমদা ইয়্ অমসুং ঊকারান্ত শব্দগী ঊকারগী মফমদা উব্ ওই। খুদম—জস্—বিশ্বপঃ, সুধিয়ঃ, স্বয়ম্ভুবঃ।

১০। ঋকারান্ত শব্দগী সু বিভক্তিগী লোপ ওই অমসুং ঋ-গী বৃদ্ধি (আর্) ওই অদুগা অন্ত্য (মথৈথংবা) র্ অদুগী লোপ ওই। মদুদি—দাতা, ভ্রাতা, অমদি, সম্বোধন-দা ঋ-গী গুণ (অর্) ওই। মদুদি—দাতঃ, ভ্রাতঃ।

১১। ঔ,জস্, অম্-না মথাদা লৈরবদা ঋকারান্ত শব্দগী ঋ-গী বৃদ্ধি ওই (ঋ=আর্) তৌইগুম্বসুং ভ্রাতৃ-নচিংবগী ঋ-গী গুণ ওই (ঋ=অর্)। মদুদি—দাতারৌ, দাতারঃ, দাতারম্, ভ্রাতরৌ, ভ্রাতরঃ, ভ্রাতরম্।

১২। ঋকারান্ত শব্দগী ঙসি অমসুং ঙস্-গী মফমদা উস্ ওই অমসুং ঋকারগী লোপ ওই। মদুদি—দাতুঃ, ভ্রাতুঃ।

১৩। ঙি-না মথাদা লৈরবদা ঋকারান্ত শব্দগী ঋ-গী গুণ ওই। মদুদি—দাতরি, ভ্রাতরি।

১৪। সু ঔ জস্-না মথাদা লৈরবদা ওকারান্ত শব্দগী ও-গী মফমদা ঔ ওই অমদি অম্ অমসুং শস্-না মথাদা লৈরবদা আ ওই। মদুদি—গৌঃ, গাবৌ, গাবঃ, গাম্ গাঃ।

১৫। পতি অমসুং সখি শব্দগী রূপ স্বতন্ত্র ওই। মদু শব্দ রূপতা য়েংগদবনি।

---

# স্বরান্ত শব্দ

## পুংলিঙ্গ

### অকারান্ত—নরশব্দ (মী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | নরঃ | নরৌ | নরাঃ |
| দ্বিতীয়া | নরম্ | নরৌ | নরান্ |
| তৃতীয়া | নরেণ | নরাভ্যাম্ | নরৈঃ |
| চতুর্থী | নরায় | নরাভ্যাম্ | নরেভ্যঃ |
| পঞ্চমী | নরাৎ | নরাভ্যাম্ | নরেভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | নরস্য | নরয়োঃ | নরাণাম্ |
| সপ্তমী | নরে | নরয়োঃ | নরেষু |
| সম্বোধন | নর | নরৌ | নরাঃ |
| স্ত্রীলিঙ্গদা | নারী | | |

অন্য-নচিংবা অমসুং দ্বিতীয় অমসুং তৃতীয়-দি নত্তবা চাওরাক্পা পুংলিঙ্গ অকারান্ত শব্দ (১) অয়াম্বা অসিগুম্বা ওইগনি। অন্য-নটিংবগীদি (২) তশেংনা প্রথমা বহুবচনদা খজিক্তং থেন্নবা লৈ। মদুদি—অন্যে, অন্যাঃ।

দ্বিতীয়াগী বহুবচন (শস্) দগী হৌনা লেমহৌবা বিভক্তিশিংদা পাদ-গী মফমদা পদ্, দন্ত-গী মফমদা দৎ, মাস-গী মফমদা মাস্ অমসুং যূষ-গী মফমদা যূষন্ ওই।

পদ্ শব্দ সুহৃদ্ শব্দগী মতৌগুম্বা দৎ শব্দনা ভূভৃৎ শব্দগী মতৌগুম্বা মাস্ শব্দনা বেধস্ শব্দগী মতৌগুম্বা মান্নে। তশেংনা ভ-না মথাদা লৈরবদা স্-গী লোপ ওইনা অসিতনি থেন্নবা।

### পাদ (খোং)

প্রথমা—পাদঃ পাদৌ পাদাঃ। দ্বিতীয়া—পাদম্ পাদৌ পাদান্, পদঃ। তৃতীয়া—পাদেন পদা, পাদাভ্যাম্ পদ্ভ্যাম্, পাদৈঃ পদ্ভিঃ। চতুর্থী—পাদায় পদে, পাদাভ্যাম্ পদ্ভ্যাম্, পাদেভ্যঃ, পদ্ভ্যঃ। পঞ্চমী—পাদাৎ পদঃ, পাদাভ্যাম্ পদ্ভ্যাম্, পাদেভ্যঃ পদ্ভ্যঃ। ষষ্ঠী—পাদস্য পদঃ, পাদয়োঃ পদোঃ, পাদানাম্ পদাম্। সপ্তমী—পাদে পদি, পাদয়োঃ পদোঃ, পাদেষু, পৎসু। সম্বোধন—পাদ।

---

(১) কর (মশাল, খাজনা, খুৎ, অমসুং শামুগী মনাতোন) মৃগ (শাজি); কৃশ (বিশেষণ) ময়াংকংবা; বৃষ (শন্নাবা), দৃঢ় (বিশেষণ) চেৎপা; রোষ (অশাওবা); ক্রম (উ), গ্রহ (গ্রহ); অর্থ (কাম্নবা, লম্বুম); অশ্ব (শগোল); গজ (শামু); শৈল (চিং); সাগর (সমুদ্র);পরাগ (লৈরিক, উফুল); দেব (লাই); অসুর (হিংচাবা); সূর্য্য (নুমিৎ); চন্দ্র (থা); অনল (মৈ); অনিল (নুংশিৎ); সিংহ ( লোংশা); ব্যাঘ্র (কৈ); সর্প (লিন); মৎস্য (ঙা); বরাহ (ওক); বিহগ (উচেক); বৃক্ষ (উপাম্বী); স্বর্গ (লাইনৈপাক); মেঘ (লোং); কাল (মতম); কণ্ঠ (খোরি); কেশ (শম); নখ (খুজিল); ওষ্ঠ (চিনবান্); শিক্ষকঃ (ওঝা); ছাত্র (পরুবান্), গ্রাম (খুঙ্গং); আলয় (য়ুম); রস (মহী); গন্ধ (মনম্); শব্দ (খোঞ্জেল, বাহৈ); কুক্কুর (হুই); বিড়াল (হৌদোং); মূষিক ( উচি, উতিন); শৃগাল (নমহুই); গ্রীষ্ম (ওলাং থা); বসন্ত (য়েনিং থা)।

(২) অন্য (অপিকপা); প্রথম (অহানবা); চরম (অরোইবা); অর্দ্ধ (তঙ্খাই); কতিপয় (কয়ামুক ওইবা); দ্বয় (অনি); ত্রয় (অহুম); দ্বিতয় (অনিশুবা শরুক); ত্রিতয় (অহুমশুবা শরুক); চতুষ্টয় (মরিশুবা শরুক)।

## দন্ত (য়া)

প্রথমা—দন্তঃ দন্তৌ দন্তাঃ। দ্বিতীয়া—দন্তম্ দন্তৌ দন্তান্ দতঃ। তৃতীয়া—দন্তেন দতা, দন্তাভ্যাম্ দদ্ভ্যাম্, দন্তৈঃ দদ্ভিঃ। চতুর্থী—দন্তায় দতে, দন্তাভ্যাম্, দদ্ভ্যাম্, দন্তেভ্যঃ দদ্ভ্যঃ। পঞ্চমী—দন্তাৎ দতঃ, দন্তাভ্যাম্ দদ্ভ্যাম্, দন্তেভ্যঃ দদ্ভ্যঃ। ষষ্ঠী—দন্তস্য দতঃ, দন্তয়োঃ দতোঃ, দন্তানাম্ দতাম্। সপ্তমী—দন্তে দতি, দন্তয়োঃ দতোঃ, দন্তেষু দৎসু। সম্বো—দন্ত।

## মাস শব্দ (থা)

প্রথমা—মাসঃ মাসৌ মাসাঃ। দ্বিতীয়া—মাসম্ মাসৌ মাসান্ মাসঃ। তৃতীয়া—মাসেন মাসা, মাসাভ্যাম্ মাভ্যাম্, মাসৈঃ মাভিঃ। চতুর্থী—মাসায় মাসে, মাসাভ্যাম্ মাভ্যাম্, মাসেভ্যঃ মাভ্যঃ। পঞ্চমী—মাসাৎ মাসঃ, মাসাভ্যাম্ মাভ্যাম্, মাসেভ্যঃ মাভ্যঃ। ষষ্ঠী—মাসস্য মাসঃ, মাসয়োঃ মাসোঃ, মাসানাম্ মাসাম্। সপ্তমী—মাসে মাসি, মাসয়োঃ মাসোঃ, মাসেষু মাঃসু। সম্বো—মাস।

## যূষ শব্দ (মহী মনাহি)

প্রথমা—যূষঃ যূষৌ যূষাঃ। দ্বিতীয়া—যূষম্ যূষৌ যূষান্ যূষ্ণঃ। তৃতীয়া—যূষেণ যূষ্ণা, যূষাভ্যাম্ যূষভ্যাম্, যূষৈঃ যূষভিঃ। চতুর্থী—যূষায় যূষ্ণে, যূষাভ্যাম্ যূষভ্যাম্, যূষেভ্যঃ যূষভ্যঃ। পঞ্চমী—যূষাৎ যূষ্ণঃ, যূষাভ্যাম্ যূষভ্যাম্, যূষেভ্যঃ যূষভ্যঃ। ষষ্ঠী—যূষস্য যূষ্ণঃ, যূষয়োঃ যূষ্ণোঃ, যূষাণাম্ যূষ্ণাম্। সপ্তমী—যূষে যূষ্ণি, যূষয়োঃ যূষ্ণোঃ, যূষেষু যূষসু। সম্বো—যূষ।

অজর, নির্জর-নচিংবা শব্দ অসি বিভক্তিগী স্বরবর্ণনা মথাদা লৈরবদা বেধস্ শব্দগী মতৌগুম্না ওই। মদুদি, প্রথমা—অজরঃ অজরৌ অজরসৌ, অজরাঃ অজরসঃ। দ্বিতীয়া—অজরম্ অজরসম্, অজরৌ অজরসৌ, অজরান্ অজরসঃ। তৃতীয়া—অজরেণ অজরসা, অজরাভ্যাম্ অজরৈঃ। চতুর্থী—অজরায় অজরসে, অজরাভ্যাম্, অজরেভ্যঃ। পঞ্চমী—অজরাৎ অজরসঃ, অজরাভ্যাম্ অজরেভ্যঃ। ষষ্ঠী—অজরস্য অজরসঃ, অজরয়োঃ অজরসোঃ, অজরাণাম্ অজরসাম্। সপ্তমী—অজরে অজরসি, অজরয়োঃ অজরসোঃ, অজরেষু। সম্বোঃ অজর। নির্জর শব্দগী রূপ পুম্নমক অজর শব্দগা মান্নগনি।

সায়াহ্ন ব্যহ্ন অমসুং সংখ্যা পূর্ব্বক (মশিং থংনবা বাহৈনা মমাং থংবা) অহ্ন (দ্ব্যহ্ন, ত্র্যহ্ন অসিনচিংবা) শব্দ সপ্তমীগী একবচনদা সায়াহ্নি, সায়াহনি, সায়াহ্নে। ব্যহ্নি ব্যহনি, ব্যহ্নে। দ্ব্যহ্নি দ্ব্যহনি দ্ব্যহ্নে। ত্র্যহ্নি ত্র্যহণি ত্র্যহ্নে, অসুম্না পদ অহুম অহুম ওই। অতোপ অতোপ্পা বিভক্তিশিংদদি নর শব্দগা মান্নৈ; তৌইগুম্বসুং মধ্যাহ্নে, অপরাহ্নে পূর্ব্বাহ্নে অসিদদি পদ অমমমতা ওই।

দ্বিতীয় অমসুং তৃতীয় শব্দদা তণেংনা চতুর্থী, পঞ্চমী অমসুং সপ্তমীগী একবচনদা খজিক্তুং খেন্নবা লৈ। মদুদি—দ্বিতীয় শব্দ চতুর্থী—দ্বিতীয়স্মৈ, দ্বিতীয়ায়। পঞ্চমী—দ্বিতীয়স্মাৎ দ্বিতীয়াৎ। সপ্তমী—দ্বিতীয়স্মিন্, দ্বিতীয়ে। অসিদগী লেমহৌবদি নর শব্দগা মান্নে। তৃতীয় শব্দসু অসিগুম্না ওই।

## অকারান্ত হাহাশব্দ (গন্ধর্ব্ব অমা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | হাহাঃ | হাহৌ | হাহাঃ |
| দ্বিতীয়া | হাহাম্ | হাহৌ | হাহান্ |
| তৃতীয়া | হাহা | হাহাভ্যাম্ | হাহাভিঃ |
| চতুর্থী | হাহৈ | হাহাভ্যাম্ | হাহাভ্যঃ |
| পঞ্চমী | হাহাঃ | হাহাভ্যাম্ | হাহাভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | হাহাঃ | হাহৌঃ | হাহাম্ |
| সপ্তমী | হাহে | হাহৌঃ | হাহাসু |
| সম্বোধন | হাহাঃ | | |

ধাতুদগী থোকপা নত্তবা অয়াম্বা পুংলিঙ্গ আকারান্ত শব্দ পুম্নমক মসিগা মান্নগনি।

## ধাতুদগী থোকপা আকারান্ত বিশ্বপা শব্দ (লাই, নুমিৎ, থা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | বিশ্বপাঃ | বিশ্বপৌ | বিশ্বপাঃ |
| দ্বিতীয়া | বিশ্বপাম্ | বিশ্বপৌ | বিশ্বপঃ |
| তৃতীয়া | বিশ্বপা | বিশ্বপাভ্যাম্ | বিশ্বপাভিঃ |
| চতুর্থী | বিশ্বপে | বিশ্বপাভ্যাম্ | বিশ্বপাভ্যঃ |
| পঞ্চমী | বিশ্বপঃ | বিশ্বপাভ্যাম্ | বিশ্বপাভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | বিশ্বপঃ | বিশ্বপোঃ | বিশ্বপাম্ |
| সপ্তমী | বিশ্বপি | বিশ্বপোঃ | বিশ্বপাসু |
| সম্বোধন | বিশ্বপাঃ | | |
| স্ত্রীলিঙ্গদা | বিশ্বপা | | |

সোমপা, ঘৃতপা, শঙ্খধ্মা-নচিংবা ধাতুদগী থোকপা অয়াম্বা আকারনা মমৈথংবা শব্দ খুদিংমক বিশ্বপা শব্দগা মান্নগনি।

## ইকারান্ত মুনি শব্দ (লাইনিংবা) ১

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | মুনিঃ | মুনী | মুনয়ঃ |
| দ্বিতীয়া | মুনিম্ | মুনী | মুনীন্ |
| তৃতীয়া | মুনিনা | মুনিভ্যাম্ | মুনিভিঃ |

১। নিধি—খোনী, ললগে, সমুদ্র; বিধি—নিয়ম, লোংদম্, গিরি—চীং; অগ্নি—মৈ; হরি—বিষ্ণু, ঈশ্বর; কবি—শৈরেং ইবা হৈবা; কপি—য়োং; ঋষি—মুনি (লাইনিংবা) রবি—নুমিৎ; রশ্মি—মঙাল; পানি—খুৎ; অরি—য়েক্নবা; অসি—থাং; অব্ধি—সমুদ্র; অদ্রি—চীং; অতিথি—চংজরকপা; মণি—মণি; অহি—লিন; রাশি—মপে; যতি—নাম্বোইবা; বীচি—ঈকক।

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| চতুর্থী | মুনয়ে | মুনিভ্যাম্ | মুনিভ্যঃ |
| পঞ্চমী | মুনেঃ | মুনিভ্যাম্ | মুনিভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | মুনেঃ | মুন্যোঃ | মুনীনাম্ |
| সপ্তমী | মুনৌ | মুন্যোঃ | মুনিষু |
| সম্বোধন | মুনে | | |

পতি অমসুং সখিদি নত্তবা অয়াম্বা ইকারনা মমৈ থংবা পুংলিঙ্গ চৎপা শব্দ মুনি শব্দগা মান্নগনি।

## পতি শব্দ (মপু, মপুরোইবা) (১)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | পতিঃ | পতী | পতয়ঃ |
| দ্বিতীয়া | পতিম্ | পতী | পতীন্ |
| তৃতীয়া | পত্যা | পতিভ্যাম্ | পতিভিঃ |
| চতুর্থী | পত্যে | পতিভ্যাম্ | পতিভ্যঃ |
| পঞ্চমী | পত্যুঃ | পতিভ্যাম্ | পতিভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | পত্যুঃ | পত্যোঃ | পতীনাম্ |
| সপ্তমী | পত্যৌ | পত্যোঃ | পতিষু |
| সম্বোধন | পতে | | |

পতি শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গদা পত্নী। (রূপতি নদীগা মান্নগনি)।

## সখি শব্দ (মরুপ) (২)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সখা | সখায়ৌ | সখায়ঃ |
| দ্বিতীয়া | সখায়ম্ | সখায়ৌ | সখীন্ |
| তৃতীয়া | সখ্যা | সখিভ্যাম্ | সখিভিঃ |
| চতুর্থী | সখ্যে | সখিভ্যাম্ | সখিভ্যঃ |
| পঞ্চমী | সখ্যুঃ | সখিভ্যাম্ | সখিভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | সখ্যুঃ | সখ্যোঃ | সখীনাম্ |
| সপ্তমী | সখ্যৌ | সখ্যোঃ | সখিষু |
| সম্বোধন | সখে | | |

সখি শব্দ স্ত্রীলিঙ্গদা সখী। (রূপতি নদীগা মান্নগনি)।

---

১। অতোপ্পা করিগুম্বা শব্দগা সমাস তৌরবদি পতি শব্দগী রূপসি মুনি শব্দগা মান্নগনি। মথুদি—নৃপতি, ভূপতি, মহীপতি, নরপতি (নিংথৌ)।

২। সখিশব্দ (রাজন্ অমসুং অহন্) কর্ম্মধারয় অমসুং তৎপুরুষ সমাস তৌরবদি অকারান্ত ওই। মথুদি—প্রিয়ঃ সখা প্রিয়সখঃ। মতম অদুদা রূপতি নর শব্দগা মান্নগনি। তৌইগুম্বসুং সুসখা (শোভনঃ সখা অফবা মরুপ) রূপ—সুসখা সুসখায়ৌ সুসখায়ঃ। দ্বিতীয়া—সুসখায়ম্ সুসখায়ৌ সুসখীন্। তৃতীয়া—সুসখিনা সুসখিভ্যাম্ সুসখিভিঃ। চতুর্থী—সুসখয়ে সুসখিভ্যাম্ সুসখিভ্যঃ। পঞ্চমী—সুসখেঃ সুসখিভ্যাম্ সুসখিভ্যঃ। ষষ্ঠী—সুসখেঃ সুসখ্যোঃ সুসখীনাম্। সপ্তমী—সুসখৌ সুসখ্যোঃ সুসখিষু। সম্বোঃ—সুসখে। অতিসখি শব্দসু অসিগুম্বা ওই।

## ঈকারান্ত সুধীশব্দ (জ্ঞান লৈবা মী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সুধীঃ | সুধিয়ৌ | সুধিয়ঃ |
| দ্বিতীয়া | সুধিয়ম্ | সুধিয়ৌ | সুধিয়ঃ |
| তৃতীয়া | সুধিয়া | সুধীভ্যাম্ | সুধীভিঃ |
| চতুর্থী | সুধিয়ে | সুধীভ্যাম্ | সুধীভ্যঃ |
| পঞ্চমী | সুধিয়ঃ | সুধীভ্যাম্ | সুধীভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | সুধিয়ঃ | সুধিয়োঃ | সুধিয়াম্ |
| সপ্তমী | সুধিয়ি | সুধিয়োঃ | সুধীষু |
| সম্বোধন | সুধীঃ | | |

স্ত্রীলিঙ্গদা সুধী। স্ত্রীলিঙ্গদা পুংলিঙ্গ সুধী শব্দ নত্রগা শ্রীশব্দগা মান্নগনি।

সেনানী অগ্রণী (লমজিংবা), গ্রামণী (খুঙ্গংগী লুচিংবা) অসিনচিংবা কয়ামুক খরদি নত্তনা চাওরাক্লা অয়াম্বা ঈকারান্ত শব্দগী (১) রূপগা মসিগা মান্নগনি।

## সেনানীশব্দ (সেনাপতি—লাম্মীগী লুচিংবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সেনানীঃ | সেনান্যৌ | সেনান্যঃ |
| দ্বিতীয়া | সেনান্যম্ | সেনান্যৌ | সেনান্যঃ |
| তৃতীয়া | সেনান্যা | সেনানীভ্যাম্ | সেনানীভিঃ |
| চতুর্থী | সেনান্যে | সেনানীভ্যাম্ | সেনানীভ্যঃ |
| পঞ্চমী | সেনান্যঃ | সেনানীভ্যাম্ | সেনানীভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | সেনান্যঃ | সেনান্যোঃ | সেনান্যাম্ |
| সপ্তমী | সেনান্যাম্ | সেনান্যোঃ | সেনানীষু |
| সম্বোধন | সেনানীঃ | | |

সেনানী-নচিংবা অসি স্ত্রীলিঙ্গদসু সেনানী অদুম ওই। রূপতি পুংলিঙ্গগুম্না অদুম ওই।

অগ্রণী (কলেজগী ওঝা মকোক) নচিংবসিসু মসিগা অদুম মান্নগনি। প্রধী (জ্ঞান লৈবা মী) নচিংবা শব্দ কয়ামুক অমা লৈ; মখোয় অদুসু সেনানী শব্দগা মান্নগনি, তশেংনা সপ্তমীগী একবচনদা প্রধ্যি অসিগুম্বা পদ ওই, মসিদনি খেন্নবা। অদুগা বাতপ্রমী (শজি) নচিংবা শব্দ খরা অমা লৈ, মখোয় অদুগী রূপ সেনানী শব্দগা মান্নে; কেবল দ্বিতীয়াগী একবচনদা বাতপ্রমীম্ দ্বিতীয়াগী বহুবচনদা বাতপ্রমীন্ অমদি সপ্তমীগী একবচনদা বাতপ্রমী অসুম্না থোক্লনি, অসিদনি খেন্নবা। পপী (নুমিৎ) বাতপ্রমী শব্দগা মান্নে।

বহুশ্রেয়সী (পুম্নমক্তগী অথোইবা মী) প্রথমা—বহুশ্রেয়সী বহুশ্রেয়স্যৌ বহুশ্রেয়স্যঃ। দ্বিতীয়া—বহুশ্রেয়সীম্ বহুশ্রেয়স্যৌ বহুশেয়সীন্। তৃতীয়া—বহুশ্রেয়স্যা বহুশ্রেয়সীভ্যাম্ বহুশ্রেয়সীভিঃ। চতুর্থী—বহুশ্রেয়স্যৈ বহুশ্রেয়সীভ্যাম্

---

১। সুশ্রী (য়াম্না ফজবা), শুদ্ধধী (অশেংবা জ্ঞান লৈবা), হৃতধী (বুদ্ধি মাংহনবা), দুধী (বুদ্ধি ফত্তবা), যবক্রী (যব লৈবা মী), অপস্ত্রী (ঈকায়বা লৈতবা), অসিনচিংবা মখোয় অসি স্ত্রীলিঙ্গদা মশক চপ মান্নগনি। মদুদি—সুশ্রীঃ পুরুষঃ, সুশ্রীঃ নারী। সুধীঃ পুরুষঃ, সুধীঃ নারী, অদুনা মখোয় অসি স্ত্রীলিঙ্গদা শ্রীশব্দগা মান্নে।

বহুশ্রেয়সীভ্যঃ। পঞ্চমী—বহুশ্রেয়স্যাঃ বহুশ্রেয়সীভ্যাম্ বহুশ্রেয়সীভ্যঃ। ষষ্ঠী—বহুশ্রেয়স্যাঃ বহুশ্রেয়স্যোঃ বহুশ্রেয়সীনাম্। সপ্তমী—বহুশ্রেয়স্যাম্ বহুশ্রেয়স্যোঃ বহুশ্রেয়সীষু। সম্বো—বহুশ্রেয়সি।

অতিলক্ষ্মী শব্দ বহুশ্রেয়সীগা মান্নগনি, কেবল প্রথমাগী একবচনদা বিসর্গ য়াওবা মাসিদনি থেন্নবা। কুমারী (নৈণাবী), কিশোরী, গৌরী, অতিরাজ্ঞী-নচিংবা নামধাতুদগী থোকপা পুংলিঙ্গ চৎপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ নদী শব্দগা মান্নে, কেবল দ্বিতীয়াদা কুমার্যাম্ কুমার্য্যৌ কুমার্য্যঃ পদ অসি থোকই [illegible]। থেন্নব

## উকারান্ত সাধুশব্দ (অফবা মী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সাধুঃ | সাধূ | সাধবঃ |
| দ্বিতীয়া | সাধুম্ | সাধূ | সাধূন্ |
| তৃতীয়া | সাধুনা | সাধুভ্যাম্ | সাধুভিঃ |
| চতুর্থী | সাধবে | সাধুভ্যাম্ | সাধুভ্যঃ |
| পঞ্চমী | সাধোঃ | সাধুভ্যাম্ | সাধুভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | সাধোঃ | সাধ্বোঃ | সাধূনাম্ |
| সপ্তমী | সাধৌ | সাধ্বোঃ | সাধুষু |
| সম্বোধন | সাধো | | |

চাওরাক্লা উকারান্ত শব্দ অয়াম্বা, পুংলিঙ্গ চৎপা শব্দ সাধু শব্দগা মান্নে। (১)

সাধু শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গদা সাধ্বী নত্রগা সাধু ওই। সাধ্বী ওইরবদি রূপ নদী শব্দগা মান্নে।

## ক্রোষ্টু (লমহুই)

প্রথমা—ক্রোষ্টা ক্রোষ্টারৌ ক্রোষ্টারঃ। দ্বিতীয়া—ক্রোষ্টারম্ ক্রোষ্টারৌ ক্রোষ্টূন্। তৃতীয়া—ক্রোষ্ট্রা ক্রোষ্টুভ্যাম্ ক্রোষ্টুভিঃ। চতুর্থী—ক্রোষ্ট্রে ক্রোষ্টুভ্যাম্ ক্রোষ্টুভ্যঃ। পঞ্চমী—ক্রোষ্টুঃ ক্রোষ্টোঃ ক্রোষ্টুভ্যাম্ ক্রোষ্টুভ্যঃ। ষষ্ঠী—ক্রোষ্টুঃ ক্রোষ্টোঃ ক্রোষ্ট্রোঃ ক্রোষ্ট্বোঃ ক্রোষ্টূনাম্। সপ্তমী—ক্রোষ্টরি, ক্রোষ্টৌ, ক্রোষ্ট্রোঃ ক্রোষ্ট্বোঃ ক্রোষ্টুষু। সম্বোধন—ক্রোষ্টো। স্ত্রীলিঙ্গদা—ক্রোষ্ট্রী।

## দীর্ঘ ঊকারান্ত প্রতিভূ শব্দ (জমীন য়াবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | প্রতিভূঃ | প্রতিভুবৌ | প্রতিভুবঃ |
| দ্বিতীয়া | প্রতিভুবম্ | প্রতিভুবৌ | প্রতিভুবঃ |
| তৃতীয়া | প্রতিভুবা | প্রতিভূভ্যাম্ | প্রতিভূভিঃ |
| চতুর্থী | প্রতিভুবে | প্রতিভূভ্যাম্ | প্রতিভূভ্যঃ |
| পঞ্চমী | প্রতিভুবঃ | প্রতিভূভ্যাম্ | প্রতিভূভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | প্রতিভুবঃ | প্রতিভুবোঃ | প্রতিভুবাম্ |

---

(১) প্রভু—(মপু) ওঝা, বিভু—(ঈশ্বর অমসুং মপু) রিপু—(য়েক্লবা) ঋতু—(থা অনিনা শাবা মতম) ঋজু—(অচুম্বা) শিশু—(অঙাং) পশু—(শা) বিধু—(থা) ভানু—(নুমিৎ) বায়ু—নুংশিৎ লঘু—(অয়াংবা) গুরু—(ওঝা, অরুম্বা) বন্ধু—(মরুপ) জন্তু—(জীব) ধাতু—(ধাতু) ক্রতু—(ঈশ্বরগী পেন্নবা তৌবা পূজা) সিন্ধু—(সমুদ্র) তরু—(উ) মৃত্যু—(শিবা)।

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| সপ্তমী | প্রতিভুবি | প্রতিভুবোঃ | প্রতিভূষু |
| সম্বোধন | প্রতিভূঃ | | |

প্রতিভূ নচিংবশিং অসিগী পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গদা মশক চপমান্নে।

সুলূ (অকবা কক্লবা খুৎলাই) খলপূ (বাইশিংপা মী), বর্ষাভূ (হওাই), করভূ (খুজিল), দৃন্নু (বজ্র) নচিংবদি নত্তবা অয়াম্বা দীর্ঘ ঊকারান্ত শব্দ পুম্নমক প্রতিভূ শব্দগা মান্নে। (১)

## সুলূ শব্দ (ককমনবা অকবা খুৎলাই অমা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সুলূঃ | সুল্বৌ | সুল্বঃ |
| দ্বিতীয়া | সুল্বম্ | সুল্বৌ | সুল্বঃ |
| তৃতীয়া | সুল্বা | সুলূভ্যাম্ | সুলূভিঃ |
| চতুর্থী | সুল্বে | সুলূভ্যাম্ | সুলূভ্যঃ |
| পঞ্চমী | সুল্বঃ | সুলূভ্যাম্ | সুলূভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | সুল্বঃ | সুল্বোঃ | সুল্বাম্ |
| সপ্তমী | সুল্বি | সুল্বোঃ | সুলূষু |
| সম্বোধন | সুলূঃ | | |

স্ত্রীলিঙ্গদা সুলূ শব্দ পুংলিঙ্গগা মান্নে।

খলপূ-নচিংবা শব্দশিং অসি সুলূ শব্দগা মান্নে। হূহূ (গন্ধর্বঅমগী মমিং) নচিংবা শব্দ খরা লৈ, মখোয় অদুগী রূপ সুলূ শব্দগা মান্নে। কেবল দ্বিতীয়াগী একবচনদা হূহূম্, বহুবচনদা হূহূন্, অসুম্না রূপ ওই, অসিদনি খেন্নবা। খলপূ-নচিংবা অসি পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গদা রূপ চপমান্নে।

## ঋকারান্ত দাতৃ শব্দ (দান তৌবা মী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | দাতা | দাতারৌ | দাতারঃ |
| দ্বিতীয়া | দাতারম্ | দাতারৌ | দাতৄন্ |
| তৃতীয়া | দাত্রা | দাতৃভ্যাম্ | দাতৃভিঃ |
| চতুর্থী | দাত্রে | দাতৃভ্যাম্ | দাতৃভ্যঃ |
| পঞ্চমী | দাতুঃ | দাতৃভ্যাম্ | দাতৃভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | দাতুঃ | দাত্রোঃ | দাতৄণাম্ |
| সপ্তমী | দাতরি | দাত্রোঃ | দাতৃষু |
| সম্বোধন | দাতঃ | | |

দাতৃ শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গদা দাত্রী। রূপতী নদী শব্দগা মান্নে।

ভ্রাতৃনচিংবা শব্দ কয়ামুক্তি নত্তবা অয়াম্বা পুংলিঙ্গ ঋকারান্ত শব্দগী (২) রূপ অসিগুম্না ওই। ভ্রাতৃ-নচিংবশিংগীদি কেবল প্রথমাগী দ্বিবচন, অমদি বহুবচনদাঅমসুং

---

(১) মনোভূ (কামদেব), অগ্নিভূ (কার্ত্তিকেয়), স্বভূ, স্বয়ংভূ (ব্রহ্মা), অম্বিভূ (মপু), জিতভূ (পৃথিবী জয় তৌবা), সুভ্রূ (শিগুম ফজবা), অসিনচিংবা।

(২) কর্ত্তৃ (থবক তৌবা মী), জ্ঞাতৃ (অখংবা মী), হর্ত্তৃ (হাংপা মী), ধাতৃ (ব্রহ্মা), বিধাতৃ (ব্রহ্মা), সবিতৃ (নুমিৎ), শ্রোতৃ (অতাবা মী), দ্রষ্টৃ (অয়েংবা মী), জেতৃ (জয় তৌবা মী), ক্রেতৃ (অয়োনবা মী), নপ্তৃ (মশু), স্রষ্টৃ (ব্রহ্মা) অসিনচিংবা।

দ্বিতীয়াগী একবচন অমসুং দ্বিবচনদা খরা থেম্রে। অদুগা অতে বিভক্তি পুম্নমক দাতৃ শব্দগা মান্নে।

## ভ্রাতৃ শব্দ (ইচিন ইনাও)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ভ্রাতা | ভ্রাতরৌ | ভ্রাতরঃ |
| দ্বিতীয়া | ভ্রাতরম্ | ভ্রাতরৌ | ভ্রাতৄন্ |
| তৃতীয়া | ভ্রাত্রা | ভ্রাতৃভ্যাম্ | ভ্রাতৃভিঃ |
| চতুর্থী | ভ্রাত্রে | ভ্রাতৃভ্যাম্ | ভ্রাতৃভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ভ্রাতুঃ | ভ্রাতৃভ্যাম্ | ভ্রাতৃভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ভ্রাতুঃ | ভ্রাত্রোঃ | ভ্রাতৄণাম্ |
| সপ্তমী | ভ্রাতরি | ভ্রাত্রোঃ | ভ্রাতৃষু |
| সম্বোধন | ভ্রাতঃ | | |

পিতৃ (ইপা), জামাতৃ(মন্মাক), দেবৃ (মনাও নুপা), সব্যেষ্টৃ (সারথি—দোলাই থৌবা), নৃ (মী), অসিনচিংবা অয়াম্বা শব্দশিং ভ্রাতৃ শব্দগা মান্নগনি। তশেংনা নৃ শব্দগী ষষ্ঠীগী বহুবচনদা অনি থোক্কনি। মদুদি—নৃণাম্, নৄণাম্।

## নৃ (মী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | না | নরৌ | নরঃ |
| দ্বিতীয়া | নরম্ | নরৌ | নৄন্ |
| তৃতীয়া | না | নৃভ্যাম্ | নৃভিঃ |
| চতুর্থী | নে | নৃভ্যাম্ | নৃভ্যঃ |
| পঞ্চমী | নুঃ | নৃভ্যাম্ | নৃভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | নুঃ | ন্রোঃ | নৃণাম্ নৄণাম্ |
| সপ্তমী | নরি | ন্রোঃ | নৃষু |
| সম্বোধন | নঃ | | |

## ঐকারান্ত রৈ শব্দ (লন)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | রাঃ | রায়ৌ | রায়ঃ |
| দ্বিতীয়া | রায়ম্ | রায়ৌ | রায়ঃ |
| তৃতীয়া | রায়া | রাভ্যাম্ | রাভিঃ |
| চতুর্থী | রায়ে | রাভ্যাম্ | রাভ্যঃ |
| পঞ্চমী | রায়ঃ | রাভ্যাম্ | রাভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | রায়ঃ | রায়োঃ | রায়াম্ |
| সপ্তমী | রায়ি | রায়োঃ | রাসু |
| সম্বোধন | রাঃ | | |

### ওকারান্ত গো শব্দ (শল অমোম)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | গৌঃ | গাবৌ | গাবঃ |
| দ্বিতীয়া | গাম্ | গাবৌ | গাঃ |
| তৃতীয়া | গবা | গোভ্যাম্ | গোভিঃ |
| চতুর্থী | গবে | গোভ্যাম্ | গোভ্যঃ |
| পঞ্চমী | গোঃ | গোভ্যাম্ | গোভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | গোঃ | গবোঃ | গবাম্ |
| সপ্তমী | গবি | গবোঃ | গোষু |
| সম্বোধন | গৌঃ | | |

গো শব্দ পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ অনিমক্তা মশাক চপ মান্নে। অয়াম্বা পুংলিঙ্গ ওকারান্ত শব্দ গো শব্দগা মান্নে।

### ঔকারান্ত গ্লৌ শব্দ (থা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | গ্লৌঃ | গ্লাবৌ | গ্লাবঃ |
| দ্বিতীয়া | গ্লাবম্ | গ্লাবৌ | গ্লাবঃ |
| তৃতীয়া | গ্লাবা | গ্লৌভ্যাম্ | গ্লৌভিঃ |
| চতুর্থী | গ্লাবে | গ্লৌভ্যাম্ | গ্লৌভ্যঃ |
| পঞ্চমী | গ্লাবঃ | গ্লৌভ্যাম্ | গ্লৌভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | গ্লাবঃ | গ্লাবোঃ | গ্লাবাম্ |
| সপ্তমী | গ্লাবি | গ্লাবোঃ | গ্লৌষু |
| সম্বোধন | গ্লৌঃ | | |

**অয়াম্বা ঔকারান্ত পুংলিঙ্গ শব্দ পুম্নমক গ্লৌ শব্দগা মান্নে।**

---

কারক অমসুং বচন উৎননবগীদমক বিভক্তি শিজিন্নবনি। কর্ত্তবাচ্যদা কর্ত্তকারাকতা প্রথমা বিভক্তি ওই। মহাক অদুনা থবক অদু পাংথোকইবা মহাক অদু কর্ত্তা কৌই। মদুদি—রামঃ দদাতি (রামনা পি) রামনা থবক পাংথোকই, রাম কর্ত্তকারাকনি। রামগী মথাদা প্রথমা বিভক্তি ওই। অসিগুম্বা কর্ম্মকারকতা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই। মদুবু তৌবা, উবা, চাবা, হায়বা, পিবা, হায়রিবা মথোয় অসিবু কর্ম্মকারক কৌই। মদুদি—ধনং দদাতি (লন পি) হায়বা অসিদা ধনম্ কর্ম্মকারকনি হায়দুনা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই।

করণকারকতা তৃতীয়া বিভক্তি ওই। করিগুম্বা থবক অমা পাংথোকপদা মরূ ওইবা উপায় ওইরিবা মহাক অদু করণকারক কৌই। মহাক অদুনা মরম ওইদুনা থবক পাংথোকপা মহাক অদুবু করণকারক কৌই। মদুদি—হস্তেন দদাতি (খুৎনা পি), পিবগী থবক পাংথোকপদা মরূ ওইবা উপায় অদু খুৎনি। খুৎ নত্তনাদি করিনা দান তৌগানি ? খুৎনা মরম ওইদুনা পি, অদুনা হস্তকরণ কারকনি। হস্তদা তৃতীয়া বিভক্তি ওই। সম্প্রদান কারকতা চতুর্থী বিভক্তি ওই। দান তৌফম ওইবা মহাক অদু সম্প্রদান কারকনি; হায়বাদি মঙোন্দা করিগুম্বা পোৎ অমা দান তৌরকপা মহাক অদো সম্প্রদাননি। মদুদি—ব্রাহ্মণায় দদাতি, (ব্রাহ্মণদা দান তৌই) মসিদা ব্রাহ্মণ দান পাত্রনি; ব্রাহ্মণায় হায়বসিদা সম্প্রদান কারক ওইবনা চতুর্থী বিভক্তি ওই। অপাদান কারকতা পঞ্চমী বিভক্তি ওই। মঙোন্দগী করিগুম্বা পোৎ অমা তোঙানহল্লিবা মহাক অদু অপাদান কারকনি। মদুদি—কোষাৎ দদাতি

(লনগৈদগী পি)। কোষাৎ অপাদান কারকনি হায়দুনা পঞ্চমী বিভক্তি ওই। ক্রিয়াগী আধার হায়বদি অদুগুম্বা মফম অদুদা থবক অদু পাংথোকপা, মফম অদু অধিকরণ কারকনি। মদুদি—তীর্থে দদাতি (তীর্থদা পি)। তীর্থদা পিবগী থবক পাংথোকই, অদুনা তীর্থ অধিকরণ-নি হায়দুনা সপ্তমী বিভক্তি ওই। ময়াম অসি পুন্নগা ''রামঃ তীর্থে কোষাৎ করেণ ব্রাহ্মণায় ধনং দদাতি'' মসিদা কারক পুম্নমক উৎস্রে। মসি নত্তবা 'সম্বন্ধ' খংনবা (লেমহৌবা) ষষ্ঠী বিভক্তিগী প্রয়োগ লৈ। মদুদি—রামস্য ধনম্ (রামগী লন) রামস্য-দা ষষ্ঠী ওই।

কারক মাত্রদদা ক্রিয়াগা লোয়ননা মরী লৈবনি। রামঃ দদাতি, দদাতি হায়বা ক্রিয়া অসিগা লোয়ননা রামগী সম্বন্ধ লৈ। কনানা পিবগে ? রামনা পিবনি। ধনং দদাতি। দদাতি হায়বা ক্রিয়া অসিগা লোয়ননা ধন-গী সম্বন্ধ লৈ। করি পি ? লন পি। হস্তেন দদাতি। দদাতি হায়বা ক্রিয়াগা লোয়ননা হস্তগা সম্বন্ধ লৈ। করিনা পি ? হস্তনা মরম ওইদুনা পি। ব্রাহ্মণায় দদাতি। দদাতি হায়বা ক্রিয়াগা লোয়ননা ব্রাহ্মণগী সম্বন্ধ লৈ। কনাদা পি ? ব্রাহ্মণদা পি। কোষাৎ দদাতি। দদাতি ক্রিয়াগা লোয়ননা কোষ (লনগৈ) গা সম্বন্ধ লৈ। কদায়দগী পি ? কোষদগী পি। তীর্থে দদাতি। দদাতি ক্রিয়াগা লোয়ননা তীর্থগা সম্বন্ধ লৈ। কদায়দা পি ? তীর্থদা পি। অসুম্না কারক পুম্নমক ক্রিয়াগা লোয়ননা অন্বয় (সম্বন্ধ) লৈ। মরম অসিদগী ক্রিয়াগা লোয়ননা অন্বয় লৈবা মহাক অদুবু কারক কৌই। তৌইগুম্বসুং রামস্য ধনম্ (রামগী ধন) হায়বসিদা ক্রিয়াগা লোয়ননা অন্বয় (সম্বন্ধ) লৈতে হায়দুনা রামস্য কারক ওইদ্রে। অদুনা রামস্য সম্বন্ধ পদ ওইরে। সম্বন্ধদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওই। মতৌ অসুম্না নরঃ হায়রগা মী অমথক কর্ত্তা (হায়বদি করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মী খংই)। নরৌ হায়রগা খৌবু ওইবা মী অনি খংই। নরাঃ হায়রগা অনিদগী হেনবা খৌবু ওইবা মীশিং খংই) নরম্ হায়রগা মী অমবু (হায়বা, য়েংবা-নচিংবা) কর্ম্ম খংনবদা, নরৌ হায়রগা মী অনি খংনবদা, নরান্ হায়রগা অনিদগী হেনবা ময়াম খংনবা কর্ম্মবু খংই ; নরেণ নরাভ্যাম্ নরৈঃ হায়রগা অমা, অনি, অহুমদগীনা ময়াম ফাওবনা পাংথোকপা খংনৈ (করণ কারক)। নরায় নরাভ্যাম্ নরেভ্যঃ হায়রগা অমা, অনি, অনিদগী হেনবা মীদা দান তৌবা (সম্প্রদান কারক) খংই; নরাৎ নরাভ্যাম্ নরেভ্যঃ হায়রগা অমা, অনি অমদি অনিদগী হেনবা মীদগী লৌবা, কিবা অমসুং পোকপনচিংবা (অপাদান কারক) খংই (মী অমদগী, মী অনিদগী, মী ময়ামদগী) নরস্য নরয়োঃ নরাণাম্ হায়রগা মী অমগী, মী অনিগী, মী ময়ামগী (সম্বন্ধ পদ) খংই ; নরে নরয়োঃ নরেষু হায়রগা মী অমদা, মী অনিদা, অনিদগী হেনবা মীদা লৈবা আধার (অধিকরণ) খংই। অদুনা অয়াম্বা শব্দ অসি মতৌ অসিগুম্বা অর্থদা শিজিন্নে। মদুদি—মুনিঃ (মুনি অমনা), মুনী (মুনি অনিনা), মুনয়ঃ (মুনি ময়ামনা), মুনিনা (মুনি অমনা মরম ওইদুনা), মুনিভ্যাম্ (মুনি অনিনা মতেং ওইদুনা), মুনেঃ (মুনি অমদগী ). মুনিভ্যাম্ (মুনি অনিদগী ) মুনিভ্যঃ (মুনি ময়ামদগী), মুনেঃ (মুনি অমগী ), কবিভ্যাম্ (দা অমসুং দগী ) কবি অনিদগী, কবি অনিদা। কবিভ্যঃ(দা অমসুং দগী) কবিশিংদগী, কবিশিংদা। পত্যে (মপুরোইবদা) পত্যুঃ (মপুরোইবদগী)। সখীনাম্ (মরুপশিংগী)। গোঃ (ষণ অমগী) গবোঃ (ষণ অনিগী), গবাম্ (ষণ ময়ামগী)। হস্তয়োঃ (খুৎ অনিদা )।

## নৈনবা (অনুবাদ)

নুমিৎ—সূর্য্য, সাধুশিং—সাধবঃ, নুপামচা অনি—বালকৌ, সাধু অমবু—সাধুম্, লাইরবশিংগী—দরিদ্রেভ্যঃ, য়েক্লবনা মতেং ওইদুনা—শত্রুণা (রিপুণা, অরিণা, বিপক্ষেণ), খুৎ অনিনা—হস্তাভ্যাম্, ওঝাদগী—গুরোঃ, দান তৌবা মীদগী—দাতৃভ্যঃ, ষণশিংগী—গবাম্, সহরদা—নগরে, খৌজান হৈবা মুনিনা মরম ওইদুনা—দয়ালুনা মুনিনা, নুমিৎতগী—সূর্য্যাৎ (সবিতুঃ, রবেঃ দিনকরাৎ), ধর্ম্ম লৈবা মপা মমা অনিগী—ধার্ম্মিকয়োঃ পিত্রোঃ, হরিগী খৌজাল—হরেরনুগ্রহঃ, পেল্লবা মীগী নুংঙাইবা—সন্তুষ্টস্য জনস্য সুখম্, নিংথৌগী য়াথংনা—ভূপতেরাদেশেন, পার্থদনি লিরুং পাইবা—পার্থ এব ধনুর্ধরঃ, মরাগী মচিস্মনাও—দেবুঃ (পত্যুঃ ভ্রাতুঃ), ঈশ্বরনা মীশিং ঙাক শেনবী—ঈশ্বরো নরাণাং পালকঃ, খৎনবনা করি কান্নগনি—বিবাদেন অলম্ (কিম্), উচেকী মখোল অসি থুমই—বিহঙ্গস্য রবো মধুরঃ, খুঙ্গংদগী—গ্রামাৎ, হরিগী মপাদি ধর্ম্ম লৈবা মীনি—হরেঃ পিতা ধার্ম্মিকঃ জনঃ, লায়রবা ব্রাহ্মণগীদমক—দরিদ্রায় ব্রাহ্মণায়, অরুবা সমুদ্র মনুংদা—গভীরে সমুদ্রে, রাম অসি মহৌশানা ফজে—রামঃ স্বভাবেণ সুন্দরঃ।

১। পত্যাম্ হায়বা অসিগী বিকল্প, ভ্রাতা অমসুং গোঃ শব্দগী ২য়া, ৪র্থী অমসুং সপ্তমীদা; একঃ অমসুং অল্পঃ শব্দগী বিভক্তি পুম্নমক্তা; নৃণাম্ হায়বসিগী ষষ্ঠী অমসুং সপ্তমীগী একবচনদা, পতি শব্দগী সপ্তমীদা; সখি শব্দগী দ্বিতীয়াদা অমসুং পিতৃ শব্দগী দ্বিতীয়া বিভক্তিদা রূপশিংদু উৎলু।

২। **সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌ**—নমচৎ ফজবা নুপামচা। ওই থংবা খুৎ। অঙৌবা হুই অমগী। চৈগা লোয়ননা। রামগী মপাগী দুকান্দা। অরাংবা উদগী। চণ্ডালগী য়ুমদা। বশিষ্ঠগী পাউতাক। ওঝাগী য়াথং। অমুবা ষণ অনিগী। লামলবা কৈদা। রামগী ওঝাগী ময়ুমদা। নোংশাগী মশোং। নিংথৌনা দেশকী মপা-মমানি। অশংবা উপাধী অমগী।

৩। **মণিপুরীদা হন্দোকউ ঃ**—পাণিভ্যাম্, রথেন, কূপাৎ, বৃক্ষস্য, দিবসয়োঃ, শীতলঃ সমীরণঃ, শিষ্যৈঃ, গুরোরাশ্রমাৎ, হরের্মাতুলালয়ে, রামেণ বাণেন হতো বালী, স্বর্গাৎ পতিতঃ, পর্ব্বতেষু হিমালয়ঃ শ্রেষ্ঠঃ, বুভুক্ষিতায় ভিক্ষবে, অর্জ্জুনস্য সখা কৃষ্ণঃ, পাদেন খঞ্জঃ, রামেণ তুল্যঃ, গুরুরস্থির্ব্রাহ্মণস্য।

৪। **অরানবা চুমথোকউ ঃ**—ক্রুদ্ধেন পিত্রেণ। দয়ালেঃ শিক্ষকৈঃ। দেশস্য নরপত্যা। সবিতরস্যস্তাপেন। বাল্মীকিনা আদি কবিঃ। গবানাং দানম্। নিদাঘে রবিস্য তাপো খরতরঃ। ধর্ম্মাচারে বহঃ বিঘ্নাঃ। কৃষ্ণঃ গাবঃ। হে প্রভু! বন্ধুস্য গুরুস্য মৃত্যুঃ।

## স্বরান্ত স্ত্রীলিঙ্গ শব্দগী চাউরাকপা সূত্র

১। আকারান্ত অমসুং ঈকারান্ত (ধাতুদগী থোকপা নত্তবা) শব্দগী সু বিভক্তিগী লোপ (মাংবা) ওই। (লক্ষ্মী, তরী, তন্ত্রী নচিংবদি নত্তবা) অমসুং সম্বোধনদা আকারগী মফমদা একার অমসুং দীর্ঘ স্বরগী হ্রস্ব স্বর ওই। মদুদি—লতা লতে, নদী নদি।

২। আকারান্ত অমসুং ইকারান্ত শব্দগী ঔ বিভক্তিগী মফমদা ঈ অমদি উকারান্ত শব্দগী ঔ গী মফমদা উ ওই। মদুদি—লতে, মতী, ধেনূ।

৩। টা অমসুং ওস্-না মখাদা লৈরবদা আকারান্ত শব্দগী আকারগী মফমদা অয় ওই। মদুদি—লতয়া, লতয়োঃ।

৪। ঙে, ঙসি, ঙস্ অমসুং ঙি-না মখাদা লৈরবদা আকারান্ত শব্দগী মখাদা য় ওই। অমসুং ঙি-গী মফমদা আম্ ওই। মদুদি—লতায়ৈ, লতায়াঃ লতায়াঃ লতায়াম্।

৫। আকারান্ত, ইবর্ণান্ত (ই,ঈ) উবর্ণান্ত (উ, ঊ) শব্দগী আম্ গী মফমদা নাম্ ওই। নাম্-না মখাদা লৈরবদা মখক থংবা স্বর অদু দীর্ঘ ওই। মদুদি—লতানাম্, মতীনাম্, নদীনাম্, ধেনূনাম্, বধূনাম্।

৬। ইবর্ণান্ত (ই,ঈ) অমদি উবর্ণান্ত (উ,ঊ) শব্দগী অম্ অমসুং শস্-গী অকার লোপ ওই। শস্-না মখাদা লৈরবদা মখক্কী স্বর অদু দীর্ঘ ওই। মদুদি—মতীম্ মতীঃ, নদীম্ নদীঃ, ধেনুম্ ধেনূঃ, বধূম্ বধূঃ।

৭। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত শব্দগী ঙে-গী মফমদা ঐ অমসুং ঙসি অমদি ঙস্গী অস্-গী মফমদা আস্ ওই, বিকল্প ওইনা। আস্ ওইদ্রগা ইকার উকারগী গুণ ওই, অমসুং ঙসি ঙস্গী অকার লোপ ওই। মদুদি—মত্যৈ মতয়ে, ধেন্বৈ ধেনবে, মত্যাঃ মতেঃ, ধেন্বাঃ ধেনোঃ।

৮। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত শব্দগী ঙি-গী মফমদা বিকল্প ওইনা আম্ ওই। আম্ ওইদ্রগা ঔ ওই অমসুং ইকার, উকারগী লোপ ওই। মদুদি—মত্যাম্ মতৌ; ধেন্বাম্, ধেনৌ।

৯। ইকারান্ত অমসুং উকারান্ত শব্দগী সম্বোধনদা সু লোপ ওই অমসুং ইকার উকারগী গুণ ওই (গুণ= ই গী মফমদা এ, উগী মফমদা ও) মদুদি—মতে, ধেনো।

১০। ঈকারান্ত অমসুং ঊকারান্ত শব্দগী ঙেগী মফমদা ঐ, ঙসি অমসুং ঙস্-গী মফমদা আস্ অমসুং ঙি-গী মফমদা আম্ ওই। ধাতুদগী থোকপা ওইরবদি বিকল্প ওইগনি। মদুদি—নদ্যৈ, বধ্বাঃ বধ্বাম্। শ্রিয়ৈঃ শ্রিয়েঃ শ্রিয়াঃ শ্রিয়ঃ ভ্রুবাম্ ভ্রুবি।

১১। ধাতুদগী থোকপা ওইরবদি বিভক্তিগী স্বরনা মখাদা লৈরবদা ঈ-গী মফমদা ইয়্ অমসুং ঊ-গী মফমদা উব্ ওই। আম্-না মখাদা লৈরবদি বিকল্প ওইগনি। (ইয়্ উব্ ওইরবদি নাম্ ওইরোই)। মদুদি—শ্রিয়ৌ, শ্রিয়া, ভ্রুবৌ ভ্রুবঃ, ভ্রূণাম্, ভ্রুবাম্।

১২। ঋকারান্ত শব্দগী শস্গী অকার লোপ ওই। অমসুং ঋ-গী দীর্ঘ ওই। মদুদি—স্বসৄঃ।

## স্ত্রীলিঙ্গ
### আকারান্ত লতা শব্দ (উরী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | লতা | লতে | লতাঃ |
| দ্বিতীয়া | লতাম্ | লতে | লতাঃ |
| তৃতীয়া | লতয়া | লতাভ্যাম্ | লতাভিঃ |
| চতুর্থী | লতায়ৈ | লতাভ্যাম্ | লতাভ্যঃ |
| পঞ্চমী | লতায়াঃ | লতাভ্যাম্ | লতাভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | লতায়াঃ | লতয়োঃ | লতানাম্ |
| সপ্তমী | লতায়াম্ | লতয়োঃ | লতাসু |
| সম্বোধন | লতে | | |

অম্বা, দ্বিতীয়া, তৃতীয়া জরা-দি নত্তনা অয়াম্বা আকারান্ত স্ত্রীলিঙ্গ শব্দ পুম্নমক (১) লতা শব্দগা মান্নৈ। অম্বা শব্দগী সম্বোধনগী একবচনদা অম্ব হায়বা পদ অসি ওই, মসিদনি খেন্নবা, অমসুং বিভক্তি খুদিংমক্তা লতা শব্দগা মান্নৈ।

---

(১) বিদ্যা (মহৈ), শিখা (মতোন), জটা (জোটা), রেখা (লৈই), নিশা (অহিং), নাসা (নাতোন), সেবা (থবক), প্রভা (মঙাল), শোভা (ফজবা), রমা (লক্ষ্মী), অনুকম্পা, দয়া, কৃপা (থৌজাল), প্রজা (বিষয়, মচা) অসিনচিংবা।

দ্বিতীয়া অমদি তৃতীয়া শব্দগী চতুর্থী, পঞ্চমী, ষষ্ঠী, সপ্তমী-গী একবচনদা খেন্নবা খরা লৈ। মদুদি—

| একবচন | একবচন | একবচন | একবচন |
|---|---|---|---|
| চতুর্থী | পঞ্চমী | ষষ্ঠী | সপ্তমী |
| দ্বিতীয়স্যৈ | দ্বিতীয়স্যাঃ | দ্বিতীয়স্যাঃ | দ্বিতীয়স্যাম্ |
| দ্বিতীয়ায়ৈ | দ্বিতীয়ায়াঃ | দ্বিতীয়ায়াঃ | দ্বিতীয়ায়াম্ |

তৌইগুম্বসুং অসিদগী অতোপ্পা বিভক্তি খুদিংদা লতা শব্দগা মান্নে। তৃতীয়া শব্দসু দ্বিতীয়া শব্দগা মান্নে।

## নাসিকা (নাতোন)

প্রথমা—নাসিকা নাসিকে নাসিকাঃ। দ্বিতীয়া—নাসিকাম্ নাসিকে নাসিকাঃ নসঃ। তৃতীয়া—নাসিকয়া নসা, নাসিকাভ্যাম্ নোভ্যাম্, নাসিকাভিঃ নোভিঃ। চতুর্থী—নাসিকায়ৈ, নসে, নাসিকাভ্যাম্ নোভ্যাম্, নাসিকাভ্যঃ নোভ্যঃ। পঞ্চমী—নাসিকায়াঃ নসঃ, নাসিকাভ্যাম্ নোভ্যাম্, নাসিকাভ্যঃ নোভ্যঃ। ষষ্ঠী—নাসিকায়াঃ নসঃ, নাসিকয়োঃ নসোঃ, নাসিকানাম্ নসাম্। সপ্তমী—নাসিকায়াম্ নসি, নাসিকয়োঃ নসোঃ, নাসিকাসু নঃসু। সম্বো—নাসিকে।

## নিশা (অহিং)

প্রথমা—নিশা, নিশে, নিশাঃ। দ্বিতীয়া—নিশাম্, নিশে, নিশাঃ, নিশঃ। তৃতীয়া—নিশয়া নিশা, নিশাভ্যাম্ নিড্ভ্যাম্ নিশাভ্যঃ নিড্ভ্যঃ। চতুর্থী—নিশায়ৈ নিশে, নিশাভ্যাম্ নিড্ভ্যাম্, নিশাভ্যঃ নিড্ভ্যঃ। পঞ্চমী—নিশায়াঃ নিশঃ, নিশাভ্যাম্ নিড্ভ্যাম্, নিশাভ্যঃ নিড্ভ্যঃ। ষষ্ঠী—নিশায়াঃ নিশঃ, নিশয়োঃ নিশোঃ, নিশানাম্ নিশাম্। সপ্তমী—নিশায়াম্ নিশি, নিশয়োঃ নিশোঃ, নিশাসু নিট্সু। সম্বো—নিশে।

## পৃতনা (লানমী)

প্রথমা—পৃতনা পৃতনে পৃতনাঃ। দ্বিতীয়া—পৃতণাম্ পৃতনে পৃতনাঃ পৃতঃ। তৃতীয়া—পৃতনয়া, পৃতা, পৃতনাভ্যাম্ পৃদ্ভ্যাম্, পৃতনাভিঃ পৃদ্ভিঃ। চতুর্থী—পৃতনায়ৈ পৃতে, পৃতনাভ্যাম্ পৃদ্ভ্যাম্ পৃতনাভ্যঃ পৃদ্ভ্যঃ। পঞ্চমী—পৃতনায়াঃ পৃতঃ, পৃতনাভ্যাম্ পৃদ্ভ্যাম্, পৃতনাভ্যঃ পৃদ্ভ্যঃ। ষষ্ঠী—পৃতনায়া পৃতঃ পৃতনয়োঃ পৃতোঃ; পৃতনানাম্ পৃতাম্। সপ্তমী—পৃতানায়াম্ পৃতি, পৃতনয়োঃ পৃতোঃ, পৃতনাসু পৃৎসু। সম্বোধন—পৃতনে।

## জরা শব্দ (অহল ওইবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | জরা | জরসৌ, জরে | জরসঃ জরাঃ |
| দ্বিতীয়া | জরসম্, জরাম্ | জরসৌ, জরে | জরসঃ জরাঃ |
| তৃতীয়া | জরসা, জরয়া | জরাভ্যাম্ | জরাভিঃ |

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| চতুর্থী | জরসে, জরায়ৈ | জরাভ্যাম্ | জরাভ্যঃ |
| পঞ্চমী | জরসঃ, জরায়াঃ | জরাভ্যাম্ | জরাভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | জরসঃ, জরায়াঃ | জরসোঃ, জরয়োঃ | জরসাম্, জরাণাম্ |
| সপ্তমী | জরসি, জরায়াম্ | জরসোঃ, জরয়োঃ | জরাসু |
| সম্বোধন | জরে | | |

### ইকারান্ত মতি শব্দ (গুকনিং)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | মতিঃ | মতী | মতয়ঃ |
| দ্বিতীয়া | মতিম্ | মতী | মতীঃ |
| তৃতীয়া | মত্যা | মতিভ্যাম্ | মতিভিঃ |
| চতুর্থী | মত্যৈ, মতয়ে | মতিভ্যাম্ | মতিভ্যঃ |
| পঞ্চমী | মত্যাঃ, মতেঃ | মতিভ্যাম্ | মতিভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | মত্যাঃ, মতেঃ | মত্যোঃ | মতীনাম্ |
| সপ্তমী | মত্যাম্, মতৌ | মত্যোঃ | মতিষু |
| সম্বোধন | মতে | | |

অয়াম্বা হ্রস্ব ইকারান্ত স্ত্রীলিঙ্গ শব্দ (১) মতি শব্দগা মান্নে।

### ঈকারান্ত নদী শব্দ (তুরেল)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | নদী | নদ্যৌ | নদ্যঃ |
| দ্বিতীয়া | নদীম্ | নদ্যৌ | নদীঃ |
| তৃতীয়া | নদ্যা | নদীভ্যাম্ | নদীভিঃ |
| চতুর্থী | নদ্যৈ | নদীভ্যাম্ | নদীভ্যঃ |
| পঞ্চমী | নদ্যাঃ | নদীভ্যাম্ | নদীভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | নদ্যাঃ | নদ্যোঃ | নদীনাম্ |
| সপ্তমী | নদ্যাম্ | নদ্যোঃ | নদীষু |
| সম্বোধন | নদি | | |

স্ত্রী, স্ত্রী, ধী, ভী, শ্রী-নচিংবদি নত্তবা অয়াম্বা দীর্ঘ ঈকারনা মমৈ থংবা স্ত্রীলিঙ্গ শব্দ পুম্নমক (২) নদী শব্দগা মান্নে। লক্ষ্মী, তরী, তন্ত্রী, অবী শব্দগী প্রথমাগী একবচনদা, লক্ষ্মীঃ হায়বনচিংবা বিসর্গ-গা লোয়নবা পদ অসি ওই, অদুগা বিভক্তি অতৈদদি নদী শব্দগা মান্নে।

---

(১) ধূলি (উফুল) আলি (মতা, চান্নবী মরূপ) আবলি (পরেং) শ্রেণি (পরেং), ভূমি (লৈবাক), রাত্রি (অহিং), পংক্তি (লৈই পরেং), ওষধি (মহৈ মুনবগা পাম্নী কংবা পাম্নী মচা), ব্রততি (উরী), প্রণতি (খুরম্বা), অঙ্গুলি (খুদোম্বী), কান্তি (মঙাল), কৃত্তি (থবক), স্মৃতি (নিংশিংবা)। মতি শব্দ মন্ ধাতুগী ভাব বাচ্যদা ক্তি প্রত্যয় তৌরগা থোকপনি। ভাববাচ্যদা ক্তি প্রত্যয় তৌরগা থোকপা অয়াম্বা স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা শব্দ খুদিংমক মতি শব্দগা মান্নে। মদুদি, গতি (চৎপা), বুদ্ধি (লৌশিং), ভক্তি (নিংবগী থবক) মুক্তি (সংসারদগী নাম্থোকপা), শ্রুতি (বেদ), ভূতি (মরল মথুম), আসক্তি (লুপশিনবা), বিরক্তি (হন্দোরকপা), অনুরক্তি (চংশিনবা), স্তুতি (হায়জবা), নীতি (নিয়ম), প্রকৃতি (মহৌশাগী ওইবা), আকৃতি (মশক), শান্তি (অইংবা), আসিনচিংবনি।

(২) গৌরী, সখী (মরূপ), বাণী (বাহৈ), অটবী (উমং), শ্রেণী (পরেং), বীথী (লম্বী), ওষধী (হিদাক), অঙ্গুলী (খুদোম্বী), মঞ্জরী (থিঙ্গৎলকপা মপান), কুমারী (নুপীমচা),

### শ্রী শব্দ (ফজবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | শ্রীঃ | শ্রিয়ৌ | শ্রিয়ঃ |
| দ্বিতীয়া | শ্রিয়ম্ | শ্রিয়ৌ | শ্রিয়ঃ |
| তৃতীয়া | শ্রিয়া | শ্রীভ্যাম্ | শ্রীভিঃ |
| চতুর্থী | শ্রিয়ৈ, শ্রিয়ে | শ্রীভ্যাম্ | শ্রীভ্যঃ |
| পঞ্চমী | শ্রিয়াঃ, শ্রিয়ঃ | শ্রীভ্যাম্ | শ্রীভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | শ্রিয়াঃ, শ্রিয়ঃ | শ্রিয়োঃ | শ্রীণাম্, শ্রিয়াম্ |
| সপ্তমী | শ্রিয়াম্, শ্রিয়ি | শ্রিয়োঃ | শ্রীষু |
| সম্বোধন | শ্রীঃ | | |

হ্রী, ধী, ভী, শব্দ শ্রী শব্দগা মান্নে। (১)

### স্ত্রী শব্দ (নুপী, মতু)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | স্ত্রী | স্ত্রিয়ৌ | স্ত্রিয়ঃ |
| দ্বিতীয়া | স্ত্রিয়ম্, স্ত্রীম্ | স্ত্রিয়ৌ | স্ত্রিয়ঃ, স্ত্রীঃ |
| তৃতীয়া | স্ত্রিয়া | স্ত্রীভ্যাম্ | স্ত্রীভিঃ |
| চতুর্থী | স্ত্রিয়ৈ | স্ত্রীভ্যাম্ | স্ত্রীভ্যঃ |
| পঞ্চমী | স্ত্রিয়াঃ | স্ত্রীভ্যাম্ | স্ত্রীভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | স্ত্রিয়াঃ | স্ত্রিয়োঃ | স্ত্রীণাম্ |
| সপ্তমী | স্ত্রিয়াম্ | স্ত্রিয়োঃ | স্ত্রীষু |
| সম্বোধন | স্ত্রি | | |

### হ্রস্ব উকারান্ত ধেনু শব্দ (শনবী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ধেনুঃ | ধেনূ | ধেনবঃ |
| দ্বিতীয়া | ধেনুম্ | ধেনূ | ধেনূঃ |
| তৃতীয়া | ধেন্বা | ধেনুভ্যাম্ | ধেনুভিঃ |
| চতুর্থী | ধেন্বৈ, ধেনবে | ধেনুভ্যাম্ | ধেনুভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ধেন্বা, ধেনোঃ | ধেনুভ্যাম্ | ধেনুভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ধেন্বা, ধেনোঃ | ধেন্বোঃ | ধেনূনাম্ |
| সপ্তমী | ধেন্বাম্, ধেনৌ | ধেন্বোঃ | ধেনুষু |
| সম্বোধন | ধেনো | | |

অয়াম্বা হ্রস্ব উকারান্ত স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা শব্দ পুম্নমক ধেনু শব্দগা মান্নে। (২)

---

সুন্দরী (মশাক ফজবী), জননী (ইমা), ভগিনী (মচন), রজনী (অহিং), অবনী (লৈবাক), রাজ্ঞী (মহারাণী), পত্নী (মতু), পৃথিবী (লৈবাক), কামিনী (নুপী), মানবী (নুপী), সিংহী (লোংশা অমোম), ব্যাঘ্রী (কৈ অমোম), শূকরী (ওক অমোম), ঘোটকী (শগোল অমোম), হংসী (ঙানু অমোম)।

(১) স্ত্রীলিঙ্গদা সুশ্রী, সুধী (শোভনা ধীর্যস্যাঃ সা) হতধী, কৃতধী, শুদ্ধধী-নচিংবা শব্দ শ্রী শব্দগা মান্নে, অমসুং মত অমদা পুংলিঙ্গ চৎপা সুধী শব্দগা মান্নে। স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা গ্রামণী, অগ্রণী-নচিংবা শব্দ পুংলিঙ্গগী মতৌগুম্না ওই।

(২) তনু (হকচাং), রেণু (মকুপ), চঞ্চু (মচিন), উড়ু (থবানমিচাক) রজ্জু (থোরী) হনু (খদাং, খুৎলাই) অসিনচিংবা।

### দীর্ঘ উকারান্ত - বধূ শব্দ (মৌ)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | বধূঃ | বধ্বৌ | বধ্বঃ |
| দ্বিতীয়া | বধূম্ | বধ্বৌ | বধূঃ |
| তৃতীয়া | বধ্বা | বধূভ্যাম্ | বধূভিঃ |
| চতুর্থী | বধ্বৈ | বধূভ্যাম্ | বধূভ্যঃ |
| পঞ্চমী | বধ্বাঃ | বধূভ্যাম্ | বধূভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | বধ্বাঃ | বধ্বোঃ | বধূনাম্ |
| সপ্তমী | বধ্বাম্ | বধ্বোঃ | বধূষু |
| সম্বোধন | বধূ | | |

ভূ, ভ্রূ, সুভ্রূ-নচিংবা নত্তবা অয়াম্বা দীর্ঘ উকারান্ত স্ত্রীলিঙ্গ শব্দগী মশাক বধূ শব্দগা মান্নে। (১)

### ভূ শব্দ (লৈবাক)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ভূঃ | ভুবৌ | ভুবঃ |
| দ্বিতীয়া | ভুবম্ | ভুবৌ | ভুবঃ |
| তৃতীয়া | ভুবা | ভূভ্যাম্ | ভূভিঃ |
| চতুর্থী | ভুবৈ, ভুবে | ভূভ্যাম্ | ভূভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ভুবাঃ, ভুবঃ | ভূভ্যাম্ | ভূভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ভুবাঃ, ভুবঃ | ভুবোঃ | ভুবাম্, ভূনাম্ |
| সপ্তমী | ভুবাম্, ভুবি | ভুবোঃ | ভূষু |
| সম্বোধন | ভূঃ | | |

ভ্রূ অমসুং সুভ্রূ শব্দ ভূ শব্দগা মান্নে। তশেংনা সুভ্রূ শব্দগী সম্বোধনগী একবচনদা সুভ্রু, হায়বা হ্রস্ব উকারান্ত বিসর্গ য়াওদবা পদ অসি ওই, মসিদনি থেন্নবা।

## ঋকারান্ত শব্দ

ঋকারন্না মমৈদা লৈবা শব্দ অয়াম্বগী মনুংদা মঙা অসি লৈ, দুহিতৃ, মাতৃ, যাতৃ, ননান্দৃ, স্বসৃ, অসিগী মনুংদা দুহিতৃ, মাতৃ, যাতৃ, ননান্দৃ হায়বা মখোয় মরি অসিদি ভ্রাতৃ শব্দগা মান্নে। তশেংনা মসিমতং থেন্নে; মদুদি—দ্বিতীয়াগী বহুবচনদা দুহিতৄঃ, মাতৄঃ, যাতৄঃ, ননান্দৄঃ অসিগুম্বা পদ অসি ওই। মদুগী খুদমদি—দুহিতা দুহিতরৌ দুহিতরঃ। দুহিতরম্ দুহিতরৌ দুহিতৄঃ। মসিদগী লেমহৌবনা ভ্রাতৃ শব্দগা মান্নে। মাতৃ, যাতৃ, ননান্দৃ-নচিংবসু মসিগুম্বা ওই। তৌইগুম্বসুং স্বসৃ শব্দ দাতৃ শব্দগা মান্নে; কেবল দ্বিতীয়াগী বহুবচনদা স্বসৄঃ অসুম্বা পদ অসি ওই অসিদনি থেন্নবা। খুদমদি—স্বসা স্বসারৌ স্বসারঃ। স্বসারম্ স্বসারৌ স্বসৄঃ। সিদগী লেমহৌবনা ভ্রাতৃ শব্দগা মান্নে।

---

(১) চমূ (লাম্মী), চঞ্চু (মচিন), তনূ (হকচাং), পুনর্ভূ (হন্না পোকপা), বীরসূ (অকনবা পোকপা মমা), প্রসূ (মমা) অসিনচিংবা।

## ওকারান্ত অমসুং ঔকারান্ত শব্দ

**স্ত্রীলিঙ্গ ওকারান্ত অমসুং ঔকারান্ত শব্দ পুংলিঙ্গ ওকারান্ত অমসুং ঔকারান্ত শব্দগা মান্নে; করিগুম্বা খেন্নবা অমত্তা লৈতে; দ্যো শব্দ (স্বর্গ) গো শব্দগা মান্নে; নৌশব্দ (হি) গ্লৌ শব্দগা মান্নে।**

দ্যোশব্দ (স্বর্গ); খুদম—দ্যৌঃ দ্যাবৌ দ্যাবঃ। দ্যাম্ দ্যাবৌ দ্যাঃ। দ্যবা দ্যোভ্যাম্ দ্যোভিঃ। দ্যবে দ্যোভ্যাম্ দ্যোভ্যঃ। দ্যোঃ দ্যোভ্যাম্ দ্যোভ্যঃ। দ্যোঃ দ্যবোঃ দ্যবাম্। দ্যবি দ্যবোঃ দ্যোষু। সম্বোঃ—দ্যৌঃ।

নৌ শব্দ (হি); মদুদি—নৌঃ নাবৌ নাবঃ। নাবম্ নাবৌ নাবঃ। নাবা নৌভ্যাম্ নৌভিঃ। নাবে নৌভ্যাম্ নৌভ্যঃ। নাবঃ নৌভ্যাম্ নৌভ্যঃ। নাবঃ নাবোঃ নাবাম্। নাবি নাবোঃ নৌষু। সম্বো—নৌঃ।

## নৈনবা ৱাহং

নুংশিরবা ইমা—স্নেহময়ী জননী। নুঙাইরবা ইচন অমসুং ইচেশিং—সুখিন্যঃ ভগিন্যঃ (স্বসারঃ); গঙ্গা তুরেনদা—গঙ্গায়াম্ নদ্যাম্; পার্ব্বতী শিবগী নুপীনি—পার্ব্বতী শিবস্য পত্নী; লক্ষ্মী হায়বসি সমুদ্রগী মচানুপীনি—লক্ষ্মীঃ সমুদ্রস্য দুহিতা; উগী অতেকপা মশাদা—বৃক্ষস্য ভগ্নায়াম্ শাখায়াম্; অমুবা ষণবীশিংগী—কৃষ্ণানাম্ ধেনূনাম্; য়াম্না নীংথিরবী মৌ অমা—সুন্দরী বধূঃ; মপুরোইবা নীংবী নুপীশিংগী মপুরোইবনা ঈশ্বরনি—সাধ্বীনাং স্ত্রীণাং পতির্দেবতা; পৃথিবীগী মমিনা—ভুবশ্ছায়য়া; তুম্বনা মীওইবগী হৌনশানি—নিদ্রা নরস্য প্রকৃতিঃ; পৃথিবীদা রামগা মান্নবা—ভুবি রামস্য তুল্যঃ; অহিংগী অরোইবা য়ুথক্তা—নিশায়াঃ (নিশঃ) শেষে প্রহরে; অহিং অদু হৌখ্রবদা—বিগতায়াম্ নিশায়াম্ (নিশি)।

**সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌঃ**—উরী অমগী। পৃথিবী মনুংদা। যমুনা যমগী মচননি। বানারসদা গঙ্গা য়াম্না ফজে। লীলাবতী লাইরিক হৈবী নুপীনি। লৈঙোই য়াম্না লৈবা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা। নোংনা ঢোৎলবা পৃথিবী। মহারাণীগী অয়েকপা লাই।

**মণিপুরীদা অর্থ হন্দোকউঃ**—বিদ্যায়াঃ প্রভাবেণ, স্ত্রীণাং সভা, বেগবত্যঃ নদ্যঃ, প্রজানাম্ শ্রদ্ধয়া, চিত্তে কৃপা সমরনিষ্ঠুরতাচ, দুর্গা সুকৃতীনাং শ্রীঃ, খেলয়া নিদ্রয়া বা, ভুবো ভারঃ, বধূনাম্ স্তুত্যা, ব্রাহ্মণস্য গঙ্গায়াম্ বাসঃ।

**বুধিঃ অমসুং ধর্ম্মবুদ্ধিঃ অনি অসিগী খেন্নবা উৎলু; অমসুং নুপা অমগী মমিং থংনরবদা মহাক্কী মশাক অমসুং লিঙ্গ করি ওইগনি ? অদুগা মাগী রূপ অসি দ্বিতীয়া বিভক্তিগী বহুবচনদা, অমদি, তৃতীয়াগী অমসুং চতুর্থীগী সপ্তমী বিভক্তিগী বহু-বচনদা করি থোক্কনি ? মদু পুম্নমক তাকউঃ—**

**নদী অমসুং লক্ষ্মী শব্দ অনিগী করম করম্বা মফমদা অমসুং প্রথমাগী বহুবচনদা করি খেন্নে ? অদুগা দুহিতৃ অমসুং স্বসৃ শব্দ অনি অসি মশাক মান্নবরা ? অমসুং সুধী (জ্ঞান লৈবা) শব্দনা দেবী শব্দগী বিশেষণ ওইনা শিজিন্নবা তারবদি মশাক করম তৌগনি? করম করম্বা বিভক্তিগী মরা অমসুং নিশা শব্দগী বিকল্প ওইনা মরস্ অমসুং নিশ্ আদেশ তৌরগা থোক্কদগে হায়বা রূপ অদু উৎলু।**

**অরানবা চুমথোকউঃ**— **স্ত্রীয়াম্ বুদ্ধিঃ, প্রজাস্য ভক্তিনা, হে নদে গঙ্গে, চঞ্চলো মতিঃ, পতিরেকঃ গুরুর্নার্য্যাম্, ধেন্বাম্ দানম্, নাবেন তরণম্, মুক্ত্যৌ ইচ্ছা, নদীস্য গতিনা।**

# স্বরান্ত ক্লীবলিঙ্গ শব্দ

## সাধারণ—সূত্র

১। স্বরান্ত ক্লীবলিঙ্গ শব্দগী সু (বিসর্গ) অমদি অম্‌গী লোপ ওই, তৌইগুম্বসুং অকারান্ত শব্দগী সু অমসুং অম্‌গী মফমদা ম্ ওই। খুদমদি—বারি, বারি; ফলম্ ফলম্।

২। বিভক্তিগী স্বরনা মথাদা লৈরবদা স্বরান্ত শব্দগী মথাদা ন্ ওই, তৌইগুম্বসুং ঔগী মফমদা ঈ অমসুং জস্ অমদি শস্‌গী মফমদা নি ওই। এ, নি অমদি আম্-না মথাদা লৈরবদা মথক থংবা স্বর অদু দীর্ঘ ওই। বারিণী বারীণি। অকারান্ত শব্দগী মথাদা ন্ ওইররোই।

৩। সম্বোধনদা অকারান্ত নত্তবা স্বরান্ত শব্দগী স্বর অদুগী বিকল্প ওইনা গুণ ওই। মদুদি—বারে বারি, মধো মধু, অক্ষে অক্ষি, ধাতঃ ধাতৃ।

৪। বিশেষণ ইবর্ণান্ত (ই, ঈ) উবর্ণান্ত (উ, ঊ) অমসুং ঋকারান্ত শব্দগী টা-দগী হৌনা বিভক্তিগী স্বরনা মথাদা লৈরবদা বিকল্প ওইনা পুংলিঙ্গ শব্দগী মতৌগুম্না মশাক ওই। মদুদি—শুচিনে শুচয়ে, স্বাদুনে স্বাদবে, ধাতৃণা ধাত্রা অসিনচিংবা।

৫। টা-দগী হৌদুনা বিভক্তিগী স্বরনা মথাদা লৈরবদা অক্ষি, অস্থি, সক্থি অমদি দধি শব্দগী ইকারগী লোপ ওই। সপ্তমীদদি বিকল্প ওইনা ওইগনি। খুদম—অক্ষা, অক্ষে, অক্ষি অক্ষনি।

## ক্লীবলিঙ্গ

ক্লীবলিঙ্গ অকারান্ত শব্দ পুংলিঙ্গগা মান্নে, তগেংনা প্রথমা অমদি দ্বিতীয়া বিভক্তিদা খেন্নবা থরা লৈ। মদুদি—

### অকারান্ত ফল শব্দ (উহৈ)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ফলম্ | ফলে | ফলানি |
| দ্বিতীয়া | ফলম্ | ফলে | ফলানি |
| তৃতীয়া | ফলেন | ফলাভ্যাম্ | ফলৈঃ |
| চতুর্থী | ফলায় | ফলাভ্যাম্ | ফলেভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ফলাৎ | ফলাভ্যাম্ | ফলেভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ফলস্য | ফলয়োঃ | ফলানাম্ |
| সপ্তমী | ফলে | ফলয়োঃ | ফলেষু |
| সম্বোধন | ফল | | |

**চাওরাক্লা অয়াম্বা অকারান্ত ক্লীবলিঙ্গ চৎপা শব্দ (১) ফল শব্দগুম্না রূপ ওইগনি।**

### হৃদয় (থম্মোয়)

**প্রথমা—হৃদয়ম্ হৃদয়ে হৃদয়ানি। দ্বিতীয়া—হৃদয়ম্ হৃদয়ে হৃদয়ানি, হৃন্দি। তৃতীয়া—হৃদয়েন হৃদা, হৃদয়াভ্যাম্, হৃদ্ভ্যাম্, হৃদয়ৈঃ হৃদ্ভিঃ। চতুর্থী—হৃদয়ায় হৃদে, হৃদয়াভ্যাম্ হৃদ্ভ্যাম্ হৃদয়েভ্যঃ হৃদ্ভ্যঃ। পঞ্চমী—হৃদয়াৎ হৃদঃ হৃদয়াভ্যাম্ হৃদ্ভ্যাম্**

হৃদয়েভ্যঃ হৃদ্ভ্যঃ। ষষ্ঠী—হৃদয়স্য হৃদঃ, হৃদয়য়োঃ হৃদোঃ, হৃদয়ানাম্ হৃদাম্। সপ্তমী—হৃদয়ে হৃদি, হৃদয়য়োঃ হৃদোঃ, হৃদয়েষু হৃৎসু। সম্বোধন—হৃদয়।

## উদক ঈশিং

প্রথমা—উদকম্ উদকে উদকানি। দ্বিতীয়া—উদকম্ উদকে উদকানি, উদানি। তৃতীয়া—উদকেন উদ্না, উদকাভ্যাম্, উদভ্যাম্, উদকৈঃ, উদভিঃ। চতুর্থী—উদকায় উদ্নে, উদকাভ্যাম্ উদভ্যাম্, উদকেভ্যঃ উদভ্যঃ। পঞ্চমী—উদকাৎ উদ্নঃ উদকাভ্যাম্ উদভ্যাম্ উদকেভ্যঃ উদভ্যঃ। ষষ্ঠী—উদকস্য উদ্নঃ উদকয়োঃ উদ্নোঃ, উদকানাম্ উদ্নাম্। সপ্তমী—উদকে উদ্নি, উদকয়োঃ উদ্নোঃ উদকেষু উদসু। সম্বোধন—উদক।

## আস্য মায়

প্রথমা—আস্যম্ আস্যে আস্যানি। দ্বিতীয়া—আস্যম্ আস্যে আস্যানি আসানি। তৃতীয়া—আস্যেন আস্না, আস্যাভ্যাম্ আসভ্যাম্ আস্যৈঃ আসভিঃ। চতুর্থী—আস্যায় আস্নে, আস্যাভ্যাম্ আসভ্যাম্, আস্যেভ্যঃ আসভ্যঃ। পঞ্চমী—আস্যাৎ আস্নঃ, আস্যাভ্যাম্ আসভ্যাম্ আস্যেভ্যঃ আসভ্যঃ। ষষ্ঠী—আস্যস্য আস্নঃ, আস্যয়োঃ আস্নোঃ, আস্যানাম্ আস্নাম্। সপ্তমী—আস্যে আস্নি আসনি, আস্যয়োঃ আস্নোঃ আস্যেষু আসসু।

## ইকারান্ত বারি শব্দ—ঈশিং

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | বারি | বারিণী | বারীণি |
| দ্বিতীয়া | বারি | বারিণী | বারীণি |
| তৃতীয়া | বারিণা | বারিভ্যাম্ | বারিভিঃ |
| চতুর্থী | বারিণে | বারিভ্যাম্ | বারিভ্যঃ |
| পঞ্চমী | বারিণঃ | বারিভ্যাম্ | বারিভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | বারিণঃ | বারিণোঃ | বারীণাম্ |
| সপ্তমী | বারিণি | বারিণোঃ | বারিষু |
| সম্বোধন | বারে, বারি, | | |

---

(১) জল (ঈশিং), বন (উমং), কানন (উমং), ধন (লন), তৃণ (নাপী), পুষ্প (লৈ), কমল (থম্বাল), মূল (মরু), পত্র (মনা), কুসুম (লৈ), অপত্য (মচা), কলত্র (মতু), মিত্র (মরূপ), সুখ (নুঙাইবা), দুঃখ (অবাবা), পুণ্য (অফবা থবক্তী মহে), পাপ (ফত্তবা থবক্তী মহে), সৌন্দর্য্য (ফজবা), জ্ঞান ( লৌশিং), গান (ঈশৈ), ধ্যান (বাখল), মাংস (শদোং), রক্ত (ঈ), মুখ (মায়), নয়ন (মিৎ), স্বর্ণ (সনা), তাম্র (কোরী), রজত (লুপা), লৌহ (য়োৎ), গগন (আকাশ), নক্ষত্র (থবানমিচাক), বিবর (অহোবা মখুন), শীতল (অঈংবা), উষ্ণ (অশাবা), উদক (ঈশিং), পর্ণ (উনা), হিম (উন), দ্রবিণ (লম্বুম), বল (পাঙ্গল), প্রমাণ (খুদম), কারণ (মরম), লক্ষণ (খুদম), অসিনচিংবা।

অক্ষি (মীৎ), অস্থি (শরু), সক্থি (ফৈগন), দধি (শঙোম অফবা) অসিদগী তোঙানবা অয়াম্বা বিশেষ্য হ্রস্ব ইকারান্ত ক্লীবলিঙ্গ শব্দগী রূপ বারি শব্দগা মান্নে।

### অক্ষি শব্দ—মীৎ

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | অক্ষি | অক্ষিণী | অক্ষীণি |
| দ্বিতীয়া | অক্ষি | অক্ষিণী | অক্ষীণি |
| তৃতীয়া | অক্ষ্ণা | অক্ষিভ্যাম্ | অক্ষিভিঃ |
| চতুর্থী | অক্ষ্ণে | অক্ষিভ্যাম্ | অক্ষিভ্যঃ |
| পঞ্চমী | লক্ষ্ণঃ | অক্ষিভ্যাম্ | অক্ষিভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | অক্ষ্ণঃ | অক্ষ্ণোঃ | অক্ষ্ণাম্ |
| সপ্তমী | অক্ষ্ণি, অক্ষণি | অক্ষ্ণোঃ | অক্ষিষু |
| সম্বোধন | অক্ষে, অক্ষি | | |

অস্থি, সক্থি অমসুং দধি শব্দসু অক্ষি শব্দগা মান্নে। বহুব্রীহি সমাসতা (মশাগী অঙ্গ থংনরবদা) অক্ষি শব্দ অকারান্ত ওই। মদুদি—বিশালাক্ষঃ পুংলিঙ্গদা (নর শব্দগুম্না ওই); স্ত্রীলিঙ্গদা বিশালাক্ষী (নদী শব্দগুম্না ওই)।

### হ্রস্ব উকারান্ত মধু শব্দ (খোইহী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | মধু | মধুনী | মধূনি |
| দ্বিতীয়া | মধু | মধুনী | মধূনি |
| তৃতীয়া | মধুনা | মধুভ্যাম্ | মধুভিঃ |
| চতুর্থী | মধুনে | মধুভ্যাম্ | মধুভ্যঃ |
| পঞ্চমী | মধুনঃ | মধুভ্যাম্ | মধুভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | মধুনঃ | মধুনোঃ | মধূনাম্ |
| সপ্তমী | মধুনি | মধুনোঃ | মধুষু |
| সম্বোধন | মধো, মধু | | |

অয়াম্বা বিশেষ্য হ্রস্ব উকারান্ত ক্লীবলিঙ্গ শব্দ পুম্নমক মসিগা মান্নে। (১)

বিশেষণ হ্রস্ব ইকারান্ত অমদি উকারান্ত শব্দগী রূপ বিশেষ্য ইকারান্ত অমদি উকারান্ত শব্দগা মান্নে। কেবল এ, ই, ওঃ, অমসুং পঞ্চমী অমদি ষষ্ঠীগী অঃ বিভক্তিদা পুংলিঙ্গ ইকারান্ত শব্দগী মতৌগুম্না রূপ ওই। মদুদি—

---

(১) জানু (খুকউ), সানু (চীংদোনগী লৈতেম মাম্নবা মফম) দারু (উ), অম্বু (ঈশিং), স্নু (চীংদোনগী লৈতেম মাম্নবা মফম), অসিনচিংবা।

সানু শব্দ—সানু সানুনী সানূনি। দ্বিতীয়া—সানু সানুনী সানূনি স্নূনি। তৃতীয়া—সানুনা স্নুনা, সানুভ্যাম্ স্নুভ্যাম্, সানুভিঃ স্নুভিঃ। চতুর্থী—সানুনে স্নুনে, সানুভ্যাম্ স্নুভ্যাম্, সানুভ্যঃ স্নুভ্যঃ। পঞ্চমী—সানুনঃ স্নুনঃ, সানুভ্যাম্ স্নুভ্যাম্ সানুভ্যঃ, স্নুভ্যঃ। ষষ্ঠী—সানুনঃ স্নুনঃ, সানুনোঃ স্নুনোঃ, সানূনাম্ স্নূনাম্। সপ্তমী—সানুনি স্নুনি, সানুনোঃ স্নুনোঃ, সানুষু স্নুষু। সম্বোধন—সানো সানু।

## শুচি শব্দ (অশেংবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | শুচি | শুচিনী | শুচীনি |
| দ্বিতীয়া | শুচি | শুচিনী | শুচীনি |
| তৃতীয়া | শুচিনা | শুচিভ্যাম্ | শুচিভিঃ |
| চতুর্থী | শুচিনে, শুচয়ে | শুচিভ্যাম্ | শুচিভ্যঃ |
| পঞ্চমী | শুচিনঃ শুচেঃ | শুচিভ্যাম্ | শুচিভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | শুচিনঃ শুচেঃ | শুচিনোঃ শুচ্যোঃ | শুচীনাম্ |
| সপ্তমী | শুচিনি শুচৌ | শুচিনোঃ শুচ্যোঃ | শুচিষু |
| সম্বোধন | শুচে, শুচি | | |

পুংলিঙ্গ শুচি শব্দ মুনি শব্দগুম্না ওই, অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ শুচি শব্দ মতি শব্দগা মান্নে।

সমাসতগী থোকপা ক্লীবলিঙ্গ সুমতি, সুবুদ্ধি দুর্মতি, অনাদি-নচিংবা শব্দ শুচি শব্দগা মান্নে। মদুদি—সুমতি মিত্রম্। সুধী, সুদ্ধধী, হতধী-নচিংবা অসিদি থেম্নবা থরা লৈ। মদুদি—

প্রথমা—সুধি সুধিনী সুধীনি। দ্বিতীয়া—সুধি সুধিনী সুধীনি। তৃতীয়া—সুধিয়া, সুধিনা, সুধীভ্যাম্ সুধীভিঃ। চতুর্থী—সুধিয়ে সুধিনে, সুধীভ্যাম্ সুধীভ্যঃ। পঞ্চমী—সুধিয়ঃ সুধিনঃ, সুধীভ্যাম্ সুধীভ্যঃ। ষষ্ঠী—সুধিয়ঃ সুধিনঃ সুধিয়োঃ সুধিনোঃ সুধিয়াম্ সুধীনাম্। সপ্তমী—সুধিয়ি সুধিনি, সুধিয়োঃ সুধিনোঃ সুধীষু। সম্বোধন—সুধি, সুধে। ক্লীবলিঙ্গ চৎপা প্রতিভূ, স্বয়ংভূ-নচিংবগী রূপ প্রতিভূ, প্রতিভুনী প্রতিভূনি। দ্বিতীয়া—প্রতিভূ প্রতিভুনী প্রতিভূনি। তৃতীয়ানচিংবদদি মধু শব্দগুম্না অমসুং বিকল্পদা পুংলিঙ্গ প্রতিভূ শব্দগুম্না ওই। মদুদি—প্রতিভুনা প্রতিভুবা অসিনচিংবা।

## স্বাদু শব্দ (অহাওবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | স্বাদু | স্বাদুনী | স্বাদূনি |
| দ্বিতীয়া | স্বাদু | স্বাদুনী | স্বাদূনি |
| তৃতীয়া | স্বাদুনা | স্বাদুভ্যাম্ | স্বাদুভিঃ |
| চতুর্থী | স্বাদুনে, স্বাদবে | স্বাদুভ্যাম্ | স্বাদুভ্যঃ |
| পঞ্চমী | স্বাদুনঃ স্বাদোঃ | স্বাদুভ্যাম্ | স্বাদুভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | স্বাদুনঃ স্বাদোঃ | স্বাদুনোঃ স্বাদ্বোঃ | স্বাদূনাম্ |
| সপ্তমী | স্বাদুনি স্বাদৌ | স্বাদুনোঃ স্বাদ্বোঃ | স্বাদুষু |
| সম্বোধন | স্বাদো স্বাদু | | |

পৃথু, গুরু, ঋজু-নচিংবসু স্বাদুগা মান্নে। পুংলিঙ্গ স্বাদু শব্দ সাধু শব্দগা মান্নে অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ স্বাদু শব্দ ধেনু শব্দগা মান্নে।

### ঋরান্ত ধাতৃ শব্দ (গ্রোকচবী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ধাতৃ | ধাতৃণী | ধাতৄণি |
| দ্বিতীয়া | ধাতৃ | ধাতৃণী | ধাতৄণি |
| তৃতীয়া | ধাতৃণা ধাত্রা | ধাতৃভ্যাম্ | ধাতৃভিঃ |
| চতুর্থী | ধাতৃণে, ধাত্রে | ধাতৃভ্যাম্ | ধাতৃভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ধাতৃণঃ ধাতুঃ | ধাতৃভ্যাম্ | ধাতৃভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ধাতৃণঃ ধাতুঃ | ধাতৃণোঃ ধাত্রোঃ | ধাতৄণাম্ |
| সপ্তমী | ধাতৃণি ধাতরি | ধাতৃণোঃ ধাত্রোঃ | ধাতৃষু |
| সম্বোধন | ধাতঃ, ধাতৃ | | |

অয়াম্বা হ্রস্ব ঋকারান্ত ক্লীবলিঙ্গ কর্ত্তৃ, নেতৃ, জ্ঞাতৃ -নচিংবা শব্দ ধাতৃ শব্দগা মান্নে। ধাতৃ শব্দ পুংলিঙ্গদা দাতৃ শব্দগা মান্নে। স্ত্রীলিঙ্গদা ধাত্রী ওই। মতম অদুদা নদী শব্দগা মান্নে।

## নৈনবা ৱাহং

অস্থি শব্দগী প্রথমা বিভক্তি অমদি দধি শব্দগীনা ষষ্ঠী বিভক্তিদা মধু শব্দনা পঞ্চমী অমসুং সপ্তমীদা, অক্ষি শব্দগী চতুর্থী অমসুং পঞ্চমীদা রূপ ফোংদোকউ।

**মণিপুরীদগী সংস্কৃত-তা অনুবাদ**—অঙাংবা লৈ—লোহিতং পুষ্পম্ (প্রসূনম্); অঙৌবা থম্বালশিং—শুভ্রানি কমলানি ; অশুকপা উমংদগী—গহনাৎ কাননাৎ ; অশেংবা ঈশিং—বিমলং জলং (বারি, সলিলম্, পানীয়ম্); অথুম্বা উহৈশিংগী—মধুরানাম্ ফলানাম্; ঈশিংনা চামথোকপা—বারিণা ক্ষালনম্; (ধাবনম্); মমিৎ নামা তাংবা—অক্ষ্না কাণঃ; খোইহীগী দান—মধুনো দানম্; অহাওবা উহৈশিংদা—স্বাদুষু ফলেষু; অরংবা থবাম্মিচাশিং—উজ্জ্বলানি নক্ষত্রাণি; অয়াম্বা লন—বিপুলং ধনম্; নোংশাগী মশোং—সিংহস্য আস্রা; হৈনৌ হায়বা অসি অথুম্বা উহৈনি—আম্রং স্বাধু ফলং; অমনবা ফিশিং—জীর্ণানি বস্ত্রাণি।

**সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌঃ**—পাম্বীগী অথুম্বা উহৈ। অশংবা থম্বাল অমা। ফজবা লৈশিং। তুরেলগী ঈশিং। সমুদ্রগী অয়াকপা ঈশিং। তরু তরুবা আকাশতা। মীগী জ্ঞান। লৈবাক্কী পাত্র। অযুক অঙনবদা চৎপা। লৈশিংদগী লৌবা খোইহী। উগী অহোবা মথুন। অশংবা আকাশতা। অশুকপা উমংদা। অশংবা থম্বালশিং। তুরেলগী অইংবা ঈশিং। মীগী পুক্তি।

**মণিপুরীদা অনুবাদ তৌঃ**—কুসুমিতং কাননং, বিমলেন বারিণা, আরোগ্যং সুখমুত্তমং, প্রকৃত্যা মধুরং গবাং দুগ্ধম্, বসন্তে ভ্রমণং পথ্যং, মুর্খস্য জীবনং শূন্যম্, ধার্ম্মিকস্য জীবণং ধন্যম্, বিফলমবিনয়ং জ্ঞানম্, ধনাৎ ধর্ম্মঃ ততঃ সুখম্, বালানাং রোদনং বলম্, লোভঃ পাপস্য কারণম্।

**অরানবা চুম্বথোকপাঃ**—অক্ষিণা দর্শনম্, মধোঃ পানম্, দধিনা ভোজনম্, শিবস্য অক্ষিণি, অক্ষিণি বেদনা, অক্ষিণি অস্রূণি পতিতাণি, হরিস্য বস্তবঃ নষ্টাঃ।

হৃদয় অমসুং উদক শব্দগী তৃতীয়া, চতুর্থী, পঞ্চমী অমসুং সপ্তমী বিভক্তিদা বিকল্প পিয়ু।

মধু (খোইহী) অমসুং মধু (মী অমগী মমিং) শব্দ অনিগী লিঙ্গ খেন্নবা উৎলু, অদুগা অনিশুবা মধু শব্দগী রূপ অদু উৎলু।

বারি অমসুং অক্ষি শব্দগী বিভক্তি খুদিংদা খেন্নবা মশকশিং অদু উৎলু।

## ব্যঞ্জনান্ত শব্দ

### সাধারণ সূত্র

১। ব্যঞ্জন-না মমৈদা লৈবা শব্দগী সু-বিভক্তিগী লোপ ওই। মদুদি—জলমুক্, বনিক্, সম্রাট্।

২। সু অমসুং সুপ্ বিভক্তিনা মখাদা লৈরবদা শব্দগী মমৈথংবা চ্, জ্, অমসুং শ্-গী মফমদা ক্ ওই, অমসুং ভ-না মখাদা লৈরবদি গ্ ওই। মদুদি—জলমুক্, জলমুক্ষু, বাক্, দিক্, জলমুগ্ভ্যাম্। তৌইগুম্বসুং রাজ্ অমদি সৃজ্ ভাগান্ত শব্দগী জ্-গী মফমদা ট্ (ড্) ওই। মদুদি—সম্রাট্ (ড্) সম্রাট্সু সম্রাড্ভ্যাম্।

৩। সু ঔ জস্ অমসুং অম্ বিভক্তিনা মখাদা লৈরবদা ঋকার হৌখিবা (শতৃ অমসুং স্যতৃ) অমদি উকার হৌখিবা (ক্বসু, ঈয়সুন্, ডবতু, বতুপ্, মতুপ্) প্রত্যয়-না মমৈদা লৈবা শব্দগী মমৈথংবা স্বরগী মখাদা ন্ আগম ওই অমসুং সু বিভক্তিনা মখাদা লৈরবদি মৎ, বৎ, ইন্, বিন্, অস্ অমসুং হন্ ভাগান্ত শব্দগী মমৈথংবা স্বর অদু দীর্ঘ ওই। সম্বোধন-দদি ওইরোই।

৪। সু-না মখাদা লৈরবদা ঋকার হৌখিবা, মৎ অমসুং বস্ প্রত্যয়-না মমৈথংবা শব্দগী মমৈথংবা ময়েক্কী লোপ ওই। মদুদি—শ্রীমান্।

৫। সু, ভ্যাম্, ভিস্, অমসুং সুপ্ প্রত্যয়-না মখাদা লৈরবদা নকারনা মমৈথংবা শব্দগী ন্ লোপ ওই; সম্বোধনদদি ওইরোই অমসুং সু, ঔ, জস্ অমদি অম্-না মখাদা লৈরবদা নকারান্ত অমসুং বস্ ভাগান্ত শব্দগী অকার অদু দীর্ঘ (আ) ওই। মদুদি—রাজা, রাজানৌ রাজানঃ রাজানম্, বিদ্বান্, রাজভিঃ, রাজসু, গুণী, গুণিষু। রাজন্ বিদ্বন্।

৬। সু অমসুং সুপ্-না মখাদা লৈরবদা দকারান্ত শব্দগী দ্-গী মফমদা ত্ ওই। খুদম—বিপৎ, সুহৃৎ, বিপৎসু।

৭। শস্-নচিংবা স্বরবর্ণ-না মখাদা লৈরবদা অন্ অমসুং হন্ ভাগান্ত শব্দগী উপধা (মমৈ থংবা ময়েক্কী মথক থংবা ময়েক) বর্ণগী লোপ ওই অমসুং হ-গী মফমদা ঘ ওই। ঙি-না মখাদা লৈরবদি বিকল্প ওইনা ওই। মদুদি—রাজ্ঞঃ, শত্রুঘ্নঃ, রাজ্ঞি, রাজনি। তৌইগুম্বসুং ম নত্রগা ব-গা তপ্নবা ময়েক্কা মখাদা লৈরবদি ওইরোই। মদুদি—আত্মনঃ, আত্মনি।

৮। শস্-নচিংবা স্বর ময়েক্কা মখাদা লৈরবদা বস্ ভাগান্ত শব্দগী ব-গী মফমদা উ ওই। (১) মদুদি—বিদুষঃ, জগ্মুষঃ।

৯। ভ্-না মখাদা লৈরবদা বস্ ভাগান্ত শব্দগী স্-গী মফমদা দ্ অমদি সুপ্-না মখাদা লৈরবদা ৎ ওই। খুদম—বিদ্বদ্ভ্যাম্, বিদ্বৎসু।

১০। হকারান্ত শব্দগী হ্-গী মফমদা সু অমসুং সুপ্-না মখাদা লৈরবদা ট্ অমসুং ভ্-না মখাদা লৈরবদা ড্ ওই। (১) মদুদি—মধুলিট্, মধুলিড্ভ্যাম্।

---

* অভ্যস্ত শব্দগীদি ওইরোই। মদুদি—জাগ্রৎ, শাসৎ।

(১) বস্-গী মথক্তা ই লৈরবদি ই অদু লোপ ওই।

(২) উপানহ্ অনডুহ্-নচিংবদি তোঙান্নি।

১১। দহ্, দুহ্-নচিংবা হকারান্ত শব্দগী সু অমসুং সুপ্-না মথাদা লৈরবদা হ্-গী মফমদা ক্ অমসুং ভ্-না মথাদা লৈরবদা হ্-গী মফমদা গ্ ওই অমসুং মথক থংবা অহমশুবা ময়েক্কী মফমদা মরীশুবা ময়েক ওই। মদুদি—কামধুক্, কামধুক্ষু।

১২। সু, সুপ্ অমসুং ভ্-না মথাদা লৈরবদা রকারান্ত শব্দগী মথক্তা লৈবা ই অমসুং উ-গী দীর্ঘ ওই। মদুদি—গীঃ পূঃ। গীর্ভ্যাম্ গীর্ষু।

১৩। সু অমসুং সুপ্-না মথাদা লৈববদা ষকারান্ত শব্দগী ষ্-গী মফমদা ট্ অমসুং ভ্-না মথাদা লৈরবদা ষ্-গী মফমদা ড্ ওই। মদুদি—দ্বিট্, দ্বিড্‌ভ্যাম্ দ্বিট্‌সু।

## পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ

ব্যঞ্জন-না মমৈথংবা শব্দদা বিভক্তি তিনশিন্নগা পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ শোন্নগী মশাক থেন্নদে। মরম অসিনা শব্দ মখল অনিমক্কী মওং অমত্তদা রূপ উৎলি।

### চকারান্ত জলমুচ্ শব্দ (নোং)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | জলমুক্ | জলমুচৌ | জলমুচঃ |
| দ্বিতীয়া | জলমুচম্ | জলমুচৌ | জলমুচঃ |
| তৃতীয়া | জলমুচা | জলমুগ্‌ভ্যাম্ | জলমুগ্‌ভিঃ |
| চতুর্থী | জলমুচে | জলমুগ্‌ভ্যাম্ | জলমুগ্‌ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | জলমুচঃ | জলমুগ্‌ভ্যাম্ | জলমুগ্‌ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | জলমুচঃ | জলমুচোঃ | জলমুচাম্ |
| সপ্তমী | জলমুচি | জলমুচোঃ | জলমুক্ষু |
| সম্বোধন | জলমুক্ | | |

প্রাচ্, প্রত্যচ্, উদচ্-নচিংবা কয়ামুক অসিদি নত্তনা অয়াম্বা চকারান্ত (১) শব্দগী রূপ মথক্কী অসিগা মান্নে। প্রাচ্-নচিংবা অসি স্ত্রীলিঙ্গদা চকারান্ত ওইদে। প্রাচী, প্রতীচী, তিরশ্চী, উদীচী-নচিংবা দীর্ঘ ঈকারান্ত ওই, মরম অসিনা মথোয়শিং অসিগী কেবল পুংলিঙ্গ রূপতং উৎলি।

### প্রাচ্ শব্দ (নোংপোক মান্নকৈ)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | প্রাঙ্ | প্রাঞ্চৌ | প্রাঞ্চঃ |
| দ্বিতীয়া | প্রাঞ্চম্ | প্রাঞ্চৌ | প্রাচঃ |
| সম্বোধন | প্রাঙ্ | | |

অতে অতে বিভক্তিশদদি জলমুচ্ শব্দগা মান্নে।

প্রত্যচ্, তির্য্যচ্ অমসুং উদচ্ শব্দসু প্রাচ্ শব্দগা মান্নে। কেবল দ্বিতীয়াগী বহুবচনদগী হৌদুনা বিভক্তিগী স্বরবর্ণ-না মথাদা লৈরবদা প্রতীচ্, তিরশ্চ্ অমসুং উদীচ্ ওই। মদুদি—

(১) পুংলিঙ্গ বারিমুচ্ (নোং) পয়োমুচ্ (নোং) অসিনচিংবা; স্ত্রীলিঙ্গ বাচ্ (ৱাঙাং), ত্বচ্ (উলপা), রুচ্ (চামস), ঋচ্ (ঋগ্ বেদগী তাঙক অমা) অসিনচিংবা।

## প্রত্যচ্ শব্দ (লোংচুপ)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | প্রত্যঙ্ | প্রত্যঞ্চৌ | প্রত্যঞ্চঃ |
| দ্বিতীয়া | প্রত্যঞ্চম্ | প্রত্যঞ্চৌ | প্রতীচঃ |
| তৃতীয়া | প্রতীচা | প্রত্যগ্ভ্যাম্ | প্রত্যগ্ভিঃ |
| চতুর্থী | প্রতীচে | প্রত্যগ্ভ্যাম্ | প্রত্যগ্ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | প্রতীচঃ | প্রত্যগ্ভ্যাম্ | প্রত্যগ্ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | প্রতীচঃ | প্রতীচোঃ | প্রতীচাম্ |
| সপ্তমী | প্রতীচি | প্রতীচোঃ | প্রত্যক্ষু |
| সম্বোধন | প্রত্যঙ্ | | |

## তির্য্যচ্ (খোয়বা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | তির্য্যঙ্ | তির্য্যঞ্চৌ | তির্য্যঞ্চঃ |
| দ্বিতীয়া | তির্য্যঞ্চম্ | তির্য্যঞ্চৌ | তিরশ্চঃ |
| তৃতীয়া | তিরশ্চা | তির্য্যগ্ভ্যাম্ | তির্য্যগ্ভিঃ |
| চতুর্থী | তিরশ্চে | তির্য্যগ্ভ্যাম্ | তির্য্যগ্ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | তিরশ্চঃ | তির্য্যগ্ভ্যাম্ | তির্য্যগ্ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | তিরশ্চঃ | তিরশ্চোঃ | তিরশ্চাম্ |
| সপ্তমী | তিরশ্চি | তিরশ্চোঃ | তির্য্যক্ষু |
| সম্বোধন | তির্য্যঙ্ | | |

## উদচ্ (অন্নাং)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | উদঙ্ | উদঞ্চৌ | উদঞ্চঃ |
| দ্বিতীয়া | উদঞ্চম্ | উদঞ্চৌ | উদীচঃ |
| তৃতীয়া | উদীচা | উদগ্ভ্যাম্ | উদগ্ভিঃ |
| চতুর্থী | উদীচে | উদগ্ভ্যাম্ | উদগ্ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | উদীচঃ | উদগ্ভ্যাম্ | উদগ্ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | উদীচঃ | উদীচোঃ | উদীচাম্ |
| সপ্তমী | উদীচি | উদীচোঃ | উদক্ষু |
| সম্বোধন | উদঙ্ | | |

## সম্যচ্ (নীংথিবা)

সম্যঙ্ সম্যঞ্চৌ সম্যঞ্চঃ। সম্যঞ্চম্ সম্যঞ্চৌ সমীচঃ। সমীচা সম্যগ্ভ্যাম্ সম্যগ্ভিঃ। সমীচে সম্যগ্ভ্যাম্ সম্যগ্ভ্যঃ। সমীচঃ সম্যগ্ভ্যাম্ সম্যগ্ভ্যঃ। সমীচঃ সমীচোঃ সমীচাম্। সমীচি সমীচোঃ সম্যক্ষু। সম্বোধন—সম্যঙ্।

## অন্বচ্ (ফোংদোকপা)

অন্বঙ্ অন্বঞ্চৌ অন্বঞ্চঃ। অন্বঞ্চম্ অন্বঞ্চৌ অনূচঃ। অনূচা অন্বগ্‌ভ্যাম্ অন্বগ্‌ভিঃ। অনূচে অন্বগ্‌ভ্যাম্ অন্বগ্‌ভ্যঃ। অনূচঃ অন্বগ্‌ভ্যাম্ অন্বগ্‌ভ্যঃ। অনূচঃ অনূচোঃ অনূচাম্। অনূচি অনূচোঃ অন্বক্ষু। সম্বোধনদা—অন্বঙ্।

## জকারান্ত বণিজ্ শব্দ (নলোনবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | বণিক্ | বণিজৌ | বণিজঃ |
| দ্বিতীয়া | বণিজম্ | বণিজৌ | বণিজঃ |
| তৃতীয়া | বণিজা | বণিগ্‌ভ্যাম্ | বণিগ্‌ভিঃ |
| চতুর্থী | বণিজে | বণিগ্‌ভ্যাম্ | বণিগ্‌ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | বণিজঃ | বণিগ্‌ভ্যাম্ | বণিগ্‌ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | বণিজঃ | বণিজোঃ | বণিজাম্ |
| সপ্তমী | বণিজি | বণিজোঃ | বণিক্ষু |
| সম্বোধন | বণিক্ | | |
| স্ত্রীলিঙ্গদা | বণিক্ | | |

সম্রাজ্, দেবরাজ্, বিরাজ্, পরিব্রাজ্, বিশ্বসৃজ্-নচিংবা কয়ামুক্তি নত্তনা অয়াম্বা জকারান্ত শব্দ (১) খুদিংমক বণিজ্ শব্দগা মান্নে। যুজ্ শব্দ—যুঙ্ যুঞ্জৌ যুঞ্জঃ, যুঞ্জম্ যুঞ্জৌ যুজঃ, অসিদগী লেমহৌবা বিভক্তি খুদিংদা বণিজ্ শব্দগা মান্নে।

## সম্রাজ্ শব্দ (নিংথৌরেল অমসুং মহারাণী)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সম্রাট্ | সম্রাজৌ | সম্রাজঃ |
| দ্বিতীয়া | সম্রাজম্ | সম্রাজৌ | সম্রাজঃ |
| তৃতীয়া | সম্রাজা | সম্রাড্‌ভ্যাম্ | সম্রাড্‌ভিঃ |
| চতুর্থী | সম্রাজে | সম্রাড্‌ভ্যাম্ | সম্রাড্‌ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | সম্রাজঃ | সম্রাড্‌ভ্যাম্ | সম্রাড্‌ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | সম্রাজঃ | সম্রাজোঃ | সম্রাজাম্ |
| সপ্তমী | সম্রাজি | সম্রাজোঃ | সম্রাট্‌সু |
| সম্বোধন | সম্রাট্ (ড্) | | |
| স্ত্রীলিঙ্গ | সম্রাট্ | | |

দেবরাজ-নচিংবসু মসিগা মান্নে।

(১) পুংলিঙ্গ ভিষজ্ (মাইবা), ঋত্বিজ্ (পুরোহিত), ভৃতিভুজ্ (মীনাই), বলিভুজ্ (কাক), হুতভুজ্ (মৈ), ভূভুজ্ (নিংথৌ), অসিনচিংবা। স্ত্রীলিঙ্গদা স্রজ্ (লৈ পরেং), রুজ্ (অনাবা) অসিনচিংবা।

## তকারান্ত ভূভৃৎ শব্দ (নিংথৌ অমদি চীং)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ভূভৃৎ | ভূভৃতৌ | ভূভৃতঃ |
| দ্বিতীয়া | ভূভৃতম্ | ভূভৃতৌ | ভূভৃতঃ |
| তৃতীয়া | ভূভৃতা | ভূভৃদ্ভ্যাম্ | ভূভৃদ্ভিঃ |
| চতুর্থী | ভূভৃতে | ভূভৃদ্ভ্যাম্ | ভূভৃদ্ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ভূভৃতঃ | ভূভৃদ্ভ্যাম্ | ভূভৃদ্ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ভূভৃতঃ | ভূভৃতোঃ | ভূভৃতাম্ |
| সপ্তমী | ভূভৃতি | ভূভৃতোঃ | ভূভৃৎসু |
| সম্বোধন | ভূভৃৎ | | |

স্ত্রীলিঙ্গদা ভূভৃৎ, পুংলিঙ্গগা মান্নে।

অৎ, স্যৎ, মৎ, তবৎ প্রত্যয়-না মমৈথংবা শব্দ অমসুং মহৎ শব্দদি নত্তবা অযাম্বা তকারনা মমৈথংবা শব্দগী রূপ (১) ভূভৃৎ শব্দগা মান্নে। অৎ প্রত্যয়ান্ত-নচিংবদি স্ত্রীলিঙ্গদা তকারান্ত ওইদ্রে, দীর্ঘ ঈকারান্ত ওইরে। মরম অসিদগী তশেংনা পুংলিঙ্গগী রূপতং উৎপনি। মতৌ অসুম্না অৎপ্রত্যয়ান্ত শব্দ খুদিংমক তশেংনা প্রথমাদা অমদি দ্বিতীয়াগী একবচন অমসুং দ্বিবচনদা খেন্নবা থরা লৈ। অতে বিভক্তি খুদিংমক্তদি ভূভৃৎ শব্দগা মান্নে।

অৎ নত্রগা স্যৎ প্রত্যয়ান্ত। অৎ নত্রগা স্যৎ প্রত্যয়ান্ত শব্দগী মশক চপ মান্নে।

## অৎ প্রত্যয়ান্ত—ধাবৎ (চেনবা)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ধাবন্ | ধাবন্তৌ | ধাবন্তঃ |
| দ্বিতীয়া | ধাবন্তম্ | ধাবন্তৌ | ধাবতঃ |
| তৃতীয়া | ধাবতা | ধাবদ্ভ্যাম্ | ধাবদ্ভিঃ |
| চতুর্থী | ধাবতে | ধাবদ্ভ্যাম্ | ধাবদ্ভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ধাবতঃ | ধাবদ্ভ্যাম্ | ধাবদ্ভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ধাবতঃ | ধাবতোঃ | ধাবতাম্ |
| সপ্তমী | ধাবতি | ধাবতোঃ | ধাবৎসু |
| সম্বোধন | ধাবন্ | | |

স্ত্রীলিঙ্গদা ধাবন্তী নদী শব্দগা মান্নে।

জাগ্রৎ, শাসৎ, দদৎ, দধৎ, বিভ্রৎ-নচিংবা অসিদি নত্তনা অয়াম্বা অৎ নত্রগা স্যৎ প্রত্যয়ান্ত শব্দগী (২) মশক মসিগা মান্নে; হায়বদি ধাবৎ শব্দগা মান্নে। জাগ্রৎ-নচিংবগী রূপ-তি ভূভৃৎ শব্দগা মান্নে।

---

(১) মহীভৃৎ (নিংথৌ, চীং), বিপশ্চিৎ (পণ্ডিত), মহীক্ষিৎ (নিংথৌ), দিনকৃৎ (নুমিৎ), শশভৃৎ (থা), পরভৃৎ (কোকিল), তনূনপাৎ (মৈ), দৎ (যা), বৃহৎ (অচৌবা), অসিনচিংবা। স্ত্রীলিঙ্গদা সরিৎ (তুরেল), যোষিৎ (নুপী), তড়িৎ (লোংথাং), ক্ষুৎ (অরাবা) (বৃহৎ শব্দ ধাবৎ শব্দগা মান্নে। স্ত্রীলিঙ্গদা বৃহতী ওই।)

(২) বৃহৎ, ভবৎ (ওইবা), কুর্বৎ (তৌবা), গচ্ছৎ (চৎপা), তিষ্ঠৎ (লৈবা), ধ্যায়ৎ (নিংশিংবা), ব্রুবৎ (ঙাংবা), পিবৎ (থকপা), জানৎ (খংবা), শৃন্বৎ (তাবা), ইচ্ছৎ

### তদ্ শব্দ—ক্লীবলিঙ্গ (মদু)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | তৎ | তে | তানি |
| দ্বিতীয়া | তৎ | তে | তানি |

অতৈ লেমহৌবা বিভক্তিশিংদি পুংলিঙ্গগা মান্নে

### তদ্ শব্দ—স্ত্রীলিঙ্গ (মহাক)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | সা | তে | তাঃ |
| দ্বিতীয়া | তাম্ | তে | তাঃ |
| তৃতীয়া | তয়া | তাভ্যাম্ | তাভিঃ |
| চতুর্থী | তস্যৈ | তাভ্যাম্ | তাভ্যঃ |
| পঞ্চমী | তস্যাঃ | তাভ্যাম্ | তাভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | তস্যাঃ | তযোঃ | তাসাম্ |
| সপ্তমী | তস্যাম্ | তযোঃ | তাসু |

এতদ্ শব্দগী রূপ পুম্নমক তদ্ শব্দগা মান্নে; তশেংনা খেন্নবদি সঃ, তৎ সা, মখোয় অসিগী মথক্তা এ লৈগনি। খুদম—এষঃ এতৌ এতে। এতৎ এতে এতানি। এষা এতে এতাঃ অসিনচিংবা। তৌইগুম্বসুং এতদ্ শব্দগী দ্বিতীয়া, তৃতীয়াগী একবচনদা অমসুং ষষ্ঠী অমদি সপ্তমীগী দ্বিবচনদা পুনরুক্তি (হন্না হায়বা) খংনবদা এন আদেশ তৌই। নত্রবদি এতৎ অদুম লৈগনি। পুনরুক্তি (হন্না হায়বা) খংনদ্রবসু এন আদেশ ওই। খুদম—এষঃ এতৌ এতে। এতম্ এনম্, এতৌ এনৌ, এতান্ এনান্। এতেন এনেন, এতাভ্যাম্ এতৈঃ। এতস্মৈ এতাভ্যাম্ এতেভ্যঃ। এতস্মাৎ এতাভ্যাম্ এতেভ্যঃ। এতস্য এতয়োঃ এনয়োঃ এতেষাম্। এতস্মিন্ এতয়োঃ এনয়োঃ, এতেষু।

**ক্লীবলিঙ্গ**—এতৎ এতে এতানি। এতৎ এনৎ, এতে এনে, এতানি, এনানি। মসিদগী লেমহৌবদি পুংলিঙ্গগা মান্নে।

**স্ত্রীলিঙ্গ**—এষা এতে এতাঃ। এতাম্ এনাম্, এতে এনে, এতাঃ এনাঃ। এতয়া এনয়া, এতাভ্যাম্ এতাভিঃ। এতস্যৈ এতাভ্যাম্ এতাভ্যঃ। এতস্যাঃ এতাভ্যাম্ এতাভ্যঃ এতস্যাঃ এতয়োঃ এনয়োঃ, এতাসাম্। এতস্যাম্, এতয়োঃ এনয়োঃ, এতাসু।

### কিম্ শব্দ—পুংলিঙ্গ (কনা, করি)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | কঃ | কৌ | কে |
| দ্বিতীয়া | কম্ | কৌ | কান্ |
| তৃতীয়া | কেন | কাভ্যাম্ | কৈঃ |
| চতুর্থী | কস্মৈ | কাভ্যাম্ | কেভ্যঃ |
| পঞ্চমী | কস্মাৎ | কাভ্যাম্ | কেভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | কস্য | কয়োঃ | কেষাম্ |
| সপ্তমী | কস্মিন্ | কয়োঃ | কেষু |

### কিম্ শব্দ—ক্লীবলিঙ্গ (করি)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | কিম্ | কে | কানি |
| দ্বিতীয়া | কিম্ | কে | কানি |

অসিদগী লেমহৌবা বিভক্তিশিংদদি পুংলিঙ্গগা রূপ মান্নে।

### কিম্ শব্দ—স্ত্রীলিঙ্গ (কনা-করি)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | কা | কে | কাঃ |
| দ্বিতীয়া | কাম্ | কে | কাঃ |
| তৃতীয়া | কয়া | কাভ্যাম্ | কাভিঃ |
| চতুর্থী | কস্যৈ | কাভ্যাম্ | কাভ্যঃ |
| পঞ্চমী | কস্যাঃ | কাভ্যাম্ | কাভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | কস্যাঃ | কয়োঃ | কাসাম্ |
| সপ্তমী | কস্যাম্ | কয়োঃ | কাসু |

### ইদমাদি

ইদম্, অদস্, যুষ্মদ্, অস্মদ্ মখোয় অসিগী রূপ তোঙান তোঙাল্লি। মরম অসিনা অমমমগী ওইনা রূপ উৎলি।

### ইদম্ শব্দ (মসি) পুংলিঙ্গ

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | অয়ম্ | ইমৌ | ইমে |
| দ্বিতীয়া | ইমম্ | ইমৌ | ইমান্ |
| তৃতীয়া | অনেন | আভ্যাম্ | এভিঃ |
| চতুর্থী | অস্মৈ | আভ্যাম্ | এভ্যঃ |
| পঞ্চমী | অস্মাৎ | আভ্যাম্ | এভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | অস্য | অনয়োঃ | এষাম্ |
| সপ্তমী | অস্মিন্ | অনয়োঃ | এষু |

## অদস্ শব্দ—পুংলিঙ্গ (মদু, মহাক)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | অসৌ | অমূ | অমী |
| দ্বিতীয়া | অমুম্ | অমূ | অমূন্ |
| তৃতীয়া | অমুনা | অমূভ্যাম্ | অমীভিঃ |
| চতুর্থী | অমুষ্মৈ | অমূভ্যাম্ | অমীভ্যঃ |
| পঞ্চমী | অমুষ্মাৎ | অমূভ্যাম্ | অমীভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | অমুষ্য | অমুয়োঃ | অমীষাম্ |
| সপ্তমী | অমুষ্মিন্ | অমুয়োঃ | অমীষু |

### ক্লীবলিঙ্গ

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | অদঃ | অমূ | অমূনি |
| দ্বিতীয়া | অদঃ | অমূ | অমূনি |

অতে অতে বিভক্তিশিংদদি পুংলিঙ্গগা মান্নে।

### স্ত্রীলিঙ্গ

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | অসৌ | অমূ | অমূঃ |
| দ্বিতীয়া | অমুম্ | অমূ | অমূঃ |
| তৃতীয়া | অমুয়া | অমূভ্যাম্ | অমূভিঃ |
| চতুর্থী | অমুষ্যৈ | অমূভ্যাম্ | অমূভ্যঃ |
| পঞ্চমী | অমুষ্যাঃ | অমূভ্যাম্ | অমূভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | অমুষ্যাঃ | অমুয়োঃ | অমূষাম্ |
| সপ্তমী | অমুষ্যাম্ | অমুয়োঃ | অমূষু |

## যুষ্মদ্ শব্দ (নং)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ত্বম্ | যুবাম্ | যুয়ম্ |
| দ্বিতীয়া | ত্বাম্, ত্বা | যুবাম্, বাম্ | যুষ্মান্, বঃ |
| তৃতীয়া | ত্বয়া | যুবাভ্যাম্ | যুষ্মাভিঃ |
| চতুর্থী | তুভ্যম্, তে | যুবাভ্যাম্, বাম্ | যুষ্মভ্যম্, বঃ |
| পঞ্চমী | ত্বৎ | যুবাভ্যাম্ | যুষ্মৎ |
| ষষ্ঠী | তব, তে | যুবয়োঃ, বাম্ | যুষ্মাকম্, বঃ |
| সপ্তমী | ত্বয়ি | যুবয়োঃ | যুষ্মাসু (১) |

যুষ্মদ্ শব্দ লিঙ্গ অহুম্মক্তা মশাক চপ মান্নে। করিগুম্বা অমত্তা থেন্নদে।

## অস্মদ্ শব্দ (ঐ)

| | একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | অহম্ | আবাম্ | বয়ম্ |
| দ্বিতীয়া | মাম্, মা | আবাম্, নৌ | অস্মান্, নঃ |
| তৃতীয়া | ময়া | আবাভ্যাম্ | অস্মাভিঃ |
| চতুর্থী | মহ্যম্, মে | আবাভ্যাম্, নৌ | অস্মভ্যম্, নঃ |
| পঞ্চমী | মৎ | আবাভ্যাম্ | অস্মৎ |
| ষষ্ঠী | মম, মে | আবয়োঃ নৌ | অস্মাকম্, নঃ |
| সপ্তমী | ময়ি | আবয়োঃ | অস্মাসু |

অস্মদ্ শব্দ লিঙ্গ অহম্মক্তা মণাক চপ মান্নৈ, করিমত্তা থেন্নবা লৈতে।

অস্মদ্ অমসুং যুস্মদ্ অসি পঞ্চমীগী মৎ অমসুং ত্বৎ, যুস্মৎ অসিগী মফমদা তস্ প্রত্যয় তৌরগা মত্তঃ, অস্মত্তঃ অমসুং ত্বত্তঃ, যুস্মত্তঃ হায়বা পদ অসি শিজিন্নৈ। মৎ, অস্মৎ অমসুং ত্বৎ, যুস্মৎ অসিগী প্রয়োগ উদে। খুদম, মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে, যুয়মস্মত্তো গুণবত্তরাঃ। ত্বত্তো জাতমিদং বিশ্বম্, যুস্মত্তঃ সকাশাৎ শ্রুতবানহম্।

(১) চ, বা, এব হায়বা অব্যয় শব্দ অহম অসিগা তিন্নবা যুস্মদ্ শব্দগী ত্বা, তে, বাম্, বঃ, হায়বা পদ মরি অসি অদুগা অস্মদ্ শব্দগী মা, মে, নৌ, নঃ হায়বা পদ মরি অসি শিজিন্নবা উদে। খুদম—গুরুঃ কৃপয়া ত্বা মা চ উপদিশতি, স কদাচিদপি তে মে চ বচনং ন শৃণোতি, তদাশ্রয়ং বিনা বাং নৌ চ গতির্নাস্তি, তেনৈব ক্রিয়মাণে বো নশ্চ কা হানিঃ, অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি তৌরোই। "ত্বাং মাংচ উপদিশতি, তব মম চ বচনং ন শৃণোতি, যুবয়োঃ আবয়োশ্চ গতির্নাস্তি, যুস্মাকমস্মাকংচ কা হানিঃ", অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি লৈ। বা অমসুং এব শব্দগা লোয়নরবদা মতৌ অসুম্না অস্মদ্ অমদি যুস্মদ্ শব্দগী মা, মে, নৌ, নঃ, ত্বা, তে, বাম্, বঃ অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি লৈতে।

বাক্যগী অমসুং শ্লোকগী নত্রগা শ্লোকগী পাদগী অহৌবদা মথক্তা হায়খ্রিবা পদশিং অসিগী প্রয়োগ তৌদে। মদুদি—বাক্যগী অহৌবদা "তে পুস্তকং গৃহাণ, মে পুস্তকং দেহি, বঃ প্রীতির্বর্দ্ধতে, নঃ সকাশমাগচ্ছ" অসিনচিংবা প্রয়োগ অসি তৌদে। "তব পুস্তকং গৃহাণ, মম পুস্তকং দেহি যুস্মাকং প্রীতির্বর্দ্ধতে, অস্মাকং সকাশমাগচ্ছ" অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি তৌই। শ্লোক-গী পাদগী অহৌবদা—

"ত্বা স রক্ষতি যত্নেন, মা স দ্বেষ্টি নিরন্তরম্।
তে দোষ এব নৈবাত্র, মে দোষো বিদ্যতে সখে।"

অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি লৈতে।

"ত্বাং স রক্ষতি যত্নেন, মাং স দ্বেষ্টি নিরন্তরম্।
তবৈব দোষো নৈবাত্র, মম দোষোঽস্তি কশ্চন॥"

অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি তৌই।

## সর্ব্বাদি

*বহুব্রীহি, দ্বন্দ্ব অমসুং তৃতীয়া তৎপুরুষ সমাস তৌরবদা সর্ব্বনাচিংবা শব্দ অসি সর্ব্বনামগী মতৌগুম্না রূপ ওইরোই। খুদম—বহুব্রীহি সমাসতদি, জিতং সর্ব্বং যেন অসুম্না সমাস তৌরগা খোকপা 'জিতসর্ব্ব' শব্দগী রূপ সর্ব্বনাম শব্দগুম্না ওইদনা চতুর্থীগী একবচনদা জিতসর্ব্বায় অসুম্না পঞ্চমীগী একবচনদা জিতসর্ব্বাৎ, সপ্তমীগী একবচনদা জিতসর্ব্বে অসুম্না ওইগনি। দ্বন্দ্ব সমাসতা ''পূর্ব্বশ্চ দক্ষিণশ্চ উত্তরশ্চ'' অসুম্না সমাস* তৌরগা খোকপা ''পূর্ব্বদক্ষিণোত্তর'' শব্দগী রূপ সর্ব্বনাম শব্দগুম্না ওইদনা পূর্ব্বদক্ষিণোত্তরাণাম্ রূপ ওইগনি। মদুদি—পূর্ব্বদক্ষিনোত্তরে পূর্ব্বদক্ষিণোত্তরাঃ। তৃতীয়া তৎপুরুষ সমাসতা—কালেন পূর্ব্বঃ অসুম্না সমাস তৌরগা খোকপা ''কালপূর্ব্ব'' শব্দগী রূপ সর্ব্বনাম শব্দগা মান্নদনা চতুর্থীগী একবচনদা— কালপূর্ব্বায়, পঞ্চমীগী একবচনদা—কালপূর্ব্বাৎ, সপ্তমীগী একবচনদা—কালপূর্ব্বে অসুম্না ওইগনি। তৃতীয়া তৎপুরুষ সমাস তৌদ্রবসু সর্ব্বনামগুম্না রূপ ওইরোই। মদুদি—কালেন পূর্ব্বায়, কালেন পূর্ব্বাৎ, কালেন পূর্ব্বে।

## সর্ব্বনাম

সর্ব্ব, উভ, বিশ্ব, উভয়, ডতর, ডতম, অন্য, অন্যতর, ইতর, ত্বৎ, ত্ব, নেম, সম, সিম। পূর্ব্বাপরাবরদক্ষিণোত্তরাপরাধরাণি—ব্যবস্থায়ামসংজ্ঞায়াম্। স্বমজ্ঞাতিধনাখ্যায়াম্। অন্তরং বহির্যোগোপসংব্যানয়োঃ। ত্যদ্, তদ্, যদ্, এতদ্, ইদম্, অদস্, এক, দ্বি, যুস্মদ্, অস্মদ্, ভবৎ কিম্। সর্ব্বনাম পুন্না মখোয় কুপ্পামগা অসিনি। খুদম—

সর্ব্ব (ময়াম পুম্নমক), বিশ্ব (পুম্নমক), উভ (অনি), উভয় (নাক-য়েৎ), ডতর (প্রত্যয়, কতর-অনিগী মরক্তা করম্না), ডতর (প্রত্যয়, কতম—ময়ামগী মনুংদা করম্না), অন্য (অতোপ্পা), অন্যতর (অনিগী মরক্তা অমা), ইতর (অতোপ্পা), ত্ব (অতোপ্পা), নেম (তঙ্খায়), সম (পুম্নমক), সিম (পুম্নমক), পূর্ব্ব (নোংপোক), পর (অতোপ্পা), অবর (নোংচুপ), দক্ষিণ (মখা থংবা মায়কৈ, য়েৎথংবা), উত্তর (অৱাং থংবা, মথং), অপর (অতোপ্পা), অধর (নোংচুপ, হন্থবা), স্ব (মশা), অন্তর (তোঙানবা, মরক), ত্যদ্ (মহাক, মদু), তদ্ (মহাক, মসি), যদ্ (মদু), এতদ্ (মসি), ইদম্ (অসি), অদস্ (মাদো), এক (অমা), দ্বি (অনি), যুস্মদ্ (নং), অস্মদ্ (ঐ), ভবদ্ (অদোম), কিম্ (কনা, করি), অসুম্না সর্ব্বনাম শব্দ কুপ্পামগানি। মসিদগী তোঙানবদি সর্ব্বনাম নত্তে।

মখোয় অসিগী মরক্তা সর্ব্ব শব্দনা অয়াম্বা অমদি পুম্নমককী অর্থ ফোংদোক্লবদা সর্ব্বনাম ওই। নত্রবদি বহুব্রীহি সমাসতা নত্রগা সংজ্ঞা (মমিং) থংনরবদা সর্ব্বনাম নত্তে। মদুদি—সর্ব্বায় ক্ষিতিমূর্ত্তয়ে নমঃ। সর্ব্ব (শিবগী মমিং), অতিসর্ব্বায় নমঃ (সর্ব্বমতিক্রান্তায়), অর্থসিদা সর্ব্বনাম ওইদ্রে।

বিশ্ব (ময়াম), হায়বা অর্থনচিংবদা সর্ব্ব শব্দগা মান্নে ; তৌইগুম্বসুং মসিগী প্রয়োগ অসি বেদদা উই বিশ্বে দেবাঃ। জগৎ অর্থদা বিশ্ব শব্দ সর্ব্বনাম নত্তে। মদুদি—বিশ্বাৎ অভিন্নো বিশ্বেশ্বরঃ।

উভ (অনি), মসি দ্বিবচনদতা প্রয়োগ তৌই। মদুদি—উভৌ তৌ ন বিজানীতঃ, উভৌ গচ্ছতম্।

**উভয়** (অনিমক), কৈয়ট-নচিংবগীমত-তা ''উভয়'' একবচন অমসুং বহুবচনদা শিজিন্নে; মসিগী দ্বিবচন লৈতে। মদুদি—এতদুভয়ং বিচার্য্য পশ্য (অনি অসি বিচার তৌরগা য়েংউ), উভয়ে দেবদানবাঃ (লাই অমসুং হিংচাবা অনিমক)।

**সম** (পুম্নমক), সিম (জগৎ পুম্নমক)কী অর্থদা সর্ব্বনাম ওই; তুল্য (মান্নবা) অর্থদা সর্ব্বনাম ওইদ্রে। রূপতি সাধারণ নর শব্দগা মান্নে। মদুদি—সমেষাম্ (পুম্নমক্কী), সমানাম্ (মান্নবশিংগী)।

**এক শব্দ** (কয়ামুক খংনবা) অর্থদা বহুবচনান্ত, এক (অমা) খংনবা অর্থদা একবচনান্তনি। মদুদি—একে ব্রুবন্তি (কনা কনাগুম্বনা হায়)।

**সর্ব্বাদি**—শব্দ অসি বিশেষ্য অমদি বিশেষণ অনিমক্কী মওংদা শিজিন্নে। খুদম—সর্ব্বস্যাভ্যাগতো গুরুঃ (য়ুমদা লাক্লিবা মহাক অদু পুম্নমক্কী গুরুনি)। সর্ব্বে লোকাঃ মরিষ্যন্তি (মীপুম খুদিংমক শিগনি)। ত্বং সর্ব্বস্য আশ্রয়ঃ—নহাক্না পুম্নমক্কী চংজফমনি (বিশেষ্য)। ত্বং সর্ব্বান্ লোকান্ জিতবান্। নহাক্না পুম্নমক অসি জয় তৌরম্মী (বিশেষণ)।

**ডতর ডতম**—(প্রত্যয়শিং) অসি কতর, কতম-নচিংবদা অসুম্না শিজিন্নে। ডতর প্রত্যয়গী মওংদা কতর অসি শিজিন্নে অমসুং ডতম অসিনা কতমগী মওংদা শিজিন্নে। মখোয় অসিগী অর্থদি, অনিগী মরক্তা করম্বনো অদুগা ময়ামগী মরক্তা করম্বা হায়বনি।

**অন্যতর অন্যতম**—মখোয় অসি ডতর ডতম প্রত্যয়ান্ত নত্তে, তোঙানবা শব্দনি। খনগৎপগী অর্থদা শিজিন্নে। অন্যতর (অনিগী মরক্তা অমা), অন্যতম (ময়ামগী মরক্তা অমা), মখোয়শিং অসিগী মরক্তা অন্যতর সর্ব্বনামনি তৌইগুম্বসুং অন্যতম সর্ব্বনাম নত্তে। মদুদি—অন্যতরস্মৈ তৌইগুম্বসুং অন্যতমায় অসিনি।

**অন্তর**—পুর (কোনুং)গী অর্থদা বিশেষণগী মওংদা শিজিন্নরবদি সর্ব্বনাম ওইরোই। মদুদি—অন্তরায়াং পুরি (কোনুং মনুংদা); বহির্যোগ (মপানগা লোয়নবা) অমদি উপসংব্যান (মপানগী খুমজিনবা) অর্থদা মহাক অসি সর্ব্বনাম ওই। প্রথমাগী বহুবচনদদি বিকল্প ওইনা সর্ব্বনাম ওই। মদুদি—অন্তরে, অন্তরাঃ গৃহাঃ (মপানগী ওইবা য়ুমশিং), অন্তরে নত্রগা অন্তরাঃ শাটকাঃ (নুপীগী মনুংদা শেংপা ফি)।

**পূর্ব্বপর অবর দক্ষিণ উত্তর অপর অধর**—মখোয় অসি মশা মশাগী ব্যবস্থা অর্থ হায়বদি দিক্, দেশ, কাল খংনবদা সর্ব্বনাম ওই; নত্রবদি ওইদে, মমিং খংনরবদি সর্ব্বনাম ওইদে। খুদম—উত্তরাঃ কুরবঃ (নাম), দক্ষিণাঃ গায়কাঃ (খারোমগী ঈশৈ শকপা); পূর্ব্ব (নোংপোক), অপর (নোংচুপ), দক্ষিণ (মখা), উত্তর (অভাং), মখোয় অসিগী পঞ্চমী অমদি সপ্তমীগী একবচনদা স্মাৎ, স্মিন্ ওই। পশ্চিম সর্ব্বনাম নত্তে। মদুদি—পশ্চিমায়াং দিশি (নোংচুপ থংবা মায়কৈদা), তৃতীয়া তৎপুরুষ সমাসতা নত্রগা মহাক্কী অর্থদা পূর্ব্বনচিংবা অসি সর্ব্বনাম নত্তে। মদুদি—মাসেন পূর্ব্বায় (থা অমনা মমাং থংবগীদমক), তৃতীয়া সমাসকী অর্থদা—মাসেন পূর্ব্বায়। দ্বন্দ্ব সমাসতা সর্ব্বনাম ওইরোই। মদুদি—বর্ণাশ্রমেতরাণাম্। পূর্ব্বাপরাণাম্ (মথক অমসুং মথাশিংগী) মসিদা সর্ব্বনাম ওইদ্রে।

**স্ব**—শব্দ আত্মা (মশামক) অমদি আত্মীয় (মশাগী ওইবা) খংনবদা সর্ব্বনাম্ ওই। খুদম—বন্ধনমোচন কর্ত্তাতু স্বস্মাদন্যো ন বিদ্যতে (অফা অপুন থাদোক্লবগী থৌবুদি ঐ নত্তনা অতোপ্পা লৈতে); রামঃ সম্প্রহৃষ্টঃ স্বাং কুটিং প্রবিবেশ (রামনা হল্লাউদুনা মশাগী থাংপোকশংদা চংখ্রে), তৌইগুম্বসুং জ্ঞাতি (শাগৈ) অমদি ধন (লন) খংনবদা (নাম অর্থদসু), স্বশব্দ সর্ব্বনাম ওইদে। মদুদি—যদুস্বায় নমঃ স্বায় মস্নেজুষ্টায় শার্ঙ্গিণে। জীবন-

সর্ব্বনাম পুত্রায় যচ্ছতি (পুন্সিগী লন ওইরা মচাদা পি)। তৌইগুরসুং প্রথমাগী বহুবচনদা বিকল্প ওইরা সর্ব্বনাম ওই, যে পুত্রাঃ নত্রগা ব্বাঃ পুত্রাঃ (মহাক মণাগী মচাশিং)।

**অন্য, ইতর—অপর** (অতোপ্পা), অন্যোহন্য, ইতরেতর, পরস্পর (মহৈ মহৈ, অমগা অমগা)—কর্ম্মব্যতীহারে সর্ব্বানাম্নো স্বে বাচ্যে।

**ইদম্ এতদ্**—(মসি), অদস্ (মদু), ইদম্ অমদি এতদ্ (মসি) অসুম্মা অর্থ অসিদা শিজিন্নে। আর্য্যপুত্র, ইয়মস্মি (ইবুংঙো! ঐ সিদা লৈজরে)।

**ইদমস্তু সন্নিকৃষ্টং সমীপতরবর্ত্তি চৈতদোরূপম্।**
**অদসস্তু বিপ্রকৃষ্টং তদিতি পরোক্ষে বিজানীয়াৎ ॥**

**ইদম্**—শব্দনা মনাক্তা লৈবা পোৎ নত্রগা মীশক অমা থংনবদা এতদ্ শব্দনা ইদম্‌গা য়েংনবদা হেন্না নকপদা, অদস্ শব্দনা অরাপ্পদা লৈবদা অমসুং তদ্ শব্দনা পরোক্ষদা হায়বদি মিংনা উদবা পোৎ অমদি মীশকতা থংনগনি।

**তদ্ অমদি অদস্**—শব্দ অসি ময়াম্না থংনরবা অর্থদতা শিজিন্নে। মদুদি—সা পুরী অয়োধ্যা (অদুগুম্বা অয়োধ্যা কোনুংনি), মণিনা ভূষিতঃ সর্পঃ কিমসৌ ন ভয়ঙ্করঃ (মণিনা লৈতেংনবা লিন অদু কিদবা কনা য়াওবগে?)। অদু নত্রবদি যদ্ শব্দ হায়রগা তদ্ শব্দ শিজিন্নবা তাই। মদুদি—"যং চিন্তয়সি তমেবাচিরাৎ দ্রক্ষ্যসি" (মদুবু পুক্নিংদা খল্লিবা মদুমক থীন্দনা উরক্কনি)।

**অস্মদ্ (ঐ), যুষ্মদ্ (নং)**—অস্মদ্ শব্দদা মা, নৌ, নঃ, মে অমসুং যুষ্মদ্ শব্দদা ত্বা, বাম্, বঃ, তে অসুম্না পদ কয়া অসি শ্লোক অমগী মরি থোকপগী শরুক অমগী অমসুং বাক্যগী অহৌবদা শিজিন্নদে। মদুদি—মে অন্নং দেহি অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি লৈতে; 'মহ্যং' ওইগনি। অদুগা মৎ, ত্বৎ, অস্মৎ, যুষ্মৎ-কী মফমদা মত্তঃ, ত্বত্তঃ, অস্মত্তঃ, যুষ্মত্তঃ প্রয়োগ তৌই। খুদম—মত্তঃ পরতরং নান্যৎ।

**ভবৎ**—(নং, অদোম), হায়বা শব্দ অসিগী অর্থ অদোম (নং) ওইরবসু মধ্যম পুরুষ ওইদে। মসি প্রথম পুরুষনি। মদুদি—ভবান্ গচ্ছতি। ভবান্ বদতু। শিষ্টশিংগী প্রয়োগতা মসি শিজিন্নে। "ভবান্ মে গুরুঃ।"

**কিম্**—(প্রশ্ন থংনবা) ব্বাহং থংনবা অর্থদা কিং শব্দ অসি মথক্তা হাপ্তুনা অনুবাদ তৌই। মদুদি—কিং ত্বং গতবান্ (নং চৎলুরব্রা?) মতাং অসিদা কিং শব্দ অব্যয়নি। অদু নত্রবদি কিং (করি, কনা) না মরম ওইদুনা মসুম্না অনুবাদ তৌগনি (সর্ব্বনাম)। কতি কয়ামুক য়াম্না, ততি অদুক য়াম্না, মথোয় অসি বহুবচনান্তনি। লাইরিক কয়ামুকনো?—কতি পুস্তকানি? মথোয় অসি সর্ব্বনাম নত্তে।

**যদ্**—(অদুগুম্বা, মদু, মহাক), যঃ কঃ; (মদু, করি, মদুগুম্বা, করিগুম্বা)।

## সর্ব্বানাম বিশেষণ

**মদীয়**—(স্ত্রী) মদীয়া; মামক (স্ত্রী) মামিকা; মামকীন (স্ত্রী) মামকীনা (ঐগী ওইবা)। অসিগুম্না ত্বদীয়—ত্বদীয়া; তাবক—তাবকী; তাবকীন—তাবকীনা; (নহাক্কী ওইবা), অস্মদীয়—অস্মদীয়া; অস্মাক—অস্মাকী; আস্মাকীন—আস্মাকীনা (ঐখোয়গী ওইবা); যুষ্মদীয়—যুষ্মদীয়া; যৌষ্মাক—যৌষ্মাকী; যৌষ্মাকীণ—যৌষ্মাকীণা (নহাক্কী ওইবা); তদীয়—তদীয়া (মহাক্কী, মসিগী, মদুগী); যদীয়—যদীয়া (অদুগুম্বা, অদুগুম্বী, অদুগী ওইবা)।

**স্ব—স্বা, নিয়—নীয়া, স্বকীয়—স্বকীয়া** (মশাগী ওইবা)।

**সর্ব্বনাম ক্রিয়া বিশেষণ**—যদা (মতমদুদা), তদা, তদানীম্, তর্হি; কদা, কর্হি; সদা, সর্ব্বদা; সর্ব্বতঃ, মত্তঃ, ত্বত্তঃ, পুরস্তাৎ, পশ্চাৎ (নোংচুপ), উত্তরা, উত্তরাহি, দক্ষিণা।

## নৈনবা

মথাদা পিরিবা শব্দশিং অসি বিভক্তিশিং অসিদা রূপশিং অদু উৎলুঃ—যুষ্মদ্ শব্দগী দ্বিতীয়া, চতুর্থী, অমসুং সপ্তমীদা ; ইদম্ শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গগী ষষ্ঠী অমসুং সপ্তমীদা; অদস্ শব্দগী দ্বিতীয়াদা অমদি মথোয় অসি শিজিন্নদুনা অতেনবা বাক্য অমমম শেমউ।

মতুংইনবা বাহৈশিং—পুম্নমক্কী চংজফম—সর্ব্বস্য আশ্রয়ঃ। মপা মমা অনি—উভৌ পিতরৌ। অতোপ্পা নুপামচাশিং—অন্যে বালকাঃ। অসিগুম্বা নুপীমচাশিং—ইমাঃ বালিকাঃ। নোংপোক মায়কৈদা—পূর্ব্বস্যাম্ দিশি। অদুগুম্বা নুপীশিংগী—অমূষাম্নারীণাম্। অঙাং ময়াম অসি—অমী শিশবঃ। নহাক্কী নরাল—তব অপরাধঃ। পুখ্রিসিদা—অস্মিন্ সরসি। মরল লৈবা মহাক অদু পণ্ডিতনি—যস্যার্থাঃ স হি পণ্ডিতঃ। নহাক কদায়দগী লাকপনো—কুতঃ (কস্মাৎ স্থানাৎ) ত্বমায়াতঃ ? অবাং থংবা মায়কৈদগী নুংশিৎ শিৎলি—উত্তরস্যাঃ বায়ুর্বহতি। ঐনা চানবা পোৎনি, নংনা চারিবনি—অহমন্নং ত্বং ভোক্তা। অদুগুম্বা মফম কদায়দা ঐ চৎকদগে—যত্র কুত্রাহং গচ্ছেয়ম্। মসি কররিনো—কিমেতৎ ? অতোপ্পা মপোক অমদা—অন্যেষু জন্মসু। নহাক্কী লাইরিক করম্বনো—কতমৎ তে পুস্তকম্। নুপী অসিনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী—অসৌ রমণী মামুক্তবতী। অনিমক্তা থম্নগা য়েংউ—এতদুভয়ং বিচার্য্য পশ্য। রামনা মশাগী থাংপোকশংদা চংখ্রে—রামঃ স্বাং কুটীং প্রবিবেশ। অমগা অমগা মহে মহে তিম্নে—যদ্যেন যুজ্যতে পরস্পরম্। স্বামী! ঐ লৈয়ে—আর্য্যপত্র! ইয়মস্মি। মথোয়না মহেমহে থৎনৈ—তেঅন্যোঽন্যং (পরস্পরং) বিবদন্তে। উহৈশিং অসি মচু ওম্নে—ইমানি ফলানি পরিণতানি। থম্বাল অদু শাৎলব্রা য়েংউ—পশ্য কিমদঃ সরোরুহং ভাতি। ঈশ্বর অসি পুম্নমকপু শেম্বিবনি—ঈশ্বরঃ সর্ব্বেষাং স্রষ্টা। নুপামচাশিং অসি লৌশিং লৈদা—অমী বালকাঃ বুদ্ধিমন্তঃ। নংবু ঐনা য়াম্না থাজে—ত্বয়ি মে মহান্ বিশ্বাসঃ। ঐহাক চংজফম লৈত্রবনি—অহং নিরাশ্রয়ঃ। নহাক প্রেমগী তুংনফমনি—ত্বং প্রেমভূমিঃ। ঐথোয় অনিমক লাইরবনি—আবাং উভৌ দরিদ্রৌ। মসিমক ঐথোয়গী ওঝাগী পাউতাকনি—এষ হি অস্মাকং শিক্ষকস্য আদেশঃ। নহাক্কী নমিং করি কৌই—কিংতে নাম। থবাই হায়বা অসে অয়াম্বা জীব পুম্নমক্কা শূনা তৌবনি—প্রাণাঃ সর্ব্বেষাং প্রাণিনাম্ অভীষ্টাঃ। নুমিৎনা নোংপোক থংবা মায়কৈদা থোকই—সূর্য্যঃ পূর্ব্বস্যাং দিশি উদ্যেতি।

সংস্কৃত-তা অদুবান তৌ—মচিন্নাও অনিমক। মহাক ঐগী মরূপ অমনি। ঐগী য়ুমদা লাক্রম্মী। নুপীমচা অদুদা মসি পি। মহাক অসি ঐগী ইচেনি। নহাক কদাইদগী লাকপনো ? মসি মরাল লৈবা মী নত্তে। নুমিৎনা নোংপোকলোমদা থোকই। অতোপ্পা নুপামচাশিং অদুদি থেংনা লাকই। মথোয় ময়াম অসিগী মরক্তা অমনা অমবু থংনদে। মসি নহাক্কী নরাল অমনি। নহাক করি পাম্মী ? ঐনা নং নশা ফংহনগনি। ঐনা নঙোন্দা অতোপ্পা লাইরিক অমা পিগনি। লব অমসুং কুশ অনিমক মুনিনা পুথোকখি। মহাক অসি পুম্নমক্কী চংজফম ওইরম্মী। নংনা ঐবু থোজানবিয়ু। য়ুম অসি নহাক্কীনি। নংনা ঐবু হাৎনবগীদমক থোরাং তৌরি। ঐথোয় অনিমক নহাক্কা তরী। মথোয় অসি অচুম্বা পাম্বা মীনি। মসি য়াম্না ফজবা

লাইগনি। মহাক্কী নমাও অসি বুদ্ধি লৈবা মীনি। ঐখোয় ইচিন-ইনাও মরিনি। ঐগী ওজাদা ঐবু য়াম্না চানবিরম্মী। মহাক্কা খুদোং থীবা মতমদা ঐগী মরুপকীদমক্তা লেপ্লি। বনারস অসি ঐখোয় লমাই সহরনি। মসি অয়ুকনি। মসি কোয়খোকপদা অকবা মতমনি। নহাক্কী নমিং করি কৌবগে ? লাইরিকশিং অসি নহাক্কীরা ? নুমিৎশিং অদু হৌখরে। লাইফদিবীশিং অসি নহাক্কীরা ?

**মণিপুরীদা অনুবাদ তৌ**:—সরসি স্নাত্বা ইদং গৃহাণ। ঈশ্বরঃ অস্মাকং বিপদি সহায়ঃ। যো বিপদি সহায়ো ভবতি স এব বন্ধুঃ। এষ মে প্রিয়বন্ধুরায়াতঃ। বয়ং সর্ব্বে কৃতেক্ষণাস্তিষ্ঠামঃ। ত্বম্ অস্মাকং পরিত্রাতা। সর্ব্বস্য লোচনং শাস্ত্রং যস্য নাস্ত্যন্ধঃ এব সঃ। উভৌ রামকৃষ্ণৌ ব্রজতঃ। অনয়োঃ মহান্ প্রভেদঃ। ইদং পাদ্যং, ইদমাসনম্, ইমানি ফলানি চ প্রতিগৃহাণ।

**অরানবা চুমথোকউ**:—যে ধনং নাস্তি তে ধনং অস্তি। ত্বা নাদ্রিয়তে কোঽপি, মা সর্ব্বাঃ আদ্রিয়তে। পশ্চিমস্যাং দিশি ভানুরস্তং যাতি। ভারতবর্ষস্য উত্তরে দিশি হিমালয়ঃ, দক্ষিণে চ সমুদ্রঃ অস্তি। তব ঋতে মম অন্যঃ মিত্রঃ নাস্তি। লোকস্য স্বভাবেতরা গুণাঃ ন বিচারণীয়াঃ। জিতসর্ব্বস্মৈ রাজায় করং দদাম্যহম্। তে স্বানাম্ বন্ধনং ছিন্দন্তি। যদুষ্বস্মৈ নমঃ। জগৎপূর্ব্বস্মৈ কৃষ্ণায় নমঃ। একায় ব্রাহ্মণায় ফলং দেহি। একে বনে উগ্রতপা নাম মুনিঃ অবসৎ। উভয়ৌ রামকৃষ্ণৌ আগচ্ছতঃ। দেবায় তস্মায় নমঃ। এষহস্তে দর্ভাসনম্।

## সংখ্যাবাচক (মশিং খংনবা)

### এক শব্দ—একবচনান্ত

এক শব্দ লিঙ্গ অহমক্তা সর্ব্ব শব্দগা রূপ মান্নে; করিগুম্বা খেন্নবা অমক্তা লৈতে।

### দ্বি শব্দ—দ্বিবচনান্ত

| | পুংলিঙ্গ | ক্লীবলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ |
|---|---|---|
| | দ্বিবচন | দ্বিবচন |
| প্রথমা | দ্বৌ | দ্বে |
| দ্বিতীয়া | দ্বৌ | দ্বে |
| তৃতীয়া | দ্বাভ্যাম্ | দ্বাভ্যাম্ |
| চতুর্থী | দ্বাভ্যাম্ | দ্বাভ্যাম্ |
| পঞ্চমী | দ্বাভ্যাম্ | দ্বাভ্যাম্ |
| ষষ্ঠী | দ্বয়োঃ | দ্বয়োঃ |
| সপ্তমী | দ্বয়োঃ | দ্বয়োঃ |

### ত্রি শব্দ—বহুবচনান্ত (অহম)

| | পুংলিঙ্গ | ক্লীবলিঙ্গ | স্ত্রীলিঙ্গ |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | ত্রয়ঃ | ত্রীণি | তিস্রঃ |
| দ্বিতীয়া | ত্রীন্ | ত্রীণি | তিস্রঃ |

| | পুংলিঙ্গ | ক্লীবলিঙ্গ | স্ত্রীলিঙ্গ |
|---|---|---|---|
| তৃতীয়া | ত্রিভিঃ | ত্রিভিঃ | তিসৃভিঃ |
| চতুর্থী | ত্রিভ্যঃ | ত্রিভ্যঃ | তিসৃভ্যঃ |
| পঞ্চমী | ত্রিভ্যঃ | ত্রিভ্যঃ | তিসৃভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | ত্রয়াণাম্ | ত্রয়াণাম্ | তিসৃণাম্ |
| সপ্তমী | ত্রিষু | ত্রিষু | তিসৃষু |

### চতুর্ শব্দ—বহুবচনান্ত (মরি)

| | পুংলিঙ্গ | ক্লীবলিঙ্গ | স্ত্রীলিঙ্গ |
|---|---|---|---|
| প্রথমা | চত্বারঃ | চত্বারি | চতস্রঃ |
| দ্বিতীয়া | চতুরঃ | চত্বারি | চতস্রঃ |
| তৃতীয়া | চতুর্ভিঃ | চতুর্ভিঃ | চতসৃভিঃ |
| চতুর্থী | চতুর্ভ্যঃ | চতুর্ভ্যঃ | চতসৃভ্যঃ |
| পঞ্চমী | চতুর্ভ্যঃ | চতুর্ভ্যঃ | চতসৃভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | চতুর্ণাম্ | চতুর্ণাম্ | চতসৃণাম্ |
| সপ্তমী | চতুর্ষু | চতুর্ষু | চতসৃষু |

### পঞ্চন্ শব্দ—বহুবচনান্ত (মঙা)

পঞ্চ, পঞ্চ, পঞ্চভিঃ, পঞ্চভ্যঃ, পঞ্চভ্যঃ, পঞ্চানাম্ পঞ্চসু।

সপ্তন্, নবন্, দশন্, একাদশন্, দ্বাদশন্, পঞ্চদশন্, ষোড়শন্, অষ্টাদশন্-নচিংবা অয়াম্বা নকারান্ত সংখ্যাবাচক শব্দ পুম্নমক পঞ্চন্ শব্দগা মান্নে।

### কতি—বহুবচনান্ত (কয়ামুক)

কতি, কতি, কতিভিঃ, কতিভ্যঃ, কতিভ্যঃ, কতীনাম্, কতিষু।

কতি শব্দ লিঙ্গ অহুম্মক্তা রূপ চপ মান্নে। ততি (মসিমুক) অমসুং যতি (মদুমুক) শব্দ কতি শব্দগা মান্নে।

### ষষ্ শব্দ—বহুবচনান্ত (তরুক)

| প্র | দ্বি | তৃ | চ | প | ষ | স |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ষট্ | ষট্ | ষড়্ভিঃ | ষড়্ভ্যঃ | ষড়্ভ্যঃ | ষণ্ণাম্ | ষট্সু |

ষষ্ শব্দ লিঙ্গ অহুম্মক্তা মশাক চপ মান্নে।

### অষ্টন্ শব্দ—বহুবচনান্ত (নিপাল)

| | |
|---|---|
| প্রথমা | অষ্টৌ, অষ্ট |
| দ্বিতীয়া | অষ্টৌ, অষ্ট |
| তৃতীয়া | অষ্টাভিঃ, অষ্টভিঃ |
| চতুর্থী | অষ্টাভ্যঃ, অষ্টভ্যঃ |
| পঞ্চমী | অষ্টাভ্যঃ, অষ্টভ্যঃ |
| ষষ্ঠী | অষ্টানাম্ |
| সপ্তমী | অষ্টাসু, অষ্টসু |

অষ্টন্ শব্দ লিঙ্গ অহুম্মক্তা মশাক চপ মান্নে।

## সংখ্যাবাচক শব্দ (মণিং বাংলা শব্দ)

একং দশ শতঞ্চৈব সহস্রমযুতন্তথা।
লক্ষঞ্চ নিযুতঞ্চৈব কোটিরর্বুদমেবচ॥
বৃন্দঃ খর্বো নিখর্বশ্চ শঙ্খপদ্মৌচ সাগরঃ।
অন্ত্যং মধ্যং পরার্দ্ধঞ্চ দশবৃদ্ধ্যা যথোত্তরম্॥

একঃ—অমা
দ্বৌ—অনি
ত্রয়ঃ—অহুম
চত্বারঃ—মরি
পঞ্চ—মঙা
ষট্—তরুক
সপ্ত—তরেৎ
অষ্ট—নিপাল
নব—মাপল
দশ—তরা
একাদশ—তরামাথোই
দ্বাদশ—তরানিথোই
ত্রয়োদশ—তরাহুমদোই
চতুর্দশ—তরামরি
পঞ্চদশ—তরামঙা
ষোড়শ—তরাতরুক
সপ্তদশ—তরাতরেৎ
অষ্টাদশ—তরানিপাল
ঊনবিংশতিঃ, একোনবিংশতিঃ, নবদশ
—তরামাপল
বিংশতিঃ—কুন
একবিংশতিঃ—কুনমাথোই
দ্বাবিংশতিঃ—কুনিথোই
ত্রয়োবিংশতি—কুনহুমদোই
চতুর্বিংশতিঃ—কুমরি
পঞ্চবিংশতিঃ—কুনমঙা
ষড়্বিংশতিঃ—কুনতরুক
সপ্তবিংশতিঃ—কুনতরেৎ
অষ্টাবিংশতিঃ—কুনিপাল
নববিংশতিঃ, ঊনত্রিংশৎ
—কুনমাপল

ত্রিংশৎ—কুল্লা
একত্রিংশৎ—কুল্লামাথোই
দ্বাত্রিংশৎ—কুল্লানিথোই
ত্রয়স্ত্রিংশৎ—কুল্লাহুমদোই
চতুস্ত্রিংশৎ—কুল্লামরি
পঞ্চত্রিংশৎ—কুল্লামঙা
ষট্ত্রিংশৎ—কুল্লাতরুক
সপ্তত্রিংশৎ—কুল্লাতরেৎ
অষ্টাত্রিংশৎ—কুল্লানিপাল
নবত্রিংশৎ, ঊনচত্বারিংশৎ
—কুল্লামাপল
চত্বারিংশৎ—নিফু
একচত্বারিংশৎ—নিফুমাথোই
দ্বিচত্বারিংশৎ—নিফুনিথোই
ত্রিচত্বারিংশৎ—নিফুহুমদোই
চতুশ্চত্বারিংশৎ—নিফুমরি
পঞ্চচত্বারিংশৎ—নিফুমঙা
ষট্চত্বারিংশৎ—নিফুতরুক
সপ্তচত্বারিংশৎ—নিফুতরেৎ
অষ্টচত্বারিংশৎ অষ্টাচত্বারিংশৎ
—নিফুনিপাল
নবচত্বারিংশৎ, ঊনপঞ্চাশৎ
—নিফুমাপল
পঞ্চাশৎ—য়াংখৈ
একপঞ্চাশৎ—য়াখৈমাথোই
দ্বিপঞ্চাশৎ—য়াখৈনিথোই
ত্রিপঞ্চাশৎ—য়াখৈহুমদোই
চতুঃপঞ্চাশৎ—য়াখৈমরি
পঞ্চপঞ্চাশৎ—য়াখৈমঙা
ষট্পঞ্চাশৎ—য়াখৈতরুক
সপ্তপঞ্চাশৎ—য়াখৈতরেৎ
অষ্টপঞ্চাশৎ, অষ্টাপঞ্চাশৎ
—য়াখৈনিপাল

নবপঞ্চাশৎ, ঊনষষ্টিঃ, একোনষষ্টিঃ
—ম্যাংঙ্খোমাপল
ষষ্টিঃ—হম্ফু
একষষ্টিঃ—হম্ফুমাখোই
দ্বিষষ্টিঃ—হম্ফুনিখোই
ত্রিষষ্টিঃ—হম্ফুহমদোই
চতুঃষষ্টিঃ—হম্ফুমরি
পঞ্চষষ্টিঃ—হম্ফুমঙা
ষট্‌ষষ্টিঃ—হম্ফুতরুক
সপ্তষষ্টি—হম্ফুতরেৎ
অষ্টষষ্টিঃ—হম্ফুনিপাল
নবষষ্টিঃ, ঊনসপ্ততিঃ, একোনসপ্ততিঃ
—হম্ফুমাপল
সপ্ততিঃ—হম্ফুতরা
একসপ্ততিঃ—হম্ফুতরামাখোই
দ্বিসপ্ততিঃ—হম্ফুতরানিখোই
ত্রিসপ্ততিঃ—হম্ফুতরাহমদোই
চতুঃসপ্ততিঃ—হম্ফুতরামরি
পঞ্চসপ্ততিঃ—হম্ফুতরামঙা
ষট্‌সপ্ততিঃ—হম্ফুতরাতরুক
সপ্তসপ্ততিঃ—হম্ফুতরাতরেৎ
অষ্টসপ্ততিঃ, অষ্টাসপ্ততিঃ
—হম্ফুতরানিপাল
নবসপ্ততিঃ, ঊনাশীতিঃ, একোনাশীতিঃ,
—হম্ফুতরামাপল
অশীতিঃ—মরিফু
একাশীতিঃ—মরিফুমাখোই
দ্ব্যাশীতিঃ—মরিফুনিখোই
ত্র্যাশীতিঃ—মরিফুহমদোই
চতুরশীতিঃ—মরিফুমরি
পঞ্চাশীতিঃ—মরিফুমঙা
ষড়শীতিঃ—মরিফুতরুক
সপ্তাশীতিঃ—মরিফুতরেৎ
অষ্টাশীতিঃ—মরিফুনিপাল
নবাশীতিঃ, ঊননবতি,
একোননবতিঃ—মরিফুমাপল
নবতিঃ—মরিফুতরা
একনবতিঃ—মরিফুতরামাখোই
দ্বিনবতিঃ—মরিফুতরানিখোই
ত্রিনবতিঃ, ত্রয়োনবতিঃ
—মরিফুতরাহমদোই
চতুর্নবতিঃ—মরিফুতরামরি
পঞ্চনবতিঃ—মরিফুতরামঙা
ষন্নবতিঃ—মরিফুতরাতরুক
সপ্তনবতিঃ—মরিফুতরাতরেৎ
অষ্টনবতিঃ, অষ্টানবতিঃ
—মরিফুতরানিপাল
নবনবতিঃ, ঊনশতম্, একোনশতম্
—মরিফুতরামাপল
শতম্, একশতম্—চামা
একাধিকশতম্—চামগা মঙা
সহস্রম্—লিশিং অমা
অযুতম্—লিশিংতরা
লক্ষম্—লাখ অমা
নিযুতম্—লাখ তরা
কোটিঃ—কোটি অমা
অর্ব্বুদম্—কোটি তরা

---

# নৈনবা

দ্বৌ বালকৌ—নুপামচা অনি। দ্বে বালিকে—নুপীমচা অনি। দ্বে ফলে—উহে অনি। ত্রয়ো বেদাঃ—বেদ অহুম। তিস্রঃ নার্য্যঃ—নুপী অহুম। ত্রীণি পুস্তকানি—লাইরিক অহুম। চত্বারঃ পুত্রাঃ—মচা মরি। চতস্রো লতাঃ—উরী মরি। চত্বারি মস্তকানি—কোক মরি। পঞ্চেন্দ্রিয়ানি—ইন্দ্রি মঙা। পঞ্চ ভূতানি—ভূত মঙা। পঞ্চ দুহিতরঃ—মচানুপী মঙা। দশ দিশঃ—মায়কৈ তরা। দশ মস্তকানি—কোক তরা। দশ অধ্যায়াঃ—অধ্যায় তরা। ত্রিংশৎ দিনানি—নুমিৎ কুন্থানি। পঞ্চাশৎ কন্যাঃ—নুপীমচা

চত্বারিংশৎ, পঞ্চাশৎ, ষষ্টিঃ, সপ্ততি, অমদি নবতি শব্দগী মথাদদি দ্বি-গী মফমদা বিব ওইনা ঘা, ত্রিগী মফমদা ত্রয়ঃ অমসুং অষ্টন্-গী মফমদা অষ্টা ওই।

য়াখ্রে। শতং পুত্রাঃ—মচানুপা চামা। অষ্টমোঽধ্যায়ঃ—নিপালশুবা তাঙক। পঞ্চমী কন্যা—মঙাশুবী মচানুপী। সহস্রং ব্রাহ্মণাঃ—ব্রাহ্মণ লিশিং অমা

**সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌঃ—**থা অমা। অহিং অনি। মিৎ অহুম। বেদ মরি। তেঙ্গ্রে মঙা। ঋতু তরুক। সমুদ্র ঈরম তরেৎ। বসু নিপাল। গ্রহ মাপল। মায়কে তরা। উহে নিফু। মচানুপী তরেৎ। তরানিশুবা নুমিত্তা। ছাত্র চামনিপাল।

নুমিৎ কুম্লানিনা থা অমনি। নুমিৎ তরেৎনিনা চয়োল অমনি। খুঙ্গংগী নুপী তরানিথোই। মহাক অসি ঐগী তরাশুবী ইচানুপীনি। কুম্মরিনিশুবা নুমিত্তা। গান্ধারীগী মচা চামনি। ক্লাস অসিগী নুপামচা তরাতরেৎনি।

**অরানবা চুমথোকউ ঃ—**সপ্তমা কন্যা। অষ্টানি দিনানি। দশানি অহানি। একাদশাঃ রুদ্রাঃ। দ্বাদশাঃ আদিত্যাঃ। চতুর্দ্দশানি ভুবনানি। বিংশাঃ পুত্রাঃ। চতুর্ব্বিংশত্যৈঃ বর্ষৈঃ। অষ্টাত্রিংশতানি ফলানি। ষষ্টিতমাঃ বালকাঃ। অশীতয়ঃ অশ্বাঃ। শতাঃ ব্রাহ্মণাঃ। শৌ শতৌ বালকৌ। পঞ্চাঃ সহস্রাঃ যোদ্ধারঃ। লক্ষাণি সৈন্যানি। চত্বারিংশাঃ শিশবঃ। পঞ্চাশাঃ বৃদ্ধাঃ। সপ্ততয়ঃ যুবানঃ। নবতয়ঃ (৯০) রজতমুদ্রাঃ। বিংশ পুত্রাঃ। চতুর্ব্বিংশতিঃ দিবসম্। বিংশতয়ঃ বালকাঃ। দ্বাদশাঃ ব্রাহ্মণাঃ।

## বচন

১। শব্দ কয়া অমনা একবচনান্ত ওই অদুগা শব্দ কয়া অমনা দ্বিবচনান্ত অমদি শব্দ কয়া অমনা অমুক বহুবচনান্ত ওই।

## একবচনান্ত

২। বিংশতিদগী হৌদুনা অয়াম্বা মশীং খংনবা শব্দ খুদিংমক একবচনান্তনি হায়বদি একবচন চৎশি। মথোয় অসিগী বিশেষ্য অদুদি বহুবচনান্ত ওই। খুদম, নুপামচা কুন—বিংশতিঃ বালকাঃ। নুপী কুম্লা—ত্রিংশৎ স্ত্রিয়ঃ। অনিরক হুন্না হায়বা খংনবদা মথোয় অসিগী দ্বিবচনান্ত অমদি বহুবচনান্ত ওইনা প্রয়োগ তৌই। মদুদি, চামা—একং শতম্। চনি—দ্বে শতে। চহুম—ত্রীণি শতানি।

এক শব্দ একবচনান্তনি। কতিপয় (কয়ামুক) কী অর্থদা বহুবচনান্ত ওই। মদুদি—একে উক্তবন্তঃ। সমাহার দ্বন্দ্বদা অমদি সমাহার দ্বিগুদা সমস্ত পদ অদু একবচনান্ত ওই। মদুদি, খুৎ অমসুং খোং—পাণিপাদম্। মরোল অহুম্মক—ত্রিভুবনম্। দ্বয়, দ্বন্দ্ব, দ্বিতয়, যুগল, মিথুন হায়বা মথোয় অসি অনি খংনবা ওইরবসু একবচনান্ত ওই। মদুদি —অক্ষমিথুনম্। জাতিবাচক শব্দ ওইরবদি বিকল্প ওইনা একবচনান্ত ওই। মদুদি—ব্রাহ্মণঃ পূজ্যঃ নত্রগা ব্রাহ্মণাঃ পূজ্যাঃ।

## দ্বিবচনান্ত

৩। অশ্বিন্, অশ্বিনীকুমার, মিত্রাবরুণ, সূর্য্যাচন্দ্রমস্, কুশীলব, দ্যাবাপৃথিবী, দম্পতী, স্ত্রীপুংস, উভ, ওষ্ঠ, যমজ অসিনচিংবা শব্দশিং অসি নিত্য দ্বিবচনান্তনি ; মদুদি —অশ্বিনৌ, উভৌ, সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ, ওষ্ঠৌ, অসিনচিংবা। অনি ওইবগী মতৌ অদু তশেংনা খংনরবদা দ্বিবচন ওই। মদুদি—হস্তৌ পাদৌ। একশেষ দ্বন্দ্ব সমাস তৌরবদি মশাক মান্নবা নুপী নুপা খংনবা পদ অনি অদু দ্বিবচন ওই। মদুদি—মাতা চ পিতা চ পিতরৌ ; সিংহশ্চ সিংহী চ সিংহৌ।

৪। দার, অক্ষত, লাজ, অসু, প্রাণ, অপ্, বিন্দু, অপ্সরস্, সুমনস্, জলৌকস্, সিকতা, বর্ষা, সমা, দশা (ফিজি), সপ্তর্ষি, ষোড়শোপচারনচিংবা শব্দ বহুবচনান্তনি। অয়াম্বা মতমদা মখোয় অসি একবচনগী অর্থ ফোংদোকই; মদুদি—দারাঃ, অসবঃ, বর্ষাঃ, জলৌকসঃ, অসিনচিংবা।

৫। ত্রি-দগী হৌদুনা অষ্টাদশন্ ফাওবা শব্দশিং অসি বহুবচনান্তনি। মদুদি—অষ্টাদশ পুত্রাঃ।

৬। গৌরব (ইকায় খুম্নবা) অর্থদা বহুবচন প্রয়োগ তৌই, হায়বদি বহুবচন ওইনা শিজিন্নে। খুদম—গুরুচরণেষু।

৭। অস্মদ্ শব্দগী একবচন অমদি দ্বিবচনগী মফমদা বিকল্প ওইনা বহুবচন শিজিন্নে। খুদম—অহং গচ্ছামি নত্রগা আবাং গচ্ছাব হায়বা অসিগী মফমদা বিকল্প ওইনা বয়ং গচ্ছামঃ ওই। তৌইগুম্বসুং বিশেষণ য়াওরবদি ওইদে। খুদম পটুরহং ব্রবীমি। মতাং অসিদা বহুবচন ওইদ্রে।

৮। দেশগী মমিং বহুবচনদা শিজিন্নে। খুদম—কলিঙ্গেষু, কর্ণাটেষু, দ্রাবিড়েষু, মগধেষু। তৌইগুম্বসুং দেশ নত্রগা বিষয় শব্দগা সমাস তৌরবদি ওইরোই। খুদম—মগধদেশে পাটলিপুত্রং নাম নগরম্ অস্তি। অস্তি কলিঙ্গবিষয়ে রুক্মাঙ্গদো নাম নৃপতিঃ।

## সংখ্যাবাচক শব্দ খরা

সাধারণ সংখ্যাবাচক (মশিং খংনবা) শব্দশিংগী মনুংদা এক শব্দ সর্ব্বনাম অমসুং একবচনান্তনি। সর্ব্ব শব্দগী মতৌগুম্না লিঙ্গ অহম্মক্তা মহাক্কী মশক মান্নদে। মদুদি—একঃ বালকঃ, একা বালিকা, একং পুস্তকম্।

দ্বি শব্দ দ্বিবচনান্তনি, বিশেষ্যগী মতুংইন্না লিঙ্গ ওইগনি। ত্রি অমসুং চতুর্ শব্দ বহুবচনান্তনি। মখোয় অসি বিশেষ্যগী মতুংইন্না লিঙ্গ অহম্মক্তা রূপ তোঙাল্লি। মদুদি—ত্রয়ো নরাঃ—মী অহম। তিস্রঃ নার্য্যঃ—নুপী অহম। ত্রীণি—ফলানি উহৈ অহম। চতুর্ শব্দসু মসিগা মান্নে।

পঞ্চন্-দগী অষ্টাদশন্ ফাওবা শব্দ খুদিংমক বহুবচনান্তনি অমসুং লিঙ্গ অহম্মক্তা রূপ চপ মান্নে; ঊনবিংশতি-দগী হৌদুনা নবনবতি ফাওবা মশীং খংনবা শব্দ খুদিংমক মতম পুম্নমক্তা একবচনান্ত ওইনা লৈ। তৌইগুম্বসুং মখোয় অসিগী বিশেষ্য শব্দ অদুদি বহুবচনান্ত ওই। মদুদি—বিংশতিঃ নরাঃ। ঊনবিংশতিদগী হৌদুনা নবনবতি ফাওবা শব্দ পুম্নমক স্ত্রীলিঙ্গনি। ইকারান্ত বিংশতি, ষষ্টি, সপ্ততি, অশীতি, নবতি শব্দশিং অসি মতি শব্দগা মান্নে। মখোয় অসি লিঙ্গ অহম্মক্তা বিশেষণ ওই। মদুদি—বিংশতিঃ বালকাঃ, বিংশতিঃ বালিকাঃ বিংশতিঃ ফলানি। সহস্র, অযুত, লক্ষ, নিযুত, অর্ব্বুদ, অন্ত্য, মধ্য অমসুং পরার্দ্ধ ক্লীবলিঙ্গনি; মখোয় অসিগী রূপনা ফল শব্দগা মান্নে। অদুগা বৃন্দ, খর্ব্ব, নিখর্ব্ব, শঙ্খ, পদ্ম, অমদি সাগর মখোয় অসিনা পুংলিঙ্গনি।

---

মপুংফাবা অর্থদা দ্বি ত্রিগী মথাদা তীয়, (ত্রিগী মফমদা তৃ ওই), চতুর্, ষষ্-কী মথাদা থট্ (থ), পঞ্চন্, সপ্তন্, অষ্টন্, নবন্ মখোয় অসিগী মথাদা মট্ (ম), একাদশন্-দগী অষ্টাদশন্ ফাওবা শব্দগী মথাদা ডট্ (অ) অমসুং বিংশতি, ত্রিংশৎ, চত্বারিংশৎ, পঞ্চাশৎ শব্দগী মথাদা ডট্ (অ) অমদি তম ওই। ষষ্টি, সপ্ততি অমদি অশীতি, নবতি, শত, সহস্রগী মথাদা নিত্য ওইনা তমট্ প্রত্যয় ওই, তৌইগুম্বসুং ষষ্টি-নচিংবগী মথক্তা অতোপ্পা মশিং খংনবা শব্দ লৈরবদি ডট্, তমট্ অনিমক ওই। মদুদি, একষষ্টিতমঃ, একষষ্টঃ (ডট তৌরবদি দশন্-নচিংবগী অন্, বিংশতিগী অতি, ত্রিংশৎকী অৎ অমসুং ষষ্টি-নচিংবগী ইকার লোপ ওইগনি)।

## মপুং ফাবা মশিং (পূরণ বাচক)

প্রথমঃ—অহানবা
দ্বিতীয়ঃ—অনিশুবা
তৃতীয়ঃ—অহুমশুবা
চতুর্থঃ—মরিশুবা
পঞ্চমঃ—মঙাশুবা
ষষ্ঠঃ—তরুকশুবা
সপ্তমঃ—তরেৎশুবা
অষ্টমঃ—নিপালশুবা
নবমঃ—মাপলশুবা
দশমঃ—তরাশুবা
একাদশঃ—তরামাথোইশুবা
দ্বাদশঃ—তরানিথোইশুবা
ত্রয়োদশঃ—তরাহুমদোইশুবা
চতুর্দশঃ—তরামরিশুবা
পঞ্চদশঃ—তরামঙাশুবা
ষোড়শঃ—তরাতরুকশুবা
সপ্তদশঃ—তরাতরেৎশুবা
অষ্টাদশঃ—তরানিপালশুবা

ঊনবিংশঃ, ঊনবিংশতিতমঃ
—মাপলশুবা
বিংশঃ, বিংশতিতমঃ—কুনশুবা
ত্রিংশঃ, ত্রিংশত্তমঃ—কুন্থাশুবা
চত্বারিংশঃ, চত্বারিংশত্তমঃ
—নিফুশুবা
পঞ্চাশঃ, পঞ্চাশত্তমঃ—যাংখোশুবা
ষষ্টিতমঃ—হুম্ফুশুবা
একষষ্টিতমঃ, একষষ্টঃ
—হুম্ফুমাথোইশুবা
দ্বিষষ্টিতমঃ, দ্বিষষ্টঃ
—হুম্ফুনিথোইশুবা
সপ্ততিতমঃ—হুম্ফুতরাশুবা
অশীতিতমঃ—মরিফুশুবা
নবতিতমঃ—মরিফুতরাশুবা
শততমঃ—চামশুবা
সহস্রতমঃ—লিশিংশুবা
অযুততমঃ—লিশিংতরাশুবা

গুণবাচক সংখ্যাবাচক শব্দস লৈ। মদুদি—সকৃৎ (অমুক্তং), দ্বিঃ (অনিরক), ত্রিঃ (অহুমলক, শরুক অহুম), চতুঃ (শরুক মরি), পঞ্চকৃত্বঃ (শরুক মঙা), ষট্‌কৃত্বঃ (শরুক তরুক থোকপা), সপ্তকৃত্বঃ (শরুক তরেৎ থোকপা) অসিনচিংবা।

---

## অব্যয় শব্দ (মশক হোংবা লৈতবা)

মথক্তা বিশেষ্য, বিশেষণ, সর্ব্বনাম, সংখ্যাবাচকনচিংবা অদুগুম্বা অয়াম্বা শব্দ কয়াগী বা হায়খ্রে। লিঙ্গ, বচন, বিভক্তি অসিগী থেম্নবদা মথোয়গী মশক হোংদোকই। মতৌ অদুম্না পুংলিঙ্গ নরঃ, স্ত্রীলিঙ্গ নারী, একবচন নরঃ, দ্বিবচন নরৌ, বহুবচন নরাঃ। প্রথমা নরঃ, দ্বিতীয়া নরম্ অসিনচিংবা অসিগী মতৌগুম্না শব্দ খুদিংমক অসি মশক খরা খরা থেম্নে। মরম অসিনা মথোয় অসে ব্যয়বান্ (মশক খরা হোংবা) শব্দনি। অদুগা মওং অমগী শব্দ খরা লৈ, মথোয় অদুগী লিঙ্গ, বচন, বিভক্তি তোঙান তোঙানবদা মতৌ অদুম্না মশক হোংদবা মথোয় অদুবু অব্যয় শব্দ কৌই। মদুদি—দিবা, নক্তম্, হ্যস্ম্ অসিনচিংবা অসি লিঙ্গ, বিভক্তি অমদি বচন পুম্নমক্তা মতী অসুম্না দিবা, নক্তম্, হ্যস্ম্ হায়না অদুম লৈ।

সদৃশং ত্রিষু লিঙ্গেষু সর্ব্বাসু চ বিভক্তিষু।
বচনেষু চ সর্ব্বেষু যন্ন ব্যেতি তদব্যয়ম্॥

অব্যয় শব্দগী মথাদা লাকপা বিভক্তি খুদিংমক লোপ (মাংবা) ওইগনি; তৌইগুমসুং বিভক্তি খুদিংমক্তা অব্যয় শব্দগী রূপ অমত্তনি। মথোয় অসি লিঙ্গ খুদিংমক্তা, বচন

খুদিংদা, বিভক্তি খুদিংদা মশক চপমান্নে। শিজিন্নবা মতমদা শব্দগী অবয়ব খুদিংমক মশক হোংদে। তশেংনা মমৈদা লৈবা র্ অমদি স্-দং বিসর্গ ওই, অসিদনি। অবয়ব মশক য়ামই; মখোয় অদুগী মনুংদা মতম পুম্নমক্তা শিজিন্নবা কয়ামুক অদু মখাদা ইরি। মদুদি—

## য়াম্না শিজিন্নবা অব্যয় শব্দ অমদি মহাক্কী শিজিন্নকম

**অকস্মাৎ** (ইখং খংহৌদনা)। অকস্মাৎ অশনিঃ পতিতঃ।

**অগ্রে, অগ্রতঃ** (মাংদা)। যদ্যেবং তদগ্রে ভব। ন গণস্যাগ্রতো গচ্ছেৎ

**অচিরম্, অচিরেণ, অচিরাৎ, অচিরে** (ইকুই কুইদনা)। শিশুরচিরং সুপ্তঃ। অচিরেণ রাবণঃ সংজ্ঞাং লেভে। অচিরাৎ সা প্রতিবচনং প্রত্যপদ্যত। অচিরে সোঽস্য কর্ম্মণঃ ফলং ভোক্ষ্যতে।

**অজস্রং** (অতৎপা লৈতনা)। অজস্রং জগর্জ্জুঃ পয়োধরাঃ।

**অঞ্জসা** (কুইদনা)। অঞ্জসা ধাবতি তুরগঃ। (অচুম্বা) অঞ্জসা তে ব্রবীম্যেতৎ।

**অতঃ** (মফম অসিদগী)। অতোঽহং স্বভবনং যাস্যামি। (মরম অসিদগী) স বলী, অতো গৃহ্নাতু মাং লঘু।

**অত্র** (মফম অসিদা)। অত্রাস্যতাম্ (ভবতা)।

**অথ** (অদুগী তুংদা)। অথাতো ব্রহ্মজিজ্ঞাসা। (তুংদা) স্নানং কৃত্বাথ ভুঞ্জীত। (মখাদা অশেংবা থবক তাকপদা) অথ শব্দানুশাসনং লিখ্যতে। (য়াহং হংবদা) অথ বক্তুং সমর্থোঽসি। (খোমজনবদা) অথ ধাতূন্ ক্রমঃ।

**অথবা** (নত্রগা)। অথবা সাম্বিদমুচ্যতে। অথবা স্থিতিরিয়ং দুর্জ্জনানাম্।

**অদ্ধা** (য়াম্না)। অদ্ধা নার্হতি মাতু র্ভ্রাতুর্বধঃ।

**অদ্য** (ঙসি)। অদ্য বাব্দশতান্তে বা মৃত্যুর্বৈপ্রাণিনাং ধ্রুবঃ।

**অধুনা** (হৌজিক, ঙসি ওইবিবা মতম)। অধুনৈব রবিরস্তং গতঃ। সখে কিমধুনা বিধেয়ম্।

**অধঃ, অধস্তাৎ** (মখা, অনেম্বা)। অধোভুবনং পাতালম্। তবোরধস্তাদুপবিষ্টঃ।

**অনু** (মতুংদা)। রথমনুগচ্ছতি। রামমনুজাতো লক্ষ্মণঃ। (অনকপা মতুং) জপম্ অনু প্রাবর্ষৎ (জপ তৌবগী হেক মতুংদা নোং তাখি)। (মতৌ তম্বা) জ্যেষ্ঠম্ অনুকরোতি।

**অন্তর্** (মরক)। অন্তরাবিশ্য ভূতানি বিভর্ত্তি পরমেশ্বরঃ।

**অন্তরা, অন্তরেণ, অন্তরে** (মরক)। অনয়োরন্তরে তিষ্ঠ। ত্বাং মাং চান্তরা (অন্তরেণ) হরিঃ।

**অন্তরেণ** (য়াউদবা)। ধর্ম্মম্ অন্তরেণ সুখং ন।

**অন্যত্র** (অতোপ্পদা)। যদান্যত্রার্জ্জুনো যুযুধে তদাভিমন্যুর্হতঃ।

**অন্যথা** (অদু নত্রবদি)। প্রযচ্ছ মে তস্যার্দ্ধম্ অন্যথাহং রাজকুলে নিবেদয়িষ্যামি। মিত্র নান্যথা মন্তব্যম্।

**অন্যেদ্যুঃ, অপরেদ্যুঃ, ইতরেদ্যুঃ** (অতোপ্পা নুমিত্তা)। অথান্যেদ্যুঃ পাপবুদ্ধিঃ ধর্ম্মবুদ্ধিং সমেত্য প্রোবাচ। অপরেদ্যুঃ পাপবুদ্ধির্নিশীথে অটবীং গত্বা সর্ব্বং বিত্তং

**অপি** (সু)। পতিতোঽপি পুনরুত্থিতঃ। (মক্তুনা) ইয়মধিকমনোজ্ঞা বল্কলেনাপি তন্বী। বিষ্ণুশর্ম্মণাপি রাজপুত্রাঃ পাঠিতাঃ। (বদি) অপি জীবেৎ মে প্রাণাধিকঃ। (হংবদা) অপি তপো বর্দ্ধতে ? (খোমজনবদসু) সর্ব্বৈরপি রাজ্ঞাং প্রয়োজনম্ (পুম্নমক অসি নিংথৌগী কান্নবনি)। চতুর্ণামপি বর্ণানামতিথির্গুরুরুচ্যতে। অপি সিঞ্চেৎ পলাণ্ডুম্?

**অভিতঃ**(অকোয়লদা)। বারাণসীমভিতো ভাগীরথী। (নাক-য়েৎ অনিমক্তা) অভিতঃ কুরু চামরৌ। (কীন্দনা) অভিতোঽধীর। (পুমমক্তা) অভিতো বনদাহো জাতঃ। (খুদক্তা ওইবদা) অভিতো হিংসুকো হস্তি মামেব পরিধাবতি।

**অভীক্ষ্ণম্** (হয়াহয়া)। অভীক্ষ্ণমক্ষুন্নতয়াভির্দুর্গমম্ (মাঘঃ) ক্ষতে প্রহারা নিপতন্ত্যভীক্ষ্ণম্।

**অলম্** (থোইদোক্না)। অলং ভুক্তবান্ অস্মি। (কান্নদবদা) অলং তে প্রাণৈ। (ওক্পদা) অলং মল্লো মল্লায়।

**অবশ্যম্** (শোয়দবা)। অবশ্যমেব ভোক্তব্যং কৃতং কর্ম শুভাশুভম্।

**অসকৃৎ** (হয় হয়া)। অসকৃন্নিবারিতোঽস্মি ভগবতা।

**অসাম্প্রতম্**(ওইথোক্তবা)। বিষবৃক্ষোঽপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং ছেত্তুমসাম্প্রতম্।

**অয়ি** (কৌবদা)। অয়ি অয়ি তপস্বিনি। কুত আয়াতা ত্বম্? অয়ি বদ রাঘবতথ্যম্।

**অয়ে** (নুপীদা কৌবদা)। অয়ে ভগবত্যরুন্ধতি।

**অসি** (নং)। হন্তব্যোঽসি ময়া।

**অস্মি** (ঐ)। ন কেবলং ত্বামস্মি বচ্মি।

**অস্তম্** (তাখিবা)। সায়মস্তমিতো রবিঃ।

**অহো** (কৌবা, অঙকপা, অৱাবা, নুঙাইবা)। অহো! দাশরথে 'পাহি নো জনমাশ্রিতান্! অহো রাজনন্দনঃ' অহো বিপাকঃ। অহো অপূর্ব্বমেতৎ সত্ত্বম্, কুতোঽপ্যাগতম্।

**অহহ** (ওক্পা অমসুং জয় তৌবদা, অৱাবা ফোংদোকপদা)। অহহ বুদ্ধিপ্রকর্ষো রাজ্ঞঃ। অহহ মহাপঙ্কে পতিতোঽসি।

**অহোবত** (অৱাবা অমসুং অঙকপদা)। অহোবত মহৎ কষ্টম্। অহোবত মহৎ পাপম্ কর্ত্তুং ব্যবসিতা বয়ম্ (গীতা)।

**অহ্নায়** (খুদক্তা)। অহ্নায় সূর্য্যেণ তমঃ নিরস্তম্।

**আঃ** (নিঙমদবা, য়ানিংদবা ফোংদোকপদা)। আঃ কথমদ্যাপি রাক্ষসত্রাসঃ! (করিনো হৌজিক ফাওবা হিংচাবা অসিবু মিপাইরিবা)? আঃ কথমেতন্মাংসং সুললিতং ভক্ষয়ামি।

**আরাৎ** (অৱাপ্পদা)। আরাচ্ছত্রোঃ সদাবসেৎ। (মনাক নকপদা) সখায়ং লপয়েদারাৎ।

**আবিস্** (ওইরকপা, ফাউরকপদা)। দেবক্যাম্ আবির্ভূতো ভগবান্ হরিঃ (ভগবান্ হরি দেবকীগী গর্ভদা ফাউরকখরে)।

**আশু** (থুনা)। আশু সংহর তে শরান্ অস্মিন্নাশ্রমমৃগে।

**ইতঃ** (মফম অসিদগী)। ইতোঽপসর (মফম অসিদগী হন্দোকখ্রো)।

**ইতস্ততঃ**(নাক-য়েৎতা)। মৃগ ইতস্ততো ভ্রাম্যন্ কেনচিৎ শৃগালেন অবলোকিতঃ।

**ইতি** (মৱমদি, অসুম্না)। রামো হন্তীতি রাবণঃ পলায়তে। (অপুনবা উৎপদা)। ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়বিট্‌শূদ্রা ইতি বর্ণাঃ। (হায়বসিগী অর্থদা) অধ্যাপক ইতি পূজ্যঃ। (অমুক হয়া হায়বদা) ক্রমাদমুং নারদ ইত্যবোধি সঃ। অবৈমি চৈনামনঘেতি (মহাক অসি পাপ লৈতবনি হায়না খংই)। (অরোইবদা) ধর্ম্মমাচরেৎ ইতি।

**ইত্থম্** (মতৌ অসুম্না)। ইত্থং রতেঃ কিমপি ভূতমদৃশ্যরূপম্। ইত্থং গতে কিমস্মাভিঃ করনীয়ম্ (মতৌ অসুম্না হৌখ্রবদা করিনো ঐখোয়না তৌগদবা?)।

**ইদানীম্** (হৌজিক, ওসি)। কিমিদানীং কর্ত্তুমুচিম্? ইদানীং ত্বাং মিত্রমাসাদ্য পুনঃ স বন্ধুজীবলোকং প্রবিষ্টঃ অস্মি।

**ইব** (মতৌগুম্না)। গগনমিব নষ্টতারং, শুষ্কমিব সরঃ, শ্মশানমিব রৌদ্রং ভবতি গৃহং ধনবিহীনস্য। বাগর্থাবিব সংপৃক্তৌ (রঘুঃ)।

**ইহ** (মফম অসিদা, সংসার অসিদা)। ক্ষণমিহ সজ্জনসঙ্গতিরেকা, ভবতি ভবার্ণব-তরণে নৌকা। ইহৈব মরণং শ্রেয়ো নতু বন্ধুবিগর্হণম্।

**ঈষৎ** (খজিক্তং)। ''ঈষৎ সহাসমমলং বক্ত্রং বিলোক্য''। মদুগুম্ম ততো দেবীমীষক্তাসাং ব্যবস্থিতাম্ (চণ্ডী)।

**উচ্চৈঃ**(রাংবা)। পশ্চাদুচ্চৈর্ভবতি হরিণঃ (শকু)। (হোবা) উচ্চৈর্বিহস্য উবাচ সা, (য়াম্না) মমত্বং স চকারোচ্চৈস্তস্মিন্ হরিণবালকে।

**উত**(নত্রগা)। উত ভীম উতার্জ্জুনঃ। বিষ্ণুরুত শিবঃ সেব্যঃ?

**উপরি** (মথক্তা, মকোক্তা)। গতমুপরি ঘনানাম্। সর্ব্বেষামুপরি বা তিষ্ঠেদ্বিশীর্য্যেত বনেঽথবা।

**উপর্য্যুপরি** (য়াম্না রাংবদা)। উপর্য্যুপরি সর্ব্বেষামাদিত্য ইব তেজসা।

**উপাংশু** (লোম্না, য়াম্না তপ্না)। উপাশু মন্ত্রয়েৎ সুধীঃ, উপাংশু (জপঃ) স্যাচ্ছতগুণঃ সহস্রো মানসঃ স্মৃতঃ (মনুঃ)।

**উভয়তঃ, উভয়ত্র**(অনিমক্তা)। উভয়তঃ কৃষ্ণং গোপাঃ। তজ্জা পুনাত্যুভয়তঃ পুরুষান্ একবিংশতিম্। তজ্জা=তস্মাৎ বিষ্ণোর্জাতা (গঙ্গা)।

**উভয়থা**(অনিমক্তা)। উভয়থাপি ঘটতে।

**উভয়েদ্যুঃ, উভয়দ্যুঃ**(নুমিৎ অনিমক্তা)। উভয়েদ্যুঃ উপোষিতঃ।

**ঋতে**(নত্তনা)। শ্রমম্ ঋতে সুখং ন ভবতি।

**একদা**(নোংমগী নুমিত্তা)। একদা, বর্ষাসু ধারাসারৈর্মহতী বৃষ্টির্বভূব।

**একধা**(অমত্তা থোকপা)। একধা, বহুধাচৈব দৃশ্যতে জলচন্দ্রবৎ।

**একশঃ, একৈকশঃ**(অমমম ওইনা)। একশঃ (একৈকশঃ) গম্যতাম্ (অমমম ওইনা চৎলু)।

**এব** (চপ চাবগুম্না, মসিমক)। অর্থোস্মণা বিরহিতঃ পুরুষঃ স এব। (মক্তনা) পার্থ এব ধনুর্দ্ধরঃ। (মক্তদা) উপস্থিতেয়ং কল্যাণী নাম্নি কীর্ত্তিত এব যৎ। ইতি চিন্তয়ন্নেব স মৃতঃ। এবমেব (মতৌ অসুম্না) এবমেব যথা প্রাহ ভবানস্মদ্গতং বচঃ। (গুম্না) শ্রীস্ত এব মেহস্তু। (থৌদাবদা) অদ্যৈব গচ্ছ। (করিগুম্নদা) নীলং সরোজং ভবত্যেব (অশংবা থম্নালসু লৈয়ে)। (তরু তরুনা খংনবদা এব শব্দ থাইদোকপদা )খুদম, পার্থ এব ধনুর্দ্ধরঃ (পার্থদনি লীরুং পায়বা)। পার্থাদন্যস্য ধনুর্দ্ধরত্বযোগো ব্যবচ্ছিন্নঃ। এব শব্দ বিশেষণগী মতুংদা শিজিন্নবা অদুবু অযোগব্যবচ্ছেদঃ (অতোম্নদা লৈতবা ককথৎপা)। মদুদি—শঙ্খঃ পাণ্ডুর এব (মোংঙ্গুংদি অঙৌবতনি) শঙ্খস্য শুভ্রত্বস্য অযোগো ব্যবচ্ছিন্নঃ। এব শব্দ ক্রিয়াগী মতুংদা শিজিন্নবা অত্যন্তাযোগব্যবচ্ছেদঃ, মদুদি—নীলং সরোজং ভবত্যেব থম্নাল অসি করিগুম্নদা অশংবসু মরৈয়ে। নীলত্বস্য অত্যন্তাযোগো ব্যবচ্ছিন্নঃ।

**এবম্**(অসুম্না)। এবমুক্ত্বা বীরবরঃ প্রতস্থে। (মদুসু) এবমস্তু। যদ্যেবং, (অদু ওইরবদি) কিমেবং (কমদৌনা)। মৈবং (মদু নত্তে)।

**কচ্চিৎ** (করিগুম্না, কনাগুম্না)। কচ্চিৎ জীবতি তে তাতঃ (করিগুম্না হিংলবদি নহাক্কী নপানা)।

**কথং** (কমদৌনা )। কথং মারাত্মকে ত্বয়ি বিশ্বাসঃ ? (কমদৌনা হিংসা তৌবা নঙোন্দা থাজদৌরিবনো)? কথমপি পরিজনং বিভ্রে। (করি মরম্না ) কথং বা রুদ্যতে ?

**কিঞ্চিৎ** (খজিক্তং )। কিঞ্চিদ্বিকসিতং কুসুমম্।

**কদা**(করম্না মতমদা)। কদা গমিষ্যামি ন জানে।

কদাচিৎ (করম্না মতমদা)। অথ, কদাচিৎ শশকস্য বারঃ সমায়াতঃ। কদাপি (করিগুম্না মতমদসু)। কদাপি অনৃতং বচো মা বদ।

**কিম্** (হংবদা)। জাতি মাত্রেণ কিং কশ্চিদ্ধন্যতে পূজ্যতে ক্বচিৎ। (হংলগা অওইবা খংনবদা)। স কিংসখা যো বিপদি ন সহায়ো ভবতি। (কায়দবা কোংদোকপদা) বিষাদেন কিম্ ?

**কিল** (শোয়দনমক, তশেংনা)। জঘান কংসং কিল বাসুদেবঃ। (নিংবা, আশা তৌবা) পার্থঃ কিল বিজেষ্যতে কুরুন্।

**কুতঃ** (কদাইদগী)। কস্য ত্বং বা কুত আয়াতঃ ? (কারিদগী) জন্মবিলোপঃ কুতঃ ?

**কৃতং** (শিজিন্নদবা কামদবগী অর্থদা)। কৃতং সন্দেহেন (চিংনরুদলা কামদে)।

**কৃচ্ছ্রং, কৃচ্ছ্রেণ, কৃচ্ছ্রাৎ** (রানা, চেকশিন্না)। লক্ষং কৃচ্ছ্রেণ রক্ষ্যতে।

**কৃতে** (দমত্তা)। তস্য কৃতে মে বিশ্বাসঃ, পৌর্ণমস্যাঞ্চ জায়তে—চণ্ডী।

**কেবলং** (তশেংনা, অমত্তা ওইবা)। ন কেবলং যো মহতোঽপভাষতে শৃণোতি তস্মাদপি যঃ স পাপভাক্। ন কেবলং ত্বামেব বচ্মি, শৃণোতু সর্ব্বৈব মে ছাত্রপরিষৎ।

**ক, কুত্র** (কদাইদগী, কদাইদা)। তত্র প্রিয়ে। কাসি ভোঃ (উত্তররাম)। কুত্র বসতি ভগবান্ সাম্প্রতম্ ?

**খলু** (থাম্না, খিংবদা)। খলু রুদিত্বা। (হায়জবা ফোংদোকপদা)। দেহি খলু মে তব ভূষণম্। (তশেংনা) শরীরমাদ্যং খলু ধর্ম্মসাধনম্। ন চলতি খলু বাক্যং সজ্জনানাং কদাচিৎ।

**চ** (অমসুং, সু)। ঔষধং স্বাদু হিতঞ্চ দুর্লভম্। ধনানি জীবিতঞ্চৈব পরার্থে প্রাজ্ঞ উৎসৃজেৎ।

**চিরম্, চিরেণ, চিরায়, চিরাৎ, চিরে** (মতম শাংনা)। ন চিরং পর্ব্বতেবসেৎ। চিরেণ সংজ্ঞাং প্রতিলভ্য সুদুঃখিতঃ উবাচ তস্মৈ মর্ম্মন্তুদং বচঃ। চিরায় জীব সৌম্য। কুতশ্চিরাৎ আগতোঽসি। চিরস্য বাচ্যং ন গতঃ প্রজাপতিঃ। বর্ব্বরা গুরোর্বচনং চিরে কুর্য্যাৎ।

**চেৎ** (বদি)। পশ্চত্বং চেৎ গমিষ্যামি কিং সিংহানুনয়েন মে ?

**জাতু** (করিগুম্বা মতমদা, অদুম ওইনমক)। ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি।

**জোষম্** (ইব্রা-রাদনা, লায়না)। নভসা জোষং গচ্ছন্তি বিহগাঃ।

**ঝটিতি** (অমুক্তা ওইনা, থুনা)। বানরা বৃক্ষং ঝটিতি অরুরুহঃ।

**তৎ, ততঃ** (মরম অসিনা, অদুগী তুংদা, মতম অদুদগী)। অধুনা সন্নিধানেন পলায়নমশাক্যং, তদ্‌যথা প্রাপ্তং ভবতু। ততো দর্শিতস্তেন কূপঃ। ততঃ স গৃহং গতবান্।

**তদা, তদানীং, তর্হি** (মতম অদুদা, অদু ওইরবদি)। যদা কৃষ্ণস্তেষাং পক্ষে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। তর্হি কো মে সহায় ?

**তাবৎ** (অদুক্কী মথে)। অহং তাবন্মূর্খো দরিদ্রশ্চ। (রাহে তিনশিন্নবদা) যাবদ্দত্তং তাবদ্ভুক্তম্। (অশেংবা খংনবদা) দৃষ্টস্তাবদয়ং বন্ধু। বিগ্রহস্তাবদুপস্থিতঃ।

**তিরস্** (মাংবা)। ততো ভগবাংস্তিরোদধে। (তাম্বোকপদা) গুরুশ্ছাত্রং তিরস্করোতি।

**তির্য্যক্** (খোয়বা, চুমদবগী মতৌদা)। বালা বিলোকয়তি তির্য্যক্।

**তু** (তৌইগুম্বসুং)। সর্ব্বাণি সুখানি তস্য আসন্ একং তু মহৎ দুঃখম্। (ওন্ন-তৈনবদা) রাজা তু তাং দেবীং প্রত্যুবাচ। ত্বয়া তু বনে বস্তব্যং নব বর্ষাণি পঞ্চ চ।

**তুষ্ণীম্** (তুমিন্না লৈবদা)। ন যোৎস্যে ইতি গোবিন্দমুক্ত্বা তুষ্ণীং বভূব হ (গীতা)।

**ত্রেধা** (শরুক অহুম থোকপা)। "ইদং বিষ্ণুর্বিচক্রমে, ত্রেধা নিদধে পদং সমূঢ়মস্য পাংশুলে"। শ্রুতিঃ)।

**দিবা** (নুংথিল)। মা দিবা স্বাপ্সীঃ (শ্রুতিঃ)।

**দিষ্ট্যা** (লাইবক্না তদা)। দিষ্ট্যা ভবান্ বর্দ্ধতে। দিষ্ট্যা তে দর্শনং জাতম্।

**দ্রাক্** (থুনা)। যথাস্মৎ পুত্রাণাং দ্রাক্ বুদ্ধিপ্রকাশঃ স্যাৎ তথা কুরু।

**দোষা** (অহিংদা)। চৌরাশ্চ দোষা নির্গচ্ছন্তি।

**ধিক্** (অতোনবা ফোংদোকপা)। ধিগিমাং দরিদ্রতাম্।

**ন, নো** (নত্তবা, ওইদবা)। ন নক্তং দধি ভুঞ্জীত।

**নমস্** (খুরুম্বদা)। নমঃ শিবায় শান্তায় কারণত্রয়হেতবে।

**ননু** (হৎবদা)। ননু কিমেতৎ তে ব্রহ্মবন্ধো। (অশেংবদা) ননয়ং যোগী। (খৌদাবদা) ননু গচ্ছ। (হায়জাবদা) ননু কোপং মুঞ্চ রাজন্।

**নাম** (মিং খংনবদা)। অস্তি হিমালয়ো নাম নগাধিরাজঃ। (ওইবা য়াবদা) ভবিষ্যতি বুদ্ধং নাম। (হায়বা অর্থদা, শাউবদা, চৈবদা) মম বৈরী রাবণো নাম পাপঃ। কো নাম হি মূর্খো মমাগ্রতঃ।

**নানা** (মখল য়াম্বদা)। নানা বিধা জনাঃ সন্তি।

**নিকষা** (মনাক)। বারাণসীং নিকষা ভাগীরথী।

**নিতরাং, নিতান্তং** (খোইদোক হেন্দোক্না)। ক্লেশাল্লভন্তি চেতো নিতরাং প্রবাসিনঃ। তব বিরহো নিতান্তং তাপয়তি মে মনঃ।

**নু** (হংবদা)। ক্ব নু খলু ভগবান্ বশিষ্ঠো বর্ত্ততে।

**নীচৈস্** (য়াম্না নেম্বদা, অতম্না মওংদা)। নীচৈর্বারয়তি।

**নূনম্** (তশেংনা, থাসৈশেংনমক)। ক্ষুদ্রেঽপি নূনং শরণং প্রপন্নে রাজ্ঞোদয়া সমাসীৎ।

**পরম্** (তৌহিগুম্বসুং)। ব্রাহ্মণা ধার্ম্মিকা বিদ্বাংসশ্চ পরং দরিদ্রাঃ।

**পরিতঃ** (অকোয়বদা)। গ্রামং পরিতো নদী।

**পর্য্যাপ্তং** (শিনবা থুংনা)। পর্য্যাপ্তমাচামতি।

**পশ্চাৎ** (মতুংদা, নোংচুপ থংবা মায়গৈদা)। পশ্চাদস্তং গতো রবিঃ।

**পুনঃ** (অমুক হন্না)। শিক্ষকেণ পুনরুক্তম্। (অতোপ্পা অর্থদা) অভ্যাগতাঃ শূদ্রাঃ অপি পূজ্যাঃ, কিং পুনর্ব্রাহ্মণাঃ।

**পুরতঃ** (মাংদা)। মৃগমাদায় গচ্ছতা ব্যাধেন পুরতঃ শূকরো দৃষ্টঃ।

**পুরস্তাৎ** (অহানবদা, মাংদা)। ব্রাহ্মণঃ পুরস্তাদ্ ভুঙ্‌ক্তে; পুরস্তাৎ তে পুস্তকম্।

**পুরস্** (ওইদ্রিঙৈ মমাংদা, মাংদা)। তব প্রসাদস্য পুরস্তু সম্পদঃ।

**পুরা** (মমাংঙৈদা)। পুরা ত্রেতায়াং দৈবাসুরং যুদ্ধমভূৎ।

**পূর্ব্বং, পূর্ব্বতঃ** (অহানবদা, ওইদ্রিঙৈদা) মাসাৎ পূর্ব্বং শিশুর্জাতঃ। পিতরং পূর্ব্বং প্রণমেৎ।

**পূর্ব্বেদ্যুঃ** (ঙরাং)। দেবী পূর্ব্বেদ্যুঃ লোকান্তরং গতা।

**পৃথক্** (অমমম ওইনা, তোঙান্না)। (সর্ব্বে) শঙ্খান্ দধ্মুঃ পৃথক্ পৃথক্।

**প্রতি** (দা, মায়কৈদা)। রাজা রাজধানীং প্রতি চলিতঃ। (মহত্তা) প্রদ্যুম্নঃ কৃষ্ণাৎ প্রতি; অভিমন্যুং প্রতি পরীক্ষিৎ।

**প্রত্যুত** (ওন্ন-তৈনবদা)। কৃতমপি মহোপকারং প্রত্যুত হন্তুং যততে খলো জগতি।

**প্রথমং** (অহানবদা)। স এব প্রথমং গতঃ।

**প্রভৃতি** (দগী, অসিনচিংবদা)। ততঃ প্রভৃতি সর্ব্বে নির্ভয়াস্তিষ্ঠন্তি।

**প্রসহ্য** (নমদুনা)। পথি আগচ্ছন্ প্রসহ্য বলবতা শত্রুণা ধৃতঃ অস্মি।

**প্রাক্** (মমাংদা)। প্রাগেব যৌবনদশায়াম্ অতিদুর্বৃত্তোঽভুবম্।

**প্রাতর্** (অয়ুক অঙনবদা)। প্রাতর্ভ্রমণং পথ্যম্।

**প্রায়স্, প্রায়েণ** (চাউরাক্না)। প্রায়ো (প্রায়েণ) ভৃত্যাস্ত্যজন্তি প্রচলিতবিভবং স্বামিনং সেবমানাঃ। প্রায়ঃ সমাপন্নবিপত্তিকালে ধিয়োঽপি পুংসাং মলিনীভবন্তি। প্রায়েণ কৃতবানহং দিবসব্যাপারম্।

**প্রেত্য** (শিরগা)। প্রেত্য সংজ্ঞা নাস্তি।

**বলবৎ** (হেন্না কনবগী মওং)। বলবদস্বস্থ শরীরা শকুন্তলা। বলবচ্ছোকেন অভিভূতোঽসি।

**বলাৎ** (নমদুনা)। বলান্নয়সি মামেবং ততঃ কিন্তু করোম্যহং ?

**ভূরি** (য়াম্না)। উৎসবে ভূরি ভোজনম্।

**ভূয়স্** (হন্না হন্না)। ব্রহ্মন্! ক্ষমস্ব ভূয় এবং ন বক্তব্যম্।

**দ্রাক্** (খোহদোল্লা)। দ্রাক্ বক্ষসি তেন তাড়িতঃ।

**মনাক্** (খজিক্তং)। মূর্খাৎ অজাত পুত্রঃ মনাক্ প্রিয়ঃ।

**মিথস্** (মী লৈতবদা, অচিকপদা)। করটকদমনকৌ শৃগালৌ মিথো মন্ত্রয়তঃ। মৈত্রাবরুণানাং মিথো ন বিবাহঃ।

**মিথ্যা** (অয়ানবা)। কিন্তুত্র যৎ প্রতিজ্ঞাতং মিথ্যা তৎ ক্রিয়তে কথম্? চণ্ডী।

**মুধা** (লৌনম)। মুধা ভাষিতুং নোচিতম্।

**মুহুঃ** (লিশাং শিংনা)। বালো মুহুঃ রোদিতি। মুহুর্মুহুঃ (হয়া হয়া) ক্ষেত্রপতির্মুহুর্মুহুর্বিলোক্য জালং বিশুষ্কঃ প্রতস্থে। রামঃ পশ্যতি স্ম মুহুর্মুহুঃ।

**যৎ, যতঃ** (মরম অসিদগী, মরমদি)। তন্ময়া ভদ্রং ন কৃতং যদত্র মায়াত্মকে বিশ্বাসঃ কৃতঃ। নিশ্চায়ং ভৃত্যং যতোসাবতীব দুর্বৃত্তঃ।

**যতঃ, যত্র, ততঃ** (মযম অদুদা, অদুদগী)। যতো ধর্ম্মস্ততো জয়ঃ। যত্র ধর্ম্মসুতো রাজা গদাপাণির্বৃকোদরঃ। কৃষ্ণোঽস্ত্রী গাণ্ডীবং চাপং সুহৃৎ কৃষ্ণস্ততো বিপৎ।

**যথা** (মায়বা)। আসীদিয়ং দশরথস্য গৃহে যথা শ্রীঃ। তৎ যথা প্রাপ্তুং ভবতু। (মরম অদুনা) দর্শয় মে তং চৌরসিংহং যথা ব্যাপাদয়ামি। (অদুম্না) যথাজ্ঞাপয়তি দেবঃ। (যথা তথা—মায়বদা) যথা রাজা তথা প্রজাঃ; যথা বৃক্ষস্তথা ফলম্ (য়াম্নগী অর্থদা) ন তথা বাধতে স্কন্ধো যথা বাধতি বাধতে। যথা মৃগো মম বন্ধুস্তথা ভবানপি।

**যদা** (মতম অদুদা)। যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।

**যদি** (বদি)। উদয়তি যদি ভানুঃ পশ্চিমে দিগ্‌বিভাগে।

**যাবৎ** (ফাওবা)। যুয়ং নকুলবিবরাৎ আরভ্য সর্প-বিবরং যাবৎ একৈকশঃ মৎস্যান্ বিকিরত। (অদুক্কী মখে) যাবদূর্দ্ধং নিরীক্ষতে তাবৎ তেন কাকবর্ত্তকৌ দৃষ্টৌ। (য়াম্না শাংবা মতমদা) যাবদনেন মুনিনা জীবিতব্যং তাবদিদং মম স্বরূপাখ্যানং ন পলায়িষ্যতে। (তাংনা খোকপদা) একস্য দুঃখস্য ন যাবদন্তং গচ্ছামি তাবৎ দ্বিতীয়ং সমুপস্থিতং মে। (খোমজিনবদা) যাবদ্দত্তং তাবদ্ভুক্তম্।

**যুগপৎ** (খুদক্তা)। সর্ব্বে ছাত্রাঃ শিক্ষকাগমনেন যুগপদুত্থিতাঃ।

**বরং** (যম্বা হেনবা) বরং প্রাণত্যাগেন পুনরধমানামুপগমঃ।

**বহিস্** (মপান্দা) কৃষকাঃ পুরাদ্বহির্নিবসন্তি।

**বিনা** (য়াওদনা)। বিনা হেতুমপি দ্বন্দ্বমেতন্মূর্খস্য লক্ষণম্।

**বৃথা** (অরেম্বদা) দিবং যদি প্রার্থয়সে বৃথা শ্রমঃ। ধনবতে বৃথাদানম্।

**বত** (অরাবা ফোংদোকপদা)। বত নিঃস্বোঽসি।

**শনৈস্** (তপ্না)। শশকঃ শনৈঃ শনৈর্গত্বা সিংহস্য অগ্রে স্থিতঃ। (খজিক খজিক্তং) শনৈঃ পন্থাঃ শনৈঃ কন্থা শনৈঃ পর্ব্বতলঙ্ঘনম্। শনৈর্যাতি পিপীলিকা।

**শশ্বৎ** (অতৎপা লৈতনা)। শশ্বদ্বিষ্ণুং স্মরেৎ।

**শ্বস্** (হয়েং)। শ্বঃ কার্য্যমদ্য কুর্ব্বীত। শ্বঃ প্রভাতে তু শপথং করোতু জনকাত্মজা।

**সদা, সর্ব্বদা সন্ততম্** (অতৎপা লৈতনা)। সদা ধর্ম্মে মতিরস্তু তে।

**সপদি** (খুদক্তা)। বচসস্তস্য সপদি উত্তরম্ দদৌ।

**সমম্** (মান্নবা)। সমং বধূভির্যান্তি দুহিতরঃ।

**সদ্যঃ** (খুদক্তা)। সদ্যো হৃতঃ সমুত্তরৌ।

**সহ** (লোয়ননা)। গুরুণা সহ যাতি শিষ্যঃ।

**সময়া** (মনাক্তা)। গ্রামং সময়া বসতি। সময়া পত্তনং নদী।

**সমন্ততঃ সমন্তাৎ** (অকোইবদা)। সমন্ততো বর্ষতি মেঘঃ। সারমেয়াঃ সমন্তাৎ পলায়ন্তে।

**সম্প্রতি** (হৌজিক)। সম্প্রতি কত্র রাজা কোবা মন্ত্রী।

**সম্যক্** (নিংখিনা)। অহো! ন সম্যক্ অভিহিতং ভবন্তিঃ।

**সহসা** (খুদক্তা থোকপা)। সহসা বিদধীত ন ক্রিয়াম্।

**স্বয়ং** (মশামক্না)। বিষবৃক্ষোঽপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং ছেত্তুমসাম্প্রতম্।

**স্বর্** (অতিয়া, স্বর্গ)। স্বর্গতো মে পিতা।

**স্বস্তি** (মঙ্গল)। স্বস্তি প্রজাভ্যঃ।

**সাকং, সার্দ্ধং** (লোয়নবা)। কেনাপি সাকং (সার্দ্ধং) কলহো ন কর্ত্তব্যঃ।

**সামি** (তঙ্খাই)। সামি কৃতং কর্ম্ম নহি সম্পদে।

**সাক্ষাৎ** (তশেং-তশেংনা)। সাক্ষাৎ দৃষ্টো ময়া হরিঃ। (মশাগী ওইবা মতৌদা) শ্রুতবানহম্ যোগং যোগেশ্বরাৎ কৃষ্ণাৎ সাক্ষাৎ কথয়তঃ স্বয়ম্।

**সায়ম্** (নুমিদাংবাইরম)। সায়ং প্রত্যায়ান্তি নীড়েষু বিহগাঃ।

**সুষ্ঠু** (নিংখিনা)। সুষ্ঠু পীতং ময়া ঘৃতম্।

**হন্ত** (জয় ওইবদা)। হন্ত লাভঃ শতগুণঃ। (অবাবা ফোংদোকপদা) হন্ত রামচন্দ্রেণ বিহীনা পুরী।

**হি** ( শোইদনা ওইগদবা)। ন হ্যমূলা জনশ্রুতিঃ।

**হ্যস্** (ঙরাং)। হ্যো ভুক্তবানস্মি পর্য্যাপ্তম্।

**হিরুক্** (নত্তনা)। হিরুক্ কর্ম্ম ন মোক্ষঃ স্যাৎ।

প্র, পরা, অপ, সম্, নি, অব, অনু, নির্, দুর্, বি, অধি, সু, উৎ, পরি, প্রতি, অভি, অতি, অপি, উপ, আ অসিগুম্বা উপসর্গশিং অসি অব্যয়নি। ক্রিয়াগা লোয়নরগা মথোয় অব্যয় কুন অসিবু উপসর্গ কৌই।

অব, অপি, মথোয় অনি অসিগী অহৌবদা লৈরিবা অকার অদু বিকল্প ওইনা লোপ ওই। খুদম—বগাহঃ, অবগাহঃ, বগাহতে, অবগাহতে; বগাহ্য, অবগাহ্য। পিধানম্, অপিধানম্; পিহিতম্, অপিহিতম্; পিদধাতি, অপিদধাতি। অব্যয়গী বিশেষণ অদু ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—সুন্দরং প্রাতঃ।

## অব্যয় প্রত্যয়

**জোতনবা** ১। তস্, ত্র, থা, দা, ধা, দানীম্, এদ্যুস্, সাৎ, প্রত্যয়ান্ত শব্দ পুম্নমক অব্যয়নি। খুদম—গ্রামতঃ, যতঃ, ততঃ; সর্ব্বত্র, যত্র, কুত্র; যথা, তথা, সর্ব্বথা; যদা, তদা, অন্যদা, সর্ব্বদা; সপ্তধা, অষ্টধা, নবধা; ইদানীম্, অন্যেদ্যুঃ, পরেদ্যুঃ; ধূলিসাৎ, অগ্নিসাৎ।

২। চশস্, মুচ্, বতিচ্, ধাচ্, (চ্ হৌখিবা প্রত্যয়) প্রত্যয়ান্ত শব্দশিং অব্যয়নি। খুদম—বহুশঃ, অল্পশঃ, দ্বিঃ, ত্রিঃ, পুত্রবৎ, মিত্রবৎ অসিনচিংবা।

৩। কৃৎ প্রত্যয়গী মনুংদা ক্ত্বাচ্, যপ্, তুম্, ণমুল্ প্রত্যয়ান্ত শব্দশিং অব্যয়নি। খুদম—কৃত্বা, উপকৃত্য, কর্ত্তুম্, স্মারম্, অসিনচিংবা।

৪। অব্যয়ীভাব সমাস তৌরগা খোকপা শব্দ অব্যয়নি। খুদম—অধিহরি, যথাজ্ঞানম্।

ইতি ইংরাজীদা (ইন্‌ডাইরেক্ট স্পিস্) অনুদ্ধৃত বাক্য লৈরবদি সংস্কৃত-তা 'ইতি'-না মরম ওইদুনা মহাক্কী ডাইরেক্ট স্পিস্ (উদ্ধৃতবাক্য) অনুবাদ তৌই। খুদম, পাবুংনা ঐঙোন্দা হায়খি—অদুম অদুম্বা মতমদা নহাক্কী লাইরিকশিং অসিনা নহাক্কী কান্নব' ওইগদবা অদুম অদুম্বা মতমদা ঐনা নহাক্কী লাইরিকশিং অদু পিগনি—পিতা মামুবাচ যদা যদা তব পুস্তকৈঃ প্রয়োজনং স্যাৎ তদা তদাহং ভুভ্যং তানি দদামীতি।

করি করিগুম্বা মতমদসু 'ইতি' গী প্রয়োগ তৌনদে। খুদম—কৃষ্ণনা হায়খি হে ভারত! অদুম অদুম্বা মতমদা ধর্ম্ম অসি ময়েং তারক্লবা অদুগা অধর্ম্মনা অসুম অসুম হেনগৎলক্লবদা ধর্ম্ম অদুবু উদ্ধার তৌগে হায়বগীদমক ঐ অসিবু অমুক অবতারগী মশাক ওইনা ইশা ইতোমতনা শেমজে।

কৃষ্ণ উবাচ—

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্।।

ইতি শব্দগা লেংমিন্নরবদা প্রথমা বিভক্তি ওই। খুদম—'ক্রমাদমুং নারদইত্যবোধি সঃ' ক্রমগী মতুংইন্না মহাক অসি নারদনি হায়না খংখি। জানামি ত্বাং পুরুষঃ পর ইতি—ঐনা নহাক অসি পরনি অমসুং পুরুষনি হায়না খংই। ইতি হায়বা অসি য়াওদ্রবদি দ্বিতীয়া বিভক্তি ওইগনি। খুদম—ক্রমাদমুং নারদম্ অবোধি সঃ। জানামি ত্বাং পুরুষং পরম্।

মসি নত্তবা ইতিগী অর্থ—মরম, ৱাখল, অসুম্না, মরম অদুনা, মরম অদুদগী, হংবা অসিনচিংবা অর্থদা। খুদম—তৃষ্ণার্ত্তোহম্মীতি জলং পার্থয়ে—যৌরাংবনা কংলবনি মরম অসিনা ঈশিং নিজরি। পুত্র ইতি ত্বাং ক্ষমে—ইচানি অসুম্না নহাকপু ঙাকপিবনি। ইতি চতুর্থঃ পাদঃ—অসুম্না মরিশুবা লোইরে। ইতি আহ ভগবানাত্রেয়ঃ—মরম অসিদগী ভগবান আত্রেয়না হায়রম্মী। কিমিতি চিরয়তি মম পরিজনঃ—করিগীনো ঐগী শাগে-নাতৈশিংনা খীদ্বরিবসিবো?

## এব শব্দগী মপাঙ্গল

মতম অদুদা এব শব্দ অসি বিশেষ্যগী মথাদা লৈররবা মতমদা অন্যযোগ ব্যবচ্ছেদনি হায়না খঙ্গনি। মদুদি—পার্থ এব ধনুর্ধরঃ—অর্জ্জুনতনি লীরুং পায়বা। পার্থ অসিমক অমত্তা ওইবা ধনুর্ধরনি। এব অসি বিশেষ্য ওইবা পার্থগী মথাদা লৈ; পার্থ নত্তবা অতোপ্পা ধনুর্ধরত্বগী যোগ অদু ব্যবচ্ছেদ (ককথৎপা) ওই। হায়বদি পার্থ নত্তবা অতোপ্পা ধর্নুধর ওইদে।

এব শব্দনা মতম অদুদা বিশেষণগী মথাদা লৈররবা অদু ওইরবদি অযোগ

ব্যবচ্ছেদ (ককথংপা) ওইনা খংনগনি। খুদম—শঙ্খঃ পাণ্ডুর এব—মোহিবুং হায়বা অসি অঙৌবতনি। মসিদা এব শব্দ অসি বিশেষণ ওইবা পাণ্ডুরগী মখাদা লৈবা মরম্না শঙ্খগী অযোগব্যবচ্ছেদ (ককথংপা) ওই। শঙ্খ হায়বা অসি অঙৌবা নত্তনা অতোপ্পা মচু লৈতে।

এব শব্দ অসিনা মতম অদুদা ক্রিয়াগী মখাদা লৈরবা অদু ওইরবদি অত্যন্তাযোগব্যবচ্ছেদনি হায়না খন্গনি। মদুদি—নীলং সরোজং ভবত্যেব (থম্বাল অশংবা অসি লৈবদি লৈ) মসিদা এব শব্দ অসি ভবতি হায়বা ক্রিয়া অসিগী মতুংদা লৈ, অদুনা নীলসরোজগী অত্যন্তাযোগব্যবচ্ছেদ ওইরে ; নীলপদ্মগী অতন্ত অযোগ (খোইদোক্না তিন্নদবদা) ব্যবচ্ছে (ককথংলে)। করিগুম্বা মতমদা অশংবা থম্বাল লৈবা উই।

## চ অমসুং বা-গী প্রয়োগ

অনি অমসুং অনিদগী হেনবা অয়াম্বা পদ পুনশিনবদা 'চ' অমসুং 'বা' অসি পদ খুদিংমক্তা লোয়ননা নত্রগা অরোইবা পদগা লোয়ননা শিজিন্নগনি। মদুদি—রামঃ কৃষ্ণশ্চ। হরিঃ হরো বা।

একবচনান্ত ওইবা কর্তা খংনবা ব্রাহে অনি অদু 'চ' না মরম ওইদুনা তিন্নরগা ক্রিয়া অদু দ্বিবচনান্ত ওইগনি। মদুদি—রামঃ কৃষ্ণশ্চ মথুরাং যাতঃ। মসিদগী তোঙানবদি ক্রিয়া অদু বহুবচনান্ত ওইগনি। খুদম—সীতা রামঃ লক্ষ্মণশ্চ অরণ্যে প্রবিশন্তি। অভিমন্যুঃ ধার্ত্তরাষ্ট্রাশ্চ যুযুধিরে লোকবিস্ময়কারকম্। দ্বন্দ্ব সমাসতসু ক্রিয়াগী বচন মতৌ অসুম্না ওই। হরিহরৌ তিষ্ঠতঃ। অশেংনা সমাহার দ্বন্দ্বদা সমস্তপদ অদু একবচনান্ত ওই হায়দুনা ক্রিয়া অদু একবচনান্ত ওই। মদুদি—রক্তমাংসং নিঃশেষং ভবতি। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা কর্ত্তা অদু অনি নত্রগা ময়াম অমসুং অমত্তা ওইরবা অদুগা বা, অথবা, ন বা, হায়বা অসিনা মরম ওইদুনা তোঙাম্না খংহল্লবা অদু ওইরবদি ক্রিয়া অদু একবচনান্ত ওইগনি। ইংরাজীদসু অসিগুম্বা নিয়ম লৈ। ভরদ্বাজঃ শান্তনবঃ সুতপুত্রঃ বা ন জেষ্যতি রণে পার্থসারথাববস্থিতে—অর্জুন-না সারথি ওইনা লৈরিঙৈদা ভরদ্বাজ শান্তনুগী মচা অমদি সুতপুত্র ওইরবসু লানদা জয় তৌবা ঙমলোই। পুত্রঃ কন্যা বা জনিষ্যতে তব—নহাক্কী নচানুপা নত্রগা নুপী পোক্কনি।

## পুরুষ (Person)

পুরুষ মখল অহুমনি। প্রথম পুরুষ, মধ্যম পুরুষ, উত্তম পুরুষ, অস্মদ্ শব্দদা উত্তম পুরুষ, যুষ্মদ্ শব্দদনা মধ্যম পুরুষ অমসুং মদুদগী তোঙানবা অতোপ্পা শব্দদনা প্রথম পুরুষনি হায়না খংনগনি। ইংরাজীদা উত্তম পুরুষপু (ফার্ষ্ট পার্সন), মধ্যম পুরুষপু (সেকেণ্ড পার্সন), অমদি প্রথম পুরুষপুনা (থার্ড পার্সন), কৌই। সংস্কৃত-তদি ফার্ষ্ট পার্সন কৌই।

কনাগুম্বা ইকাই খুম্মনিঙাই ওইবা মীবু কৌদুনা হায়বদা মধ্যম পুরুষকী ওন্নতৈনবদা প্রথম পুরুষ শিজিন্নে। মদুদি—রাজাবু ত্বম্ হায়দদুনা 'মহারাজঃ' অসুম্না (অদোম হায়দুনা চীং-লোম্বা মিঙৌ) শিজিন্নে।

ভবদ্ হায়বা শব্দসিগী অর্থ অদোম (নং) হায়বনি, তৌইগুম্বসুং মসি মধ্যম পুরুষ নত্তে, প্রথম পুরুষনি। খুদম, ভবান্ বদতি। ('বদসি' হায়দে)।

বাক্য অমদা তোঙান তোঙানবা পুরুষকী কর্তা হায়বদি উত্তম পুরুষ, মধ্যম পুরুষ, অমসুং প্রথম পুরুষকী কর্তা অদু 'চ' (অমসুং) না মরম ওইদুনা তিনশিন্নরবদি ক্রিয়া অদু উত্তম পুরুষ ওইগনি; উত্তম পুরুষকী কর্ত্তা অদু ক্রিয়াগী মখক্তা লৈগনি। খুদম—রামঃ ত্বম্ অহঞ্চ গৃহং গমিষ্যামঃ। মধ্যম পুরুষ অমসুং প্রথম পুরুষ অনি প্রয়োগ

তৌরবদি ক্রিয়া অদু মধ্যম পুরুষ ওইগনি ; মধ্যম পুরুষকী কর্ত্তা অদুনা ক্রিয়াগী মথক্তা লৈগনি। খুদম, রামঃ ত্বঞ্চ গচ্ছতম্। তৌইগুম্বসুং তোঙান তোঙানবা পুরুষকী কর্ত্তা অদু বা, অথবা, নবা-না মরম ওইদুনা তোঙানহল্লবদা ক্রিয়া অদুগী মরক খন্দবা মথক্তা কর্ত্তা অদু লৈগনি; ক্রিয়া অদু মহাক্কা চানবা পুরুষ অদু ফংগনি। খুদম—ত্বং অহং বা ত্যক্ষ্যামি প্রাণান্ রণে। ত্বং তব ভ্রাতরো বা গয়াং গচ্ছেয়ুঃ। তব ভ্রাতরঃ ত্বং বা গয়াং গচ্ছেঃ।

## নৈনবা

**সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌঃ**—তশেং তশেংনা ঐনা নঙোন্দা হায়রি। মহাক্কা নিংশিংলম্মী, মতম অদুগী অয়োনবা বা অদু। মসি অযব্বা বাফমনি। মতম অদুদা মহাক লাক্কদ্রা? মহাক্কা মফম অদুদা মহাক্কী মচাগা লোয়ননা চংলম্মী। হরিনা শিবা ফাওবা সেবা তৌগনি। মহাক অসি লায়ররবসু ধর্ম্ম লৈবা মী অমদি ওইরম্মী। অদু ওইরবদি নহাক চংলূদনা কান্নদে। মহাক অসি মপূং ফাবা অঙকপা মী অমা ওইরম্মী। মহাক অসি পোকপদগী হৌনা মমিৎ তাংলম্মী। নং অয়ুক ঙম্না হৌগৎকদবনি। নুমিদাংবাইরমদা তুমলোইদবনি। শগোল অদুনা তপ্না-তপ্না চংশিল্লম্মী। হৌজিক নহাক চংকদবনি। কন্যাদানদি অমুক্তং তৌগনি। নহাক্কা মহাক অদু উনগে হায়রবদি খুনা চংলু! হুই অদুনা বনগী মায়কৈরোমদা চেল্লম্মী। নং ইবা অমসুং পাবা হৈব্রা? হোয়! ঐ ঙম্মী, হৈ। সুমম্রনা হায়বা হৌগৎলম্মী। নুংথিন্দা তুমগনু। তুরেলগী নাক-য়েৎ অনিমক্তা উ ময়াম হৌই। অমমম ওইনা চংলু। নহাক অসি মতম কুইনগী তুংদা উরম্মী। ঐ হয়েং মফম অসিদা লাক্কনি। অয়াম্বা সহর খুদিংদা খবর লৈরম্মী। ঐখোয় মতম অমত্তদা মফম অসিদা থুংই।

**অরাপবা চ্ছোকউঃ**—সত্যং বদ, মিথ্যাং নবদ। প্রাতেশয্যাং মুঞ্চ। তেন ন্নয়মেন উক্তম্। নক্তে দধি ন ভুঞ্জীত। শিক্ষকস্য সাক্ষাতে কলহো ন কর্ত্তব্যঃ। সহসাং নদ্যাং পপাত। তস্য পিতা স্বরং গতঃ। মৃষাং ন ব্রবীসি। সা ঝটিত্যা আগতা। মা দিবায়াং স্বাপীঃ। ময়া তাবতেন মূর্খেন দরিদ্রেণ চ। সর্ব্বেষাম্ উপরে তিষ্ঠেৎ। দেবী ঈষতা কুপিতা। তেন সাম্প্রতেন তত্র গতম্। বয়ম্ একত্রে তিষ্ঠেম। অবশ্যেন তেন স্বকর্ম্মফলং ভোক্তব্যম্। যদি অন্যত্রে যাসি তৎ বিত্তম্ অত্রে স্থাপয়। রাজা উপাংশুনা মন্ত্রয়েৎ। দিষ্ট্যা ভবান্ বর্দ্ধতে। তস্য কৃতায় মে নিশ্বাসঃ। ত্বয়া মম নিকষয়া স্থাতব্যম্। রামস্য পশ্চাতে সীতা গচ্ছতি। ভূয়সা এবং ন বক্তব্যম্। নবধাং কুললক্ষণং ব্রুবন্তি। অবিহরিণা গোপাস্তস্থুঃ। বহুশেন ময়া নিবারিতম্। প্রাসাদা ধূলিসাতা ভবন্তি। যথাশক্তিং পরেষাং উপকারং কুরু।

---

# সমগ্র ব্যাকরণ কৌমুদী

## অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা শরুক

### তিঙন্ত প্রকরণ
### (ধাতুগী মতাং)

১। ক্রিয়া খংনবা প্রকৃতি অদুবু ধাতু কৌই। খুদম—ভূ, স্থা, গম্, দৃশ্, কৃ, হস্ অসিনচিংবা। ধাতুগী মখাদা বিভক্তি তরাখক লৈ। মদুদি—লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্, লুট্, লৃট্, লৃঙ্, আশীলিঙ্, লিট্, লুঙ্। বিভক্তি অসিগী পুরুষ অহুম লৈ। প্রথম পুরুষ, মধ্যম পুরুষ, উত্তম পুরুষ। অস্মদ্ শব্দদা উত্তম পুরুষ খংনগনি, যুষ্মদ্ শব্দদনা মধ্যম পুরুষ খংনগনি অদুগা মসিদগী তোঙানবা অয়াম্বা শব্দদনা প্রথম পুরুষ খংনগনি। পুরুষ অমমমদা বিভক্তিগী বচন অহুম অহুম লৈ। একবচন, দ্বিবচন, বহুবচন অসুম্না।

২। ধাতুগী বিভক্তি পুম্নমক মখল অনি খোক্লা খায়দোকই। অহানবা শরুকপু পরস্মৈপদ, অনিশুবা শরুকপুনা আত্মনেপদ কৌই। বিভক্তি খুদিংগী মশক তরানিপালনি; পরস্মৈপদদা মাপল, আত্মনেপদদা মাপল। খোইদোক হেন্দোক্লা পরস্মৈপদদা মরিফুতরা, আত্মনেপদদা মরিফুতরা, লোইনা পুনশিল্লগা বিভক্তিগী মশক অসি চামগা মরিফুনি। বিভক্তিগী মশক চামগা মরিফু অদুগী মশক অদু অমমম ওইনা মমিংশিং উংলি।

## বিভক্তিগী মশক

### লট্ (বর্ত্তমানকাল) হৌজিক ওইরিবা মতম

#### পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | তি | সি | মি |
| দ্বিবচন | তস্ | থস্ | বস্ |
| বহুবচন | অন্তি | থ | মস্ |

#### আত্মনেপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | তে | সে | এ |
| দ্বিবচন | আতে | আথে | বহে |
| বহুবচন | অন্তে | ধ্বে | মহে |

## লোট্ (যৌনাবদা পিজিরবা) পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | তু | হি | আনি |
| দ্বিবচন | তাম্ | তম্ | আব |
| বহুবচন | অন্তু | ত | আম |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | তাম্ | স্ব | ঐ |
| দ্বিবচন | আতাম্ | আথাম্ | আবহৈ |
| বহুবচন | অন্তাম্ | ধ্বম্ | আমহৈ |

## লঙ্ (হৌখিবা কুইত্রিবদা) পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | দ্ | স্ | অম্ |
| দ্বিবচন | তাম্ | তম্ | ব |
| বহুবচন | অন্ | ত | ম |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ত | থাস্ | ই |
| দ্বিবচন | আতাম্ | আথাম্ | বহি |
| বহুবচন | অন্ত | ধ্বম্ | মহি |

## বিধিলিঙ্ (তৌগদবা তাকপা) পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | যাৎ | যাস্ | যাম্ |
| দ্বিবচন | যাতাম্ | যাতম্ | যাব |
| বহুবচন | যুস্ | যাত | যাম |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ঈত | ঈথাস্ | ঈয় |
| দ্বিবচন | ঈয়াতাম্ | ঈয়াথাম্ | ঈবহি |
| বহুবচন | ঈরন্ | ঈধ্বম্ | ঈমহি |

## লৃট্ (ওইরকদবা মতম) পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্যতি | স্যসি | স্যামি |
| দ্বিবচন | স্যতস্ | স্যথস্ | স্যাবস্ |
| বহুবচন | স্যন্তি | স্যথ | স্যামস্ |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্যতে | স্যসে | স্যে |
| দ্বিবচন | স্যেতে | স্যেথে | স্যাবহে |
| বহুবচন | স্যন্তে | স্যধ্বে | স্যামহে |

### লৃঙ্ (তৌগদবা মতম হেন্দোকগ্রবদা) পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্যৎ | স্যস্ | স্যম্ |
| দ্বিবচন | স্যতাম্ | স্যতম্ | স্যাব |
| বহুবচন | স্যন্ | স্যত | স্যাম |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্যত | স্যথাস্ | স্যে |
| দ্বিবচন | স্যেতাম্ | স্যেথাম্ | স্যাবহি |
| বহুবচন | স্যন্ত | স্যধ্বম্ | স্যামহি |

### লুট্ (ওঁইরক্কদবা) পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | তা | তাসি | তাস্মি |
| দ্বিবচন | তারৌ | তাস্থস্ | তাস্বস্ |
| বহুবচন | তারস্ | তাস্থ | তাস্মস্ |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | তা | তাসে | তাহে |
| দ্বিবচন | তারৌ | তাসাথে | তাস্বহে |
| বহুবচন | তারস্ | তাধ্বে | তাস্মহে |

### আশীর্লিঙ্ (আশীর্বাদ তৌবদা) পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | যাৎ | যাস্ | যাসম্ |
| দ্বিবচন | যাস্তাম্ | যাস্তম্ | যাস্ব |
| বহুবচন | যাসুস্ | যাস্ত | যাস্ম |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | সীষ্ট | সীষ্ঠাস্ | সীয় |
| দ্বিবচন | সীয়াস্তাম্ | সীয়াস্থাম্ | সীবহি |
| বহুবচন | সীরন্ | সীধ্বম্ | সীমহি |

### লিট্ (মিৎনা উহৌদবা হৌখিবদা) পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | অ | থ | অ |
| দ্বিবচন | অতুস্ | অথুস্ | ব |
| বহুবচন | উস্ | অ | ম |

### লুঙ্ (চুম্নসী হৌখিবদা) পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | দ্ | স্ | অম্ |
| দ্বিবচন | তাম্ | তম্ | ব |
| বহুবচন | অন্ | ত | ম |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ত | থাস্ | ই |
| দ্বিবচন | আতাম্ | আথাম্ | বহি |
| বহুবচন | অন্ত | ধ্বম্ | মহি |

### পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | তিপ্ | সিপ্ | মিপ্ |
| দ্বিবচন | তস্ | থস্ | বস্ |
| বহুবচন | ঝি | থ | মস্ |

### (*) আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ত | থাস্ | ইট্ |
| দ্বিবচন | আতাম্ | আথাম্ | বহি |
| বহুবচন | ঝ | ধ্বম্ | মহিঙ্ |

---

* পাণিনিনা অহানবদা অসুম্না বিভক্তি ১৮ অসি উৎলগা মথোয়শিং অসিগী মফমদা মখঙ্ মখঙ্ ওইনা বিভক্তি ১৮০ থোক্লা আদেশ তৌখোকই। বোপদেবনচিংবা ব্যাকরণ হৈবা পণ্ডিতশিংনা পাণিনিগী মতুং ইন্দনা মতম অমত্তদা বিভক্তি ১৮০ হেক্তা উৎলি। অহানবা বিভক্তি তিপ্‌কী অহানবা বিভক্তি তি অমসুং অরোইবা বিভক্তি মহিঙ্-গী অরোইবাময়েক ঙ্ অসুম্না অহৌবা অমসুং অরোইবা ময়েক অনি অসি লৌরগা ব্যাকরণ হৈবা পণ্ডিতশিংনা ধাতু বিভক্তিগী তিঙ্ হায়বা মমিং অসি উৎলি। ধাতুগী মমৈদা তিঙ্ হাপ্লগা পদ থোরকই, মরম অসিদগী অসিগুম্বা পদ অসিবু তিঙন্ত পদ কৌই।

## লট্-নচিংবা বিভক্তিগী শিজিন্নফম

১। ধাতুগী মথাদা লট্ লোট্-নচিংবা বিভক্তি মখল তরা অসি লৈ। ক্রিয়াগী তোঙান তোঙানবা কাল (মতম) খংনবদা অসিগুম্বা বিভক্তি তরা অসি শিজিন্নৈ। অদুগুম্বা ক্রিয়া অদু বর্ত্তমান (হৌজিক ওইবা) কালদা পাংথোকপা খংনবদা হায়বদি বর্ত্তমান কালগী ক্রিয়াগী ধাতুগী মথাদা লট্ বিভক্তি ওই। খুদম—বিদ্যা বিনয়ং দদাতি (মহৈনা নোল্লুকপা পি)। মম বন্ধুরাগচ্ছাতি (ঐগী মরূপ লাকই), অস্তি লঙ্কা নাম পুরী (লঙ্কা কৌবা কোনুং অমা লৈ)।

২। অনুজ্ঞা (যাথং), যৌদাবা, নিমন্ত্রণ, অনুরোধ, প্রার্থনা (হায়জবা) অসিনচিংবা খংনবা ধাতুগী মথাদা লোট্ বিভক্তি ওই। খুদমঃ—

ক্ষণমপেক্ষস্ব—মিংকুপ অমত্তং য়েংউ।
রামো গচ্ছতু বনম্—রাম বন চৎসনু।
কুরু এতৎ কার্য্যম্—থবক অসি তৌ।
ইহ ভুঙ্ক্তাম্ ভবান্ অদ্য—ঙসি মফম অসিদা অদোম্না হাবিয়ু।
ময়ি দৃষ্টিপ্রসাদং কুরু—ঐঙোন্দা থৌজানহৈবা উৎপিয়ু।

(অনুজ্ঞা) য়াথং পিব-নচিংবা খংনবা ধাতুগী মথাদা বিধিলিঙ্ অসিসু শিজিন্নৈ।

৩। অতীত কাল (হৌখিবা মতম) খংনবদা ধাতুগী মথাদা লঙ্ (লিট্অমদি লুঙ্) বিভক্তি ওই। মদুদি—রামো নাম রাজা অভবৎ (বভূব, অভূৎ) রাম কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। কৃষ্ণঃ কংসমহন্ (জঘান, অবধীৎ)—কৃষ্ণনা কংসবু হাৎলম্মী।

৪। বিধি (নিয়ম) অর্থদা ধাতুগী মথাদা বিধিলিঙ্ বিভক্তি ওই। বিধি অসি মখল অনি শুই। প্রবর্ত্তনা (অফবা থবক্তা চংশিনবা) অমদি নিবর্ত্তনা (ফত্তবা থবক্তগী হন্দোকপা)। খুদম——সদা সত্যং বদেৎ (মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা ঙাংগদবনি)। পরস্য দ্রব্যং নাপহরেৎ—অতোপ্পগী মরল লৌরোইদবনি।

৫। ভবিষ্যৎ কাল খংনবা ধাতুগী মথাদা লৃট্, লুট বিভক্তি ওই। মদুদি—স তত্র গমিষ্যতি (গন্তা) মহাক মফম অদুদা চৎকনি। কক্ষী ভবিষ্যতি (ভবিতা)—কক্ষী পোক্লকনি।

৬। আশীর্ব্বাদ অর্থদা ধাতুগী মথাদা আশীর্লিঙ্ (অফবা, মঙ্গল ওইবা শিনবা) বিভক্তি ওই। মদুদি—চিরং জীব্যাঃ (মতম শাংনা হিংসনু)। তব পুত্রো ভূয়াৎ (নহাক্কী নচানুপা পোকপা ওইসনু)। আশীর্ব্বাদ অর্থদা লোট্‌সু শিজিন্নৈ।

## ধাতু-বিভাগ (ক্রিয়া)

৩। সংস্কৃতকী ধাতু পুম্নমক মখল তরা খোক্লা খায়দোকই। মখল অমমমগী মমিং গণ কৌই। ভ্বাদি, তুদাদি, দিবাদি, স্বাদি, ক্র্যাদি, তনাদি, রুধাদি, অদাদি, হ্বাদি, চুরাদি পুম্নমক্না গণ তরা অসিনি।

ভ্বাদ্যদাদী জুহোত্যাদির্দিবাদিঃ স্বাদিরেবচ।
তুদাদিশ্চ রুধাদিশ্চ তনক্র্যাদিচুরাদয়ঃ।।

## সাধারণ নিয়ম

৪। বিভক্তিগী অকার অমদি একারনা মখাদা লৈরবদা মখক্তা লৈবা অকারগী লোপ ওই। মদুদি—ভব+অন্তি=ভবন্তি; সেব+এ=সেবে।

৫। বিভক্তিগী ম অমদি ব-না মখাদা লৈরবদা মখক্তা লৈবা অকারগী মফমদা আকার ওই। মদুদি—ভব+বস্=ভবাবঃ, ভব+মস্=ভবামঃ।

৬। অকারগী মখাদা লৈবা আতে, আথে, আতাম্, আথাম্, হায়বা বিভক্তি কয়া অসিগী আকারগী মফমদা ইকার ওই। খুদম—সেব+আতে=সেবেতে; সেব+আথে=সেবেথে; সেব+আতাম্=সেবেতাম্; সেব+আথাম্=সেবেথাম্।

৭। অকারগী মখাদা লৈবা বিধিলিঙ্গী য়ুস্-কী মফমদা ইয়ুস্ অমসুং য়াম্গী মফমদা ইয়ম্ ওই; মদুদগী তোঙানবা অয়াম্বা য়া-ভাগগী (য়া হায়বা শরুক্কী) মফমদা ই ওই। খুদম—ভব+য়ুস্=ভবেয়ুঃ, ভব+য়াম্=ভবেয়ম্, ভব+য়াৎ=ভবেৎ; ভব+য়াতাম্=ভবেতাম্।

৮। অকার অমসুং উ, নু হায়বা আগম অনি অসিগী মখাদা লৈরিবা হি বিভক্তিগী লোপ ওই। খুদম—ভব+হি=ভব ; কুরু +হি=কুরু ; শৃণু+হি=শৃণু; নু অসি অতোপ্পা ময়েক্কা তিন্নরবদি হি বিভক্তি লোপ ওইরোই। খুদম—আপ্নু+হি =আপ্নুহি।

৯। বর্গগী অহানবা, অনিশুবা, অহুমশুবা অমদি মরিশুবা ময়েক নত্রগা শ্, ষ্, স্, হ্ হায়বা ময়েকশিং অসিগী মখাদা লৈরিবা হি-গী মফমদা ধি ওই। খুদম—বিদ্+হি =বিদ্ধি।

১০। অকার নত্তবা ময়েক্কী মখাদা লৈরিবা অন্তে, অন্তাম্, অন্ত হায়বা বিভক্তি অহুম অসিগী নকার লোপ ওই। খুদম—আস্+অন্তে=আসতে; আস্+অন্তাম্=আসতাম্; আস্ + অন্ত=আসত । ধাতু অদু অনি ওইবা মওংদদি অন্তি অমদি অন্ত বিভক্তি অসিতগী নকার অদু লোপ ওই । খুদম—জুহ্ব + অন্তি = জুহ্বতি ; জুহ্ব + অন্ত = জুহ্বতু ।

---

(৭) ক্রিয়া অনিগী কার্য্য-কারণ (থবক অমসুং থবক অদু ওইরক্লবগী মরম)গী ভাব খংনবদা, থবক অদুগী পাংখোক্লবা মফমদা ক্রিয়া অনিমক্তা অতীতকালদা লৃঙ্ বিভক্তি ওই। মদুদি—বিদ্যা চেৎ অভবিষ্যৎ তব, তদা সুখমভবিষ্যৎ (করিগুম্বা নঙোন্দা মহৈ হৈরম্রবা অদু ওইরবদি নুঙাইরমগদবনি)। খুদম—

"নত্ত্বেমাং ধর্ষণাং রামো ব্যসহিষ্যত রাঘবঃ।
নাধারয়িষ্যদ্ যদি তে গৌরবং মন্দরোপমম্।।"

রঘু শাগেদা পোক্লবা রামনা অসিগুম্বা অৱাবা অসি খাংলমদ্রবদি নহাক্কী চিংগুম লেংদ্রবা ঈজ্জৎ অসি শীংথানরম্রোইদবনি।

(৮) করিগুম্বা থবক অমা তৌবগী ফল অদু কর্ত্তানা ফংবা তারবা হায়বদি ক্রিয়াগী ফল অদুনা মশাগীদমক্তা অপাম্বা ওইরবা অদু ওইরবদি ধাতুগী মখাদা আত্মনেপদ বিভক্তি ওই অমসুং ক্রিয়াগী ফল অদু মশাগী ওইনা পাংখোক্রবা অদু ওইরবদি পরস্মৈপদ ওই। খুদম—যজতে বিপ্রঃ (ব্রাহ্মণনা মশাগীদমক্তা যজ্ঞ তৌই)। যজতি বিপ্রঃ (ব্রাহ্মণনা যজমানগীদমক্তা যজ্ঞ তৌই)। (আত্মনে+পদম্=আত্মনেপদম্; পরস্মৈ+পদম্=পরস্মৈপদম্ ; অলুক সমাস)।

১১। অভ্যস্ত (অনি ওইবা) ধাতুগী মথাদা লৈরিবা লঙ্ বিভক্তিগী অন্-গী মফমদা উস্ ওই; অসিগুম্বা উস্ অসিনা মথাদা লৈরবদা, মমৈশৎবা স্বরগী গুণ ওই। অজুহ+অন্=অজুহবুঃ।

১২। লঙ্, লুঙ্ অমদি লৃঙ্ বিভক্তিনা মথাদা লৈরবদা ধাতুগী অহৌবদা অকার আগম ওই। খুদম—অভবৎ, অভূৎ, অভবিষ্যৎ। মা অমদি মাস্ম শব্দগা লৈমিন্নরবদি ওইরোই। খুদম—মা ভবৎ, মাস্ম ভূৎ।

১৩। লঙ্, লুঙ্ অমদি লৃঙ্ বিভক্তিদা ধাতুগী মথক্তা লৈবা ই,ঈ-গী মফমদা ঐ, উ, ঊ-গী মফমদা ঔ অমসুং ঋ-গী মফমদা আর্ ওই। খুদম, ইন্দ্—ঐন্দীৎ; ঈহ্—ঐহিষ্ট; উখ্—ঔখীৎ; ঊহ্—ঔহিষ্ট; ঋচ্ছ্—আর্চ্ছৎ। মা অমদি মাস্ম শব্দগা লৈমিন্নরগদি ওইরোই। খুদম—মা ঈহিষ্ট; মাস্ম ঋচ্ছৎ।

১৪। ব্যঞ্জন বর্ণগী মথাদা লৈরবদি, লঙ্-গী দ্, স্ হায়বা বিভক্তি অনি অসিগী লোপ ওই। খুদম—অবেদ্+দ্=অবেৎ।

১৫। স্বরবর্ণ-না মথাদা লৈরবদি ধাতুগী মমৈদা লৈবা ই,ঈ-গী মফমদা ইয়্ অমসুং উ, ঊ-গী মফমদা উব্ ওই (১)। খুদম—অধি+ই+অতে=অধীয়তে; স্তু+অন্তি =স্তুবন্তি।

১৬। করিগুম্বা ধাতু অদুনা স্বর অমদগী হেন্না য়াওরবা (২) অদু ওইরবদি ই, ঈ-গী মফমদা য ওই (৩)। খুদম—দীধী+ঈত=দীধ্যীত, নিনী+ইরে=নিন্যিরে।

১৭। মান্নদবা স্বরময়েক্তা মথাদা লৈরবদা অভ্যস্ত ধাতুগী মথক থংবা শরুক্তা লৈবা ই, ঈ-গী মফমদা ইয়্ ওই; উ, ঊ-গী মফমদা উব্ ওই। খুদম—ই+আয়=ইয়ায; উ +ওষ=উবোষ।

১৮। চ, ছ, জ, শ, ষ, হ, ঘ হায়বা ময়েকশিং অসিগী মথাদা দন্ত্য-স্ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা ক্ষ ওই। খুদম—বচ্+স্যতি=বক্ষ্যতি; প্রচ্ছ্+স্যতি=প্রক্ষ্যতি; যজ্ +স্যতি=যক্ষ্যতি।

১৯। ছ নত্রগা তালব্য শকারগী মথাদা ত্ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা ষ্ট ওই; থ্ লৈরবদি ষ্ঠ ওই। খুদম—প্রচ্ছ্+তা=প্রষ্টা; দ্রশ্+তা=দ্রষ্টা।

২০। ছ্, তালব্য-শ্, মূর্দ্ধন্য-ষ্ হায়বা অহুম অসিগী মথাদা ধ্ লৈরবদি ছ্, শ্, ষ্-গী মফমদা ড্; ধ্-গী মফমদনা ঢ্ ওই। খুদম—অপ্রছ্+ধ্বম্=অপ্রড্‌ঢ্বেম্, অবেশ্+ধ্বম্ =অবেড্‌ঢ্বেম্; অবেষ্+ধ্বম্=অবেড্‌ঢ্বেম্।

২১। ত্ নত্রগা থ-না মথাদা লৈরবদা চ্ অমসুং জ্-গী মফমদা ক্ ওই; অদুগা ধ-না মথাদা লৈরগনা গ্ ওই। খুদম—মোচ্+তা=মোক্তা, যোজ্+তা=যোক্তা।

২২। মৃজ্, সৃজ্, যজ্ হায়বা ধাতু অহুম অসিগী জকারগী মথাদা ত্ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা ষ্ট ওই; থ্ লৈরবদি ষ্ঠ ওই; অদুগা করিগুম্বা ধ্ লৈরবদি জ্-গী মফমদা ড্ অমসুং ধ্-গী মফমদা ঢ্ ওই। মদুদি—যজ্+তা=যষ্টা, অসৃজ্+ থাঃ=অসৃষ্ঠাঃ।

২৩। ত্, থ্, ধ-না মথাদা লৈরবদা হকারগী লোপ ওই, অদুগা ত্,থ্, ধ্-গী মফমদা ঢ্ ওই; লোপ ওইখ্রিবা হকার অদুগী মথাদা লৈরিবা হ্রস্ব (৪) স্বর অদু দীর্ঘ ওই (৫)। মদুদি—গুহ্+তঃ=গূঢ়ঃ, লিহ্+তঃ=লীঢ়ঃ।

২৪। দহ্, দিহ্-নচিংবগী হকারগী মথাদা ত্, থ অমদি ধ্ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা গ্ধ ওই। মদুদি—দহ্+তম্=দগ্ধম্; দিহ্+তম্=দিগ্ধম্; দুহ্+তম্=দুগ্ধম্; অদহ্ +থাঃ=অদগ্ধাঃ (৬)।

---

(১) গুণ অমসুং বৃদ্ধি ওইবা য়াবগী মওং লৈরবসু ওইরোই।
(২) অভ্যস্ত ওইরগা অমদগী হেনবা স্বরনা তিন্নবতদ্রা ওই।
(৩) ইকার অমসুং ঈকার অমদি তপ্পবা ময়েক্তা লোয়নরবদি ইয়্ ওই।
(৪) ঋকারদি য়াওদনা।
(৫) সহ্ অমদি বহ্ ধাতুগী লুপ্ত হকারগী মথক্তী অকার অদু ওকার ওই।
(৬) নহ্ ধাতুগী হকারগী মথাদা ত্, থ্, ধ্ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা দ্ধ ওই।
খুদম—নহ্+তম্=নদ্ধম্।

২৫। মুহ্-নচিংবা ধাতুগী হকারগী মথাদা ত্, থ্ নত্রগা ধ্ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা ঢ় ওই; নত্রগা হকারগী লোপ ওই অমদি ত্, থ্, ধ-গী মফমদা ঢ় ওই অদুগা লোপ ওইখ্রিবা হকার অদুগী মথক্তা লৈরিবা হ্রস্ব স্বর অদু দীর্ঘ ওই। মদুদি—মুহ্+তঃ =মুগ্ধঃ, মূঢ়ঃ।

২৬। বিভক্তিগী স্ অমসুং ধ্-না মথাদা লৈরবদা নত্রগা বিভক্তি লোপ ওইরবদা দহ্, বুধ্-নচিংবা ধাতুগী মথক্তা লৈবা বর্গ-গী অহুমশুবা ময়েক্কী মফমদা মরিশুবা ময়েক ওই। মদুদি—দহ্+স্যতি=ধক্ষ্যতি; অবুধ্+সাতাম্=অভুৎসাতাম্।

২৭। বিভক্তিগী ধ্-না মথাদা লৈরবদা দন্ত্য স্-গী মফমদা দ্ ওই; নত্রগা সকার অদু লোপ ওই। মদুদি—অসেবিস্+ধ্বম্=অসেবিঢ্বম্, অসেবিধ্বম্।

২৮। অ, আ দি নত্তবা স্বরগী মথাদা লৈরবদি লিট্, লুঙ্ আশীর্লিঙ্ হায়বা বিভক্তি অহুম অসিগী ধ্-গী মফমদা ঢ় ওই। মদুদি,লিট্—চকৃ+ধ্বে=চকৃঢ়্বে; লঙ্—অকৃ +ধ্বম্=অকৃঢ়্বম্; আশীর্লিঙ্—কৃ+সীধ্বম্=কৃষীঢ়্বম্। য্, র্,ল্, হ্, হায়বা ব্যঞ্জন ময়েক অসিদা তপ্না ইট্-গী মথাদা ওইরবদি বিকল্প ওই। মদুদি,লিট্—শিশয়ি+ধ্বে=শিশয়িঢ়্বে, শিশয়িধ্বে ; লুঙ্—অশায়ি+ধ্বম্=অশায়িঢ়্বম্, অশায়িধ্বম্ ; আশীর্লিঙ্—শয়ি+সীধ্বম্ = শযিষীঢ়্বম্, শয়িষীধ্বম্।

২৯। ধকারগী মথাদা ত্, থ্, নত্রগা ধ্ লৈরবদি অনি অদু তিন্নরগা দ্ধ ওই। মদুদি—সিধ্+তম্=সিদ্ধম্, বিধ্+তম্=বিদ্ধম্।

৩০। ভকারগী মথাদা ত্, থ্ নত্রগা ধ্ লৈরবদি, অনি অদু তিন্নরগা ব্ধ ওই। মদুদি—আরভ্+তম্ =আরব্ধম্, লভ্+তম্=লব্ধম্।

৩১। ত্, থ্ নত্রগা দন্ত্য-স্ না মথাদা লৈরবদা দ্-গী মফমদা ত্ ওই। মদুদি—বেদ্ +তা=বেত্তা; বিদ্+থ=বিত্থ; ছেদ্+স্যতি=ছেৎস্যতি।

৩২। দন্ত্য-স্ না মথাদা লৈরবদা ধ্-গী মফমদা ত্ অমদি ভ-গী মফমদা প্ ওই। মদুদি—সেধ্+স্যতি=সেৎস্যতি; লভ্+স্যতে=লপ্স্যতে।

৩৩। লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্-দি নত্তবা বিভক্তিগী স-না মথাদা লৈরবদা ধাতুগী মমৈদা লৈবা স্-গী মফমদা ত্ ওই। মদুদি—আবাস্+সীৎ=আবাৎসীৎ; বস্+স্যতি=বৎস্যতি।

৩৪। পদগী মমৈদা লৈবা র্ অমদি দন্ত্য-স্গী মফমদা বিসর্গ ওই। মদুদি—অজ+গর্=অজাগঃ, ভব+তস্=ভবতঃ; ভব+যাস্=ভবেঃ।

৩৫। পদগী মমৈদা লৈবা বর্গগী অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা ময়েক্কী মফমদা অহানবা অমদি অহুমশুবা বর্ণ ওই। মদুদি—অভূদ্, অভূৎ; অভবদ্, অভবৎ।

৩৬। পদগী মমৈদা লৈবা চ্ অমসুং জ্-গী মফমদা ক্ ওই। (১)

৩৭। পদগী মমৈদা লৈবা ছ্, তালব্য-শ, মূর্দ্ধন্য-ষ্ অমদি হ্-গী মফমদা ট্ নত্রগা ড্ ওই।

৩৮। দকার-না মথক্তা লৈবা ধাতুগী পদগী মমৈদা লৈবা হ্-গী মফমদা ক্ ওই।

৩৯। বর্গ অমত্তগী ময়েক অহুম পুল্লা লৈমিন্নরবদা ময়াইথংবা ময়েক অদু লোপ ওই। মদুদি—রুন্ধ্+ধি=রুন্ধি।

৪০। লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্দি নত্তবা বিভক্তিদা একারান্ত, ঐকারান্ত অমদি ওকারান্ত ধাতু অদু আকারান্ত (আকারনা মমৈদা লৈবা) ওই। মদুদি,ধে+তা=ধাতা, ত্রৈ +সীষ্ট=ত্রাসীষ্ট, সো+স্যতি=সাস্যতি।

## কর্তৃবাচ্য

কর্তৃবাচ্যদা ধাতু মখল অহুম লৈ। মদুদি—পরস্মৈপদী, আত্মনেপদী, উভয়পদী অসুম্না। পরস্মৈপদী ধাতুগী মথাদা পরস্মৈপদগী বিভক্তি, আত্মনেপদী ধাতুগী মথাদা আত্মনেপদগী বিভক্তি, উভয়পদী ধাতুগী মথাদা উভয়পদগী বিভক্তি ওই।

ধাতুদা উত্তম পুরুষকী বিভক্তি হাপচিল্লগা অস্মদ্ শব্দগী ক্রিয়া (উত্তম পুরুষ), মধ্যম পুরুষকী বিভক্তি হাপচিল্লগা যুস্মদ্ শব্দগী ক্রিয়া (মধ্যম পুরুষ), প্রথম পুরুষকী বিভক্তি হাপচিল্লগা অস্মদ্, যুস্মদ্ নত্তবা অতৈ পুম্নমক্কী ক্রিয়া (প্রথম পুরুষ) থংনগনি।

---

(১) পদগী মমৈদা লৈবা মৃজ ধাতুগী জ্-গী মফমদা ট্ ওই।

কর্তৃবাচ্যদা কর্তা খংনবা য়াহৈদা লৈবা বিভক্তি অমসুং বচন অদু ক্রিয়াপদ অদুদসু অদুগুম্বা বচন অমসুং বিভক্তি অদু চপমান্নবা লৈগনি; হায়বদি কর্তাদা একবচনগী বিভক্তি লৈরবদি ক্রিয়াপদ অদুদসু একবচনগী বিভক্তি অদু লৈগনি; কর্তৃপদদা দ্বিবচনগী বিভক্তি লৈরবদি ক্রিয়াপদদসু দ্বিবচনগী বিভক্তি ওইগনি। কর্তৃপদদা বহুবচনগী বিভক্তি লৈরগনা ক্রিয়া পদদসু বহুবচনগী বিভক্তি ওইগনি। মদুদি—অহং গচ্ছামি, আবাং গচ্ছাবঃ, বয়ং গচ্ছামঃ।

লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্ হায়বা বিভক্তি মরি অসিদা গণ খেন্নবগী মতুংইন্না ধাতুগী মশাক তোঙান তোঙান্না লৈ; মরম অসিনা হায়রিবা বিভক্তি মরি অসিদা গণ অমমমগী ধাতুগী মশাক তোঙান তোঙান্না উংলি। মদুদগী তোঙানবা অতোপ অতোপ্পা বিভক্তিদা গণ খেন্নরবসু মশাক তোঙানদে। মরম অসিনা বিভক্তি অমমমদা অমাম্বা গণ খুদিংদা ধাতুগী রূপদুতা য়েংবিগনি।

## লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্

### তুদাদি

৪১। লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্ হায়বা বিভক্তি মরি অসিদা তুদাদিগণ চংপা ধাতুগী মথাদা অ প্রত্যয় তৌই। অকার অসি মমে থংবা মযেক্তা তিনগনি।

### স্পৃশ্ সংস্পর্শনে (শোকপদা) পরস্মৈপদী

#### লট্ (বর্তমান কাল)

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্পৃশতি | স্পৃশসি | স্পৃশামি |
| দ্বিবচন | স্পৃশতঃ | স্পৃশথঃ | স্পৃশাবঃ |
| বহুবচন | স্পৃশন্তি | স্পৃশথ | স্পৃশামঃ |

#### লোট্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্পৃশতু | স্পৃশ | স্পৃশানি |
| দ্বিবচন | স্পৃশতাম্ | স্পৃশতম্ | স্পৃশাব |
| বহুবচন | স্পৃশন্তু | স্পৃশত | স্পৃশাম |

#### লঙ্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | অস্পৃশৎ | অস্পৃশঃ | অস্পৃশম্ |
| দ্বিবচন | অস্পৃশতাম্ | অস্পৃশতম্ | অস্পৃশাব |
| বহুবচন | অস্পৃশন্ | অস্পৃশত | অস্পৃশাম |

#### বিধিলিঙ্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্পৃশেৎ | স্পৃশেঃ | স্পৃশেয়ম্ |
| দ্বিবচন | স্পৃশেতাম্ | স্পৃশেতম্ | স্পৃশেব |
| বহুবচন | স্পৃশেয়ুঃ | স্পৃশেত | স্পৃশেম |

#### লৃট্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্প্রক্ষ্যতি | স্প্রক্ষ্যসি | স্প্রক্ষ্যামি |
| দ্বিবচন | স্প্রক্ষ্যতঃ | স্প্রক্ষ্যথঃ | স্প্রক্ষ্যাবঃ |
| বহুবচন | স্প্রক্ষ্যন্তি | স্প্রক্ষ্যথ | স্প্রক্ষ্যামঃ |

নত্রগা * স্পর্ক্ষ্যতি অসিনচিংবা।

---

* লৃট্কী সূত্রশিং মথাদা হায়রক্লনি; মখয় অসিদদি ছাত্রশিংগী খুদোংচানবগীদমক্তা লৃট্কী পদ অমমমতং উৎপদনি।

স্পৃশ্ অসি উপ-গা লোয়নরগা (ঙশিংবু লোকপা, ঙশিং থকপা) থংই। খুদম— উপস্পৃশতি, (তথেত্যুপস্পৃশ্য জলং পবিত্রম্—রঘুঃ)। বিশেষ্যশিং—স্পর্শঃ, স্পর্শনম্; বিশেষণম্—স্পৃষ্টঃ।

## বিজ্—ভয়চলনয়োঃ (অকিবা অমসুং চংশনা)

### আত্মনেপদী—লট্

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | বিজতে | বিজসে | বিজে |
| দ্বিবচন | বিজেতে | বিজেথে | বিজাবহে |
| বহুবচন | বিজন্তে | বিজধ্বে | বিজামহে |

### লোট্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | বিজতাম্ | বিজস্ব | বিজৈ |
| দ্বিবচন | বিজেতাম্ | বিজেথাম্ | বিজাবহৈ |
| বহুবচন | বিজন্তাম্ | বিজধ্বম্ | বিজামহৈ |

### লঙ্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | অবিজত | অবিজথাঃ | অবিজে |
| দ্বিবচন | অবিজেতাম্ | অবিজেথাম্ | অবিজাবহি |
| বহুবচন | অবিজন্ত | অবিজধ্বম্ | অবিজামহি |

### বিধিলিঙ্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | বিজেত | বিজেথাঃ | বিজেয় |
| দ্বিবচন | বিজেয়াতাম্ | বিজেয়াথাম্ | বিজেবহি |
| বহুবচন | বিজেরন্ | বিজেধ্বম্ | বিজেমহি |

### লৃট্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | বিজিষ্যতে | বিজিষ্যসে | বিজিষ্যে |
| দ্বিবচন | বিজিষ্যেতে | বিজিষ্যেথে | বিজিষ্যাবহে |
| বহুবচন | বিজিষ্যন্তে | বিজিষ্যধ্বে | বিজিষ্যামহে |

বিজ্ ধাতুগী উং-কা তিন্নরগা শেম্বা (ত্রাহনবা, পুক্লিং লাংতক্নবা, অমদি ময়াই কাহনবা) অর্থ থংই। মদুদি—সমুদ্বিজে ভবেদ্ধেতোঃ কংসাদহমধীরধীঃ ভাগবতম্। যস্মান্নোদ্বিজতে লোকঃ—ভগবদ্গীতা। বিশেষ্যঃ—বেগঃ, উদ্বেগঃ; বিশেষণ—বিগ্নঃ উদ্বিগ্নঃ।

## তিঙন্ত পদ শেম্বা

স্পৃশ্ ধাতু। লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্ বিভক্তিদা তুদাদিগণ চংশা ধাতুগী মথাদা অ-প্রত্যয় তৌই।

স্পৃশ্+অ+তি (বিভক্তি=স্পৃশতি, স্পৃশ্+অ+তস্=স্পৃশতঃ, (পদগী মমৈদা লৈবা র্ অমসুং স্ বিসর্গ ওই; (৩৪ সূত্র)।

স্পৃশ্+অ+অন্তি=স্পৃশন্তি (বিভক্তিগী অকার অমসুং একারনা মথাদা লৈরবদা মথক্তা লৈবা অকারগী লোপ ওই, ৪ সূত্র)।

(অসুম্না বিভক্তি পুন্নমক্না মথাদা লৈরবদা তুদাদিগণ ধাতুগী মথাদা অকার ওইগনি)।

স্পৃশ্+সি=স্পৃশাসি, স্পৃশ্+থস্=স্পৃশাথঃ (৩৪সূত্র)।

স্পৃশ্+থ=স্পৃশাথ, স্পৃশ্+মি=স্পৃশামি (বিভক্তিগী ম অমসুং ব-না মথাদা লৈরবদা মথক্তা লৈবা অকার অদু আকার ওই, ৫ সূত্র)।

স্পৃশ্+বস্=স্পৃশাবঃ (৫, ৩৪ সূত্র স্পৃশ্+মস্=স্পৃশামঃ (৫, ৩৪ সূত্র)।

লোট্—স্পৃশ্+তু=স্পৃশতু, স্পৃশ্+তাম্=স্পৃশতাম্, স্পৃ+অন্তু=স্পৃশন্তু (৪ সূত্র), স্পৃশ্+হি=স্পৃশ (অকার অমসুং উ, নু হায়বা আগম অনি অসিগী মথাদা লৈরিবা হি বিভক্তিগী লোপ ওই, ৮ সূত্র)।

স্পৃশ্+তম্=স্পৃশতম্, স্পৃশ্+ত=স্পৃশত, স্পৃশ্+আনি=স্পৃশানি, স্পৃশ্+আব স্পৃশাব, স্পৃশ্+আম=স্পৃশাম।

লঙ্—স্পৃশ্+দ্=অস্পৃশৎ (লঙ্, লুঙ্ অমদি লৃঙ্ বিভক্তিদা ধাতুগী মথক্তা অ লাক্কনি। ১২ সূত্র; পদগী মমৈদা লৈবা বর্গগী অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা ময়েক্কী মফমদা অহানবা, অহুমশুবা বর্ণ ওই; ৩৫ সূত্র)।

স্পৃশ্+তাম্=অস্পৃশতাম্, স্পৃশ+অন্=অস্পৃশন্, (১২ সূত্র)।

স্পৃশ্+স্=অস্পৃশঃ (১২, ৩৪ সূত্র), স্পৃশ্+তম্=অস্পৃশতম্ (১২ সূত্র), স্পৃশ্+ত =অস্পৃশত (১২, সূত্র)।

স্পৃশ্+অম্=অস্পৃশম্ (১২, ৪ সূত্র), স্পৃশ্+ব=অস্পৃশাব (১২,৫ সূত্র), স্পৃশ্+ম =অস্পৃশাম (১২, ৫ সূত্র)।

বিধিলিঙ্—স্পৃশ্+য়াৎ=স্পৃশেৎ (অকারগী মথাদা লৈবা বিধিলিঙ্গী য়ুস্‌কী মফমদা ইয়ুস্ অমদি য়াম্-গী মফমদা ইয়ম্ ওই; মসি নত্তবা অয়াম্বা য়া-গী শরুক খুদিংগী মফমদা ই ওই; স্পৃশ্+য়াৎ=স্পৃশ্+ইৎ=স্পৃশেৎ, ৭ সূত্র)। স্পৃশ্+য়াতাম্=স্পৃশেতাম্; স্পৃশ্+য়ুস্=স্পৃশেয়ুঃ (৭, ৩৪ সূত্র)। স্পৃশ্+য়াস্=স্পৃশেঃ, স্পৃশ্+য়াতম্=স্পৃশেতম্; স্পৃশ্+য়াত=স্পৃশেত। স্পৃশ্+য়াম্=স্পৃশেয়ম্। স্পৃশ্+য়াব=স্পৃশেব; স্পৃশ্+ য়াম=স্পৃশেম (৭ সূত্র)।

তুদাদিগণ পরস্মৈপদী ধাতু পুম্নমক অসুম্না থোকই।

বিজ্ ধাতু (আত্মনেপদী)। বিজ্+অ+তে=বিজতে। বিজ্+অ+আতে =বিজেতে (অকারগী মথাদা লৈরিবা আতে, আথে, আতাম্, আথাম্ হায়বা বিভক্তি কয়ামুক অসিগী আকারগী মফমদা ইকার ওই, (৬ সূত্র)।

বিজ্+অ+অন্তে=বিজন্তে (৪ সূত্র); বিজ্+সে=বিজসে, বিজ্+আথে=বিজেথে, (৬ সূত্র).বিজ্+ধ্বে=বিজধ্বে। বিজ্+এ=বিজে (৪ সূত্র), বিজ্+বহে=বিজাবহে (৫ সূত্র)। বিজ্+মহে=বিজামহে (৫ সূত্র)।

লোট্—বিজ্+তাম্=বিজতাম্, বিজ্+আতাম্=বিজেতাম্ (৬ সূত্র); বিজ্+অন্তাম্ =বিজন্তাম্ (৬ সূত্র); বিজ্+স্ব=বিজস্ব, বিজ্+আথাম্=বিজেথাম্ (৬ সূত্র), বিজ্+ধ্বম্ =বিজধ্বম্; বিজ্+ঐ=বিজৈ, বিজ্+আবহৈ=বিজাবহৈ, বিজ্+আমহৈ=বিজামহৈ।

লঙ্—বিজ্+ত=অবিজত (১২,৬, সূত্র), বিজ্+আতাম্=অবিজেতাম্ (১২, ৬ সূত্র), বিজ্+অন্ত=অবিজন্ত (১২ সূত্র)। বিজ্+থাস্=অবিজথাঃ (১২, ৩৪ সূত্র), বিজ্ +আথাম্=অবিজেথাম্ (১২, ৬ সূত্র), বিজ্+ধ্বম্=অবিজধ্বম্, বিজ্+ই=অবিজে, বিজ্ +বহি=অবিজাবহি, বিজ্+মহি=অবিজামহি।

বিধিলিঙ্—বিজ্+ঈত=বিজেত, বিজ্+ঈয়াতাম্=বিজেয়াতাম্, বিজ্+ঈরন্ =বিজেরন্, বিজ্+ঈথাস্=বিজেথাঃ (৩৪ সূত্র), বিজ্+ঈয়াথাম্=বিজেয়াথাম্, বিজ্+ঈধ্বম্=বিজেধ্বম্, বিজ্+ঈয়=বিজেয়, বিজ্+ঈবহি=বিজেবহি, বিজ্+ ঈমহি=বিজেমহি।

অয়াম্বা তুদাদিগণ আত্মনেপদী চৎপা ধাতুগী রূপ অসুম্না ওই।

অস্মদ্ শব্দগী একবচন, দ্বিবচন, বহুবচন হায়বদি অহম্ আবাং বয়ম্ মখোয় অসিনা ক্রিয়াগী উত্তম পুরুষকী কর্ত্তা ওই। খুদম—অহম্ স্পৃশামি (ঐনা শোকই), আবাং স্পৃশাবঃ (ঐখোয় অনিনা শোকই), বয়ং স্পৃশামঃ (ঐখোয়ময়াম্না শোকই)।

যুস্মদ্ শব্দগী একবচন, দ্বিবচন, বহুবচন, হায়বদি ত্বম্, যুবাং, যুয়ম্ মখোয় অসিনা ক্রিয়াগী মধ্যম পুরুষ-কী কর্ত্তা ওই। খুদম—ত্বম্ স্পৃশসি (নংনা শোকই) যুবাং স্পৃশথঃ (নখোয় অনিনা শোকই), যুয়ম্ স্পৃশথ (নখোয় ময়াম্না শোকই)।

অস্মদ্, যুস্মদ্ নত্তবা অতোপ্পা অয়াম্বা শব্দগী একবচন, দ্বিবচন, বহুবচন-না ক্রিয়াগী প্রথম পুরুষকী একবচন, দ্বিবচন, বহুবচনগী কর্ত্তা ওই। মদুদি—বালকঃ (নরঃ, রামঃ, সঃ) স্পৃশতি (নুপামচানা নত্রগা মীনা, রামনা, মহাক্না)শোকই। বালকৌ, নরৌ, রামৌ, তৌ) স্পৃশতঃ(নুপামচা অনিনা নত্রগা রাম অনিনা, নত্রগা মী অনিনা, মখোয় অনিনা) শোকই। বালকাঃ (নরাঃ, রামাঃ, তে) স্পৃশন্তি(নুপামচাশিংনা নত্রগা মী ময়াম্না, রাম ময়াম্না, অমদি মখোয় ময়াম্না) শোকই।

মতৌ অসুম্না লোট্ বিভক্তিদা সঃ স্পৃশতু, তৌ স্পৃশতাম্, তে স্পৃশন্তু। ত্বং স্পৃশ, যুবাং স্পৃশতম্, যুয়ম্ স্পৃশত। অহম্ স্পৃশানি, আবাং স্পৃশাব। বয়ং স্পৃশাম।

লঙ্—সঃ অস্পৃশৎ, তৌ অস্পৃশতাম্, তে অস্পৃশন্। ত্বম্ অস্পৃশঃ, যুবাম্ অস্পৃশতম্, যুয়ম্ অস্পৃশত। অহম্ অস্পৃশম্, আবাং অস্পৃশাব, বয়ং অস্পৃশাম।

বিধিলিঙ্—সঃ স্পৃশেৎ, তৌ স্পৃশেতাম্, তে স্পৃশেয়ুঃ। ত্বং স্পৃশেঃ, যুবাং স্পৃশেতম্, যুয়ম্ স্পৃশেত। অহং স্পৃশেয়ম্, আবাং স্পৃশেব, বয়ং স্পৃশেম।

বিজ্—(কিব্বা, নিকপা)।

লট্—সঃ বিজতে, তৌ বিজেতে, তে বিজন্তে। ত্বং বিজসে, যুবাং বিজেথে, যুয়ং বিজধ্বে। অহং বিজে, আবাং বিজাবহে, বয়ং বিজামহে।

লোট্—সঃ বিজতাম্, তৌ বিজেতাম্, তে বিজন্তাম্। ত্বং বিজস্ব, যুবাং বিজেথাম্, যুয়ং বিজধ্বম্। অহং বিজৈ, আবাং বিজাবহৈ, বয়ং বিজামহৈ।

লঙ্—সঃ অবিজত,তৌ অবিজেতাম, তে বিজন্ত। ত্বম্ অবিজথাঃ, যুবাম্ অবিজেথাম্, যুয়ম্ অবিজধ্বম্। অহম্ অবিজে, আবাং অবিজাবহি, বয়ং অবিজামহি।

বিধিলিঙ্—সঃ বিজেত, তৌ বিজেয়াতাম্, তে বিজেরন্। ত্বং বিজেথাঃ, যুবাং বিজেয়াথাম্, যুয়ং বিজেধ্বম্। অহং বিজেয়, আবাং বিজেবহি, বয়ং বিজেমহি।

## তুদ্ (উভয়পদী—রাহনবা, পুক্লিং হোংহনবা, ময়াই কাহনবা)

### লট্—পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | তুদতি | তুদসি | তুদামি |
| দ্বিবচন | তুদতঃ | তুদথঃ | তুদাবঃ |
| বহুবচন | তুদন্তি | তুদথ | তুদামঃ |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | তুদতে | তুদসে | তুদে |
| দ্বিবচন | তুদেতে | তুদেথে | তুদাবহে |
| বহুবচন | তুদন্তে | তুদধ্বে | তুদামহে |

### লোট্—পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | তুদতু | তুদ | তুদানি |
| দ্বিবচন | তুদতাম্ | তুদতম্ | তুদাব |
| বহুবচন | তুদন্তু | তুদত | তুদাম |

### আত্মনেপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | তুদতাম্ | তুদস্ব | তুদৈ |
| দ্বিবচন | তুদেতাম্ | তুদেথাম্ | তুদাবহৈ |
| বহুবচন | তুদন্তাম্ | তুদধ্বম্ | তুদামহৈ |

### লঙ্—পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | অতুদৎ | অতুদ | অতুদম্ |
| দ্বিবচন | অতুদতাম্ | অতুদতম্ | অতুদাব |
| বহুবচন | অতুদন্ | অতুদত | অতুদাম |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচ | অতুদত | অতুদথাঃ | অতুদে |
| দ্বিবচন | অতুদেতাম্ | অতুদেথাম্ | অতুদাবহি |
| বহুবচন | অতুদন্ত | অতুদধ্বম্ | অতুদামহি |

### বিধিলিঙ্—পরস্মৈপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | তুদেৎ | তুদেঃ | তুদেয়ম্ |
| দ্বিবচন | তুদেতাম্ | তুদেতম্ | তুদেব |
| বহুবচন | তুদেয়ুঃ | তুদেত | তুদেম |

লৃট্—তোৎস্যতি (তে)।

তুদসি মর্ম্মাণি বাক্শরৈঃ (নহাক্না ৱাহৈগী তেন্না অথোৎপা মফমশিংদা খিল্লি)। তুদ্ ধাতুগী নির্ হায়বা উপসর্গ অসিগা লোয়নরগা ৱাহনবা, অৱাবা পিবা, খিনবা—নিস্তুদতি, বিশেষ্য—নিস্তোদঃ, তোত্রং (শগোল-নচিংবা ফুনবা শাজৈ), তোদনং (মখুম্)। বিশেষণ—তুন্নঃ।

৪২। লট্-নচিংবা বিভক্তি মরিদা, ইষ্ ধাতুগী মফমদা ইচ্ছ্, প্রচ্ছ্, ধাতুগী মফমদা পৃচ্ছ্, মস্জ্ ধাতুগী মফমদা মজ্জ্ অমসুং ভ্রস্জ্ ধাতুগী মফমদা ভৃজ্জ্ ওই।

## ইষ্ (পরস্মৈপদী)—ইচ্ছায়াম্ (নিংবা অর্থদা)

### লট্—পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | ইচ্ছতি | ইচ্ছসি | ইচ্ছামি |
| দ্বিবচন | ইচ্ছতঃ | ইচ্ছথঃ | ইচ্ছাবঃ |
| বহুবচন | ইচ্ছন্তি | ইচ্ছথ | ইচ্ছামঃ |

### লোট্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ইচ্ছতু | ইচ্ছ | ইচ্ছানি |
| দ্বিবচন | ইচ্ছতাম্ | ইচ্ছতম্ | ইচ্ছাব |
| বহুবচন | ইচ্ছন্তু | ইচ্ছত | ইচ্ছাম |

**লঙ্**

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | ঐচ্ছৎ | ঐচ্ছঃ | ঐচ্ছম্ |
| দ্বিবচন | ঐচ্ছতাম্ | ঐচ্ছতম্ | ঐচ্ছাব |
| বহুবচন | ঐচ্ছন্ | ঐচ্ছত | ঐচ্ছাম |

**বিধিলিঙ্**

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ইচ্ছেৎ | ইচ্ছেঃ | ইচ্ছেয়ম্ |
| দ্বিবচন | ইচ্ছেতাম্ | ইচ্ছেতম্ | ইচ্ছেব |
| বহুবচন | ইচ্ছেয়ুঃ | ইচ্ছেত | ইচ্ছেম |

লৃট্—এষিষ্যতি।

যদীচ্ছসি চিরং জীবিতুং—নংনা মতম কুহ্না হিংনিংলবদি

বিশেষ্য—ইচ্ছা, প্রতীচ্ছা, এষণম্, অন্বেষণম্, প্রেষঃ, প্রৈষাঃ।

ইষ্ ধাতুগা অনু-গা লোয়নরগা—পাম্বা, হায়জবা (রাজতো ধনমন্বিচ্ছেৎ—মনুঃ), প্রতি-গা লোয়নরগা—লৌশিনবা, আশা তৌবা (এষ খলু ত্বাং প্রতীচ্ছতি—বিক্রমাদিত্যঃ।

### প্রচ্ছ্ (পরস্মৈপদী)—জীজায়াম্ (হংবদা)

**লট্**

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | পৃচ্ছতি | পৃচ্ছসি | পৃচ্ছামি |
| দ্বিবচন | পৃচ্ছতঃ | পৃচ্ছথঃ | পৃচ্ছাবঃ |
| বহুবচন | পৃচ্ছন্তি | পৃচ্ছথ | পৃচ্ছামঃ |

লোট্—পৃচ্ছতু পৃচ্ছতাম্ পৃচ্ছন্তু; পৃচ্ছ পৃচ্ছতম্ পৃচ্ছত; পৃচ্ছানি পৃচ্ছাব পৃচ্ছাম।

লঙ্—অপৃচ্ছৎ অপৃচ্ছতাম্ অপৃচ্ছন্ অপৃচ্ছঃ অপৃচ্ছতম্ অপৃচ্ছত; অপৃচ্ছম্ অপৃচ্ছাব অপৃচ্ছাম।

বিধিলিঙ্—পৃচ্ছেৎ পৃচ্ছেতাম্ পৃচ্ছেয়ুঃ; পৃচ্ছেঃ পৃচ্ছেতম্ পৃচ্ছেত; পৃচ্ছেয়ম্ পৃচ্ছেব পৃচ্ছেম।

লৃট্—প্রক্ষ্যতি।

ব্রাহ্মণং কুশলং পৃচ্ছেৎ—ব্রাহ্মণদা অথবা মঙ্গল হঙ্গদবনি।

আ+প্রচ্ছ্ (আত্মনেপদী) বিদায়গী মতমদা যাথং পীবদা—ব্রজাপৃচ্ছস্ব সুহৃজ্জনম্—রামায়ণম্, আপৃচ্ছে ত্বাং প্রিয়বক্তো। বিশেষ্য—পৃচ্ছা, প্রশ্নঃ, বিশেষণ—পৃষ্টঃ।

### মস্জ্ ধাতু (পরস্মৈপদী)—মজ্জৌ (লেংবদা, ঈশিংদা নৃমদা)

**লট্**

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | মজ্জতি | মজ্জসি | মজ্জামি |
| দ্বিবচন | মজ্জতঃ | মজ্জথঃ | মজ্জাবঃ |
| বহুবচন | মজ্জন্তি | মজ্জথ | মজ্জামঃ |

লোট্—মজ্জতু মজ্জতাম্ মজ্জন্তু; মজ্জ মজ্জতম্ মজ্জত; মজ্জানি মজ্জাব মজ্জাম।

লঙ্—অমজ্জৎ অমজ্জতাম্ অমজ্জন্; অমজ্জঃ অমজ্জতম্ অমজ্জত; অমজ্জম্ অমজ্জাব অমজ্জাম।

বিধিলিঙ্—মজ্জেৎ মজ্জেতাম্ মজ্জেয়ুঃ; মজ্জেঃ মজ্জেতম্ মজ্জেত; মজ্জেয়ম্ মজ্জেব মজ্জেম।

লৃট্—মঙ্ক্ষ্যতি।

মস্জ্ ধাতু অসি উৎ-কা তপ্পরবদি—খোরকপা, চৌগৎলকপদা—বন্যঃ সরিতো গজ উন্মমজ্জ—রঘুঃ। মস্জ্ ধাতুগা নি-গা লোয়নরগা—নুপথবা অমসুং মাংবা অর্থদা—একো হি দোষো গুণসন্নিপাতে নিমজ্জতীন্দোঃ কিরণেষিবাঙ্কঃ—কুমারঃ।

বিশেষ্য—মজ্জা (অস্থিসারঃ)। উন্মজ্জনং, নিমজ্জনং—এবং সংসারগহনে উন্মজ্জননিমজ্জনম্—মহাভারতম্। বিশেষণ—মগ্নঃ।

## ভ্রস্জ্ (উভয়পদী)—পাকে (কৌবা, থোংবা)

### লট্—পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | ভৃজ্জতি | ভৃজ্জসি | ভৃজ্জামি |
| দ্বিবচন | ভৃজ্জতঃ | ভৃজ্জথঃ | ভৃজ্জাবঃ |
| বহুবচন | ভৃজ্জন্তি | ভৃজ্জথ | ভৃজ্জামঃ |

লোট্—ভৃজ্জতু ভৃজ্জতাম্ ভৃজ্জন্তু; ভৃজ্জ ভৃজ্জতম্ ভৃজ্জত; ভৃজ্জানি ভৃজ্জাব ভৃজ্জাম।

বিধিলিঙ্—ভৃজ্জেৎ ভৃজ্জেতাম্ ভৃজ্জেয়ুঃ; ভৃজ্জেঃ ভৃজ্জেতম্ ভৃজ্জেত; ভৃজ্জেয়ম্ ভৃজ্জেব ভৃজ্জেম।

আত্মনেপদ—লট্—ভৃজ্জতে ভৃজ্জেতে ভৃজ্জন্তে অসিনচিংবা।

লৃট্—ভ্রক্ষ্যতি (তে)।

ভৃজ্জতি অগ্নিবৎ শোকঃ—অবাবনা মৈগুম্না চাকই।

বিশেষ্য—ভর্গঃ, ভর্জনম্; বিশেষণ—ভৃষ্টঃ।

## ঋকারান্ত ধাতু

৪৩। লট্-নচিংবা বিভক্তি মরিদা হ্রস্ব ঋকারনা মমৈথংবা ধাতুগী মমৈদা লৈরিবা ঋ গী মহুমদা রিয়্ ওই।

## মৃ (আত্মনেপদী)—প্রাণত্যাগে (শিবদা)

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | ম্রিয়তে | ম্রিয়সে | ম্রিয়ে |
| দ্বিবচন | ম্রিয়েতে | ম্রিয়েথে | ম্রিয়াবহে |
| বহুবচন | ম্রিয়ন্তে | ম্রিয়ধ্বে | ম্রিয়ামহে |

### লোট্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ম্রিয়তাম্ | ম্রিয়স্ব | ম্রিয়ৈ |
| দ্বিবচন | ম্রিয়েতাম্ | ম্রিয়েথাম্ | ম্রিয়াবহৈ |
| বহুবচন | ম্রিয়ন্তাম্ | ম্রিয়ধ্বম্ | ম্রিয়ামহৈ |

### লঙ্

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | অম্রিয়ত | অম্রিয়থাঃ | অম্রিয়ে |
| দ্বিবচন | অম্রিয়েতাম্ | অম্রিয়েথাম্ | অম্রিয়াবহি |
| বহুবচন | অম্রিয়ন্ত | অম্রিয়ধ্বম্ | অম্রিয়ামহি |

### বিধিলিঙ্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ম্রিয়েত | ম্রিয়েথাঃ | ম্রিয়েয় |
| দ্বিবচন | ম্রিয়েয়াতাম্ | ম্রিয়েয়াথাম্ | ম্রিয়েবহি |
| বহুবচন | ম্রিয়েরন্ | ম্রিয়েধ্বম্ | ম্রিয়েমহি |

লৃট্—মরিষ্যতি।

নাকালে ম্রিয়তে জন্তুঃ—মতম চাদবদা জীবনা শিদে।

অনু+মৃ না মতুংইন্না শিবা অর্থদা—ত্বন্মরণে চানুমরণং করিষ্যামীতি নিশ্চয়ঃ। হিতোপদেশম্। বিশেষ্য—মৃত্যুঃ, মরণম্, মর্ত্যঃ (লোক অমা), বিশেষণ—মৃতঃ।

### ৠকারান্ত ধাতু

৪৪। লট্-নচিংবা বিভক্তি মরিদা দীর্ঘ ৠকারান্ত ধাতুগী মমৈদা লৈবা দীর্ঘ ৠকারগী মফমদা ইর্ ওই।

### কৄ (পরস্মৈপদী)—বিক্ষেপে (কান্না, লংবদা)

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | কিরতি | কিরসি | কিরামি |
| দ্বিবচন | কিরতঃ | কিরথঃ | কিরাবঃ |
| বহুবচন | কিরন্তি | কিরথ | কিরামঃ |

লৃট—করিষ্যতি (রী)।

স সমন্তাৎ ক্রীড়নকানি অকিরৎ—মহাক্না মায়কৈ খুদিংদা শান্নপোৎ ময়াম অদু লংলম্মী।

কৄ ধাতুগী সম্-গা লোয়নরগা য়ান্নবা, তিন্নবা অর্থদা—যাবদসৌ জালং সঙ্কিরতি—হিতোপদেশম্। অপ-গা তিন্নরগা চাইখোকপা অর্থদা—অপকিরতি কুসুমানি গজঃ—শামুনা লৈশিং চাইখাই। হরাওরবা শল-লাবা অদুনা চাইখাই—অপস্কিরতে বৃষভো হৃষ্টঃ—সিদ্ধান্ত কৌমুদী। অব-গা লোয়নরগা হৈথবা অমসুং কৃপশিনবা অর্থদা—কপিং বাণৈরবাকিরৎ (য়োংবু তেনশিংনা কৃপশিল্লম্মী) ভট্টিঃ। বি-গা লোয়নরগা খিকপা অর্থদা—তণ্ডুলকণান্ বিকীর্য্য—হিতোপদেশম্। সম্-গা লোয়নরগা অমসুং উৎ-কা লোয়নরগা ফাউনা খিনবা অর্থদা—মণৌ বজ্রসমুৎকীর্ণে সূত্রস্যেবাস্তি মে গতিঃ—রঘুঃ। বিশেষ্য—কিরণঃ, কিরাতঃ, কিরীটঃ (কিরীটম্)। বিশেষণ—কীর্ণঃ (চাইখাইরম্নবা)।

### মুচাদি

৪৫। লট্-নচিংবা বিভক্তি মরিদা মুচ্ ধাতুগী মফমদা মুঞ্চ্, সিচ্ ধাতুগী মফমদা সিঞ্চ্, লিপ্ ধাতুগী মফমদা লিম্প্, কৃৎ ধাতুগী মফমদা কৃন্ত্ অমসুং বিদ্ ধাতুগী মফমদা বিন্দ্ ওই।

## মুচ্ (উভয়পদী)—মোক্ষণে (থাদোকপা)
### লট্—পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | মুঞ্চতি | মুঞ্চসি | মুঞ্চামি |
| দ্বিবচন | মুঞ্চতঃ | মুঞ্চথঃ | মুঞ্চাবঃ |
| বহুবচন | মুঞ্চন্তি | মুঞ্চথ | মুঞ্চামঃ |

লৃট্—মোক্ষ্যতি (তে)।

মুঞ্চ তে ক্রোধং ময়ি—ঐঙোন্দা নহাক্কী অশাউবদু থাদোকউ।

অব+মুচ্—মরী লৈনদনা থাদোকপা, মতৌ অন্নদা, শেংনবা ফি অমা খংবদা; আ+মুচ্— কোমহুলবদা; বিশেষ্য—মুক্তিঃ, মোক্ষঃ, মোচনম্, মোচা (লফুখরো), বিশেষণ—মুক্তঃ। সিচ্-গা অভি-গা লোয়নরগা চাইখায়বদা, শেংদোকপদা—অটবী রাজ্যে অভিষিক্তঃ— হিতোঃ। উৎ-কা লোয়নরগা চাইখাইবদা, চাউখোকপা নত্রগা চাউখোক্লবা অর্থদা—ন তস্যোৎসিষিচে মনঃ—রঘুঃ। নি-গা লোয়নরগা মথক্তা থিক্কংপা; নিষিঞ্চতি। বিশেষ্য—অভিষেকঃ, উৎসেকঃ, নিষেকঃ। লিপ্-কা, অব-গা লোয়নরগা তৈবা, শেংদোকপদা, চাওখোকপদা। বিশেষ্য—অবলেপঃ, (চাউখোপগী মতৌ)।

বিদ্-গা নি-গা তিন্নরগা কখোকপদা; পরি-গা লোয়নরগা ময়াম্বা লুহোংদ্রিঙৈ মনাও লুহোংবা; বিশেষ্য—নিবেদনম্ (কখোকপা), পরিবেদনম্ (লুহোংবা), বেদনা (অৱাবা)।

## অতিরিক্ত (তোঙানবা)

লিখ (পরস্মৈপদী)—অক্ষর বিন্যাসে (ইবদা)

লট্—লিখতি লিখতঃ লিখন্তি। লিখসি লিখথঃ লিখথ। লিখামি লিখাবঃ লিখামঃ।

লোট্—লিখতু লিখতাম্ লিখন্তু। লিখ লিখতম্ লিখত। লিখানি লিখাব লিখাম।

লঙ্—অলিখৎ অলিখতাম্ অলিখন্। অলিখ অলিখতম্ অলিখত। অলিখম্ অলিখাব অলিখাম।

বিধিলিঙ্—লিখেৎ লিখেতাম্ লিখেয়ুঃ। লিখেঃ লিখেতম্ লিখেত। লিখেয়ম্ লিখেব লিখেম। লৃট্—লেখিষ্যতি। বিশেষ্য—লেখনং, লেখনী, লেখা।

লিখতি যদি গৃহীত্বা সারদা সর্ব্বকালম্ (করিগুম্বা সরস্বতীনা মতম পুম্নমক অসি লৌরগা ইরম্ববদি)।

## সৃজ্—বিয়োগে (থাদোকপা, শেম্বদা)

লট্—সৃজতি সৃজতঃ সৃজন্তি। সৃজসি সৃজথঃ সৃজথ। সৃজাবঃ সৃজামঃ।

লোট্—সৃজতু সৃজতাম্ সৃজন্তু। সৃজ সৃজতম্ সৃজত। সৃজানি সৃজাব সৃজাম।

লঙ্—অসৃজৎ অসৃজতাম্ অসৃজন্। অসৃজঃ অসৃজতম্ অসৃজত। অসৃজম্ অসৃজাব অসৃজাম।

বিধিলিঙ্—সৃজেৎ সৃজেতাম্ সৃজেয়ুঃ। সৃজেঃ সৃজেতম্ সৃজেত। সৃজেয়ম্ সৃজেব সৃজেম।

লৃট্—স্রক্ষ্যতি। ঈশ্বরো বিশ্বমসৃজৎ—ঈশ্বরনা জগৎ অসি শেম্নখী। বিশেষ্য—সৃষ্টিঃ, সর্জ্জনম্, বিসর্গ।

## তুদাদি ধাতু (য়াম্না চংনবা তুদাদি ধাতুগী কাংলুপ)

উব্জ্ (থাদোকপদা) উব্জতি, ঔব্জৎ, উব্জিষ্যতি।

কৃষ্ (উ) বিলেখনে (খোংপা, তৌথায়বদা)—কৃষতি (তে), অকৃষৎ, ক্রক্ষ্যতি নত্রগা কর্ক্ষ্যতি।

**ক্ষি** (প) নিবাসগত্যোঃ (লৈবা অমসুং চৎপদা)—ক্ষিয়তি, অক্ষিয়ৎ, ক্ষিয়েৎ, ক্ষেষ্যতি।

**ক্ষিপ্** (উভয়পদী) লংবা, হনবদা—ক্ষিপতি (তে), অক্ষিপৎ, ক্ষেপ্স্যতি (তে)। স শিলামক্ষিপস্ময়ি—মহাক্না ঐঙোন্দা নুং লংলক্কখী। প্রভুর্ভৃত্যে দোষান্ ক্ষিপতি—মপুনা মনাইদা মরাল লংশিল্লখী (পিশিল্লখী)। অধি-গা লোয়নরগা (চৈবা অমসুং ইকায়বা পিবদা)। বিশেষণ—অধিক্ষিপ্তোঽস্মি—ইকায়বা ফংলবা ঐহাক্নি। অব-গা লোয়নরগা (লংবা, হনবদা)—অবক্ষিপতি। উৎ-কা লোয়নরগা (লংবা, লংখৎপদা)—উৎক্ষিপতি। বি-গা লোয়নরগা (লংথবদা)—বিক্ষিপতি। সম্-গা লোয়নরগা (শমজিনবা অর্থদা)—সংক্ষিপতি। বিশেষ্য—ক্ষেপঃ, সংক্ষেপঃ, বিক্ষেপঃ, ক্ষেপণম্, ক্ষিপণিঃ (হি হোন্নবা নৌ)। বিশেষণ—ক্ষিপ্রঃ (থুনা), ক্ষিপ্তঃ, ক্ষেপ্তা, ক্ষেপণীয়ঃ, ক্ষিপ্সুঃ।

**গৄ** (প) নিগরণে (ওখোকপদা)—গিরতি (গিলতি), অগিরৎ (ল), গরিষ্যতি (ল) কৃ ধাতুগা মশক মান্নগনি। গৄ-গা উৎ-কা লোয়নরগা (ওখোকপদা) উদ্গিরতি। সম্-গা লোয়নরগা (রাশকপদা) সঙ্গিরতে (আত্মনেপদী)। বিশেষ্য—সঙ্গরঃ, গিলনম্।

**ত্রুট্** (প) কর্ত্তনে (ককথৎপদা) ত্রুটতি, অত্রুটৎ, ত্রুটেৎ, ত্রোটিষ্যতি।

**দিশ্** (উ) অতিসর্জ্জনে (পিবদা)—দিশতি (তে), অদিশৎ, দিশেৎ, দেক্ষ্যতি (তে), দিশ্ ধাতু আঙ্-গা লোয়নরগা (য়াথং পিবদা)—আদিশতি। উৎ-কা লোয়নরগা (লাউখোকপদা)—উদ্দিশতি। উপ-গা লোয়নরগা (পাউতাক পিবদা)—উপদিশতি। নির্-গা লোয়নরগা (উৎপদা, খিন্দুনা তাকপদা)—নির্দ্দিশতি। সম্-গা লোয়নরগা (পাউ পিবদা)—সন্দিশতি। বিশেষ্য—সন্দেশঃ।

**দৃ** (আ) আদরে (ইকায় খুম্নবদা)—সাধারণ ওইনা আ-গা লোয়নরগা শিজিন্নৈ। রূপতি মৃ ধাতুগুম্না ওই। আদ্রিয়তে, আদ্রিয়ত, আদরিষ্যতে। বিশেষ্য—আদরঃ।

**ধু** (প) কম্পনে (নিকপদা)—ধুবতি, অধুবৎ, ধুবেৎ, ধবিষ্যতি।

**নুদ্** (উ) প্রেরণে (থাবা, ইনশিনবদা)—নুদতি, নুদতে; অনুদৎ, নুদেৎ, নোৎস্যতি (তে) সংশয়ং নুদতি ছাত্রঃ (ছাত্রনা চিংনবা কোকহল্লি)। নুদ্-গা অপ-গা লোয়নরগা (তাম্বোকপা, কোকহনবদা) পাপং নুদতি সাধুঃ (সাধুনা পাপ কোকহল্লি)। পান্থঃ অপনুদতি দেহখেদান্ (লম্বী চৎপনা হকচাংগী অৱাবা কোকহল্লি)। নির্-গা লোয়নরগা (হেন্দোকপদা)— পয়ো মাংসং শাকশ্চৈব ন নির্নুদেৎ—মনুঃ। (শঙ্গোম, শা-ঙা, মনামশিংবুসু হন্দোক্লোইদবনি)। বি-গা লোয়নরগা (নুংঙাইহনবদা)—জানাসি দেবীং বিনোদয়িতুম্—শকু। (মহাক্না মহারাণীবু হরাওহনবা ঙমব্রা)? বিশেষ্য—বিনোদঃ, বিনোদনম্, অপনোদনম্, নুত্তিঃ, প্রণোদনম্।

**পৃ** (আ) ব্যাপারে (ললোনবদা) অয়াম্বা মতমদা বি নত্রগা আ-গা লোয়ননা শিজিন্নৈ। ব্যাপ্রিয়তে, ব্যাপ্রিয়ত, ব্যাপ্রিয়েত, ব্যাপরিষ্যতে; বিশেষ্য—ব্যাপারঃ।

**মিল্** (উ) মিলনে (তিন্নবদা)—মিলতি (তে), অমিলৎ, মিলেৎ, মেলিষ্যতি।

**মৃশ্** (প) পরামর্শে, স্পর্শে (শোকপদা)—মৃশতি, অমৃশৎ, মৃশেৎ, ম্রক্ষ্যতি। পরা-গা লোয়নরগা (শোকপা অমসুং খিজিনবদা)—পরামৃশতি; বি-গা তিন্নরগা (খনবদা)—বিমৃশতি।

**রুজ্**—(প) রোগে, ভঙ্গে (নাবদা, কায়বদা)—রুজতি, অরুজৎ, রোক্ষ্যতি।

**লিখ্**—(প) লেখনে (ইবদা)—লিখতি, লিখেৎ অলিখৎ, লেখিষ্যতি। বি-গা তিন্নরগা (খোৎপদা)—বিলিখতি।

**বিশ্** (প) প্রবেশনে (চংবদা)—বিশতি, অবিশৎ, বিশেৎ, বেক্ষ্যতি। উপ-গা তিন্নরগা (ফম্বদা) উপবিশতি। পরি-গা তিন্নরগা (যৌরাংদা)—পরিবিশতি; বিশেষ্য—পরিবেশনম্। সম্ অমসুং নি-গা তিন্নরগা (চংশিনবদা)—সন্নিবিশতি, সম্ অমসুং আঙ্-গা তিন্নরগা (চংবা, খংনবদা)—সমাবিশতি।

**সৃজ্** (প) বিসর্গে (থাদোকপা, শেম্বা অর্থদা)—সৃজতি, সৃজেৎ, অসৃজৎ, স্রক্ষ্যতি। উৎ অমসুং বি-গা তিন্নরগা (থাদোকপদা)—উৎসৃজতি, বিসৃজতি। বিশেষ্য —উপসর্গঃ, বিসর্গঃ ত্যাগঃ)। সম্-গা লোয়নরগা (তাইশিন্নবা, শমজিন্নবদা)—সংসৃজতি।

**স্ফুট্** (প) স্ফোটনে (হাংদোকপদা)—স্ফুটতি, স্ফুটেৎ, অস্ফুটৎ, স্ফোটিষ্যতি।

**স্ফুর্** (প) স্ফুরণে (মিহুন্নচিংবা চোংবদা)—স্ফুরতি, স্ফুরেৎ, অস্ফুরৎ, স্ফুরিষ্যতি।

## নৈনবা

১। **অনুবাদঃ**—ঐবু শোক্কনু—মাং ন স্পৃশ। করিগীদমক্তা নংনা মহাকপু শোক্কুরিবনো ?—কথং ত্বং তামস্পৃশঃ ? ঐনা নংবু শোক্লমদে—অহং ত্বাং নাস্পৃশম্। করিগীনো নংনা রামবু কিরিবদি—কিং ত্বং রামাৎ উদ্বিজথাঃ (উৎ+বিজ্) ? মখোয়না ঐবু য়েংনিংই—তে মাং দ্রষ্টুমিচ্ছন্তি ? নং মফম অদুদা চৎনিংব্রা—কিং ত্বং তত্র গন্তুমিচ্ছসি ? হরিনা চানিংলম্মী—হবিঃ ভোক্তুং ঐচ্ছৎ। মঙোন্দা অৱাবা পিগনু—তং ন তুদ। মসিনা ঐগী থম্মোই বাহল্লক্কনি—ইদং মম মানসং তোৎস্যতি। ঐনা নঙোন্দা বাহং অনি হংলম্মী—অহং ত্বাং দ্বৌ প্রশ্নৌ অপৃচ্ছম্। নংনা নংগী ওঝাদা মসি হংগদবনি—ত্বং তব শিক্ষকম্ ইদং পৃচ্ছেঃ। মখোয় অনি তুবেলদা লুপ্লম্মী—উভৌ তৌ নদ্যামমজ্জতাম্—ঐ অৱাবগী সমুদ্রদা লুপলে—অহং শোক সমুদ্রে মজ্জামি। নহাক্কী পুজারীনা ঙা অসি ঙৌসনু—তব পাচকঃ মৎস্যং ভৃজ্জতু। জীব হাযবা অসি মতম চাদবদা শিদে—নাকালে ম্রিযতে জন্তুঃ। রামগা কায়নবগী অৱাবনা দশরথনা শিরম্মী—রামবিয়োগশোকেন দশরথঃ অম্রিয়ত। নংগী শান্নপোৎশিং অদু মায়কৈ খুদিংদা চাইথাইগনু—তব ক্রীড়নকানি সমন্তাৎ ন কির। নং হৌজিক ফমুং থাদোক্কদবনি—অধুনা ত্বং শয্যাং মুঞ্চে।

২। **সংস্কৃত-অ অনুবাদ তৌঃ**—নংনা ঐবু শোক্লম্মী। অমাংবা পোৎ অদু শোক্কদু। নংযু অদু শোক্কনু। ঐনা ফত্তবা মীবু কি। মখোয়না ঐবু থৱাই য়াওনা য়েংলম্মী। পার্ব্বতীনা শিববু মপুরোইবা ওইগে হায়বগীদমক্তা নিংলম্মী। নংনা থৱাই য়াওদ্রবদি নরাল ওইরোইদ্রা ? মহাক্না ঐঙোন্দা ঐগী মিং হংলম্মী। নংনা অঙাংশিংদা অৱুবা বাহং অদু হংলগনু। নংনা খুদোংথীববা সমুদ্রগী দ্বীপ অদুদা লুপ্লম্মী। নুপামচা অদুনা তুরেলদা লুপ্পী। মহাক্না ঐগী চিঙ্গাক লৌরম্মী। ঐনা ঙা অদু থোংগে হায়না হায়। লান্দা মী য়াঙ্খে শিরম্মী। নুপীমচাশিং অদুনা লৈশিং অদু টেবল মথক্তা চাইথাইরম্মী। নং ঐবু থাদোক্কনু; ঐগী চান্নরবা মরুপনি। মীপুম খুদিংনা অচুম্বা পাম্বা নুপামচাবু ইকাই খুম্নে। নুপীমচানা লৈকোন্দা ঈশিং চাইরম্মী। কোম্বংদা ঐনা নঙোন্দা চিঠি ইরক্কনি। নুপামচাশিংনা নূং থারক্লোই।

৩। **মণিপুরীদা অর্থ হন্দোকউঃ**—ব্রাহ্মণো গঙ্গাজলং স্পৃশতি। বালকাঃ মিষ্টান্নমিচ্ছন্তি। স্ত্রিয়ো লাজান্ ব্যকিরন্। রামঃ স্বাং কুটীমবিশৎ। ধান্যানি কৃন্তন্তি কৃষকাঃ। পক্ষিশাবকাং মুঞ্চ। অন্নেন বিনা প্রাণিণঃ ম্রিয়ন্তে। অহং তামিদমপৃচ্ছম্। প্রভুর্ভৃত্যামাদিশতি। ইদং মম মানসং তোৎস্যতি। বৃদ্ধোঽচিরাৎ মরিষ্যতি। চঞ্চলা কিম্মপি বিলিখতি।

৪। **অৱানবা চুমথোকউঃ**—তে মামপৃচ্ছঃ, ভবান্ কিং পৃচ্ছসি ? বালিকা জলে অমজ্জম্। ম্রিয়তে সর্ব্বজন্তবঃ। সলিলং সিঞ্চতি বালাঃ। মমাঙ্গানি ন স্পৃশতু ত্বম্। বয়ং তান্ অমুঞ্চন্। ঈশ্বরো বিশ্বমসৃজন্। বান্ধবাঃ কুলমিচ্ছতি।

৫। **মথাদা য়াওরিবা ধাতুশিং অসিগী রূপ উৎলুঃ—প্রশ্নঃ (প্রচ্ছ্+ন), মৃত্যুঃ, উদ্বেগঃ, অমসুং ইচ্ছা মখোয় অসিগী লট্, লঙ্-গী প্রথম পুরুষ-তা অদুগা সৃষ্টিঃ, স্পর্শঃ, মজ্জনম্, মুক্তিঃ অমদি সেচনম্ হায়বা অসিগী লোট্ অমসুং বিধিলিঙ্-গী মধ্যম পুরুষ-তা।**

৬। মখাদা উংলিবা ধাতুশিং অসিগী বিশেষ্যবাচক রূপশিংদু শেন্মু। ভুজ্জতি, ম্রিয়তে, কিরতি, অমুঞ্চৎ, অদিশতি, লিখতি অমসুং কৃন্ততি।

৭। মখাদা পিরিবা ধাতুশিং অসি হাপ্পুনা তোঙান তোঙানবা রাহে পরেং অমমম শেন্মুঃ—ঐচ্ছৎ, অমজ্জম্, মুঞ্চ, পৃচ্ছতি, সৃজতি, অমসুং স্পৃশেয়ুঃ।

## ভ্বাদি

৪৬। লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্ হায়বা বিভক্তি মরি অসিদা ভ্বাদিগণ চংপা ধাতুগী মখাদা অ প্রত্যয় তৌই; অ অসি মমৈথংবা ময়েক্তা তিনগনি।

**বদ (পরস্মৈপদা)—ব্যক্তায়াং বাচ (হায়দোকপা, ঙাংবদা)**

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | বদতি | বদসি | বদামি |
| দ্বিবচন | বদতঃ | বদথঃ | বদাবঃ |
| বহুবচন | বদন্তি | বদথ | বদামঃ |

**লোট্**

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | বদতু | বদ | বদানি |
| দ্বিবচন | বদতাম্ | বদতম্ | বদাব |
| বহুবচন | বদন্তু | বদত | বদাম |

**লঙ্**

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | অবদৎ | অবদঃ | অবদম্ |
| দ্বিবচন | অবদতাম্ | অবদতম্ | অবদাব |
| বহুবচন | অবদন্ | অবদত | অবদাম |

**বিধিলিঙ্**

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | বদেৎ | বদেঃ | বদেয়ম্ |
| দ্বিবচন | বদেতাম্ | বদেতম্ | বদেব |
| বহুবচন | বদেয়ুঃ | বদেত | বদেম |

লৃট্—বদিষ্যতি

বদ্ (হায়বদা, ঙাংবদা, হায়দোকপদা)—বদ বন্ধ্যা কীদৃশী ভবেৎ (হায়য়ু অখুংবীনা করি ফিবম ওইগদগে ?)। বদ্-গা অনু-গা তিন্নরগা (মতৌ তমদুনা ঙাংবদা)—গিরমনুবদতি শুকস্ত (রঘুঃ) তেনবানা নহাক্কী বাঙাং অদু মতৌ তমদুনা হায়। অপ-গা তিন্নরগা (চৈবদা)—নার্ত্তো হ্যপবদেদ্বিপ্রান্ (মনুঃ)—অৱাবা তারবা মীনা ব্রাহ্মণবু চৈরোইদবনি। পরি-গা তিন্নরগা (দোষ-মরাল পীবা অমসুং নিন্দা তৌবদা)—গুরোর্যত্র পরীবাদো নিন্দা বাপি প্রবর্ত্ততে। প্রতি-গা লোয়নরগা (খৎনবা, মরৈ য়েংনবদা)—ধর্মশাস্ত্রাণি পরস্পরং বিবদন্তে—মহে-মহে ধর্মশাস্ত্র কয়া য়েংনৈ। বিশেষ্য—বদনং, বাদঃ, অনুবাদঃ, বাদ্যম্, বাদিত্রম্। বিশেষণ—উদিতঃ, অনূদিতঃ।

## সেব্ (আত্মনেপদী)—সেবনে (সেবা তৌবদা)।

### লট্

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | সেবতে | সেবসে | সেবে |
| দ্বিবচন | সেবেতে | সেবেথে | সেবাবহে |
| বহুবচন | সেবন্তে | সেবধ্বে | সেবামহে |

### লোট্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | সেবতাম্ | সেবস্ব | সেবৈ |
| দ্বিবচন | সেবেতাম্ | সেবেথাম্ | সেবাবহৈ |
| বহুবচন | সেবন্তাম্ | সেবধ্বম্ | সেবামহৈ |

### লঙ্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | অসেবত | অসেবথাঃ | অসেবে |
| দ্বিবচন | অসেবেতাম্ | অসেবেথাম্ | অসেবাবহি |
| বহুবচন | অসেবন্ত | অসেবধ্বম্ | অসেবামহি |

### বিধিলিঙ্

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | সেবেত | সেবেথাঃ | সেবেয় |
| দ্বিবচন | সেবেয়াতাম্ | সেবেয়াথাম্ | সেবেবহি |
| বহুবচন | সেবেরন্ | সেবেধ্বম্ | সেবেমহি |

লৃট্—সেবিষ্যতে

পিতরৌ সেবস্ব—নপা, নমা অসিবু সেবা তৌ। সেব-গা নি-গা লোয়নরগা (চাং নাইনা তৌবা সেবাদা, তোইনা থোকপদা)—নিষেবতে প্রান্তমনা বিবিক্তম্—শকুঃ। উপ-গা তিন্নরগা (চাং নাইনা তৌবা, ইকায় খুম্নবদা)। আ-গা লোয়নরগা (চাং নাইনা তৌবা নুঙাইবদা)—যন্বায়ুঃ কিরাতৈরাসেবতে''—কুমার। বিশেষ্য—আসেবা, আসেবনং (হন্না তৌবগী থবক্তা)—নিষেবনম্।

## ধাব্ (উভয়পদী)—গতিশুদ্ধৌ (চেনবা, শেংবা অর্থদা)

### লট্—পরস্মৈপদ

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | ধাবতি | ধাবসি | ধাবামি |
| দ্বিবচন | ধাবতঃ | ধাবথঃ | ধাবাবঃ |
| বহুবচন | ধাবন্তি | ধাবথ | ধাবামঃ |

### আত্মনেপদ

| | | | |
|---|---|---|---|
| একবচন | ধাবতে | ধাবসে | ধাবে |
| দ্বিবচন | ধাবেতে | ধাবেথে | ধাবাবহে |
| বহুবচন | ধাবন্তে | ধাবধ্বে | ধাবামহে |

লৃট্—ধাবিষ্যতি (তে)

আতপতাপে ন ধাব—অবল্লবা নুংশা মরক্তা চেনগনু। পরি-গা তিন্নরগা ধাব ধাতু (কোয়না চেনবদা নত্রগা তম্না চেনবদা)—শ্বানঃ শৃগালং পরিধাবন্তি। অনু-গা তিন্নরগা (মতুং ইন্না চেনবদা, ইশিংনা চামথোকপা, শুদোকপদা)—অনুধাবতি; নির্ নত্রগা বি-গা তিন্নরগা (শেংদোকপদা)—নির্ধাবতি, ''পানীয়ৈর্বিদধাবিরে অঙ্গনানি''—মাঘঃ। বিশেষ্য—পরিধাবনং, অনুধাবনং; বিশেষণ—অনুধাবিতঃ, নির্ধৌতঃ; বিধৌতঃ।

৪৭। লট্-নচিংবা বিভক্তি মারিদা ভ্বাদিগণ চৎপা ধাতুগী মমেখংবা স্বরগী গুণ ওইগনি।

**জি (পরস্মৈপদী)—জয়ে (জয় তৌবদা)**

**লট্**

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | জয়তি | জয়সি | জয়ামি |
| দ্বিবচন | জয়তঃ | জয়থঃ | জয়াবঃ |
| বহুবচন | জয়ন্তি | জয়থ | জয়ামঃ |

লোট্—জয়তু জয়তাম্ জয়ন্তু। জয় জয়তম্ জয়ত। জয়ানি জয়াব জয়াম।

লঙ্—অজয়ৎ অজয়তাম্ অজয়ন্। অজয়ঃ অজয়তম্ অজয়ত। অজয়ম্ অজয়াব অজয়াম।

লৃট্—জেষ্যতি।

জয়তি মহারাজঃ—নিংথৌনা জয় ওইরি। জি (হেন্দোকপা জয় তৌবা অমসুং ফত্তবা জয় তৌবদা)—বি-গা তিন্নরগা (অখোইবা অর্থদা)—বিশ্বনাথো বিজয়তে ; পরা-গা তিন্নরগা (লাকশিনবা অর্থদা)—শত্রূন্ পরাজয়তে।

**ভূ (পরস্মৈপদী)—সত্তায়াম্ (ওইবা, লৈবা, হিংবা অর্থদা)**

**লট্**

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | ভবতি | ভবসি | ভবামি |
| দ্বিবচন | ভবতঃ | ভবথঃ | ভবাবঃ |
| বহুবচন | ভবন্তি | ভবথ | ভবামঃ |

লোট্—ভবতু ভবতাম্ ভবন্তু; ভব ভবতম্ ভবত; ভবানি ভবাব ভবাম।

লঙ্—অভবৎ অভবতাম্ অভবন্; অভবঃ অভবতম্ অভবত অভবম্ অভবাব অভবাম।

বিধিলিঙ্—ভবেৎ ভবেতাম্ ভবেয়ুঃ; ভবেঃ ভবেতম্ ভবেত; ভবেয়ম্ ভবেব ভবেম। লৃট্—ভবিষ্যতি।

ভূ (ওইবা, মতিক চাবা, লৈবা অর্থদা)—যাগাৎ স্বর্গো ভবতি। অনু-গা তিন্নরগা (থম্মোয়দা ফাওবা অর্থদা)—অনুভবতি, 'সুখং হি দুঃখান্যনুভূয় শোভতে'। অভি-গা লোয়নরগা (নমহৎপা অর্থদা)—অভিভবতি সর্ব্বভূতানি তেজসাদিত্যঃ। উৎ-কা তিন্নবগা (পোকপা অর্থদা)—উদ্ভবতি। পরা-গা তিন্নরগা (মায়থীবা পিবদা)—পরাভবতি। সম্-গা লোয়নরগা (ওইবা য়াবা, পোকপা, থোকহনবা অর্থদা)—সম্ভবতি। প্র-গা লোয়নরগা (পোকপা, শেংনা উৎপা, খ্বাইদগী হেন্না ফবদা)—হিমবতো গঙ্গা প্রভবতি। বিশেষ্য—ভবনং, ভাবঃ, ভাবনা, ভূতম্, প্রভাবঃ, সম্ভবঃ, বিভূতিঃ।

**তিঙন্তপদ শেম্বা**

জি ধাতু। লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্, বিভক্তিদা ভ্বাদিগণ চৎপা ধাতুগী মথাদা অ প্রত্যয় তৌই।

লট্-নচিংবা বিভক্তি মরিদা ভ্বাদিগণ চৎপা ধাতুগী মমেখংবা স্বরগী গুণ ওই। (গুণ ই ঈ এ, উ ঊ ও, ঋ ৠ অর্, ঌ অল্)।

জি (গুণ) জে, জে+অ+তি (বিভক্তি)=জয়তি; অসুম্না জয়তঃ, জয়ন্তি অসিনচিংবা (বদ্ ধাতুগা মান্নে)।

ভূ ধাতু। ভূ (গুণ) ভো, ভো+অ+তি=ভবতি অসুম্না। অসিগুম্না ভবতঃ ভবন্তি অসিনচিংবসু (বদ্ ধাতুগা মান্নে)।

স্মৃ ধাতু। স্মৃ (গুণ)—স্মর্, স্মর্+অ+তি=স্মরতি।

লট্-নচিংবা বিভক্তি মরিমক্তা ভ্বাদিগণ ধাতুগী উপধাগী লঘুস্বর অদু গুণ ওই (উপধাস্বর—মমৈথংবা ময়েক্কী মথক হেক থংবা হ্রস্বস্বর অদু)।

সিধ্ ধাতু। সিধ্ (উপধা লঘুস্বর ইকারগী গুণ—এ) সেধ্+অ+তি=সেধতি অসিনচিংবা।

শুচ্ ধাতু। শুচ্ (গুণ উপধা স্বরগী) শোচ্+অ+তি=শোচতি। বৃৎ (উপধা স্বরগী গুণ) বর্ত্ত। বর্ত্ত+অ+তে=বর্ত্ততে। বর্ত্ততে, বর্ত্তেতে, বর্ত্তন্তে (সেব্ ধাতুশুমা ওই)।

## স্মৃ (পরস্মৈপদী)—চিন্তায়াম্ (খনবা অর্থদা)

### লট্

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | স্মরতি | স্মরসি | স্মরামি |
| দ্বিবচন | স্মরতঃ | স্মরথঃ | স্মরাবঃ |
| বহুবচন | স্মরন্তি | স্মরথ | স্মরামঃ |

লোট্—স্মরতু স্মরতাম্ স্মরন্তু; স্মর স্মরতম্ স্মরত; স্মরাণি স্মরাব স্মরাম।

লঙ্—অস্মরৎ অস্মরতাম্ অস্মরন্; অস্মরঃ অস্মরতম্ অস্মরত; অস্মরম্ অস্মরাব অস্মরাম।

বিধিলিঙ্—স্মরেৎ স্মরেতাম্ স্মরেয়ুঃ; স্মরেঃ স্মরেতম্ স্মরেত; স্মরেয়ম্ স্মরেব স্মরেম।

লৃট্—স্মরিষ্যতি।

সস্মার মধুসূদনম্—মহাত্মা মধুসূদনবু নিংশিংখি।

স্মৃ (নিংশিংবা অর্থদা)। বি-গা তিন্নরগা (কাউবা অর্থদা) বিস্মরতি। নাত্মাণাং ব্যস্মরন্—ভট্টিঃ। বিশেষ্য—স্মৃতিঃ, স্মরণম্, বিস্মৃতিঃ; বিশেষণ—স্মৃতঃ, বিস্মৃতঃ।

৪৮। লট্-নচিংবা বিভক্তি মরিদা ভ্বাদিগণ ধাতুগী উপধা লঘু স্বরগী গুণ ওই। (উপধা—মমৈ থংবা ময়েক্কী মথক থংবা হ্রস্বস্বর)।

## সিধ্ (পরস্মৈপদী)—গতৌ (চৎপদা)

### লট্

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | সেধতি | সেধসি | সেধামি |
| দ্বিবচন | সেধতঃ | সেধথঃ | সেধাবঃ |
| বহুবচন | সেধন্তি | সেধথ | সেধামঃ |

লোট্—সেধতু সেধতাম্ সেধন্তু; সেধ সেধতম্ সেধতঃ; সেধানি সেধাব সেধাম।

লঙ্—অসেধৎ অসেধতাম্ অসেধন্; অসেধঃ অসেধতম্ অসেধত; অসেধম্ অসেধাব অসেধাম।

বিধিলিঙ্—সেধেৎ সেধেতাম্ সেধেয়ুঃ; সেধেঃ সেধেতম্ সেধেত; সেধেয়ম্ সেধেব সেধেম।

লৃট্—সেৎস্যতি।

সিধ্ (ষিধ্)—চৎপা অর্থদা। নি অমসুং প্রতি-গা তিন্নরগা (থিংবদা)—নিষেধতি, প্রতিষেধতি। প্র-গা লোয়নরগা (মপুং ফানা পাংথোকপদা)—প্রসেধতি। বিশেষ্য—প্রসিদ্ধি (মিংচৎ), নিষেধঃ, প্রতিষেধঃ।

## আশীর্লিঙ্

| | প্রথম পুরুষ | মধ্যম পুরুষ | উত্তম পুরুষ |
|---|---|---|---|
| একবচন | গ্রাব্যাৎ | গ্রাব্যাঃ | গ্রাব্যাসম্ |
| দ্বিবচন | গ্রাব্যাস্তাম্ | গ্রাব্যাস্তম্ | গ্রাব্যাস্ব |
| বহুবচন | গ্রাব্যাসুঃ | গ্রাব্যাস্ত | গ্রাব্যাস্ম |

## লিট্

২৩৯। লিট্ বিভক্তিদা ণিজন্ত ধাতুগী মথাদা আম্ ওই অমসুং আম্-গী মথাদা ভূ, কৃ, অস্ হায়বা ধাতু অহুম অসি শিজিন্নৈ। মদুদি—গ্রাবয়াম্বভূব, গ্রাবয়াঞ্চকার, গ্রাবয়ামাস।

## লুঙ্

২৪০। লুঙ্ বিভক্তিদা ণিজন্ত ধাতুগী মখাদা অ আগম ওই।

২৪১। অ তৌরবদা ণিজন্ত ধাতু অভ্যস্ত (অনি ওইবা মওং) ওই অমসুং লিট্ প্রকরণ-দা হায়বা অভ্যস্ত ধাতুগী থবক অদু কংই।

২৪২। অ-না মখাদা লৈরবদা ণিজন্ত ধাতুগী মখা থংবা শরুক্কী মমৈথংবা ইকারগী লোপ ওই।

২৪৩। অ-না মখাদা লৈরবদা ণিজন্ত ধাতুগী মখা থংবা শরুক্কী উপধা গুরু স্বর অদু লঘু ওই।

২৪৪। লুঙ্ বিভক্তিদা ণিজন্ত ধাতুগী মথকথংবা শরুক্কী লঘু-স্বর অদু গুরু ওই।

| | সিচ্+ ই=সেচি | ভিদ্+ই=ভেদি | মুচ্+ই=মোচি |
|---|---|---|---|
| একবচন | অসীষিচৎ | অবীভিদৎ | অমূমুচৎ |
| দ্বিবচন | অসীষিচতাম্ | অবীভিদতাম্ | অমূমুচতাম্ |
| বহুবচন | অসীষিচন্ | অবীভিদন্ | অমূমুচন্ |

২৪৫। মখা থংবা ময়েক অদু গুরু-স্বরগা লোয়নবা ওইরবদি মথক থংবা শরুক্কী লঘু-স্বর অদু গুরু ওইরোই। মদুদি—

| | নিন্দ্+ই=নিন্দি | শিক্ষ্+ই=শিক্ষি |
|---|---|---|
| একবচন | অনিনিন্দৎ | অশিশিক্ষৎ |
| দ্বিবচন | অনিনিন্দতাম্ | অশিশিক্ষতাম্ |
| বহুবচন | অনিনিন্দন্ | অশিশিক্ষন্ (১) |

২৪৬। লুঙ্ বিভক্তিদা ণিজন্ত ধাতুগী মথক থংবা শরুক্কী অকারগী মফমদা ঈ ওই। মদুদি—

| চল্+ই=চালি | পত্+ই=পাতি | ভজ্+ই=ভাজি | হস্+ই=হাসি |
|---|---|---|---|
| অচীচলৎ | অপীপতৎ | অবীভজৎ | অজীহসৎ (২) |

মখা থংবা ময়েক অদু গুরু-স্বরগা তিন্নবা ওইরবদি ঈ ওইরোই। মদুদি —শাস্ +ই=শাসি—অশশাসৎ, ভক্ষ্+ই=ভক্ষি—অবভক্ষৎ। রক্ষ্+ই=রক্ষি—অররক্ষৎ। লঙ্ঘ্+ই=লঙ্ঘি— অললঙ্ঘৎ।

---

(১) ঢৌকি, শাসি-নচিংবা ণিজন্ত ধাতু কয়ামুককী উপধা গুরুস্বর অদু লঘু ওইরোই। মদুদি— অডুঢৌকত।

(২) দৃ ধাতুগী ওইরোই। মদুদি—দৃ+ই = দারি—অদদরৎ। অয়াম্বা স্বরনা তিনবা ধাতু অদু বিকল্প ওইনা ওই। মদুদি—চকাস্+ই = চকাসি—অচীচকাসৎ, অচচকাসৎ।

অতঙ্গা ময়েক্ল মখাদা লৈরবদি চুর-ই ওই। মদুদি—ব্যথ্+ই=ব্যথি—অবিব্যথৎ। স্মৃ, দৃ অমদি ত্বর্ ধাতুগী ই ওইরোই। মদুদি—

| | স্মৃ+ই=স্মারি | দৃ+ই=দারি | ত্বর্+ই=ত্বরি |
|---|---|---|---|
| একবচন | অসস্মরৎ | অদদরৎ | অতত্বরৎ |
| দ্বিবচন | অসস্মরতাম্ | অদদরতাম্ | অতত্বরতাম্ |
| বহুবচন | অসস্মরন্ | অদদরন্ | অতত্বরন্ |

২৪৭। ণিজন্ত ভ্রাজ্, দীপ্ নচিংবা ধাতুগী মখাথংবা শরুক্কী উপধা গুরু-স্বর অদু বিকল্প ওইনা লঘু ওই।

ভ্রাজ্+ই=ভ্রাজি — অবিভ্রজৎ, অবিভ্রাজৎ
দীপ্+ই=দীপি — অদীদিপৎ, অদীদীপৎ

২৪৮। ঋকারনা উপধাদা লৈবা ধাতু অদু ণিজন্ত ওইরবদি লুঙ্ বিভক্তিদা বিকল্প ওইনা ধাতুগী মশাক ওল্লি। মদুদি—বৃত্+ই=বর্ত্তি—অবীবৃতৎ, অববর্ত্তৎ।

২৪৯। লুঙ্ বিভক্তিদা ণিজন্ত স্বপ্ ধাতুগী মফমদা সুপি ওই। মদুদি—স্বপ্+ই = স্বাপি—অসূষুপৎ।

২৫০। লুঙ্ বিভক্তিদা ণিজন্ত স্থা ধাতুগী আকারগী মফমদা ইকার ওই। মদুদি—স্থা+ই=স্থাপি—অতিষ্ঠিপৎ (১)।

২৫১। লুঙ্ বিভক্তিদা অভ্যস্ত প্যায়ি ধাতুগী মফমদা পীপ্য ওই। মদুদি—অপীপ্যৎ।

২৫২। লুঙ্ বিভক্তিদা ণিজন্ত শ্রু, স্রু, দ্রু, প্রু, প্লু, অমদি চ্যু ধাতুগী মথক থংবা শরুক্কী অকারগী মফমদা ই নত্রগা উ ওইগনি। মদুদি—অশিশ্রবৎ, অশুশ্রবৎ। অদিদ্রবৎ, অদুদ্রবৎ অসিনচিংবা।

## চুরাদি(২)

২৫৩। চুরাদিগণ চৎপা ধাতুগী মখাদা স্বার্থ (মশাগী অর্থ) খংবদা ণিচ্ প্রত্যয় তৌই অমসুং ণিজন্ত ধাতুগী তৌফম থোকপা থবক পুম্নমক ফংই।

### চুর্ ধাতু (হরানবা)

লট্—চোরয়তি; লোট্—চোরয়তু; লঙ্—অচোরয়ৎ; বিধিলিঙ্—চোরয়েৎ; লুট্—চোরয়িতা; লৃট্—চোরয়িষ্যতি; লৃঙ্—অচোরয়িষ্যৎ; আশীর্লিঙ্—চোর্য্যাৎ; লিট্—চোরয়ামাস; লুঙ্—অচূচুরৎ।

## অকারান্ত ধাতু (৩)

২৫৪। ণিচ্ প্রত্যয় তৌরবদা ধাতুগী মমৈদা লৈরিবা অকারগী লোপ ওই। মতুংদা অমুক হন্না গুণ বৃদ্ধি তৌরবোই।

(১) ঘ্রা ধাতুগী বিকল্প ওইনা ওই। মদুদি—অজিঘ্রিপৎ, অজিঘ্রপৎ।

(২) চিন্ত্ যন্ত্র্ পীড্ ভক্ষ্ লুণ্ঠ্ ছন্দ্ শ্রণ্ তড্ খণ্ড্ ক্ষম্ তুল্ ঘট্ট্ টঙ্ক্ চূর্ণ পূজ্ মর্জ্জ্ পক্ষ্ তিজ্ কীর্ত্ত্ মন্ত্র্ তর্জ্জ্ গুব্ লক্ষ্ সম্ কুৎস্ বঞ্চ্ বিদ্ চর্চ্চ্ শব্দ্ সুদ্ জস্ তস্ দুষ্ অর্হ্ ভূ পট্ লোক্ লোচ্ তর্ক্ পূর্ যুজ্ অর্চ্চ্ বৃজ্ বৃ রিচ্ শিষ্ তপ্ বচ্ ধৃষ্ অসিনচিংবা।

(৩) অঙ্ক অংশ অর্থ অন্ধ অবধীর আন্দোল কথ কল কর্ত্ত কর্ণ কেত ক্ষপ খচ জন গবেষ ছিদ্র ছেদ দুঃখ দণ্ড ধ্বন পাব ভাজ মৃগ মহ মূত্র মিশ্র রহ রস রূপ রচ রক্ষ রুষ বণ্ট বীজ শ্লথ সান্ত্ব স্পৃহ সভাজ স্থূল সূত্র সূচ স্তন স্তেন সুখ স্ফুট স্বন হিল্লোল অসিনচিংবা।

## রচ্ ধাতু (শেম্বা)

লট্—রচয়তি ; লোট্—রচয়তু ; লিট্—রচয়ামাস।

২৫৫। লুঙ্ বিভক্তিদা অকারান্ত ধাতুগী মথক থংবা শরক্কী লঘু স্বর অদু গুরু ওইরোইদ্রবদা অমসুং অকার অদু ই ননগা ঈ ওইরোই। মদুদি—অররচৎ।

২৫৬। লুঙ্ বিভক্তিদা কথ্ নত্রগা গণ ধাতুগী মথক থংবা শরক্কী অকারগী মফমদা বিকল্প ওইনা ঈ ওই। মদুদি, কথ্—অচীকথৎ, অচকথৎ; গণ—অজীগণৎ,অজগণৎ।

## মায়ু চৎনবা চুরাদি ধাতু

অজ(মশীং থীবা, ফুমতাকপা)—অজয়তি।
অর্চ্চ(পূজা তৌবা)—অর্চ্চয়তি।
অর্জ্জ(জাপশিনবা)—অর্জ্জয়তি।
অর্থ(নিবা, হায়জবা)—অর্থয়তে।
অর্হ(পূজা তৌবা)—অর্হয়তি।
অবধীর(থৌশাদবা)—অবধীরয়তি।
অংশ(মচেং মচেং থাইদোকপা)—অংশয়তি।
আন্দোল(ভাবুনা শাবা)—আন্দোলয়তি।
ঈর(থাবা)—ঈরয়তি (প্রেরয়তি)।
ওজ(মপুং ফাবা থৌনা)—ওজয়তি।
আকর্ণ(নাকোংনা তাবা)—আকর্ণয়তি।
কল(খোঞ্জেল থোকপা)—কলয়তি।
কুণ্ঠ(কাজিন্দুনা থবা)—কুণ্ঠয়তি।
কুৎস(চৈবা, নিন্দা তৌবা)—কুৎসয়তে।
কুমার(শান্নবা)—কুমারয়তি।
কৃৎ(হায়দোকপা)—কীর্ত্তয়তি।
ক্ষপ্(লংবা)—ক্ষপয়তি।
খণ্ড্(মচেং তাবা)—খণ্ডয়তি।
গণ(মশীং থীবা)—গণয়তি।
গর্জ্জ,গর্দ্দ(হংবা)—গর্জ্জয়তি(গর্দ্দয়তি)।
গ্রস্(চাবা, লাকপা)—গ্রাসয়তি।
ঘট্(থৌদোক থোকপা)—ঘটয়তি।
ঘুষ্(মখোল থোকপা)—ঘোষয়তি।
চর্চ্চ(নৈনবা)—চর্চ্চয়তি।
চিত্র(রেক-থোংপা)—চিত্রয়তি।
চিন্ত(খনবা)—চিন্তয়তি।
চুর্(মুরাদবা)—চোরয়তি।
চূর্ণ(মরূপ জাইনবা)—চূর্ণয়তি।
ছদ্(কুপশিনবা)—ছাদয়তি।
ছল্(লৌনম তৌবা)—ছলয়তি।
ছিদ্র(অকায়বা শিবা)—ছিদ্রয়তি।
জপ্(খংহনবা)—জাপয়তি।
তড়্(অরাবা শিবা)—তাড়য়তি।
তর্ক(ঘরে রেংনবা)—তর্কয়তি।
অব + তংস(লৈতেংবা)—অবতংসয়তি।
তিজ্(থৌহনবা)—তেজয়তি।
তুল্(চাং ওনবা)—তোলয়তি।
দণ্ড(চৈরাক শিবা)—দণ্ডয়তি।
দুঃখ(রাবা)—দুঃখয়তি।
পাল(জাকপা)—পালয়তি।
পীড়্(রাবা)—পীড়য়তি।
পূজ্(পূজা তৌবা)—পূজয়তি।
পূর্(মপুং ফাবা)—পূরয়তে।
ভক্ষ(চাবা)—ভক্ষয়তি।
ভূষ্(লৈতেংবা)—ভূষয়তি।
মণ্ড(লৈতেংবা)—মণ্ডয়তি।
মন্ত্র(রা তামবা)—মন্ত্রয়তে।
মার্গ(থিবা)—মার্গয়তি।
মিশ্র(তিনশিন্নবা)—মিশ্রয়তি।
মৃগ(থিজিনবা)—মৃগয়তে।
রচ্(শেম্বা)—রচয়তি।
লক্ষ(য়েংবা)—লক্ষয়তি।
লোচ্(য়েংবা)—লোচয়তি।
বণ্ট(য়েন্নবা)—বণ্টয়তি।
বঞ্চ(নম্বহংপা)—বঞ্চয়তি।
শব্দ(খোঞ্জেল থোকপা)—শব্দয়তি।
সান্ত্ব(থেমজিনবা)—সান্ত্বয়তি।

## নৈনবা

১। **সংস্কৃত-তা অর্থ (অনুবাদ) তৌঃ**—মহাক্কী শান্নপোৎশিংদু ঐঙোন্দা উৎলু। লব অমসুং কুশানা মখোয়গী ঈশৈনা মপুক্লিংগী ব্রা ফোংদোক্লম্মী। মীনাই অদুনা মহাক্কী মপু অদুবু হৌদোক্লম্মী। মহাক্কা ঐবু মহাক্কী ময়ুমদা থারম্মী। ঐনা ঐগী ইচানুপা অদুবু মহাক্কী ওঝাশিংদা তেন কাপ্পা তমহল্লম্মী। মহাক্কা ঐবু ঐগী পোক্লফম লমদমদা লৈহল্লম্মী। ঐগী ওঝানা ঐবু থবক্তা পুক্লিং চংহল্লম্মী। ইনাক খুনবনা খুঙ্গং অদুগী ব্রাহ্মণ অদুবু চাক পিজরম্মী। ঐগী অঙাংনা থাউমৈ থাঙ্গৎলম্মী। ঐনা ঐগী মীনাইবু পোৎলুম অদু পুহল্লম্মী। মহাক্কা ঐঙোন্দা সিঙ্কগী ফিজেৎ অদু তুহল্লম্মী। রামনা মনাওদা থা য়েংহল্লম্মী। মহাক্কা মহাক্কী গাড়ীদগী কুমথহল্লম্মী। নর্স অদুনা অঙাং অদু তুমহল্লম্মী। মমানা মচাবু চাক পিজরম্মী। মহাক্কা ঐবু শা পিজরম্মী। ঐগী ওঝানা ঐবু অঙ্ক খংহল্লি। রামনা উচেক অদুবু ঈশৈ শকহনবা পাহ্রম্মী। হরিনা মহাক্কী মীওইশিংদা মপুক্লিং য়ৌনা বেদগী অর্থ তৌরম্মী।

২। মখাদা ইরিবা ধাতুশিংসিদগী খোরকপা রূপশিংদু ইরম্মু। যা, দা, শ্রু, শী, গা, নী, তৃপ, ভূ, ই, রম্ অমসুং জি।

৩। মখাগী ক্রিয়াশিং সিনা খোকপা য়াবা অপূনবা ধাতুশিং অদু উৎলুঃ—হন্তুং প্রেরয়তি, ভোক্তুং প্রেরয়তি, কুর্বন্তং প্রেরয়তি অমসুং অধীয়ানং প্রেরয়তি।

---

## সনন্ত প্রকরণ

### (অনিংবা ফোংদোকপা ক্রিয়াশিং)

২৫৭। নিংবা অর্থদা ধাতুগী মখাদা সন্ প্রত্যয় অসি তৌই। সন্-গী স লৈহৌগনি।

২৫৮। সন্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা ধাতুগী মখাদা ই ওই। ইট্ তৌদবা ধাতুগী মখাদদি তৌরোই।

২৫৯। সন্ প্রত্যয়-না মমৈথংবা ধাতু পুন্নমক অভ্যস্ত ওই অমসুং অয়াম্বা অভ্যস্তগী থবক পুন্নমক ফংই।

২৬০। সন্ প্রত্যয়ান্ত ধাতুগী মথক থংবা শরুক-কী অকারগী মফমদা ইকার ওই(১)।

#### লট্

পঠ্—পিপঠিষতি; বদ—বিবদিষতি; জীব্—জিজীবিষতি।

#### অনিট্ (ইট্ তৌদবা) ধাতু

নম্—নিনংসতি; দহ্—দিধক্ষতি; পা—পিপাসতি; স্থা—তিষ্ঠাসতি।
নী—নিনীষতি; ভী—বিভীষতি; ভিদ্—বিভিৎসতি; বুধ্—বুভুৎসতে।

---

(১) অদুগুম্বা পদী ওইবা (হায়বদি মশা মশাগী আত্মনেপদী, পরস্মৈপদী চংচবা) ধাতুদু সন্ প্রত্যয় তৌরবসু হান্নগী মশাগী পরস্মৈপদী, আত্মনেপদী অদু অদুম্মক ওইগনি। গিজন্তগী মতৌগুম্বা সনন্তসু মনিংতম্বা ধাতুনি হায়না শীংথানে, অমসুং ধাতু পুন্নমক্কী থবকশিংদু ফংই। অদুগা লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্ বিভক্তিদা ভ্বাদিগণ চংশা ধাতুগা মান্নৈ।

২৬১। সন্ প্রত্যয়গী মখাদা ই লৈরবদা ধাতুগী উপধা লঘুস্বরগী গুণ ওই। মদুদি, লিখ্—লেলিখিষতি; শুভ্—শুশোভিষতে; নৃৎ—নিনর্ত্তিষতি, (নিনৃৎসতি); বৃত্—বিবর্ত্তিষতে, (বিবৃৎসতি)।

২৬২। রুদ্, বিদ্ অমসুং মুষ্ ধাতুগী উপধা লঘু-স্বরগী গুণ ওইরোই। মদুদি—রুদ্—রুরুদিষতি; বিদ্—বিবিদিষতি; মুষ্—মুমুষিষতি।

২৬৩। সন্ প্রত্যয়-না মখাদা লৈরবা গ্রহ ধাতুগী মখাদা ইট্ তৌররোই।

২৬৪। সন্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা গ্রহ্ ধাতুগী মফমদা গৃহ্, স্বপ্ ধাতুগী মফমদা সুপ্ অমদি প্রচ্ছ্ ধাতুগী মফমদনা পৃচ্ছ্ ওই। মদুদি, গ্রহ্—জিঘৃক্ষতি; স্বপ্—সুষুপ্সতি।

২৬৫। সন্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা প্রচ্ছ্ অমদি গম্ ধাতুগী মখাদা ইট্ ওই। মদুদি, প্রচ্ছ্—পিপৃচ্ছিষতি; গম্—জিগমিষতি।

২৬৬। সন্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা ধাতুগী মমৈখংবা স্বর অদু দীর্ঘ ওই। মদুদি, শ্রি—শিশ্রীষতি; দ্রু—দুদ্রূষতি; হু—জুহূষতি।

২৬৭। সন্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা জি ধাতুগী মফমদা গি আদেশ তৌগনি। মদুদি, জি—জিগীষতি।

২৬৮। সন্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা হন্ ধাতুগী মখা থংবা শরুক্কী অকারগী মফমদা আকার অমদি হ-গী মফমদা ঘ ওই; মদুদি, হন্—জিঘাংসতি।

২৬৯। সন্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা ধাতুগী মমৈদা লৈবা ঋবর্ণ-গী মফমদা ঈর্ ওই। মদুদি, কৃ—চিকীর্ষতি; ধৃ—দিধীর্ষতি; হৃ—জিহীর্ষতি; তৄ—তিতীর্ষতি (১)।

ঋবর্ণ অদু ওষ্ঠ্য-বর্ণগী মখাদা লৈরবদি ঊর্ ওই। মদুদি, মৃ—মুমূর্ষতি।

২৭০। সন্ প্রত্যয়না মমৈথংবা অভ্যস্ত দা ধাতুগী মফমদা দিৎস্, ধা ধাতুগী মফমদা ধিৎস্, আপ্ ধাতুগী মফমদা ঈপ্স্, মা ধাতুগী মফমদা মিৎষ্, লভ্ ধাতুগী মফমদা লিপ্স্, অমদি রভ্ ধাতুগী মফমদা রিপ্স্ ওই। মদুদি, দা—দিৎসতি, ধা—ধিৎসতি, আপ্—ঈপ্সতি; মা—মিৎসতি; লভ্-লিপ্সতে; রভ্—রিপ্সতে।

২৭১। লিট্ বিভক্তিদা সনন্ত ধাতুগী মখাদা আম্ অমসুং ভূ, অস্ অমদি কৃ লেংগনি।

## চিকীর্ষ ধাতু

**লিট্**—চিকীর্ষাম্বভূব, চিকীর্ষাঞ্চকার, চিকীর্ষামাস।

**লুট্**—চিকীর্ষিতা, লৃট্—চিকীর্ষিষ্যতি, লৃঙ্—অচিকীর্ষিষ্যৎ, লুঙ্—অচিকীর্ষীৎ, আশীর্লিঙ—চিকীর্ষ্যাৎ।

২৭২। কিৎ, তিজ্, গুপ্, বধ্, অমদি মান্ ধাতুগী মখাদা স্বার্থদা (মশাগী অর্থদা) সন্ তৌই অমসুং বধ্ অমদি মান্ ধাতুগী মথকথংবা শরুক্কী অকার অমদি আকারগী মফমদা ঈকার ওই। মদুদি—

| কিৎ | তিজ্ | গুপ্ | বধ্ | মান্ |
|---|---|---|---|---|
| চিকিৎসতি | তিতিক্ষতে | জুগুপ্সতে | বীভৎসতে | মীমাংসতে |

**তোঙানবাঃ**— তন্—তিতংসতি (তিতনিষতি)। দরিদ্রা—দিদরিদ্রিষতি (দিদরিদ্রাসতি)। স্বপ্—সুষুপ্সতি। অধি + ই(ণিচ্)—অধিজিগাপয়িষতি

(১) বিকল্প ওইনা ই ওই। মদুদি—তিতরিষতি, তিতরীষতি।

(অধ্যাপিপয়িষতি)। ছিদ্— চিচ্ছিৎসতি। পৃ—পিপরিষতি (পিপরীষতি), পিপূর্ষতি। বন্ধ—বিভন্ৎসতি। শাস্—শিশাসিষতি।

---

## যঙন্ত প্রকরণ

২৭৩। স্বর অমত্তা য়াওবা, অহৌবদা ব্যঞ্জন ময়েক্কা লোয়নবা ধাতুগী মখাদা হন্না হন্না হায়বা অর্থদা অমদি অতিশয় (খোইদোক-হেন্দোকপা) অর্থদা যঙ্ প্রত্যয় তৌই। যঙ্গী য্ লৈহৌই। যঙন্ত ধাতু অসি আত্মনেপদ ওই (১)।

২৭৪। যঙ্ প্রত্যয় তৌরবদা ধাতু অদু অনি ওই, অমদি অদুগী মখে অভ্যস্তগী থবক পুন্নমক ফংই, হায়বদি লোইন্না তৌগনি।

২৭৫। যঙ্ প্রত্যয়না মমৈথংবা ধাতুগী মথক থংবা শরুগী অকারগী মফমদা আকার ওই। মদুদি, লপ্—লালপ্যতে, তপ্—তাতপ্যতে, লষ্—লালষ্যতে।

২৭৬। যঙ্ প্রত্যয়না মমৈথংবা ধাতুগী মথক থংবা শরুগী গুণ তৌই। মদুদি, শুচ্—শোশুচ্যতে ; দীপ্—দেদীপ্যতে ; লুপ্—লোলুপ্যতে ; রুদ্— রোরুদ্যতে ; সিচ্—সেসিচ্যতে ; ভিদ্—বেভিদ্যতে।

২৭৭। যঙ্ প্রত্যয় তৌরবদি নান্ত, মান্ত অমদি লান্ত ধাতুগী মথকথংবা শরুগী স্বরবর্ণগী মখাদা অনুস্বার (ং) ওই। মদুদি, জন্—জঞ্জন্যতে; মন্— মম্মন্যতে; ক্রম্—চঙ্ক্রম্যতে; গম্—জঙ্গম্যতে; চল্— চঞ্চল্যতে; গল্—জঙ্গল্যতে।

২৭৮। ঋকারনা উপধাদা লৈবা ধাতুগী মথক থংবা শরুগী মখাদা রী ওই। মদুদি, নৃৎ—নরীনৃত্যতে ; সৃপ্— সরীসৃপ্যতে ; কৃষ্—চরীকৃষ্যতে।

২৭৯। ঋকারান্ত ধাতুগী মফমদা রী ওই। মদুদি, কৃ—চেক্রীয়তে ; সৃ—সেস্রীয়তে।

তোঙানবা—কৢপ্—চরীক্লীপ্যতে। ক্রন্দ্—চাক্রন্দ্যতে। ক্ষি—চেক্ষীয়তে। ক্ষুভ্—চোক্ষুভ্যতে। জপ্—জঞ্জপ্যতে। ভ্রম্—বম্ভ্রম্যতে। মৃশ্—মরীমৃশ্যতে। প্রচ্ছ্—পরীপৃচ্ছ্যতে।

### লুট্, লৃট্, লৃঙ্, লুঙ্, আশীর্লিঙ্

২৮০। লুট্-নচিংবা বিভক্তিদা ব্যঞ্জন ময়েক্কী মখাদা লৈবা যঙ্গী লোপ্ ওই। মদুদি, লুট্—শোশুচিতা। লৃট্—শোশুচিষ্যতে। লৃঙ্—অশোশুচিষ্যতে। লিট্—শোশুচাম্বভূব, শোশুচামাস, শোশুচাঞ্চক্রে। লুঙ্—অশোশুচিষ্ট। আশীর্লিঙ্—শোশুচিষীষ্ট।

### নৈনবা

সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌ :—মরোল অহমগী নিংথৌ পুন্নমক্না রাবণবু হন্না হন্না নিংলম্মী। অঙাংনা শঙ্গোম থক্লিংলম্মী। হনুমান-না লঙ্কা কোনুং মৈ থানিংলম্মী। মহাক্না মীংচৎ পান্নম্মী। ঐনা মহাক্কী পাউতাক অদু পুক্লিং চংনা তানিংই। করি থোক্লদবা মীনসু ঐবু সেবা তৌনিংই। ঐনা ঐগী খুঙ্গংদা চৎনিংই।

---

(১) ণিজন্ত অমদি সনন্তগী মতৌগুম্না স্বতন্ত্র ধাতুনি হায়না অয়াম্বা ধাতু পুন্নমক্কী মতৌ ফংই। মরম অসিনা লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্, বিভক্তিদা ভ্বাদিগণ চংপা ধাতুগা মান্নৈ।

ঐনা মফম অসিদা লৈনিংই। মাইবনা চাক পিজনিংই। মহাক্না তুরেল অদু লাহোকনিংলম্মী। নং নয়ুম চংনিংব্রা? শিষ্য অদুনা বেদ তম্মীংলম্মী। ঐনা গঙ্গা স্নান তৌনিংই। ঐগী অঙাং অদু ইবা পাব্রম্মী। ঐনা মতম শাংনা পুন্সিবা পামই।

---

## যঙ্লুগন্ত

মথক্তা হায়রিবা যঙ্ প্রত্যয় অসি লোপ ওইরবদা মদুবু যঙ্লুগন্ত হায়না কৌই। যঙ্ লোপ ওইরবদি পরস্মৈপদ ওই। তিঙন্ত-গা য়েংনবদা কৃদন্তদনা হেন্না প্রয়োগ উই।

মদুদি, ভূ—বোভবীতি ( বোভোতি) বোভূতঃ বোভুবতি। কৃ—চরিকরীতি, (চরীকরীতি), চরিকর্ত্তি, চরীকর্ত্তি চর্কর্ত্তি, (চর্করীতি) অসিনচিংবা। কৃদন্তদা—চঞ্চলঃ, জঙ্গমঃ, সরীসৃপঃ, লেলিহৎ অসিনচিংবা পদ অসি উবা ফংই।

---

## য়াম্না চংনবা ণিজন্ত, সনন্ত অমদি যঙন্ত ধাতু কয়াগী মশক

অদ্—অত্তি, আদয়তি, জিঘৎসতি।
অশ্—অশ্নাতি, আশয়তি, অশিশিষতি আশাশ্যতে।
অস্—অস্তি, ভাবয়তি, বুভূষতি, বোভূয়তে।
আপ্—আপ্নোতি, আপয়তি, ঈপ্সতি।
আস্—আস্তে, আসয়তি, আসিষিয়তে।
ই—এতি, গময়তি, জিগমিষতি।
অধি +ই—অধীতে, অধ্যাপয়তি, অধিজিগাংসতে।
ইষ্—ইচ্ছতি, এষয়তি, এষিষিষতে।
ঈক্ষ্—ঈক্ষতে, ঈক্ষয়তি, ঈচিক্ষিষতে।
ঋ—ঋচ্ছতি, অর্পয়তি, অরিরিষতি, আরার্য্যতে।
এধ্—এধতে, এধয়তি, এদিধিষতে।
কম্— কাময়তে, চিকাময়িষতে, চঙ্কম্যতে।
কম্প্— কম্পতে, কম্পয়তি, চিকম্পিষতে, চঙ্কম্প্যতে।
কৃ—করোতি, কারয়তি, চিকীর্ষতি, চেক্রীয়তে।
কৃৎ—কৃন্ততি, কর্ত্তয়তি, চিকর্ত্তিষতি, চরীকৃত্যতে।
কৄ—কিরতি, কারয়তি, চিকরিষ্যতি, চেকীর্য্যতে।
ক্রম্—ক্রামতি, ক্রময়তি, চিক্রমিষতি, চংক্রম্যতে।
ক্রী—ক্রীণাতি, ক্রাপয়তি, চিক্রীষতি, চেক্রিয়তে।
ক্ষিপ্—ক্ষিপতি, ক্ষেপয়তি, চিক্ষিপ্সতি, চেক্ষিপ্যতে।
খন্—খনতি, খানয়তি, চিখনিষতি, চংখন্যতে।
খ্যা—খ্যাতি, খ্যাপয়তি, চিখ্যাসতি, চাখ্যায়তে।

গম্—গচ্ছতি, গময়তি, জিগমিষতি, জঙ্গম্যতে।

গুপ্—গোপায়তি, গোপয়তি, জুগুপ্সতি, (জুগুপ্সতে), জোগুপ্যতে।

গুহ্—গূহতি, গূহয়তি, জুঘুক্ষতি, জোগুহ্যতে।

গৃ—গিরতি, গারয়তি, জিগরিষতি, জেগিল্যতে।

গৈ—গায়তি, গাপয়তি, জিগাসতি, জেগীয়তে।

গ্রহ্—গৃহ্ণাতি, গ্রাহয়তি, জিঘৃক্ষতি, জরীগৃহ্যতে।

ঘট্—ঘটতে, ঘাটয়তি, জিঘটিষতে, জাঘট্যতে।

ঘ্রা—জিঘ্রতি, ঘ্রাপয়তি, জিঘ্রাসতি, জেঘ্রীয়তে।

চর্—চরতি, চারয়তি, চিচরিষতি, চঞ্চূর্য্যতে।

চি—চিনোতি, চায়য়তি, (চাপয়তি), চিচীষতি, (চিচীষতে), চিকীষতি (চিকীষতে), চেকীয়তে।

চক্ষ্—চষ্টে, খ্যাপয়তি, চিখ্যাসতে, চাক্ষায়তে।

ছিদ্—ছিনত্তি, ছেদয়তি, চিচ্ছিৎসতি, চেচ্ছিদ্যতে।

জন্—জায়তে, জনয়তি, জিজনিষতে, জাজায়তে।

জি—জয়তি, জাপয়তি, জিগীষতি, জেজীয়তে।

জীব্—জীবতি, জীবয়তি, জিজীবিষতি, জেজীব্যতে

জৃ—জীর্যতি, জরয়তি, জিজরীষতি, জেজীর্য্যতে।

জ্ঞা—জানাতি, জ্ঞাপয়তি, জিজ্ঞাসতে, জাজ্ঞায়তে।

তন্—তনোতি, তানয়তি, তিতনিষতি, তন্তন্যতে।

তপ্—তপতি, তাপয়তি, তিতপ্সতি, তাতপ্যতে।

তৃপ্—তৃপ্যতি, তর্পয়তি, তিতর্পিষতি ( তিতৃপ্সতি), তরীতৃপ্যতে।

তৃ—তরতি, তরয়তি, তিতরি (রী) ষতি তিতীর্ষতি, তেতীর্য্যতে।

দংশ্—দশতি, দংশয়তি, দিদঙ্ক্ষতি, দন্দশ্যতে।

দহ্—দহতি, দাহয়তি, দিধক্ষতি, দন্দহ্যতে।

দা—দদাতি, দাপয়তি, দিৎসতি, দেদীয়তে।

দিশ্—দিশতি, দেশয়তি, দিদিক্ষতে, দেদিশ্যতে।

দৃশ্—পশ্যতি, দর্শয়তি, দিদৃক্ষতে, দরীদৃশ্যতে।

ধা—দধাতি, ধাপয়তি, ধিৎসতি, দেধীয়তে।

ধূ—দূনোতি, ধূনয়তি, দুধূষতি, দোধূয়তে।

ধৃ—ধরতি, ধারয়তি, দিধীর্ষতি, দেধ্রীয়তে।

নম্—নমতি, নময়তি, নিনংসতি, নংনম্যতে।

নশ্—নশ্যতি, নাশয়তি নিনশিষতি, নিনংক্ষতি, নানশ্যতে।

নী—নয়তি, নায়য়তি, নিনীষতি, নেনীয়তে।

পচ্—পচতি, পাচয়তি, পিপক্ষতি, পাপচ্যতে।

পত্—পততি, পাতয়তি, পিপতিষতি, পিৎসতি, পনীপত্যতে।

পদ্—পদ্যতে, পাদয়তি, পিৎসতে, পনীপদ্যতে।

পা—পিবতি পাতি, পায়য়তি, পালয়তি, পিপাসতি, পেপীয়তে।

ফল্—ফলতি, ফালয়তি, পিফলিষতি, পংফুল্যতে।

বন্ধ্—বধ্নাতি, বন্ধয়তি, বিভন্ৎসতি বাবধ্যতে।

বুধ্—বোধতি, বোধয়তি, বুবোধিষতি, বোবুধ্যতে।
ভঞ্জ্—ভনক্তি, ভঞ্জয়তি, বিভংক্ষতি, বম্ভজ্যতে।
ভিদ্—ভিনত্তি, ভেদয়তি, বিভৎসতি, বেভিদ্যতে।
ভী—বিভেতি, ভায়য়তি (ভাপয়তি), ভীষয়তে, বিভীষতি, বেভীয়তে।
ভুজ্—ভুঙ্‌ক্তে, ভুনক্তি, ভোজয়তি, বুভুক্ষতি, বোভুজ্যতে।
ভূ—ভবতি, ভাবয়তি, বুভূষতি, বোভূয়তে।
ভৃ—বিভর্ত্তি, ভারয়তি, বিভরিষতি বুভূর্ষতি, বেভ্রীয়তে।
মন্—মন্যতে, মানয়তি, মিমাংসতে, মম্মন্যতে।
মুচ্—মুঞ্চতি, মোচয়তি, মুমুক্ষতি, মোমুচ্যতে।
মৃ—ম্রিয়তে, মারয়তি, মুমূর্ষতি, মেম্রীয়তে।
যুজ্—যুনক্তি(যুঙ্‌ক্তে), যোজয়তি, যুযুক্ষতি, যোযুজ্যতে।
রম্—রমতে, রময়তি, রিরংসতে, রংরম্যতে।
রুধ্—রুণদ্ধি, রোধয়তি, রুরুৎসতি, রোরুধ্যতে।
লভ্—লভতে, লম্ভয়তি, লিপ্সতে, লালভ্যতে।
লিখ্—লিখতি, লেখয়তি, লিলেখিষতি লিলিখিষতি, লেলিখ্যতে।
লী—লীয়তে, লায়য়তি, লিনয়তি, লালয়তি বিলাপয়তি, লিলিষতি, লেলীয়তে।
বচ্—বক্তি, বাচয়তি, বিবক্ষতি, বাবচ্যতে।
বদ্—বদতি, বাদয়তি, বিবদিষতি, বাবদ্যতে।
বস্—বসতি, বাসয়তি, বিবৎসতি, বাবস্যতে।
বহ্—বহতি, বাহয়তি, বিবক্ষতি, বাবহ্যতে।
বিদ্—বেত্তি, বেদয়তি, বিবিদিষতি, বেবিদ্যতে।
বৃ—বৃণোতি, বরয়তি, বারয়তি, বিবরি(রী)ষতি, বুবূর্ষতি, বোবূর্য্যতে বেব্রীয়তে।
বৃৎ—বর্ত্ততে, বর্ত্তয়তি, বিবর্ত্তিষতে বিবৃৎসতি, বরীবৃত্যতে।
শক্—শক্নোতি, শাকয়তি, শিক্ষতি (তে), শাশক্যতে।
শাস্—শাস্তি, শাসয়তি, শিশাসিষতি, শেশিষ্যতে
শী—শেতে, শায়য়তি, শিশয়িষতে, শাশয্যতে।
শ্রু—শৃণোতি, শ্রাবয়তি, শুশ্রূষতে, শোশ্রূয়তে।
সদ্—সীদতি, সাদয়তি, সিষৎসতি, সাসদ্যতে।
স্থা—তিষ্ঠতি, স্থাপয়তি, তিষ্ঠাসতি, তেষ্ঠীয়তে।
স্ফুর্—স্ফুরয়তি স্ফোরয়তি, স্ফারয়তি, পুস্ফুরিষতি, পোস্ফুর্য্যতে
স্মৃ—স্মরতি, স্মারয়তি, সুস্মূর্ষতে, সাস্মর্য্যতে।
হন্—হন্তি, ঘাতয়তি, জিঘাংসতি, জংঘন্যতে
হু—জুহোতি, হাবয়তি, জুহূষতি, জোহূয়তে
হস্—হসতি, হাসয়তি, জিহর্সিষতি, জাহস্যতে।
হৃ—হরতি, হারয়তি, জিহীর্ষতি, জেহ্রীয়তে।
হ্বে—হ্বয়তি, হ্বায়য়তি, জুহূষতি জেহূয়তে।

---

# নাম ধাতু

২৮১। শব্দগী মখাদা প্রত্যয় কয়ামুক তৌহ। হায়রিবা প্রত্যয় পুম্নমক অসি তৌরগা শব্দদু ধাতুগী মশক ওই; মদুবু নাম ধাতু হায়না খংই।

২৮২। নাম ধাতু পুম্নমক্কী মশক ভ্বাদিগণ ধাতুগা মান্নে।

২৮৩। ইচ্ছাদা লৈবা অপাম্বা অদু খংনবদা শব্দগী মখাদা কাম্য প্রত্যয় তৌই, মদু পরস্মৈপদ ওই। মদুদি—আত্মনঃ পুত্রমিচ্ছতি—পুত্রকাম্যতি ; আত্মনো ধনমিচ্ছতি—ধনকাম্যতি; আত্মনো যশ ইচ্ছতি— যশঃকাম্যতি। পুত্রকাম্যতি , পুত্রকাম্যেৎ, পুত্রাকাম্যতু, অপুত্রকাম্যৎ অপুত্রকামীৎ, পুত্রকাম্যাম্বভূব, পুত্রকাম্যামাস, পুত্রকাম্যাঞ্চকার, পুত্রকাম্যিতা, পুত্রকাম্যাৎ, পুত্রকাম্যিষ্যতি, অপুত্রকাম্যিষ্যৎ। (১)

২৮৪। ঐঙোন্দা লৈবা অনীংবা অদু খংনবদা শব্দগী মখাদা ক্যচ্ প্রত্যয় অমদি পরস্মৈপদ ওই। ক্যচ্‌গী য লৈহৌগনি।

২৮৫। ক্যচ্ প্রত্যয় তৌরবদা শব্দগী মমৈদা লৈবা অকারদু ঈ ওই অমসুং হ্রস্ব স্বরদুনা দীর্ঘ ওই। মদুদি—আত্মনঃ পুত্রমিচ্ছতি— পুত্রীয়তি।(২)

২৮৬। অরাম্বা খংনবা অর্থদা অশন শব্দগী মখাদা ক্যচ্ প্রত্যয় তৌই অমসুং অশন শব্দগী মমৈথংবা অকারগী মফমদা আকার ওই। মদুদি— অশনায়তি।

২৮৭। যৌবাংবা খংনবদা উদক শব্দগী মখাদা ক্যচ্ প্রত্যয় তৌই অমসুং উদক শব্দগী মফমদা উদন্ ওই। মদুদি—উদন্যতি।

২৮৮। নমস্, তপস্, অমদি বরিবস্ শব্দগী মখাদা তৌবা অর্থদা ক্যচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—নমঃ করোতি—নমস্যতি; তপঃ করোতি—তপস্যতি; বরিবঃ করোতি—বরিবস্যতি (শুশ্রূষতে ইত্যর্থঃ)।

২৮৯। আচরণ (চৎপা) অর্থদা কর্ম্মবাচক (কর্ম খংনবা) চাংদম্নবা খংনবা শব্দগী মখাদা ক্যচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—শিষ্যং পুত্রমিব আচরতি, পুত্রীয়তি শিষ্যম্ ; ভৃত্যং সখায়মিব আচরতি—সখীযতি ভৃত্যম্; মিত্রং রিপুমিব আচরতি— রিপূয়তি মিত্রম্; রাজানমিব আচরতি—রাজীযতি। মমৈদা লৈবা ঋ-গী মফমদা রী ওই। মদুদি—উপাধ্যায়ং পিতরমিব আচরতি—পিত্রীযতি উপাধ্যায়ম্।

২৯০। আচরণ অর্থদা কর্ত্তৃবাচক (কর্ত্তা খংনবা) চাংদম্নবা খংনবা শব্দগী মখাদা ক্যঙ্ প্রত্যয় তৌই অমদি ধাতুদু আত্মনেপদী ওই অমসুং ক্যঙ্গী য লৈহৌই।

২৯১। ক্যঙ্ প্রত্যয় তৌরবদা শব্দগী মমৈদা লৈরিবা নকার অমদি সকারদু লোপ ওই।

২৯২। ক্যঙ্না মখাদা লৈববদা শব্দগী মমৈদা লৈরিবা হ্রস্ব স্বরদু দীর্ঘ ওই অমসুং পয়স্ শব্দগী সকারগী বিকল্প ওইনা লোপ ওই। মদুদি—পুত্র ইব আচরতি—পুত্রায়তে; শিষ্য ইব আচরতি—শিষ্যায়তে; হংস ইব আচরতি—হংসায়তে; রাজা ইব আচরতি—রাজায়তে ; কৃষ্ণ ইব আচরতি —কৃষ্ণায়তে ; সখা ইব আচরতি—সখীয়তে ; পয় ইব আচরতি— পয়ায়তে, পয়স্যতে।

---

(১) অতোপ্পদা লৈবা অপাম্বা খংনবদদি ওথরোই। মদুদি—পুত্রস্য পুত্রমিচ্ছতি অসিনচিংবা মফমদা পুত্রকাম্যতি হায়বা রূপ অসি শিজিন্নদে।

(২) অতোপ্পদা লৈবা অপাম্বা খংনবদদি মসিমসু ওইরোই। মদুদি—পুত্রস্য পুত্রমিচ্ছতি অসিনচিংবা মফমদা পুত্রীয়তি হায়বা রূপ অসি প্রযোগ তৌদে।

শব্দগী মমৈদা লৈরিবা ঋ-গী মফমদা রী ওই। মদুদি—পিতেব আচরতি—পিত্রীয়তে; মাতেব আচরতি—মাত্রীয়তে।

২৯৩। তৌবা, পাংথোকপা অর্থ থংনবা শব্দ বৈর অমদি কলহ্ শব্দগী মথাদা ক্যঙ্, প্রত্যয় তৌই। মদুদি—শব্দং করোতি—শব্দায়তে ; বৈরং করোতি—বৈরায়তে ; কলহং করোতি—কলহায়তে।

২৯৪। অনুভব (থংবা) অর্থদা সুখ, দুঃখ অমাদি কৃচ্ছ্র শব্দগী মথাদা ক্যঙ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—সুখমনুভবতি—সুখায়তে ; দুঃখমনুভবতি—দুঃখায়তে ; কৃচ্ছ্রমনুভবতি—কৃচ্ছ্রায়তে।

২৯৫। উদ্বমন (কামথংপা) অর্থদা বাষ্প, ফেন, ধূম অমাদি উষ্মন্ শব্দগী মথাদা ক্যঙ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—বাষ্পমুদ্বমতি, বাষ্পায়তে ; ফেনমুদ্বমতি, ফেনায়তে; ধূমমুদ্বমতি—ধূমায়তে; উষ্মাণমুদ্বমতি— উষ্মায়তে।

২৯৬। উদ্গার (থগেবা) গা মাংওইননা শায়বা থংনবদা রোমন্থ শব্দগী মথাদা ক্যঙ্ তৌই। মদুদি—রোমন্থায়তে (উদ্গীর্য্য—ওথোক্লগা, চর্ব্বয়তি —শায়, ইত্যর্থঃ (অর্থসিদা)।

২৯৭। ভৃশ, শীঘ্র, চপল, মন্দ, পণ্ডিত, উৎসুক, সুমনস্, দুর্ম্মনস্, উম্মনস্ হায়বা শব্দশিং অসিগী মথাদা অভূততদ্ভাব (ওইরমদবদগী ওইরকপা) (১) অর্থদা ক্যঙ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—অভৃশো ভৃশো ভবতি—ভৃশায়তে; অশীঘ্রঃ শীঘ্রো ভবতি—শীঘ্রায়তে; অচপলশ্চপলো ভবতি—চপলায়তে; অমন্দো মন্দো ভবতি—মন্দায়তে; অপণ্ডিতঃ পণ্ডিতো ভবতি—পণ্ডিতায়তে; অনুৎসুক উৎসুকো ভবতি—উৎসুকায়তে; অসুমনাঃ সুমনা ভবতি—সুমনায়তে; অদুর্ম্মনা দুর্ম্মনা ভবতি—দুর্ম্মনায়তে ; অনুম্মনা উম্মনা ভবতি— উম্মনায়তে।

২৯৮। আচরণ (চৎপা) অর্থদা কর্ত্তৃবাচক উপমান (চাংদম্না) শব্দগী মথাদা ক্বিপ্ প্রত্যয় তৌই। ক্বিপ্‌কী করিমত্তা লেমহৌরোই। ক্বিপ্ তৌরবদা পরস্মৈপদ ওই। মদুদি—পুত্রইব আচরতি—পুত্রতি ; শিষ্য ইব আচরতি—শিষ্যতি ; সখা ইব আচরতি—সখয়তি; কবিরিব আচরতি—কবয়তি; বন্ধুরিব আচরতি—বন্ধবতি; গুররিব আচরতি—গুরবতি; পিতেব আচরতি—পিতরতি ; মাতেব আচরতি—মাতরতি।

২৯৯। করণ (তৌবা) অর্থদা শব্দগী মথাদা ণিচ্ প্রত্যয় তৌই। ণিজন্ত প্রকরণদা তৌগদবা নিয়মশিং অদু মফম অসিদসু তৌবা য়াবা মফমদা তৌগনি। মদুদি—প্রশ্নং করোতি—প্রশ্নয়তি; শব্দং করোতি—শব্দয়তি। অতোপ্পা অর্থদসু ণিচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—রূপং পশ্যতি—রূপয়তি ; বীণয়া উপগায়তি—উপবীণয়তি ; পাশং বিমুঞ্চতি—বিপাশয়তি ; বস্ত্রেণ সংচ্ছাদয়তি—সংবস্ত্রয়তি।

৩০০। ণিচ্ প্রত্যয় তৌরবদা পৃথু, মৃদু অমদি দৃঢ় শব্দগী ঋ-গী মফমদা র অমদি মমৈথংবা স্বরগী লোপ ওই। মদুদি—পৃথুং করোতি—প্রথয়তি ; মৃদুং করোতি—ম্রদয়তি; দৃঢ়ং করোতি—দ্রঢ়য়তি।

৩০১। ণিচ্ তৌরবদা স্থূল—গী মফমদা স্থব, দূরগী মফমদা দব, অন্তিকগী মফমদা নেদ, অমসুং বহুলগী মফমদা বংহ্ আদেশ ওই। মদুদি—স্থূলং করোতি—স্থবয়তি ; দূরং করোতি—দবয়তি ; অন্তিকং করোতি—নেদয়তি ; বহুলং করোতি—বংহয়তি।

---

(১) পোৎ অমদি মীশক অমগী হান্না থল্লমদবা অদু ওইরকপদা।

## নৈনবা অনুবাদ

(ক) শিংখৌনা হয়ানবু চায়রক হন্না চৈরাক পি—রাজা চৌরং শতং দণ্ডয়তি। হরিনা বেদগী অর্থ অদু মহাক্কী পরিবারশিংদা খংহন্নবী—হরিঃ বেদার্থং জ্ঞানবোধয়ৎ। মহাক্না লাইশিংদা অমৃত থকহন্নবী—স আপায়য়ত্তামৃতং দেবান্। মহাক্না ঈশিংদা পৃথিবীবু লৈহন্নবী—স আসয়ৎ সলিলে পৃথীম্। মসি থন্না থন্না লনী চংপা লিপা অদো চিঞ্ছে—ইতি চিন্তয়ন্নেব পথিকঃ সংমৃতঃ। থবাশীচাকশিং অসিবু মশিং থীবা কনানা ঙমগে—নক্ষত্রাণি গণয়িতুং কঃ সমর্থঃ। পুন্নমক্পু পেলহনগে হায়না খৌরাংলিবা মী অদুনা কনা অমত্তসু পেলহনবা ঙমদে—সর্বান্ প্রীণয়িতুং যতমানো জনঃ কমপি ন প্রীণয়তি।

(খ) মহাক্না সমুদ্র লাহোকনিংই—সমুদ্রং তিতীর্ষতি সঃ। লিন্না অঙাং অদুবু হন্না হন্না চিকই—সর্পঃ শিশুং দন্দশ্যতে। নিংথৌনা মহাক মশামক্কী মচানুপা পান্নমই—রাজা পুত্রকাম্যতি। নুমিৎনা হন্না হন্না ঙাল্লি—দেদীপ্যতে রবিঃ। মহাক্না নুঙাইবা ফংই—স সুখায়তে। মহাক নিংথৌ ওই—স রাজায়তে। মহাক্না য়েক্লববু মরূপ ওই—স সখীয়তি রিপূন্।

সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌঃ—(ক) মীওইবনা মহাক্কী মপুক থম্নবগীদমক্তা হন্না হন্না নোমই। ঐনহাক্কী মরূপকী পাউতাক অদু থওইনা তৌনিংদে। অশেংবা নুপীনা মহাক্কী মপুরোইববু নিন্দা তৌনিংদে। অহানবদা খল্লু; অদুগী তুংদা ঐবু হাংলু।

(খ) খৌরাংলবা মী অদুনা ঈশিং থকনীংই। ওঝা অদুনা মহাক্কী ছাত্রশিং অদু ঈশিং থকহন্নীংই। ওঝা অদুনা মহাক্কী ছাত্রশিং অদু মচামক্কুম্না খন্দুনা নৈনবা পামই।

(গ) ঐনা যুমদা চৎনিংই। অঙাংশিংনা শান্ননিংই। মহাকনা লাইরিক তমনিংদে। ঐ মফম অদুদা চৎনিংদে। লাইরবা অদুনা চাক চানিংই। নিংথৌনা চহি চামরি হিংবা পামই।

মথাগী ধাতুশিং অসিগী খেন্নবা তাকউঃ-

আহ্বয়তে অমদি আহ্বয়তি; দূষয়তি অমসুং দোষয়তি; পায়য়তি অমসুং পালয়তি; নিশময়তি অমসুং নিশাময়তি; ভীষয়তে অমসুং ভায়য়তি;।

মথাগী অসি পুন্নগা খোকপা মশাক অদু উৎলুঃ—

জেতুমিচ্ছুঃ ; পুনঃ পুনঃ পচতি ; ভীম ইব আচরতি ; বহুলং করোতি ; দ্রষ্টুমিচ্ছতি ; পুত্র ইব আচরতি; বন্ধুরিব আচরতি ; প্রত্রং করোতি। অমসুং অপণ্ডিতঃ পণ্ডিতো ভবতি।

---

## পরস্মৈপদ বিধানম্ (পরস্মৈপদ তাকপা)

৩০২। **ব্যাঙ্‌পরি ভ্যোরমঃ** (পা) বি, আ, পরি-না মথক থংবা রম্ ধাতু- দু পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—বিরমতি, (পোৎথাই) আরমতি, (নুঙাই)। পরিরমতি, (মহাকনা শান্নে)।

৩০৩। **উপাচ্চ** (পা) —উপ পূর্ব্ব রম্ ধাতু বিকল্প ওইনা পরস্মৈপদী ওই। মদুদি— দেবদত্তম্ উপরমতি, (উপরময়তি) মতাং অসিদা 'উপরমতি' হায়বা পদ অসিগী মনুংদা ণিজন্তগী অর্থ লৈ।

৩০৪। **বিভাষা অকর্ম্মকাৎ** (পা)—উপ পূর্ব অকর্ম্মক (কর্ম য়াওদবা) রম্ ধাতু বিকল্প ওইনা পরস্মৈপদী ওই। মদুদি- উপরমতি, উপরমতে ( লেপ্পী, তোঙ্গই)।

৩০৫। **অনুপরাভ্যাং কৃঞঃ** (পা)—অনু অমদি পরা-না মখক থংবা কৃধাতু পরস্মৈপদী ওইগনি। মদুদি—অনুকরোতি (মতৌ তম্মী মহাক্না) পরাকরোতি; (মহাক্না খন্দোকই)।

৩০৬। **অভিপ্রত্যতিভ্যঃ ক্ষিপঃ**(পা)—অভি, প্রতি, অতিনা মখক থংবা ক্ষিপ্ ধাতু পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—অভিক্ষিপতি; (মহাক্না লংখৎলি), প্রতিক্ষিপতি (মহাক্না হন্দোকই); অতিক্ষিপতি, (মহাক্না মখক্তা লংখৎলি)।

৩০৭। **প্রাদ্বহঃ**— প্র পূর্ব্ব বহ্ ধাতু পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—প্রবহতি, (চেংই)।

৩০৮। **পরের্মৃষঃ**— পরিনা মখক থংবা মৃষ্ ধাতু অসি পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—পরিমৃষ্যতি, (মহাক্না খাংই)।

৩০৯। **ম্রিয়তের্লুঙ্লিঙোশ্চঃ**— লিট্, লুট্, লৃট্, লৃঙ্ বিভক্তিদা মৃ ধাতু পরস্মৈপদী ওই। মদুদি, লিট্— মমার (শিরম্মী), লুট্— মর্ত্তা (শিরক্কনি), লৃট্— মরিষ্যতি, (শিগনি), লৃঙ্ অমরিষ্যৎ (মহাক লৈরম্রবদি শিরমগনি)।

৩১০। **বুধ- যুধ-নশ্-জনেঙ্-প্রু-দ্রু স্রু ভ্যো ণেঃ**— ণিজন্ত বুধ্, যুধ্, নশ, জন্, অমদি অধ্যয়নার্থ (তম্বা অর্থ হায়বা) ই ধাতু পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—বোধয়তি (পদ্মং রবিঃ)নুমিৎনা থম্বাল শাৎকাইহল্লি। য়োধয়তি (লান শোক্নহল্লি); জনয়তি (পোকহল্লি); অধ্যাপয়তি (লাইরিক তম্বী); প্রবয়তি (লেংহল্লি); দ্রাবয়তি (মহী লাংখোকহল্লি; নত্রগা চেনহল্লি); স্রাবয়তি ( চেংহল্লি)।

৩১১। **নিগরণ চলনার্থেভ্যশ্চ**—ণিজন্ত (ণিচ্-না মমৈদা লৈবা) চাবা অর্থ খংনবা অমদি চলনার্থ (চৎপা অর্থ খংনবা) ধাতু পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—ভোজয়তি, (চাহল্লি), আশয়তি (চাহল্লি), চলয়তি (চৎহল্লি), কম্পয়তি (নিকহল্লি), তৌইগুম্বসুং অদ্ ধাতুগীদি (থাদোকপদা)পরস্মৈপদী ওই, চাবা অর্থদদি ওইবোই। মদুদি—আদয়তে (পিজে)''অদেঃ প্রতিষেধঃ''। মসিদা ওইদ্রে।

৩১২। **অণাবকর্ম্মকাচ্চিত্তবৎ কর্ত্তৃকাৎ**— করিগুম্বা ণিচ্ তৌদবা মতমদা মখাই পানবনা কর্ত্তা ওইনা লৈরবদি অকর্ম্মক (কর্ম য়াওদবা) ণিচ্ তৌবা ধাতু অদু পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—পুত্রঃ শেতে (মচানা তুম্মী)। মাতা পুত্রং শায়য়তি; (মমানা মচাবু তুমহল্লি); শিশু জাগর্ত্তি ; মাতা শিশুং জাগরয়তি ; বৎসঃ ক্রীড়তি ; গোপো বৎসং ক্রীড়য়তি মখবাই পান্দবনা কর্ত্তা ওইদ্রবদি নিত্য ওইনা পরস্মৈপদী ওইরোই। মদুদি—জলং শুষ্যতি; (ঈশিংনা কংই); সূর্য্যো জলং শোষয়তি, শোষয়তে; (নুমিৎনা ঈশিং কংহল্লি) ; নদী বর্দ্ধতে, জলদকালো নদীং বর্দ্ধয়তি, বর্দ্ধয়তে বা।

৩১৩। ***ন পা দম্যাঙ্যমাঙ্যস-পরিমুহ-রুচি-নৃতি-বদ-বসঃ***—পা, দম, আঙ্—পূর্ব্বক (আঙ্—না মখক থংবা) যম অমসুং যস্; পরি পূর্ব্বক (পরি—না মখক থংবা) মুহ, রুচ্, নৃৎ, বদ, অমদি বস, ধাতু ণিজন্ত ওইরবদি পরস্মৈপদী ওইরোই। মদুদি—পায়য়তে, দময়তে, আয়াময়তে, অসিনচিংবা।

৩১৪। **দ্যুদ্ভ্যো লুঙি**—লুঙ্ বিভক্তিদা দ্যুত্-নচিংবা ধাতু বিকল্প ওইনা পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—অদ্যুতৎ, অদ্যোতিষ্ট (ভাল্লম্মী)।

৩১৫। **লুটি চ ক্লৃপঃ**— লুট লৃঙ্ অমদি সন্ প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা বৃত্, বৃধ্, কৃপ-নচিংবা ধাতু বিকল্প ওইনা পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—কল্প্তাসি, ক্লিপ্তাসে নত্রগা কল্পিতাসে; ক্লপ্স্যতি, কল্পিষ্যতে।

৩১৬। **বৃদ্ভ্যঃ স্যসনোঃ**— লুট্ লৃঙ্ অমদি সন্-না মথাদা লৈরবদা বৃৎ, বৃধ, কৃপ্-নচিংবা ধাতু বিকল্প ওইনা পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—বৎর্স্যতি, বর্তিষ্যতে, বিবৃৎসতি, বিবর্তিষতে।

---

## আত্মনেপদ বিধানম্

৩১৭। **ভাবকর্মণোঃ**—ভাববাচ্য অমসুং কর্ম্মবাচ্যদা ধাতু পুম্নমক আত্মনেপদী ওই। মদুদি—গৃহং গম্যতে, ময়া হীয়তে।

৩১৮। **নের্বিশঃ**—নি-না মথক থংবা বিশ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—নিবিশতে (মনুং চংই)। কটকং নিবিশতে রাজা (নিংথৌনা লানশংদা চংই)।

৩১৯। **পরিব্যবেভ্যঃ ক্রিয়ঃ**—বি,পরি অমদি অব-না মথক থংবা ক্রী ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিক্রীণীতে (যোল্লি)। সুরাং ন বিক্রীণীত বিপ্রঃ (ব্রাহ্মণ-না যু যোল্লোইদবনি)। পরিক্রীণীতে (পোৎ লৈ) অবক্রীণীতে (মহাকনা পোৎ লৈ, নত্রগা বাই)।

৩২০। **বিপরাভ্যাং জেঃ**—বি অমদি পরা-না মথক থংবা জি ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিজয়তে (জয় ওই)। পরাজয়তে (জয় তৌই)। বিশ্বনাথো বিজয়তে (সংসারগী মপুনা জয় তৌই)।

৩২১। **আঙো দোঽনাস্যবিহরণে**—আ-না মথক থংবা দা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিদ্যামাদত্তে (মহে তানশিল্লি)। অক্রমাদত্তে (খুৎলাই লৌই)। বিস্তার (শন্দোকপা) অর্থদদি ওইরোই। মদুদি—মুখং ব্যাদদাতি সিংহঃ (নোংশানা ময়া কাখোকই)। নদী কুলং ব্যাদদাতি (তুরেননা মপান থুগাই)। বৈদ্যো বিস্ফোটকং ব্যাদদাতি (মাইবনা অপোম্বা হঙ্গাই)।

৩২২। **ক্রীড়োঽনুসং পরিভ্যশ্চ (চানাঙ্)**—আ, অনু, সম্ অমদি পরি-না মথক থংবা ক্রীড় ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—আক্রীড়তে, অনুক্রীড়তে, সংক্রীড়তে, পরিক্রীড়তে, (মহাকনা শান্নে)। আক্রীড়ন্তে, অনুক্রীড়ন্তে, পরিক্রড়ন্তে মাণবকাঃ (অঙাংশিংনা শান্নে)।

৩২৩। **সমোঽকূজনে**—সং পূর্ব্বক ক্রীড় ধাতু'দু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সংক্রীড়তে (শান্নে)। সংক্রীড়ন্তে বালিকাঃ (নুপীমচাশিংনা শান্নে)। কূজন (খোংবা) অর্থদদি ওইরোই। মদুদি—সংক্রীড়তি চক্রম্ (চক্রনা খোংই)। সংক্রীড়ন্তি বিহঙ্গমাঃ (উচেকশিংনা খোংই)।

৩২৪। **অপাচ্চতুষ্পাচ্ছকুনিষ্বালেখনে**—(সূটঃ; কিরতে-র্হর্ষ জীবিকা-কুলায়করণেষু ইতি বাচ্যম্) উচেক নত্রগা মখোং মরি পানবা জীবনা কর্ত্তা ওইরবদা অমদি হরাউবা ফোংদোকপা, চিঙ্গাক থিবা, লৈফম থিবগী আশা খংনবদা অপপূর্ব্বক কৃ ধাতু আত্মনেপদ অমদি মথক্তা সকারগী আগম তৌই। মদুদি—হর্ষপ্রকাশ (হরাউবা ফোংদোকপা) অপস্কিরতে বৃষভো হৃষ্টঃ (হরাউরবা শল্লাবনা চোংই)। আহারান্বেষণ (চিঙ্গাক থিবা)—অপস্কিরতে কুক্কুটঃ ভক্ষ্যার্থী (চিঙ্গাক পাম্রবা য়েন-না চিঙ্গাক থি)। বাসগ্রহণেচ্ছা (লৈফম থিবা)—অপস্কিরতে সারমেয়ঃ আশ্রয়প্রার্থী (চংজবা পাম্রবা হুইনা চংজফম থি), পরস্মৈপদী—মদুদি— অপকিরতি কুসুমম্ (লৈ হেক্লই)।

৩২৫। **আঙি নু-প্রচ্ছ্যোঃ**—আ পূর্ব্বক নু অমসুং প্রচ্ছ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—আপৃচ্ছতে বন্ধূন্ (মহাকনা মহাক্কী মরুপ কাইনবগী মতমদা হংই)। নু ধাতুগীসু অসুম্না ওই। আনুতে শিবা (লমহুইনা খোংই)।

৩২৬। **সমবপ্রবিভ্যঃ স্থঃ**—সম্, অব্, প্র, বি-না মথক থংবা স্থা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—প্রতিষ্ঠতে, (মহাক চম্থী), বিতিষ্ঠতে (লাপ্না লেপ্পী), অবতিষ্ঠতে (ঙাইদুনা লৈ)। সন্তিষ্ঠতে (থিন্না লৈ)।

৩২৭। **প্রকাশনস্থেয়াখ্যয়োশ্চ**— মপুক্কী অপাম্বা ফোংদোকপদা অমসুং মধ্যস্থ অর্থদা স্থা ধাতু আত্মনেপদ ওই। মদুদি—কৃষ্ণায় তিষ্ঠতে গোপী, কৃষ্ণায় অভিপ্রায়ং প্রকাশয়তি ইত্যর্থঃ (কৃষ্ণগীদমক পুক্নিংগী অপাম্বা ফোংদোকই)।

৩২৮। **উদোঽনূর্দ্ধকর্ম্মণি**—উৎ পূর্ব্বক স্থা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—উত্তিষ্ঠতে (থবক তৌই নত্রগা নোমই)। মুক্তৌ উত্তিষ্ঠতে যোগী (যোগীনা মুক্তিগী থবক্তা থৌরাং তৌই)। উত্থান (হৌগৎপা) অর্থদদি ওইরোই। মদুদি—আসনাদুত্তিষ্ঠতি (আসনদগী হৌগৎলি)।

৩২৯। **উপান্মন্ত্রকরণে**—মন্ত্রনা মরম ওইদুনা স্তুতি তৌবা অর্থদা উপ পূর্ব্বক স্থা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—গায়ত্র্যা সূর্য্যমুপতিষ্ঠতে (গায়ত্রী মন্ত্রনা সূর্য্যবু স্তুতি তৌই)। অতোপ্নদদি—ভর্ত্তারমুপতিষ্ঠতি যৌবনেন।

৩৩০। **উপাদ্দেবপূজা-সঙ্গতিকরণ-মিত্রকরণ-পথিষ্বিতি বাচ্যম্**— লাই পূজা, তিন্নবা, মরুপ শাম্নবা অমসুং লম্বী খংনবা অর্থদা উপনা মথক থংবা স্থা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—দেবপূজা—বিষ্ণুমুপতিষ্ঠতে বৈষ্ণবঃ (বৈষ্ণবনা বিষ্ণুবু পূজা তৌই), বিষ্ণুং পূজয়তীত্যর্থঃ। মিলন (তিন্নবদা)—গঙ্গা যমুনামুপতিষ্ঠতে (গঙ্গানা যমুনাগা তিন্নে) যমুনয়া মিলতীত্যর্থঃ। মৈত্রীকরণ(মরুপ শাম্নবা)—সাধুমুপতিষ্ঠতে সাধুঃ (সাধুনা সাধুগা মরুপ শান্নে) সাধুনা মৈত্রীকরোতীত্যর্থঃ। পথ (লম্বী)—পন্থাঃ প্রয়াগম্ উপতিষ্ঠতে (লম্বীনা প্রয়াগপু তাকই)।

৩৩১। **অকর্ম্মকাচ্চ**—উপ-না মথক থংবা অকর্ম্মক (কর্ম্ম য়াওদবা) স্থা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—ভোজন-কাল উপতিষ্ঠতে (চাবগী মতম নকশিল্লক্কে)। সকর্ম্মক ওইরবদি ওইরোই। মদুদি—শিষ্যো গুরুমুপতিষ্ঠতি (শিষ্যনা গুরুবু খুরুম্মই)।

৩৩২। **বা লিপ্সায়ামিতি বাচ্যম্**— ফংবা পাম্বা খংনবদা উপনা মথক থংবা স্থা ধাতু

**বিকল্প ওইনা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—ধনিনমুপতিষ্ঠতে উপতিষ্ঠতি বা ভিক্ষুঃ (চাকনিবনা লন পামদুনা ইনাকখুনবগী মনাক্তা চৎলি) ধনলভেচ্ছয়া ধনিসমীপং গচ্ছতীত্যর্থঃ)।**

৩৩৩। **আঙো যমহনঃ**—(অকর্ম্মকাৎ স্বাঙ্গকর্ম্মকাদিত্যেব) আ-না মথক থংবা অকর্ম্মক ওইবা হন্ অমসুং যম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—আহতে (যুই, য়ৈ), আযচ্ছতে (শন্দোকই)। সকর্ম্মক ওইরবদি ওইরোই। মদুদি—আযচ্ছতি কূপাদ্রজ্জুম্ (কুহাদগী থৌরী লৌথৎলি)। আহন্তি শত্রুম্ (য়েক্লববু যুই)। মশাগী অবয়বনা কর্ম্ম ওইরবদা আত্মনেপদ ওই। মদুদি—আযচ্ছতে পাণিমাত্মীয়ম্ (মশাগী মখুৎ অদু লৌই)। আহতে স্বং শিরঃ (মশাগী মকোক্তা য়ৈ)।

৩৩৪। **সমো গম্যৃচ্ছিভ্যাম্**—(অকর্ম্মকাদিত্যেব)—সম্-না মথক থংবা অকর্ম্মক ওইবা গম্ অমদি ঋচ্ছ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সঙ্গচ্ছতে (তিন্নে)। সমৃচ্ছতে (কন্না লাকই)। সকর্ম্মক-গীদি ওইরোই। মদুদি— সঙ্গচ্ছতি স মিত্রম্ (মহাকনা মকপর্কী মফমদা চৎলি)। সমৃচ্ছতি শাস্ত্রম্ (মহাক শাস্ত্র খংই)।

৩৩৫। **বিদি-প্রচ্ছি-স্বরতীনামুপসংখ্যানম্**—সম্-না মথক থংবা অকর্ম্মক ওইবা বিদ্, প্রচ্ছ্ অমসুং স্বৃ হাযবা ধাতুশিংসি আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সংবিত্তে, (মহাকনা খংই)। সংপৃচ্ছতে (মহাকনা হংই)। সংস্বরতে।

৩৩৬। **অর্তি-শ্রুদৃশিভ্যশ্চেতি বক্তব্যম্**—সম্-না মথক থংবা অকর্ম্মক ওইবা ঋ, শ্রু, অমসুং দৃশ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সমিচ্ছতে, সংশৃণুতে, সংপশ্যতে। প্রমাণদি—'' হিতান্নযঃ সংশৃণুতে স কিংপ্রভুঃ।'' কিরাত।

৩৩৭। **স্পর্দ্ধায়ামাঙঃ(হ্বঃ)**—(স্পর্দ্ধা, যুদ্ধার্থে আহ্বান — লানগীদমক্তা কৌবা) অর্থদা আ-না মথক-থংবা হ্বে ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—মল্লমাহ্বয়তে মল্লঃ (মল্ল অমনা মল্ল অমবু শিংনৈ) স্পর্দ্ধা নত্তবা অর্থদদি ওইবোই। মদুদি—পিতা পুত্রমাহ্বয়তি (মপানা মচাবু কৌই)।

৩৩৮। **গন্ধনাবক্ষেপণ-সেবন সাহসিক্য- প্রতিযত্ন প্রকথনোপযোগেষু কৃঞঃ**— গন্ধনং (মাংনবা তৌবা), অবক্ষেপণং (নিন্দা), সেবনং ( সেবা), সাহসিক্যং (থুনা পাংথোকপা), প্রতিযত্নঃ ( থৌরাং তৌবা), প্রকথনং (হন্না থীবা), উপযোগঃ (শিজিন্নবা), অর্থদা উপসর্গনা মথক থংবা কৃ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—উৎকুরুতে (হাৎলি), হরিমুপকুরুতে (হরিবু সেবা তৌই), গাথাং কাঞ্চিৎ প্রকুরুষ্ব (করিগুম্বা শৈরেং খরা থীয়ু), শ্রাদ্ধে শতং প্রকুরুতে (শ্রাদ্ধদা লুপা চামা কথোকই)।

৩৩৯। **বেঃ শব্দকর্ম্মণঃ**—বি-না মথক্তা লৈবা কৃ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিকুরুতে স্বরান্ (মহাকনা খোঞ্জেন ফোংদোকই), অতোপ্না অর্থদা—চিত্তং বিকরোতি কামঃ (অপাম্বনা পুক্নিং মশাক হোংহল্লি)।

৩৪০। **অকর্ম্মকাচ্চ**—অকর্ম্মক ওইবা বি-না মথক থংবা কৃ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিকুরুতে ছাত্রঃ (ছাত্র অদু হেন্না ফংচিল্লক্তবা ওই)।

৩৪১। **অধেঃ প্রসহনে**— ক্ষমা (ঙাকপিবা), অমসুং অভিভব (মায়থীবা ফংবা)

অর্থদা অধি-না মাংওইনবা কৃ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—শত্রুমধিকুরুতে রাজা (নিংথৌনা য়েল্লম্বগী কোনুং পায়শিল্লি) শত্রুপুরীমধিকুরুতে। অতোপ্পা অর্থদা মদুদি—সিংহাসনমধিকুরু (সিংহাসনবু ফংউ)।

৩৪২। **সম্মাননোৎসঞ্জনাচার্য্যকরণ-জ্ঞান-ভৃতি-বিগণন-ব্যয়েষু নিয়ঃ**—সম্মাননং (ইকায় খুম্নবা), উৎসঞ্জনং (থাঙৎপা) আচার্য্যকরণং (তাকপা, তম্বীবগী থবক তৌবা), জ্ঞানং ( লৌশিং) ভৃতিঃ (তলব) বিগণনং (পিবা, য়েনবা), ব্যয়ঃ (খরচ), হায়রিবা অর্থশিং অসিদা নী ধাতু (উপসর্গ য়াওদবা নী নত্রগা উৎ, উপ, বি, না মাংওইনবা নী) আত্মনেপদী ওই। মদুদি—শাস্ত্রে নয়তে (শাস্ত্রদা তাকই), দণ্ডমুন্নয়তে (চৈ থাঙৎলি), মানবকমুপনয়তে (মানবকবু উপনয়ন তৌই), তত্ত্বং নয়তে (অচুম্ববু পুরকই), কর্ম্মকরানুপনয়তে (থবক্কী অশুমন পুরকই) করং বিনয়তে (অশুমন য়েহোকই), শতং বিনয়তে (চামা চাদিং তৌই)।

৩৪৩। **কর্ত্তৃস্থেচাশরীরে কর্ম্মণি**— ক্রিয়াগী ফল অদু কর্ত্তাদা লৈবা খংনবদা বি-না মাংওইনবা নী ধাতু অদু অবয়ব নত্তবা কর্ম্মগী মফমদা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—ক্রোধং বিনয়তে যতিঃ ( য়েগীনা অশাওবা থিংই)। শরীরে কর্ম্মণি তু—গণ্ডং বিনয়তি (মহাক্কী য়াইরোং মফম হোংই)।

৩৪৪। **বৃত্তিসর্গতায়নেষু ক্রমঃ**— বৃদ্ধি (চাওখৎপা) উৎসাহ ( থৌনা), অমসুং অপ্রতিবন্ধ (অপনবা লৈতবা) অর্থদা ক্রম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সতাং শ্রীঃ ক্রমতে, (সাধুশিংগী মিংচৎ হেনগৎলি) বর্দ্ধতে ইত্যর্থঃ। অধ্যয়নায় ক্রমতে শিষ্যঃ (তম্নবগীদমক্তা শিষ্যনা থৌনা পোকই) উৎসহতে ইত্যর্থঃ।

৩৪৫। **উপপরাভ্যাম্**—মথক্তা হায়খ্রিবা অর্থ অসিদা উপ অমসুং পরা-না মাংওইনবা ক্রম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—উপক্রমতে, পরাক্রমতে।

৩৪৬। **আঙুদ্গমনে**—গ্রহ নক্ষত্রনচিংবা মণ্ডাল লৈবা পোৎশিংগী মথকলোমদা কাখৎপা অর্থ খংনবদা আ-না মাংওইনবা ক্রম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—আক্রমতে সূর্য্যঃ (নুমিৎনা মথকলোমদা কাখৎলকই) নভোমণ্ডলমারোহতীত্যর্থঃ। মণ্ডাল নত্তবা অতোপ্পা পোৎনা মথকলোমদা কাখৎপা খংনবদদি ওইরোই। মদুদি—আকাশমাক্রমতি ধূমজালম্ (মৈখুগী মপেনা আকাশতা কাখৎলি)।

৩৪৭। **বেঃ পাদবিহরণে**—পাদ বিক্ষেপ ( খোং থাংবা) খংনবদা বি-না মাংওইনবা ক্রম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সাধু বিক্রমতে বাজী (শগোলনা নিংথিনা চৎলি) প্রমাণ—"ইদং বিষ্ণুর্বিচক্রমে"—শ্রুতি ঃ। অতোপ্পা অর্থদদি ওইরোই। মদুদি—বিক্রামতি সন্ধিঃ (তিন্নবদু খাইদোক্লরে) দ্বিধা ভবতীত্যর্থঃ।

৩৪৮। **প্রোপাভ্যাং সমর্থাভ্যাম্**—হৌবা অর্থদা প্র নত্রগা উপ-না মাংওইনবা ক্রম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—প্রক্রমতে ভোক্তুম্, উপক্রমতে ভোক্তুম্ (চাবা হৌই) আরভতে ইত্যর্থঃ।

৩৪৯। **অনুপসর্গাদ্বা**—উপসর্গ য়াওদবা ক্রম্ ধাতু বিকল্প ওইনা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—ক্রমতে ; ক্রামতি (হেন্দোক্লুনা চৎলি)।

৩৫০। **অপহ্নবে জ্ঞঃ**—অপহ্নব (নিন্দা) অর্থদা জ্ঞা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—উত্তমপজানীতে (হায়খিবা বাদা দোষ হায়ী) অপলপতীত্যর্থঃ।

৩৫১। **অকর্মকাচ্চ**—জ্ঞা ধাতু অকর্মক ওইরবদি আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সর্পিষো জানীতে (থীনা মরম ওইদুনা যজ্ঞ হৌগংলি)।

৩৫২। **অবাদ্ গিরতেঃ**—অব-না মাংওইনবা গৃ ধাতু (তুদাদি) আত্মনেপদী ওই। মদুদি—অবগিরতে (চাই)।

৩৫৩। **সম্প্রতিভ্যামনাধ্যানে**—সম্ নত্রগা প্রতিনা মথক থংবা জ্ঞা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সংজানীতে, প্রতিজানীতে। শতং সংজানীতে (মানা চামরক হন্না য়েংই)। শতং প্রতিজানীতে (চামরক হন্না বাশকই)। নিংশিংবা অর্থদদি ওইরোই। মদুদি—পুত্রং সংজানাতি (মহাক্না মচা অদু নিংশিংই) স্মরতীত্যর্থঃ।

৩৫৪। **অনুপসর্গাজ্জ্ঞঃ**—উপসর্গ য়াওদবা জ্ঞা ধাতু বিকল্প ওইনা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—জানীতে, জানাতি (খংই)।

৩৫৫। **সমঃ প্রতিজ্ঞানে**—প্রতিজ্ঞা (বাশকপা) অর্থদা সম্-না মথক থংবা গৃ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সঙ্গিরতে (বাশকই) প্রতিজানীতে ইত্যর্থঃ। শতং সঙ্গিরতে (মহাক্না চাম বাশকুনা পি) অতোপ্পা অর্থদা, মদুদি—সঙ্গিরতি গ্রাসম্ (মহাক্না চখোম অমা থন্না য়োংলি)।

৩৫৬। **উদশ্চরঃ সকর্মকাৎ**—উৎপূর্বক সকর্মক চর্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—গুরুবচনমুচ্চরতে, (গুরুগী য়াথং হিক্তোকই) উল্লঙ্ঘয়তীত্যর্থঃ। অকর্মকগীদি ওইরোই। মদুদি—উচ্চরতি ধূমঃ (মৈখু কাথংলি)।

৩৫৭। **সমস্তৃতীয়াযুক্তাৎ**—তৃতীয়ান্ত পদগা লেংমিন্নবদা সম্না মথক থংবা চর্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—অশ্বেন সঞ্চরতে (শগোল তোংদুনা চংলি)। রথেন সঞ্চরতে (দোলায়না চংলি)।

৩৫৮। **দানশ্চ সা চেচ্চতুর্থ্যর্থে**—তৃতীয়ান্ত পদনা করিগুম্বা চতুর্থীগী অর্থদা শিজিন্নরবদি সম্না মথক থংবা দা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—দাস্যা সংযচ্ছতে মালাম্ (দাস্যৈ মালাং দদাতি ইত্যর্থঃ)।

৩৫৯। **উপাদ্ যমঃ স্বকরণে**—বিবাহ (লুহোংবা) অর্থ খংনবদা উপ পূর্বক যম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সুলক্ষণাং কন্যামুপযচ্ছতে (নিংখিবা লক্ষণ-না তিনবী কন্যা লুহোংই)।

৩৬০। **প্রোপাভ্যাং যুজেরযজ্ঞপাত্রেষু**—উপসর্গ পূর্বক যুজ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—প্রযুঙ্ক্তে (শিজিন্নে), নিযুঙ্ক্তে (থৌদাই), উৎযুঙ্ক্তে (নোমই), অনুযুঙ্ক্তে (হংই), বিনিযুঙ্ক্তে (শিজিন্নে)। নির্, দুর্, সম্ পূর্বক যুজ্ ধাতুগীদি ওইরোই।

৩৬১। **ভুজোঽনবনে**—রক্ষা (ঙাকপা) নত্তবা অতোপ্পা অর্থদা ভুজ্ ধাতু

আত্মনেপদী ওই। মদুদি—অন্নং ভুঙ্‌ক্তে (চাক চাই), বৃদ্ধোজনো দুঃখ শতানি ভুঙ্‌ক্তে (হনুরবা মীনা অন্নাবা চাম-চাম ফংই)। রক্ষার্থে—মহীং ভুনক্তি (পৃথিবী ঙাকই)।

৩৬২। **ভাসনোপসম্ভাষাজ্ঞান-যত্ন-বিমত্যুপমন্ত্রণেষু বদঃ**—ভাসনং (হৈশিংবা উৎপা), উপসম্ভাষা (খেমজিনবা), জ্ঞানং (খংবা), যত্নঃ (হোৎনবা), বিমতিঃ (পুকচেল তিন্নদবা) উপমন্ত্রণং (চিরোন তৌবা)—হায়বা অর্থশিং অসিদা বদ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিষ্ণুশর্ম্মা অর্থশাস্ত্রে বদতে (বিষ্ণুশর্ম্মা রাজনীতি খংই)। কৃষকঃ ক্ষেত্রে বদতে (লৌউবনা লৌবুক্তা নোমই)। ভৃত্যান্ উপবদতে (মীনাইশিংবু খেমজল্লি)। ধর্ম্মশাস্ত্রানি পরস্পরং বিবদন্তে (মহে-মহে ধর্ম্ম শাস্ত্রশিং য়েৎনৈ)।

(ক) **ব্যক্তবাচাং সমুচ্চারণে**—পুন্নমক খোমজিল্লগা তরু তরুবা রাঙাং হায়দোকপদা বদ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সংপ্রবদন্তে ব্রাহ্মণাঃ (ব্রাহ্মণশিংনা পুন্নমক তিন্নরগা তরু-তরুবা রা ঙাংই)। তৌইগুম্বসুং তরু-তরুবা রাঙাং উচ্চারণ তৌদ্রবদি ওইরোই। মদুদি—সংপ্রবদন্তি বিহগাঃ।

(খ) **অনোরকর্ম্মকাৎ**— অনু-না মাংওইনবা বদ্ ধাতু অকর্ম্মক ওইরবদা অমসুং ফোংদোকপা রাঙাংগী অর্থ খংনবদা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—অনুবদতে কঠঃ কলাপস্য (কঠনা কলাপকী রারীদু খোঙ্গাং য়ৈহল্লি)। ফোংদোকপা রাঙাং নত্রবদি ওইরোই। মদুদি—অনুবদতি বীণা (বীণা খোংই)।

৩৬৩। **স্বরিতঞিতঃ কর্ত্রভিপ্রায়ে ক্রিয়াফলে**—মতম অদুদা কর্ত্তা অদুনা মশাগী কান্নবগী মাইগেদা থবক অদু তৌরবদি যজ্-নচিংবা উভয়পদী ধাতুগী মখাদা তশেংনমক আত্মনেপদ ওই। মদুদি—যজতে বিপ্রঃ (ব্রাহ্মণ-না মশাগীদমক যজ্ঞ তৌই)। মফম অসিদা যাজক ব্রাহ্মণ অদুনা যজমানগীদমক যজ্ঞ তৌরবদি খোইদোক-হেন্দোক্লা আত্মনেপদ ওইররোই।

৩৬৪। **ণিচশ্চ**—কর্ত্তা অদুনা থবক অদুগী ফল অদু ফংবা তারবদি ণিজন্ত ধাতু অদু আত্মনেপদ ওই। মদুদি—ওদনং পাচয়তে।

৩৬৫। **জ্ঞা-শ্রু-স্মৃ-দৃশাং সনঃ**—সন্ প্রত্যয় তৌরবা জ্ঞা- শ্রু- স্মৃ অমসুং দৃশ্ ধাতু আত্মনেপদ ওই। মদুদি—ধর্ম্মং জিজ্ঞাসতে (ধর্ম্ম হংনিংই)। গুরুং শুশ্রূষতে (গুরুবু সেবা তৌনিংই)। নষ্টং সুস্মূর্ষতে (অমাংববু কাউখোকনিংই)। চন্দ্রং দিদৃক্ষতে (থা য়েংনিংই)।

৩৬৬। **নানোর্জ্ঞঃ**—অনু উপসর্গনা মাংওইনবা সনন্ত জ্ঞা ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—অনুজিজ্ঞাসতি (তুংদা খিজল্লি)। "প্রত্যাঙ্‌ভ্যাং শ্রুবঃ"—প্রতি অমসুং আ-না মাংওইনবা সনন্ত শ্রু ধাতু আত্মনেপদী ওইরোই। মদুদি—প্রতিশুশ্রূষতি, আশুশ্রূষতি।

৩৬৭। **উদ্বিভ্যাং তপঃ**—উৎ অমদি বি-না মথকথংবা তপ্ ধাতু অকর্ম্মক ওইরবদা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—উৎতপতে সূর্য্যঃ।

৩৬৮। **স্বাঙ্গকর্ম্মাচ্চ**—মশাগী অঙ্গ অদুনা করিগুম্বা মতম অদুদা কর্ম্ম ওইনা লৈরবদি

উৎ অমদি বি-না মথক্কথংবা তপ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—উত্তপতে, বিতপতে স্বং পাণিম্। অদু নত্রবদি—অগ্নিঃ সুবর্ণমুত্তপতি।

৩৬৯। **শপ উপালম্ভে**—শপথ (ৱাশকপা) অর্থ থংনবদা শপ্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—ভার্য্যায়ৈ শপতে পতিঃ (মপুরোইবনা নুপীগীদমক ৱাশকই)। নত্রবদি—পুত্রং শপতি (মচাবু শাপ তৌই)।

৩৭০। **বিভাষা বিপ্রলাপে**—থংনবা থংনবা অর্থদা বি অমদি প্র-না মথক থংবা বদ্ ধাতু বিকল্প ওইনা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিপ্রবদন্তে, বিপ্রবদন্তি বা বৈদ্যাঃ (মাইবশিংনা মহে-মহে খংনৈ, য়েংনৈ)।

৩৭১। **ণেরণৌ যৎকর্ম্ম ণৌ চেৎ স কর্ত্তা অনাধ্যানে**—ধাতুঅদু ণিচ্ তৌদ্রিঙৈ মতমদা কর্ম্ম ওইনা লৈরম্বা অদু ণিচ্ তৌরবা মতমদা কর্ত্তা ওইরবদি ণিজন্ত ধাতুদু আত্মনেপদী ওই। তৌইগুম্বসুং নিংশিংবা অর্থ ওইরবদি ওইরোই। মদুদি—পশ্যন্তি ভবং ভক্তাঃ। ণিচ্ তৌরবদা—ভবঃ ভক্তান্ দর্শয়তে। ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী কর্ম্ম ওইবা 'ভবং' অসি ণিচ্ তৌরবা মতমদা 'ভবঃ' ওইরে; অদুনা 'দর্শয়তে' অসি আত্মনেপদী ওইরে।

৩৭২। **বিভাষোপপদেন প্রতীয়মানে**—পদগী মনাক্তা নত্রগা লোয়ন-লোয়ননা লৈবা অদুগুম্বা পদ অদুবু উপপদ কৌই। "যজ্ঞ" হায়বসি পদ অমনি, "স্বঃ বা স্বীয়ঃ যজ্ঞঃ" হায়বা বাক্য অসিদা "স্বঃ বা স্বীয়ঃ" অসি যজ্ঞগী মনাক্তা লৈ অদুনা মসি উপপদনি।

কর্ত্তাসি ক্রিয়াগী ফল অদু ফংবনি। মতম অদুদা উপ-পদনা মরম ওইদুনা মসিবু (কর্ত্তাবু) খংলবদি ধাতু অদু বিকল্প ওইনা আত্মনেপদী ওই। মদুদি—স্বং যজ্ঞং যজতি যজাতে বা; মফম অসিদা 'স্বং' হায়বা উপপদ অসিনা মরম ওইদুনা কর্ত্তা অসিনা ক্রিয়াগী ফল ফংলে হায়বসি খংনৈ। মরম অসিদগী বিকল্প ওইনা আত্মনেপদী ওইরে।

৩৭৩। **সমুদাঙ্ভ্যো যমোঽগ্রন্থে**— কর্ত্তানা তৌরিবা থবক্কী ফল ফংবা খংনরবদা সম্, উৎ অমসুং আ-না মথক থংবা যম্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। লাইরিকনা কর্ম্ম ওইরবদি ওইরোই। মদুদি—ব্রীহিম্ সংযচ্ছতে, ভারম্ উদ্যচ্ছতে (থাঙৎলি), বস্ত্রম্ আযচ্ছতে। লাইরিকনা কর্ম্ম ওইরবদা ওইদবগী খুদম—উদ্যচ্ছতি চিকিৎসাম্ বৈদ্যঃ (মাইবনা হিদাক্কা লাইয়েংবগী থবক তম্মী); [যম্ ধাতু মফম অসিদা সকর্ম্মক, অমসুং "আঙোযমহনঃ" হায়বা সূত্রদা যম্ ধাতু অকর্ম্মক ওই]।

৩৭৪। **ভীস্ম্যোর্হেতুভয়ে**—প্রয়োজক (ইনশিনবা) কর্ত্তাবু কিবা নত্রগা ঙকপা খংনবদা ণিজন্ত ভী ধাতু অমদি স্মি ধাতুগী আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সর্পঃ শিশুং ভীষয়তে।

৩৭৫। **ম্রিয়তের্লুঙ্-লিঙোশ্চ**—লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্ অমসুং আশীর্লিঙ বিভক্তিদা মৃ ধাতু আত্মনেপদী ওই, মদুদগী তোঙানবা অতোপ্পা বিভক্তিদদি পরস্মৈপদী ওই। মদুদি—ম্রিয়তে, অমৃত, মৃষীষ্ট। অতোপ্পদা—মর্ত্তা, মমার, মরিষ্যতি অসিনচিংবা।

৩৭৬। **আশিষি নাথঃ**—আশীর্ব্বাদ অর্থদা নাথ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—সর্পিষো নাথতে, অতোপ্পদদি—নাথতি তণ্ডুলম্।

৩৭৭। **কর্ত্তরি কর্মব্যতিহারে**—থবক ওন্নোক্নবা অমসুং অমনা অমগী থবক তৌনবা অর্থদা কর্ত্তৃবাচ্যদা ধাতুগী মথাদা আত্মনেপদ ওই। মদুদি—ব্যতিলুনীতে বিপ্রঃ—শূদ্রস্য যোগ্যং শস্যাদিলবণং ব্রাহ্মণঃ করোতি (ব্রাহ্মণ-না শূদ্রনা তৌকম্ থোকপা মনা মশিং লৌনচিংবা খাওবগী থবক অদু তৌই)। ব্যতিভবতে অর্কমিন্দুঃ—সুমিংনা মতৌ অদুম্না থা তাত্রবদা থোরকই; থা অদুসু নুমিংনা তাত্রবদা থোরকই।

৩৭৮। **ন গতিহিংসার্থেভ্যঃ**—(প্রতিষেধে হসাদীনামুপ সংখ্যানম্) ক্রিয়া বিনিময় (চপ মান্নবা থবক, অনিনা তৌবা) অর্থ খংনরবদসু গত্যর্থ, হিংসার্থ ধাতু অমদি হস্ ধাতু আত্মনেপদী ওইরোই। মদুদি— ব্যতিসর্পন্তি, ব্যতিঘ্নন্তি, ব্যতিহসন্তি, ব্যতিজল্পন্তি।

৩৭৯। **ইতরেতরান্যোন্যোপপদাচ্চ**—'ইতরেতর', 'অন্যোন্য' 'পরস্পর' শব্দগী প্রয়োগ তৌরবদা ক্রিয়া বিনিময় অর্থদা আত্মনেপদ ওইবোই। মদুদি—ইতরেতরং পরস্পরং অন্যোন্যং বা ব্যতিলুনন্তি।

৩৮০। **নিসমুপবিভ্যো হ্বঃ**—নি, সম্, উপ অমসুং বি-না মথক থংবা হ্বে ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—বিহ্বয়তে, সংহ্বয়তে, উপহ্বয়তে।

৩৮১। **আশংসেরাশংসায়াম্**—নিংবা অর্থদা আ-না মথক থংবা শন্স্ ধাতু আত্মনেপদী ওই। মদুদি—''তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়''।

## নৈনবা অনুবাদ

নিংথৌনা লানশংদা চংই—কটকং নিবিশতে রাজা। নিংথৌনা জয় ওইসনু—বিজয়তাং মহারাজঃ। ছাত্রনা মহৈ তম্মী—ছাত্রঃ বিদ্যামাদত্তে। উচেকশিংনা শান্নে— অনুক্রীড়ন্তে বিহঙ্গমাঃ। হে নুংশিরবা মরুপ। নংবু ঐনা বিদায় তৌরি—আপৃচ্ছে ত্বাং প্রিয়সখ। নিংথৌনা সিংহাসন্দগী হৌগৎলি—আসনাদুত্তিষ্ঠতি রাজা। লম্বী অসি বারাণসী তান্না চৎলি— পন্থাঃ বারাণসীমুপতিষ্ঠতে। চাক চাবগী মতম য়ৌরক্লে—ভোজনকাল উপতিষ্ঠতে। জ্ঞান লৈতবনা মশাগী মকোক্তা য়ৈ—অবোধ আহতে স্বং শিরঃ। অকল্লবনা য়েক্নববু যুই—বীরঃ শত্রূন্ আহন্তি। ধর্ম্ম-শাস্ত্রশিং মহৈ-মহৈ য়েৎনৈ— ধর্মশাস্ত্রাণি পরস্পরং বিবদন্তে। নিংথৌনা ধর্ম্ম চৎলি—ধর্ম্মম্ উচ্চরতে রাজা। অপাম্বনা থম্মোই ওলহল্লি—চিত্তং বিকরোতি কামঃ। ছাত্রনা অসুম যৎচিল্লক্তে—ছাত্রঃ বিকুরুতে। মীওইবনা গুরুবু সেবা তৌনিংগদবনি—গুরূন্ শুশ্রূষেত জনঃ। অহল ওইরবা মীনা অৱাবা চামা চামা ফংই—বৃদ্ধো জনো দুঃখশতানি ভুঙ্‌ক্তে। রামনা বনগী উহৈশিং চাই—রামো বন্যানি ফলানি ভুঙ্‌ক্তে। হয়িংনা ফত্তবা মীগী লমচং তম্মী—মশকঃ খলস্য চরিতমনুকরোতি। বলিনা দাননা মরম ওইদুনা পুম্নমক পিথোকই—বলিঃ দানেন সর্ব্বান্ অভিক্ষিপতি।

**অরানবা চুম্থোকউ**—মহীং ভুঙ্‌ক্তে রাজা। দণ্ডকং প্রতষ্ঠৌ রামঃ। বিজয়তু শূদ্রকঃ। ধর্মে মতিঃ নিবিশতি। বিরমন্তু বৎসাঃ। মা জহি ভেকান্। অর্জুনঃ সৈন্ধবম্ অধিকরোতি। লোভো জনয়তে তৃষ্ণাং। বধিরঃ ন শৃণোতি। গুরুমাপৃচ্ছ বৎস? বিদ্যাং ন বিক্রীণীয়াৎ।

---

## কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যগী মতাং

৩৮২। কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা ধাতু অদু আত্মনেপদী ওই; তশেংনা আত্মনেপদীগী বিভক্তিদমক ওই।

৩৮৩। কর্ম্মবাচ্যদা কর্ম্মপদদা অদুগুম্বা পুরুষ অমসুং বচন ওইবা অদু ক্রিয়া পদদসু অদুগুম্বা পুরুষ অমসুং বচন অদু অদুম ওই। হায়রবদি—কর্ম্মপদ অদু অস্মৎ শব্দ ওইরগা ক্রিয়াদা উত্তম পুরুষকী বিভক্তি ওই অদুগা যুস্মৎ শব্দ ওইরগনা, মধ্যম পুরুষকী অমদি অস্মৎ, যুস্মৎ শব্দগী তোঙানবা শব্দ ওইরবদি প্রথম পুরুষকী বিভক্তি ওই। মতৌ অসুম্না কর্ম্মপদদা একবচন লৈরগা ক্রিয়া পদদা একবচন, দ্বিবচন লৈরগনা ক্রিয়াপদদা দ্বিবচন, বহুবচন লৈরগনা ক্রিয়াপদদা বহুবচন ওই।

৩৮৪। ভাববাচ্যদা ক্রিয়াপদ অসি তশেংনা প্রথম পুরুষকী একবচনদমক ওই।

৩৮৫। কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা লট্, লোট্ লঙ্ বিধিলিঙ্ হায়বা বিভক্তি মরি অসিদা অয়াম্বা গণ খুদিংমক চংপা ধাতুগী মথাদা য প্রত্যয় তৌই। মদুদি, পঠ্—পঠ্যতে য-না মথাদা লৈরবদা শী ধাতুগী মকমদা শয় ওই। মদুদি—শয্যতে।

৩৮৬। য-না মথাদা লৈরবদা দা, ধা, মা, গা, স্থা, পা, পানার্থক (থকপা হায়বা), সা, হা ধাতুগী আকারগী মকমদা ঈ ওই।

দা—দীয়তে, ধা—ধীয়তে, মা—মীয়তে, গা(গৈ)—গীয়তে

স্থা—স্থীয়তে, পা—পীয়তে, সা—সীয়তে, হা—হীয়তে।

৩৮৭। ১২৬ তগী ১৩৪ ফাওবা সূত্র মাপল অসিদা আশীর্লিঙ্গী পরস্মৈপদদা অদুগুম্বা ধাতুগী মথাদা অদুগুম্বা থবক তৌবা, অদুগুম্বা থবক অদু য প্রত্যয়না মথাদা লৈরবসু তৌগনি।

সূত্র ১২৬ কী মতুং ইনবা খুদম—জি—জীয়তে, চি—চীয়তে, শ্রি—শ্রীয়তে, শ্রু—শ্রূয়তে, স্তু—স্তূয়তে, ক্ষি—ক্ষীয়তে।

সূত্র ১২৭কী মতুংইনবা খুদম—কৃ—ক্রিয়তে, ভৃ—ভ্রিয়তে, মৃ—ম্রিয়তে, হৃ—হ্রিয়তে।

সূত্র ১২৮ গী মতুং ইনবা—স্মৃ— স্মর্য্যতে, ঋ—অর্য্যতে, স্বৃ—স্বর্য্যতে।

সূত্র ১২৯ গী মতুং ইনবা—তৄ—তীর্য্যতে, কৄ—কীর্য্যতে, পৄ—পূর্য্যতে।

সূত্র ১৩০ গী মতুং ইনবা—গ্রহ্—গৃহ্যতে, প্রচ্ছ্—পৃচ্ছ্যতে, ব্যধ্—বিধ্যতে, যজ্—ইজ্যতে।

সূত্র ১৩১ গী মতুংইনবা— বচ্—উচ্যতে, বদ্—উদ্যতে, বপ্—উপ্যতে, বস্—উষ্যতে, বহ্—উহ্যতে, স্বপ্—সুপ্যতে।

সূত্র ১৩২ গী মতুংইনবা—হ্বে—হূয়তে।

সূত্র ১৩৩গী মতুংইনবা—দন্শ্—দশ্যতে, ভ্রন্শ্—ভ্রশ্যতে, শন্স্—শস্যতে, মন্থ্—মথ্যতে, ভন্জ্—ভজ্যতে, বন্ধ্—বধ্যতে।

সূত্র ১৩৪ গী মতুংইনবা—শাস্—শিষ্যতে।

কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা য় প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা তন্ জন্ খন্ অমসুং সন্

ধাতুগী অন্-গী মফমদা অ প্রত্যয় বিকল্প ওইনা তৌই। মদুদি—তায়তে, তন্যতে; জায়তে, জন্যতে; খায়তে, খন্যতে; সায়তে, সন্যতে।

য-না মখাদা লৈরবদা দরিদ্রা ধাতুগী আকারগী লোপ ওই। মদুদি—দরিদ্র্যতে। কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা য-না মখাদা লৈরবদা অস্ (অদাদি) ধাতুগী মফমদা ভূ অমসুং ঘস্ (চাবা) ধাতুগী মফমদা অদ্ ওই। মদুদি—অস্—ভূয়তে, ঘস্—অদ্যতে।

৩৮৮। য-না মখাদা লৈরবদা ণিজন্ত ধাতুগী মমৈদা লৈরিবা ইকারগী লোপ ওই। মদুদি—কারি—কার্য্যতে, হ্রাপি—হ্রাপ্যতে; দূষি—দূষ্যতে, দর্শি—দর্শ্যতে।

## লিট্, লুট, লৃট্, লৃঙ্ আশীর্লিঙ্

সেব্ ধাতু—

**লিট্**—সিষেব, সিষেবাতে, সিষেবিরে।

ভুজ্ ধাতু—

**লৃঙ্**—অভোক্ষ্যত, অভোক্ষ্যেতাম্, অভোক্ষ্যন্ত।

**আশীর্লিঙ্**—ভুক্ষীষ্ট, ভুক্ষীয়াস্তাম্ ভুক্ষীরন্।

৩৮৯। লুট্, লৃট্, লৃঙ্ অমসুং আশীর্লিঙ্ হায়বা বিভক্তি মরি অসিদা স্বরান্ত ধাতু, গ্রহ্, দৃশ্ অমসুং হন্ ধাতুগী মখাদা অতোপ্পা পক্ষ অমদা ই ওই।

৩৯০। ই-না মখাদা লৈরবদা ধাতুগী মমৈথংবা স্বর অমসুং উপধা অকারগী বৃদ্ধি ওই। মদুদি—

### স্বরান্ত—শ্রু ধাতু

| লিট্ | লুট্ | লৃট্ | লৃঙ্ | আশীর্লিঙ্ |
|---|---|---|---|---|
| শুশ্রুবে | শ্রোতা | শ্রোষ্যতে | অশ্রোষ্যত | শ্রোষীষ্ট |
| | শ্রাবিতা | শ্রাবিষ্যতে | অশ্রাবিষ্যত | শ্রাবিষীষ্ট |

### গ্রহ্ ধাতু

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| জগৃহে | গ্রহীতা | গ্রহীষ্যতে | অগ্রহীষত | গ্রহীষীষ্ট |
| | গ্রাহিতা | গ্রাহিষ্যতে | অগ্রাহিষ্যত | গ্রাহিষীষ্ট |

৩৯১। ই-না মখাদা লৈরবদা উপধা লঘু স্বরগী গুণ ওই। মদুদি—

### দৃশ্ ধাতু

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| দদৃশে | দ্রষ্টা | দ্রক্ষ্যতে | অদ্রক্ষ্যত | দ্রক্ষীষ্ট |
| | দর্শিতা | দর্শিষ্যতে | অদর্শিষ্যত | দর্শিষীষ্ট |

৩৯২। ই-না মখাদা লৈরবদা হন্ ধাতুগী হ্-গী মফমদা ঘ ওই। মদুদি—

### হন্ ধাতু

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| জঘ্নে | হন্তা | হনিষ্যতে | অহনিষ্যত | বধিষীষ্ট |
| | ঘানিতা | ঘানিষ্যতে | অঘানিষ্যত | ঘানিষীষ্ট |

৩৯৩। ই-না মখাদা লৈরবদা আকারান্ত ধাতুগী মখাদা য প্রত্যয় তৌই। মদুদি—

**দা ধাতু।**

| লিট্ | লুট্ | লৃট | লৃঙ্ | আশীর্লিঙ্ |
|---|---|---|---|---|
| দদে | দাতা | দাস্যতে | অদাস্যত | দাসীষ্ট |
| | দায়িতা | দায়িষ্যতে | অদায়িষ্যত | দায়িষীষ্ট |

৩৯৪। কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা লুঙ্গী ত বিভক্তিগী মফমদা ই ওই। ই-না মথাদা লৈরবদা মমৈথংবা স্বরগী অমসুং উপধা অকারগী বৃদ্ধি ওই অমদি উপধা লঘু স্বরগী গুণ ওই। মদুদি—

| | বদ্ ধাতু | সেব্ ধাতু | ভজ্ ধাতু | মন্ ধাতু |
|---|---|---|---|---|
| এক— | অবাদি | অসেবি | অভাজি | অমানি |
| দ্বি— | অবদিষাতাম্ | অসেবিষাতাম্ | অভক্ষাতাম্ | অমংসাতাম্ |
| বহু— | অবদিষত | অসেবিষত | অভক্ষত | অমংসত |

৩৯৫। স্বরান্ত, গ্রহ্, দৃশ্, হন্ অমসুং দা ধাতুগী লুঙ্গী ত নত্তবা বিভক্তিদা লুট্-নচিংবগী মতৌগুম্না থবক তৌই। মদুদি—

**শ্রু ধাতু**

অশ্রাবি, অশ্রোষাতাম্, অশ্রাবিষাতাম্ অশ্রোষত অশ্রাবিষত

**গ্রহ্ ধাতু**

অগ্রাহি অগ্রহীষাতাম্ অগ্রাহিষাতাম্ অগ্রহীষত অগ্রাহীষত

**দৃশ্ ধাতু**—অদর্শি ; অদৃক্ষাতাম্ অদর্শিষাতাম্ অদৃক্ষত অদর্শিষত।

**হন্ ধাতু**—অবধি অঘানি ; অবধিষাতাম্ অহসাতাম্ অঘানিষাতাম্ ; অবধিষত অহসত অঘানিষত।

**দা ধাতু**—অদায়ি ; অদিষাতাম্, অদায়িষাতাম্ ; অদিষত অদায়িষত।

## কর্ম্ম কর্ত্তৃবাচ্য- প্রকরণ।

কর্ম্মকর্ত্তৃবাচ্যদা কর্ম্মপদ অদু কর্ত্তৃপদ ওই, কর্ম্মপদ লৈতে অমসুং লট্, লোট্, লঙ্, বিধিলিঙ্ হায়বা বিভক্তি মরি অসিদা গণ খুদিংমক্কী ধাতুগী মথাদা য প্রত্যয় তৌই। হায়রিবা কর্ম্মকর্ত্তৃ বাচ্য অসিদা ধাতু অদু আত্মনেপদী ওই, হায়বদি তশেংনা আত্মনেপদগী বিভক্তিদা ওই। মদুদি—(গজেন ভিদ্যমানঃ) স্বয়মেব ভিদ্যতে বৃক্ষঃ; (নরেণ পচ্যমানং) স্বয়মেব পচ্যতে ভক্তম্।

### কর্ম্মকর্ত্তৃ বাচ্য।

(কর্ম্মপদ অদু কর্ত্তৃপদ ওইনা শিজিন্নবা)

ক্রিয়মাণন্তু যৎ কর্ম্ম স্বয়মেব প্রসিধ্যতি।
সুকরৈঃ স্বৈর্গুণৈঃ কর্ত্তুঃ কর্ম্মকর্ত্তেতি তদ্বিদুঃ॥

কর্ম্মকর্ত্তৃবাচ্যদা কর্ম্ম অদুনা কর্ত্তা ওই, হায়বদি তৌগদৌরিবা কর্ম্ম অদু মশাগী ইচম-চম্বা গুণদা কর্ত্তা ওইহল্লি। লট্, লোট্, লঙ্ বিধিলিঙ্দা ধাতু পুম্নমক্কী মথাদা য প্রত্যয় তৌই অমসুং ধাতু অদু আত্মনেপদী ওই। হায়রিবা কর্ম্মকর্ত্তৃবাচ্য অসিদা অহানবদা কর্ম্ম

অদু উক্ত তৌরম্বা, মদু মতুংদা কর্ত্তা ওইহায়দুনা কর্ত্তা অদুগী পুরুষ, বচন অদুগী মতুং ইন্না ক্রিয়াগী পুরুষ, বচন ওই। মদুদি—(লোকেন পচ্যমানম্) অন্নং স্বয়মেব পচ্যতে। "হীয়তে হি মতিস্তাত হীনৈঃ সহ সমাগমাৎ"। স্বভাবঃ অতিরিচ্যতে। প্রমাণ—

ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ

ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি দৃষ্ট এবাত্মনীশ্বরে—শ্রীমদ্ভাগবতম্।

কর্ম্মকর্ত্তৃবাচ্যদা কর্ম্ম লৈতে অদুনা বাচ্যান্তর (বাচ্য ওনবা) তৌবা মতমদা ভাববাচ্যদা তৌই। মদুদি—মত্যা হীয়তে, স্বভাবেন অতিরিচ্যতে।

## বাচ্য পরিবর্ত্তনম্ (বাচ্য ওনবা)

যদ্‌যেন যুজ্যতে লোকে বুধস্তৎ তেন যোজয়েৎ—যেন যেন যুজ্যতে, লোকে বুধেন তৎ তেন যোজয়েৎ। ন কাঙ্ক্ষে বিজয়ং কৃষ্ণ নচ রাজ্যং সুখানি চ—ন কাঙ্ক্ষ্যতে বিজয়ঃ কৃষ্ণ ন চ রাজ্যং সুখানিচ (কাঙ্ক্ষ্যন্তে)। এতান্ ন হন্তুমিচ্ছামি—এতে ন হন্তুমিষ্যন্তে ? জগতঃ পিতরৌ বন্দে পার্ব্বতীপরমেশ্বরৌ—জগতঃ পিতরৌ বন্দ্যেতে (ময়া) পার্ব্বতী-পরমেশ্বরৌ। গুরুঃ প্রাজ্ঞে যথা তথা জড়ে বিদ্যাং বিতরতি—গুরুণা প্রাজ্ঞে যথা তথা জড়ে বিদ্যা বিতীর্য্যতে। অয়োজ্ঞানে শক্তিং ন করোতি ন অপহন্তি বা—অয়োজ্ঞানে শক্তিঃ ন ক্রিয়তে ন অপহন্যতে বা। ত্বং অল্পস্য হেতোর্ব্বহুহাতুমিচ্ছন্ মে বিচারমূঢ়ঃ প্রতিভাসি—ত্বয়া অল্পস্য হেতোর্ব্বহুহাতুমিচ্ছন্ মে বিচারমূঢ়েন প্রতিভায়তে। বিকারহেতৌ সতি যেষাং চেতাংসি ন বিক্রিয়ন্তে ত এব ধীরাঃ—বিকারহেতৌ সতি, যেষাং চেতোভিঃ ন বিক্রিয়তে তৈঃ ধীরৈঃ ভূয়তে। ন কেবলং যো মহতোপভাষতে শৃণোতি তস্মাদপি যঃ স পাপভাক্—ন কেবলং যেন মহতঃ—অপভাষ্যতে, শ্রূয়তে তস্মাদপি যেন তেন পাপভাজা। যো ভক্ত্যা যৎ প্রযচ্ছতি তস্য তদহং অশ্নামি—যেন ভক্ত্যা যৎ প্রদীয়তে তস্য তন্ময়া অশ্যতে। হে নাথ! ত্বয়ি ভক্তিরস্তু অহৈতুকী—হে নাথ ত্বয়ি ভক্ত্যা ভূয়তাম্ অহৈতুক্যা। মরণকালঃ আয়াতস্তু ইষ্টদেবতাং স্মর—মরণ কালেন আয়াতম্ ইষ্টদেবতা তে স্মর্য্যতাম্। মরণযাতনা মাং তথা ন দুনোতি যথা তব মনঃপীড়া—মরণযাতনয়া অহং তথা ন দূয়ে যথা তব মনঃপীড়য়া। মহর্ষেরোক্তং—ভদ্র মৃগ! স্বেচ্ছয়া উদকাদ্যাহারো অনুভূয়তাম্—মহর্ষিঃ উক্তবান্—ভদ্রমৃগ! স্বেচ্ছয়া উদকাদ্যাহারম্ অনুভব। অত্র অবস্থানেন বনমিদং সনাথীক্রিয়তাম্—অত্র অবস্থানেন বনমিদং সনাথীকুরু। বৃত্যর্থং নাতি চেষ্টেত সা হি ধাত্রৈব নির্মিতা—বৃত্যর্থং নাতিচেষ্টেত তাং হি ধাতা এব নির্মিতবান্। কেনাপি সহ বৈরং ন কুর্ব্বীত, কমপি ন অবজানীয়াৎ চ—কেনাপি সহ বৈরং ন ক্রিয়েত কোঽপি ন অবজ্ঞায়েত চ। রাবণঃ সুমহৎ বপুঃ চকার—রাবণেন সুমহৎ বপুঃ চক্রে। পাঠশালায়াং বালকাঃ কাব্যম্ অধীয়তে—পাঠশালায়াং বালকৈঃ কাব্যম্ অধীয়তে। জনকঃ অযোধ্যাং দূতান্ প্রাহিণোৎ—জনকেন দূতাঃ অযোধ্যাং প্রাহীয়ন্ত। অশ্বিনৌ মদনমপি সৌন্দর্য্যেণ অতিশায়াতে—অশ্বিভ্যাম্ মদনঃ অপি সৌন্দর্য্যেণ অতিশায্যতে। বিষয়িভিঃ ইদং কর্ত্তব্যম্—বিষয়িণঃ ইদং কুর্য্যুঃ। যদা অসৎসঙ্গমুক্তো ভবিষ্যসি তদা ভবিষ্যসি—যদা অসৎসঙ্গমুক্তেন ভবিষ্যতে তদা ভবিষ্যতে। যদা ভারদ্বাজং হতমশ্রৌষম্—যদা ভারদ্বজঃ হতা অশ্রাবি। যদাশ্রৌষম্ ভীষ্মং পাতিতং কর্ণঞ্চ বিনিপাতিতং—যদা

অশ্রোষাতাম্ (অশ্রাবিষাতাম্) ভীষ্মঃ পাতিতঃ কর্ণশ্চ বিনিপাতিতঃ। এতান্যতি সতাং গেহে নোচ্ছিদ্যন্ত কদাচন—এতৈরপি সতাং গেহে নোচ্ছিদ্যতে কদাচন। রামং গৃহং নয়—রামঃ গৃহং নীয়তাম। পিতা পুত্রং শাস্ত্রমুবাচ—পিত্রা পুত্রঃ শাস্ত্রমুচে।

---

# লকারার্থ নির্ণয় (বিভক্তিগী অর্থ তাকপা)

৩৯৬। বর্তমানকালদা ধাতুগী মথাদা লট্ বিভক্তি (হৌজিক ওইরিবা মতম)(১) ওই। মদুদি—ভবতি, তিষ্ঠতি, গচ্ছতি, পশ্যতি, জাগর্ত্তি।

৩৯৭। অতীতকাল (হৌখিবা মতম) দা ধাতুগী মথাদা লিট্ (মপুং ফনা লোইখ্রবা), লঙ্ (মপুং ফদবা হৌখিবদা) অমসুং লুঙ্ (লেপ্তবা হৌখিবদা) ওই। মদুদি—

| | গম্ | ভূ | দৃশ্ | স্থা |
|---|---|---|---|---|
| লিট্— | জগাম | বভূব | দদর্শ | তস্থৌ |
| লঙ্— | অগচ্ছৎ | অভবৎ | অপশ্যৎ | অতিষ্ঠৎ |
| লুঙ্— | অগমৎ | অভূৎ | অদর্শৎ | অস্থাৎ |

বৈয়াকরণিকশিংগী মত-দা মথাদা ইরিবা অর্থদা অসুম্না লকার অহমগী প্রয়োগ (শিজিন্নবা) তৌই। মদুদি—অনদ্যতনদা লঙ্ শিজিন্নে; অনদ্যতন হায়বদি হৌজিক ওইরিবা মতম অসি নত্তবা। (হৌজিক ওইবা মতমগী মমাংদা) মদুদি—"রামরাবণয়োর্যুদ্ধমাসীদ্—রামরাবণয়োরিব"।

পরোক্ষ, হায়বদি অনদ্যতন কালদা বক্তা (রা ঙাংলিবা) অদুগী মমাং নত্তবদা থোকপা থবক খংনবদা লিট্ শিজিন্নে। মদুদি—রামঃ রাজ্যং চকার। বক্তাগী মমাং নত্তবদা থোকপা থবকতা লিট্ শিজিন্নে হায়দুনা উত্তম পুরুষকী ক্রিয়াদা লিট্ শিজিন্নদে, মরমদি ঐনা বাক্য অসিগী বক্তানি ঐগী ইমাংনত্তবদা ঐনা তৌবা নত্রগা হায়বা ওইখোক্তে; মরম অসিনা অহম্ উবাচ নত্রগা অহম্ চকার অসুম্না শিজিন্নবা অসি থেংনদে। (২)

ভূত-দা, হায়বদি সাধারণ অতীত কালগী অর্থ খংনবদা লুঙ্গী প্রয়োগ অসি তৌই। মদুদি—অদ্য বৃষ্টিরভূৎ।

৩৯৮। ভবিষ্যৎ কালদা ধাতুগী মথাদা লুট্ (হৌজিক্কী মতুংদা ওইরক্কদবা) অমসুং লৃট্ (সাধারণ ভবিষ্যৎ) ওই। মদুদি—

---

(১) (মসি মথক অনি থোকই, সাধারণ বর্তমান অমসুং নিত্যবর্তমান। মদুদি—রামো গচ্ছতি। শৈলস্তিষ্ঠতি। বিদ্যা দদাতি বিনয়ম্।)

উপাখ্যান (ৱারী) দা অতীত-গী মহুত্তা লট্ প্রয়োগ তৌই। মদুদি—অস্তি কলিঙ্গদেশে রুক্সাঙ্গদো নাম নৃপতিঃ—কলিঙ্গদা রুক্সাঙ্গদ কৌবা নিংথৌ অমা পাক্লম্মী।

বর্তমান সামীপ্যে (বর্তমান যান্না নক্লবদা) ধাতুগী মথাদা ভবিষ্যৎ অর্থমত্তদা লট্ ওই। মদুদি—গচ্ছামি শীঘ্রং পুনঃ (থুনা চৎকনি)। ক্ব যাসি?—কদায়দা চৎকদৌরিবনো?

(২) তৌইগুবসুং চিত্তবিক্ষেপ (পুক্নিং থকপা) নচিংবা খংনবদা উত্তম পুরুষতা লিট্ শিজিন্নে। মরমদি—চিত্তবিক্ষেপকী মতুং ইন্না হৌখিবা ঘটনা (থৌদোক) অদু বক্তা অদুনা খংহৌদ্রবগী মওং লৈত্তনা থোকই। মদুদি—সুপ্তোঽহং কিল বিললাপ (তুম্লবা ঐনা লাওগ্রমাদে)। মত্তোঽহং কিল বিচচার—ঙাওরদুনা ঐনা কোইচৎ চৎলুরমাদে। থোইদোক্লা মপুং ফনা রান্দবা খংনবদা উত্তম পুরুষতা লিট্ প্রয়োগ তৌই। মদুদি—কলিঙ্গেষ্বাৎসীঃ? নাহং কলিঙ্গান্ জগাম—কলিঙ্গদা লৈরম্লগেরা? ঐ কলিঙ্গদা চৎলোই।

| | গম্ | ভূ | দৃশ | হা |
|---|---|---|---|---|
| লুট্ | গন্তা | ভবিতা | দ্রষ্টা | হাতা |
| লৃট্ | গমিষ্যতি | ভবিষ্যতি | দ্রক্ষতি | হাস্যতি, |

অনদ্যতন হায়বদি মদু হৌজিক ওইরিবা মতম অসিদগী মতুং খরা কোনবদা ওইগদবা মদু খংনবদা লুট্ অমসুং সাধারণ ভবিষ্যৎ অর্থদা লৃট্ শিজিন্নৈ। মদুদি— অদ্য বৃষ্টিভবিষ্যতি ; কল্কী ভবিতা।

৩৯৯। স্ম শব্দগা লেংমিন্নরগা অতিত কালদা লট্ বিভক্তি ওই। মদুদি—স মদ্‌গৃহমাগচ্ছতি স্ম—মহাক ঐগী য়ুমদা লাক্লম্মী। স ব্যাকরণমধীতে স্ম—মহাক ব্যাকরণ তম্লম্মী।

৪০০। মা শব্দগা লেংমিন্নরগা কাল খুদিংমক্তা বিকল্প ওইনা লুঙ্ ওই। মদুদি—মা ভূৎ দুঃখম্ ; মা ভবতু দুঃখম্ ; মা ভবিষ্যতি দুঃখম্।

৪০১। মাস্ম শব্দগা লেংমিন্নরগা কাল খুদিংমক্তা লঙ্ অমসুং লুঙ্ ওই। মদুদি—মাস্ম ভবৎ শোকঃ। মাস্ম ভূৎ শোকঃ।

৪০২। যাবৎ অমসুং পুরা শব্দগা লেংমিন্নরগা ভবিষ্যৎ কালদা লট্ ওই। মদুদি—স যাবৎ আগচ্ছতি তাবৎ অহং গমিষ্যামি (মতম অদুদা মহাক হেক লাকপা মতম অদুমক্তদা ঐ চৎকনি)।

৪০৩। কদা অমসুং কর্হি শব্দ লেংলবদা ভবিষ্যৎ কালদা বিকল্প ওইনা লট্ বিভক্তি ওই। মদুদি—কদা দদামি ন জানে, কদা দাস্যামি ন জানে (করম্বা মতমদা পিগদগে খংদে)।

৪০৪। কথং হায়বা শব্দসি লেংলবদা কাল পুম্নমক্তা বিকল্প ওইনা লট্ অমসুং বিধিলিঙ্ ওই। মদুদি— কথং গচ্ছসি, কথং গচ্ছেঃ।

৪০৫। যদা অমদি যদি শব্দ লেংলবদা ভবিষ্যৎ কালদা বিধিলিঙ্ ওই। মদুদি—বক্ষ্যামি যদা স আগচ্ছেৎ। দাস্যামি যদি স আগচ্ছেৎ।

৪০৬। আশীর্ব্বাদ (নুঙাইহনবা) অর্থদা ধাতুগী মথাদা আশীর্লিঙ্ (নুঙাই-য়াইফবা পীবা অর্থ খংনবা বিভক্তি) অমসুং লোট্ (থৌদাবা খংনবা বিভক্তি) ওই। মদুদি—তব সুখং ভূয়াৎ, তব সুখং ভবতু। সজ্জনশ্চিরং জীব্যাৎ, সজ্জনশ্চিরং জীবতু।

৪০৭। বিধি (নিয়ম তাকপা) অর্থদা ধাতুগী মথাদা বিধিলিঙ্ (নিয়ম তাকপা বিভক্তি) ওই। বিধি মথল অনি শুই। প্রবর্ত্তনা অমসুং নিবর্ত্তনা; সৎকর্ম্মদা (অফবা থবক্তা) চংশিংহনবা অদুনা প্রবর্ত্তনা কৌই, অদুগা অসৎকর্ম্ম(ফত্তবা থবক)দগী হন্দোকহনবা অদুগী মমিংনা নিবর্ত্তনা কৌই। মদুদি, প্রবর্ত্তনা—সত্যংবদেৎ ; প্রিয়ং ব্রূয়াৎ ; গুরূনভ্যর্চ্চয়েৎ ; দীনে দয়াং কুর্য্যাৎ ; ক্ষুধিতায় অন্নং দদ্যাৎ। নিবর্ত্তনা—নানৃতং বদেৎ; ন গুরূন্ নিন্দেৎ ; পরস্বং নাপহরেৎ ; ক্রোধং যত্নেন বর্জ্জয়েৎ ; অহঙ্কারং পরিহরেৎ, আলস্যং পরিত্যজেৎ অসিনচিংবা।

৪০৮। অনুজ্ঞা (য়াথং), নিমন্ত্রণ (বার্ত্তন তৌবা), নিয়োগ, (য়াথং লৌবা), অনুরোধ (হায়জবা), জিজ্ঞাসা (হাহং), প্রার্থনা (হায়জবা) হায়রিবা অর্থশিং অসিদা বিধিলিঙ্ অমসুং লোট্ বিভক্তি ওই। মদুদি, অনুজ্ঞা—গচ্ছতু ভবান্। নিয়োগ—করোতু ভবান্। নিমন্ত্রণ—ইহ ভুঞ্জীত ভবান্। অনুরোধ—ইহ শয়ীত ভবান্। প্রার্থনা—মৎপুত্রমধ্যাপয়েত্ভবান্। জিজ্ঞাসা—কিং ভো ব্যাকরণমধীয়ীয় উত সাহিত্যম্। যোগ্যতা (মতীক চাবা) অর্থদতা বিধিলিঙ্ শিজিন্নৈ। মদুদি—ত্বং রাজা ভবেঃ।

৪০৯। ক্রিয়া অনিগী কার্য্যকারণ ভাব (ক্রিয়া অমগী ক্রিয়া অমনা কারণ ওইনবা) খংনবদা ক্রিয়া অনিমক্তা ভবিষ্যৎ কালদা বিধিলিঙ্ ওই। মদুদি—যদি বাল্যে অধীয়ীত যাবজ্জীবনং সুখং লভেত। মফম অসিদা বাল্যকালগী (অঙাং ওইরিঙৈগী) অধ্যয়ন (লাইরিক তম্বা) অদুনা পুন্সী চুপ্পা নুঙাইবা ফংনবগী কারণ ওই ; মরম অসিনা ক্রিয়া অনিমক্তা বিধিলিঙ্ ওইরম্লিবনি। মতৌ অসুম্না—যদি সত্যং বদেৎ; সর্ব্বস্য প্রিয়ো ভবেৎ। অসিদসু অদুমণাই।

৪১০। সমর্থনা (ঙম্বা) অর্থদা ধাতুগী মথাদা লোট্ ওই। মদুদি—সিন্ধুমপি শোষয়াণি (সমুদ্র ফাওববুসু কংহল্লগে)।

৪১১। ইচ্ছার্থ ধাতুগা লেংমিন্নরবদা বিধিলিঙ্ অমদি লোট্ ওই। মদুদি—ইচ্ছামি ভবান্ ভুঞ্জীত ভুঙ্ক্তাং বা। ইচ্ছামি স আগচ্ছেৎ আগচ্ছতু বা।

৪১২। ক্রিয়া অদু পাংথোক্তবা খংনবদা অতীতকালদা ধাতুগী মথাদা লৃঙ্ (কার্য্যকারণভাব খংহনবা বিভক্তি) ওই। মদুদি—স চেৎ আগমিষ্যৎ তদাহমগমিষ্যম্ (করিগুম্বা মহাক লাক্লম্রবদি ঐ চৎলমগদবনি)। হায়বদি মহাক লাক্তে মরম অসিনা ঐ চৎলরোই। জ্ঞানং চেৎ অভবিষ্যৎ তদা সুখমভবিষ্যৎ (করিগুম্বা জ্ঞান লৈরম্রবদি নুঙাইরমগদবনি)। হায়বদি জ্ঞান য়াওদবা মরম্না নুঙাইবা ওইদে।

৪১৩। পৌনঃপুন্য (হন্না হন্না হায়বা) অমদি অতিশয় (থোইদোক- হেন্দোকপা) অর্থ খংবদা ধাতু পুম্নমক্কী মথাদা কাল পুম্নমক্তা, পুরুষ পুম্নমক্তা অমদি বিভক্তি খুদিংমক্তা লোট্-কী হি, ত, স্ব, ধ্বম্ হায়রিবা বিভক্তি মরি অসি ওই। মদুদি—পুনঃ পুনঃ অতিশয়েন বা হরতি, জহার, হরিষ্যতি হায়বা অর্থ অসিদা হর, হরত, হরস্ব, হরধ্বম্।

## নৈনবা

**খুদম উত্তুনা তাকপা:**—মতৌ অসুম্না ভগবান আত্রেয়না হায়রম্মী—ইতি হ স্মাহ ভগবানাত্রেয়ঃ। কলিঙ্গদা কৃষ্ণাঙ্গদ কৌবা নিংথৌ অমা পাম্মী— অস্তি কলিঙ্গবিষয়ে কৃষ্ণাঙ্গদো নাম নৃপতিঃ। মহাক লাক্লবদি ঐ চৎকনি—গমিষ্যামি যাবৎ স আগচ্ছতি। অদুক্কী মথৈ মহাক্কা য়াম্না লাপ্না চৎত্রিঙৈদা মহাক্কী চৈশু অদু তেক্লম্মী—যাবৎ স বহুদূরং ন গচ্ছতি তাবৎ তস্য যষ্টির্ভগ্না। করম্বা মতমদা চৎকদবনো খংদে—কদা গচ্ছামি ন জানে। করিগুম্বদা কৃষ্ণবু নিন্দা তৌরা? —জাতু নিন্দসি মাধবম্ ?

**সংস্কৃততা অনুবাদ তৌ:**—ঐ অমুক থুনা চৎকনি। মহাক করম্বা মতমদা লাক্কনি হায়বদো ঐনা নঙোন্দা হায়সিগে। করিগুম্বা মতমদা নংনা হরিবু নিন্দা তৌরা? করিগুম্বা নহাক্কা কলহৌদ্রবদি পৃথিবী অসি ঈশিংদা লুপত্রগনি।

---

# কৃৎ—প্রকরণ
## (সাধারণ নিয়ম খরা)

১। ধাতুগী মখাদা তব্য, নিঠা-নচিংবা প্রত্যয় তৌই। মখোয় অদুবু কৃৎ প্রত্যয় কৌই।

২। কৃৎ প্রত্যয় তৌরবদা ধাতুগী মমৈখংবা স্বরগী অমসুং উপধা লঘু স্বরগী গুণ ওই। ক নত্রগা ঙ্ ইৎ ( হৌখিবা) ওইরবদি ওইরোই। মদুদি—শ্রু + তব্য =শ্রোতব্যঃ, সিচ্+অনীয়=সেচনীয়ঃ; কৃ+তুম্=কর্ত্তুম্, মুহ্+অল্=মোহঃ, অসিনচিংবা।

৩। কৃৎ প্রত্যয়গী ণ্ নত্রগা ঞ্ ইৎ ( হৌখিবা, চৎখিবা) ওইরবদা, ধাতুগী মমৈখংবা স্বরগী অমদি উপধা অকারগী বৃদ্ধি ওই। তৌইগুম্বসুং আকারান্ত ধাতুগী মখাদনা য লাকই। মদুদি—শ্রু+ঘঞ্=শ্রাবঃ, নশ্+ঘঞ্=নাশঃ, কৃ+ণ্যৎ=কার্য্যম্, হস্+ণ্যৎ=হাস্যম্ যা+ণিন্=যায়ী, পা+ণিন্=পায়ী, দা+ণক=দায়কঃ, বি+ধা+ণক =বিধায়কঃ।

৪। কৃৎ প্রত্যয়না (১) মখাদা লৈরবদা, ণিচ্ প্রত্যয় লোপ ওই। মদুদি—স্থাপি+অনীয়=স্থাপনীয়ঃ, বি+চারি+যপ্=বিচার্য্যঃ, বি+নাশি+যপ্=বিনাশ্যঃ, কারি +ক্ত=কারিতঃ, পালি +ক্ত=পালিতঃ (ইট্ আগম তৌবনি)।

৫। কৃৎ প্রত্যয়গী ঘ্ ইৎ ওইরবদি মমৈদা লৈরিবা চ্-গী মফমদা ক্ অমদি জ্-গী মফমদা গ্ ওই। মদুদি—বি+বিচ্ +ঘিনুণ্=বিবেকী, যুজ্+ঘিনুণ্=যোগী, পচ্+ঘঞ্ =পাকঃ, যুজ্+ঘঞ্=যোগঃ।

৬। কৃৎ প্রত্যয়গী খ্ ইৎ ওইরবদা, মথক থংবা পদদু দ্বিতীয়াগী একবচনান্ত ওই। মদুদি—বিশ্ব+ভৃ+খ=বিশ্বংভরা, পতি+বৃ+খ=পতিংবরা (বিশ্বং অমদি পতিং দ্বিতীয়াগী একবচন ওইরে)। মতৌ অসুম্না বসুন্ধরা, ভয়ংকরঃ, ক্ষেমঙ্করঃ অসিনচিংবা।

৭। কৃৎ প্রত্যয়গী প্ ইৎ ওইরবদি হ্রস্ব স্বরনা মমৈখংবা ধাতুগী মখাদা ত্ ওই। মদুদি —উপ+কৃ+যপ্=উপকৃত্য, সং+স্তু+যপ্=সংস্তুত্য, ই+ক্যপ্=ইত্য, ইন্দ্র+জি+ক্বিপ্ = ইন্দ্রজিৎ, পুণ্য+কৃ+ক্বিপ্ = পুণ্যকৃৎ।

৮। কৃৎ প্রত্যয়গী য-না মখাদা লৈরবদা ধাতুগী মমৈদা লৈরিবা ও-গী মফমদা অব্ অমসুং ঔ-গী মফমদা আব্ ওই। খুদম—ভূ +যৎ = ( ভো+ য)=ভব্যঃ, শ্রু +যৎ = (শ্রো+য) = শ্রব্যঃ, স্তু +ণ্যৎ = (স্তৌ+য) = স্তাব্যঃ। অসিনচিংবা।

## কৃৎ

কর্ত্তরি কৃৎ —বাচ্য উৎলমম্রবদি কৃৎ প্রত্যয় অদু কর্তৃবাচ্যদা ওইগনি।

তয়োরেব কৃত্য-ক্ত খলর্থাঃ।—(এতে ভাবকর্ম্মণোরেব স্যুঃ ) মখোয় অসিগী মনুংদা কৃত্য, ক্ত অমসুং খলর্থ প্রত্যয় পুম্নমক কর্ম্মবাচ্যদা অমসুং ভাববাচ্যদা ওই।

## কৃত্য প্রত্যয়
### (তব্য প্রত্যয়দা ক্রিয়াগী ওইবা বিশেষণ পদ)

কৃত্যাঃ—(তব্য অনীয় ণ্যৎ যৎ ক্যপ্) কৃত্য প্রত্যয় পুম্নমক কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা তৌই।

---

(১) ইষ্ণু, আলু-নচিংবা প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা অমসুং ইট্না মরক খায়রবদা ওইরোই।

৯। তব্যত্তব্যানীয়রঃ—(তু য়্‌ইং) কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা ধাতুগী মখাদা তব্য অমদি অনীয় তৌই। (বস্ ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা তব্যং তৌই। মদুদি—বাস্তব্যঃ—লৈযম।

১০। লুট্ বিভক্তিদা ইট্-নচিংবা থবক পুম্নমক তৌই, তব্য প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদি হায়রিবা থবক পুম্নমক ফংই। মদুদি, দা—দাতব্য, স্না—স্নাতব্য, জি—জেতব্য, শী—শয়িতব্য, শ্রু—শ্রোতব্য, স্তু—স্তোতব্য, ভূ—ভবিতব্য, কৃ—কর্ত্তব্য, স্মৃ—স্মর্ত্তব্য, বচ্—বক্তব্য, যাচ্—যাচিতব্য, প্রচ্ছ্—প্রষ্টব্য, বাঞ্ছ্—বাঞ্ছিতব্য, ত্যজ্—ত্যক্তব্য, যজ্—যষ্টব্য, সৃজ—স্রষ্টব্য, ভুজ্—ভোক্তব্য, যত্—যতিতব্য, নৃত্—নর্ত্তিতব্য, ছিদ্—ছেত্তব্য, বিদ্—বেদিতব্য, বুধ্—বোদ্ধব্য, মন্—মন্তব্য, হন্—হন্তব্য, আপ্—আপ্তব্য, লভ্—লব্ধব্য, ক্ষম্—ক্ষন্তব্য, গম্—গন্তব্য, চল্—চলিতব্য, জীব্—জীবিতব্য, সেব্—সেবিতব্য, দৃশ্—দ্রষ্টব্য, বিশ্—বেষ্টব্য, স্পৃশ্—স্প্রষ্টব্য, ভক্ষ্—ভক্ষিতব্য, শ্বস্—শ্বসিতব্য, হস্—হসিতব্য, গ্রহ্—গ্রহীতব্য, দুহ্—দোগ্ধব্য, বহ্—বোঢ়ব্য, কারি—কারয়িতব্য, যোজি—যোজয়িতব্য, চিকীর্ষ—চিকীর্ষিতব্য, মীমাংস—মীমাংসিতব্য।

## অনীয়। (অনীয় প্রত্যয়দা ক্রিয়াগী ওইবা বিশেষণ পদ)

১১। কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা ধাতুগী মখাদা অনীয় প্রত্যয় তৌই। মদুদি,—পা—পানীয়, চি—চয়নীয়, শী—শয়নীয়, শ্রু—শ্রবনীয়, কৃ—করণীয়, স্মৃ—স্মরণীয়, হৃ—হরণীয়, বচ্—বচনীয়, সিচ্—সেচনীয়, শুচ্—শোচনীয়, ভুজ্—ভোজনীয়, যুজ্—যোজনীয়, ছিদ্—ছেদনীয়, বিদ্—বেদনীয়, মন্—মননীয়, শুভ্—শোভনীয়, রম্—রমণীয়, সেব্—সেবনীয়, রক্ষ্—রক্ষনীয়, দৃশ্—দর্শনীয়, তুষ্—তোষণীয়, পূজি—পূজনীয়, অর্চ্চি—অর্চ্চনীয়, যাপি—যাপনীয়, স্থাপি—স্থাপনীয়, রোপি—রোপনীয়, খ্যাপি—খ্যাপনীয়, জ্ঞাপি—জ্ঞাপনীয়, অধ্যাপি—অধ্যাপনীয়, পালি—পালনীয় (য়োক-থাক্কদবা)।

## ণ্যৎ। য (ণ্যৎ প্রত্যয়দা ক্রিয়াগী ওইবা বিশেষণ পদ)

১২। ঋহলোর্ণ্যৎ—কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা ঋকারান্ত অমসুং ব্যঞ্জনান্ত ধাতুগী মখাদা ণ্যৎ প্রত্যয় তৌই; ন্ তৃ ইৎ ওই, য লৈহৌই। মদুদি, ঋকারান্ত—কৃ—কার্য্য (তৌগদবা) ধৃ—ধার্য্য, সৃ—সার্য্য, স্মৃ—স্মার্য্য, হৃ—হার্য্য। ব্যঞ্জনবর্ণান্ত—বচ্—বাচ্য, সিচ্—সেচ্য, ত্যজ্—ত্যাজ্য, যজ্—যাজ্য, যুজ্—যোজ্য, ভুজ্—ভোজ্য, বুধ্—বোধ্য, ছিদ্—ছেদ্য, ভিদ্—ভেদ্য, মন্—মান্য, ভক্ষ্—ভক্ষ্য, শ্বস্—শ্বাস্য, হস্—হাস্য, বহ—বাহ্য।

১৩। চজোঃ কুর্ঘিণ্ণ্যতোঃ—ণ্যৎ-না মখাদা লৈরবদা পচ্, রুজ্-নচিংবা ধাতুগী চ্-গী মফম্দা ক্ অমসুং জ্-গী মফম্দা গ্ ওই। মদুদি—পচ্—পাক্য (খোংগদবা পোৎ), রুজ্—রোগ্য।

১৪। অর্থ তোঙানবদা ণ্যৎ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা বচ্ ভুজ্ যুজ্-নচিংবা ধাতুগী চ্-গী মফম্দা ক্ অমসুং জ্ গী মফম্দা গ্ ওই। মদুদি—বচ্-শব্দার্থদা বাক্য, ভুজ্—ভোগ অর্থদা ভোগ্য। যুজ্—অর্হ (মতিক চাবা) অর্থদা যোগ্য। (নি পূর্ব্বক যুজ্ কর্ত্তৃবাচ্যদা ণ্যৎ তৌই। নিয়োগ্যঃ—প্রভুঃ। তৌইগুম্বসুং নিয়োজ্যঃ—ভৃত্যঃ)।

### যৎ—(য-প্রত্যয়দা ক্রিয়াগী ওইবা বিশেষণ পদ)

১৫। অচো যৎ—কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা স্বরান্ত ধাতুগী মখাদা ণ্যৎ প্রত্যয় তৌই; ত্ ইৎ ওই, য লৈহৌই। মদুদি, চি—চেয় ( খোমজিনগদবা, হেক্কদবা)। জি—জেয়, নী—নেয়, শ্রু—শ্রব্য, ভূ—ভব্য। (১)

১৬। ঈদ্যতি—(যৎ-না মখাদা লৈরবদা আকরান্ত ধাতু-গী আ-গী মফমদা ঈৎ (ঈ) ওই; অদুগী তুংদা ঈকারগী গুণ একার ওই) হায়বদি যৎ প্রত্যয়না মখাদা লৈববদা ধাতুগী মমৈদা লৈরিবা আকারগী মফমদা একার ওই। মদুদি, দা—দেয়, গা—গেয, হা—হেয়, ধা— ধেয়, পা—পেয়, মা—মেয়, স্থা—স্থেয়।

১৭। পোরদুপধাৎ। শকিসহোশ্চ— কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা শক্, সহ্, অমসুং পবর্গ-না মমৈথংবা অকারনা উপধাদা লৈবা ধাতুগী মখাদা যৎ প্রত্যয় তৌই। মদুদি,—শক্— শক্য, সহ্—সহ্য, শপ্—শপ্য, রভ্— রভ্য, গম্—গম্য, নম্—নম্য, যম্—রম্য।

১৮। গদ-মদ-চর-যমশ্চানুপসর্গে— কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা উপসর্গ যাওদবা গদ্, মদ্, চর্, অমসুং যম্ ধাতুগী মখাদা যৎ প্রত্যয় তৌই। মদুদি, গদ্—গদ্য, মদ্—মদ্য, যম্—যম্য, চর্—চর্য্য। উপসর্গনা মথক থংলবদি ণ্যৎ প্রত্যয় তৌই। মদুদি, নি+গদ্—নিগাদ্য, প্র+মদ্—প্রমাদ্য, নি+যম্—নিযাম্য, বি+চর—বিচার্য্য। আ+চর্—আচার্য্য (গুরুগী অর্থদা)। অদু নত্তবদদি আচর্য্যঃ।

তোঙানবা— ভজ্ জপ্ যজ্ অমসুং আ পূর্ব্বক নম্ ধাতুগী মথাদা ণ্যৎ অমসুং যৎ, প্রত্যয় তৌই। মদুদি—ভাগ্য, ভজ্য, জাপ্য, জপ্য, যাজ্য, যজ্য, আনাম্য আনম্য।

(২) ভব্য-গেয়-প্রবচনীয়োপস্থানীয়-জন্যাপ্লাব্যাপাত্যা বা।—ভব্য, গেয়, প্রবচনীয়, উপস্থানীয়, জন্য, আপ্লাব্য, আপাত্য, হায়বা কৃত্য প্রত্যয়না মমৈথংবা মখোয় তনেং অসি কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যগী মতৌগুম্না কর্ত্তৃবাচ্যদসু প্রয়োগ তৌই। মদুদি— ভব্য (ওইগদবা পোৎ) কর্ম্মণি যৎ। ভাবে যৎ নত্রগা (কনা ওইগদবা অর্থদা) কর্ত্তরি যৎ। গেয়—ঈশৈ শকপা, ঈশৈ, ঈশৈ শকপা মী। প্রবচনীয়—শোয়দনা হায়গদবা অদু করিনো, ব্যাখ্যা তৌরিবা মী অমা, ব্যাখ্যা তৌবা, উপস্থানীয়—শোয়দনা ঙাইদুনা লৈগদবা, লৈবা, ঙাইদুনা লৈবা অদু কনানো হায়বা। জন্য—পোকইবা অদু কনানো, পোকপা মতম, পোকহল্লিবা মী। আপ্লাব্য—লুপকদবা পোৎ, লুপ্লিবা মতম, লুপহল্লবা মী। আপাত্য— শোয়দনা তাগদবা পোৎ, তাগদবা মতম, তারিবা মী।

### ক্যপ্-প্রত্যয়দা ক্রিয়াগী ওইবা
### বিশেষন পদ।

১৯। এতিস্তুশাস্ বৃদৃজুষঃ ক্যপ্—কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা ই, বৃ, দৃ, জুষ্, শাস্ অমদি স্তু ধাতুগী মখাদা ক্যপ্ প্রত্যয় তৌই; ক্, প্ ইৎ ওই অমসুং য লৈহৌই। মদুদি, ই—ইত্য, দৃ—দৃত্য, বৃ—বৃত্য, জুষ্—জুষ্য, স্তু—স্তুত্য। কৃ ধাতুগীদি বিকল্প ওইনা ওই। মদুদি—কৃত্য, অতোপ্পা অমদা ণ্যৎ তৌরগা কার্য্য। শাস্ ধাতুগী আকারগী মফমদা ইকার ওই। মদুদি—শিষ্য।

---

(১) পোইদনা ওইগদবা অর্থদা ভূ-নচিংবা ধাতুগী মখাদা ণ্যৎ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—বিপ্রেণ শুচিনা ভাব্যম্। বৈষ্ণবেণ বিষ্ণুঃ ভাব্যঃ। অদু নত্রবদি ভব্যম্, ভব্যঃ। উপসর্গ য়াওরবদি ণ্যৎ তৌগনি। অনুবাদম্।

(২) নত্রবদি যৎ ওই। ভব্যম্, প্রভব্যম্।

২০। **বদঃ সুপি ক্যপ্ চ**—কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা সুবন্ত পদগী মথাদা লৈরিবা বদ্ ধাতুগী মথাদা ক্যপ্ অমসুং যৎ প্রত্যয় তৌই; অমসুং ক্যপ্ প্রত্যয়গী পক্ষদা ব-গী মফমদা উ ওই। মদুদি— ব্রহ্মোদ্য ব্রহ্মবদ্য ( বেদনা হায়বা নত্রগা ব্রাহ্মণ-না হায়বা) মৃষা শব্দগী মথাদা লৈরবদি তশেংনা ক্যপ্-তং তৌই। মদুদি—মৃষোদ্য (অরেম্বদা হায়বা)।

২১। **ভুবো ভাবে**—ভাববাচ্যদা সুবন্ত পদগী মথাদা লৈরিবা ভূ ধাতুগী মথাদা ক্যপ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—ব্রহ্মভূয় (ব্রহ্ম ওইবা ফংবা), দেবভূয় (স্বর্গগী ওইবা ফংবা )।

২২। **হনস্ত চ**—ভাববাচ্যদা সুবন্তপদগী মথাদা লৈবা হন্ ধাতুগী মথাদা ক্যপ্ অমসুং হন্ ধাতুগী ন্-গী মফমদা ত্ ওই স্ত্রীলিঙ্গদা। মদুদি—গোহত্যা, স্ত্রীহত্যা, ব্রহ্মহত্যা।

**তোঙানবা—ভৃঞোঽসংজ্ঞায়াম্**— (অসংজ্ঞায়াং বিকল্পার্থমিদং বার্ত্তিকম্)। ভৃ ধাতুগী মথাদা বিকল্প ওইনা ক্যপ্ তৌই। মদুদি—ভৃ + ক্যপ্ =ভৃত্যঃ (মীনাই), ভৃ +ণ্যৎ =ভার্য্যা (মতু)।

**মৃজে বিভাষা**—মৃজ্ ধাতুগী মথাদা বিকল্প ওইনা ক্যপ্ তৌই। পরি + মৃজ + ক্যপ্ = পরিমৃজ্যঃ অমসুং পরি+মৃজ+ ণ্যৎ= পরিমার্গ্যঃ ( শেংগদবা)।

**বিভাষা কৃ বৃষোঃ**—কৃ অমসুং বৃষ্ ধাতুগী মথাদা বিকল্প ওইনা ক্যপ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি— কৃ+ ক্যপ্ =কৃত্যম্ ( তৌগদবা ইথৌ ), অমসুং কৃ +ণ্যৎ =কার্য্যম্ (থবক)। বৃষ্ +ক্যপ্ =বৃষ্যম্ (ময়াই কাইনবা পোৎ), বৃষ্ +ণ্যৎ = বার্ষ্যম্।

**রাজসূয়- সূর্য্য- মৃষোদ্য- রুচ্য-কুপ্য-কৃষ্টপচ্যা ব্যথ্যাঃ**—রাজসূয় (যজ্ঞ বিশেষঃ), সূর্য্য, মৃষোদ্য (অরেম্বদা ঙাংবা), রুচ্য (পামগদবা), কুপ্য (খনিগী ওইবা ধাতু), কৃষ্টপচ্য (চাওখৎলবা লৌ-শিং উবা য়াবা মফম) অব্যথ্য (লিন জাৎ অমা)— হায়রিবশিং অসি নিপাত-তা তৌবা ক্যপ্ প্রত্যয় তৌরগা থোকপনি।

## কেলিম। (এলিম প্রত্যয়দা ক্রিয়াগী ওইবা বিশেষন পদ)

২৩। **কেলিমর্ উপসংখ্যানম্**— কর্ম্মকর্ত্তৃবাচ্যদা ধাতুগী মথাদা কেলিম প্রত্যয় তৌই; ক্ ইৎ ওই, এলিম লৈহৌই। মদুদি—ভিদ্—ভিদেলিম, পচ্—পচেলিম, ছিদ্— ছিদেলিম। পচেলিমাঃ তণ্ডুলাঃ— তণ্ডুলা স্বয়মেব পচ্যন্তে ইত্যর্থঃ।

২৪। কৃত্য প্রত্যয়দগী থোকখিবা শব্দ পুম্নমক মতম অদুদা ক্রিয়াগী মতৌগুম্না শিজিন্নবা মতম অদুমক্তদা ভাববাচ্যদা ক্লীবলিঙ্গগী প্রথমাগী একবচনান্ত ওই। অমসুং কর্ম্মবাচ্যদা কর্ম্মগী বিশেষণ ওই ; তৌইগুম্নসুং কর্ম্ম অদুগী অদুগুম্না লিঙ্গ, অদুগুম্না বিভক্তি, অদুগুম্না বচন ওইবা মদুমক ওই। মদুদি—ভাববাচ্যদা—ময়া স্নাতব্যম্, ত্বয়া স্নাতব্যম্, শিশুনা শয়িতব্যম্। কর্ম্মবাচ্যদা—ত্বয়া বৃক্ষঃ সেচনীয়ঃ, বৃক্ষৌ সেচনীয়ৌ, বৃক্ষাঃ সেচনীয়াঃ; ময়া নদী দ্রষ্টব্যা, নদ্যৌ দ্রষ্টব্যৌ; নদ্যো দ্রষ্টব্যাঃ, তেন পুষ্পং চেয়ম্, পুষ্পে চেয়ে, পুষ্পাণি চেয়ানি অসিনচিংবা।

২৫। কৃত্য প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ পুম্নমক মতম অদুদা বিশেষণ ওইরবা অদু ওইরবদি বিশেষ্যগী লিঙ্গ, বিভক্তি অমসুং বচন ফংই। মদুদি—গন্তব্যো গ্রামঃ, গন্তব্যং গ্রামম্, গন্তব্যেন গ্রামেণ, গন্তব্যায়, গ্রামায়, গন্তব্যাৎ গ্রামাৎ, গন্তব্যস্য গ্রামস্য, গন্তব্যে গ্রামে; দৃশ্যা নদী, দৃশ্যাং নদীম্, দৃশ্যয়া নদ্যা অসিনচিংবা। পানীয়ং জলম্, পানীয়েন জলেন, পানীয়স্য জলস্য অসিনচিংবা।

২৬। কৃত্য প্রত্যয় খুদিংমক ভবিষ্যৎ কালদা অমসুং ঔচিত্য (মতিক চাবা মতৌ) অমসুং অনুজ্ঞা (য়াথং পিবা) অর্থদা ওই। মদুদি—ভবিষ্যৎ কালদা—ময়া গন্তব্যম্, (ঐ

চৎকনি)। ত্বয়া কার্য্যম্, (নংনা তৌগদবনি); তেন শয়নীয়ম্ (মহাক তুমগদবনি)। ঔচিত্য অর্থদা—অসৎসঙ্গঃ পরিহর্ত্তব্যঃ (নত্তবা সঙ্গ থাদোকপদা মতিক চাই); দীনেভ্যো ধনং দেয়ম্ (অতোনবা মীশিংদা লন পিবদা মতিক চাই); পরনিন্দা ন কর্ত্তব্যা (অতোপ্পবু নিন্দা তৌবা মতিক চাদে)। অনুজ্ঞা অর্থদা—ত্বয়া অধ্যয়নীয়ম্ (নহাক লাইরিক অমগদবনি); ত্বয়া ইহ ভোক্তব্যম্ (নং মফম অসিদা চাগদবনি); ত্বয়া প্রাতস্তত্র গন্তব্যম্ (নহাক অয়ুক্তা মফম অদুদা চৎকদবনি)।

**অতিরিক্ত ( তোঙানবা)**— তব্য, অনীয়, ণ্যৎ, যৎ, ক্যপ্—মখোয়সি কৃত্য প্রত্যয়নি। সমাপিকা ক্রিয়া অমসুং বিশেষণ হায়বা অনি অসিদা মখোয় অসি প্রয়োগ তৌই। কৃত্য প্রত্যয় অসি কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা, ঔচিত্য অমসুং ভবিষ্যৎ অর্থদা তৌই। কর্ম্মবাচ্য ওইরবদি মখোয় অসি কর্ম্মগী বিভক্তি, বচন-নচিংবা ফংই। মদুদি, ক্রিয়া—ত্বয়া চন্দ্রো দ্রষ্টব্যঃ (নহাক্কা থা য়েংগদবনি)। ময়া নক্ষত্রাণি দ্রষ্টব্যানি (ঐনা থবান্মিচাকশিং অসি য়েংগনি)। বিশেষণ—দর্শনীয়ঃ শিশুঃ ( য়েংনিঙাই ওইবা অঙাং)। পূজনীয়ো গুরুঃ (পূজা তৌনিঙাই ওইবা গুরু)। ভাববাচ্যদা কৃত্য প্রত্যয় তৌরবদা অমুক হন্না বিশেষণ ওইদ্রে মতম অদুদা ক্রিয়া নত্রগদি বিশেষ্য ওই। মদুদি—ত্বয়া অত্র স্থাতব্যম্ (নং মফম অসিদা লৈগদবনি)। বিশেষ্য—মম কর্ত্তব্যম্ (ঐগী ইথৌ)। তব কার্য্যম্ (নহাক্কী থবক)। শিশোর্হাস্যম্ (অঙাংগী মিনোক)।

কৃত্য প্রত্যয় অসি ভাববাচ্যদা ক্রিয়াগী মশাক ওইনা তৌরবদি মতম পুম্নমক্তা ক্লীবলিঙ্গ অমসুং প্রথমাগী একবচনদা প্রয়োগ তৌই। মদুদি—ন স্থাতব্যং ন গন্তব্যং দুর্জ্জনেন সমং ক্বচিৎ—(করিগুম্বা কালদা ফত্তবা মীগা লৈমিন্নরোইদবনি, চৎমিন্নরোইদবনি )।

**দ্রষ্টব্যঃ**—ইংরাজীদা কৃত্য প্রত্যয় অনিগী অনুবাদ তৌই। কৃত্য প্রত্যয় অদু মতম অদুদা কর্ম্মবাচ্যদা শিজিন্নে অমসুং প্রাণি-বাচক (মথবাই পানবা) না কর্ম্ম ওইনা লৈ, মতম অদুদা অয়াম্বা মতমদা (শক্তি লৈবা অতোপ্পগী মখা পোনবা কৃদন্ত বিশেষণ) ওইনা অনুবাদ তৌই। মদুদি—স ত্বয়া হন্তব্যঃ—নহাক্কা মহাক অদু হাৎকদবনি। ছাত্রা যত্নেন শিক্ষণীয়াঃ—ছাত্রশিংসি চেকশিন্না তম্বীগদবনি। পিত্রা পুত্রো বয়ঃস্থোঽপি সর্ব্বদা বাচ্য এবতু—চহি য়াম্রবসু মচাবু মপানা মতম পুম্নদা পাওতাক পিনিঙাই ওই। অদু নত্রবদি অপ্রাণিবাচক (মথবাই পান্দবনা) কর্ম্ম ওইরবদি অয়াম্বা মতমদা শক্তি লৈবা ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা অনুবাদ তৌগনি। মদুদি—বিষয়িনাম্ ইদম্ অবশ্যং কর্ত্তব্যম্—বিষয় পাম্রবা মীশিংগী মসি শোয়দনা তৌগদবনি। নাত্র বিকল্পঃ কার্য্যঃ—মফম অসিদা অনিথোক্লা তৌরোইদবনি। ত্বয়া গ্রামঃ গন্তব্যঃ—নহাক খুঙ্গং অসিদা চৎকদবনি। মদ্যমপেয়ম্—য়ু থক্রোইদবনি। অসুম্না ওই।

## নৈনবা

**সংস্কৃত-তা অনুবাদ তৌ**—থবক অসি মহাক্কা তৌবা ভমলোইদবনি। ব্রাহ্মণশিংনা বেদ পাঠ তৌগদবনি। লাইরিক তম্রিবঙে মতমদা নোক্রোইদবনি। নংনা নংগী তৌফম-খোকপা নথৌ তৌ। মহাক্কা মহাক্কী মথক খোংবগা য়েন্নরোইদবনি। মতম পুম্নমক্তা অচুম্বদা ভাংগদবনি। তুরেনবু কৈদৌঙেদা খিংবা ভমলোই। লাইরবা মীদা শেংদবা চিঞ্জাক পিরোইদবনি। নংনা বন্যক্রস্তা চৎতুনা য়েংগদবনি। নংনা নংগী নমা-নপাগী য়াথং ইনগদবনি। মহাক্কা মখোয়দা বাহং থরা হংগনি। নিংথৌ অদুনা মখাপোনবা লৈবাকশিং

অদু আইনগা লোয়ননা ওাকই। নহাক্কী নুপামচাদু য়াম্না চেকশিন্না তম্নীগদবনি। নংনা নংগী ওঝাবু সেবা তৌগদবনি। হিন্দু খুদিংমক্না শিববু পূজা তৌই। ফত্তবা মীগা লোয়ননা ঐখোয়না চৎমিন্নরেহ্‌িদবনি অমসুং তিন্নরোইদবনি।

## শতৃ অমসুং শানচ্

### (বর্ত্তমান কালগী কৃদন্ত প্রত্যয়)

২৭। **লটঃ শতৃশানচাবপ্রথমাসমানাধিকরণে—** *। কর্ত্তৃবাচ্যদা পরস্মৈপদী ধাতুগী মখাদা বর্ত্তমান কালদা শতৃ প্রত্যয় তৌই, শ্ অমসুং ঋ ইৎ ওই, অৎ লৈহোই।

২৮। লট্‌গী অন্তি বিভক্তিদা অদুগুম্না ধাতু অদুগী অদুগুম্না থবক তৌবা অদু শতৃ প্রত্যয় তৌরবদা অদুগুম্না ধাতু অদুগী অদুগুম্না থবক অদু তৌগনি। মদুদি, ভ্বাদিগণীয় ধাব্—ধাবৎ ( চেনবা ), বদ্—বদৎ, বস্—বসৎ, ভূ—ভবৎ, জি—জয়ৎ, কৃষ্—কর্ষৎ, শুচ্—শোচৎ, গ্লৈ—গ্লায়ৎ, ধ্যৈ—ধ্যায়ৎ, গৈ—গায়ৎ, তৃ — তরৎ,তপ্ — তপৎ, নম্—নমৎ, চল্—চলৎ, ফল্—ফলৎ,পত্—পতৎ, স্থা— তিষ্ঠৎ, পা— পিবৎ, ঘ্রা— জিঘ্রৎ, গম্—গচ্ছৎ, দৃশ্—পশ্যৎ, সদ্—সীদৎ, ক্রম্—ক্রামৎ, সনজ্—সজৎ, দন্শ্—দশৎ। দিবাদিগণ চৎপা ধাতু দিব্—দীব্যৎ, সিব্—সীব্যৎ, নশ্—নশ্যৎ, জৄ—জীর্য্যৎ, ব্যধ্—বিধ্যৎ, শম্—শাম্যৎ, ভ্রম্—ভ্রম্যৎ, নৃত্—নৃত্যৎ, শ্লিষ্—শ্লিষ্যৎ, পুষ্—পুষ্যৎ, মুহ্— মুহ্যৎ। তুদাদিগণীয়, সৃজ্—সৃজৎ, ইষ্—ইচ্ছৎ, প্রচ্ছ্—পৃচ্ছৎ, মস্‌জ্—মজ্জৎ, মুচ্— মুঞ্চৎ, সিচ্—সিঞ্চৎ, কৄ—কিরৎ, স্পৃশ্—স্পৃশৎ, মৃশ্—মৃশৎ। ক্র্যাদিগণীয় অশ্— অশ্নৎ( চাবিবা মী), জ্ঞা—জানৎ—খংলিবা মী। স্বাদিগণীয়, সু—সুন্বৎ, শ্রু—শৃণ্বৎ, আপ্—আপ্নুবৎ, চি—চিন্বৎ—হেকলিবা মী। রুধাদিগণীয়, হিন্‌স—হিংসৎ, ছিদ্— ছিন্দৎ, ভিদ্—ভিন্দৎ। অদাদিগণীয়, অদ্—অদৎ, (চারিবা মী), রুদ্—রুদৎ, হন্— ঘ্নৎ (হাৎলিবা মী), ইন্—যৎ, যা—যাৎ, অস্—সৎ, স্বপ্—স্বপৎ, রু— রুবৎ। হ্বাদিগণীয়, হু—জুহ্বৎ(হোম তৌরিবা মী), ভী—বিভ্যৎ, হা—জহৎ (থাদোকলিবা মী)। ণিজন্ত, কারি—কারয়ৎ, স্মারি—স্মারয়ৎ, স্থাপি—স্থাপয়ৎ, পালি— পালয়ৎ, জনি—জনয়ৎ। সনন্ত,চিকীর্ষ্—চিকীর্ষৎ (তৌনিংবা মী) জিঘৃক্ষ্—জিঘৃক্ষৎ (মনম নমনিংলিবা মী)।

২৯। **বিদঃ শতুর্বসুঃ**—অদাদিগণ চৎপা বিদ্ ধাতুগী শতৃ প্রত্যয়গী মফমদা বিকল্প ওইনা বস্ ওই। মদুদি, বিদ্বস্—বিদৎ (খংলিবা মী)।

৩০। কর্ত্তৃবাচ্যদা আত্মনেপদী চৎপা ধাতুগী মখাদা বর্ত্তমান কালদা শানচ্ প্রত্যয় তৌই; শ্, চ্, ইৎ, ওই, আন লৈহোই।

৩১। ধাতুগী মখাদা শানচ্ তৌরবদা লট্‌কী আতে বিভক্তিগী অয়াম্না থবক পুম্নমক তৌই।

৩২। **আনে মুক্**—ভ্বাদি, দিবাদি অমসুং তুদাদিগণ চৎপা ধাতুগী শানচ্ প্রত্যয়গী মফমদা মান ওই। মদুদি, ভ্বাদিগণগী সেব্—সেবমান , বৃত্—বর্ত্তমান, বৃধ্—বর্দ্ধমান, ব্যথ্—ব্যথমান, সহ্—সহমান। দিবাদিগণগী, জন্—জায়মান, দীপ্—দীপ্যমান, পদ্—

* লটঃ শতৃ শানচাবপ্রথমাসমানাধিকরণে —লট্‌কী মফমদা শতৃ অমসুং শানচ্ প্রত্যয় তৌই। প্রথমান্তপদ অমসুং কর্ত্তাগা লোয়ননা অন্বয় তৌরবদি ওইরোই। মদুদি—পচন্তং বা পচমানং দেবদত্তং পশ্য। (থোংলিবা দেবদত্ত য়েংউ) প্রথমান্ত পদ—দেবদত্তঃ পচতি (দেবদত্তনা থোংই)।

পদ্যমান, বুধ্—বুধ্যমান, বিদ্—বিদ্যমান, তুদাদিগণগী, মৃ—ম্রিয়মাণ, দৃ—দ্রিয়মাণ, ধৃ—ধ্রিয়মাণ। অদাদিগণগী, শী—শয়ান, অধি+ই-অধীয়ান। তনাদিগণগী, মন্+মন্বান। হ্বাদিগণগী, মা—মিমান।

৩৩। **ঈদাসঃ**—অদাদিগণ চংপা আস্ ধাতুগী শানচ্‌গী মফমদা ঈন ওই। মদুদি, আস্—আসীন (ফম্মীবা মী)।

[**লক্ষণহেত্বোঃ ক্রিয়ায়াঃ**—ক্রিয়াগী লক্ষণ অমসুং হেতু ফোংদোকপদা শতৃশানচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—শয়ানাঃ ভুঞ্জতে যবনাঃ—যবনশিংনা তুম্না তুম্না চায় (তুম্না চাবা হায়সি যবণগী লক্ষণনি), হরিং পশ্যন্ মুচ্যতে—হরিবু উরগা মুক্তি ওই (হরিগী দর্শন-না মুক্তিগী হেতু ওই)।]

৩৪। কর্তৃবাচ্যদা উভয়পদী ওইবা ধাতুগী মথাদা বর্ত্তমান কালদা শতৃ অমসুং শানচ্ অনিমক তৌই। মদুদি, ভ্বাদিগণীয় শ্রি—শ্রয়ৎ, শ্রয়মাণ ; নী—নয়ৎ, নয়মান (পুরিবা মী); হৃ—হরৎ, হরমাণ (হরিবা), রাজ্—রাজৎ, রাজমান ; ভজ্—ভজৎ, ভজমান; যজ্—যজৎ, যজমান ; বহ্—বহৎ, বহমান। অদাদিগণীয়, দ্বিষ্—দ্বিষৎ, দ্বিষাণ ( যেক্নরিবা); দিহ্—দিহৎ, দিহান ; দুহ্—দুহৎ, দুহান (শঙোম শুথিবা); স্তু—স্তুবৎ, স্তুবান ; ব্রূ— ব্রুবৎ, ব্রুবাণ (ঙাংলিবা)। হ্বাদিগণীয়,দা—দদৎ, দদান (পিরিবা); ধা—দধৎ, দধান ; ভৃ—বিভ্রৎ, বিভ্রাণ। রুধাদিগণীয়,রুধ্—রুন্ধৎ, রুন্ধান। তনাদিগণীয়—তন্—তন্বৎ, তন্বান; কৃ—কুর্ব্বৎ, কুর্ব্বাণ; ক্র্যাদিগণীয়—ক্রী—ক্রীণৎ, ক্রীণান (লৈরিবা); গ্রহ্—গৃহ্নৎ গৃহ্নান (লৌরিবা)।

৩৫। কর্ম্মবাচ্যদা ধাতুগী মথাদা বর্ত্তমান কালদা শানচ্ প্রত্যয় তৌই।

৩৬। কর্ম্মবাচ্যগী শানচ্-কী মফমদা মান ওই। মদুদি, কৃ—ক্রিয়মাণ (তৌরিবা থবক), বচ্—উচ্যমান(ঙাংলিবা ৱাঙাং), দা—দীয়মান (পিরিবা পোৎ), পা—পীয়মান, গ্রহ্—গৃহ্যমাণ, সেব্—সেব্যমান, বহ্—উহ্যমান, দৃশ্—দৃশ্যমান, কৃষ্—কৃষ্যমাণ, সৃজ্—সৃজ্যমান, জ্ঞা—জ্ঞায়মান( খংলিবা পোৎ)।

৩৭। শতৃ শানচ্ প্রত্যয়না মরম ওইদুনা অদুগুম্বা শব্দ কয়া থোরকই মখোয় অদু বিশেষণ ওই, মরম অসিনা বিশেষ্যগী লিঙ্গ, বিভক্তি অমসুং বচন অদু বিশেষণদসু ফংই। মদুদি—পশ্যন্ পুরুষঃ, পশ্যন্তং পুরুষম্, পশ্যতা পুরুষেণ; গচ্ছন্তী স্ত্রী, গচ্ছন্তীং স্ত্রিয়ম্, গচ্ছন্ত্যা স্ত্রিয়া, পতৎ ফলম্, পততা ফলেন, পততঃ ফলস্য অসিনচিংবা।

**অতিরিক্ত (তোঙানবা)**—"লক্ষণহেত্বোঃ ক্রিয়ায়াঃ"—পাণিনি। শতৃ, শানচ্ প্রত্যয়ান্ত পদ অসিনা ক্রিয়াগী লক্ষণ অমসুং হেতু (মরম) ফোংদোক্নগা ক্রিয়াগা লোয়ননা মতম অমত্তদা পাংথোকই হায়বা খংগদবনি। মতম অমত্তদা থবক অনি পাংথোকপদা হায়রিবা প্রত্যয় অসি শিজিন্নে, হায়বা অসি খংগদবনি। মদুদি—'রামঃ হসতি ব্রবীতি চ' মসিগী অর্থদা 'রামঃ হসন্ ব্রবীতি' হায়বসি ওইরম্মী। নোকপা অমসুং হায়বা অসি মতম অমত্তদা পাংথোকই। ইতি চিন্ত্যমেব পাণিকঃ সংস্কৃতঃ (অসুম্না নিংনা-নিংনা লৌবা

[''লড়িত্যসু বর্ত্তমানে পুনর্লড্‌গ্রহণমধিকবিধানার্থম্। তেন প্রথমাসমানাধিকরণেঽপি ক্বচিৎ। সন্ ব্রাহ্মণঃ।''—লট্‌কী ব্যবস্থা লৈরবদসু অমুক্‌হন্না সূত্র অসি লৌখত্লিবসি হেন্দোক্না খংহনবগী মরমগীনি। মরম অসিনা মফম তোঙানবদা প্রথমান্ত পদ মত্রগা কর্ত্তাগা লোয়ননা অময় তৌরবসু শতৃ, শানচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—সন্ ব্রাহ্মণঃ, অস্তি ব্রাহ্মণঃ। বিদ্যমানঃ ব্রাহ্মণঃ, বিদ্যতে ব্রাহ্মণঃ।

" মাঙ্‌যা ক্রোশ ইতি বাচম্''—মাঙ্-গা লেংমিন্নরবদা অমসুং আক্রোশ (লাউবা, চৈবা) খংনবদা প্রত্যয় অনিসি কর্ত্তাগা লোয়ননা অময় তৌদুনা শিজিন্নে। মদুদি—মা জীবন্ যঃ পরাবজ্ঞা—দুঃখদগ্ধোঽপি জীবতি (মহাক অদুনা অতোপ্পগী নিন্দাগী মশক ওইরবা অৱাবনা চাকখে বসু হিংই অদুগুম্বা মহাক অদু হিংব্রসনু]

চৎপা অদু শিখরে)। লমী চৎপা অদুনা মতম অমত্তদা চিন্তা তৌরম্মী অমসুং খুদক অদুদা অশিবগী খায়াত্তা তাখরে। মখোয় অসি ইংরাজীগী Present participle গী অর্থ ফোংদোকই।

নিত্য-সত্য (মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা) হায়বা মফমদতা শতৃ শানচ্ প্রত্যয় (Present participle) তৌই। মদুদি—শয়ানা বর্দ্ধতে দূর্ব্বা।

মখক্তা হায়রিবা শতৃ নত্রগা শানচ্ প্রত্যয়না মমৈখংবা পদ অসি ইংরাজীদা Present participle গী অর্থ ফোংদোকই ; তৌইগুম্বসুং ইংরাজীদা Present participle লৈরবদি, মদুবু শতৃ নত্রগা শানচ্ প্রত্যয়ান্ত পদ-না অনুবাদ তৌই। মদুদি—The child goes laughing—শিশু র্হসন্ গচ্ছতি, The boys come talking—বালকাঃ জল্পন্ত আগচ্ছন্তি। Standing on a hill I saw a tiger—শৈলে দণ্ডায়মানঃ অহং শার্দ্দুলমেকমপশ্যম্। They quarrelling with one another when to the court of justice—পরস্পরং বিবদমানাস্তে ধর্ম্মাধিকরণং গতাঃ।

ইংরাজীদা to see, to hear , to order, to prevent অসিনচিংবা verb-কী মখাদা infinitive শিজিন্নদুনা Present Participle-গী অর্থ ফোংদোক্নুনা শতৃ শানচ্ প্রত্যয়না মমৈখংবা পদনা মহাক্কী অনুবাদ তৌই। মদুদি— I saw ballon descend from the sky—" আকাশাদবতরন্তং বিমানমহমপশ্যম্। Dasaratha lamented to see Rama go to forest—দশরথঃ রামং বনং গচ্ছন্তং দৃষ্টা বিললাপ। I forbid you to quarrel thus—এবং বিবদমানং ত্বামহং নিষিধ্যামি। Bad boys love to play always—অসদ্ বালকাঃ সদা ক্রীড়ন্তস্তৃপ্যন্তি। I order you to bathe daily in the river—প্রত্যহং নদ্যাং গাহমানং ত্বামাদিশামি। She is not ashamed to dance—সা নৃত্যন্তী ন লজ্জতে। Have you heard him talk again—পুনর্জল্পন্তং তং কিং শ্রুতবান্ অসি ?—শম্না হায়রবদা থবক অনিথক মতম অমত্তদা পাংথোকপা মতমদা শতৃ শানচ্ প্রত্যয় শিজিন্নৈ।

ইংরাজীদা As, when, while—নচিংবা য়াওরগা থবক অমা পাংথোকপগী মতমদা অতোপ্পা অমসু পাংথোকপা থংনবদা শতৃ শানচ্ প্রত্যয়ান্ত পদনা অনুবাদ তৌই। মদুদি—Boys walk as they eat—বালকাঃ খাদন্তশ্চরন্তি। We should not see the Sun while he rises—উদয়ন্তং সূর্য্যং ন পশ্যেম। Men feel happy as they meditate god—লোকাঃ ভগবন্তং ধ্যায়ন্তস্তৃপ্যন্তি।

ধাতুগী লট্-কী অন্তি বিভক্তিদা থোকপা পদ অদুদা ন্ অমসুং ই লৌথোক্লগা শতৃ প্রত্যয় তৌবা পদ থোরকই। মদুদি—পশ্যন্তি—পশ্যৎ, হসন্তি—হসৎ, কুর্ব্বন্তি—কুর্ব্বৎ।

তুদ্—তুদৎ, ইষ্—ইচ্ছৎ, প্রচ্ছ—পৃচ্ছৎ, মস্জ্—মজ্জৎ, মুচ্—মুঞ্চৎ, লিখ্—লিখৎ।

স্ত্রীলিঙ্গদা শতৃ প্রত্যয়ান্ত শব্দগী মখাদা ঈপ্ (ঈ) তৌই। হায়রিবা ঈপ্ অসিনা মখাদা লৈরবদা ভ্বাদি অমসুং দিবাদিগণ চৎপা ধাতুগী শতৃগী অৎ-কী মফমদা অন্ ওই। মদুদি—ভ্বাদি—পশ্যৎ—পশ্যন্তী, গচ্ছৎ—গচ্ছন্তী, গায়ৎ—গায়ন্তী, যচ্ছৎ—যচ্ছন্তী। দিবাদি—নৃত্যৎ—নৃত্যন্তী, ভ্রাম্যৎ— ভ্রাম্যন্তী, দীব্যৎ—দীব্যন্তী।

তুদাদিগণ চৎপা ধাতুগী মখাদা বিকল্প ওইনা অন্ ওই। মদুদি, তুদৎ—তুদন্তী নত্রগা তুদতী ; ইচ্ছৎ—ইচ্ছন্তী, ইচ্ছতী ; স্পৃশৎ—স্পৃশন্তী নত্রগা স্পৃশতী।

আকারান্ত অদাদিগণ চৎপা ধাতুগী মখাদা বিকল্প ওইনা অন্ ওই। মদুদি, যাৎ—যান্তী যাতী; পাৎ—পান্তী, পাতী; ভাৎ—ভান্তী, ভাতী।

চুরাদিগণ চংপা ধাতুগী মথাদা নিত্য ওইনা অয়্ ওই। মদুদি, চিন্তয়ৎ—চিন্তয়ন্তী, ভক্ষয়ৎ—ভক্ষয়ন্তী।

অসিদগী তোঙানবা অতোপ্পা গণগী ধাতু ওইরবদি ন্ আগম ওইরোই, তগংনা ঈপ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি, কুর্বৎ—কুর্বতী, জানৎ—জানতী, শৃণ্বৎ—শৃণ্বতী, ভুঞ্জৎ—ভুঞ্জতী, বিভ্যৎ—বিভ্যতী, ক্ষিবৎ—ক্ষিবতী।

কর্তৃবাচ্যদা আত্মনেপদী চংপা ধাতুগী লট্কী আতে বিভক্তিদা থোকপা পদ অদু শানচ্ প্রত্যয় তৌরবদসু পদ অদুমক অদুম ওইগনি, তগংনা আতে-গী মফমদা আন ওইগনি মসিদনি খেন্নবা হায়বনু। মদুদি, ভুঞ্জাতে—ভুঞ্জানঃ, অধীয়াতে—অধীয়ানঃ, শয়াতে—শয়ানঃ, জানাতে—জানানঃ।

অকারগী মথাদা লৈবা ওইরবদি শানচ্-কী আন-গী মফমদা মান ওই। হায়বদি তুদাদি, ভ্বাদি অমসুং দিবাদিগণ চংপা ধাতুগী মথাদা অ ওই; তৌইগুমসুং হায়রিবা গণ কয়া অসিগী ধাতুগী মথাদা লাকপা আন অদু মান ওই। মদুদি, বৃৎ—বর্তমানঃ, সেব্—সেবমানঃ, মৃ—ম্রিয়মানঃ, বিদ্—বিদ্যমানঃ, জন্—জায়মানঃ।

কর্মবাচ্যদা ধাতু পুম্নমক্তা আত্মনেপদগী বিভক্তি শিজিন্নৈ। তৌইগুমসুং কর্মবাচ্যদা ধাতুগী মথাদা শানচ্ প্রত্যয় তৌই। কর্মবাচ্যদা ধাতু পুম্নমক্তা য (অকারান্ত) হাপ্পী। তৌইগুমসুং অকারদগী মথা থংনা লৈরবদি কর্মবাচ্যদা ধাতু পুম্নমক্তা শানচ্কী 'আন' অদু 'মান' ওই। মদুদি, গম্—গম্যমান, দৃশ্—দৃশ্যমান, সৃজ্—সৃজ্যমান, বিদ্—বিদ্যমান, সেব্—সেব্যমান, নী—নীয়মান, ভুজ্—ভুজ্যমান, কৃ—ক্রিয়মাণ, ভিদ্—ভিদ্যমান, যা—যায়মান, রুদ্—রুদ্যমান, শী—শয্যমান, শাস্—শিষ্যমাণ, হন্—হন্যমান, দা—দীয়মান, ধা—ধীয়মান, ভৃ—ভ্রিয়মাণ। অসিনচিংবা।

## শতৃ প্রত্যয়ান্ত শব্দ কয়ামুক

ধাতুগী লট্-কী অন্তি বিভক্তিগী অদুগুম্বা পদ অদুদা ন্, ই অমি অসি লৌথোক্লগা শতৃ প্রত্যয়ান্ত শব্দ ওই। মদুদি, পশ্যন্তি—পশ্যৎ, হসন্তি—হসৎ, কুর্বন্তি-কুর্বৎ।

তুদাদি, তুদ—তুদৎ, ইষ্—ইচ্ছৎ, প্রচ্ছ—পৃচ্ছৎ, মসজ্—মজ্জৎ, মুচ্—মুঞ্চৎ, লিখ্—লিখৎ, ক্ষিপ্—ক্ষিপৎ, দিশ্—দিশৎ, বিশ্—বিশৎ, সৃজ্—সৃজৎ, স্পৃশ্—স্পৃশৎ। ভ্বাদি, কৃষ্—কর্ষৎ, ক্রন্দ্—ক্রন্দৎ, খাদ্—খাদৎ, গৈ—গায়ৎ, জি—জয়ৎ, জীব্—জীবৎ, তৃ—তরৎ, ত্যজ্—ত্যজৎ, দন্শ্—দশৎ, দৃশ্—পশ্যৎ, দা—যচ্ছৎ, দ্রু—দ্রবৎ, ধৃ—ধরৎ, ধ্যৈ—ধ্যায়ৎ, ধ্মা—ধমৎ, নী—নয়ৎ, বুধ্—বোধৎ, ভূ—ভবৎ, ভৃ—ভরৎ, ম্না—মনৎ, শুভ্—শোভৎ, স্মৃ—স্মরৎ, স্থা—তিষ্ঠৎ, সদ্—সীদৎ, সন্জ্—সজৎ, স্নৈ—স্নায়ৎ। দিবাদি, অস্(লংবা, হনবা)—অস্যৎ, কুপ্—কুপ্যৎ, ক্লিদ্—ক্লিদ্যৎ, ক্ষিপ্—ক্ষিপ্যৎ, তুষ্—তুষ্যৎ, দ্রুহ্—দ্রুহ্যৎ, নৃৎ—নৃত্যৎ, ভ্রম্—ভ্রাম্যৎ, রাধ্—রাধ্যৎ, দিব্—দীব্যৎ, সিব্—সীব্যৎ, জৄ—জীর্য্যৎ, দৄ—দীর্য্যৎ, ব্যধ্—বিধ্যৎ, শম্—শাম্যৎ, শুধ্—শুধ্যৎ, সিধ্—সিধ্যৎ। স্বাদি, আপ্—অপ্নুবৎ, শ্রু—শৃণ্বৎ, শক্—শক্নুবৎ, চি—চিন্বৎ, বৃ—বৃণ্বৎ। তনাদি, তন্—তন্বৎ, কৃ—কুর্বৎ। ক্র্যাদি, ক্রী—ক্রীণৎ, অশ্—অশ্নৎ, গ্রহ্—গৃহ্নৎ, জ্ঞা—জানৎ, বন্ধ্—বধ্নৎ, ক্লিশ্—ক্লিশ্নৎ। রুধাদি, রুধ্—রুন্ধৎ, ভুজ্—ভুঞ্জৎ, হিংস্—হিংসৎ, তৃহ্—তৃংহৎ, ছিদ্—ছিন্দৎ, ভিদ্—ভিন্দৎ, ভঞ্জ্—ভঞ্জৎ, পিষ্—পিংষৎ, যুজ্—যুঞ্জৎ। অদাদি, অদ্—অদৎ, যা—যাৎ, দ্বিষ্—দ্বিষৎ, জাগৃ—জাগ্রৎ,

দরিদ্রা—দরিদ্রৎ, শাস্—শাসৎ, ই—যৎ, অস্—সৎ, হন্—ঘ্নৎ, নু—নুবৎ, ব্রূ—ব্রুবৎ, বশ্—উশৎ, মৃজ্—মৃজৎ। হ্বাদি, হু—জুহ্বৎ, হ্রী—জিহ্রিয়ৎ, ভী—বিভ্যৎ, ভৃ—বিভ্রৎ, ধা—দধৎ, হা—জহৎ। চুরাদি, অর্চ্চ—অর্চ্চয়ৎ, অর্জ্জ—অর্জ্জয়ৎ, চিন্ত—চিন্তয়ৎ, পূজ্— পূজয়ৎ, মন্ত্র্—মন্ত্রয়ৎ, গণ্—গণয়ৎ, বর্ণ—বর্ণয়ৎ। ণিজন্ত, ব্যথ্—ব্যথয়ৎ, জন্—জনয়ৎ, ঋ—অর্পয়ৎ, জ্ঞা(জ্ঞাপি)—জ্ঞাপয়ৎ, দ্রু (দ্রাবি)—দ্রাবয়ৎ, হন্—ঘাতয়ৎ অসিনচিংবা। হায়রিবা শতৃ প্রত্যয়ান্ত শব্দ খুদিংমক পুংলিঙ্গদা গায়ৎ শব্দগা মান্নে। হায়বদি তুদন্ ইহন্ অসুম্বা ওই। তশেংনা অভ্যস্ত ধাতুগী মথাদা শতৃ প্রত্যয় তৌরবদি ভূভৃৎ শব্দগা মান্নে। মদুদি—জাগ্রৎ, জক্ষৎ, শাসৎ, বিভ্যৎ, দধৎ, বিভ্রৎ, জুহ্বৎ অসিনচিংবা (ন্ ওইদ্রে)।

## শানচ্ প্রত্যয়ান্ত শব্দ কয়ামুক

তুদাদি, মৃ—ম্রিয়মাণ, ভ্বাদি, ঈক্ষ্—ঈক্ষমাণ, এধ্—এধমান, কম্—কমমাণ, চেষ্ট্—চেষ্টমান, ত্রৈ—ত্রায়মাণ যাচ্—যাচমান, প্লু—প্লবমান, ভাষ্—ভাষমাণ, রভ্—রভমাণ, সেব্—সেবমান, সহ্—সহমান। দিবাদি, বুধ্—বুধ্যমান, মন্—মন্যমান, যুধ্—যুধ্যমান, বিদ্—বিদ্যমান। স্বাদি, অশ্—অশ্নুবান। রুধাদি, ভুজ্—ভুঞ্জান। অদাদি, আস্—আসীন (আনগী মফমদা ঈ, ন্ ওই। হ্বাদি, মা—মিমান। চুরাদি, অর্থ—অর্থয়মান, খণ্ড—খণ্ডয়মান।

উভয়পদী চৎপা ধাতুগী মথাদা শতৃ, শানচ্ অনিমক তৌই। মদুদি, তুদাদি—তুদ্—তুদৎ তুদমান, ক্ষিপ্—ক্ষিপৎ ক্ষিপমাণ; দিশ্—দিশৎ দিশমান। ভ্বাদি, নী—নয়ৎ নয়মান, হৃ—হরৎ হরমাণ। দিবাদি, ক্লিশ্—ক্লিশ্যৎ ক্লিশ্যমান, নহ্—নহ্যৎ নহ্যমান, ভ্রংশ্—ভ্রশ্যৎ, ভ্রশ্যমান। স্বাদি, সু—সুন্বৎ সুন্বান, চি—চিন্বৎ চিন্বান, বৃ—বৃণ্বৎ বৃণ্বান, স্তৃ—স্তৃণ্বৎ স্তৃণ্বান। তনাদি, তন্—তন্বৎ, তন্বান; কৃ—কুর্বৎ, কুর্বাণ। ক্র্যাদি, ক্রী—ক্রীণৎ ক্রীণান ; গ্রহ্—গৃহ্ণৎ, গৃহ্ণান। রুধাদি, রুধ্—রুন্ধৎ, রুন্ধান, ছিদ্—ছিন্দৎ, ছিন্দান; ভিদ্—ভিন্দৎ, ভিন্দান ; যুজ্—যুঞ্জৎ, যুঞ্জান। অদাদি, ব্রূ—ব্রুবৎ, ব্রুবাণ; দুহ্—দুহৎ, দুহান ; লিহ্—লিহৎ, লিহান। হ্বাদি, দা—দদৎ, দদান ; ধা—দধৎ, দধান ; ভৃ—বিভ্রৎ, বিভ্রাণ। অসিনচিংবা।

## নৈনবা

**সংস্কৃত অনুবাদ তৌঃ— নংনা নোক্স নোক্সা পারিবা করিগীনো? ঐগী মীনাই মহাক অসিনা উপাধী খুদিংদা ঈশিং খিকই। ঐনা যুমলোমদা চৎনা চৎনা ঐগী পারা অদু পায়। অফবা নুপামচাশিংনা লাইরিক থবাই যাওনা তম্মী। ঐনা মহাক্কী যুমগী কাচিন্দা কপ্পা কপ্পা লৈবা অদু খেংনরই। নুপামচা অদুনা চেন-চেন্দুনা মফম অসিদা লাকই। ঐনা ঈরেন্দা ইরু-ইরুজনা ঐগী সনা পরেং অদু মাংখ্রে। ঐনা মহাক্কী যুম মনুংদা চংলকলিবা হরানবা অদু উই। লক্ষী মতাইদা মী অহুমথক লৈবদু ঐনা চৎনা-চৎনা উই। হয়িংখোইগুশিংনা কালেন থাদা লৈ অমদগী লৈ অমদা পাইদুনা চৎলি। লক্ষ্মণ-না মযুম যৌরক্লিঙেদা সীতাবু উরম্মী। অঙাংশিংনা পাম্বা শাম্রে। ঐনা নুপীমচানা মকোক ওইবগা লোয়নবা অগোইদ্রু উই। উচেকশিংনা উথক্তা নুংশিনা ঈশে শকপদু তানিংই।**

---

## ক্বসু অমসুং কানচ্

### (লোইখিবা মতমদা ক্বসু অমসুং কানচ্ প্রত্যয়)

৩৮। অতীতকাল (লোইখিবা মতম)দা ধাতুগী মখাদা পরস্মৈপদদা ক্বসু প্রত্যয় তোই, ক্ উ ইৎ ওই; বস্ লৈহৌই।

৩৯। লিট্-কী উত্তম পুরুষকী দ্বিবচনদা তৌবা য়াবা থবক কয়া লৈবা, মদু পুম্নমক ক্বসু প্রত্যয় তৌরবদা ধাতু অদুগী ইট্ নত্তবা মকমদা পুম্নমক ফংই। মদুদি—শ্রু, শুশ্রুবস্—কনা নত্রগা করম্বা পোংনো তাখ্রিবদু। বিদ্ বিবিদ্বস্—খংখ্রিবা কনা, নত্রগা করিনো খংখ্রবদু; মৃদ্—মমৃদ্বস্, স্তু—তুষ্টুবস্—থাগৎখ্রিবা, থাগৎখ্রবা পোং; ভূ বভূবস্—ওইখ্রিবা মী, ওইখ্রবদু; কৃ—চকৃবস্—তৌখ্রিবা তৌখ্রবা পোং।

৪০। ক্বসু তৌরবদা ঘস্, ইন্ অমসুং আকারান্ত ধাতুগী মখাদা ইট্ তোই। মদুদি—ঘস্, জক্ষিবস্—কনা নত্রগা করম্বনো চাখ্রিবদু। ইন্, ঈয়িবস্—কনানা চৎখ্রিবা। স্থা, তস্থিবস্—কনা নত্রগা করম্বনো লৈখ্রিবদু। দা, দদিবস্—কনা নত্রগা করম্বনো পিখ্রিবদু। পা, পপিবস্—কনা নত্রগা করম্বনো থকখ্রিবদু।

৪১। অভ্যাসকী থবক তৌরবগী তুংদা অয়াম্বা ধাতু পুম্নমক স্বর অমত্তনা তিম্রি, ক্বসু প্রত্যয় তৌরবা তুংদা হায়রিবা ধাতু অদুগী মখাদা ইট্ তোই। মদুদি—পচ্, পেচিবস্—কনানা নত্রগা করিনো থোংখ্রিবদু। সদ্, সেদিবস্—কনা অমদি করিনো লৈখ্রিবদু। অদ্, আদিবস্, পত্, পেতিবস্—তারিবা, অমদি কনানো তারিবদু। বচ্, ঊচিবস্—হায়খ্রিবা নত্রগা কনানো হায়খ্রিবদু। বস্, ঊষিবস্—লৈখিবা, করিনো লৈখ্রিবদু। যজ্, ঈজিবস্—যজ্ঞ তৌখিবা নত্রগা করিনো যজ্ঞ তৌখ্রিবদু।

৪২। ক্বসু প্রত্যয় তৌরবদা গম্, হন্ বিশ্, দিশ্ অমদি বিদ্ ধাতুগী মখাদা বিকল্প ওইনা ইট্ তোই। মদুদি—গম্, জগ্মিবস্, জগন্বস্—চৎখ্রিবা মী, চৎখ্রবা পোং। হন্, জঘ্নিবস্ জঘন্বস্—হাৎখ্রিবা মী, হাৎখ্রিবা পোং। বিশ্, বিবিশিবস্ বিবিশ্বস্—চংখ্রবা মী, চংখ্রবা পোং। বিদ্, বিবিদিবস্ বিবিদ্বস্— খংখ্রিবা মী, খংখ্রবা পোং।

৪৩। অতীত কালদা ধাতুগী মখাদা আত্মনেপদদা কানচ্ প্রত্যয় তোই, ক্, চ্, ইৎ ওই, আন লৈহৌই।

৪৪। কানচ্ প্রত্যয় তৌরবদা ধাতুগী মখাদা লিট্কী আত্তে বিভক্তিগী থবক অদু তোই। মদুদি—যুধ্, যুযুধান—লান শোক্লখিবা কনাগুম্বা অমা। রুচ্ — রুরুচান, বন্দ—ববন্দান, শিক্ষ্—শিশিক্ষাণ, ব্যথ্—বিব্যথান—বাখিবা কনাগুম্বা, বাখ্রিবদু করিনো হায়বা। সহ্ —সেহান—থাংখিবা কনাগুম্বা অমা, থাংখ্রিবদু করিনো হায়বা। কৃ — চক্রাণ—তৌখিবা কনাগুম্বা, তৌখিবদু করিনো। বচ্—ঊচান—হায়রিবা কনাগুম্বা, হায়খ্রিবদু করিনো।

৪৫। ক্বসু অমদি কানচ্ প্রত্যয় তৌরগা অদুগুম্বা শব্দ কয়া থোকই, মখোই অদু বিশেষণ ওই; অদুনা বিশেষ্যগী লিঙ্গ, বিভক্তি অমসুং বচন অদু মখোন্দসু ওই। মদুদি—শুশ্রুবান্ পুরুষঃ, শুশ্রুবাংসং পুরুষম্, শুশ্রুষুষা পুরুষেণ; বিবিদুষী কন্যা, বিবিদুষীং কন্যাম্, বিবিদুষ্যা কন্যয়া, পেতিবং পত্রম্, পেতুষা পত্রেণ অমিনচিংবা।

## স্যতৃ অমদি স্যমান

### (সামান্য ভবিষ্যৎ কালদা কৃত্ স্যতৃ অমসুং স্যমান প্রত্যয়)

৪৬। ভবিষ্যৎ কালদা পরস্মৈপদী চৎপা ধাতুগী মথাদা স্যতৃ তৌই ; ঋ ইৎ (চৎখিবা) ওই স্যৎ লৈহৌই।

৪৭। লৃট্ বিভক্তিদা গুণ, ইট্-নচিংবা অয়াম্বা থবক কয়া তৌবদু স্যতৃ প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা হায়রিবা থবকশিংদু ফংই। মদুদি—ভূ, ভবিষ্যৎ,— ওইরক্কদবা। গম্,গমিষ্যৎ, শ্রু, শ্রোষ্যৎ, জি, জেষ্যৎ—জয় তৌরক্কদবা। যা, যাস্যৎ, স্না স্নাস্যৎ, পা পাস্যৎ, দৃশ্ দ্রক্ষ্যৎ, হন্ হনিষ্যৎ, মৃ মরিষ্যৎ, পত্ পতিষ্যৎ,কারি কারয়িষ্যৎ, দর্শি দর্শয়িষ্যৎ, যোজি যোজয়িষ্যৎ।

৪৮। ভবিষ্যৎ কালদা আত্মনেপদী ধাতুগী মথাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা স্যমান প্রত্যয় তৌই। স্যমান-না মথাদা লৈরবদা লৃট্ বিভক্তিগী অয়াম্বা থবক পুন্নমক ফংই। মদুদি—সেব্ সেবিষ্যমাণ—সেবা তৌরক্কদৌরিবা। বৃতু বর্ত্তিষ্যমাণ— লৈরগদবা। ব্যথ্ ব্যথিষ্যমাণ, জন্ জনিষ্যমাণ, পদ পৎস্যমাণ, সহ্ সহিষ্যমাণ।

৪৯। ভবিষ্যৎ কালদা উভয়পদী চৎপা ধাতুগী মথাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা স্যতৃ, স্যমান অনিমক তৌই। মদুদি—শ্রু শ্রোষ্যৎ শ্রোষ্যমাণ, দা দাস্যৎ দাস্যমান, ধা ধাস্যৎ ধাস্যমান, গ্রহ্ গ্রহীষ্যৎ গ্রহীষ্যমাণ, কৃ করিষ্যৎ করিষ্যমাণ।

৫০। ভবিষ্যৎ কালদা ধাতুগী মথাদা কর্ম্মবাচ্যদা স্যমান তৌই। মদুদি—জ্ঞা জ্ঞায়িষ্যমাণ জ্ঞাস্যমান—খংলক্কদবা পোৎ। শ্রু শ্রাবিষ্যমাণ, শ্রোষ্যমাণ—তারক্কদবা। কৃ কারিষ্যমাণ করিষ্যমাণ, দৃশ্ দর্শিষ্যমাণ, দ্রক্ষ্যমাণ, দহ্ ধক্ষ্যমাণ, বচ্ বক্ষ্যমাণ—হায়রক্কদবা।

৫১। স্যতৃ অমদি স্যমান প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ পুন্নমক বিশেষণ ওই। মরম অসিনা বিশেষ্যগী লিঙ্গ, বিভক্তি অমদি বচন অদু মতোন্দা ফংই। মদুদি—গমিষ্যন্ পুরুষঃ, গমিষ্যন্তৌ পুরুষৌ, গমিষ্যন্তঃ পুরুষাঃ গমিষ্যন্তং পুরুষম্, গমিষ্যতা পুরুষেণ; জনিষ্যমাণা কন্যা, জনিষ্যমাণাং কন্যাম্ , জনিষ্যমানয়া কন্যয়া, পতিষ্যৎ পত্রম্, পতিষ্যতা পত্রেণ, পতিষ্যতঃ পত্রস্য অসিনচিংবা। করিষ্যমাণং কর্ম্ম, করিষ্যমাণে কর্ম্মণী, করিষ্যমাণানি কর্ম্মাণি, করিষ্যমাণেন কর্ম্মণা, করিষ্যমাণাৎ কর্ম্মণঃ, করিষ্যমাণে কর্ম্মণি , বক্ষ্যমাণং বচনম্, বক্ষ্যমাণেন বচনেন, বক্ষ্যমাণাৎ বচনাৎ, বক্ষ্যমাণস্য বচনস্য, বক্ষ্যমাণেষু বচনেষু, অসিনচিংবা।

## তুমুন্। (থবক লোইদবদা তুম্ প্রত্যয়)*

৫২। তুমুন্ণ্বুলৌ ক্রিয়ায়াং ক্রিয়ার্থায়াম্—সমান কর্ত্তৃকেষু তুমুন্*। মতম অদুদা ক্রিয়া অনিগী কর্ত্তা অমত্তা ওইরবা অদু ওইরবদি অনিগী মরক্তা নিমিত্ত (মরম থোকপা) অর্থ খংনবদা ধাতুগী মথাদা তুমুন্ প্রত্যয় তৌই ; উন্ ইৎ ওই, তুম্ লৈহৌই।

* সমান কর্ত্তৃকেষু তুমুন্ —পাণিনিগী মত-দা অসিগুম্বা কর্ত্তা অমত্তা ওইবগী মতৌ অসিগী বিধান অসি তশেংনা ইচ্ছার্থ ওইবা ধাতু শিজিন্নরবতদা ওই হায়না খংগদবনি। মদুদি—ভোক্তুম্ ইচ্ছতি বাঞ্ছতি বষ্টি বা, মহাজী মত-দা যজ্ঞদত্তঃ দেবদত্তম্ ভোক্তুম্ ইচ্ছতি হায়বা য়াদে, মরমদি ইচ্ছার্থ ধাতুগী প্রযোগ তৌরগা চাবা অমসুং ইচ্ছা (পিংবা) গী কর্ত্তা তোঙানি। "যজ্ঞদত্তঃ দেবদত্তম্ ভুক্তানমিচ্ছতি" মসি ওইগদবনি। ইচ্ছার্থ নত্তবা ধাতুগী মথখদা কর্ত্তা তোঙানবসু তুমুন্গী প্রয়োগ তৌই। মদুদি—হোমকর্ম্ম কর্ত্তুম্ ভক্তমহং বৃণে। কলায় (কলং গন্তুম্) পাং মুমোচ।

রতি অসিনচিংবা। মসি সংক্ষিপ্তসারগী মতনি। তৌইজবসুং অসিগুম্বা প্রয়োগ জাঁ তাংই। মকম পুন্নমক্তা কর্ত্তা অমত্তা ওইনা লৈরবদা তুমুন্গী প্রয়োগ তৌই—মসিনা অশেংবা অর্থনি।

৫৩। লুট্ বিভক্তিদা ধাতুগী মথাদা অদুগুম্বা অয়াম্বা থবক কয়া তৌবা অদু, তুমুন্ তৌরবদা থবকপুম্নমক অদু তৌই। মদুদি—দৃশ্ দ্রষ্টুং যাতি (য়েংগে হায়বগীদমক চৎলি), ভুজ্ ভোক্তুমভিলষতি (চাবা পাম্মই), অধীঙ্ অধ্যেতুমিচ্ছতি, পত্ পতিতুম্, ভূ ভবিতুম্, শী শয়িতুম্, বুধ্ বোদ্ধুম্, কৃ কর্ত্তুম্, গ্রহ্ গ্রহীতুম্, দা দাতুম্, হ্বা হ্বাতুম্, জ্ঞা জ্ঞাতুম্, জি জেতুম্, যজ্ যষ্টুম্, সৃজ্ স্রষ্টুম্, বহ্ বোঢুম্ শ্রু শ্রোতুম্, স্তু স্তবিতুম্, স্তোতুম্; সহ্ সহিতুম্, সোঢুম্; ক্রম্ ক্রমিতুম্, খাদ্ খাদিতুম্, পত্ পতিতুম্, ফল্ ফলিতুম্, গম্ গন্তুম্, হন্ হন্তুম্, তৃ তরিতুম্, তরীতুম্ ; সেব্ সেবিতুম্, বৃৎ বর্ত্তিতুম্, ভ্রম্ ভ্রমিতুম্, বিদ্ বেদিতুম্, রুদ্ রোদিতুম্, শাস্ শাসিতুম্, নৃত্ নর্ত্তিতুম্, কারি কারয়িতুম্, হ্বাপি হ্বাপয়িতুম্, যোজি যোজয়িতুম্, মোচি মোচয়িতুম্।

৫৪। **পর্য্যাপ্তি বচনেষ্বলমর্থেষু**— সমর্থার্থক (ঙম্বা অর্থ হায়বা) শব্দগা লেংমিন্নরবদা ধাতুগী মথাদা তুমুন্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—বোদ্ধুং সমর্থঃ, ভোক্তুং পটুঃ, বর্ত্তিতুং নিপুণঃ, কারয়িতুং কুশলঃ, য়োজয়িতুং প্রবীণঃ।

৫৫। **কালসময় বেলাসু তুমুন্**— কালবাচক শব্দগা লেংমিন্নরবদা ধাতুগী মথাদা তুমুন্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—গন্তুং সময়োঽয়ম্, শয়িতুম্ বেলেয়ম্।

## তোঙানবা। সমানকর্ত্তৃকেষু তুমুন্ *

ক্রিয়া অনীগী কর্ত্তা অমত্তা ওইবদা মথক থংবা মতমগী ওইবা নিমিত্ত (মরম) গী অর্থ থংনবা ধাতুগী মথাদা তুম্ প্রত্যয় তৌই। মসি নিমিত্ত, তাদর্থ্য, অভিপ্রায় অসিনচিংবা (মরমদমক, ওইবা য়াবা) ফোংদোকই। মদুদি—যাবদসৌ সরঃ স্নাতুং প্রবিশতি—অদুক্কী মথে মহাক্না পুখ্রিদা ইরুজগে হায়না কুমই। পুষ্পাণি চেতুম্ প্রতস্থে মুনিসুতঃ— মুনিগী মচানা লৈশিং অদু হেক্কে হায়বগীদমক চৎলম্মী। (মসিদা মরম, দমক, ওইবা য়াবা ফোংদোকই)।

তুম্ প্রত্যয়ান্ত পদ অসি ইংরাজীদা Infinitive mood ( লোইদবা ক্রিয়াগী মওং) গী অর্থ ফোংদোকই। অদুনা ইংরাজীগী Infinitive mood —কী verb পু তুম্ প্রত্যয়না অনুবাদ তৌই। মদুদি—Try to learn— অভ্যসিতুং যতস্ব। তুম্ প্রত্যয়ান্ত পদগী মহুত্তা অদুগুম্বা ধাতুদুদগী পোক্লকপা শব্দদুগী চতুর্থী বিভক্তিদুমক প্রয়োগ তৌই। মদুদি—পারসীকান্ জেতুং প্রতস্থে। মসিগী মহুত্তা পারসীকানাং জয়ায় প্রতস্থে (পারসীশিংবু জয় তৌনবগীদমত্তা চৎখ্রে)। হায়বসি ওই; অভ্যসিতুং যতস্ব; মসিগী মহুত্তা অভ্যাসায় যতস্ব হায়বসি ওই।

**Verb - কী মথক্তা to লৈরগা Infinitive ওইরবদা অদুগুম্বা তুম্ প্রত্যয়ান্ত পদ - না অনুবাদ তৌই, verb- কী মতুংদা ing হাপ্লগা Infinitive (gerund) গী অর্থ ফোংদোক্লবসু মতৌ অদুম্না তুম্ প্রত্যয়ান্ত পদ-না অনুবাদ তৌগদবনি। মদুদি— He likes talking—স জল্পিতুম্ ইচ্ছতি। I like walking—অহং ভ্রমিতুং ইচ্ছামি।**

**ইংরাজীদা Infinitive mood- না মতম অদুদা Noun-গী অর্থ ফোংদোক্লবা অমসুং Noun-গী মত ওইনা, শিজিন্নরবা মতম অদুদা সংস্কৃত-তা অনট্,অল্, ঘঞ্ প্রত্যয়ান্ত পদ-না অনুবাদ তৌই। মদুদি—To do good to others is the Supreme virtue—পরেষাং উপকারঃ (উপকরণং) পরমোধর্ম্মঃ। To take a thing without the owners knowledge is to steal স্বামিনোঽজ্ঞাতং তদ্দ্রব্যগ্রহণং চৌর্যম্। To rise early in the morning condcues to health— প্রাতরুত্থানং স্বাস্থ্যকরম্।**

## ণমুল্ প্রত্যয় (ইংরাজী লোন্দা ing অমা রাহে)

৫৬। **আভীক্ষ্ণ্যে ণমুল্ চ**—পৌনঃ পুন্য (হন্না হন্না হায়বা) অর্থ খংবদা মখল্লী মতমগী ওইবা ক্রিয়া খংবা ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌই ; ণ্, উল্ ইৎ ওই, অম্ লৈহোই। মদুদি— স্মৃ স্মারম্ (হন্না নিংশিংবা), দ্রু দ্রাবম্, স্তু স্তাবম্, নম্ নামম্, গ্রহ্ গ্রাহম্, ভুজ্ ভোজম্, ভিদ্ ভেদম্, ক্ষিপ্ ক্ষেপম্, মৃশ্ মর্শম্, স্পৃশ্ স্পর্শম্, হস্ হাসম্, সেব্ সেবম্।

৫৭। ণমুল্ প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা হন্ ধাতুগী মফমদা ঘাত্ ওই। মদুদি—ঘাতম্।

৫৮। ণমুল্ প্রত্যয় তৌরগা থোকপা পদ শিজিন্নবা মতমদা অনি ওইনা শিজিন্নে। মদুদি—স্মারং স্মারম্, গ্রাহং গ্রাহম্, ঘাতম্ ঘাতম্। (স্মারং স্মারং শিবং নমতি স্মৃত্বা স্মৃত্বা ইত্যর্থঃ (নিংশিং নিংশিংদুনা হায়বা অসিনি)।

৫৯। অন্যথা, এবম্, কথম্, অমসুং ইত্থম্ শব্দগী মথাদা লৈরিবা কৃ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌগনি। মদুদি—অন্যথাকারম্—মশাক অমা ওহোকপা। এবঙ্কারম্, কথঙ্কারম্, ইত্থঙ্কারম্—মতৌ অসুম্না ওইবা।

৬০। **কর্ম্মণি দৃশিবিদোঃ সাকল্যে**—সাকল্য (পুম্নমক্কী ওইবা) অর্থ খংবদা কর্ম্ম পদগী মথাদা লৈবা দৃশ্ অমদি বিদ্ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—দরিদ্রদর্শং দদাতি, সর্ব্বান্ দরিদ্রান্ দৃষ্ট্বা দদাতীত্যর্থঃ ; (লাইরবা খুদিং উরগা দান তৌই) বিপ্রদর্শং জিঘাংসতি, সর্ব্বান্ বিপ্রান্ দৃষ্ট্বা হন্তুমিচ্ছতীত্যর্থঃ ; দরিদ্রবেদম্, বিপ্রবেদম্ (ব্রাহ্মণ খুদিংমকপু খংই)।

৬১। **যাবতি বিন্দজীবোঃ**—যাবৎ শব্দগী মথাদা লৈবা জীব্ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—যাবজ্জীবমধীতে, যাবজ্জীবং জড়ো দহেৎ।

৬২। **চর্ম্মোদরয়োঃ পূরেঃ**— উদর (১) শব্দগী মথাদা লৈবা পুরি ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি— উদরপূরং ভুঙ্‌ক্তে, উদরং পূরয়িত্বা ভুঙ্‌ক্তে ইত্যর্থঃ।

৬৩। **নির্মূলসমূলয়োঃ কষঃ**—নিমূল অমসুং সমূল (২) শব্দগী মথাদা লৈবা কষ্ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ তৌই। মদুদি—নিমূলকাষং কষতি, সমূলকাষং কষতি—মরু ফংনা তকথোকই। (৩)

৬৪। **সমূলাকৃতজীবেষু হন্‌কৃঞ্‌গ্রহঃ**—সমূল, অকৃত অমসুং জীব শব্দগী মথাদা লৈরিবা মথং মনাও নাইনা হন্ কৃ অমসুং গ্রহ্ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌই। হন্ ধাতুগী হ-গী মফমদা ঘ অমসুং ন্-গী মফমদা ৎ ওই ; খুদম—সমূলঘাতং হন্তি (মরু ফংনা মাংই)। অকৃতকারং করোতি—(অমুক্ত তৌখিদ্রিবা তৌই)। জীবগ্রাহং গৃহ্নাতি (জীব ফাদুনা থম্মী)।

৬৫। **হস্তে বর্ত্তি গ্রহোঃ**— হস্তবাচক (করণ খংনবা) (৪) শব্দগী মথাদা লৈরিবা গ্রহ্ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ তৌই। মদুদি—হস্তগ্রাহং গৃহ্নাতি হস্তেন গৃহ্নাতীত্যর্থঃ (মখুৎনা লৌই)। পাণিগ্রাহম্, করগ্রাহম্।

৬৬। **স্বে পুষঃ**—স্ববাচক (৪) শব্দগী মথাদা লৈরিবা পুষ্ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—স্বপোষং পুষ্ণাতি, স্বেন পুষ্ণাতীত্যর্থঃ; ধনপোষম্, অন্নপোষম্ মাতৃপোষম্। স্বধনেন, স্বান্নেন, স্বমাত্রা পুষ্ণাতীত্যর্থঃ।

---

(১) কর্ম্মবাচক। (২) ক্রিয়াবিশেষণ বাচক। (৩) অসি ফাওবা অদুগুম্বা ধাতুগী মথাদা ণমুল্ প্রত্যয় তৌগদবা, অদুগুম্বা ধাতুদুগী অমুক হন্না প্রয়োগ তৌগনি। মরম অসিনা অয়াম্বা উদাহরণদা অদুগুম্বা ধাতুগী অমুক হন্না শিজিন্নবা উগনি। (৪) করণ খংনবা।

৬৭। **ঊর্দ্ধে শুষিপূরোঃ**—কর্ত্তাগী বিশেষণ ঊর্দ্ধ শব্দগী মথাদা লৈরিবা শুষ্ ধাতুগী মথাদা ণমুল্ তৌহ। মদুদি—ঊর্দ্ধশোষং শুষ্যতি তরুঃ, তরুরূর্দ্ধ এব তিষ্ঠন্ শুষ্যতীত্যর্থঃ।

৬৮। **উপমানে কর্মণি চ**—উপমানবাচক (চাং খংনবা) কর্ত্তৃপদ অমদি কর্ম্মপদগী মথাদা লৈবা ধাতুগী মথাদা ণমুল্ তৌহ। মদুদি—বিদ্যুৎপ্রণাশং প্রনষ্টঃ, বিদ্যুদিব ক্ষণেণৈব বিনষ্ট ইত্যর্থঃ ; শলভনাশং নশ্যতি, শলভ ইব অবিমৃশ্যকারী পুরুষো নশ্যতীত্যর্থঃ ; পিতৃবেদং বেত্তি গুরুম্, গুরুং পিতরমিব জানাতীত্যর্থঃ; পুত্রদর্শং পশ্যতি শিষ্যম্, পুত্রমিব সস্নেহং পশ্যতীত্যর্থঃ।

## ল্যপ্ (থবক লোইন্দবা ক্রিয়া) যণ্

৬৯। **সমাসেঽনঞ্ পূর্ব্বে ক্তোল্যপ্**—নঞ্ নত্তবা অব্যয় পদগা লোয়ননা সমাস তৌরবদা পূর্ব্বকালিক (মথঙ্গী মতমগী ওইবা) ক্রিয়াবাচক ধাতুগী মথাদা ল্যপ্ প্রত্যয় তৌহ ; ল্ প্ ইৎ ওই, য় লৈহৌহ। মদুদি— আ-ঘ্রা (ল্যপ্) আঘ্রায়, আ-দা আদায়, বি-ধা বিধায়, অপি-ধা-পিধায়, অপিধায়, প্র-হ্বা প্রহ্বায়, বি-হা বিহায়, বি-আখ্যা ব্যাখ্যায়, বি-জ্ঞা বিজ্ঞায়, আ-লিঙ্গ্ আলিঙ্গ্য, সম্-ত্যজ্ সন্ত্যজ্য, বি-ভজ্ বিভজ্য, প্র-নি পত্ প্রণিপত্য, প্র-আপ্ প্রাপ্য, প্র-কম্প্ প্রকম্প্য, আ-রভ্ আরভ্য, নি-শম্ নিশম্য, বি-শ্রম্ বিশ্রম্য, আ- সেব্ আসেব্য, সম্-রক্ষ্ সংরক্ষ্য, উৎ-অস্ উদস্য, অভি-অস্ অভ্যস্য, নি-শ্বস্, নিশ্বস্য, বি-হস্ বিহস্য, বি-গর্হ্ বিগর্হ্য।

৭০। ল্যপ্ প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা ধাতুগী মমৈথংবা স্বরগী অমসুং উপধা লঘু স্বরগী গুণ তৌরোহ। মদুদি—বি-জী বিজিত্য, সম্-চি সঞ্চিত্য, অধি-ই অধীত্য, প্র-ই প্রেত্য, আ শ্রি আশ্রিত্য, সম্ শ্রি সংশ্রিত্য, বি স্মি বিস্মিত্য, (১) আ নী আনীয়, বি নী বিনীয়, সম্ শ্রু সংশ্রুত্য, সম্ স্তু সংস্তুত্য, উৎ প্লু উৎপ্লুত্য, বি ধূ বিধূয়, সম্ ভূ সম্ভূয়, প্র সূ প্রসূয়, আ দৃ আদৃত্য, বি ধৃ বিধৃত্য, আ বৃ আবৃত্য, প্র হৃ প্রহৃত্য, সম্ সৃ সংসৃত্য, সম্ স্মৃ সংস্মৃত্য, প্র কৃ প্রকৃত্য, দ্বিধা কৃ দ্বিধাকৃত্য, নানা কৃ নানাকৃত্য, আ লিখ্, আলিখ্য, উৎ মুচ্ উন্মুচ্য, সম্ ভুজ্ সম্ভুজ্য, নি যুজ্ নিযুজ্য, বি সৃজ্ বিসৃজ্য, আ ছিদ্ আচ্ছিদ্য, বি ভিদ্ বিভিদ্য, নি রুধ্, নিরুধ্য, সম্ ক্ষিপ্ সংক্ষিপ্য, প্র কুপ্ প্রকুপ্য, বি লুপ্, বিলুপ্য, বি সৃপ্ বিসৃপ্য, প্র বিশ্ প্রবিশ্য, সম্ স্পৃশ্ সংস্পৃশ্য আ কৃষ্ আকৃষ্য, নির্ পিষ্ নিষ্পিষ্য, বি শিষ্ বিশিষ্য, আ শ্লিষ্ আশ্লিষ্য, সম্ দিহ্ সন্দিহ্য, আ রুহ্ আরুহ্য, বি সহ্ বিসহ্য, বি গাহ্ বিগাহ্য, অব গাহ্ বগাহ্য অবগাহ্য।

৭১। ল্যপ্-না মথাদা লৈরবদা হন্ মন্ তন্-নচিংবা ধাতুগী ন্-গী মফম্দা ত্ ওই। মদুদি —আ হন্ আহত্য, সম্ মন্ সম্মত্য, বি তন্ বিতত্য।

৭২। ল্যপ্-না মথাদা লৈরবদা যম্, রম্, নম্, গম্-নচিংবা ধাতুগী ম্-গী মফম্দা বিকল্প ওইনা ত্ ওই। মদুদি— সম্ যম্ সংযত্য সংযম্য , বি রম্ বিরত্য বিরম্য, প্র নম্ প্রণত্য প্রণম্য, আ গম্ আগত্য আগম্য।

৭৩। ল্যপ্-না মথাদা লৈরবদা সন্জ্-নচিংবা ধাতুগী উপধা নকারগী লোপ ওই। মদুদি—আ সন্জ্ আসজ্য, প্র শন্স্ প্রশস্য, সম্ দন্শ্ সন্দশ্য, বি স্রন্স্, বিস্রস্য, প্র ভ্রন্শ্ প্রভ্রশ্য, প্র মন্থ প্রমথ্য।

৭৪। ল্যপ্-না মথাদা লৈরবদা শী-গী মফম্দা শয়্, প্রচ্ছ্-গী মফম্দা পৃচ্ছ্, গ্রহ্-গী মফম্দা গৃহ্ আদেশ ওই। মদুদি—অধি শী অধিশায্য, আ প্রচ্ছ্ আপৃচ্ছ্য, সম্ গ্রহ্ সংগৃহ্য, বি গ্রহ্ বিগৃহ্য, নি গ্রহ্ নিগৃহ্য।

---

(১) হ্রস্বস্যপিতি কৃতি তুক-ইতি তকারাগমঃ। মখক্তা য়েংউ।

## খি প্রত্যয়।

১৮১। আত্মোদরকুক্ষিষু ইতি চাত্ত্বাঃ—কুক্ষি অমদি উদর শব্দগী মথাদা লৈবা ভৃ ধাতুগী মথাদা খি প্রত্যয় তোঁই ; অদুগা খ্ ইৎ ওই, ই লৈহোঁই। মদুদি—কুক্ষিম্ভরিঃ, উদরম্ভরিঃ (য়াম্না চাবা মী)

১৮২। মনঃ। আত্মমানে খশ্চ—ইশাবু নিংবা অর্থদা কর্ম খংবা পদগী মথাদা লৈবা মন্ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা খ্য প্রত্যয় তোঁই ; খ্ ইৎ ওই, য লৈহোঁই। মদুদি—আত্মানং পণ্ডিতং মন্যতে পণ্ডিতম্মন্যঃ (মশাবু পণ্ডিত অমা ওইনা খনবা), কৃতার্থম্মন্যঃ, সুভগম্মন্যঃ, ধন্যম্মন্যঃ (মশাবু ধন্যনি হায়না খনবা)।

## ই-প্রত্যয়

১৮৩। শকৃৎস্তম্বয়োরিন্—শকৃৎ অমসুং স্তম্ব শব্দগী মথাদা লৈবা কৃ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা ই প্রত্যয় তোঁই। মদুদি—শকৃৎকরিঃ (শন্নাও), স্তম্বকরিঃ (মহে-মরোং)।

১৮৪। ফলেগ্রহিরাত্মম্ভরিশ্চ—ই প্রত্যয় তোরগা ফলেগ্রহি অমসুং আত্মম্ভরি হায়বা পদ অনি অসি নিপাতন-দা খোবই। মদুদি—ফলানি গৃহ্ণাতি ফলেগ্রহিঃ (উহৈ য়াম্না পানবা উ) আত্মানং বিভর্ত্তি আত্মম্ভরিঃ (মশাগী ওইজবদা থিবা মী)।

## খনট্ (খ্যুন্) প্রত্যয়

১৮৫। আঢ্য-সুভগ-স্থূল-পলিত-নগ্নান্ধপ্রিয়েষু চ্ব্যর্থেষ্বচ্বৌ কৃঞঃ করণে খ্যুন্—অভূততদ্ভাব (ওইদবা পোৎ ওইবা) খংবদা প্রিয়নচিংবা শব্দগী মথাদা লৈবা কৃ ধাতুগী মথাদা করণবাচ্যদা খনট্ প্রত্যয় তোঁই ; খ অমসুং ট্ ইৎনি, অন লৈহোঁই। মদুদি—অপ্রিয়ঃ প্রিয়ঃ ক্রিয়তেঽনেন প্রিয়ঙ্করণম্ (নুংশিবা উৎলিবা)।

## খিষ্ণুচ্ অমসুং খুকঞ্

১৮৬। কর্তরি ভুবঃ খিষ্ণুচ্ খুকঞৌ—অভূততদ্ভাব অর্থদা প্রিয়-নচিংবা শব্দগী মথাদা লৈবা ভূ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা খিষ্ণু অমদি খুকঞ্ প্রত্যয় তোঁই ; খিষ্ণুগী খ ইৎনি, ইষ্ণু লৈহোঁই ; খুকঞ্-গী খ, ঞ্ ইৎনি, উক লৈহোঁই। মদুদি—অপ্রিয়ঃ প্রিয়ো ভবতি প্রিয়ম্ভবিষ্ণুঃ প্রিয়ম্ভাবুকঃ (নুংশিহল্লকপা মী)।

## ণ্বি-প্রত্যয়

১৮৭। ভজো ণ্বিঃ—সুবন্ত পদগী মথাদা লৈবা ভজ্ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা ণ্বি প্রত্যয় তোঁই ; ণ্বি-গী পুম্নমক ইৎনি, করিসু লৈহোঁদে। মদুদি—অংশং ভজতে অংশভাক্, দুঃখং ভজতে দুঃখভাক্ (অবাবা শরুক য়াবা মী)।

## ক্বিপ্

১৮৮। সৎসূদ্বিষদ্রুহদুহযুজবিদভিদচ্ছিদজিনীরাজামুপসর্গেঽপি ক্বিপ্—সুবন্ত পদগী মথাদা লৈবা ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা ক্বিপ্ তোঁই। ক্বিপ্-কী মশা পুম্নমক ইৎনি। মদুদি—সদ্ সভাসৎ (মেম্বর), সংসৎ (সভা), পরিষৎ (আইনগী সভা), সূ—পুত্রসূঃ, প্রসূঃ, বীরসূঃ ; বিদ্—শাস্ত্রবিৎ, ধর্মবিৎ, ব্রহ্মবিৎ ; জি—ইন্দ্রজিৎ ; নী—সেনানীঃ (লান্মী লুচিংবা), অগ্রণীঃ (লুচিংবা), রাজ্—বিরাট্ (লৈশোম্বা), সম্রাট্ ; স্পৃশ্—জলস্পৃক্ (ঈশিং পাইবা), (১) ধর্মবিট্, মর্মভিৎ, গোত্রভিৎ, মর্মচ্ছিৎ।

(১) উপকশব্দগী মথাদনি তোঁরোই। মদুদি—উপকস্পর্শঃ, মথম অসিদনি অত্তু তোঁরমী।

১৮৯। **সুকর্ম্মপাপমন্ত্রপুণ্যেষু কৃঞঃ**—সু, কর্ম্মন্, পাপ, মন্ত্র অমসুং পুণ্য শব্দগী মথাদা লৈবা কৃ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা অতীত কাল (হৌখিব) দা ক্বিপ্ তৌই। মদুদি—সু কৃতবান্ সুকৃৎ (অফবদা তৌখিবা), কর্ম্ম কৃতবান্ কর্ম্মকৃৎ (থবক তৌখিবা), পাপকৃৎ (পাপ তৌখিবা) মন্ত্রকৃৎ, পুণ্যকৃৎ।

১৯০। **ব্রহ্মভ্রূণবৃত্রেষু ক্বিপ্**—ব্রহ্মন্, ভ্রূণ, অমসুং বৃত্র শব্দগী মথাদা লৈবা হন্ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা অতীত কালদা ক্বিপ্ তৌই। মদুদি—ভ্রূণং জঘান ভ্রূণহা (গর্ভ মাংহনখিবা), ব্রহ্মহা (ব্রাহ্মণ হাৎখিবা), বৃত্রহা (বৃত্রবু হাৎখিবা, ইন্দ্র)।

১৯১। **সোমে সুঞঃ। অগ্নৌ চেঃ**—অগ্নি শব্দগী মথাদা লৈবা চি অমসুং সোম শব্দগী মথাদা লৈবা সু ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা অতীত কালদা ক্বিপ্ তৌই। মদুদি— অগ্নিং চিতবান্ অগ্নিচিৎ (মৈ য়োকখিবা), সোমং সূতবান্ সোমসুৎ (সোমলতা শুমদোকখিবা)।

## ক্বিপ্ অমসুং কঞ্ (কঞ্)

১৯২। **ত্যদাদিষু দৃশোঽনালোচনে কঞ্চ**— উপমাবাচক (চাংদম্নবা খংবা) তদ্, যদ্ এতদ্, ভবৎ, অস্মদ্, অদস্, ইদম্, কিম্, অন্য অমসুং সমান শব্দগী মথাদা লৈবা দৃশ্ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা ক্বিপ্ অমসুং কঞ্ প্রত্যয় তৌই ; ক্বিপ্‌কী মশা পুম্নমক ইংনি, কঞ্-গী ক্, ঞ্ ইং ওই, অ লৈহৌই।

১৯৩। ক্বিপ্ অমসুং কঞ্ প্রত্যয়ান্ত ধাতুনা মথাদা লৈরবদা তদ্, যদ্, এতদ্, অস্মদ্ অমসুং যুস্মদ্ শব্দগী দ্ লোপ্ অমসুং মহাক্কী মথক্তা লৈবা অ-গী মফমদা আ ওই। মদুদি—স ইব দৃশ্যতে তাদৃক্, তাদৃশঃ; যাদৃক্, যাদৃশঃ এতাদৃক্, এতাদৃশঃ; অস্মাদৃক্ অস্মাদৃশঃ; যুস্মাদৃক্ যুস্মাদৃশঃ (১)।

১৯৪। ক্বিপ্ অমসুং কঞ্ প্রত্যয়ান্ত দৃশ্ ধাতুনা মথাদা লৈরবদা অদস্-কী মফমদা অমূ, ইদম্‌গী মফমদা ঈ, কিম্‌গী মফমদা কী, ভবৎ-কী মফমদা ভবা, সমান-গী মফমদা স, অমসুং অন্য শব্দগী মফমদা অন্যা ওই। মদুদি—অসৌ ইব দৃশ্যতে অমূদৃক্ অমূদৃশঃ; অয়মিব দৃশ্যতে ঈদৃক্, ঈদৃশঃ; ক ইব দৃশ্যতে কীদৃক্ কীদৃশঃ; ভবানিব দৃশ্যতে ভবাদৃক্, ভবাদৃশঃ ; সমান ইব দৃশ্যতে সদৃক্ সদৃশঃ, অন্য ইব দৃশ্যতে অন্যাদৃক্ অন্যাদৃশঃ।

## ক্বনিপ্

১৯৫। **দৃশেঃ ক্বনিপ্**—কর্ম্মবাচক পদগী মথাদা লৈবা দৃশ্ ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা অতীত কালদা ক্বনিপ্ প্রত্যয় তৌই। ক্, ই, অমসুং প্ ইং ওই, বন্ লৈহৌই। মদুদি—পারং দৃষ্টবান্ পারদৃশ্বা (অতোপ্পা নাকলগী থবক উবা), অসিগুম্না যুধ্ ধাতুগী মথাদা ক্বিনিপ্ তৌই। মদুদি—রাজযুধ্বা (নিংথৌগা লানবা পাবা কনাগুম্বা অমা)।

১৯৬। **অলংকৃঞ্-নিরাকৃঞ্-প্রজনোৎপচোৎপতোন্মদরুচ্যপত্রপবৃতুবৃধুসহচর ইষ্ণুচ্** — শীল (স্বভাব), ধর্ম্ম অমসুং সম্যক্‌করণ (নিংথিনা তৌবা) অর্থদা সহ-নচিংবা (২) ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা ইষ্ণু প্রত্যয় তৌই। মদুদি—সহ্ সহিষ্ণুঃ (খাংবা কনবা), রুচ্ রোচিষ্ণুঃ (ঙানবা), বৃধ্ বর্দ্ধিষ্ণুঃ (চাওখৎলবা), অলঙ্করিষ্ণুঃ (লৈতেংলবা), প্রজন্ প্রজনিষ্ণুঃ (পোকহল্লিবা), উৎপচিষ্ণুঃ (মপুং ফানা চাওখৎলবা), উৎপতিষ্ণুঃ (পাইখৎলবা), উন্মদিষ্ণুঃ (ঙাওরবা), অপত্রপিষ্ণুঃ ( ইকাইখংদবা), বর্ত্তিষ্ণুঃ ( লৈরিবা), চরিষ্ণুঃ (কোইচৎ চৎলিবা), প্র-ভূ প্রভবিষ্ণুঃ (শক্তি লৈবা)।

---

(১) অস্মদ্ যুস্মদ্ শব্দগী মফমদা একবচনদা মদ্ অমসুং ত্বদ্ ওইরবসু তৌই। মদুদি—মাদৃক্, মাদৃশঃ, ত্বাদক্, ত্বাদৃশঃ।

(২) সহ্, রুচ্, বৃধ্, অলঙ্কৃ, নিরাকৃ, প্রজন্, উৎপৎ, উন্মদ্, অপত্রপ, বৃৎ, চর, প্র-ভূ।

## ক্স্নু(গ্স্নু)

১৯৭। **গ্লাজিস্থশ্চ গ্স্নুঃ**—শীলাদি (স্বভাবনচিংবা) অর্থদা জি, ভূ, স্থা অমসুং গ্লা ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা স্নুক্ প্রত্যয় তৌই ; ক্ ইৎনি স্নু লৈহৌই। মদুদি—জিষ্ণুঃ (জয় তৌগনবা), ভূষ্ণুঃ (হিংবা, লৈবা), স্থাস্নুঃ (লেংদ্রবা), গ্লাস্নুঃ (ৱারবা)।

১৯৮। **ত্রসিগৃধিধৃষিক্ষিপেঃ ক্নুঃ**—শীল-নচিংবা অর্থদা ত্রস্, গৃধ্, ধৃষ্ অমসুং ক্ষিপ্ ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা ক্নু প্রত্যয় তৌই ; ক্ ইৎ ওই নু লৈহৌই। মদুদি—ত্রস্নুঃ (মীপাইগনবা), গৃধ্নুঃ (মীহৌগনবা), ধৃষ্ণুঃ (থৌনা ফবা), ক্ষিপ্নুঃ (লংগনবা)।

## উকঞ্ প্রত্যয়

১৯৯। **লষপতপদস্থাভূবৃষহনকমগমশৄভ্য উকঞ্**।—শীল-নচিংবা অর্থদা কম্ (১) নচিংবা ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা উকঞ্ প্রত্যয় তৌই ; ঞ্ ইৎ ওই, উক লৈহৌই। মদুদি— কম্ কামুকঃ (পামগনবা), লষ্ লাষুকঃ (পামগনবা), পৎ পাতুকঃ (তাগনবা), ভূ ভাবুকঃ, গম্ গামুকঃ, বৃষ্ বর্ষুকঃ (নোং তাবনা স্বভাব ওইবা), শৄ-শারুকঃ (শোক-পলহনবা), হন্—গী মফমদা ঘাৎ ওই ; মদুদি—ঘাতুকঃ (হাৎকনবা)।

## আলুচ্

২০০। **স্পৃহিগৃহিপতিদয়ি-নিদ্রাতন্দ্রাশ্রদ্ধাভ্য আলুচ্**—শীল-নচিংবা অর্থদা দয় (২)নচিংবা ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা আলু প্রত্যয় তৌই। মদুদি—দয় দয়ালুঃ, নিদ্রা নিদ্রালুঃ (তুমগনবা), তন্দ্রা তন্দ্রালুঃ (তনগনবা), শ্রদ্ধা শ্রদ্ধালুঃ (থাজগনবা), স্পৃহি স্পৃহয়ালুঃ (থৌরাংগনবা), গৃহি গৃহয়ালুঃ (শিন্দুনা লৌগনবা)।

## ঘুরচ্ প্রত্যয়

২০১। **ভঞ্জভাসমিদো ঘুরচ্**—শীল-নচিংবা অর্থদা ভঞ্জ্, ভাস্ অমসুং মিদ্ ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা ঘুরচ্ প্রত্যয় তৌই ; ঘ্ চ্ ইৎ ওই, উর লৈহৌই। মদুদি—ভঙ্গুরঃ (কাইগনবা), ভাসুরঃ (অরংবা), মেদুরঃ (অথোৎপা)।

২০২। **ইণ্নশ্জিসর্তিভ্যঃ ক্বরপ্**—শীল-নচিংবা অর্থদা নশ্, ই, জি, সৃ অমসুং গম্ ধাতুগী কর্ত্তৃবাচ্যদা ক্বরপ্ প্রত্যয় তৌই ; ক্ অমসুং প্ ইৎ ওই, বর লৈহৌই। মদুদি—নশ্বরঃ (মাংবা নাইবা), ইত্বরঃ (কোইবা, চৎপা), জিত্বরঃ (জয় তৌবা), সৃত্বরঃ (চৎকনবা), গম্ ধাতুগী ম্-গী মফমদা ৎ ওই, গত্বরঃ (চৎকনবা)—গত্বরশ্চ।

## র-প্রত্যয়।

২০৩। **নমিকম্পি-স্ম্যজসকমহিংসদীপো রঃ**—শীল-নচিংবা অর্থদা নম্-নচিংবা (৩) ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা র প্রত্যয় তৌই। মদুদি—নম্ নম্রঃ (নোল্লুকপা), হিন্স্ হিংস্রঃ, স্মি স্মেরঃ (নোক্কনবা), কম্প্ কম্প্রঃ (নিক্কনবা), অজস্ অজস্রঃ (মতম চুপ্পা লৈরবা), দীপ্ দীপ্রঃ (ঙাল-ঙানবা)।

---

(১) কম্, লষ্, পত্, পদ্, স্থা, ভূ, বৃষ্, হন্, গম্, শৄ।
(২) দয়্, নি অমসুং তন্-না মথক থংবা দ্রা, শ্রৎ-না মথক থংবা ধা, গী, গৃহি, স্পৃহি, পতি।
(৩) নম্, হিন্স্, স্মি, কম্প্, অজস্, দীপ্।

২০৪। **সনাশংসভিক্ষ উঃ**— শীল-নচিংবা অৰ্থদা আ-না মাংওইনবা শন্স্, ইষ্, ভিক্ষ্ অমসুং সনন্ত ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা উ প্রত্যয় তোই। মদুদি—আশংসুঃ (অপাবা), ইষ্-গী মফমদা ইচ্ছ্ ওই)—ইচ্ছুঃ (অপাবা), ভিক্ষুঃ (চাকনিবা), জিজ্ঞাসুঃ (খংনিংবা), বুভুক্ষুঃ (লাবা), চিকীর্ষুঃ (তৌনিংবা), (বিন্দুরিচ্ছুঃ)।

## বরচ্

২০৫। **স্থেশভাসপিসকসো বরচ্**—শীল-নচিংবা অৰ্থদা স্থা-নচিংবা (১) ধাতুগী মথাদা কর্তৃবাচ্যদা বরচ্ প্রত্যয় তোই। মদুদি—স্থা স্থাবরঃ (লেংদবা), ঈশ্ ঈশ্বরঃ (জগৎকী মপু), ভাস্ ভাস্বরঃ (মঙান), যঙ্গী লোপ ওই। যায়ায়, যাযাবরঃ (যজ্ঞগী শগোল) (যশ্চ যঙঃ)।

## উক

২০৬। **জাগরূকঃ। যজজপদশাং যঙঃ**—শীল-নচিংবা অৰ্থদা জাগৃ ধাতু অমসুং যঙন্ত যজ্, জপ্, বদ্, অমসুং দন্শ্ ধাতুগী মথাদা উক প্রত্যয় তোই ; যঙ্গী লোপ ওই। মদুদি—জাগরূকঃ (থবক কনবা), যাজজূকঃ (যজ্ঞদা তৌদুনা লৈবা), জঞ্জপূকঃ (জপ-তা তৌদুনা লৈবা), বাবদূকঃ (ঙাংগনবা), দন্দশূকঃ (য়াম্না চিক্কনবা লিন অমা)।

## ইত্নু

২০৭। **স্তনিহৃষিপুষিগদিমদিভ্যো ণেরিত্নুচ্**—(উণাদি)—শীল-নচিংবা অৰ্থদা ণিজন্ত স্তনি, মদি, পুষি, গদি, অমসুং হৃষি ধাতুগী মথাদা ইত্নু প্রত্যয় তোই। মদুদি—স্তনয়িত্নুঃ (নোংখাংগা লোয়নবা নোং), মদয়িত্নুঃ (য়ু), হৰ্ষয়িত্নুঃ (হরাওহনবা), গদয়িত্নুঃ (বায়াম ঙাংগনবা), পোষয়িত্নুঃ (কোকিল)।

## ক্মরচ্

২০৮। **সৃঘস্যদঃ ক্মরচ্**—শীল-নচিংবা অৰ্থদা ঘস্, অদ্ অমসুং সৃ ধাতুগী মথাদা ক্মরচ্ প্রত্যয় তোই ; ক্, চ্ ইৎ ওই, মর লৈহোই। মদুদি—ঘস্মরঃ (কা হেন্না চাবা মী), অদ্মরঃ (চাবদা পেন্দবা), সৃমরঃ (চৎকনবা)।

## কুরচ্

২০৯। **বিদিভিদিচ্ছিদেঃ কুরচ্**—শীল-নচিংবা অৰ্থদা ছিদ্, ভিদ্ অমসুং বিদ্ ধাতুগী মথাদা কুরচ্ প্রত্যয় তোই ; ক্ চ্ ইৎ ওই, উর লৈহোই। মদুদি—ছিদুরঃ (কক্নবা পোৎ) নত্রগা তৎকনবা (ছিদুরঃ রজ্জুঃ), ভিদুরঃ (থাইদোক্নবা পোৎ), নত্রগা (কক্নবা) (ভিদুরং কাষ্ঠম্), বিদুরঃ (খংগনবা), (বিদুরঃ পণ্ডিতঃ)।

## ত্র প্রত্যয়।

২১০। **দাম্নীশসযুযুজস্তুতুদসিসিচমিহপতদশনহঃ করণে।**—করণ কারক-গী অৰ্থদা নী (২) নচিংবা ধাতুগী মথাদা ত্র প্রত্যয় তোই। মদুদি—নয়তি অনেন নেত্রম্ (মিৎ), দাতি অনেন দাত্রম্ (থাজোল), শসতি অনেন শস্ত্রম্ (খুৎলাই), তৌতি অনেন তোত্রম্, (খুরম বাহে), পততি, অনেন পত্রম্ (উনা, নত্রগা উচেক মশা), দশতি অনয়া দংষ্ট্রা (য়া)।

---

(১) স্থা, ঈশ্, ভাস্, পিস্, কস্, প্রমদ্, যঙন্ত যা।
(২) নী, দা, শ্ব, শস্, যুজ্, স্তু, তুদ্, সি, সিচ্, মিহ্, পত্, দশ্, নহ্।

## ইত্র (নপুংসক লিঙ্গ চংপা প্রত্যয়)

২১১। **অর্তিলূধূসূখনসহচর ইত্রঃ**—করণবাচ্যদা পূ-নচিংবা ধাতুগী মখাদা ইত্র প্রত্যয় তৌই। মদুদি—পূয়তে অনেন পবিত্রম্ (কুশ অনিনা শাবা অগেংবা পোৎ), চর্ চরিত্রম্ (লমচৎ), বহ্-বহিত্রম্ (হি), খন খনিত্রম্ (য়োৎপাক)।

## কি-প্রত্যয়

২১২। **উপসর্গে ঘোঃ কিঃ**—উপসর্গ অমসুং অক্তর শব্দগী মখাদা লৈবা দা অমসুং ধা ধাতুগী মখাদা ভাববাচ্যদা কি প্রত্যয় তৌই; ক্ ইৎনি ই লৈহ্রোই অমসুং দা, ধা, ধাতুগী আকারগী লোপ ওই। মদুদি—বিধিঃ (নিয়ম) নিধিঃ (লনগে), সন্ধিঃ (তিন্নবা), আধিঃ (পুক্কিংগী অৱাবা), অন্তর্দ্ধিঃ (মাংবা)।

২১৩। **কর্ম্মণ্যধিকরণে চ**—কর্ম্মবাচক পদগী মখাদা লৈবা ধা ধাতুগী মখাদা অধিকরণ খংনবা অর্থদা ই প্রত্যয় তৌই অমসুং ধাতুগী আকারগী লোপ ওই। মদুদি—জলানি ধীয়ন্তেঽস্মিন্ জলধিঃ, বারিধিঃ, পয়োধিঃ, জলনিধিঃ (সমুদ্র)।

## ত্রিমক্ প্রত্যয়।

২১৪। **ড্বিতঃ ক্ত্রিঃ**—গণপাঠ গী মতমদা অয়াবা ধাতুদু ডুগা লোয়নবা মখোয়দুগী মখাদা তন্নির্বৃত্ত (মদুনা মরমওইদুনা থোকহনবা) অর্থদা ত্রিমক্ প্রত্যয় তৌই। ক্ ইৎ ওই, ত্রিম লৈহ্রোই। মদুদি, কৃ—ক্রিয়য়া নির্বৃত্তম্ কৃত্রিমম্ (অশোবা), দা-গী মফমদা দৎ ওই। দা—দানেন নির্বৃত্তম্ দত্রিমম্।

২১৫। **ট্বিতোঽথুচ্**— গণপাঠগী মতমদা অদুগুম্বা ধাতুশিং অদু টু-গা লোয়নবা, মখোয় অদুগী মখাদা ভাববাচ্যদা অথুচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি, বেপ্—বেপথুঃ (তনিক-তনিকপা), শ্বি—শ্বয়থুঃ (কামখৎপা)।

২১৬। **আক্রোশে নঞ্যনিঃ**—নঞ্-গী মখাদা লৈবা ধাতুগী মখাদা ভাববাচ্যদা আক্রোশ (চৈবা, অমসুং অভিশাপ) অর্থদা 'অনি' প্রত্যয় তৌই। অনি প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চংলি। মদুদি—জীব অজীবনিঃ (জীব য়াওদবা), জন্ অজননিঃ (পোকপা লৈতবা)।

## অনট্ (ল্যুট্)

২১৭। **ল্যুট্ চ**—ভাববাচ্যদা ধাতুগী মখাদা অনট্ প্রত্যয় তৌই। ট্ ইৎ ওই অন লৈহ্রোই। অসুম্না অনট্ প্রত্যয়না মমেথংবা শব্দ ক্লীবলিঙ্গ চংলি। মদুদি—গম্ গমনম্ (চৎপা), ভুজ্ ভোজনম্ (চাবা), শী শয়নম্ (তুম্বা), আ-রুহ্ আরোহণম্ (কাখৎবা), ঈক্ষ্ ঈক্ষণম্ (য়েংবা), ভক্ষ্ ভক্ষণম্ (চাবা), তৃপ্ তর্পণম্ (পেলহনবা), মন্ মননম্ (ৱাখল খনবা), অধি-ই অধ্যয়নম্ (তম্বা), পা পানম্ (থকপা), দা দানম্ (পিবা), জ্ঞা জ্ঞানম্ (খংবা), বি-ধা বিধানম্ (নিয়ম্), চি চয়নম্ ( হেকপা), গ্রি গ্রয়ণম্ (চংজবা), শ্রু শ্রবণম্ (তাবা), দৃশ্ দর্শনম্ (উবা)।

## অন (ল্যু) প্রত্যয়।

২১৮। **নন্দিগ্রহিপচাদিভ্যো ল্যুণিন্যচঃ**— নন্দি-নচিংবা ধাতুগী মখাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা অন প্রত্যয় তৌই। মদুদি—নন্দি নন্দনঃ (মচা, নুঙাইহনবা), মদি মদনঃ (কামদেব), সাধি সাধনঃ (মপুং ফনা পাংথোক্লবা), বর্দ্ধি বর্দ্ধনঃ (চাওখৎলবা), শোভি শোভনঃ (ফজরবা), তপ্ তপনঃ (নুমিৎ), জনার্দ্দনঃ (কৃষ্ণ), বিভীষণঃ, মধুসূদনঃ, লবনঃ ।

২১৯। **ক্রুধমণ্ডার্থেভ্যশ্চ—** ক্রোধার্থ অমসুং ভূষার্থ হায়বা ধাতুগী মথাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা শীল-নচিংবা অর্থদা অন প্রত্যয় তৌই। মদুদি—ক্রুধ্ ক্রোধনঃ (শাওরবা), রুষ্ রোষণঃ (লূদনা শাওহনবা), কুপ্ কোপনঃ (শাওহনবা), অমৃষ্ অমর্ষণঃ (খাংবা ঙমদনা শাওবা)।

২২০। শীল-নচিংবা অর্থদা জ্বল্-নচিংবা ধাতুগী মথাদা কর্ত্তৃবাচ্যদা অন প্রত্যয় তৌই। মদুদি—জ্বল্ জ্বলনঃ (মৈ চাক্লবা), শুচ্ শোচনঃ (পুক্নিং ৱারবা), বৃধ্ বর্দ্ধনঃ (চাওখৎলবা), চল্ চলনঃ (চৎলবা, লেংলবা), দহ্ দহনঃ (চাকহল্লবা)।

২২১। **ল্যুট্। (অনট্)**—ভাববাচ্যদা ধাতুগী মথাদা অনট্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি— ক্রন্দনম্, হসনম্। করণাধিকরণয়োশ্চ —করণ অমসুং অধিকরণ অর্থদা ধাতুগী মথাদা অনট্ প্রত্যয় তৌই, ট্ ইৎ ওই অন লৈহোঁই। মদুদি—করণ অর্থদা— নীয়তে অনেন নয়নম্ (মিৎ), লোচ্যতে অনেন লোচনম্ (মিৎ), চর্য্যতে অনেন চরণম্ (খোঙ্ ), ক্রিয়তে অনেন করণম্ (থবক), যায়তে অনেন যানম্ (গাড়ী), বাহ্যতে অনেন বাহনম্ (গাড়ী), অধিরুহ্যতে অনয়া অধিরোহনী (কৈরাক), অধিকরণ অর্থদা— শয্যতে অস্মিন্ শয়নম্ (ফমুং), স্থীয়তে অস্মিন্ স্থানম্ (লৈফম)।

## ঘঞ্ প্রত্যয়

২২২। **ভাবে, অকর্ত্তরি চ কারকে সংজ্ঞায়াম্—** ভাববাচ্যদা অমসুং কর্ত্তা নত্তবা কারক বাচ্যদা ধাতুগী মথাদা ঘঞ্ প্রত্যয় তৌই। ঘ্ ঞ্ ইৎনি অ লৈহোঁই। মদুদি—পচ্ পাকঃ (খোংবা), ত্যজ্ ত্যাগঃ (থাদোকপা), নশ্ নাশঃ (মাংবা), শুচ্ শোকঃ (অৱাবা), ভুজ্ ভোগঃ (চানবা পোৎ), রুজ্ রোগঃ (অনাবা), বস্ বাসঃ (লৈফম), পত্ পাতঃ (তাবা), স্রু স্রাবঃ (চেল্লবা), যুজ্ যোগঃ (তিনশিন্নবগী থবক), হ্রস্ হ্রাসঃ (ময়েং তাথবা), যজ্ যাগঃ (যজ্ঞ), ভজ্ ভাগঃ (শরুক), রন্জ্ ধাতুগী ন্ লোপ ওই। (ঘঞি চ ভাবকরণয়োঃ রঞ্জের্নলোপঃ স্যাৎ)—রাগঃ (নুঙাইবা ৱাখল), ভন্জ্ ভঙ্গঃ (কায়বা), সন্জ্ সঙ্গঃ (তিন্নবা মরি লৈনবা)।

## অ (ল্) অচ্, অপ্ প্রত্যয়

২২৩। ভাববাচ্যদা অমসুং কর্ত্তা নত্তবা কারক বাচ্যদা ধাতুগী মথাদা অ (ল্) প্রত্যয় তৌই। মদুদি—জি জয়ঃ (মঙ্গল), ক্ষি ক্ষয়ঃ (ময়েং তাবা), শ্বি শ্বয়ঃ (চাওখোকপগী মতৌ), লী লয়ঃ (লোইশিনবা), নী নয়ঃ (নীতিগা মরী লৈনবা), দ্রু দ্রবঃ (মহীলাংবা পোৎ), স্রু স্রবঃ (চেনবগী মতৌ), স্তু স্তবঃ (স্তুতি ৱাহৈ), বৃষ্ বর্ষম্ (চহি), জপ্ জাপঃ (শোনবা), শ্রি শ্রয়ঃ (চংজরকপা), চি চয়ঃ (হেককপা), গ্রহ্ গ্রহঃ (গ্রহ, থৱা-শিচাক), মদ্ মদঃ (ময়াই কাবা), মুদ্, মোদঃ (হরাউবা, নুঙাইবা), শ্লিষ্ শ্লেষঃ (তিন্নবগী থবক), রুষ্ রোষঃ (অশাওবা), মুহ্ মোহঃ (অঙকপা), দ্রুহ্ দ্রোহঃ (য়েক্লবা) ক্রুধ্ ক্রোধঃ (অশাওবা), কুপ্ কোপঃ (অশাওবা), ক্ষুভ্ ক্ষোভঃ (লাংতক্লবা), তুষ্ তোষঃ (অপেনবা), বুধ্ বোধঃ (খংবা), খিদ্ খেদঃ (ৱাবা), মৃশ্ মর্শঃ (পাউতাক), স্পৃশ্ স্পর্শঃ (শোকপা), ভ্রন্শ্ ভ্রংশঃ (লৈখাতাবা), ভিদ্ ভেদঃ ( তোঙানবা), হৃষ্ হর্ষঃ (হরাওবা)।

## খল্-প্রত্যয়

২২৪। **ঈষদ্দুঃসুষু কৃচ্ছ্রাকৃচ্ছ্রার্থেষু খল্—** সু, দুর্ অমসুং ঈষৎ শব্দগী মথাদা লৈবা ধাতুগী মথাদা কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্যদা খল্ প্রত্যয় তৌই ; খ্, ল্ ইৎ ওই, অ লৈহোঁই। মদুদি—কৃ—সুকরঃ (লায়বা), দুষ্করঃ (লুবা), ঈষৎকরঃ (খর তৌরবা), গম্—সুগমঃ (লায়বা), দুর্গমঃ (লুবা), ঈষদ্গমঃ (খজিক্তং খংবা )।

## খল্ অমসুং অন (যুচ্)

২২৫। **অন্যেভ্যো যুচ্— ভাষায়াং শাসিযুধিদৃশিধৃষিমৃষিভ্যো যুজ্ বাচ্যঃ।**— সু, দুর্ অমসুং ঈষৎ শব্দগী মথাদা লৈবা শাস্, যুধ্, দৃশ্, ধৃষ্, অমসুং মৃষ্ ধাতুগী মথাদা কর্ম্মবাচ্যদা খল্ অমসুং অন প্রত্যয় তৌই। মদুদি—শাস্ সুশাসঃ, সুশাসনঃ (য়াদনা লাকশনবা ঙম্বা), দুঃশাসঃ দুঃশাসনঃ (য়ানা লাকশনবা ঙম্বা), যুধ্ সুযোধঃ, সুযোধনঃ (নিংখিনা লান তৌবা), দুর্যোধঃ, দুর্যোধনঃ (য়ানা লাম্হেংনবা)

## অ-প্রত্যয়

২২৬। **অ-প্রত্যয়াৎ**—প্রত্যয়ান্ত ধাতু অমসুং নাম ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অ প্রত্যয় তৌই। অ প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চংলি। মদুদি, সনন্ত—জিজ্ঞাসা, পিপাসা, চিকীর্ষা (থবক তৌনিংবা), জিগীষা (জয় তৌনিংবা), লিপ্সা (লৌনিংবা)। নামধাতু— তপস্যা (লাইনিং থবক), বরিবস্যা (ঈরাৎপা)।

২২৭। **গুরোশ্চ হলঃ**—গুরু স্বরনা তিনবা ব্যঞ্জন ময়েক্না মমৈথংবা ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অ প্রত্যয় তৌই। অ প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ অসি স্ত্রীলিঙ্গ ওই। মদুদি— ভিক্ষ্ ভিক্ষা (নিজবা), সেব্ সেবা (নুঙাইনবা হোৎনবা), আ-কাঙ্ক্ষ্ আকাঙ্ক্ষা (অপাম্বা), পরি ঈক্ষ্ পরীক্ষা (চাংয়েং তৌবা), নিন্দ্ নিন্দা (য়েংখিবা য়াহে), অর্চ্চ্ অর্চ্চা (পূজা), মূর্চ্ছ্ মূর্চ্ছা (য়াম্বা), আ অমসুং প্র পূর্ব্বক শন্স্ আশংসা (থৌরাংবা), প্রশংসা (থাগৎপা)।

২২৮। **চিন্তিপূজিকথিকুম্বিচর্চশ্চ**—চিন্তি, পূজি, কথি, চর্চ্চি, স্পৃহি, দোলি, পীড়ি অমসুং শোভি ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অ প্রত্যয় তৌই। অ প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চংলি। মদুদি—চিন্তা (য়াখল), পূজা (ঈরাৎপা), কথা (য়াম্মী), চর্চ্চা (নৈনবা), স্পৃহা (থৌরাংবা), দোলা (চিংনবা), পীড়া (অয়াবা), শোভা (ফজবা)।

২২৯। গণপাঠগী মতমদা অদুগুম্বা ধাতু অদু যকার লোয়নবা মথোয় অদুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অ প্রত্যয় তৌই। অ-প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চংলি। মদুদি—ত্রপা (ঈকাইবা), ব্যথা (অয়াবা), জরা (মচ্চরবা), ত্বরা (অথুবা), পচা (অথোংবা); মৃজ্ ধাতুগী গুণ তৌরোই, মৃজা (শেংদোক্পবা)।

২৩০। **ষিদ্ভিদাদিভ্যোঽঙ্**—ভিদ্-নচিংবা ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অ-প্রত্যয় তৌই, অদুগা গুণদি তৌরোই। অ-প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ ওই। মদুদি—ভিদা (খুগাইবা), কৃপা (থৌজাল), তৃষা (থৌরাংবা), ক্ষমা (ঙাকপিহৈবা), দয়া (থৌজাল)।

২৩১। **ইচ্ছা**— অ(শ) প্রত্যয় তৌরবদা ইষ্ ধাতুগী মফমদা ইচ্ছ্ অমসুং প্রচ্ছ ধাতুগী মফমদনা পৃচ্ছ্ ওই। মদুদি—ইষ্ ইচ্ছা (অপাম্বা), প্রচ্ছ্ পৃচ্ছা (য়াহং)।

২৩২। **আতশ্চোপসর্গে**— উপসর্গগী মথাদা লৈবা আকারান্ত ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অ-প্রত্যয় তৌই। অ-প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ ওই। মদুদি— ভা আভা (মঙাল), প্রভা (অররংবা মতৌ, মঙাল), বিভা (মঙাল), প্রতিভা (জ্ঞানগী শক্তি); মা—প্রতিমা (মূর্ত্তি); ধা—বিধা, উপধা ; জ্ঞা—অভিজ্ঞা, অবজ্ঞা, প্রজ্ঞা ; স্থা— সংস্থা, আস্থা, নিষ্ঠা, প্রতিষ্ঠা, অবস্থা।

## অন (যুচ্) প্রত্যয়

২৩৩। **ণ্যাসশ্রন্থো যুচ্**—ণিজন্ত ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অন প্রত্যয় তৌই। অন প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চংলি। মদুদি—অর্চ্চি অর্চ্চনা (পূজা) কল্পি কল্পনা

(পুক্লিংনা শাগৎপা), কারি কারণা (তৌহনবা), গণি গণনা (মশিং থীবা), বাসি বাসনা (অপাহা); (করি করিগুম্বা মযম্মদা স্ত্রীবলিঙ্গ ওই)। মদুদি—প্রেরি প্রেরণম্ (হনশিনবা), প্রীণি প্রীণনম্ (পেলহনবা), তর্পি তর্পণম্ (পেলহনবা), শোধি শোধনম্ (শেংদোকপা), সাধি সাধনম্ (পাংথোকপা), গোপি গোপনম্ (লোৎশিনবা)।

২৩৪। বন্দ্, বিদ্, আস্, ইষ্, গ্রহ অমসুং গ্রন্থ ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা অন প্রত্যয় তৌই; অন প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ ওই। মদুদি—বন্দ্ বন্দনা (খুরুম্বা), বিদ্ বেদনা (অৱাবা), আস্ আসনা (ফম্বা), ইষ্ এষণা (থিবা), গ্রহ গ্রহণা (লেংশিনবা), গ্রন্থ্ গ্রন্থনা (কোমথরকপা)।

## ন-প্রত্যয় (নঙ্)

২৩৫। যজ্‌যাচ্‌যতবিচ্ছপ্রচ্ছরক্ষো নঙ্। যজ্, যত্, স্বপ্, প্রচ্ছ্ অমসুং তৃষ্ ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা ন প্রত্যয় তৌই। মদুদি—যজ্ঞঃ (পেলহনবা), যত্নঃ (হোৎনবা), স্বপ্নঃ (মং), প্রশ্নঃ (বাহং), যাচ্ঞা (হায়জবা), তৃষ্ণা (থৌরাংবা)।

## যক্ (ক্যপ্) প্রত্যয়

২৩৬। ব্রজ-যজোর্ভাবে ক্যপ্—ব্রজ্, চর্, অমসুং বিদ্ ধাতুগী মথাদা ভাববাচ্যদা যক্ প্রত্যয় তৌই; ক্ ইৎ ওই য্ লৈহৌই। যক্ প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ চংলি। মদুদি—ব্রজ্যা (কোইচৎ চৎপা), প্রব্রজ্যা (কোইনা চৎপা), চর্ চর্য্যা, পরিচর্য্যা (সেবা), বিদ্ বিদ্যা (মহৈ)।

২৩৭। কৃ, শী, যজ্, মৃগ্ ধাতুগী মথাদা যক্ প্রত্যয় তৌই অমসুং মথাদা ইরিবা পদ পুম্নমক অসি নিপাত-তা থোকই। মদুদি—কৃ ক্রিয়া, কৃত্যা (থবক), শী শয্যা (ফমুং), যজ্ ইজ্যা (যজ্ঞ), মৃগ্ মৃগয়া (শাদানবা চৎপা)।

---

## উণাদি প্রত্যয়

উণ্—কৃ কারুঃ (খুৎশা হৈবা মী), বা—বায়ুঃ (নুংশিৎ), পা—পায়ুঃ (ভাকপা মী), স্বদ্ স্বাদুঃ (মহাও লৈবা পোৎ), সাধ্—সাধুঃ (অফবা মী), অশ্—আশু (থুনা), রহ্—রাহুঃ (রাহু গ্রহ), ই—আয়ুঃ (পুন্সি)।

ঞুণ্—দৃ দারু (উ), সন্—সানু (চিংথক্কী লৈতেম মায়বা মফম), জন্—জানু (খুকউ), চর্—চারুঃ (নিংথিবা), চট্—চাটুঃ (চিরোন তৌবা), জরা + ই + উণ্ =জরায়ুঃ (অঙাং থাউ), তৃ—তালুঃ (ৱৌ), ঋ—আলুঃ (আলু)।

উঃ—মৃ মরুঃ (অশাবা লম), শী শয়ুঃ (অতুম্বা মী), তৃ—তরুঃ (উপাম্বী), চর্—চরুঃ (মৈদা কৎনবা শঙ্গোমদা থোংবা চাক), তন্—তনুঃ (হকচাং), ধন্—ধনুঃ (লীরুং), মস্‌জ্—মদ্গুঃ (উচেক মথল অমা), অস্ অসুঃ (থৱাই), বস্—বসুঃ (লন্থুম্), হন্—হনুঃ (খদাং), বন্ধ্—বন্ধুঃ (মরুপ), মন্—মনুঃ (মনু), স্যন্দ্—সিন্ধুঃ (সমুদ্র), ইষ্—ইষুঃ (তেন্), পট্—পটুঃ (হৈ-শিংবা), গৃ—গুরুঃ (গুরু), রপ্—রিপুঃ (য়েরুম্বা), সু+হা—সুহুঃ (নিংথিবা), দু+হা—দুহুঃ (বত্তবামী), ঋজ্—ঋজুঃ (চুম্বা), দৃশ্ (পশ্), পশুঃ (শা), বাধ্—বাহুঃ (পাম্বোম), প্রথ্—পৃথুঃ (লোয়বা), ম্রদ্—মৃদুঃ (অথোৎপা), ভ্রস্‌জ্—ভৃগুঃ (ঋষি), লঙ্ঘ্—লঘুঃ (অয়াংবা), বংহ্—বহুঃ (অয়াম্বা), খন্—আখুঃ (উচি মচা), পর+শ—পরশুঃ (শিংজাং)।

**উরচ্**—অঙ্ক্ অঙ্কুরঃ (ময়োল), দৃ দর্দুরঃ (হৗোই), মকি মকুরঃ মুকুরঃ (শকয়েং মিংশেল), বন্ধ্ বন্ধুরঃ, কুক্ কুকুরঃ। আশু+অশ্—শ্বশুরঃ (মকুবোক), অস্—অসুরঃ (হিংচাবা)।

**টিরচ্**—কিল—কিল্বিষম্ (পাপ)।

**কিরচ্**—ইষ্—ইষিরঃ (মৈ), মদ্—মদিরা (য়ু), মন্দ্—মন্দিরম্ (লাইশাং), তিম্—তিমিরম্ (অমম্বা), মিহ্—মিহিরম্ (নুমিৎ), রুচ্—রুচিরম্ (ফজবা), রুধ্—রুধিরম্ (ঈ), বন্ধ্যা—বধিরম্ (মনা পংবা), হ্রা—হিরঃ (লেংদবা), হবিরম্ (হনুবা)।

**ইলচ্**—সল্—সলিলম্ (ঈশিং), অন্—অনিলঃ (নুংশিৎ), মহ্—মহিলা (নুপী), কুক্—কোকিলঃ (কোকিল)।

**ওরন্**—কঠ্—কঠোরঃ (অকন্নবা), চক্—চকোরঃ (উচেক মখল অমা), কিম্+শ—কিশোরঃ (পাখং মচাগী মতম)।

**উরন্**,—মী—ময়ূর (বাহোং), স্যন্দ্—সিন্দুরম্ (সিন্দুর)।

**তুন্**—সি—সেতুঃ (খোং), তন্—তন্তুঃ (লং), ধা—ধাতু (ধাতু), ক্রুশ্—ক্রোষ্টুঃ (লমহই), ঋ—ঋতুঃ (থা অনিগী মতম), জন্—জন্তুঃ (শা), ভা—ভানুঃ (নুমিৎ), হি—হেতুঃ (মরম), বস্—বস্তু (পোৎ), বাস্তুঃ (য়ুম্ফম), কৃ—ক্রতুঃ (যজ্ঞ)।

. . **উ**—চম্—চমূঃ (লাম্মী), তন্—তনুঃ (হকচাং), ধন্—ধনুঃ (লীরুং), বহ্—বধূঃ (মতু, মমৌ নুপী), কম্ব্—কম্বুঃ (হাকচবা)।

**উৎ**—গৃ—গরুৎ (উচেক্কী মশা), মৃ—মরুৎ (নুংশিৎ)।

**ইৎ**—হৃ—হরিৎ (অশংবা মচু), সৃ—সরিৎ (তুরেল), যুষ্—যোষিৎ, (নুপী), রুহ্—রোহিৎ (শজি), তড়্—তড়িৎ (লোংখাং)।

**খ**—শম্—শঙ্খঃ (মোইবুং)।

**ঠ**—কশ্—কণ্ঠঃ (খোরী)।

**অল্**—সৃ—সরলঃ (ইচম-চম্বা), তৃ—তরলঃ (মহি লাংবা), কম্—কম্বলঃ (কম্পোর), মুস্—মুসলম্, (য়োংশুক্), লঙ্গ—লাঙ্গলম্ (শম্পোৎ খোইনবা য়োৎচৈ), কুট্—কুটিলম্ (লৈনচিংবা পোমখৎলকপা), কশ্—কশ্মলম্ (পাপ), কু—কোমলম্ (অখোৎপা), কম্—কমলম্ (থম্বাল), কুশ্—কুশলঃ (মঙ্গোল), মণ্ডি—মণ্ডলম্ (অকোইবা লৈই), মৃজ্—মলম্ (অমোৎপা), চপ্—চপলম্ (তথক-তথকপা), শক্—শকলম্ (শরুক), ছো—ছগলঃ, ছাগলঃ (হামেং)।

**আলচ্**—পত্—পাতালম্, চণ্ড্—চাণ্ডালঃ।

**কালন্**—তম্—তমালঃ (তমাল পাম্বী), বিশ্—বিশালঃ (অচৌবা), বিড়—বিড়ালঃ (হৌদোং), কুল্—কুলালঃ (চফু শাবা মী), কপ্—কপালম্ (কোক, লাইবক), পচ্—পঞ্চালঃ (দেশ অমা)।

**অঙ্গচ্**—পত্—পতঙ্গঃ (মৈরাম্বী), তৃ—তরঙ্গঃ (ঈথক), লু-এঙ্—লবঙ্গঃ (লৈ অমা), কৃ—কুরঙ্গঃ (শজি), সৃ—সারঙ্গঃ (শজি মানবা শা জাৎ অমা)

**গন্**—গম্—গঙ্গা (গঙ্গা তুরেল), অম্—অঙ্গঃ (শরুক), ছা—ছাগঃ (হামেং), পূ—পূগঃ (কা), খড়ি—খড্গঃ (থাংশাং), ভৃ—ভৃঙ্গঃ (খোইমু), শৃ—শৃঙ্গঃ (মচি)।

**অদি**—শৃ—শরৎ (ঋতু অমগী মমিং), দৃ—দরৎ (থম্মোই), দৃ—দৃষৎ (নুং), ত্যজ্—ত্যদ্ (মহাক, মদু), তন্—তদ্ (মহাক্ মদু), যজ্—যদ্ (মহাক অদু)।

**মন্**—স্তু—স্তোমঃ (যজ্ঞ), সু—সোমঃ (সোম যজ্ঞ), হু—হোমঃ (মৈদা কংপা),

ধৃ—ধর্ম্মঃ (অচুম্বা থবক), ক্ষি—ক্ষেমম্ (মঙ্গলগী থবক), ক্ষু—ক্ষৌমম্ (মুগা ফি), যা—যামঃ (পুং অহুমগী মতম), বা—বামঃ (ফজবা), যক্ষ্—যক্ষ্মা (লোক্কী লাইনা অমা), হা—জিহ্মঃ (খোয়বা, মপুক শেংদবা), গ্রস—গ্রামঃ (খুঙ্গং), সংগ্রামঃ (লান)।

মক্—শ্যৈ (শু)—শ্যামঃ (অমুবা), ধূ—ধূমঃ (মৈখু), যুজ্—যুগ্মম্ (জোড়া), রুচ্—রুক্মম্ (সনা), তিজ্—তিগ্মম্ (অথৌবা), হন্—হিমম্ (উমং, উন), ভী—ভীমঃ, ভীষ্মঃ (অকিবগী মশক ওইবা), ঘৃ—ঘর্ম্মঃ (হুমাং), গ্রস্—গ্রীষ্মঃ (অশাবা ঋতু)।

ষিবন্—প্রথ্—পৃথিবী (লৈবাক, পৃথ্বী)।

ক্বন্—অশ্—অশ্বঃ (শগোল), খট্—খট্বা (ফমুং), বিশ্—বিশ্বম্ (জগৎ)।

বন্—সৃ—সর্ব্বম্ (পুম্নমক), লিহ্—জিহ্বা (লৈয়েং), গৃ—গ্রীবা (শুকশাম্)।

ব—শৃ—শর্ব্বঃ (শিব), গৃ—গর্ব্বঃ (নাপল)।

কনিন্—তক্ষ্—তক্ষা (উশুবা মী), রাজ্—রাজা (নিংথৌ), সপ্—সপ্ত (তরেৎ), হা—অহঃ (নুংথিল), শ্বি—শ্বন্, প্লিহ্—প্লীহন্, মহ্—মঘবন্ (নিপাতনদা খোকপা)।

রক্—তচ্—তক্রম্ (শানা মহি), শক্—শক্রঃ (ইন্দ্র), ক্ষুদ্র—ক্ষুদ্রঃ (অপিকপা), নী—নীরম্ (ঈশিং), চন্দ্—চন্দ্রঃ (থা), অম্—আম্রম্ (হৈনৌ), তম্—তাম্রম্ (কোরী), নিন্দ্—নিদ্রা (তুম্বা), শুচ্—শূদ্রঃ (অতোনবা জাতি, শূদ্র), কৃৎ—কৃচ্ছ্রম্, রুদ্—রুদ্রঃ (অকিবা মশক)।

ক্রন্—সু—সুরা (য়ু), সু—সুরঃ, ধা—ধীরঃ (অতপ্পা মী), গৃধ্—গৃধ্রঃ (লাংজা), শু—শূরঃ (অথৌবা), চি—চীরম্ (ফিজেৎ)।

রন্—ইদি—ইন্দ্রঃ অগি—অগ্রম্ (অহানবা), বজ্—বজ্রঃ (নোংমৈশীংজং), ক্ষুর্—ক্ষুরঃ (শমকোক থাং), ভন্দ্—ভদ্রম্ (অফবা), শুচ্—শুক্রঃ (অঙৌবা)।

বুন্—হন্—বধকঃ (মীহাৎপা), কুহ্—কুহকঃ (নমথাক তৌবা মী), কৃত্—কৃতকঃ (কাতি), কৃশ্—কৃষকঃ (লৌউবা), উন্দ্—উদকম্ (ঈশিং)।

ইনচ্—শ্যৈ—শ্যেনঃ (উচেক মখল অমা), স্ত্যৈ—স্তেনঃ (হুরানবা), হৃ—হরিণঃ (শাজি), বৃজ্—বৃজিনম্ (পাপ), অজ্—অজিনম্ (শউন, শবেং মউন), কঠ্—কঠিনম্ (অকনবা), নল্—নলিনম্ (থরো, থম্বাল), মল্—মলিনম্ (অমোৎপা), দো—দিনম্ (নুংথিল), দ্রু—দ্রবিণম্ (লম্বুম্), দক্ষ্—দক্ষিণং দক্ষিণা।

ইনন্—বেপ্—বিপিনম্ (বন), তুহ্—তুহিনম্ (উন্-মতুম), পুলি—পুলিনম্ (তোর্বান)।

ডৌ—গ্লৈ—গ্লৌঃ (থা), নুদ—নৌঃ (হি), রৈ—রাঃ (লম্বুম্), গম্—গৌঃ (শগী)।

অন্—যু—যবনঃ, বৃ—বরণা (তুরেল), উন্দ্—ওদনঃ (চাক), নী—নয়নম্ (মীৎ)।

ক্যুন্—(অন্) রঞ্জ্—রজনী, কৃপ্—কৃপণঃ, ভূ—ভুবনম্ কৃ—কিরণঃ, পৃ—পূরণঃ, ধা—নিধনম্ (শিবা)।

অনি—শৃ—শরণিঃ (লম্বী), অশ্—অশনিঃ (নোংমৈ শিংজং), অব—অবনি (পৃথিবী), তৃ—তরণিঃ (হি), রঞ্জ্—রজনিঃ (অহিং), ক্ষিপ্—ক্ষিপণিঃ (নৌ, খুংলাই)।

ইস্—অর্চ্চ্—অর্চ্চিস্ (মঙাল), সৃপ্—সর্পিস্ (মাখন), হু—হবিস্ (ঘী)।

উস্—বপ্—বপুস্ (হকচাং), ধন্—ধনুস্ (লীরুং), ই—আয়ুস্ (পুন্সী), চক্ষ্—চক্ষুস্ (মীৎ)।

ষরচ্—শৃ—শর্ব্বরী (অহিং), বৃ—বর্ব্বরঃ। নিপাতনে—চিত্বরঃ, ধীবরঃ, পীবরঃ গহ্বরম্।

নি—অগ্—অগ্নিঃ, বহ্—বহ্নিঃ।

**ইন্**—হৃ—হরিঃ, মন্—মুনিঃ, ঋ—অরিঃ, তৄ—তরিঃ (হ্রি), রু—রবিঃ, কৃষ্—কৃষিঃ (লৌউবগী থবক)।

**নক্**—দী—দীনঃ, উষ্—উষ্ণঃ, স্ফায়্—ফেনঃ, মী—মীনঃ, কৃষ্—কৃষ্ণঃ।

**ন**—তৃষ্—তৃষ্ণা, রম্—রত্নম্, বী—বীণা।

**উনন্**—কৃ—করুণঃ, দৃ—দারুণঃ, তৄ—তরুণঃ, পিশ্—পিশুনঃ ফল্—ফাল্গুনঃ, লশ্—লশুনঃ, ঋজ্—অর্জ্জুনঃ, ঋ—অরুণঃ।

**তন্**—হস্—হস্তঃ, মৃ—মর্ত্তঃ, গৄ—গর্ত্তঃ, বা—বাতঃ, অম্—অন্তঃ, দম্—দন্তঃ, পূ—পোতঃ, ধূ—ধূর্ত্তঃ।

**অন্য**—রাজ্—রাজন্যঃ, শৄ—শরণ্যম্, ঋ—অরণ্যম্, পৃষ্—পর্জন্যঃ।

**অসুন্**—সৃ—সরস্, চিত্—চেতস্, নভ্—নভস্, তপ্—তপস্, অস্—যশস্, উজ্ঝ—ওজস্, শ্রি—শিরস্, বী—বয়স্, বর্চ—বর্চ্চস্, ঋ—উরস্, অর্পস্, স্রু—স্রোতস্, আপ্—অম্ভস্, বস্—বাসস্, ছন্দ্—ছন্দস্, বহ্—বক্ষস্, বিধা—বেধস্, পুরস্-ধা—পুরোধস্, উষ্—উষস্।

**খ**—মুহ্—মূর্খঃ, শী—শিখা, নহ্—নখঃ।

## নৈনবা

**অরাংবা চুমথোকউ ঃ**— অস্মিন্ সভায়াং বিংশতয়ঃ পাণ্ডিতা বর্ত্তন্তি। শ্যামঃ গ্রামং গচ্ছতা ব্যাঘ্রেণ বিভ্যতি। দ্বৌ বালকৌ অনেন পথেন গচ্ছন্ হসতি। কস্মিন্ দিশি গতঃ মে মিত্রঃ। হীনসেবা ন কর্ত্তব্যং কর্ত্তব্যা মহদাশ্রয়ঃ। ব্রাহ্মণঃ দিবায়াং ত্রিসন্ধ্যাং কুর্য্যুঃ। ময়াত্রৈব তিষ্ঠিতব্যাঃ। সর্ব্বং বনং নিরীক্ষিত্বা রামো সীতাং তদৃষ্টবান্। অসৌ ব্যাধঃ শরেণ চত্বারি পক্ষি হতঃ। তস্যামেবাহনি সা তত্রাগতঃ। মহারাজা যুধিষ্ঠিরঃ চত্বারৈঃ ভ্রাতৃভিঃ সহ বনং প্রতিজগ্মে। চতুর্ব্বিংশাঃ নরাঃ রাজপথা বনম্ প্রতিষ্ঠন্। ন সাধুর্মরণং ভয়তি। চৈত্রো গৃহং নিবিবেশ। প্রাতে অদ্য বৃষ্টি র্বভূব। সো হি বর্দ্ধনং ব্যাধিং সদা উপেক্ষতি। হরধনুং বিভজ্য রামো সীতাম্ উপযযাম। সা শিরেণ দেবিং প্রণত্বা কৃতাঞ্জলী অভাষৎ। কর্ম্ম মম ন সুকরম্। তত্ময়া ত্যক্তবান্। বালকঃ কৌতুকাৎ চন্দ্রমাং দিদৃক্ষতি।

**মখাগী অসি শব্দ অমত্তা ওংহনবিয়ু ঃ**— গানং করোতি যা সা, যা হসতি সা, যো রক্ষতি সঃ, যো দদাতি সঃ, য করোতি সঃ, মিত্রং জঘান যঃ সঃ, মনঃ হরতি যৎ তৎ, শাস্ত্রং বেত্তি যঃ সঃ, জলানি ধীয়ন্তে অস্মিন্ ; দশতি অনয়া, হন্তুমিচ্ছুঃ, বক্তুমিচ্ছুঃ, পাতুমিচ্ছুঃ, সর্ব্বং সহতে যা সা, পুনঃ পুনঃ কলহং করোতি যা সা।

**মখাগী পিংসি কৃৎপ্রত্যয়ান্ত পদ উৎলু ঃ**— গ্রহণাদনন্তরম্, অধ্যায়নাদনন্তরম্, বচনাদনন্তরম্, লিখনাদনন্তরম্, বাসং কৃত্বা, সঞ্চয়ং কৃত্বা, সহনস্য অর্থে, হরণস্যার্থে, দাতুং যোগ্যম্, জেতুমশক্যঃ, গমিষ্যতি যঃ সঃ, দ্রষ্টুমিচ্ছুঃ, পরিহর্ত্তুমুচিতম্, বিধাতুং যোগ্যম্ অমসুং হন্তি ইতি।

**মখাগী পিংসি তিঙন্ত লৈরম্বা কৃদন্ত, অমসুং কৃদন্ত লৈরম্বা তিঙন্ত ওংহনবিয়ু ঃ**— দানমবশ্যং কর্ত্তব্যম্, ত্যজ দুর্জ্জনসংসর্গম্, ভজ সাধু-সমাগমম্, এতদপি ন শ্রুতবান্ ভবান্, ন নক্তম্ দধি ভোক্তব্যম্, ন স্নাতব্যং ন গন্তব্যং দুর্জ্জনেন সমং ক্বচিৎ, অতিথিঃ সর্ব্বস্য পূজনীয়ঃ; নানৃতং ভাষেত ; মদ্যমপেয়ম্, অমসুং আতপতাপে ন ধাবেৎ।

**মণিপুরীদা অনুবাদ তৌ**— অহং জীবন্নপি মৃতঃ। বিনা হেতুমপি দ্বন্দ্বমিতি মূর্খস্য লক্ষণম্। পরোপদেশে পাণ্ডিত্যং সর্ব্বেষাং সুকরম্। ধর্ম্ম এক এব সুহৃৎ। ঔষধম্ স্বাদু

হিতঞ্চ দুর্লভম্। নহিভবতিযন্ন ভাব্যম্। ভবতিভাব্যম্ বিনা প্রযত্নেন। সহসা বিদধীত ন ক্রিয়াম্। কীর্ত্তি যস্য স জীবতি। পয়ঃ পানং ভুজঙ্গানাং কেবলং বিষবর্দ্ধনং। মূর্খানাং উপদেশঃ প্রকোপায় ভবতি। সেবিতব্যো মহাবৃক্ষঃ ফলচ্ছায়াসমন্বিতঃ। হীনসেবা ন কর্ত্তব্যা কর্ত্তব্যো মহদাশ্রয়ঃ। মৃগ জালবদ্ধঃ সঞ্জাতঃ।

**অন্যান্য ভ্রমোক্তিঃ**—রাজা শত্রূন্ বিজীয় নগরং নিবিশতি। দক্ষিণাং প্রতিগৃহীত্বা ব্রাহ্মণঃ প্রতিষ্ঠতি। মৈথিলীং গৃহ্য রামো প্রতিষ্ঠিতঃ। ছাত্রাঃ বিদ্যাম্ লভিত্বা গৃহং যান্তি। সর্ব্বে মিলিত্যা অভিমন্যুং জঘান। যতয়ঃ পরব্রহ্মং উপাসন্তি। কৃষ্ণেণ কংসো হতবান্। অহং বিদ্যালয়ং গন্তব্যম্।

---

# সমগ্র ব্যাকরণ কৌমুদী

## মরিশুবা শরুক

## কারক

## (বিভক্তি নির্ণয়)

**ক্রিয়ান্বয়ি কারকম্**—ক্রিয়াগা লোয়ননা মহাক অদুগী অন্বয় (মরি) লৈবা মহাক অদুবু কারক কৌহ্। মদুদি—রাজা তীর্থে কোষাৎ করেণ বিপ্রায় ধনং দদাতি। (নিংথৌনা তীর্থদা লনগেদ্দগী মখুৎনা ব্রাহ্মণগীদমক লন দান তৌহ্)।

বাহ্রে পরেং অসিদা নিংথৌনচিংবা পদশিং অসি অমমম ওইনা দদাতি হায়বা ক্রিয়া অসিগা মরি লৈনে, কনানা পিবগে? নিংথৌনা পি। কদাইদা পি ? তীর্থদা পি। করিনা পিবগে ? খুৎনা পি। কদাইদগী পিবগে ? লনগেদ্দগী পি। কনাদা পিবগে? ব্রাহ্মণ-দা পি। করি পিবগে ? লন পি। মখোয় অসিগী অমমম ওইনা দদাতি হায়বা ক্রিয়া অসিগা লোয়ননা সম্বন্ধ (মরি) লৈ। ক্রিয়াগা লোয়ননা সম্বন্ধ লৈরবদি কারক ওই, মরম অসিনা মখোয়শিং অমমম অসিবু কারক কৌহ্। কারক খুদিংমক্কী বিভক্তি অমমম লৈ, অদুগা মদুদ্দগী তোঙানবা অতোপ্পা অর্থদসু বিভক্তিগী প্রয়োগ তৌহ্। মরম অসিনা কারক অমসুং বিভক্তিগী বিষয় মথাদা হায়রক্কই।

## বিভক্তি

১। **সংখ্যা কারক বোধয়িত্রী বিভক্তিঃ**— মহাক্না মরম ওইদুনা মশিং অমসুং কারক-কী জ্ঞান অদু পোকপা, মহাক অদুবু বিভক্তি কৌহ্। মদুদি—ঘটঃ, ঘটৌ, ঘটাঃ। মফম অসিদা ঘট শব্দদা প্রথমা বিভক্তি হাপ্লগা ঘট অমা, ঘট অনি, ঘট অহুম অমসুং ময়াম হায়বা মশিংশিং অসি খংই। চন্দ্রং পশ্যতি, হায়বসিদা চন্দ্রদা দ্বিতীয়া বিভক্তি লেংশিল্লগা চন্দ্র অসি কর্ম কারকনি হায়না খংই।

২। **বিভক্তয়ঃ সপ্ত**—প্রথমা, দ্বিতীয়া, তৃতীয়া, চতুর্থী, পঞ্চমী, ষষ্ঠী, সপ্তমী হায়না বিভক্তি তরেৎ লৈ।

## প্রথমা

৩। **প্রাতিপদিকার্থ লিঙ্গ পরিমাণ বচন মাত্রে প্রথমা** (১), (২)— প্রাতিপদিক হায়বদি শব্দ। শব্দগী অর্থদং খংনবদা করিগুম্বা শব্দগী প্রয়োগ তৌহ্অদু ওইরবদি অদুগুম্বা শব্দদুদা প্রথমা ওই।

হৌজিক প্রাতিপদিকগী অর্থ করিনো হায়বদু য়েংউ। প্রাতিপদিক নত্রগা শব্দগা লোয়ননা মতম পুম্নমক্তা অদুগুম্বা অর্থ অদু ওইবা মদুবু প্রাতিপদিকার্থ (শব্দার্থ নত্রগা লিঙ্গার্থ)। লিঙ্গ (নাম) কৌহ্। মদুদি— উচ্চৈঃ, নীচৈঃ, কৃষ্ণঃ, শ্রী, জ্ঞানম্।

উচ্চৈঃ হায়রগা উচ্চতা (ৱাংবগী মতৌ) খংই, নীচৈঃ হায়রগা নীচতা (নেম্বগী মতৌ) খংই। মখোয় অসি অব্যয় কৌহ্। কৃষ্ণঃ হায়রগা বসুদেবগী মচাবু খংই, শ্রী হায়রগা লক্ষ্মী অমসুং জ্ঞানম্ হায়রগা খংবা খংহল্লি। শব্দগী নত্রগা প্রাতিপদিকগী অসিগুম্বা অয়াম্বা অর্থমাত্রদা খংননবগীদমক মখোয়গী মথাদা প্রথমা হাপ্লি। (মসিবু লিঙ্গার্থ প্রথমা, নত্রগা নাম্নি প্রথমা, নত্রগা অভিধেয়মাত্রে প্রথমা কৌহ্)। নত্রগা প্রাতিপদিকার্থ

---

(১) মহাক অদুনা বস্তু বাচক নত্রগা বস্তু (পোৎ)গী বিশেষণ খংনবা মহাকত্তুবু প্রাতিপদিক নত্রগা শব্দ কৌহ্। মদুদি—ঘটঃ, সুন্দরঃ।

(২) কৃত্তদ্ধিত সমাসাশ্চ—কৃদন্ত, তদ্ধিতান্ত অমসুং সমাসপুসু প্রাতিপদিক কৌহ্ হায়না শিংথানে। মদুদি—কৃত, ভুক্ত ; গৌরব, লাঘব ; ধর্মক্ষেত্র, কুরুক্ষেত্র।

খংবদসু মহাক অদু লিঙ্গদং খংবদা নত্রগা পরিমাণদমক খংবদা নত্রগা বচন(সংখ্যা) মাত্রদা খংবদসু শব্দগী মথাদা প্রথমা বিভক্তি ওই। মদুদি ঃ—

**লিঙ্গমাত্রে**—তটঃ তটী তটম্ ; পাত্র পাত্রী পাত্রম্ মখোয়সি শব্দার্থ খংলবদসু মদুদগী তোঙানবা লিঙ্গদং খংবদা প্রথমা বিভক্তি ওই।

**পরিমাণমাত্রে**—দ্রোনো ব্রীহিঃ। দ্রোণ চাং মখল অমগী অর্থ খংবনি।

**বচন মাত্রে**—একঃ দ্বৌ বহবঃ; নরঃ নরৌ নরাঃ মখোয় অসি শব্দার্থ খংলবসু মদুদগী তোঙানবা বচনদং খংনবদা প্রথমা ওই।

৪। **কচিন্নিপাতেনাভিধানম্**—নিপাতগা লেংমিন্নরবদা (নিপাতকী অর্থ অব্যয়নি)। করি করিগুম্বদসু ইতি, সাম্প্রতং নচিংবা নিপাত নত্রগা অব্যয় শব্দগা লেংমিন্নরবদা প্রথমা বিভক্তি ওই। দশরথঃ ইতি খ্যাতো রাজা। বিষবৃক্ষোহপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং ছেত্তুমসাম্প্রতম্ (হ পাম্বী ওইরফাওবদসু থাক্লরবদি মশামক্না হেক ককথৎহৈদে)।

৫। **সম্বোধনে**—সম্বোধনদা প্রথমা বিভক্তি ওই। মদুদি—হে কৃষ্ণ, হে হরে, হে রাম।

৬। **কার্ত্তরি প্রথমা**—কর্তৃ বাচ্যদা কর্ত্তাদা প্রথমা ওই। (১) মদুদি ঃ—অশ্বঃ ধাবতি, বালকঃ রোদিতি।

---

(১) কর্তৃবাচ্যগী কর্ত্তাদা প্রথমা ওই। মদুদি—দেবদত্তঃ পচতি—দেবদত্তনা চাক থোংই। মতাং অসিদা দেবদত্ত কর্তৃকারক (কর্তৃবাচ্যদা) অমসুং প্রথমান্তনি।

বাক্য (রাহে পরেং) দা শরুক অনিথক লৈ। উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় হায়না। মহাক অদুগী উদ্দেশ্যদা করিগুম্বা খরা হায়বা মহাক অদুবু উদ্দেশ্য কৌই। উদ্দেশ্য মতম পুম্নমক্তা প্রথমান্ত ওই। মদুদি—জগতাং কারকঃ কৃষ্ণঃ (কৃষ্ণ জগৎকী কর্ত্তানি)। হায়বা বাক্য অসিদা কৃষ্ণগী মরিদা (উদ্দেশ্য)দা হায়রি। অদুনা কৃষ্ণ উদ্দেশ্যনি। কৃষ্ণ প্রথমান্তনি।

রামো বন্যানি ভুঙ্‌ক্তে (রাম্না বনগী উহৈশিং চায়)। হায়বা বাক্য অসিমক্তদা রামগী মরিদা হায়রি। অদুনা রাম উদ্দেশ্য অমসুং প্রথমান্তনি। অসিগুম্না শিষ্যঃ গুরুং সেবতে। শিষ্য উদ্দেশ্য অমসুং প্রথমান্তনি। অদুনদি উদ্দেশ্য ওইরবদি মতম পুম্বদা প্রথমান্ত ওইরগনি। মহাক অদুগী বিষয়দা হায়বা মদুবু বাচ্য, অভিহিত নত্রগা উক্তসু হায়। মথক্তা হায়খ্রে, মহাক অদুগী উদ্দেশ্যদা করিগুম্বা খরা হায়বা মদুবু উদ্দেশ্যনি হায়না অদুগা হৌজিক অমুক হায়রি মহাক অদুগী উদ্দেশ্যদা করিগুম্বা খরা হায়বা মদুবু উদ্দেশ্য, অভিহিত, উক্ত নত্রগা বাচ্য অমত্তনি হায়না খংউ। অদুনা উদ্দেশ্য, অভিহিত, উক্ত নত্রগা বাচ্য ওইরবদা মহাক অদু প্রথমান্ত ওইগনি। উদ্দেশ্য অমসুং বাচ্য অবস্থা খুদিংমক্তা প্রথমান্ত ওইনা লৈগনি। কর্ত্তানা উদ্দেশ্য অমসুং বাচ্য ওইরবদা কর্ত্তাদু প্রথমান্ত ওইগনি, কর্ম্মনা উদ্দেশ্য নত্রগা বাচ্য ওইরবদা কর্ম্মদু প্রথমান্ত ওইগনি। কর্ত্তানা উদ্দেশ্য নত্রগা বাচ্য হায়বদি কর্তৃবাচ্য, অমসুং কর্ম্মনা উদ্দেশ্য নত্রগা বাচ্য হায়বদি কর্ম্মবাচ্য। অমুক হন্না বাচ্যগী অর্থদি উক্তনি অদু ওইরবদি কর্ত্তাদা উক্ত তৌরবদি কর্ত্তাদা প্রথমা ওই; কর্ম্মদা উক্ত তৌরগা কর্ম্মদা প্রথমা ওই। অসিগুম্বা উক্ত অসি কর্ম্মদা (নত্রগা কর্ম্মবাচ্যগী কর্ম্মদা)প্রথমা। মদুদি—গুরুঃ শিষ্যেণ সেব্যতে। হরিঃ ভক্তেন দৃশ্যতে। অসুম্না রাহে পরেং অনি অসিদা গুরু অমসুং হরিগী বিষয়দা হায়রি; গুরু করম্বা মওংনো? গুরু অসি শিষ্যনা কর্ত্তা ওইদুনা সেবা তৌবনি। হরিবু ভক্তনা কর্ত্তা ওইদুনা উথিবনি। গুরু অমসুং হরি অসি উদ্দেশ্য নত্রগা বাচ্য অমসুং উক্তনি। মখোয় অসি প্রথমান্ত-নি, মখোয় অসি কর্ম্ম কারক-নি। অদুনা উদ্দেশ্য নত্রগা উক্ত ওইবনা কর্ম্মদা হায়বদি কর্ম্মবাচ্যগী কর্ম্মদা প্রথমা ওইখ্রে। কর্ম্মদা উক্ত তৌরবনিনা অমুক হন্না কর্ত্তাদা উক্ত তৌররোই, মতম অদুদা কর্ত্তা অদু অনুক্ত ওইরে। অদুনা অনুক্ত কর্ত্তাদা তৃতীয়া ওইরে। মদুদি—শিষ্যেণ অমসুং ভক্তেন অসুম্না হায়খিবসি কর্ম্মবাচ্যগী প্রয়োগনি।

**খুদম উৎখুনা তাকপা**—ক্রমাদমুং নারদ ইত্যবোধি সঃ—মহাক অসিবু মথৎ মনাওগী মতুংইন্না নারদনি অসুম্না মহাক্না খংখি। পুত্র ইতি ত্বাং ক্ষমে—ইচানি হায়দুনা নহাকপু ঐনা ঙাকপিবনি। গুরুরিত্যর্চ্চনীয়ঃ—গুরু হায়বসি পূজা তৌনিঙাইনি। আসীন্নৃপ বিশ্রুতঃ মহান্ ক্ষত্রিয়ো গাধির্নাম—পৃথিবীদা য়াম্না ফাওবা গাধি হায়না কৌবা ক্ষত্রিয় অমা লৈরম্মী।

**মথাসী বাক্যশিং অসিগী মসুংদগী কর্ত্তা খন্দোক্নুনা খংজিন্নু**—পিত্রোর্ব্বচনং পালয়িতুং সাম্প্রতম্। অবৈমি চৈনাং অনঘেতি। পিতেতি স পূজ্যঃ। রামো রাজ্যমকার্ষীৎ। গৌরশ্বোহস্তীতি জাতিঃ। পয়ঃপানং ভুজঙ্গানাং কেবলং বিষবর্দ্ধনং। কৃষ্ণঃ, শ্রীঃ, জ্ঞানম্, উচ্চৈঃ, নীচৈঃ।

## কর্ম্ম কারক

১। **কর্ত্তুরীপ্সিততমং কর্ম্ম**—কর্ত্তুঃ ক্রিয়য়া আপ্তুমিষ্টতমং কারকং কর্ম্মসংজ্ঞং স্যাৎ। কর্ত্তানা ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা মহাক অদুবু পুম্নমক্তা য়েংনবদা খ্বাইদগী হেন্না ফংগে হায়না থাখল তৌবা অদুবু কর্ম্ম কারক কৌই। হায়বদি ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা কর্ত্তা অদুগী মহাক অদুবু থোইদোক-হেন্দোক্লা অপাম্বাগী মতৌ ওইবা, মদুবু কর্ম্ম কৌই। তৌইগুম্বসুং ময়ামদগী হেন্না পাম্বা নত্রবদি কর্ম্ম ওইরোই। মদুদি—পয়সৌদনং ভুঙ্‌ক্তে—শঙ্গোমনা মরম ওইদুনা চাক চাই। মফম অসিদা পয়স্ অসিমক কর্ত্তাগী ঈপ্সিত (অপাম্বা)নি, তৌইগুম্বসুং ঈপ্সিততম নত্তে, ঈপ্সিততম ওইদ্রবদি কর্ম্ম ওইরোই। ঈপ্সিততম ওইবা অদুগুম্বা ওদনং (চাক) অদুমক কর্ম্ম ওইরে। পয়সা হায়বসিনা করণ-কারক ওই।

**কর্ত্তুঃ ঈপ্সিততমম্**—কর্ত্তাগী অপাম্বদা কর্ম্ম ওই। মাষেষু অশ্বং বধ্নাতি (শগোলহৱাই মরক্তা শগোল পুন্নি)। শগোলহৱাই হায়বা অসি শগোলগী অপাম্বনি। তৌইগুম্বসুং কর্ত্তাগী অপাম্বদি নত্তে হায়দুনা কর্ম্ম ওইদ্রে। অশ্ব কর্ত্তা নত্তে অদুনা লোকঃ হায়বা কর্ত্তা অমা লৌশিনবা তাই ; অদু ওইরবদি খ্বাইদগী হেন্না অপাম্বা ওইরবসু কর্ত্তাগী অপাম্বদি নত্তে হায়দুনা মাষেষু হায়বা অসি কর্ম্ম ওইদ্রে—মাষেষু অধিকরণ কারক ওইরে। অসিগুম্না ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা খুদুম চন্নগা কর্ত্তাগী খ্বাইদগী পাম্বা ওইবা মফমদসু। মদুদি—ভার্য্যামদ্রিয়তে ( মতুবু ইকাইখুম্নে ) মসিদা ভার্য্যাম্ হায়বসি ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা নমহত্তুনা কর্ম্ম ওইররে। অদু নত্তদুনা ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা নমহৎপা নত্রবদি কর্ম্ম ওইরোই। মদুদি—বৃদ্ধস্য তরুণী ভার্য্যা, বালকস্য ক্রীড়নকম্, হায়বা মফম অসিদা ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা নমহৎপা (লাকশিনবা) ওইদে হায়দুনা কর্ম্ম ওইদ্রে। মথোয় অসি ক্রিয়ারাহিত্যে (ক্রিয়া য়াওদবদা) প্রথমা ওইবনি।

২। **কর্ম্মণি দ্বিতীয়া**—অনুক্তে কর্ম্মনি দ্বিতীয়া স্যাৎ—উক্ত তৌদবা কর্ম্মদা হায়বদি কর্ত্তৃবাচ্যগী কর্ম্মদা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই। মদুদি—হরিং ভজতি; চন্দ্রং পশ্যতি ; কটং করোতি ; গ্রামং গচ্ছতি ; জলং পিবতি ; ধনং দদাতি ; বেদম্ অধীতে ; শাস্ত্রম্ উপদিশতি ; মিথ্যা বদতি ; পতিং নিন্দতি।

৩। **ক্রিয়াবিশেষণে চ**—ক্রিয়াবিশেষণদসু দ্বিতীয়া বিভক্তি ওইগনি। ক্লীবলিঙ্গগী একবচনদা মসিগী প্রয়োগ তৌই। হায়বদি শিজিন্নে। খুদম—সত্বরং ধাবতি, দ্রুতং পলায়তে, মৃদু হসতি, সাধু ভাসতে। অসিনি।

৪। **তথাযুক্তং চানীপ্সিতম্**—ঈপ্সিততমবৎ ক্রিয়য়া যুক্তমনীপ্সিতমপি কারকং কর্ম্মসংজ্ঞং স্যাৎ।

মথক্তা অদুগুম্না ঈপ্সিততমগী বা হায়খ্রে, অদুগুম্বা ঈপ্সিততমগী মতৌগুম্না অনীপ্সিত (পামদবা) কারক অদুমক্তনা কর্ম্ম ওইবা মতমদুদা ঈপ্সিততমগী ক্রিয়াগা লেংমিন্নে। মদুদি—ওদনং বুবুক্ষুঃ বিষং ভুঙ্‌ক্তে। (চাকলাব্রবা মীনা হু চায়)। গ্রামং গচ্ছন্ তৃণং স্পৃশতি। (খুঙ্গংদা চৎন-চৎনা নাপী শোকই)। মফম অসিদা বিষ অমসুং তৃণ তশেংনা অনীপ্সিত (পামদবা)নি। তৌইগুম্বসুং ঈপ্সিততম (থোইনা পাম্বা) ওদন অমসুং গ্রাম মথোয় অসিগী ক্রিয়া বুবুক্ষুঃ অমসুং গচ্ছন্-গা লোয়ননা লৈ হায়দুনা মথোয় অসি কর্ম্ম ওইরে।

৫। **অকর্ম্মকধাতুভির্যোগে দেশঃ কালো ভাবো গন্তব্যোঽধ্বা চ কর্ম্মসংজ্ঞক**

**৫। স্থিতি বাচ্যম্**—অকর্ম্মক ধাতুগা লেংমিন্নরবদা দেশ, কাল, ভাব নত্রগা অবস্থা অমসুং গন্তব্যপথ (চংকন্দবা লম্বী) মখোয়শিং অসি কর্ম্ম কৌই।

অকর্ম্মক ধাতুগী কর্ম্ম লৈতে, তৌইগুম্বসুং দেশ, কাল, অবস্থা অমসুং গন্তব্যপথ (চংকন্দবা লম্বী) না কর্ম্ম ওইরবদা মখোয় অসিমক অকর্ম্মক ধাতুগী কর্ম্ম ওই। মদুদি—

**দেশ**—কুরূন্ স্বপিতি (কুরূদা তূম্মী)।

**কাল**—মাসম্ আস্তে (থা অমা চুপ্পা লৈ)।

**ভাব**—গোদোহম্ আস্তে (শঙোম শুমদুনা লৈ)।

**পথ**—ক্রোশম্ আস্তে (ক্রোশ অমা চংলি)। অদুনা দেশ, কাল, ভাব অমসুং লম্বীনা কর্ম্ম ওইরে। কয়ামুক ওইবা ধাতুগী কর্ম্ম অনি লৈ, মখোয় অনিগী রা হায়রক্নই।

৬। **অকথিতং চ**—অপাদানাদিবিশেষৈরবিবক্ষিতং কারকং কর্ম্ম সংজ্ঞং স্যাৎ। অপাদান-নচিংবা কারক ফংবগী সম্ভাবনা লৈরবদসু অদুগুম্বা কারক অদুবু অপাদান-নচিংবদা হায়নিংদ্রবদা মহাক অদু কর্ম্ম কারক ওই। মদুদি—

গাং দোগ্ধি পয়ঃ (ষণবু শঙোম শুম্মী) মফম অসিদা গাং হায়বসি হায়দনা গোঃ (ষণদগী) অপাদান ওইবা তাই; তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা অপাদান-নচিংবা অদু হায়দদুনা মহাক অদু কর্ম্ম ওই। মসিবু অকথিত নত্রগা গৌণ কর্ম্ম কৌই। করি করিগুম্বা মফমদা অকথিত কর্ম্ম ওইবা, মখোয়দু মথাদা হায়রক্নই।

"দুহ্-যাচ্-পচ্-দণ্ড্-রুধি-প্রচ্ছি-চি-ব্রু-শাসু-জি-মন্থ-মুষাম্।

কর্ম্মযুক্ স্যাদকথিতং তথা স্যান্নী-হৃ-কৃষ্-বহাম্॥"

দুহ্ যাচ্ পচ্ দণ্ড্ রুধ্ প্রচ্ছ্ চি ব্রু শাস জি মন্থ মুষ হায়বা ধাতু তরানিথোই অমসুং নী, হৃ, কৃষ্ অমদি বহ্ হায়বা ধাতু মরি অসিগী কর্ম্মগা লোয়ননা লেংমিন্নবা মহাক অদুবু অকথিত (গৌণ) কর্ম্ম কৌই। য়েংউ মথক্কী উদাহরণদা—গাং পয়ঃ দোগ্ধি—(ষণ শঙোম শুম্মী) পয়ঃ (শঙোম) হায়বা কর্ম্ম অসিগা লোয়ননা লেংমিন্নে গাম্ হায়বসি। অদুনা গাম্ হায়বসি অকথিত নত্রগা গৌণ কর্ম্মনি; নত্রগা অসিগুম্বা গাং হায়বসি আপাদান গোঃ গী মফমদা ওইবনি, অদুবু মহাক্কী মফমদা কর্ম্ম ওইবা, মসি অকথিত নত্রগা গৌণ কৌই।

অতোপ-অতোপ্পা উদাহরণ, যাচ্—বলিং যাচতে বসুধাম্ (বলিগী মফমদগী পৃথিবী নি)। মফম অসিদসু যাচ্ ধাতুগী কর্ম্ম পৃথিবীনি; অমসুং কর্ম্ম ওইবা পৃথিবীগা লোয়ননা বলি-গা লেংমিন্নে মরম অসিদগী বলি অকথিত নত্রগা গৌণ কৌই। নত্রগা "বলিং" হায়বসি "বলেঃ" হায়বা অপাদান-গী মহুত্তা ওইবনি অদুনা অকথিত কর্ম্ম ওইবনি। অসিগুম্বা অবিনীতং বিনয়ং যাচতে (লোচ্চুত্তবদগী লোচ্চুবপা নিরক্নই)।

**পচ্**—তণ্ডুলান্ ওদনং পচতি—চেংনা চাক থোংই।

**দণ্ড**—গর্গান্ শতং দণ্ডয়তি—গগশিংবু লুপা চামগী দণ্ড পিরম্মী।

**রুধ্**—ব্রজমবরুণদ্ধি গাম্—ব্রজদা ষণ পুল্লি।

**প্রচ্ছ্**—মাণবকং পন্থানং পৃচ্ছতি—নুপামচাদা লম্বী হংই।

**চি**—বৃক্ষম্ অবচিনোতি ফলানি—উদগী উহে হেক্নই।

ব্রূ—মাণবকং ধর্ম্মং ব্রূতে শাস্তি বা—নুপামচাদা ধর্ম্ম তাকই, নত্রগা তম্বী।
জি—শতং জয়তি দেবদত্তম্—দেবদত্তগী মযম্মদগী লুপা চামা জয় তৌই।
মন্থ—সুধাং ক্ষীরনিধিং মথ্নাতি—ক্ষীর সমুদ্রদা অমৃত নৈ।
মুষ্—দেবদত্তং শতং মুষ্ণাতি—দেবদত্তগী মযম্মদগী লুপা চামা হুরাল্লি।

নী, হৃ, কৃষ্, অমদি বহ্—গ্রামম্ অজাং নয়তি, হরতি, কর্ষতি, বহতি বা—গ্রামদা হামেং পুদুনা চংলি, হুরান্দুনা চংলি, চিংদুনা চংলি, নত্রগা পুদুনা চংলি।

অর্থ নিবন্ধনেয়ং সংজ্ঞা—মখোয় অসিগী (যাচ্-নচিংবগা) মান্নবা অর্থ হায়বা ধাতুগীসু অসিগুম্না প্রধান নত্রগা কথিত অমসুং গৌণ হায়দুনা কর্ম অনি লৈ। মদুদি—বলিং ভিক্ষতে প্রার্থয়তে বসুধাং; মাণবকং ধর্ম্মং ভাষতে,অভিধত্তে বক্তি বা।

মতৌ অসুম্না দ্বিকর্মক ধাতু পুম্নমক্কী কর্ত্তৃবাচ্যদা কর্ম্ম অনিমক্তা দ্বিতীয়া ওই হায়বসি খংলে ; তৌইগুম্বসুং মখোয়সিগী কর্ম্মবাচ্যগী করম্বা কর্ম্মদা উক্ত তৌগনি—হায়বদি কর্ম্ম অনিগী মনুংদা করম্বা কর্ম্মদা প্রথমা ওইগনি ? কর্ম্মবাচ্যদা দুহ্, যাচ্-নচিংবা ধাতু তরানিখোই অসিগী গৌণ হায়বদি অপ্রধান কর্ম্মদা প্রথমা ওইগনি। মদুদি—গাং দোগ্ধি পয়ঃ (কর্ত্তৃবাচ্য); গৌর্দুহ্যতে পয়ঃ (কর্ম্মবাচ্য)। বলিং যাচতে বসুধাম্ (কর্ত্তৃবাচ্য); বলিঃ যাচ্যতে বসুধাম্ (কর্ম্মবাচ্য)। অসুম্না ধাতু তরানিখোই অসিদদি গৌণ কর্ম্মদা প্রথমা ওইগনি। অমসুং নী,হৃ, কৃষ্, অমদি বহ্ ধাতুগী মুখ্য হায়বদি মরু ওইবা কর্ম্মদা প্রথমা ওইগনি।

খুদম—পুত্রং গ্রামং নয়তি (কর্ত্তৃবাচ্য)। পুত্রঃ গ্রামং নীয়তে (কর্ম্মবাচ্য)। নী ধাতুগী মুখ্য কর্ম্মদা প্রথমা ওই। হৃ, কৃষ্-নচিংবসু অসিগুম্না ওইগনি।

অদুগা করম করম্বা মযম্মদা কর্ম্ম অনি শুবগে হায়বা অদু য়েংউ।

৭। **গতিবুদ্ধিপ্রত্যবসনার্থশব্দকর্মাকর্মকাণামণিকর্ত্তা স ণৌ**—ঐখোয়না মখক্তা ণিজন্ত ধাতু উখ্রে। করিগুম্বা ধাতু অদু গতি অর্থ, বোধ অর্থ অশন (চাবা) অর্থ, শব্দনা কর্ম্ম ওইবা(লাইরিক-নচিংবা) অর্থ নত্রগা অকর্ম্মক ওইরবদি। ধাতু অদুগী ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী মতমগী কর্ত্তা অদুনা ণিচ্ তৌরবা মতমদা কর্ম্ম ওই। খুদম—

শত্রূনগময়ৎ স্বর্গং বেদার্থং স্বানবোধয়ৎ।
আশয়চ্চামৃতং দেবান্ বেদমধ্যাপয়দ্বিধিম্।
আসয়ৎ সলিলে পৃথ্বীং যঃ স মে শ্রীহরির্গতিঃ॥

মহাক্লা শত্রুশিংবু স্বর্গদা থারম্বা, মাগী ওইবা মীশিংবু বেদগী অর্থ খংহল্লম্বা, দেবতাশিংবু অমৃত থকহল্লম্বা, ব্রহ্মাবু বেদ তাকহল্লম্বা ঈশিংদা পৃথিবী থমহল্লম্বা,অদুগুম্বা হরি অদুনা ঐগী গতিনি। মতাং অসিদা মখক্তা হায়রিবা অর্থশিং অসিদা ধাতুগী ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী মতমগী কর্ত্তা অদুগী ণিচ্ তৌরবা মতমদা কর্ম্ম কৌই।

| অণিজন্ত | | ণিজন্ত |
|---|---|---|
| শত্রবঃ স্বর্গম্ অগচ্ছন্ (শত্রুশিংনা স্বর্গ চংলম্মী)। | (গত্যর্থ) | শত্রূন্ অগময়ৎ স্বর্গম্ (শ্রীহরিঃ) (শত্রুশিংবু স্বর্গদা থারম্মী)। |
| স্বে (স্বকীয়াঃ) বেদার্থম্ অবুধ্যন্তঃ (মাগী ওইবশিংনা বেদগী অর্থখংলম্মী)। | (বোধার্থ) | বেদার্থং স্বান্ অবোধয়ৎ (শ্রীহরিঃ) (মাগী ওইবশিংবু বেদগী অর্থখংহল্লম্মী)। |

| | |
|---|---|
| দেবাঃ অমৃতং আশ্নন্ | (অশনার্থ) আশয়ৎ চ অমৃতং দেবান্ (শ্রীহরিঃ) |
| (লাইশিংনা অমৃত থক্লম্মী)। | (লাইশিংবু অমৃত থকহল্লম্মী)। |
| বিধিঃ বেদম্ অধ্যৈত | (শব্দ কর্ম্মক) বেদম্ অধ্যাপয়ৎ বিধিম্ (শ্রীহরিঃ) |
| (ব্রহ্মানা বেদ তম্লম্মী) | (ব্রহ্মাবু বেদ তমহল্লম্মী) |
| সলিলে পৃথ্বী আস্ত (অকর্ম্মক) | আসয়ৎ সলিলে পৃথ্বীম্ (শ্রীহরিঃ) |
| (ঈশিংদা পৃথিবী লৈরম্মী) | (ঈশিংদা পৃথিবী লৈহল্লম্মী) |

হৌজিক অসিগুম্না অর্থশিং অসি খংনবা ধাতুগী ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী মতমগী কর্ত্তাগী ণিচ্ তৌরবা মতমদা কর্ম্ম ওই হায়বসি খংলে। হায়খ্রিবা অর্থশিং অসিদগী তোঙানবা অর্থ হায়বা ধাতু ওইরবদি কমদৌনি? মতম অদুদদি কর্ম্ম ওইররোই, তৃতীয়া ওইগনি। খুদম—পাচকঃ অন্নং পচতি (অণিজন্ত)। প্রভুঃ পাচকেন অন্নং পাচয়তি (ণিজন্ত)। ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী মতমগী কর্ত্তা ওইবা পাচকঃ অসি ণিচ্ তৌরবদা তৃতীয়া ওইদুনা "পাচকেন" ওইররে। গতিবুদ্ধি-নচিংবগী অর্থ ওইবা ণিচ্ তৌদ্রিবা ধাতুগী ণিচ্ তৌরবদা কর্ত্তা অদু কর্ম্ম ওই, মতম অদুদা ধাতু অদুনা ণিজন্ত ওইনা লৈরবা অদু ওইরবদি মহাক্কী কর্ত্তাদা করি বিভক্তি ওইগনি? হায়রবদা তৃতীয়া ওইগনি। খুদম—দশরথঃ রামং বনং গময়তি। (ণিজন্তগী কর্ত্তা দশরথঃ নি) কৈকেয়ী দশরথেণ রামং বনং গময়তি। (অতোপ্পনা ইনশিল্লবদি ণিজন্তগী কর্ত্তা "দশরথেন" হায়বসিদা তৃতীয়া ওইরে।)

**প্রতিপ্রসবঃ—**

৮। **নীবহ্যোর্ন**— গত্যর্থক ওইরবসু নী ধাতু অমসুং বহ্ ধাতুগী ণিচ্ তৌদ্রিঙৈদা ওইবা কর্ত্তাগী ণিচ্ তৌরবা মতমদা কর্ম্ম ওইদ্রে। খুদম—ভৃত্যঃ ভারং নয়তি বহতি বা (অণিজন্ত)। প্রভুর্ভৃত্যেন ভারং নায়য়তি বাহয়তি বা (ণিজন্ত)। [প্রতিপ্রসব] তোইগুম্বসুং সারথিনা কর্ত্তা ওইরবদি বহ্ ধাতুগী ণিজন্তদা কর্ম্ম সংজ্ঞা ওইগনি।

খুদম—বাহাঃ রথং বহন্তি (অণিজন্ত)। বাহয়তি রথং বাহান্ সূতঃ (ণিজন্ত)— সারথিনা শগোলশিংবু রথ পুহল্লি। [বাহৈঃ ওইদ্রে]।

৯। **আদিখাদ্যোর্ন**—মথক্তা অশনার্থ ধাতুগী ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী কর্ত্তাগী ণিচ্ তৌরবদা কর্ম্ম সংজ্ঞা ওই হায়খ্রে। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্না অশনার্থ ধাতুগী মনুংদা অদ্ খাদ্ ধাতুগী [কর্ম্ম সংজ্ঞা] ওইররোই। খুদম—বটুরন্নম্ অত্তি খাদতি বা (অণিজন্ত)। গৃহী বটুনা অন্নম্ আদয়তি খাদয়তি বা (ণিজন্ত) তৃতীয়া ওইরে। (বটু —বালক)।

**প্রতিপ্রসব ঃ—**

১০। **ভক্ষেরহিংসার্থস্য ন**—ভক্ষ (১) ধাতুগী অহিংসা অর্থ ওইরবদা কর্ম্ম ওইররোই। মদুদি—বটুনা অন্নং ভক্ষয়তি (অহিংসার্থক ভক্ষ্ ধাতু)। অদুনদি হিংসার্থক ভক্ষ্ ধাতু ওইরবদা কর্ম্ম সংজ্ঞা ওইগনি। খুদম—ভক্ষয়তি বলীবর্দ্দান্ শস্যম্ —কৃষক (লৌউবা) গী মখক্তা হিংসা তৌদুনা ষণ-লাববু মনামশিং চাহল্লি। জল্পতিপ্রভৃতীনামুপসংখ্যানম্— জল্প্, ভাষ্ নচিংবা ধাতুশিংগীসু সাধারণ নিয়মদা কর্ম্ম সংজ্ঞা ওইগনি হায়বসি খংগদবনি। খুদম — জল্পয়তি, ভাষয়তি ধর্ম্মং পুত্রং দেবদত্তঃ।

১১। **দৃশেশ্চ**—দৃশ্ ধাতুগীসু কর্ম্মসংজ্ঞা ওইগনি। খুদম—দর্শয়তে হরিং ভক্তান্ (ভক্তশিংবু হরি দর্শন তৌহল্লি)।

---

(১) যস্য হি তচ্ছস্যং তস্যৈব হিংসা গম্যতে ইতি কাশিকা- শস্যগী মালিকগী মখক্তা তৌবা হিংসা অদুবু হিংসা শব্দনা মরম ওইদুনা খংই।

সূত্রদা বোধার্থ (জ্ঞানার্থ) ধাতুগী সামান্য ওইনা উৎলি ; অদুনা মদুদা জ্ঞান বিশেষ অমগী অর্থদা শিজিন্নরিবা ক্রিয়াগী কর্ম্ম ওইরোই। খুদম—স্মারয়তি, ঘ্রাপয়তি বা দেবদত্তেন।

১২। **শব্দায়তের্ন**—শব্দনা কর্ম্মনি হায়না হায়বা মফম অদুদা গ্রন্থ উপদেশনচিংবা শব্দ অদু শব্দ কর্ম্ম ওইনা খংগদবনি। শব্দ মশামক্তা কর্ম্ম ওইরবদা ওইরোই। শব্দায়য়তি দেবদত্তেন।

অকর্ম্মক ধাতুগী ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী কর্ত্তাগী কর্ম্ম সংজ্ঞা কৌনি হায়খিবা অদু তশেংনা অকর্ম্মক ধাতু অদুমক্তম্বু খংগনি। সকর্ম্মক ধাতুগী কর্ম্ম অদু উৎলমদ্রবা অদুবু অকর্ম্মক ধাতুনি হায়না লৌরোই। খুদম—পচতি দেবদত্তঃ। পচতি হায়বসি সকর্ম্মক ধাতুনি তৌইগুম্বসুং কর্ম্মগী প্রয়োগ তৌদ্রে। মসিদা ণিজন্তদা—পাচয়তি দেবদত্তেন অসুম্না ওইগনি। তৌইগুম্বসুং দেশ কাল-নচিংবনা কর্ম্ম ওইনা লৈরবদসু অদুম-অদুম্না অকর্ম্মক ধাতু অদুবু অকর্ম্মক ধাতুনি হায়নমক লৌগনি; অমসুং মখোয়গী কর্ত্তা অদু ণিচ্ তৌরবদা কর্ম্ম সংজ্ঞা ওইগনি। মদুদি—দেবদত্তঃ মাসম্ আস্তে—দেবদত্তম্ মাসম্ আসয়তি।

## বিকল্প

১৩। **হৃক্রোরন্যতরস্যাম্**—হৃ অমসুং কৃ ধাতুগী ণিচ্ তৌদ্রিঙৈগী মতমগী কর্ত্তাগী ণিচ্ তৌরবদা বিকল্প ওইনা কর্ম্ম সংজ্ঞা ওইগনি। হরতি ভারং ভৃত্যঃ (অণিজন্ত)। হারয়তি ভারং ভৃত্যং ভৃত্যেন বা (ণিজন্ত)। করোতি কটং ভৃত্যঃ (অণিজন্ত)। কারয়তি কটং ভৃত্যং ভৃত্যেন বা (ণিজন্ত) (কট—ফক)।

১৪। **অভিবাদিদৃশোরাত্মনেপদে বেতি বক্তব্যম্**—অভিপূর্ব্বক বদ্ অমসুং দৃশ্ ধাতুগী ণিচ্ তৌরবা কালদা আত্মনেপদ ওইরবদা মখোয়গী কর্ত্তা অদু বিকল্প ওইনা কর্ম্মসংজ্ঞা ওই। মদুদি—অভিবদতি দেবং ভক্তঃ (অনিজন্ত)। অভিবাদয়তে দেবং ভক্তং ভক্তেন বা (ণিজন্ত)।

পশ্যন্তি ভৃত্যাঃ রাজানম্ (অণিজন্ত)। দর্শয়তে ভৃত্যান্ ভৃত্যৈঃ বা রাজানম্।

হৌজিক কর্ম্মবাচ্যদা মখোয় অসিগী করিগুম্বা কর্ম্ম অমদা প্রথমা ওইগনি। (করম্বা কর্ম্মদা উক্ত তৌগদগে)? হায়বদা অণিজন্তগী কর্ত্তানা ণিচ্ তৌদুনা কর্ম্ম ওইরবদা অদুগুম্বা কর্ম্মদুদা উক্ত তৌগনি হায়বদি কর্ম্মবাচ্যদা অদুগুম্বা ণিজন্ত কর্ম্মদুদা প্রথমা ওইগনি।

খুদমঃ—রামঃ বনং গচ্ছতি, রামং বনং গময়তি, রমো বনং গম্যতে, ভৃত্যঃ কটং করোতি, ভৃত্যং কটং কারয়তি ভৃত্যঃ কটং কার্য্যতে। গোবিন্দঃ মাসম্ আস্তে, গোবিন্দং মাসম্ আসয়তি, গোবিন্দঃ মাসম্ আস্যতে। তৌইগুম্বসুং বোধার্থ (খংবা অর্থ), অশনার্থ (চাবা অর্থ), শব্দকর্ম্মার্থ ধাতুগী মতমদদি মহাক্তা পাম্বা মফমদা উক্ত তৌগনি। খুদম— মাণবকং ধর্ম্মং বোধয়তি, মাণবকো ধর্ম্মং বোধ্যতে নত্রগা মাণবকং ধর্ম্মঃ বোধ্যতে।

১৫। **অধিশীঙ্স্থাসাং কর্ম**—অধি পূর্ব্বক শী, স্থা অমসুং আস্ ধাতুগী আধার হায়বদি অধিকরণদা কর্ম্ম ওইগনি। শী, স্থা অমসুং আস্ ধাতু অকর্ম্মকনি তৌইগুম্বসুং অধি পূর্ব্বক ওইরবদি হায়রিবা ধাতু অহুম অসি সকর্ম্মক ওই, মতম অদুদা মখোয় অসিগী অধিকরণ অদুদা কর্ম্ম ওই। মদুদি—অধিশেতে, অধিতিষ্ঠতি, অধ্যাস্তে বা বৈকুণ্ঠং হরিঃ— হরিনা বৈকুণ্ঠদা তুমই নত্রগা লৈ।

১৬। **অভিনিবিশশ্চ**—অভি, নি-না মথক থংবা বিশ্ ধাতু গী আধার হায়বদি অধিকরণদা কর্ম্ম ওই ; হায়বদি অদুগুম্বা অধিকরণ (তুংনফম) ওইবা মদুদা কর্ম্ম ওই। অভিনিবিশতে সম্মার্গম্ (মহাক্না অফবা লম্বীদা চংশিন্নি)। মসি বিকল্প সূত্রনি। মরম অসিনা পাপে অভিনিবেশ, কল্যানে অভিনিবেশ অসিমসু ওই।

১৭। **উপান্বধ্যাঙ্বসঃ**—উপ পূর্ব্বক, অনু পূর্ব্বক, অধি পূর্ব্বক অমসুং আ পূর্ব্বক বস্ ধাতুগী আধার হায়বদি অধিকরণদা কর্ম্ম ওই, অসিগুম্বা আধার অসিমক মখোয়গী কর্ম্মনি। উপবসতি, অনুবসতি, অধিবসতি, আবসতি বা বৈকুন্ঠং হরিঃ—হরিনা বৈকুন্ঠদা লৈ।

অভুক্ত্যর্থস্য ন —অনশন বা উপবাস (চরাহেনবা ) অর্থদা উপ-পূর্ব্বক বস্ ধাতুগী আধারদা কর্ম্ম ওইররোই। খুদম—বনে উপবসতি (বনদা উপবাস তৌই) । অদু নত্রবদি 'বনম্ উপবসতি' —বনদা লৈ।

## উপপদ বিভক্তি

উভসর্ব্বতসোঃ কার্য্যা ধিগুপর্য্যাদিষু ত্রিষু।
দ্বিতীয়াম্রেড়িতান্তেষু ততোঽন্যত্রাপি দৃশ্যতে।

উভয়তঃ, সর্ব্বতঃ, ধিক্, উপর্য্যুপরি, অধোধঃ, অধ্যধি, সমীপ অর্থদা মখোয় অসিগা লেংমিন্নরবদা দ্বিতীয়া ওই। মদুদি—উভয়তঃ কৃষ্ণং গোপাঃ (শ্রীকৃষ্ণগী নাক-য়েৎ অনিমক্তা গোপশিং লৈ)। সর্ব্বতঃ কৃষ্ণম্ (কৃষ্ণগী মাইকৈ মরিমক্তা)। ধিক্ কৃষ্ণাভক্তম্। উপর্য্যুপরি লোকং হরিঃ (হরিনা লোক পুম্নমক্কী মথক্তা লৈ)। অধোধঃ লোকম্ (ভুবন লোক-গী মখাদা)। নিকট অর্থ নত্রবদি ওইরোই। উপর্য্যুপরি সর্ব্বেষামাদিত্য ইব তেজসা, অদুনা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইরে।

১৮। **অভিতঃ পরিতঃ সময়ানিকষা হা প্রতিযোগেঽপি**— অভিতঃ, পরিতঃ, (মাইকৈ মরিদা) সময়া, নিকষা (মনাক) হা (ধিক্) প্রতি হায়বা মখোয় অসিগা লেংমিন্নরবদা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই। খুদম—অভিতঃ,পরিতঃ কৃষ্ণম্ (কৃষ্ণগী মাইকৈ মরিদা), গ্রামং সময়া (গ্রামগী মনাক্তা), নিকষা লঙ্কাম্ (লঙ্কাগী মনাক্তা), হা কৃষ্ণাভক্তম্ (কৃষ্ণ নিংদবা তোল্লিদা), বুভুক্ষিতং ন প্রতিভাতি কিঞ্চিৎ (অন্নাম্বা মীগী মফমদা করিগুম্বা ফজবা অমত্তা লৈতে)।

১৯। **অন্তরান্তরেণ যুক্তে** —অন্তরা(মধ্যে) অমদি অন্তরেণ (নত্তনা) গা লেংমিন্নরগা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই। অন্তরা ত্বাং মাং হরিঃ (হরিনা নংগী অমসুং ঐগী মরক্তা লৈ)। অন্তরেণ হরিং ন সুখম্ (হরি নত্তনা নুংঙাইবা ফংদে)।

## কর্ম্মপ্রবচনীয়

অসি তৌফম খোকপনি হায়বগী মওংদা মদুবু বিধান তৌরিবা অদুবু কর্ম্মপ্রবচনীয়-নি হায়না খংগদবনি। মদুনা কর্ম্মগী বিষয়দা হায়বা নত্রগা কর্ম্মগী গুণ অমদি অবস্থা ফোংদোকপা মদুগী মমিং কর্ম্ম-প্রবচনীয় কৌহ। নত্রগা অশব্দা কর্ম্ম অদুবু মহাক্না মরম ওইদুনা লাকশিনখ্রবা মদুবু কর্ম্ম-প্রবচনীয় কৌহ। ইংরাজীদা Preposition কৌহ।

"**কর্ম্মপ্রবচনীয় যোগে দ্বিতীয়া**"—কর্ম্মপ্রবচনীয়-গা লেংমিন্নরবদা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই।

২০। **অনুর্লক্ষণে**—অনু, লক্ষণ (পশ্চাৎ, হেতু) অর্থদা কর্ম্মপ্রবচনীয় ওই। জপমনু প্রাবর্ষৎ —জপনা মরম ওইদুনা জপ-গী তুংদা) নোং চুরম্মী।

২১। **তৃতীয়ার্থে**—তৃতীয়াগী অর্থ ফোংদোক্লবদা অনু অসি কর্ম্ম-প্রবচনীয়নি। নদীমন্ববসিতা সেনা —তুরেলগা লোয়ননা শাংনা লৈবা লাশ্মীনি। অনু-সহার্থনি অদুনা তৃতীয়ার্থ খংলে।

২২। **হীনে**—হীন (ময়েং তাবা) অর্থ ফোংদোকপদা অনু কর্ম্ম-প্রবচনীয়নি। অনুহরিং সুরাঃ —লাইশিংগা হরিগা য়েংনবদা লাইনা তোল্লি।

২৩। **উপোঽধিকে চ**—অধিক (অয়াম্বা) অর্থদা অমসুং হীন অর্থদসু উপ অসি কর্ম্ম প্রবচনীয়নি। উপ হরিং সুরাঃ— লাইগা হরিগা য়েংনবদা লাইনা তোল্লি।

২৪। **লক্ষণেত্থম্ভূতাখ্যানভাগবীপ্সাসু প্রতিপর্য্যনবঃ**—লক্ষণ ( অদুগুম্বা মাইকৈদা), ইত্থম্ভূতাখ্যান (থৌদোক শিংথাবগী মরি), ভাগ, (শরুক), বীপ্সা (শিনবা থুংবা, অমমম ওইবা) অর্থদা প্রতি, পরি অমদি অনু কর্ম্মপ্রবচনীয়নি। খুদম—বৃক্ষং প্রতি, পরি, অনু বা বিদ্যোততে বিদ্যুৎ —নোংথাংনা উগী মাইগেদা ঙাল্লি। ভক্তো বিষ্ণুম্ প্রতি, পরি, অনু —ভক্তনা বিষ্ণুগী মরিদা, হরিং প্রতি লক্ষ্মীঃ—লক্ষ্মীনা হরিগী শরুক্তা, বৃক্ষং বৃক্ষং প্রতিসিঞ্চতি —উ-খুদিংদা ঈশিং চাই। অসিগুম্না পরিসিঞ্চতি, অনুসিঞ্চতি দসু ওই। পরি, অনু উপসর্গ নত্তে হায়দুনা ষ ওইদ্রে, নত্রবদি পরিষিঞ্চতি ওইরমগনি (১)।

২৫। **অভিরভাগে**—ভাগ(শরুক)- দি নত্তনা অতোপ্পা মথক্কী অর্থ পুম্নমক্তা অভি অসি কর্ম্ম প্রবচনীয়-নি। খুদম —হরিম্ অভিবর্ত্ততে ; ভক্তো হরিম্ অভি ; দেবং দেবং অভিসিঞ্চামি —প্রত্যেকম্ ইত্যর্থঃ।

২৬। **সুঃ পূজায়াম্**—পূজা(ঈকাই খুম্নবা ) অর্থদা সু কর্ম্মপ্রবচনীয়নি। সুসিক্তং —নিংথিনা ঈশিং থিকখ্রে; সুস্তুতং ভবতা—অদোম্না থোইদোক-হেন্দোকপা স্তুতি তৌখ্রে। মফম অসিদা উপসর্গ নত্তে হায়দুনা 'ষ' ওইদ্রে।

২৭। **অতিরতিক্রমণে চ**—পূজা অর্থগী মতৌগুম্না অতিক্রম অর্থদসু অতি কর্ম্মপ্রবচনীয় ওই। অতি দেবান্ কৃষ্ণঃ— কৃষ্ণ দেবতা পুম্নমক্কী মকোকনি।

২৮। **কালাধ্বনোরত্যন্ত সংযোগে**—অত্যন্ত সংযোগ হায়রবদি মপুং ফানা শিনবা থুংবা অর্থদা কাল বাচক (মতম খংনবা) অমসুং পথবাচক (লম্বী খংনবা) শব্দগী মথাদা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই। মাসমধীতে—থা অমা চুপ্পা তম্মী, মাসং কল্যানী —থা অমা চুপ্পা নুপীনা নুঙাইনা লৈ; ক্রোশং কুটিলা নদী —ক্রোশ অমা থুংনা তুরেল অদু খোইনা চেল্লি। ক্রোশং গিরিঃ—ক্রোশ অমা থুংনা চীং লৈ। অত্যন্তসংযোগ নত্তবদদি দ্বিতীয়া ওইরোই। খুদম —মাসস্য দ্বিরধীতে, থা অমদা অনিরক তম্মী; ক্রোশস্য একদেশে পর্ব্বতঃ—ক্রোশ অমগী শরুক অমদা চীং লৈ। মফম অসিদা দ্বিতীয়া ওইদ্রে।

---

(১) উপসর্গ-গা লেংমিন্নবদগী করিগুম্বা মতমদা অকর্ম্মক ধাতুশিংগী সকর্ম্মকগী মতৌ ফংই, অর্থ বিশেষদগী।

তথাচ— ধাত্বর্থং বাধতে কশ্চিৎ কশ্চিৎ অনুবর্ত্ততে।
তমেব বিশিনষ্ট্যন্য উপসর্গ গতিস্ত্রিধা॥
পুনরপি— উপসর্গেণ ধাত্বর্থো বলাদন্যত্র নীয়তে।
প্রহারাহারসংহার- বিহার- পরিহারবৎ॥
উপসর্গ-গা লেংমিন্নরগা ধাতুগী তোঙান-তোঙানবা অর্থ ওই।

## নৈনবা

**মরম উৎলুঃ**—হরিং ভজতি—হরিবু নিংই। অভিনিবিশতে সম্মার্গম্—অকবা লম্বীরোমদা চংশিন্নি। রাজা মুক্তাশিলাপট্টমধিশিশ্যে—নিংথৌনা মুক্তাগী মশাক ওইরবা ফমুংদা ফিন্নি। অধ্যাস্য পর্ণশালাং—উনাগী খাংপোক্তা লৈরগা। উপ (অনু, আ, অধি) বসতি বৈকুন্ঠং হরিঃ—হরিনা বৈকুন্ঠদা লৈ।

গাং দোগ্ধি পয়ঃ—যণ শঙ্গোম শুম্মই। বলিং যাচতে বসুধাম্—বলিদা পৃথিবী নি। তণ্ডুলানোদনং পচতি—চেংনা চাক থোংই। গর্গান্ শতং দণ্ডয়তি—গর্গশিংবু লুপা চামা দণ্ড পি। ব্রজমবরুণদ্ধি গাং—ব্রজদা যণ থিংই। মাণবকং পন্থানং পৃচ্ছতি—নুপামচাদা লম্বী হংই। বৃক্ষমবচিনোতি ফলানি—উদগী উহৈশিং হেক্কই। মাণবকং ধর্ম্মং ব্রূতে শাস্তি বা—নুপামচাদা ধর্ম্ম হায় নত্রগা তাক্কই। শতং জয়তি দেবদত্তম্—দেবদত্তদগী লুপা চামা জয় তৌই। সুধাং ক্ষীরনিধিং মথ্নাতি—অমৃতগীদমক ক্ষীরসমুদ্র নৈথাই। দেবদত্তং শতং মুষ্ণাতি—দেবদত্তদগী লুপা চামা হুই। গ্রামমজান্ নয়তি (হরতি, কর্ষতি, বহতি বা)—খুঙ্গংদা হামেংশিং পুই। অসিগুম্না বলিং ভিক্ষতে বসুধাং; মাণবকং ধর্ম্মং ভাষতে, অভিধত্তে, বক্তি বা—নুপামচাদা ধর্ম্মং হায়। ন তু রামং বিনা দেহে তিষ্ঠেত্তু মম জীবিতম্—রাম য়াওদনা ঐগী হকচাংদা থবাই লৈররোই। জপম্ অনুপ্রাবর্ষৎ—জপ তৌরবগী মতুংদা নোং চুরম্মী। অন্তরেণ হরিং ন সুখম্—হরি নত্তনা নুঙাইবা ফংদে। অন্তরা ত্বাং মাং চ হরিঃ—নং অমসুং ঐগী মরক্তা হরি লৈ। নদীম্ অন্ববসিতা সেনা—তুরেলগী মতুংইন্না লাশ্মী লৈ। বৃক্ষং প্রতি (পরি নত্রগা অনু) বিদ্যোততে বিদ্যুৎ—উগী মফমদা নোংথাংনা ঙান্নি। বৃক্ষং বৃক্ষং প্রতিসিঞ্চতি অনসূয়া—অনসূয়ানা উ খুদিংদা ঈশিং চাই। হরিং প্রতি লক্ষ্মীর্গতা—হরিগী শরুক্তা লক্ষ্মীনা চংখি। ভক্তো বিষ্ণুম্ প্রতি (পরি, অনু বা অভি)—ভক্তনা বিষ্ণুগী মফমদা লৈ। সা মাসং কল্যানী—মহাক্না থা অমা চুপ্পা নুঙাইনা লৈ। ক্রোশং কুটিলা নদী—ক্রোশ অমা শাংনা তুরেল অসি খোই। উভয়তঃ নদীং পর্ব্বতাঃ—তুরেলগী নাক-য়েক্তা চীং লৈ। সর্ব্বতঃ কৃষ্ণং গোপাঃ—কৃষ্ণগী অকোয়বদা গোপশিং লৈ। উপর্য্যুপরি লোকং হরিঃ—লোক পুম্নমক্কী খ্বাইগী মথক্তা হরি লৈ। অধোধো লোকং হরিঃ—লোকগী খ্বাইগী মখাদসু হরি লৈ। ধিক্ পিত্রভক্তান্—মপানিংদবশিং অদু তোন্নিদা। বৃক্ষং বৃক্ষম্ অভিসিঞ্চতি—উ খুদিংগী ঈশিং চাই।

**অরানবা চুমথোকউ**—ভক্ত নারায়ণায় নমস্করোতি। ছাত্রঃ গুরবে প্রণমতি। অহং স্বগৃহে অধিতিষ্ঠামি। রামঃ বনে অধ্যাস্তে। ধনিনঃ নগরে অধিবসন্তি। তব মনো অধর্ম্মায় অভিনিবিশতে। পিতা পুত্রায় অভিক্রুধ্যতি। পুত্রঃ পিত্রে অভিদ্রুহ্যতি। দুর্য্যোধনঃ অক্ষেষু অদীব্যৎ। ক্রোশায় গিরিঃ স্থিতঃ। স মাসায় অধীতে। নদ্যা উভয়তঃ পর্ব্বতাঃ সন্তি। পুরস্য অভিতঃ মন্দিরম্। রাজ্ঞঃ অভিতঃ অনুচরাঃ তিষ্ঠন্তি। তুভ্যং ধিক্। দীনেষু প্রতি দয়া উচিতা। সর্ব্বং মম অনু তে। বনায় যাবৎ অনুসরতি। তব মম চ অন্তরা স উপবিষ্টঃ। শ্রমেণ অন্তরেণ সুখং ন। গুরুশ্ছাত্রেণ পাঠং বোধয়তি। প্রভুর্ভৃত্যম্ অন্নং পাচয়তি। রাজা মম শতং দণ্ডয়তি।

**মখাগী অসি মরম উত্নুনা তাকউঃ**—বুভুক্ষিতং প্রতি ন ভাতি কিঞ্চিৎ। ধিগ্ জাল্মান্। ধিগিমাং দরিদ্রতাম্। পরিজনা রাজানমভিতঃ স্থিতাঃ। গ্রামং সময়া (নিকষা) নদী। হা কৃষ্ণাভক্তম্। ন ববর্ষ বর্ষাণি দ্বাদশ পয়োধরঃ। রামম্ অনুজাতো

লক্ষ্মণঃ। ভবন্তমন্তরেণ ন মে সুখঃ। উপর্য্যুপরি সর্ব্বেষামাদিত্য ইব তেজসা। সর্ব্বতো গুরুং ছাত্রাঃ। গৃহং পরিতঃ বনানি সন্তি। নদীম্ উভয়তঃ পর্ব্বতা বিরাজন্তে। অধোধো লোকং হরিঃ। ত্বাং মাং চ অন্তরা হরিঃ। সর্ব্বং মামনু তে। গৃহং যাবদ-নুসৃতঃ। জানামি ত্বাং প্রকৃতিপুরুষং। ন পরুষং ভাষেত। ক্রোশং ভৃত্যেন অনুগতঃ। বৃক্ষমনু বিদ্যোততে বিদ্যুৎ। অতি দেবান্ হরিঃ। অপি স্তুয়াদ্বিষ্ণুম্। ধিগ্ দেবদত্তমপি স্তুয়াৎ বৃপণম্। (N.B. অপি হায়বা কর্ম্মপ্রবচনীয় অসি লেংলবদা দ্বিতীয়া ওইবনি)।

## কর্ত্তৃ কারক

১। স্বতন্ত্র কর্ত্তা—করিগুম্বা থবক অমা পাংখোকপগী মরীদা মহাক অদুগী মনিং মথা অম্না লৈবা, হায়বদি মঙোম্দগী তোঙানবা অতোম্না কারক অমগী অপেক্ষা লৈতবা মহাক অদুবু কর্ত্তা কৌই। খুদম—দেবদত্তঃ পচতি—দেবদত্তনা চাক থোংই; স্থালী পচতি—পাত্রনা থোংই। অয়াম্বা কারক পুম্নমক্না কর্ত্তাবু য়েংই তৌইগুম্বসুং কর্ত্তৃ-কারকতি নিরপেক্ষ হায়বদি কনা অমত্তবু অপেক্ষা তৌদে, মরম অসিনা স্বতন্ত্র নত্রগা স্বাধীন কৌই।

২। কর্ত্তরি প্রথমা—কর্ত্তৃবাচ্যগী কর্ত্তাদা প্রথমা ওই। মদুদি—শিশুঃ ক্রীড়তি, ভৃত্যঃ সেবতে। মফম অসিদা শিশুঃ অমসুং ভৃত্যঃ-না করিগুম্বা কারক অমত্তবু অপেক্ষা তৌদে অদুনা মসি স্বতন্ত্রনি।

## করণ কারক

১। সাধকতমং করণম্— ক্রিয়াসিদ্ধৌ প্রকৃষ্টোপকারকং করণসংজ্ঞং স্যাৎ—থবক পাংখোক্নবগী মরীদা মহাক অদুনা পুম্নমক্কী মরু ওইবা উপায় ওইবা মহাক অদুবু করণ কারক কৌই। খুদম—চক্ষুষা পশ্যতি—মীৎনা মতেং ওইদুনা উই; উবগী মরীদা পুম্নমক্কী মরু ওইবা উপায় চক্ষুনি; অদুনা চক্ষু করণ কারকনি। কর্ণেন শৃণোতি—কর্ণেন করণ কারকনি। হস্তেন গৃহ্নাতি—হস্তেন করণ-নি। রসনয়া স্বাদয়তি—লৈ-না মতেং ওইদুনা মহাও তংই; রসনয়া করণ কারকনি।

২। কর্ত্তৃকরণয়োস্তৃতীয়া—অনুক্ত (উক্ত তৌদবা) কর্ত্তাদা অমসুং করণ করকতা তৃতীয়া বিভক্তি ওই। মদুদি—রামেণ বাণেন হতো বালী—রামনা তেন্না মতেং ওইদুনা বালীবু হাৎখি। (রামেণ অনুক্ত কর্ত্তরি তৃতীয়া অমসুং বাণেন, করণে তৃতীয়া)।

৩। প্রকৃত্যাদিভ্য উপসংখ্যানম্—তৃতীয়াগী নিয়ম তাকপদা প্রকৃতি-নচিংবা শব্দগীসু শিংথাগদবনি। হায়বদি, প্রকৃতি-নচিংবা শব্দগী মথাদা তৃতীয়া ওই। খুদম—প্রকৃত্যা চারুঃ—মহৌশানা ফজবনি। প্রায়—প্রায়েণ যাজ্ঞিকঃ—চাউরাক্না যজ্ঞ কর্ত্তা ওাক্তনি। গোত্রেণ গার্গ্যঃ—গোত্রনা মরম ওইদুনা গার্গ্য ওইবনি। সম—সমেনৈতি—চপ মান্নমা লৈ। বিষম—বিষমেণৈতি—চপমান্নদবা মওংদা লৈ। দ্বিদ্রোণেন ধান্যম্ ক্রীণাতি—দ্রোণ অনিখক যৌ বাম্নি। সুখেন দুঃখেন বা যাতি। অসিনচিংবা।

৪। দিবঃ কর্ম্ম চ—মহাক অদুনা দিব্ ধাতুগী সাধকতম ওইবা হায়বদি করণ ওইবা, মহাক অদুগী বিকল্প ওইনা কর্ম্ম সংজ্ঞা ওই। খুদম—অক্ষৈরক্ষান্ বা দীব্যতি। চৌবরনা মতেং ওইদুনা শান্নে।

৫। (১)* **অপবর্গে তৃতীয়া**—অপবর্গ (ফল প্রাপ্তি) ফল ফংবা খংবদা অত্যন্তসংযোগ নত্রগা ব্যাপ্তি (শিনবা থুংবা) অর্থদা পথবাচক (লম্বী খংনবা) অমসুং কালবাচক (মতম খংনবা) শব্দগী মখাদা তৃতীয়া বিভক্তি ওই। অহ্না পুস্তকং পঠিতম্—নোংমা চুপ্পা লাইরিক পাই। ক্রোশেন অনুবাকোঽধীতঃ—ক্রোশ অমা চৎনা চৎনা অনুবাক (বেদ শাখা অমা) তম্লমী। ফল ফংলবদসু থবক লোইদবা খংনবদা শিনবা থুংবা অর্থদা মতম অমসুং লম্বীগী অর্থ ওইবা শব্দগী দ্বিতীয়া বিভক্তি ওইগনি। খুদম—ক্রোশং গিরি স্থিতঃ, মাসম্ ব্যাকরণম্ অধীতম্ (মখক্তা য়েংউ)।

৬। **সহযুক্তেঽপ্রধানে**—সহ শব্দগা লেংমিন্নরবদা অপ্রধান ওইবা শব্দগী মখাদা তৃতীয়া ওই। পিতা পুত্রেণ সহ গচ্ছতি; সহার্থ—সাকং, সার্দ্ধং, সমং অসিনচিংবা। সহ শব্দগা লেংমিন্নদ্রবসু সহার্থদা তৃতীয়া ওই। বৃদ্ধো যূনা আগতঃ (যূনা সহ ইত্যর্থঃ)। অপ্রধানগী মখাদা তৃতীয়া ওইগনি হায়রুরিবা করিগীনো? হায়রবদা য়েংউ—শিষ্যেণ সহ উপাধ্যায়স্য গৌঃ যাতি (শিষ্যগা লোয়ননা ওঝাগী ষণ চৎলি)। ষণদা চৎপগী মরু ওইবা মতৌদু লৈরবদা শিষ্য অসি অপ্রধান ওইরে। পুত্রঃ পিত্রা সহ পাঠশালাং যাতি হায়বসিদা পাঠশালা চৎপগী বিষয়দা পুত্রনা প্রধান ওই, মরমদি পুত্রনা পাঠশালাদা তম্মী, পিতাগী থবক নত্তে, অদুনা পিত্রা অপ্রধানদা তৃতীয়া ওইবনি।

৭। **যেনাঙ্গবিকারঃ**—অদুগুম্বা অঙ্গ (হকচাংগী শরুক) অদুনা মশক কায়দুনা মশক হোংইবা অদুগুম্বা অঙ্গ অদুগী মখাদা তৃতীয়া ওই। খুদম—অক্ষ্ণা কাণঃ, পাদেন খঞ্জঃ, মুখেন ত্রিলোচনঃ, বপুষা চতুর্ভুজঃ।

৮। **ইত্থম্ভূত লক্ষণে**—অদুগুম্বা লক্ষণ হায়বদি চিহ্ননা মরম ওইদুনা করিগুম্বা পোৎ অমগী অবস্থা (ফিবম) তাকপা অদুগুম্বা খুদম খংহনবা শব্দগী মখাদা তৃতীয়া ওই। মদুদি—জটাভিস্তাপসঃ—জটানা মরম ওইদুনা তাপস-নি হায়বা খংই। কমণ্ডলুনা ছাত্রমদ্রাক্ষম্—কমণ্ডলুনা মরম ওইদুনা ছাত্রবু উই।

৯। **সংজ্ঞোঽন্যতরস্যাং কর্ম্মণি**—সং-না মথক থংবা জ্ঞা ধাতুগী কর্ম্মদা বিকল্প ওইনা তৃতীয়া বিভক্তি ওই। খুদম—পিত্রা, পিতরং বা সংজানীতে (ইপাবু খংই)।

১০। **হেতৌ**—হেতুগী অর্থদা তৃতীয়া ওই। খুদম—বিদ্যয়া যশঃ, ধনেন কুলম্; কন্যয়া শোকঃ—কন্যাগী মরমনা ৱাই।

১১। (ক) **ফলমপীহ হেতুঃ**—ফল অসিসু হেতুনি হায়না খংনগনি। অধ্যয়নেন বসতি—গুরুগী য়ুমদা লৈবগী ফল লাইরিক তম্বনি। অধ্যয়ন হায়বা ফল অসি ফংননবগী মরমগীদমক গুরুগী য়ুমদা লৈবনি। অসিগুম্না ধনেন বসতি, বাণিজ্যেন কাশ্মীরং প্রতি চলিতঃ।

১২। **অশিষ্টব্যবহারে দাণ প্রয়োগে চতুর্থ্যর্থে তৃতীয়া**—অশিষ্ট (ফজদবা) লমচৎতা দা ধাতুগী প্রয়োগতা চতুর্থীগী অর্থদা তৃতীয়া ওই। মদুদি—দাস্যা সংযচ্ছতে মালাম্—মীনাইদা মালা (লৈপরেং) পি। অদু নত্রবদি—ভার্য্যায়ৈ মালাং সংযচ্ছতি।

## নৈনবা

**খুদম উদুগা তাকপা**—রামেণ বাণেন হতো বালী—রামনা বালীবু তেন-না মতেং ওইদুনা হাৎখি। পুত্রেন সহাগতঃ পিতা—মপানা মচাগা লোয়ননা লাকই। বৃদ্ধো যুনা

(১)* অপবর্গে ফলপ্রাপ্তৌ সত্যাং ক্রিয়াপরিসমাপ্তিঃ—কাশিকা।

বিবদতে —হনুবনা পাখংগা লোয়ননা খৎনৈ। দ্বাদশবর্ষৈঃ ব্যাকরণং শ্রূয়তে —চহি তরানিথোইহ্ চুপ্না ব্যাকরণ তাই। ক্রোশেন কবিতা তেসাভক্তা—ক্রোশ অমা শাংনা মহাকনা কবিতা ঔরাই। ছাত্রোঽধ্যয়নেন বসতি—ছাত্রনা লাইরিক তম্নবগী মরমগীদমক লৈ। পুণ্যেন দৃষ্টো হরিঃ— পুণ্যনা হেতু ওইদুনা হরিবু উখি। কোঽর্থঃ পুত্রেণ জাতেন যো ন বিদ্বান্ ন ধার্ম্মিকঃ—বিদ্বান্সু ওইদবা অমসুং ধর্ম্মসু লৈতবা মচাক অদু পোকপনা করি কান্নগনি ? অনেন প্রাগল্ভ্যেন লজ্জে—অসিগুম্বা অশাওবা মওং অসিনা ঈকাইহ্রে। যদি তে সেবকেন প্রয়োজনম্—করিগুম্বা নংগী সেবক ওইবনা কান্নরবদি। পণ্ডিতেন সার্দ্ধং বিরোধঃ—পণ্ডিতশিংগা লোয়ননা য়েংখিনবা। আস্স্ব সাকং ময়া সৌধে—ফম্ফম অমত্তুদা ঐগা লোয়ননা ফম্মীন্নসি। অক্ষ্ণা কাণঃ— মমীৎ নাম তাংবা। অলমতিবিস্তরেণ—শাংখরুবগী থোইনা কান্নদে। গোত্রেণ শাণ্ডিল্যঃ—শাণ্ডিল্য গোত্রনি। কন্যয়া শোকঃ —মচানুপীনা মরম ওইদুনা বাহি। প্রকৃত্যা মধুরং গবাং পয়ঃ—ষণগী মখোম মশানা থুমই। প্রায়েণ পঠিতঃ—চাউরাক্না পারম্মী। ধর্ম্মেণ হীনাঃ পশুভিঃ সমানাঃ— ধর্ম্ম লৈতবশিং শাগা মান্নে।

**মথাগী অসি মণিপুরীদা অনুবাদ তৌঃ**—অলং বিবাদেন, কিং বহুনা, অচিরেণৈব কালেন ত্বাং গৃহং নয়ামি। কিং তয়া ক্রিয়তে খেদ্বা। সর্ব্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে, মুখেন সালক্ষ্যত লোধ্রপাণ্ডুনা। বিষ্ণুনা সদৃশো বীর্য্যে, ক্ষময়া পৃথিবীসমঃ। রত্নং সমাগচ্ছতু কাঞ্চনেন। তানি বাহুল্যেন মে ভোজনং ভবিষ্যন্তি। এতাবৎ কালেন কীদৃশৌ এব কুশীলবৌ ভবতঃ। ত্বয়া সহ বিহরিষ্যামি বনে। কুবেরেণ সমস্ত্যাগে, স্বরেণ রামভদ্রমনুহরতি, পিতুরাজ্ঞাং মূর্দ্ধ্যাদায়, অন্নেন বসতি বিপ্রঃ, গুরৌ ভক্ত্যা প্রিতোঽস্মি তে, অনেন সদৃশো লোকে ন ভূতো ন ভবিষ্যতি। লোচনাভ্যাং বিহীনস্য দর্পণঃ কিং করিষ্যতি ? প্রাণপরিত্যাগেনাপি রক্ষনীয়াঃ সুহৃদঃ। ত্রিভির্মাসৈস্ত্রিভির্দিনৈঃ অত্যুৎকটৈঃ পাপপুণ্যৈরিহৈব ফলমশ্নুতে। পাদেন খঞ্জো ভৃত্যঃ। সুখেন স্বপিতি শিশুঃ। তত্র মৃগকাকৌ অতিস্নেহেন বসতঃ। কৃষ্ণেন মুষ্ট্যা হতঃ কংসঃ।

**অরানবা চুমথোক্উঃ**— ঘৃতং যুক্তমন্নং পুষ্টিকরম্। কৃষকঃ দাত্রে ধান্যং লুনাতি। নবা নেত্রেষু পশ্যন্তি। ত্বম্ বয়সি মত্তঃ অবরঃ। মম সহ বন্ধুতাং কুরু। কলহায় কিম্ ? স্বর্ণে তস্য প্রয়োজনং ন। ধৃতরাষ্ট্রঃ নয়নয়োঃ অন্ধঃ আসীৎ। গোদাবরী বেগাৎ বহতি। বশিষ্ঠঃ জাতৌ ব্রাহ্মণঃ আসীৎ। বিলম্বে অলম্। ত্রিষু দিনেষু ত্বম্ স্বকর্ম্মণঃ ফলম্ প্রাপ্স্যসি। দ্বৌ বন্ধূ অতিশয়স্নেহে বসতঃ। শীতে বৃদ্ধো কম্পতে। জ্ঞানং বিহীণঃ পশোঃ সমানঃ। ছাত্রাণাং সহ শিক্ষকো যাতি। বিশ্বামিত্রঃ জাতৌ ক্ষত্রিয়ঃ। অহং সংবৎসরে ব্যাকরণম্ শিক্ষিতবান্। বাহুল্যায় কৃতম্।

## সম্প্রদান কারক

১। **কর্ম্মণা যমভিপ্রৈতি স সম্প্রদানম্**—দানস্য কর্ম্মণা যমভিপ্রৈতি স সম্প্রদান-সংজ্ঞঃ স্যাৎ।

দা ধাতুগী কর্ম্ম হায়বদি পিখিবা পোৎ অদুগা লোয়ননা মহাক্কা অম্বয় তৌবগী অভিপ্রায় লৈবা মহাক অদুবু সম্প্রদান কৌই। উপাধ্যায়ায় গাং দদাতি—গুরুদা ষণ দান তৌই। মাণবকায় ভিক্ষাং দদাতি—নুপামচাদা ভিক্ষা হাপ্পি।

(সূত্রদা " কর্ম্মণা" হায়বা অমা য়াওরি মসিনা ধাতু পুম্নমক্কী কর্ম্ম নত্তে, সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই হায়দুনা (সম্+প্র) দা ধাতুগী কর্ম্মদবু খংহল্লি)।

২। **চতুর্থী সম্প্রদানে**—বিপ্রায় গাং দদাতি।

৩। **ক্রিয়য়া যমভিপ্রৈতি সোঽপি সম্প্রদানম্**— ক্রিয়াগ মতেং ওইদুনা মহাক অদুবু তিন্নবগী অপাম্বদু লৈবা মহাক অদুসু সম্প্রদাননি। (মসিবু ক্রিয়া যোগে চতুর্থীসু কৌহ) পত্যে শেতে—মপুরোইবা তুম্নবগীদমক তুম্মী। শিশবে চন্দ্রং দর্শয়তি+অঙাংবু থা য়েংহল্লি। হায়বদি অঙাংগী অপাম্বা কোক্লবগীদমক।

৪। **যজেঃ কর্মণঃ করণসংজ্ঞা সম্প্রদানস্য চ কর্মসংজ্ঞা**—যজ্ ধাতুগী কর্ম অদু করণ সংজ্ঞা ওই, অদুগা সম্প্রদানগীনা কর্ম সংজ্ঞা ওই। মদুদি—পশুনা রুদ্রং যজতে—পশু (য়াও) দান তৌদুনা রুদ্রবু পূজা তৌই। পশুং রুদ্রায় দদাতি ইত্যর্থঃ। যজ্ ধাতুগী কর্মনা "পশুং" হায়গদবা অসিবু পশুনা হায়দুনা করণ ওইরে, অদুগা রুদ্রায় হায়দুনা সম্প্রদান ওইগদবা অসিনা রুদ্রম্ হায়দুনা কর্ম ওইরে।

৫। **রুচ্যর্থানাং প্রীয়মাণঃ**—রুচ্যর্থ ধাতুগা লেংমিন্নরবদা প্রীয়মাণ হায়বদি মহাক অদুবু পেলহল্লিবা মহাক অদুগী সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই। খুদম—হরয়ে রোচতে ভক্তিঃ—হরিনা ভক্তি পাম্মই। প্রীয়মাণ (ব্যক্তি) হায়রুরিবা করিগীনো। দেবদত্তায় রোচতে মোদকঃ পথি— লম্বীদা দেবদত্তনা কবোক পাম্মই। পথি সপ্তমীনি। প্রীয়মাণ ব্যক্তি (পাম্রিবা মীশক) ওইবা দেবদত্তায়-দা চতুর্থী ওইরে।

৬। **শ্লাঘহ্নুঙ্স্থাশপাং জ্ঞীপ্স্যমানঃ**— শ্লাঘ, হ্নু, স্থা অমসুং শপ্ ধাতুগী প্রয়োগ-তা জ্ঞীপ্স্যমানগী (খংগে হায়না নীংবা মহাকতুগী) সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই। মদুদি— গোপী স্মরাৎ কৃষ্ণায় শ্লাঘতে—নিংশিংনগে হায়দুনা গোপীনা কৃষ্ণবু থাগৎলি। কৃষ্ণায় হ্নুতে —কৃষ্ণগীদমক্তা য়েংই। কৃষ্ণায় তিষ্ঠতে—কৃষ্ণগীদমক্তা ঙাইদুনা লৈ। কৃষ্ণায় শপতে—কৃষ্ণদা শাপ তৌই।

৭। **ধারেরুত্তমর্ণঃ**—ধারি ধাতু শিজিন্নরবদা উত্তমর্ণগী (মহাজনগী নত্রগা ঋণদাতাগী) সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই। ভক্তায় ধারয়তি মোক্ষং হরিঃ —হরিনা ভক্তগীদমক্তা মুক্তি থম্মী। মহ্যং শতং ধারয়সি—ঐগীদমক্তা লুপা চামা থম্মীরি।

৮। **স্পৃহেরীপ্সিতঃ**—স্পৃহ্ ধাতু শিজিন্নরবদা ঈপ্সিত (অপাম্বা) বস্তুগী মফম্দা সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই। মদুদি—পুষ্পেভ্যঃ স্পৃহয়তি। (শাকটায়ন মতে বিকল্পে—শাকটায়নগী মত-দা বিকল্প ওই। মদুদি—"স্পৃহে বা" ধর্মায় স্পৃহয়তি, ধর্মং স্পৃহয়তি বা)।

৯। **ক্রুধদ্রুহের্ষ্যাসূয়ার্থানাং যং প্রতি কোপঃ**— ক্রুধ্, দ্রুহ্, ঈর্ষ্, অসূয়াগী অর্থ ওইবা ধাতুগী প্রয়োগতা মহাক অদুগী মফমদা শাওবা মহাক অদুগী সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই। মদুদি— হরয়ে ক্রুধ্যতি, দ্রুহ্যতি, ঈর্ষ্যতি, অসূয়তি।

ক্রোধ—অমর্ষ (খাংবা ঙমদবা), দ্রোহ অপকার (মাংনবা তৌবা), ঈর্ষা—অক্ষমা (ঙাকপি হৈতবা), অসূয়া —গুণে দোষারোপণ (গুণদা দোষ হাপচিনবা); অসুয়া ধাতু কয়ামুক অসি শিজিন্নরগা শাওবা খংনবদা সম্প্রদান ওই। অশাওবা খংনদবদদি —ভার্য্যামীর্ষ্যতি (নুপীবু খন্নলি)—হায়বদি কনাগুম্বী নুপী অমত্তবু য়েংলোই হায়না নিংই। মসিদা ওইদ্রে।

১০। **ক্রুধদ্রুহোরুপসৃষ্টয়োঃ কর্ম**—ক্রুধ্ অমসুং দ্রুহ্ ধাতুগী মথক্তা উপসর্গ লৈরবদা মহাক্কী মথক্তা শাওরবা মহাক অদুগী কর্ম সংজ্ঞা ওই। মদুদি—ক্রূরমভিক্রুধ্যতি, অভিদ্রুহ্যতি (ফত্তবা মীগী মথক্তা শাওই অমদি য়েক্লবগী রাখল থল্লি)। উপসর্গ-না মথক্তা লৈত্রবদি ওইদে। মদুদি—দেবদত্তায় ক্রুধ্যতি।

১১। **রাধীক্ষোর্যস্য বিপ্রশ্নঃ**— রাধ্ অমসুং ঈক্ষ্ ধাতুগী প্রয়োগতা মহাক অদুগী মরিদা মখল মখা অয়াম্বা অক-যত্ত ব্রাহং কয়া ওইবা, মহাক অদুগী সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই। খুদম— কৃষ্ণায় রাধ্যতি ঈক্ষতে বা গর্গঃ—গর্গ (মুনি)না কৃষ্ণগী অক-যত্ত ব্রাহং কয়া নৈনৈ।

১২। **প্রত্যাঙ্ভ্যাং শ্রুবঃ পূর্বস্য কর্ত্তা**—প্রতি অমসুং আঙ্না মথক থংবা শ্রু ধাতুগী প্রয়োগতা পূর্ব প্রবর্ত্তক (মহাক অদুনা ইহান হায়া প্রার্থনা তৌখিবা মহাকতুগী) সম্প্রদান সংজ্ঞা কৌই। খুদম—বিপ্রায় গাং প্রতিশৃণোতি, আশৃণোতি (ব্রাহ্মণ অদুদা ষণ দান তৌগে হায়না বাশকই); ব্রাহ্মণ-না অহানবদা ষণ অদু নিরবদা ষণ পিগে হায়না বাশকই। মরম অসিনা পূর্বপ্রবর্ত্তক ওইবা বিপ্রায় হায়বসিদা চতুর্থী ওইরে।

১৩। **অনুপ্রতিগৃণশ্চ**— অনু অমসুং প্রতি-না মথক থংবা গৃ ধাতুগী প্রয়োগতা মথঙ্গী অসিগুম্বা পূর্বপ্রবর্ত্তক অদু সম্প্রদান সংজ্ঞা কৌই। মদুদি—হোত্রে অনুগৃণাতি, প্রতিগৃণাতি—হোম তৌরিবা মীবু খৌনা পি। হোতা (পুরোহিত) না অহানবদা হায়রবদা যজমান অদুনা মঙোন্দা খৌনা পি।

১৪। **পরিক্রয়ণে সম্প্রদানমন্যতরস্যাম্**— তান্নিবা মতম অদুগীদমক ভাড়া তৌবগী অর্থদা অথোইবা মতেং ওইবা অদুগুম্বা করণ কারক অদুগী বিকল্প ওইনা সম্প্রদান সংজ্ঞা ওই। খুদম—শতায় পরিক্রীতঃ, শতেন পরিক্রীতঃ বা। উংলিবা মতম অদু ফাওবগীদমক লুপা চামা ভাড়া তৌরম্মী।

## উপপদ বিভক্তি

১। **তাদর্থ্যে চতুর্থী বাচ্যা**— তাদর্থ্য খংবদা হায়বদি—''মহাক্কীদমক'' হায়বা অর্থ খংবদা মঙোন্দা চতুর্থী বিভক্তি ওই। মুক্তয়ে হরিং ভজতি (মুক্তিগীদমক হরি নিংই)।

২। **কৃপি সম্পদ্যমানে চ**—কৃপি ধাতুগী প্রয়োগতা সম্পদ্যমান (পাংথোকন্দবা খংনবা শব্দ) গী মখাদা চতুর্থী বিভক্তি ওই। খুদম— ভক্তির্জ্ঞানায় কল্পতে, ধর্ম্মঃ স্বর্গায় ভবতি।

৩। **উৎপাতেন জ্ঞাপিতে চ**—উৎপাত (খুদোং থীবা ফোংদোকপা) না মরম ওইদুনা খংহল্লিবা মহাক অদুগী মখাদা চতুর্থী বিভক্তি ওই। খুদম—বাতায় কপিলা বিদ্যুৎ— য়োংমচুগী নোংথাং কুপ্পবদি নোং-নুংশিৎ তৌগনি হায়বা খংহল্লি।

বাতায় কপিলা বিদ্যুৎ সাতপায়াতিলোহিনী।
পীতা বর্ষায় বিজ্ঞেয়া, দুর্ভিক্ষায় সিতা ভবেৎ॥

নুংশিৎ শিৎনবগীদমক য়োং মচুগী নোংথাং কুপ্পি অদুগা নুংশা য়াম্না শাননবগীদমক্তনা য়াম্না ঙাংবা মচুগী নোংথাং কুপ্পা অদুগা নাপু মচুনা নোং চুননবগীদমক্তনি হায়না , অদুগা অমনা চাক-তাংননবগীদমক্তদি অঙৌবা মচুগী নোংথাং কুপ্পি হায়বসি খংগদবনি।

৪। **হিতযোগে চ**—হিত শব্দগা লেংমিন্নরবদা চতুর্থী বিভক্তি ওই। খুদম—ব্রাহ্মণায় হিতম্। পুত্রায় হিতম্।

৫। **ক্রিয়ার্থোপপদস্য চ কর্ম্মণি স্থানিনঃ**— অপ্রযুজ্যমান (শিজিন্নদবা) ক্রিয়াবাচক (ক্রিয়া খংনবা শব্দদুনা ) উপপদগী (তুমন্তগী) কর্ম্ম ওইরবদা চতুর্থী ওই। খুদম— ফলেভ্যঃ যাতি—ফলানি আহর্ত্তুম্ ইত্যর্থঃ। মফম অসিদা অপ্রযুজ্যমান (উহ্য) তুম্ প্রত্যয়না মমৈথংবা আহর্ত্তুম্ হায়বসিগী কর্ম্ম ওইবা ফলেভ্যঃ হায়বসিদা চতুর্থী

।। অসিগুম্না মশকায় ধূমঃ—মশকং নিবারয়িতুম্ ইত্যর্থঃ, নৃসিংহায় নমস্কুর্মঃ—নৃসিংহম্ অনুকূলয়িতুম্ ইত্যর্থঃ। পিপাসায়ৈ জলম্—পিপাসাং নিবারয়িতুম্।

৬। **তুমর্থাচ্চ ভাববচনাৎ**— তুমর্থদা তৌবা ভাববাচ্য (অল্, ঘঞ্, অনট্) প্রত্যয়ান্ত শব্দগী মখাদা চতুর্থী ওই। খুদম—যাগায় যাতি—যষ্টুমিত্যর্থঃ যাগায়-গী অর্থদি যাগ তৌননবগীদমক হায়বনি অদু ওইরবদি তুমর্থনা তিনবা হায়বদু ওইরে অদুগা যাগ অসিনা ভাববাচ্যদা তৌবা যজ্ + ভাবে ঘঞ্ প্রত্যয়নি।

৭। **নমঃস্বস্তিস্বাহাস্বধালংবষড্ যোগাচ্চ**—নমস্, স্বস্তি, স্বাহা, স্বধা, অলম্, বষট্ হায়বা শব্দশিং অসিগা লেংমিন্নরবদা চতুর্থী বিভক্তি ওইগনি। মদুদি—হরয়ে নমঃ, প্রজাভ্যঃ স্বস্তি, অগ্নয়ে স্বাহা, পিতৃভ্যঃ স্বধা, দৈত্যেভ্যঃ হরিরলম্ ইন্দ্রায় বষট্। (প্রভুঃ সমর্থঃ শক্তঃ ইত্যাদি) প্রভু-নচিংবগা লেংমিন্নরবদি ষষ্ঠী বিভক্তিসু ওই।

৮। **মন্যকর্মণ্যনাদরে বিভাষাপ্রাণিষু**—থৌশাদবা খংবদা মন্ ধাতুগী কর্ম্মদা বিকল্প ওইনা চতুর্থী ওই; প্রাণী-বাচক (মথবাই পানবা খংবা) শব্দনা কর্ম্ম ওইরবদি ওইরোই। খুদম—ন ত্বাং তৃণং মন্যে তৃণায় বা। নৌকা, কাক, অন্ন, শুক, শৃগাল শব্দনা কর্ম্ম ওইরবদদি চতুর্থী ওইরোই। প্রাণী ওইরবসু শ্বন্ শব্দগীদি চতুর্থী ওই। খুদম—ন ত্বাং শুনে মন্যে।

৯। **গত্যর্থকর্ম্মণি দ্বিতীয়া চতুর্থ্যৌ চেষ্টায়ামনধ্বনি**—গত্যর্থ ওইবা ধাতুগী কর্ম্মদা চেষ্টা (থৌরাং) খংনবদা দ্বিতীয়া নত্রগা চতুর্থী ওই। পথবাচক (লম্বী খংনবা) শব্দনা কর্ম্ম ওইরবদদি চতুর্থী ওইরোই। মদুদি—গ্রামং গ্রামায় বা গচ্ছতি। ব্রজায় ব্রজতি শ্রীশো ব্রজং ব্রজতি মাধবঃ। চৎপগী থৌরাং খংদ্রবদি ওইরোই। মনসা মথুরাং গচ্ছতি। পথ বাচক শব্দগীদি চতুর্থী ওইরোই। পন্থানং গচ্ছতি। লম্বী চৎপগী অর্থদা চতুর্থী ওইররোই, তৌইগুম্বসুং অপথ (ফত্তবা লম্বী) না মরম ওইদুনা অফবা লম্বী চৎপা অর্থদা চতুর্থী ওইগনি। মদুদি— উৎপথেন পথে গচ্ছতি।

## নৈনবা

**খুদম উত্নুনা নৈনবা**—সর্ব্বস্বং গুরবে দদ্যাৎ—লৈজবা পুম্নমক গুরুদা দান তৌগনি। ব্রাহ্মণেভ্যো ধনং দেহি—ব্রাহ্মণশিংদা লন দান তৌ। যজ্ঞদত্তায় স্বদতে অপূপঃ—যজ্ঞদত্তনা তল পামই। যম্মহারাজায় রোচতে—মদু মহারাজনা পামই। বৃক্ষসেচনে দ্বে ধারয়সি মে—উদা ঈশিং খিকপদা ঐগীদমক্তা অনি থাকপিরি। হরয়ে ক্রুধ্যতি (দ্রুহ্যতি ঈর্ষ্যতি অসূয়তি) গোপী—গোপীনা হরিবু শাওই। প্রতিশুশ্রাব কাকুৎস্থস্তেভ্যো বিঘ্নপ্রতিক্রিয়াম্—কাকুৎস্থনা মখোয়গী খুদোংথীবা পিবা মাংহন্ননবগীদমক বাশকখি। শতায় পরিক্রীতঃ—লুপা চামনা পোৎ লৈখি। যবেভ্যঃ স্পৃহয়তি দীনঃ—অতোনবা মীনা যব-শিং অদুবু থৌরাংই । ব্রাহ্মণায় হিতং (সুখম্)—ব্রাহ্মণগী কানবা। দৈত্যেভ্যো হরিরলম্—দৈত্যশিংবু হরিনা ঙম্মী। প্রভবতি মল্লো মল্লায়—মল্ল অমনা মল্ল অমবু ঙম্মী। নমস্তৎকর্ম্মভ্যো বিধিরপি ন যেভ্যঃ প্রভবতি—বিধি ফাওবনসু মহাক অদুবু ঙমদবা অদুগুম্বা কর্ম্ম অদুবু খুরুমজরি। অলমেষা ধেনুঃ ক্ষুধিতস্য মে তৃপ্ত্যে—লাব্রবা ঐগী পেম্নবগীদমক অসিগুম্বা ষণবী অসিনা ঙম্মী। স্বাগতং মহারাজায়—মহারাজবু তরাম্না কৌশিঞ্জরি। ভবতে কুশলম্—অদোম মঙ্গল ওইরিদনা। হরিমপ্যমংস্ত তৃণায়—হরি ফাওবসু নাপীগুম খল্লি। পিতা পুত্রায় ক্রুধ্যতি—মপানা মচাবু শাওই। সতাং বিদ্যা বিনয়ায় জায়তে—সাধুশিংগী মহৈনা নোল্লুক্নবগীদমক ওই।

**অৱানবা চৎনবোনাবাঃ**— বালকান্ তিক্তং ন রোচতে। প্রজাসু স্বস্তি। দরিদ্রাঃ ধনেষু স্পৃহয়ন্তি। শিক্ষকঃ ময়ি ক্রুধ্যতি। দরিদ্রান্ ধনং দেহি। পিতা পুত্রে কথয়তি। পিতরি শ্রদ্ধা। ধার্ম্মিকাঃ মনসা স্বর্গায় গচ্ছন্তি। প্রভুর্ভৃত্যে ক্রুধ্যতি। বালকঃ পথে গচ্ছতি। অহং ত্বাং প্রহারং দাস্যামি। নাহং ত্বাম্ শৃগালায় মন্যে। দেবাঃ দানবান্ অসূয়ন্তি। দশরথঃ কৈকেয়ীং দ্বৌ বরৌ দত্তবান্। রাজা যাচকে শতং প্রতিশৃণোতি। ধনেষু স্পৃহয়তি রাজা। ইদং ময়ি ন স্বদতে। অসুরাঃ দেবান্ দ্রুহ্যন্তি। পিতা পুত্রে চন্দ্রং দর্শয়তি। বিদ্যা বিনয়ে ভবতি। স মাং শতং ধারয়তি। আতপাৎ ছত্রং গ্রহীতব্যম্।

**মথাদা পিরিবা অসিদগী চতুর্থী ওইবগী মরম তাকই**—নারায়ণায় পুষ্পমুৎসৃজামি, ব্রাহ্মণায় গাং দদামি, মহ্যং ন স্বদতে অপূপঃ, ভবদ্ভ্যাম্ তু যদ্রোচতে তৎ ক্রিয়তাম্, তুভ্যং শতং ধারয়ামি, ভোগেভ্যঃ স্পৃহা, স্পৃহয়ামি খলু দুর্ললিতায় অস্মৈ। কথং জামাত্রে কুপ্যসি ? প্রতিশ্রুতং রাজা তস্যৈ তদা বরয়োর্দ্বয়োর্দানম্। হরয়ে রোচতে ভক্তিঃ। শত্রবে ক্রুধ্যতি (দ্রুহ্যতি ঈর্ষ্যতি অসূয়তি)।

**অনুবাদঃ**— উপাধ্যায়ায় গাং দদাতি—ওঝাদা ষণ দান তৌই। মুক্তয়ে হরিং ভজতি সংসার থাদোক্নবগীদমক হরিবু নিংই। বিধিরপি ন যেভ্যঃ প্রভবতি—বিধি ফাওবনসু মখোয়বু ঙমদ্রবনি। রামমপ্যমংসত তৃণায়—রাম ফাওববুসু নাপীগুম্না খনখ্রে। সমিদাহরণায় প্রস্থিতা বয়ম্—শীং থিরুনবগীদমক ঐখোয় চৎলম্মী। উপদেশো হি মূর্খাণাং প্রকোপায় ন শান্তয়ে—অপংবদা পাউতাক পিবা শাওনবা ওই, তপথনবা নত্তে।

**চতুর্থী ওইবগী মরম তাকই**—নমো বিশ্বসৃজে তুভ্যম্, স্বস্তি ভবতে, ব্রাহ্মণায় হিতং, বনায় গাং মুমোচ, যত্রান্তে বিষসংসর্গোঽমৃতং তদপি মৃত্যবে, সাধোঃ শিক্ষা গুণায় সম্পদ্যতে নাসাধোঃ; দুদোহ গাং স যজ্ঞায়, শস্যায় মঘবা দিবম্; কাব্যং যশসে; মাণবকায় ভিক্ষাং দদাতি, দেবদত্তায় কুশলং, প্রজাভ্যঃ স্বস্তি; নির্ব্বাণায় তরুচ্ছায়া তপ্তস্য হি বিশেষতঃ, গ্রামায় গচ্ছতি, রাবণমপি তৃণায়ামন্যত বানরঃ।

## অপাদান কারক

১। **ধ্রুবমপায়েঽপাদানম্**—অপায়-বিশ্লেষ (থাইদোকপা) থবক থংনবদা থাইদোকফম (হৌফম)ওইবা মহাক অদুবু অপাদান কারক কৌই।

২। **অপাদানে পঞ্চমী**—অপাদানদা পঞ্চমী বিভক্তি ওই। খুদম—গ্রামাদায়াতি। গ্রাম অসি ধ্রুবনি, হায়বদি হৌফমনি, অদুনা গ্রাম অসি অপাদান ওইরে, ''ধাবতোঽশ্বাৎ পততি'' হায়বসিদা অশ্বাৎ অসি হৌফম ওইবা মরম্না অপাদান ওইরে। হৌফম ওইরিবা অদুনা কারক নত্রবদি অপাদান ওইরোই। বৃক্ষস্য পর্ণং পততি। হায়বসিদা বৃক্ষস্য হায়বসি কারক নত্তে, বৃক্ষস্য সম্বন্ধে বা শেষে ষষ্ঠী ওইবনি।

৩। **জুগুপ্সা-বিরাম-প্রমাদার্থানামুপসংখ্যানম্**—জুগুপ্সা (অবজ্ঞা—তুক্কচ্চবা) বিরাম (পোথাবা—হন্দোকপা), প্রমাদ (থৌশাদবা) অর্থ ওইবা ধাতুগী কর্ম্ম অদুমক অপাদান ওই। খুদম—পাপাৎ জুগুপ্সতে (পাপ-বু তুক্কচ্চে)। পাপাৎ বিরমতি (পাপতগী হন্দোকই)। ধর্ম্মাৎ প্রমাদ্যতি (ধর্ম্মদগী নাহ্রকই) হায়বদি ধর্ম্মবু থৌশাদে।

৪। **ভীত্রার্থানাং ভয়হেতুঃ**—ভয়ার্থ (কিবা অর্থ) অমদি (খুদোং থীবদগী) ত্রাণার্থ (কন্নবা অর্থ) ওইবা ধাতু শিজিন্নরবদা কিবগী কারণ (মরম) ওইবা অদুদা অপাদান ওই। খুদম—চৌরাৎ বিভেতি, আতপাৎ ত্রায়তে, চৌরাৎ রক্ষতি। ভয় হেতু হায়বদি করিনো?। হায়বদা য়েংউ অরণ্যে বিভেতি (বনদা কি)। অরণ্যে ত্রায়তে (বনদা ঙাকপি, কন্নবি)। মফমসিদা অরণ্যে হায়বসিদা অপাদান ওইদ্রে।

৫। **পরাজেরসোঢ়ঃ**—পরা পূর্ব্বক জি ধাতু শিজিন্নরবদা অসহ্য (খাংবা ঙমদবা) গী বিষয়দা অপাদান ওই। মদুদি—অধ্যয়নাৎ পরাজয়তে (লাইরিক তম্বা খাংবা ঙমদে)। অধ্যয়ন অসি অসহ্য বিষয়নি, মরম অসিদগী অপাদান ওইরে। অসোঢ় (খাংবা ঙমদবগী) দি ওইখ্রে, নত্রবদি ঙমদৌনি। য়েংউ—শত্রূন্ পরাজয়তে (য়েল্লম্ববু জয় তৌই)। মসিদা ওইদ্রে।

৬। **বারণার্থানামীপ্সিতঃ**—বারণার্থ (থিংবা অর্থ) ধাতুগী প্রয়োগ তৌরবদা অনিংবা (অপাম্বা) বিষয়দা অপাদান ওই। মদুদি—যবেভ্যো গাং বারয়তি। যবেভ্যো গাং নিবর্ত্তয়তি (যব-তগী শল অদুবু থামই)।

৭। **অন্তর্ধৌ যেনাদর্শনমিচ্ছতি**—অন্তর্ধান (মাংবা, লোৎপা) খংবদা মহাক অদুগী মনাক্তগী মশামক উহল্লরোই হায়না নিংলিবা মহাক অদুগী অপাদান ওইগনি। মদুদি—মাতুর্নিলীয়তে কৃষ্ণঃ—কৃষ্ণনা মমাগী মনাক্তগী মাংই। গুরোরন্তর্ধত্তে—গুরুবু উহল্লরোই হায়না নিংদুনা গুরুগী মফম্দগী লোৎলি। অন্তর্ধান খংবদদি ওইখ্রে ফরে, নত্তবদদি কম্দৌনি? চৌরান্ ন দিদৃক্ষতে—হরানবশিংবু য়েংগে হায়না নিংদে। মফম অসিদা চৌরান্ কর্ম্ম ওইরে। অন্তর্ধান নত্তবনা ওইদ্রে।

৮। **আখ্যাতোপযোগে**—নিয়মগা মাংওইননা মহে লৌবদা মহাক অদুনা ব্যাখ্যা তৌরিবা মহাক অদুগী অপাদান সংজ্ঞা ওই। মদুদি—উপাধ্যায়াৎ অধীতে। নিয়মগা লোয়ননা মহে লৌবগীদি ওইখ্রে নত্রবদি কম্দৌনি য়েংউ—নটস্য গাথাং শৃণোতি (নটগী বারী তাই)। মফম অসিদা অপাদান ওইদ্রে।

৯। **জনিকর্তুঃ প্রকৃতিঃ**—জন্ ধাতুগী কর্ত্তা ওইবা মহাক অদুগী মশাগী হেতুনচিংবদা অপাদান ওই। মদুদি—ব্রহ্মণঃ প্রজাঃ প্রজায়ন্তে (ব্রহ্মাদগী প্রজাশিং অসি পোকই) গোময়াৎ বৃশ্চিকো জায়তে (শঙ্গীদগী বৃশ্চিক পোকই)। দুগ্ধাৎ ঘৃত মুৎপদ্যতে (শঙ্গোমদগী ঘৃত পোকই)। ধর্ম্মাৎ সুখং ভবতি (ধর্ম্মদগী নুঙাইবা ফংই); অধর্ম্মাৎ দুঃখম্ উদ্ভবতি (ধর্ম্ম নত্তবদগী অৱাবা পোক্লকই)।

১০। **ভুবঃ প্রভবঃ**—ভূ-গী অর্থদি ওইবনি, ভূ ধাতুগী কর্ত্তা অদুগী প্রভব (পোকফম, অমদি ফোংদোকলকফম) ওইরিবা মহাক অদুগী অপাদান সংজ্ঞা ওই। মদুদি—হিমবতো গঙ্গা প্রভবতি (হিমালয়দগী গঙ্গা পোক্লকই)।

## উপপদ বিভক্তি—পঞ্চমী

১। **ল্যপ্ লোপে কর্ম্মণ্যধিকরণে চ**—ল্যপ্ (যপ্) প্রত্যয়ান্ত পদ শিজিন্নদ্রবদা মহাক অদুগী কর্ম্মদা নত্রগা অধিকরণদা পঞ্চমী ওই। খুদম—প্রাসাদাৎ প্রেক্ষতে—প্রাসাদমারুহ্য ইত্যর্থঃ (দোলানদগী য়েংই)। আসনাৎ প্রেক্ষতে—আসনে উপবিশ্য ইত্যর্থঃ। (আসনদগী য়েংই) প্রাসাদাৎ—প্রাসাদম্ আরুহ্য ; আরুহ্য ল্যপ্ প্রত্যয়ান্তনি অদুনা মহাক অসি শিজিন্নদ্রবদা মদুমক্কী কর্ম্ম ওইবা প্রাসাদদা পঞ্চমী ওইরে। অসিগুম্না আসনাৎ—আসনে উপবিশ্য (আসনদা ফম্লগা) অসিদসু অদুমঙাই।

২। **যতশ্চাধ্বকালনির্মাণং তত্র পঞ্চমী**—তদ্ যুক্তাদধ্বনঃ প্রথমা সপ্তম্যৌ কালাৎ সপ্তমী চ বক্তব্যা।

লম্বীগী চাং অমসুং মতমগী চাং খংবদা অদুগুম্বা মফম অদুদগী লম্বীগী অমসুং মতমগী চাং ওনবা মফমদুগী মথাদা পঞ্চমী বিভক্তি ওইগনি। লম্বীগী চাং—বনাৎ গ্রামো যোজনম্ (বনদগী খুঙ্গং অসি যোজন অমা লাপ্পী); প্রয়াগাৎ ত্রিংশৎ ক্রোশাঃ। মতমগী চাং—

অগ্রহায়ণাৎ পঞ্চ মাসাঃ। মদুদা লম্বীগীচাং ওইবা, মফমদুদা প্রথমা নত্রগা সপ্তমী ওই। মদুদি—বনাৎ গ্রামঃ যোজনং, যোজনে বা। অমদি মতমগী চাং খংবা মফমদুদা সপ্তমীসু ওই। মদুদি—অগ্রহায়ণাৎ তৃতীয়ে মাসি, বিবাহাৎ সপ্তমে দিনে, অশৌচান্তাৎ দ্বিতীয়েঽহ্নি—মাংবা লেংবদগী নিনিশুবা নুমিত্তা।

৩। **গম্যমানাপি ক্রিয়া কারকবিভক্তীনাং নিমিত্তম্**—(প্রশ্নাখ্যানয়োশ্চ) ক্রিয়া অমা যুমদুনা লৈরবদসু মহাক অদুনা কারক বিভক্তি পোক্লবগী হেতু ওইরবদা বাহং অমসুং পাউথুমদসু পঞ্চমী শিজিন্নে। খুদম—কস্মাত্ত্বং? নদ্যাঃ—নহাক কদাইদগীনো? তুরেলদগীনি।

৪। **অন্যারাদিতরর্তেদিক্শব্দাঞ্চূত্তরপদাজাহিযুক্তে**—অন্যার্থ (অন্য, ভিন্ন, ইতর) আরাৎ (দূরে) ঋতে (বিনা) দিক্ শব্দ (দিক্ দেশ, কাল খংবা শব্দ) দিক্-কী অর্থ হায়বা অঞ্চ্ ধাতুদগী থোকপা শব্দ, আচ্ অমসুং আহি প্রত্যয়-গা লেংমিন্নরবদ্য পঞ্চমী ওই। প্রভৃতি-গী অর্থ ওইবা শব্দ লেংলবদা পঞ্চমী ওই, (প্রভৃতি,আরভ্য) অমদি বহিস্ শব্দগা লেংমিন্নরবদা পঞ্চমী ওই।

অন্যো, ভিন্ন ইতরো বা কৃষ্ণাৎ। আরাদ্বনাৎ—বনদগী অরাপ্পদা অমদি বনগী অনকপদা। (আরাৎ দূরসমীপয়োঃ— আরাৎকী অর্থ অরাপ্পা অমসুং অনকপা অনিমক খংই)। ঋতে কৃষ্ণাৎ—কৃষ্ণদগী তোঙানবা, পূর্ব্বো গ্রমাৎ—খুঙংগী নোংপোকথংবা মায়গৈদা। চৈত্রাৎ পূর্ব্বো ফল্গুনঃ—চৈত্রগী মথক থংবা থা ফাল্গুন-নি। প্রাক্ প্রত্যগ্বা গ্রামাৎ—খুঙংগী নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা। দক্ষিণা(আচ্) গ্রামাৎ, (আহি) দক্ষিণাহি গ্রামাৎ,—গ্রামগী মখাথংবা মায়গৈদা। ভবাৎ প্রভৃতি আরভ্য বা সেব্যঃ হরিঃ —পোকপদগী হৌদুনা হরিবু সেবা তৌগদবনি। গ্রামাদ্বহিঃ—খুঙংগী মপান্দা।

৫। **অপপরী বর্জনে**—বর্জ্জন (য়াওদবা, থাদোকপা) অর্থদা অপ অমদি পরি অসি কর্ম্মপ্রবচনীয় (কর্ম্মগী বিভক্তি ফুমখিবা) ওই অমসুং মখোয়গা লেংমিন্নরবদা পঞ্চমী বিভক্তি ওই। খুদম—অপত্রিগর্ত্তেভ্যো বৃষ্টো দেবঃ—ত্রিগর্ত্ত য়াওদনা নোং তারম্মী। পরি ত্রিগর্ত্তেভ্যো বৃষ্টো দেবঃ— ত্রিগর্ত্ত য়াওদনা নোং তারম্মী। (মফম অসিদা অপ অমসুং পরি অসি উপসর্গ নত্তে)।

৬। **আঙ্ মর্য্যাদাবচনে**—আঙ্-না মর্য্যাদা (ঙমখৈ) খংবদা কর্ম্ম প্রবচনীয় ওই অমসুং মসিগা লেংমিন্নরবদা পঞ্চমী বিভক্তি ওই। খুদম—আপাটলিপুত্রাৎ বৃষ্টো দেবঃ —পাটলিপুত্রদগী হৌদুনা নোং চুই।

৭। **পঞ্চম্যপাঙ্পরিভিঃ**—অপ, আঙ্, পরি হায়বা কর্ম্মপ্রবচনীয় অসিগা লেংমিন্নরবদা পঞ্চমী বিভক্তি ওই। খুদম—অপহরেঃ, পরিহরেঃ সংসারঃ—সংসার অসি হরিগী বাংমদনি। আমুক্তেঃ সংসারঃ— সংসার অসি মুক্তি (অরান খুবম) ফাওবা লৈ। আসকলাৎ ব্রহ্ম—পুন্নমক শিনবা থুংনা ব্রহ্ম লৈ।

৮। **প্রতিঃ প্রতিনিধি-প্রতিদানয়োঃ**—প্রতিনিধি (মহৎ শিনবা) নত্রগা প্রতিদান (ওহোল্লবা) অর্থদা প্রতি অসি কর্ম্মপ্রবচনীয় ওই।

৯। **প্রতিনিধি প্রতিদানে চ যস্মাৎ**—মহাক অদুগী প্রতিনিধি (মহৎশিনবা) প্রতিদান খংবদা প্রতি-গা লেংমিন্নরবদা মহাক্কী মখাদা পঞ্চমী বিভক্তি ওই। প্রদ্যুম্নঃ কৃষ্ণাৎ প্রতি —প্রদ্যুম্ন কৃষ্ণগী মহৎশিনবনি। তিলেভ্যঃ প্রতিযচ্ছতি মাষান্—তিলগী মহুত্তা শগোল হবাই পি।

১০। **অকর্ত্তর্য্যৃণে পঞ্চমী**—কর্ত্তাদি নত্তবা লমন তোনবগী মরমগী মশক ওইবা অদুদা পঞ্চমী ওই। মদুদি—শতাদ্বদ্ধঃ—লুপা চামা তোনবনা মরম ওইদুনা পুল্লি। কর্ত্তা

ওইরবদি, শতেন বদ্ধিতঃ—লুপা চামা তোনবনা মহাক অদু পুল্লে। মতাং অসিদা পঞ্চমী ওইদ্রে, অনুক্তে কর্ত্তরি তৃতীয়া (উক্ত তৌদবা কর্ত্তাদা তৃতীয়া ওইরে)।

১১। **বিভাষা গুণেঽস্ত্রিয়াম্**—মতৌ অসুম্না গুণ-না হেতু (কারণ) ওইরবদা স্ত্রীলিঙ্গ নত্তবা মফমদা পঞ্চমী ওই বিকল্প ওইনা। খুদম— জাড্যাৎ জাড্যেন বা বদ্ধঃ—অরতা (পংবগী মতৌ) না হেতু ওইদুনা পুল্লি। গুণনা হেতু ওইদ্রবদি কমদৌনি? হায়রবদা— "ধনেন কুলম্" মফমসিদা পঞ্চমী ওইদ্রে। স্ত্রীলিঙ্গ নত্তবা হায়রুরিবা করিগীনো হায়রবদা "বুদ্ধ্যা যুক্তঃ" মফম অসিদা ওইদ্রে। বিকল্পবিধি লৈরবদা গুণ নত্তবা স্ত্রীলিঙ্গ ওইরবদা করি করিগুম্না মতমদা পঞ্চমী ওই। "ধূমাৎ অগ্নিমান্।" নাস্তি ঘটোঽনুপলব্ধেঃ।

১২। **পৃথগ্বিনানানাভিস্তৃতীয়ান্যতরস্যাম্**—পৃথগ্, বিনা, নানা শব্দগা লেংমিন্নরবদা তৃতীয়া, পঞ্চমী অমদি দ্বিতীয়া ওই। খুদম—পৃথক্ রামেণ—রামদগী তোঙারা। রামাৎ, রামং বা। অসিগুম্না বিনা, নানা-গা লেংলবদসু ওইগনি।

১৩। **করণে চ স্তোকাল্পকৃচ্ছ্রকতিপয়স্যাসত্ত্ববচনস্য**—স্তোক, অল্প, কৃচ্ছ্র, কতিপয় শব্দনা অসত্ত্ববচন (অদ্রব্যবাচী) ওইরবদা হায়বদি দ্রব্য খংদ্রবদা অমদি দ্রব্যগী বিশেষণ ওইদ্রবদা করণ কারকতা মখোয়সিগী মখাদা তৃতীয়া অমদি পঞ্চমী ওই। মদুদি—স্তোকাৎ স্তোকেন বা মুক্তঃ, অল্পাৎ অল্পেন বা মুক্তঃ—খজিক্তং থাদোক্লমী। মফম অসিদা স্তোক, অল্প অসি দ্রব্যবাচী নত্রগা দ্রব্যগী বিশেষণ নত্তে। মখোয় অসি ক্রিয়া বিশেষণ-নি। দ্রব্যবাচী ওইরবদা, স্তোকং বিষম্। মসিদা তৃতীয়া অমদি পঞ্চমী ওইদে।

১৪। **দূরান্তিকার্থেভ্যঃ দ্বিতীয়া চ**—দূরার্থ (অরাপ্পা খংবা) অমদি অন্তিকার্থ (অনকপা খংবা) শব্দগী মখাদা দ্বিতীয়া, পঞ্চমী অমসুং তৃতীয়া ওই। খুদম—দূরং দূরাৎ দূরেণ বা গ্রামস্য। অন্তিকম্ অন্তিকাৎ অন্তিকেন বা গ্রামস্য।

## খুদম পিদুনা নৈনবা অমসুং অনুবাদ

গ্রামাদায়াতি—খুঙ্গংদগী লাকই। কো মামিতঃ যমপাশাদিব ব্যাধ-পাশাৎ উদ্ধরিষ্যতি—কনানা ঐবু যম-পাশদগী তৌবগুম্না শাদানবগী লাংদগী কনবিগদগে? অধ্যয়নাৎ পরাজয়তে বালকঃ—নুপামচানা লাইরিক তম্বদগী হন্দোকই। যবেভ্যো গাং বারয়তি—যবগী মফমদগী শল অদুবু খিংই। মাতুর্নিলীয়তে কৃষ্ণঃ—কৃষ্ণনা মমাগী মফমদগী লোংলি। উপাধ্যায়াদধীতে—ওঝাদগী লাইরিক তম্মী। পাপাজ্জুগুপ্সতে—পাপপু তুক্কচৈ। এতস্মাদ্বিরম—মসিদগী পোখাও। স্বাধিকারাৎ প্রমত্তঃ—মশাগী মথৌদগী হন্দোকই। লোভাৎ ক্রোধঃ প্রভবতি—অপাম্বদগী অশাওবা ওইরকই। ন ভীতো মরণাদস্মি—ঐ শিবদগী কিদে।

**অপাদান কারক য়াওবা বাক্যঃ**—অশ্বপৃষ্ঠাৎ পতিতঃ। কস্মাৎ শ্রুত্বা, দৈবজ্ঞমুখাৎ। লোষ্ট্র-নিক্ষেপাৎ বিরম। লোকাপবাদাৎ মহত্তয়ং বিদ্যতে মহতাম্। "যস্মান্নোদ্বিজতে লোকো লোকান্নোদ্বিজতে চ যঃ"। ধান্যেভ্যঃ শুকান্ বারয়তি। দেবদত্তাৎ যজ্ঞদত্তো নিলীয়তে। গোময়াদ্বৃশ্চিকো জায়তে। লোভাৎ দ্রোহঃ প্রবর্ত্ততে। "সঙ্গাৎ সঞ্জায়তে কামঃ কামাৎ ক্রোধোঽভিজায়তে, ক্রোধাদ্ ভবতি সম্মোহঃ সম্মোহাৎ স্মৃতিবিভ্রমঃ। স্মৃতিভ্রংশাদ্বুদ্ধিনাশো বুদ্ধি নাশাৎ প্রণশ্যতি॥" প্রাতঃ-স্নানাৎ পরাজয়তে শূদ্রঃ।

**অন্নানবা চুমথোক্তঃ**—যতিঃ গ্রামস্য বহির্যাতি। তস্য গমনস্য পরং অহং যাস্যামি। চৈত্রস্য পূর্ব্বঃ ফাল্গুনঃ। ভোজনস্য প্রাক্ মুখং ক্ষালনীয়ম্। গ্রামস্য আরাৎ

বৎস্যামি। তিলায় প্রতিযচ্ছতি গুড়ম্। তব ঋতে মম সহায়ো নাস্তি। পিতরং লজ্জতে পুত্রঃ। ভোজনস্য পরং শয়িতব্যম্। শঠং সর্ব্বে বিভ্যতি। অভিশাপস্য সপ্তমে দিনে রাজা মমার। শ্রমস্য বিনা সুখং নাস্তি। যুস্মাভিঃ ঋতে তত্র বস্তুম্ ন শক্ষ্যামি। ইদম্ অস্য পৃথক্। সর্পস্য ভয়ে গ্রামাৎ পলায়িতঃ। পুত্রঃ ছাত্রস্য প্রতিগচ্ছতি। শোকায় মুক্তঃ। সক্ষত্রিয়স্য ইতরঃ। ব্রাহ্মণস্য ভিন্নঃ কা গতিঃ ? রাজা ধর্ম্মে প্রমাদ্যতি। বালা পতিং লজ্জতে। শ্বা অন্নে নিবার্য্যতাম্। সাধুঃ অসত্যেন পরাজয়তে। ভ্রমণে বিরম বৎস। পাপে জুগুপ্সতে ধার্ম্মিকঃ। নর্ম্মদা বিন্ধ্যগিরৌ প্রভবতি। বন্ধো। বিপদে রক্ষ মম। অহং প্রাসাদশিখরে রাজানং দৃষ্টবান্।

**গ। তাৎপর্য।**

ধাবতোঽশ্বাৎ পতিতঃ—অচেনবা শগোলদগী তারম্মী। শ্বশুরাজ্জিহ্রেতি বালা—নুপীমচানা মকুবোক্তগী ইকায়। সত্যাদপ্যনৃতং শ্রেয়ঃ—অচুম্বদগীসু অরানবনা হেল্লি। অশ্বমেধ সহস্রেভ্যঃ সত্যমেবাতিরিচ্যতে —অশ্বমেধ লিশিং অমদগী অচুম্বনা হেল্লি। কৃষ্ণাদন্যৎ মিত্রং নাস্তি —কৃষ্ণদগী অতোপ্পা মরুপ অমা লৈত্রে। প্রাক্ প্রত্যগ্বা গ্রামাৎ তস্য বসতিঃ —গ্রামগী মমাং নত্রগা মনিংদা মহাক্কী ময়ুম লৈ। সা শৈশবাৎ প্রভৃতি পালিতা —মহাক অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়োক্লম্মী। মৃগঃ কাকবচনাৎ মৃত ইব স্থিতঃ —শাজি অদু ক্বাক্কী বাঙাংদগী অশিবগী মতৌগুম্বা লৈখ্রে। নিবসন্নাবসথে পুরাদ্বহিঃ —কোনুংগী মপান্দা ময়ুম অমদা লৈদুনা। আপরিতোষাদ্বিদুষাম্—পণ্ডিতশিংগী পেনবা ফাওবা।

মখাগী অসিদা পঞ্চমী বিভক্তি ওইবগী মরম তাকউঃ—জন্মনঃ প্রভৃতি বল্লভা তে লবঙ্গিকা, অশৌচাজ্জাৎ দ্বিতীয়েঽহ্নি।

'শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।'<br>'লোভান্মোহাদ্ভয়ান্মৈত্রাৎ কামাৎ ক্রোধাত্তথৈবচ।<br>অজ্ঞানাদ্বালভাবাচ্চ সাক্ষ্যং বিতথমুচ্যতে'॥ মনুঃ।

সাবিত্র্যাস্তু পরং নাস্তি মৌনাৎ সত্যং বিশিষ্যতে। আমুল্যাচ্ছ্রোতুমিচ্ছামি রামাদ্বিনা জীবিতুং ন শক্ষ্যামি ; রামাদন্যো ন মে প্রিয়ঃ; ধনাদ্বিদ্যা গরীয়সী ; সমুদ্রাৎ দ্বৌ ক্রোশৌ ; মালত্যাঃ প্রথমালোকদিবসাৎ ; ইদমস্মাৎ পৃথক্ ; বহোর্দৃষ্টঃ কালাৎ ; ঋতে কৃষ্ণাৎ কো মে শরণমস্তি ; আপাটলিপুত্রাৎ বৃষ্টোদেবঃ; কুতো ভবান্ ? পাটলিপুত্রাৎ ; গুরুবচনাদাগতঃ।

---

## ষষ্ঠী

১। **ষষ্ঠী শেষে**—কারক প্রাতিপদিকার্থব্যতিরিক্তঃ স্বস্বামিভাবাদিসম্বন্ধঃ শেষস্তত্র ষষ্ঠী স্যাৎ

মহাক অদু করিগুম্বা কারকতি নত্তবা অমদি প্রাতিপদিকার্থ (শব্দার্থ) সু নত্তবা তৌইগুম্বসুং মহাক অদুনা নিজত্ব (মশাগী ওইবগী মতৌ) অমদি স্বামিভাবাদি (মপু ওইবনচিংবা) খংনবা মহাক অদু সম্বন্ধ নত্রগা শেষ কৌই। মদুদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওই। ( য়েংউ কারক বৈশিষ্ট্য) রাজ্ঞঃ পুরুষঃ—নিংথৌগী মী। রামস্য হস্তৌ—রামগী খুৎ অনি। রাজ্ঞঃ অমদি রামস্য হায়বসিদা স্বামিত্ব অমসুং স্বত্ব লৈ হায়দুনা সম্বন্ধ নত্রগা শেষ কৌই। মসিদা ষষ্ঠী ওইরে।

২। **ষষ্ঠী হেতু প্রয়োগে**—হেতু খংবদা, হেতু শব্দগী প্রয়োগ তৌরবদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওই। অন্নস্য হেতোর্বসতি—চাক্কী মরমগীদমক লৈ। অল্পস্য হেতোর্বহুহাতুমিচ্ছন্—য়ামদবনা মরম ওইদুনা অয়াম্বা পোৎ খুদিংমক থাদোককে হায়না খন্দুনা। ত্রাস-হেতোর্বিনীতিঃ ক্রিয়তে—কিবনা মরম ওইদুনা নোল্লুকই।

৩। **সর্ব্বনাম্নস্তৃতীয়া চ**—অসিগুম্না হেতু অসি খংবদা হেতু শব্দগী প্রয়োগ তৌরবদা সর্ব্বনাম শব্দগী মথাদা ষষ্ঠী অমসুং তৃতীয়া ওই। কেন হেতুনা বসতি কস্য হেতোর্বা।

৪। **নিমিত্তপর্য্যায়প্রয়োগে সর্ব্বাসাং প্রায়োদর্শনম্**—নিমিত্ত (মরম) খংনবা শব্দ [নিমিত্ত-কারণ, হেতু] শিজিন্নরবদা চাওরাক্লা বিভক্তি খুদিংমক ওই। খুদম—কিং নিমিত্তং, কেন নিমিত্তেন, কস্মৈ নিমিত্তায়, কস্মাৎ নিমিত্তাৎ, কস্য নিমিত্তস্য অসিগুম্না; কিং কারণং, কো হেতুঃ, কিং প্রয়োজনম্ অসিনচিংবা। মফম অসিদা হেতু শব্দনা হেতুদং খংদনা মহাক্কা মান্নবা অর্থ হায়বা শব্দবু খংহল্লি। চাওরাক্লা হায়রবদা সর্ব্বনাম নত্তবা শব্দদা প্রথমা অমদি দ্বিতীয়া ওইরোই। খুদম—জ্ঞানেন নিমিত্তেন যদ্বা জ্ঞানায় নিমিত্তায় হরিঃ সেব্যঃ—জ্ঞান ফংনবগী মরমগীদমক হরি সেবা তৌগদবনি।

৫। **ষষ্ঠ্যতসর্থপ্রয়োগেন**—অতসুচ্ (অতস্) অর্থ ওইবা প্রত্যয় লেংলবদা ষষ্ঠী ওই। খুদম—গ্রামস্য দক্ষিণতঃ, উত্তরতঃ, পুরস্তাৎ, উপরি, উপরিষ্টাৎ বা। খুঙ্গংগী মথা থংবা মায়কৈদা, অৱাংদা, মমাংদা নত্রগা মথক্তা। [মসি পঞ্চমী অপবাদ (ককথৎপা) মতাং ওইরম্মী]।

৬। **এনপা দ্বিতীয়া**—এনপ্ প্রত্যয়ান্ত শব্দ লেংলবদা ষষ্ঠী অমদি দ্বিতীয়া ওই। খুদম—দক্ষিণেন গ্রামম্, গ্রামস্য বা—খুঙ্গংগী মথাদা। দক্ষিণেন বৃক্ষবাটিকাং বৃক্ষবাটিকায়াঃ বা। উত্তরেণ গ্রামং, গ্রামস্য বা।—খুঙ্গংগী অৱাংদা।

৭। **দূরান্তিকার্থৈঃ ষষ্ঠ্যন্যতরস্যাম্**—দূরার্থ (অরাপ্পা অর্থ) নত্রগা অন্তিকার্থ (অনকপা অর্থ) ওইবা শব্দ লেংলবদা ষষ্ঠী নত্রগা পঞ্চমী ওই। খুদম—দূরং নিকটং গ্রামস্য গ্রামাদ্বা। গ্রামাৎ গ্রামস্য বা বনং দূরং (বিপ্রকৃষ্টং), অন্তিকম্ (অভ্যাসং), নিকটং (সমীপম্)।

৮। **জ্ঞোঽবিদর্থস্য করণে**—জ্ঞা ধাতুনা খংবা অর্থ হায়দ্রবদা মহাক্কী করণদা ষষ্ঠী ওই। (শেষত্ব হায়নিংলবদা ষষ্ঠী ওই। মসি তাৎপর্য্যনি) খুদম—সর্পিষো-জ্ঞানম্। সর্পিষা করণেন প্রবর্ত্তনং—ঘীনা মতেং ওইদুনা চংশিল্লি। মধুনা জানীতে—মধুনা করণেন প্রবর্ত্ততে (খোইহীনা মতেং ওইদুনা চংশিল্লি)।

৯। **অধীগর্থদয়েশাং কর্ম্মণি**—স্মরণার্থ (নিংশিংবা খংবা) ধাতু অমসুং দয় ধাতু অমদি ঈশ ধাতুগী কর্ম্মদা ষষ্ঠী ওই। খুদম—মাতুঃ স্মরতি,—ইমাবু নিংশিংই। দরিদ্রস্য দয়তে—লাইরববু থৌজানবি। নায়ং গাত্রাণামীষ্টে—হকচাং অসিবু ঈনিং তম্না লেংহনবা ঙমদে।

১০। **কৃঞঃ প্রতিযত্নে**—গুণ আধান (হায়বদি অনৌবা গুণ অমা হেনগৎহনবা অর্থদা) কৃ ধাতুগী কর্ম্মদা ষষ্ঠী ওই। খুদম—এধঃ উদকস্য উপস্কুরুতে—শীংনা ঈশিংবু মগুণ হেনগৎহল্লি (ঈশিংবু শাহল্লি)।

১১। **আশিষি নাথ**—আশীর্ব্বাদ অর্থদা নাথ ধাতুগী কর্ম্মদা ষষ্ঠী ওই। মদুদি—সর্পিষো নাথতে—ঘীদা আশীর্ব্বাদ খংহল্লি।

১২। **জাসিনিপ্রহণনাটক্রাথপিষাং হিংসায়াম্**—হিংসার্থ জাসি ধাতু, নি নত্রগা প্র (নিপ্র) না মথক থংবা হন্, নট্ (চুরাদি), ক্রাথ্, পিষ্ ধাতুগী কর্ম্মদা ষষ্ঠী ওই। খুদম—

চৌরস্য উজ্জাসনম্। চৌরস্য উজ্জাসয়তি, চৌরস্য নিপ্রহন্তি, প্রণিহন্তি নিহন্তি প্রহন্তি বা, চৌরস্য উন্নাটয়তি, চৌরস্য ক্রাথয়তি, চৌরস্য পিনষ্টি—হৱানবৱু নৈহংলি। হিংসার্থ ওইদ্রবদি, ধানাঃ পিনষ্টি—যেঁ শুই।

১৩। **কর্তৃকর্মণোঃ কৃতি**—কৃৎ প্রত্যয় লেংলবদা কর্ত্তা অমদি কর্ম্মদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওই। মদুদি—কৃষ্ণস্য কৃতিঃ, জগতঃ কর্ত্তা কৃষ্ণঃ। তিঙন্ত ক্রিয়াগী কর্ত্তাদা প্রথমা, অমসুং কর্ম্মদা দ্বিতীয়া ওই। খুদম—অহং পশ্যামি, চন্দ্রং পশ্যামি, তৌহংগুম্বসুং কৃদন্তগী কর্ত্তা অমসুং কর্ম্মদা ষষ্ঠী ওই। খুদম—মম দর্শনম্, চন্দ্রস্য দর্শনম্।

১৪। **উভয় প্রাপ্তৌ কর্ম্মণি**—মতম অদুদা কর্ত্তা অমদি কর্ম্ম অনিমক্তা ষষ্ঠী বিভক্তি ফংবগী সম্ভাবনা লৈরবা অদু ওইরবদি কর্ম্মতদা ষষ্ঠী ওই। মদুদি—আশ্চর্য্যো গবাং দোহোঽগোপেন—গোপ নত্তবনা শঙ্গোম শুম্বা অঙকপনি। পয়সঃ পানং শিশুনা; ধনস্য দানং দাত্রা, ধনস্য হরণং চৌরেণ; চন্দ্রস্য দর্শনং শিশুনা। স্ত্রীলিঙ্গদা তৌবা অ প্রত্যয় নত্রগা অক (কৃৎপ্রত্যয়) প্রয়োগ তৌরবদা অনিমক্তা ষষ্ঠী ওই। খুদম—ভেদিকা বিভিৎসা বা রুদ্রস্য জগতঃ—রুদ্রগী জগৎ মাংবা নত্রগা মাংনবগী ৱাখল।

১৫। **ক্তস্য চ বর্ত্তমানে**—বর্ত্তমানকালদা ক্ত প্রত্যায় তৌরবদা ক্ত প্রত্যয় তৌরবা শব্দগী কর্ত্তাদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওই। খুদম—রাজ্ঞাং মতঃ, বুদ্ধঃ, পুজিতঃ বা—নিংথৌশিংগী মত, নিংথৌশিংনা খংলবা নত্রগা পুজা তৌরবা। নিংশিংগদবা—'মতি বুদ্ধি পুজার্থেভ্যঃ ক্তঃ' সূত্রসিনা মতি, বুদ্ধি অমদি পূজার্থ ধাতুগী মথাদা বর্ত্তমানকালদা ক্ত প্রত্যয় তৌই হায়বসি। অমুক হন্না মফম অসিদা তাক্লি। মদুদি—বর্ত্তমান কালদা ক্ত তৌরবদা মহাক্কী কর্ত্তাদা ষষ্ঠী ওই হায়বসি।

১৬। **অধিকরণ বাচি নচ**—অধিকরণ অর্থদা তৌবা ক্ত প্রত্যয়গা লেংমিন্নরবদা কর্ত্তাদা ষষ্ঠী ওই। (মসি নিষ্ঠা প্রত্যয়গী ককথৎখ্রবদা লৌথংলকপনি)। ইদমেষামাসিতং শয়িতং গতং ভুক্তংবা—মসি মথোয় অসিগী লৈননবগী; তুম্নবগী, চংননবগী অমসুং চাননবগী মফমনি। আস্যতে অস্মিন্ ইতি আসিতং আস্ ধাতুগী অধিকরণ অর্থদা ক্ত প্রত্যয় তৌবনি, অসিগুম্না শয্যতে অস্মিন্ ইতি শয়িতং, গম্যতে অস্মিন্ ইতি গতং, ভুজ্যতে অত্র ইতি ভুক্তম্, পুম্নমক অসি অধিকরণবাচ্যদা ক্ত তৌবনি।

**চাংদম্নবা**—মুকুন্দস্যাসিতমিদং যাতমিদং রমাপতেঃ—ইতি বোপদেবঃ

## নিষেধ (ককথৎপা) দগী লৌথংলকপা শরুক

১৭। **ন লোকাব্যয়নিষ্ঠাখলর্থতৃনাম্**—ল—শতৃ শানচ্, ক্বসু, কানচ্, কি, কিন্। উ, উক। অব্যয়—ক্ত্বা, তুম্। নিষ্ঠা—ক্ত, ক্তবতু। খলর্থ প্রত্যয় অমদি তৃন্। হায়রিবা কৃৎ প্রত্যয় পুম্নমক অসি লেংলবদা কর্ত্তা অমসুং কর্ম্মদা ষষ্ঠী ওইররোই।

**ল**—হরিঃ সৃষ্টিং কুর্ব্বন্, কুর্ব্বাণঃ; ওদনং পচন্, পচমানঃ, পেচানঃ, পেচিবান্; সোমং পপিঃ, গাং দদিঃ। (ষষ্ঠী ওইদ্রে)।

**উ**—হরিং দিদৃক্ষুঃ, চন্দ্রং দিদৃক্ষুঃ, দেশং জিগীষুঃ, কন্যাম্ অলংকরিষ্ণুঃ।

**উক**—দৈত্যান্ ঘাতুকঃ হরিঃ।

**অব্যয়** (কৃৎ)—জগৎ সৃষ্ট্বা, সুখং কর্ত্তুম্।

**নিষ্ঠা** (ক্ত ক্তবতু)—বিষ্ণুনা দৈত্যাঃ হতাঃ, দৈত্যান্ হতবান্ বিষ্ণুঃ।

**খলর্থ**—ঈষৎকরঃ প্রপঞ্চো হরিণা—হরিনা ইরায়-লাইনা জগৎ অসি শেমই। সুকরং জগৎ বিষ্ণুনা—বিষ্ণুনা ইৱা-ৱাদনা জগৎ শেমই। দুষ্করং কৃষ্ণেন ন কিঞ্চিৎ—কৃষ্ণনা তৌবা ঙমদবা অমত্তা লৈতে।

**তৃন্**—কৃষ্ণঃ লোকান্ কর্ত্তা।

**দ্বিষঃ শতুর্বা**—দ্বিষ্ ধাতুগী মথাদা শতৃ তৌরবদা মহাক্কী কর্ম্মদা বিকল্প ওইনা ষষ্ঠী ওই। খুদম—মুরস্য দ্বিষন্ মুরং দ্বিষন্ বা—মুর কৌবা হিংচাববু য়েক্লন্দুনা।

**শেষে ষষ্ঠী তু স্যাদেব।** মতৌ অসুম্না শতৃনাচিংবা প্রত্যয়গা লেংমিন্নরবদা ষষ্ঠী কক্কথংখি, তৌহ্‌গুম্বসুং শেষে ষষ্ঠী অসি হায়রবদি মযক্ম পুম্নমক্তা ষষ্ঠী ওইগনি। খুদম—ব্রাহ্মণস্য কুর্ব্বন্, নরকস্য জিষ্ণুঃ—নরকপু জয় তৌবা মী। শেষদা ষষ্ঠী ওইবনি।

১৮। **অকেনোর্ভবিষ্যদাধমর্ণ্যয়োঃ**—ভবিষ্যৎ (ওইরক্কদবা) অর্থদা ওইবা অক প্রত্যয় অমদি ভবিষ্যদর্থ, অমসুং অঋণত্ব (লমন তোন্দবা মতৌ) অর্থদা তৌবা ণিন্ প্রত্যয়গা লেংমিন্নরবদা ষষ্ঠী ওইরোহ্। খুদম—সতং পালকঃ, ওদনং ভোজকঃ, শতং দায়ী, সহস্রং দায়ী (১)।

১৯। **কৃত্যানাং কর্ত্তরি বা**—কৃত্য প্রত্যয় শিজিন্নরবদা মহাক্কী কর্ত্তাদা বিকল্প ওইনা ষষ্ঠী ওই (কৃত্য=তব্য,অনীয়, ণ্যৎ,যৎ)। মদুদি—পুস্তকং তব পাঠ্যম্, চন্দ্রো মম দ্রষ্টব্যঃ, গুরুস্তস্যার্চ্চনীয়ঃ। পক্ষ অমদা তৃতীয়া ওইগনি।

২০। **তুল্যার্থৈরতুলোপমাভ্যাং তৃতীয়ান্যতরস্যাম্** —তুল্যার্থ (মান্নবা খংবা) শব্দ লেংলবদা ষষ্ঠী নত্রগা তৃতীয়া ওই। খুদম—কৃষ্ণস্য কৃষ্ণেণ বা তুল্যঃ, সদৃশঃ, সমঃ; তৌহ্‌গুম্বসুং তুলা অমদি উপমা শব্দগা লেংমিন্নরবদি তশেংনা ষষ্ঠীতমক ওইগনি। কৃষ্ণস্য তুলা বা উপমা নাস্তি। -

২১। **চতুর্থী চাশিষ্যায়ুষ্যমদ্রভদ্রকুশলসুখার্থ হিতৈঃ**—মথক্কী অর্থশিং অসি হায়বা শব্দ লেংলবদা আশীর্ব্বাদ অর্থদা চতুর্থী নত্রগা ষষ্ঠী ওই। আয়ুষ্যং, চিরংজীবিতং কৃষ্ণায় কৃষ্ণস্য বা ভূয়াৎ। মতৌ অসুম্না কৃষ্ণায় কৃষ্ণস্য বা, মদ্রং ভদ্রং কুশলং নিরাময়ং সুখং, শং, অর্থঃ, প্রয়োজনং, হিতং, পথ্যং, ভূয়াৎ। আশীর্ব্বাদ খংদবদদি ষষ্ঠীতমক ওই। আয়ুষ্যং দেবদত্তস্য তপঃ—দেবদত্তগী তপ-না মহাক্কী পুন্সী শাংনবগী কারণ ওই।

## খুদম উত্তুনা নৈনবা

যস্য নাস্তি স্বয়ং প্রজ্ঞা—মহাক্কী মশাদা জ্ঞান লৈতে। ভ্রমো হি মনুষ্যানাং ধর্ম্মঃ—অকাউবা (অশোহ্‌বা) হায়বসি মীওইবশিংগী ধর্ম্মনি। জীবেম শরদঃ শতম্—ঐখোয়না চহি চামা পুন্সিগনি। তাসামন্যতমা—মখোয়গী মনুংদগী অমনি। দ্বিজানাং ব্রাহ্মণাঃ শ্রেষ্ঠাঃ— দ্বিজ জাতিগী মনুংদা ব্রাহ্মণশিংনা অথোইবনি। কায়ঃ কস্য ন বল্লভঃ—হকচাংবু কনানা পামদবগে? শাস্ত্রানাং পরিচয়ঃ—শাস্ত্রশিংগী পরিচয়। গবাং দুগ্ধস্য দোহনম্—শলশিংগী শঙ্গোম শুমই। গ্রামস্য বনং নিকটম্—বনসি গ্রামগী মনাক্তনি। রাজ্ঞাং পুজিতো বিদ্বান্—নিংথৌশিংনা পূজা তৌরবা পণ্ডিত। ময়ুরস্য নৃত্যম্ —ব্রাহোংগী জগোই। কৃষ্ণস্য তুল্যো বীরো নাস্তি —কৃষ্ণগা মান্নবা বীর অমা লৈতে। সখে পুণ্ডরীক। নৈতদনুরূপং ভবতঃ—মরুপ পুণ্ডরীক। মসি নহাক্কী মতিক চাদে। বিষয়িণাং ইদমবশ্যং কর্ত্তব্যম্—বিষয়দা চংলবা মীওইশিংনা মসি শোয়দনা তৌগদবনি। দক্ষিণেন তু শ্বেতস্য নিষধস্যোত্তরেণ তু—মথারোমদনা শ্বেতগী অরাং-লোমদনা নিষধগী। বিস্মৃতং কস্য হেতোঃ—করি মরমগী কাওথোকখিবনো ?

---

(১) বোপদেব, ক্রমদীশ্বর অমদি ভট্টোজিদীক্ষিতনা প্রথমা-নচিংবা বিভক্তি তরেৎ অসিগী বিধান তৌহ্।

গ্রামস্য দক্ষিণতঃ তস্য বসতিঃ—খুঙ্গংগী মখাখংবদা মহাক্কী য়ুম লৈ। তরুণামধঃ—উপিংগী মখাদা। কঃ পুরস্তাদ্ যতীনাম্—যতীশিংগী মমাংদা কনা লৈ ? গতমুপরি ঘনানাম্—নোংশিংগী মথক্তা চংখ্রে। সীতায়া দয়মানো রামঃ—সীতাবু খৌজানবিরবা রাম। সীতা রামস্য স্মরত্যহর্নিশম্—সীতানা অহিং নুংথিল অনিমক্তা রামবু নিংশিংই। চৌরস্য নিহননং প্রহণনং উজ্জাসনম্—চুরানবু হাৎলি। রুদতঃ শিশোর্মাতা জগাম—কপ্লিবা অঙাংগী মমা চংখ্রে।

**মখাগী অসিদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইবগী মরম তাকই**—কৃতিরিয়ং কালিদাসস্য, ভর্ত্তুঃ প্রণাশঃ, সাগরস্য অমৃতস্য মন্থনং, কৃষ্ণস্য আয়ুষ্যং (মদ্রং ভদ্রং সুখং কুশলং) ভূয়াৎ। কস্য হেতোর্বসতি ; পর্ব্বতস্যাধঃ; দক্ষিণেন তু অবন্ত্যাঃ; তস্যাগ্রমস্য নাতিদূরে। স্মরসি যদি হরের্ধৃতচক্রস্য। কোকিলস্য ব্যাহৃতম্। ছাত্রস্য হসিতম্। শরীরস্য গুণানাঞ্চ দূরমত্যন্তমন্তরম্। তব প্রসাদস্য পুরস্তু সম্পদঃ; উত্তরাহি বসন্ রামঃ সমুদ্রস্য; রামস্য সদৃশোলোকে ন ভূতো ন ভবিষ্যতি। কিমসাধ্যং প্রজ্ঞাবতাম্।

রামস্য শয়িতং ভুক্তং জল্পিতং হসিতং স্থিতম্।
প্রক্রান্তং চ মুহুঃ পৃষ্টা হনুমন্তং ব্যসর্জ্জয়ৎ।।

মুকুন্দস্যাসিতমিদং যাতমিদং রমাপতেঃ। প্রজানামেব ভূত্যর্থং স তাভ্যো বলিমগ্রহীৎ। বিচিত্রা জগতঃ কৃতির্হরেঃ। বেদাধ্যয়নং তব কর্ত্তব্যম্। পাপিনো দয়তে হরিঃ। পশ্যতো বকমূর্খস্য নকুলৈর্ভক্ষিতঃ সুতঃ। ব্রাহ্মণানাং বেদজ্ঞঃ শ্রেষ্ঠঃ।

**অরানবা চুমথোকউ ঃ**—পণ্ডিতঃ সর্ব্বেষু পূজিতঃ; কৃপণাঃ ধনৈর্ন তৃপ্যন্তি। দরিদ্রান্ উপরি সদয়ো ভব। পরোপকারাৎ তুল্যো ধর্ম্মো নাস্তি। অহং তবোপদেশঃ শ্রোতব্যঃ। স দিনে পঞ্চকৃত্বঃ পঠতি। ভবতা হেতোঃ সোঽত্যর্থমুদ্বিজতে। অহং জলস্য পিপাসুঃ। গৃহস্য গচ্ছন্ অহং সুখী ভবিষ্যামি। অন্নস্য ভুঞ্জানঃ তৃপ্তিমনুভবামি। বালকা মিষ্টান্নেভ্যঃ তৃপ্যন্তি। ইদং কর্ম্ম তব দুষ্করং ভবতি; মম তু সুকরম্। অহমনুক্ষণং তুভ্যং স্মরামি। অধুনা ধনেন কারণং বিদ্যাভ্যাসঃ। রাজা মহ্যং দয়তে। জীবেম শরন্তিঃ শতম্। রামাৎ তুল্যো ধীরো নাস্তি। গোভির্দুগ্ধস্য দোহনং। দক্ষিণেন ভারত বর্ষেণ সমুদ্রঃ; উত্তরেণ তু হিমবান্। কৃতিরিয়ং কালিদাসেন। কৃষ্ণে কুশলং ভূয়াৎ। কোকিলাৎ ব্যাহৃতং। প্রসাদাৎ পুরঃসরঃ। ত্বয়ি বেদাধ্যয়নং কর্ত্তব্যম্। পাপিনি দয়তে হরিঃ। ব্যাকরণস্য অধীয়ানঃ পণ্ডিতো ভবতি। গৃহস্য গত্বা অহং খাদিষ্যামি। ধনস্য দাতা, অন্নস্য দাতা চ জগতি সর্ব্বৈঃ পূজিতঃ। চন্দ্রো তব দৃষ্টঃ। মুকুন্দস্য দয়িতমিদম্। কৃষ্ণে নিরাময়মস্তু।

---

## সপ্তমী (অধিকরণ কারক)

১। **সপ্তম্যধিকরণে**—অধিকরণ কারকতা সপ্তমী বিভক্তি ওই। মদুদি—গৃহে তিষ্ঠতি, শয্যায়াং শেতে ; নদ্যাং স্নাতি।

২। **আধারোঽধিকরণম্**— কর্ত্তৃকর্ম্মদ্বারা তন্নিষ্ঠক্রিয়ায়া আধারঃ কারকমধিকরণ-সংজ্ঞং স্যাৎ—মথক্তা কৌমুদী অসিদা য়াওখ্রে, কর্ত্তা নত্রগা কর্ম্মগী মহাক অদুনা আধার (তুংনফম) ওইবা মদুবু অধিকরণ কারক কৌই। তৌইগুম্বসুং তশেংনা হায়রবদা ক্রিয়াগী আধার ওইদ্রবদা হায়বদি ক্রিয়াগা লোয়ননা মরী লৈনদ্রবদা কারক ওইদে। মরম অসিনা কর্ত্তা নত্রগা কর্ম্মনা মরম ওইদুনা মঙোন্দা লৈবা ক্রিয়াদুগী আধার ওইবা মহাকতুমক

অধিকরণ কারকনি। ক্রিয়া হায়বসি মরূওইনা কর্ত্তা নত্রগা কর্ম্মদা লৈ (কর্ত্তা বা কর্ম্মে স্থিত)। মদুদি—রামঃ আস্তে—রাম যমদুনা লৈ। ওদনং পচতি—চাক থোংই। মযম অসিদা আস্তে অমদি পচতি হায়বা ক্রিয়াসি মথং মনাও নাইনা (রাম অমদি ওদননিষ্ঠ হায়বদি রাম অমদি ওদন-দা লৈবনি (কর্ত্তা অমসুং কর্ম্মনিষ্ঠনি)। নত্রগা যম্বা (লৈবা) হায়বা ক্রিয়াগী মরূ ওইনা তুংনযম ওইবা কর্ত্তা রামনি অমসুং পাকক্রিয়া (থোংবগী থবক) গী মরূ ওইবা তুংনযম (আধার) ওইবা কর্ম্ম ওদন-নি। লৈবা হায়বা ক্রিয়াসি কনাদা লৈবগে ? রামদা লৈ। রাম লৈরমদ্রবদি লৈবা (যম্বা) য়ারোই ; মরম অসিনা রাম অসিমক অস্ ধাতুগী মরূওইবা আধারনি। মতৌ অসুম্না করি থোংই ? ওদন (চাক) থোংই, ওদন অসি লৈত্রবদি থোংবা য়ারোই, অদুনা পাক ক্রিয়া অসি ওদনদা লৈ—ওদন অসি পাক ক্রিয়াগী মুখ্য (মরূ ওইবা) আধারনি। তৌইগুম্বসুং অমুক হান্না অদুগুম্বা কর্ত্তা অমদি কর্ম্ম অদুগী আধার (তুংনযম) ওইবা মহাক অদুমক্তা মথং মথং ওইনা ক্রিয়াদা আধার ওই। খুদম—রামঃ কটে আস্তে (রামনা যক্তা যম্মী), স্থাল্যাং ওদনং পচতি (চফুদা চাক থোংই) মযম অসিদা অমুক রামগী আধার কট অমদি ওদন-গী আধার স্থালী (চফু)নি। মথোয়শিং অসিনা মথং মথং ক্রমদা ক্রিয়া ওইবা 'আস্তে' নত্রগা 'পচতি'-গী আধার ওই। অদু ওইরবদি 'কর্ত্তৃনিষ্ঠ বা কর্ম্মনিষ্ঠ ক্রিয়াগী অদুগুম্বা আধার ওইবা মহাক অদু অধিকরণ' নি। হায়বা অসি চুমলে।

৩। **সপ্তম্যধিকরণে চ**—অধিকরণ কারক তা সপ্তমী বিভক্তি ওই।

৪। **চকারাৎ দূরান্তিকার্থেভ্যঃ**—চ য়াওবা মরমদগী দূরার্থ অমসুং অন্তিকার্থ শব্দগী মথাদা সপ্তমী বিভক্তিসু ওই। অদু ওইরবদি দূরার্থ অমদি অন্তিকার্থ শব্দদা দ্বিতীয়া, তৃতীয়া পঞ্চমী অমসুং সপ্তমী ওই।

আধার মখল অহুম শুই—ঔপশ্লেষিক (মচি অমদা মরি লৈনবা) বৈষয়িক (বিষয়দা ওইবা) অমসুং অভিব্যাপক (শিনবা থুংনা লৈবা) খুদম—ঔপশ্লেষিক—কটে আস্তে—যক্তা যম্মী। স্থাল্যাং পচতি—চফুদা থোংই।

**বৈষয়িক**—মোক্ষে ইচ্ছা অস্তি- ঃ বিষয়ে ইত্যর্থঃ। ( মোক্ষগী বিষয়দা নিংই)।

**অভিব্যাপক**— সর্বস্মিন্ আত্মাস্তি (পুম্নমক্তা আত্মা লৈ)।

৫। **ক্তস্যেন্বিষয়স্য কর্ম্মণ্যুপসংখ্যানম্**—ক্ত প্রত্যয়ান্ত শব্দগী মথাদা ইন্ প্রত্যয় তৌরবদা মহাক্কী কর্ম্মদা সপ্তমী বিভক্তি ওই। অধীতমনেন ব্যাকরণম্ ইতি অধীতী ব্যাকরণে, অবকীর্ণম্ ব্রতম্ অনেন ইতি অবকীর্ণী ব্রতে। ব্রতলঙ্ঘনকারী ইত্যর্থঃ (ব্রত তৌদবা)।

৬। **সাধ্বসাধু প্রয়োগে চ**—সাধু অমসুং অসাধু শব্দ শিজিন্নরবদা সপ্তমী ওই। সাধুঃ কৃষ্ণো মাতরি, অসাধু র্মাতুলে (কৃষ্ণসে মমাদদি সাধু ওই অদুগা মামদদি অসাধু ওই)।

৭। **নিমিত্তাৎ কর্ম্মযোগে**—নিমিত্তমিহ ফলম্, যোগঃ সংযোগ সমবায়াত্মকঃ। নিমিত্তগী অর্থ ফলনি, অমসুং যোগগী অর্থনা সংযোগ অমদি সমবায় (অবয়ব অবয়বী সম্বন্ধনি)। কর্ম্মগা লোয়নননা সংযোগ নত্রগা সমবায় সম্বন্ধ লৈরবদা নিমিত্ত (ফল) খংহনবা শব্দগী মথাদা সপ্তমী বিভক্তি ওই। খুদম—চর্ম্মনি দ্বীপিনং হন্তি দন্তয়োর্হন্তি কুঞ্জরম্। কেশেষু চমরীং হন্তি সীম্নি পুষ্যলকোহতঃ। লোক অসিদা শঙ্গন লৌননবগীদমক কৈ হাৎলি, ময়া অনি লৌনবগীদমক শামু হাৎলি; মশম লৌননবগীদমক চমরী শজি হাৎলি, কস্তুরী চন্দন লৌননবগীদমক কস্তুরী শজি হাৎলি। মযম অসিদা চর্ম্মনি, দন্তয়োঃ, কেশেষু, সীম্নি অসি নিমিত্ত (ফল) নি অমসুং কর্ম্মগা লোয়নননা মথোয়গী সমবায় (অবয়ব অবয়বী) সম্বন্ধ লৈরে। তৌইগুম্বসুং সংযোগ অর্থদা—বস্ত্রেষু রজক-মবধীৎ। ইতি বোপদেবঃ। মতৌ অসুম্না, রত্নেষু পান্থং জঘান। মসিদদি কর্ম্মগী

সংযোগনি (সমবায় নত্তে)। মফম অসিদা হেতুগী অর্থদা তৃতীয়া ফংলবদা সূত্র অসিনা মহাক্পু পলহনবনি।

৮। **যস্য চ ভাবেন ভাবলক্ষণম্**—মহাক্কী ক্রিয়া (থবক) না দ্বার ওইদুনা অতোপ্পগী থবক্কী মতম তাকপা অদুগুম্বা মহাক্তুগী মখাদা সপ্তমী ওই। খুদম—গোষু দুহ্যমানাসু গতঃ(ষণ ময়াম শঙ্গোম শুন্নবদা চৎখি)। রবৌ উদিতে পদ্মং প্রকাশতে—নুমিৎ থোক্লক্লবদা থম্বাল শাংলি। মফমসিদা গোষু অমসুং রবৌ হায়বসি ভাবে সপ্তমী-নি (সতি সপ্তমী হায়নসু খংই)।

৯। **ষষ্ঠী চানাদরে**—ভাবতা ওইবা সপ্তমীগী অর্থদা, অনাদর (ঈকাইখুম্নদবা) খংবদা অনাদৃত শব্দগী মখাদা ষষ্ঠী অমদি সপ্তমী বিভক্তি অনিমক ওই। খুদম—রুদতি, রুদতঃ বা প্রাব্রাজীৎ—রুদন্তপুত্রাদিকমনাদৃত্য ইত্যর্থঃ (অঙাংনচিংবা কপ্লবদা থৌশাদনা চৎলম্মী)।

১০। **স্বামীশ্বরাধিপতিদায়াদসাক্ষিপ্রতিভূপ্রসূতৈশ্চ**—অসুম্না শব্দ তরেৎ অসি লেংলবদা ষষ্ঠী অমসুং সপ্তমী ওই। খুদম—গবাং গোষু বা স্বামী। গবাং গোষু বা ঈশ্বরঃ অসিনচিংবা

১১। **যতশ্চ নির্দ্ধারণম্**—জাতি, গুণ, ক্রিয়া অমসুং সংজ্ঞানা মরম ওইদুনা ময়ামগী মরক্তগী অমখক খনগৎলকপা অদুবু নির্দ্ধারণ কৌই। নির্দ্ধারণদা ষষ্ঠী অমসুং সপ্তমী ওই। নৃণাং নৃষু বা ব্রাহ্মণঃ শ্রেষ্ঠঃ, গবাং গোষু বা কৃষ্ণা (অমুবী ষনবী) না বহুক্ষীরা (মখোম য়াম্না থোকপী) ওই। গচ্ছতাং গচ্ছৎসু বা ধাবন্ শীঘ্রঃ। ছাত্রনাং ছাত্রেষু বা মৈত্রঃ পটুঃ।

১২। **পঞ্চমী বিভক্তে**—বিভাগো বিভক্তম্। মফমদুদা ময়াম পুম্নমক্কী মনুং চন্দনা তোঙাম্না খংবা মফমদুদা পঞ্চমী ওইগনি। খুদম—মাথুরাঃ পাটলিপুত্রকেভ্যঃ আঢ্যতরাঃ (মথুরাগী মীশিংনা পাটলিপুত্রগী মীদগী হেন্না মরল লৈ)। মফম অসিদা পাটলিপুত্রগী মনুংচনবা মথুরা নত্তে, মাথুরাঃ পাটলিপুত্রদগী তোঙাল্লি। তোঙাম্না খংখ্রে, মরম অসিনা পঞ্চমী ওইরে।

১৩। **সাধুনিপুণাভ্যামর্চ্চায়াং সপ্তম্যপ্রতেঃ**—সাধু অমসুং নিপুণ শব্দ লেংলবদা অর্চ্চা অর্থদা সপ্তমী ওই ; প্রতি শব্দগা লেংমিন্নরবদি ওইরোই। খুদম—মাতরি সাধুর্নিপুণো বা। অর্চ্চা অর্থ খংদ্রবদি, নিপুণো রাজ্ঞো ভৃত্যঃ। প্রতি শব্দ লেংলবদি দ্বিতীয়া ওই।

১৪। **প্রসিতোৎসুকাভ্যাং তৃতীয়া চ**—প্রসিত অমসুং উৎসুক শব্দ লেংলবদা তৃতীয়া অমসুং সপ্তমী ওই। খুদম—প্রসিত উৎসুকো হরিণা হরৌ বা।

১৫। **সপ্তমীপঞ্চম্যৌ কারকমধ্যে**—ক্রিয়া অনিগী মরক্তা লৈবা লম্বী খংনবা অমসুং মতম খংনবা শব্দগী মখাদা সপ্তমী অমসুং পঞ্চমী ওই। খুদম—ইহস্থোঽয়ং ক্রোশে ক্রোশাদ্বা লক্ষ্যং বিধ্যেৎ ( মফমসিদা লৈরিবা মহাকসিনা ক্রোশ অমা লাপ্পা মফম লক্ষ্য তৌদুনা খিনগনি)। অদ্য ভুক্ত্বায়ং দ্ব্যহে দ্ব্যহাদ্বা ভোক্তা—ঙসি চারগা অমুক নুমিৎ নিনিগী তুংদা চাগনি।

১৬। **অধিরীশ্বরে**—অধি ঈশ্বর (প্রভু) অর্থে কর্ম্ম প্রবচনীয়। যস্মাদধিকং যস্য চেশ্বরবচনং তত্র সপ্তমী। অধিক (অহেনবা) নত্রগা প্রভু (ঈশ্বর) অর্থদা অধি লেংলবদা সপ্তমী ওই। অধিলঙ্কে কামাঃ— অপাম্বসি লঙ্কদগী হেল্লি। উপ পরার্দ্ধে হরে গুণাঃ—হরিগী গুণ পরার্দ্ধ অমদগী হেল্লি। (উপ অধিকে চ উপ=অধি) অধিভুবি রামঃ, অধিরামে ভূঃ—রাম পৃথিবীগী মপুনি।

## খুদম উত্তুনা নৈনবা

স্থাল্যামোদনং পচতি—চাকথোং চফুদা চাক থোংই। আসনে উপবিশতি গুরুঃ —গুরুনা আসনদা ফমই। শরদি আকাশং বিমলং ভবতি—শরদ ঋতুগী মতমদা আকাশ অসি তরু তরুই। গোষু কৃষ্ণা বহুক্ষীরাঃ—শলশিংগী মনুং অমুবী শলনা মথোম য়াম্না থোকই। তস্মিন্ বিনয়েন বর্ত্ততাম্—মফম অদুদা নোংমুক্না লৈবিয়ু। নিদ্রায়াম্ উৎসুকঃ—তুম্বা পামই। কৃষ্ণঃ মাতরি সাধুরসাধুর্মাতুলে—কৃষ্ণ মমাগী মফমদদি ফৈ, অদুগা মামগী ফমদদি ফত্তে। রামোঽক্ষদূতে প্রবীণঃ (পটুঃ কুশলঃ পণ্ডিতঃ)—রাম চৌবরদা হৈশিংই। ত্বয়ি স্নিহ্যতে মে হৃদয়ম্—ঐগী থম্মোইনা নঙোন্দা নুংশি। নরেষু ব্রাহ্মণাঃ শ্রেষ্ঠাঃ—মীশিংগী মরক্তা ব্রাহ্মণনা অথোইবনি। রুদতি পুত্রে পিতা প্রাব্রাজীৎ—মচানা কপ্লিঙাই মতমদা মপা লম্বোইদুনা চৎখ্রে। অদ্য ভুক্তায়ং ব্যহে ভোক্তা—ঙসি চারগা নুমিৎ নিনিগী তুংদা চাগনি। ইহস্থোঽয়ং ক্রোশে লক্ষ্যং বিধ্যেৎ—মফমসিদা লৈরিবা মহাকসিনা ক্রোশ অমা শাংবা মফমবু তমদুনা খিনগনি। গোষু দুহ্যমানাসু গতঃ—শল শঙ্গোম শুম্বা মতমদা চৎখি।

**মথাগী বাক্যশিং অসিদা সপ্তমী ওইবগী মরম তাকউ঩ঃ**—উপকারিষু যঃ সাধুঃ সাধুত্বে তস্য কো গুণঃ; মৃতে ময়ি গতে রামে বনং মনুজপুঙ্গবে; সৎসু তরৎসু অসন্ত আসতে; গচ্ছৎসু ধাবন্তীগ্রঃ; সা গৃহকর্ম্মণি আসক্তা (ব্যাপৃতা, ব্যাপ্তা); গৃহীত ইব কেশেষু মৃত্যুনা ধর্ম্মমাচরেৎ; ত্রৈলোক্যস্যাপি প্রভুত্বং ত্বয়ি যুজ্যতে; অস্মিন্ দিবসে ভুক্তায়ং ব্যহে ভোক্তা।

> "বিপদি ধৈর্য্যমথাভ্যুদয়ে ক্ষমা, সদসি বাক্‌পটুতা যুধি বিক্রমঃ।
> যশসি চাভিরুচির্ব্যসনং শ্রুতৌ প্রকৃতিসিদ্ধমিদং হি মহাত্মনাম্॥"

ভূতেষু প্রাণিনঃ শ্রেষ্ঠাঃ, প্রাণিষু বুদ্ধিজীবিনঃ। সিদ্ধে কার্য্যে সমং ফলম্। বসন্তে কলকোকিলা গায়ন্তি। ভদ্রং কৃতং কৃতং মৌনং কোকিলৈর্জলদাগমে।

---

## কারক অমসুং বিভক্তিগী বৈশিষ্ট (অথোইবা মতৌ)
## প্রথমা

১। **কর্ত্তরি প্রথমা**—কর্ত্তৃকারকতা প্রথমা ওই; (কর্ত্তৃবাচ্যদা)। কর্ত্তাগী ক্রিয়াসি অয়াম্বা মতমদা লোৎতুনা লৈ। মদুদি—শতায়ুর্বৈ পুরুষঃ—নুপানা চহী চামা পুন্সি। মফম অসিদা ভবতি হায়বা ক্রিয়া অমা উহ্য (লোৎতুনা) লৈ অমসুং পুরুষনা মহাক্কী কর্ত্তানি।

অসিগুম্বা মফম অসিদা মসি প্রাতিপদিকার্থদা (লিঙ্গার্থ) দা প্রথমা ওইবা নত্তে। প্রাতিপদিকার্থ নত্রগা লিঙ্গার্থদা প্রথমা ওইবনি হায়রবদা মসিমা খংগনি, মদুদি —অদুগুম্বা করিগুম্বা শব্দ অমগী অর্থদং খংবা মতমদা শব্দসি শিজিন্নৈ হায়বসিমা। প্রাতিপদিকগা নত্রগা শব্দগা লোয়ননা মতম পুম্নমক্তা লৈবা অর্থ অদু প্রাতিপদিকার্থনি। মদুদি—'কৃষ্ণঃ' হায়রগা বসুদেবগী মচাবু খংই। 'শ্রীঃ' হায়রগা ফজবা নত্রগা লক্ষ্মীবু খংই। মসিদা ওইরিবা প্রথমা অসি প্রাতিপদিকার্থ নত্রগা লিঙ্গার্থদা ওইবা প্রথমানি। অসিগুম্বা 'জ্ঞানং' হায়রগা জ্ঞান নত্রগা খংবা হায়বা অর্থদং খংহল্লি।

**প্রথমা— প্রাতিপদিকার্থ লিঙ্গ পরিমাণ বচন মাত্রে প্রথমা।** নিপাত (অব্যয়) ইতি, সাম্প্রতম্ শব্দগা লেংমিন্নরবদসু—চাওরাক্পা প্রথমা ওইবা উই। তৌইগুম্বসুং অসুম্না নাম শব্দগা লেংমিন্নরবদসু প্রথমা ওইগনি।

চাংদম্নবা—'প্রহ্লাদো নাম নামতঃ'। বিষ্ণুপুরাণ। 'হিমালয়ো নাম নগাধি-রাজঃ'। কুমার।

**তৃতীয়া—করণ অমসুং হেতু।** করণ-কারক ওশেংনা মতম পুম্নমক্তা ক্রিয়াগা লোয়ননা অন্বয় তৌই। খুদম—হস্তেন গৃহ্নাতি। তৌইগুম্বসুং হেতুদি কারক নত্তে, ক্রিয়াগা লোয়ননা মহাক্না মরী অমত্তা লৈতে। খুদম—ধনেন পণ্ডিতঃ—সন্না মরম ওইদুনা পণ্ডিত ওই। পুণ্যেন দৃষ্টো হরিঃ —পুণ্যনা হরিদর্শনিগী মরমনি।

অথবা 'সংক্ষেপে কর্তৃধীনং করণম্'—করণগী প্রবৃত্তি (চংশিনবা) অসি মতম পুম্নমক্তা কর্তাগী মখা পোনবনি। মদুদি—চক্ষুষা পশ্যতি। 'যদধীনা কর্তুঃ প্রবৃত্তিঃ স হেতুঃ।' কর্তাগী প্রবৃত্তি (চংশিনবা) অসি মহাকতুগী মখা পোনবা মদুবু হেতু কৌই। খুদম—ধনেন বলবান্ লোকঃ ভবতি —সনগী মখা পোন্দুনা মীওইবনা মপাঙ্গল কনবা ওই। মরম অসিনা ধন অসি হেতুনি। ফলসু হেতুনি হায়না শিংথানে। অধ্যয়নেন গুরু গৃহে বসতি—গুরুগী য়ুমদা লৈবগী ফল লাইরিক তম্বনা ওই। মরম অসিনা অধ্যয়ন অসি হেতুনি।

## ষষ্ঠী

২। **কারকপ্রাতিপদিকার্থব্যতিরিক্তঃ স্বস্বামিভাবাদিসম্বন্ধঃ শেষস্তত্র ষষ্ঠী স্যাৎ**—সম্বন্ধদা ষষ্ঠী ওইগনি। সম্বন্ধ হায়বদি করিনো ? রামস্য হস্তৌ—রামগী খুৎ অনি। মসিদা রামগা লোয়ননা খুৎকী সম্বন্ধ লৈরে; অদুগা খুৎগা লোয়ননা রামগী সম্বন্ধ লৈতত্রা ? লৈরবদি করম্বা সম্বন্ধনো অমসুং কনাদা ষষ্ঠী ওইগদগে ?

**সম্বন্ধ**—কারক অমদি প্রাতিপদিক-কী অর্থ নত্তনা মহাক অদুগী স্বত্ব (নিজত্ব) নত্রগা স্বামিত্ব (মপু ওইবগী মতৌ) খংনবদা মহাকতুমক্কী সম্বন্ধ (শেষ) নি, মদুদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইগনি। রামস্য হস্তৌ, রামস্য তে, হায়বসিদা কারকনচিংবগী অর্থ য়াওদে, তৌইগুম্বসুং রামগী খুৎ হায়বসিদা রামতগী স্বত্ব, নত্রগা স্বামিত্ব খংহল্লি। অসুম্না স্বত্ব (নিজত্ব, অধিকারিত্ব) নত্রগা স্বামিত্ব খংহনবদা মহাক অদুবু সম্বন্ধ কৌই। খুৎকী রাম নত্তে তৌইগুম্বসুং রামগী খুৎনি, রামগী স্বত্ব অমসুং স্বামিত্বনি, অদুনা রামস্য হায়বসি সম্বন্ধদা ষষ্ঠী ওইবনি।

৩। **অবচ্ছেদে সপ্তমী**—অবচ্ছেদগী অর্থদি একদেশ (মচি অমা) নত্রগা খণ্ড (মচেৎ) হায়বনি। একদেশ নত্রগা খণ্ড খংবদা সপ্তমী বিভক্তি ওইগনি। অয়াম্বা মতমদা করণকারককী মতাংদা করণবু পলহল্লগা সপ্তমী বিভক্তি ওইবা মদুবু ''অবচ্ছেদে সপ্তমী'' কৌই। মদুদি—হস্তে ধৃত্বা (হস্তেন ধৃত্বা), কেশেষু গৃহীত্বা (কেশৈঃ) ইত্যর্থঃ।

৪। **সংখ্যাকারকবোধয়িত্রী বিভক্তিঃ**—মহাক অদুনা প্রাতিপদিক (শব্দ)গী মশীং অমসুং কারক খংহনবা মহাকতুবু বিভক্তি কৌই। হায়রিবা বিভক্তি অসি মখল অনিনি। কারক বিভক্তি অমসুং উপপদ বিভক্তি হায়না। কারক খুদিংদা বিভক্তি অমমম উৎলি। মদুদি—কর্তাদা প্রথমা, কর্মদা দ্বিতীয়া, অসিনচিংবা। মখোয়সিবু কারকবিভক্তি কৌই। অদুগা অসি নত্তবা অব্যয় শব্দ কয়ামুক্তা লেংমিন্নরবদা বিভক্তি কয়ামুক ওই, মদুবু উপপদ বিভক্তি কৌই। মদুদি—পিত্রে নমঃ, ধিক্ কৃষ্ণাভক্তম্, অসিনচিংবা।

অদুগুম্বা মফম্মদুদা উপপদ বিভক্তি অমসুং কারক বিভক্তি অনিমক ফংবগী মওং লৈরবদি অদুগুম্বা উপপদ বিভক্তি অদু ওইদনা কারক বিভক্তিদং ওইগনি। খুদম.— নমস্করোতি দেবান্ হায়বসিদা নমস্ শব্দগা লেংমিন্নবনা দেবেভ্যঃ হায়দুনা চতুর্থী ওইবা য়াবনি অদুবু কর্ম্ম ওইবা ফংলবদা চতুর্থী ওইদদুনা কর্ম্ম ওইরে, হায়বদি দ্বিতীয়া ওইরিবনি। প্রমাণদি—'উপপদ বিভক্তেঃ কারকবিভক্তির্বলীয়সী'—উপপদবিভক্তি অসি কারক বিভক্তিগা য়েংনবদা কারক বিভক্তিনা মপাঙ্গল কল্লি, অসিনি।

(১) **"অপাদান-সম্প্রদান-করণাধার কর্ম্মণাম্। কর্তুশ্চান্যোন্যসন্দেহে পরমেকং প্রবর্ত্ততে।"** হায়বদি অপাদান, সম্প্রদান, করণ, অধিকরণ, কর্ম্ম অমদি কর্ত্তা বাক্য অমদা মখোয় অসি ফংলবদা কনা ওইগদগে চিংনরবদা মথক্কী ক্রম অসিগী মথা মথা থংবা কারক অদু শিজিন্নগনি। মদুদি—'গঙ্গায়াং স্নাত্বা উত্তিষ্ঠতি'—গঙ্গাদা ঈরুজরগা হৌগৎলি। বাক্য অসিদা 'গঙ্গা' অসি স্নান ক্রিয়াগী আধার (অধিকরণ)নি অমসুং উত্তিষ্ঠতি হায়বা ক্রিয়াগীনা অপাদাননি, মফম অসিদা অধিকরণ অমসুং অপাদান অনি অসিগী কনা ওইগদগে চিংনরবদা মথক্কী ক্রম অসিদা হায়রিবা অসিগী মতুংইন্না মমৈথংবা কারক হায়বদি অপাদন ওইদনা অধিকরণ ওইগনি; অসিগুম্না বরমাহুয় কন্যাং যচ্ছতি। অসিদসু অদুমঙাই।

মথক্তা হায়খ্রিবা অদুগুম্বা কারক অদুগী বিষয়দা করিগুম্বা খরা হায়গদবা, মহাক অদু উদ্দেশ্য, উক্ত নত্রগা বাচ্য, অভিহিতসু কৌই। কর্ত্তা অমসুং কর্ম্মনা বাচ্য নত্রগা উদ্দেশ্য ওইরবদা প্রথমান্ত ওইগনি হায়না থংই। অতোপ -অতোপ্পা কারক কীদি করম তৌগনি?

সর্ব্বোঽর্চ্চ্যঃ জীবনঃ পাতা দানীয়ঃ প্রভবোলয়ঃ—ইতি বোপদেবঃ। সর্ব্ব (শিব) অর্চ্চনীয় (পূজা তৌনিঙাই), জীবন (হিংহনবা), পাতা (পালন তৌবিবা) দানীয় (দান তৌফম), প্রভব (পোকলকফম), অমসুং লয় (প্রলয়নি)। জীবনঃ — জীব্যতে অনেন ইতি জীবনঃ জীব ধাতুগী করণবাচ্যদা অনট্ প্রত্যয় তৌরগা ওইবা জীবনঃ অসি করণবাচ্যদা প্রথমান্ত ওইবনি। অসিগুম্না দানীয়ঃ—দীয়তে অস্মৈ ইতি দানীয়ঃ—দানীয়ঃ হায়বসিদা দা ধাতুগী সম্প্রদান বাচ্যদা অনীয় প্রত্যয় তৌবনি অদুনা সম্প্রদান বাচ্যদা প্রথমান্ত ওইবনি; প্রভবতি অস্মাৎ—মঙোন্দগী পোক্লকই হায়দুনা প্রভবঃ(জনক)। প্র+ভূ ধাতুগী অপাদান বাচ্যদা অল্ তৌরগা প্রভবঃ ওইবনি অদুনা অপাদান বাচ্যদা প্রথমান্ত ওইবনি। লীয়তে অস্মিন্ ইতি লয়ঃ লী ধাতুগী অধিকরণ বাচ্যদা অল্ তৌবনি। অদুনা অধিকরণ বাচ্যদা প্রথমা ওইবনি। মখোয়সি য়েংনবদা খোইদোক-হেন্দোক্লা লুরবদসু কর্ত্তৃবাচ্য অমসুং কর্ম্মবাচ্যগুম্নদি লুদে।

---

# তদ্ধিত-প্রত্যয়

১। **তদ্ধিতাঃ**—প্রকরণ অসিদা অয়াম্বা প্রত্যয় কয়ামুক তৌগদবা তাকপা মখোয়দুগী মমিং তদ্ধিত কৌই।

২। **ণিতি বৃদ্ধিরাদ্যস্য**—মূর্দ্ধন্য-ণ মাংখিগদবা অদুগুম্বা তদ্ধিত প্রত্যয়দু তৌরবদা প্রাতিপদিকগী অহানবা স্বরগী বৃদ্ধি ওইগনি। মদুদি—কশ্যপ+ষণ্ (অ)=কাশ্যপঃ, বসুদেব+ষণ্,=বাসুদেবঃ।

৩। **সুভগাদেরুভয়োঃ**—সুভগা, দুর্ভগা, অধিদেব, অধিভূত, পরলোক, সর্ব্বলোক, অকুশল, পরস্ত্রী অসিনচিংবা প্রাতিপদিকগী মনুংচনবা উভয় পদগী (শব্দ অনিমক্কী) অহানবা স্বরগী বৃদ্ধি ওইগনি। খুদম—সুভগা+ঢেয়ণ্=সৌভাগিনেয়ঃ (মরাইবক যবী নুপীগী মচা)। দুর্ভগা+ঢেয়ণ্=দৌর্ভাগিনেয়ঃ (মরাইবক থীবী নুপীগী মচা)। অধিদেব+ষিকণ্ (ষ্ণিক)=আধিদৈবিকঃ, অসিগুম্না আধিভৌতিকঃ, পারলৌকিকঃ, আকৌশলিকঃ, পারস্ত্রৈণেয়ঃ (মীগী নুপীদা পোকপা মচা)।

৪। **সুপঞ্চালাদের্দ্বিতীয়স্য**—সুপঞ্চাল, অর্দ্ধপঞ্চাল, অগ্নিদেবতা, পিতৃদেবতা, দ্বিবর্ষ, চতুর্বর্ষ, পঞ্চবর্ষ-নচিংবা প্রাতিপদিকগী মনুংচনবা দ্বিতীয় পদগী (অনিশুবা পদগী) অহানবা স্বরগী বৃদ্ধি ওইগনি। সুপঞ্চাল+ষণ্=সুপাঞ্চাল, অর্দ্ধপঞ্চাল+ষিকণ্ =অর্দ্ধপাঞ্চালিক, অগ্নিদেবতা+ষণ্=অগ্নিদৈবত, পিতৃদেবতা+ষণ্=পিতৃদৈবত, দ্বিবর্ষ +ষিকণ্=দ্বিবার্ষিক অসিগুম্না ত্রিবার্ষিক, চতুর্বার্ষিক, পঞ্চবার্ষিক অসিনচিংবা।

৫। **ন ণিৎকার্য্যং সর্ব্বত্র**—মূর্দ্ধন্য-ণ্ চংখিবা প্রত্যয়গী অহানবা স্বরগী বৃদ্ধি ওইগনি হায়না তাকপা অদু মফম পুম্নমক্তা ওইরোই। খুদম—রথ+ষিকণ্=রথিকঃ, বণ+ষ্যণ্= বণ্যঃ, বয়স্+ষ্যণ্= বয়স্যঃ, অগ্র+ইয়=অগ্রিয়ঃ।

৬। **লোপোঽবর্ণেবর্ণয়োর্স্বরয়োঃ**—তদ্ধিত প্রত্যয়গী য অমসুং স্বরবর্ণ-না মথাদা লৈরবদা প্রাতিপদিকগী মমৈদা লৈবা অবর্ণ অমদি ইবর্ণগী লোপ ওইগনি। পুলস্তি+ষ্যণ্ =পৌলস্ত্যঃ; জমদগ্নি+ষ্যণ্ =জামদগ্ন্যঃ; গঙ্গা+ঢেয়ণ্ (এয়)=গাঙ্গেয়ঃ ; কুন্তী+ঢেয়ণ্ =কৌন্তেয়ঃ। অসিনচিংবা।

৭। **গুণ উবর্ণস্য**—তদ্ধিত প্রত্যয়গী য অমসুং স্বরবর্ণনা মথাদা লৈরবদা প্রাতি-পদিকগী মমৈথংবা উবর্ণগী গুণ ওইগনি। খুদম—ভৃগু+ষণ্ =ভার্গবঃ; পাণ্ডু+ষণ্ =পাণ্ডবঃ; কুরু+ষ্যণ্=কৌরব্যঃ; বাহু+ষিণ্=বাহবিঃ।

৮। **ঋলোদৌতো বঃ স্বরবৎ**—ঋকার, ওকার অমদি ঔকারগী মথাদা লৈবা তদ্ধিত প্রত্যয়গী য অদু স্বরগী থবক তৌগনি। পিতৃ+ষ্যণ্=পৈত্র্যং, গো+ষ্যণ্=গব্যং, নৌ +ষ্যণ্=নাব্যং (জাহাজগী ওইবা) ; নৌ+ষিকণ্=নাবিকঃ। অসিনচিংবা।

৯। **টের্লোপোডিতি**—ডকার হৌখিবা তদ্ধিত প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা প্রাতি-পদিকগী টিসংজ্ঞাগী লোপ ওইগনি। খুদম—একাদশ+ডট্=একাদশঃ; পশ্চাৎ+ডিম্ =পশ্চিমঃ। (মমৈথংবা স্বর অমদি মহাক্কা চিংবা ময়েক অদুবু টি কৌই)।

১০। **তের্বিংশতেঃ**—ডকার হৌখিবা তদ্ধিত প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা বিংশতি শব্দগী "তি" হায়বা শরুক অসি লোপ ওইগনি। (বিংশতেঃ পূরণং) বিংশতি+ডট্ =বিংশঃ।

১১। **ইয়ুবৌ যবয়োরাদ্যচঃ পদান্তে ণিতি**—ণকার হৌখিবা তদ্ধিত প্রত্যয় ওইরবদি পদগী মমৈদা লৈবা অহানবা স্বরগী মফমদগী পোকপা যগী মফমদা ইয়্, ব গী মফমদনা উব্ ওইগনি। খুদম—ব্যাস+ষিণ্=বৈয়াসকিঃ (ব্যাসকী মচা), ন্যায়+ষিকণ্= নৈয়ায়িকঃ, দ্বার+ষিকণ্=দৌবারিকঃ (থোংঙাকপা)।

১২। **দ্বারাদীনাঞ্চ**—অদুগুম্না ণকার হৌখিবা তদ্ধিত প্রত্যয় ওইরবদি দ্বার-নচিংবা(১) প্রাতিপদিকগী য অমসুং ব-গী মফমদা ইয়্ অমসুং উব্ ওইগনি। খুদম

---

(১) দ্বার, স্বর, স্বাধ্যায়, ব্যল্কশ, স্বস্তি, স্বর্, স্ফ্যকৃৎ, স্বাদু মৃদু, শ্বস্, শ্বন্, স্ব।

**র**+ষণ্=সৌবরঃ (স্বরগা মরী লৈনবা)। **স্বাধ্যায়**+ষিকণ্=সৌবাধ্যায়িকঃ (মহৈদা থবাই য়াওবা)। শ্বন্+ষণ্=শৌবনঃ (হুইগী ওইবা মতৌ)।

১৩। **ন স্বাগতাদীনাম্**—স্বাগত-নচিংবা (১) প্রাতিপদিকগী অহানবা য অমসুং ব গী মফমদা ইয়্ অমসুং উব্ ওইরোই। খুদম—স্বাগতিকম্, ব্যবহারিকঃ।

১৪। **বা শ্বাপদস্যাঙ্গুলেঃ**—শ্বাপদ, ন্যঙ্কু, হায়বা প্রাতিপদিক অনি অসিগীদি বিকল্প ওইগনি। শ্বাপদ+ষণ্=শৌবাপদঃ (শাগী লমচৎ চৎপা)।

১৫। **অব্যয়াশ্চিত্তঃ**—তদ্ধিত প্রত্যয় খুদিংদা চ্ হৌখিবা য়াওবা অদুগুম্বা প্রত্যয়না মমৈথংবা শব্দ পুম্নমক অব্যয় ওইগনি। খুদম—বহু+চশস্=বহুশঃ, দ্বি+ধাচ্=দ্বিধা, ব্রাহ্মণ+সাতিচ্=ব্রাহ্মণসাৎ(অব্যয়)।

১৬। **অপত্যে**—মখাদা লাক্কদৌরিবা প্রত্যয় পুম্নমক অপত্য (মচা খংবা) অর্থদা তৌগনি।

১৭। **অতঃ ষিণ্**—(অত ইঞ্ পাঃ) অপত্য (মচা খংবা) অর্থদা অকারান্ত প্রাতিপদিকগী মখাদা ষিণ্ (ইঞ্) তৌগনি; ষ্ ণ্ ইৎ ওই, ই লৈহৌই। খুদম—শূরস্যাপত্যং শৌরিঃ—(বিষ্ণু); দশরথস্যাপত্যং দাশরথিঃ, দ্রোণস্যাপত্যং দ্রৌণিঃ, যুধিষ্ঠিরস্যাপত্যং যৌধিষ্ঠিরিঃ, অর্জ্জুনস্যাপত্যং আর্জ্জুনিঃ, বিকর্ণস্যাপত্যং বৈকর্ণিঃ, কৃষ্ণস্যাপত্যং কার্ষ্ণিঃ।

১৮। **বাহ্বাদিভ্যশ্চ**—(পাঃ) অপত্যার্থদা বাহু-নচিংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা ষিণ্ (ইঞ্) তৌগনি। খুদম—বাহোরপত্যং বাহবিঃ, উপবাহোরপত্যম্ ঔপবাহবিঃ, সুমিত্রায়া অপত্যং সৌমিত্রিঃ, দুর্ম্মিত্রায়া অপত্যং দৌর্ম্মিত্রিঃ।

১৯। **উকো ব্যাসসুধাত্রোঃ ষিণি**—ষিণ্ (ইঞ্) প্রত্যয় তৌববদা ব্যাস, সুধাতৃ হায়বা প্রাতিপদিক অনিসিগী মখাদা ডক (অকঙ্) তৌগনি; ড ইৎ ওই, অক লৈহৌই। ব্যাসস্যাপত্যং বৈয়াসকিঃ (ব্যাসকী মচা) সুধাতুবপত্যং সৌধাতকিঃ।

২০। **নড়াদিভ্যঃ ষায়নণ্**—অপত্যার্থদা নড়-নচিংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা ষায়নণ্ (ফক্) তৌগনি; ষ্ ণ্ ইৎ ওই, আযন লৈহৌই। খুদম—নড়স্যাপত্যং নাড়ায়নঃ (নড়গী মচা), চরস্যাপত্যং চারায়ণঃ (চরগী মচা), দাসস্যাপত্যং দাসায়ণঃ (মীনাইগী মচা),শকটস্যাপত্যং শাকটায়নঃ, দ্রোণস্যাপত্যং দ্রৌণায়নঃ, পর্ব্বতস্যাপত্যং পার্ব্বতায়নঃ, অশ্বলস্যাপত্যং আশ্বলায়নঃ, বদরস্যাপত্যং বাদরায়ণঃ, দক্ষস্যাপত্যং দাক্ষায়ণঃ।

২১। **গর্গাদিভ্যঃ ষ্যণ্**—অপত্যার্থদা গর্গনচিংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা ষ্যণ্ (যঞ্) তৌই; ষ্ ণ ইৎ ওই, য লৈহৌই। খুদম—গর্গস্যাপত্যং গার্গ্যঃ (গর্গগী মচা), বৎস্যস্যাপত্যং বাৎস্যঃ, অগস্ত্যেরপত্যং আগস্ত্যঃ, পুলস্ত্যেরপত্যং পৌলস্ত্যঃ, মণ্ডোরপত্যং মাণ্ডব্যঃ, মধোরপত্যং মাধব্যঃ, জিগীষোরপত্যং জৈগীষব্যঃ, কুণ্ডিন্যা অপত্যং কৌণ্ডিন্যঃ, যজ্ঞবল্কস্যাপত্যং যাজ্ঞবল্ক্যঃ, শণ্ডিলস্যাপত্যং শাণ্ডিল্যঃ, মুদ্গলস্যাপত্যং মৌদ্গল্যঃ,জমদগ্নেরপত্যং জামদগ্ন্যঃ (পরশুরাম), পরাশরস্যাপত্যং পারাশর্য্যঃ—(বেদব্যাস), অগ্নিবেশস্যাপত্যং আগ্নিবেশ্যঃ দিতেরপত্যং দৈত্যঃ, অদিতেরপত্যং আদিত্যঃ, প্রজাপতেরপত্যং প্রাজাপত্যঃ।

---

(১) স্বাগত, স্বধ্বর, স্বঙ্গ, ব্যঙ্গ, ব্যড়, ব্যবহার, স্বপতি।

১৯। সুধাতুরকঙ্চ। ২০। নড়াদিভ্যঃ ফক্।

২১। গর্গাদিভ্যো যঞ্।

২২। **শিবাদিভ্যঃ ষণ্**—অপত্যার্থদা শিব-নচিংবা প্রাতিপদিকগী মথাদা ষণ্ (অণ্) তৌই ; ষ্ ণ্ ইৎ ওই, অ লৈহোই। খুদম—শিবস্যাপত্যং শৈবঃ, ককুৎস্থস্যাপত্যং কাকুৎস্থঃ, বিশ্রবণস্যাপত্যং বৈশ্রবণঃ, রবণস্যাপত্যং রাবণঃ, ঊর্ণনাভস্যাপত্যং ঔর্ণনাভঃ, পৃথায়া অপত্যং পার্থঃ, যস্কস্যাপত্যং যাস্কঃ, ইলায়া অপত্যম্ ঐলঃ, সপত্ন্যা অপত্যং সাপত্নঃ।

২৩। **বিদাদেঃ**—অপত্য অর্থদা বিদ-নচিংবা প্রাতিপদিক গী মথাদা ষণ্ (অঞ্) ওই। খুদম— বিদস্যাপত্যং বৈদঃ, ঊর্বস্যাপত্যং ঔর্বঃ,কশ্যপস্যাপত্যং কাশ্যপঃ, কুশিকস্যাপত্যং কৌশিকঃ, ভরদ্বাজস্যাপত্যং ভারদ্বাজঃ, বিশ্বানরস্যাপত্যং বৈশ্বানরঃ শরদ্বতোঽপত্যং শারদ্বতঃ, পুনর্ভ্বা অপত্যং পৌনর্ভবঃ, শুনকস্যাপত্যং শৌনকঃ, পুত্রস্যাপত্যং পৌত্রঃ, দুহিতুরপত্যং দৌহিত্রঃ।

২৪। **ভৃগ্বাদেশ্চ** —অপত্য অর্থদা ভৃগুনচিংবা প্রাতিপদিকগী মথাদা ষণ্ (অণ্) তৌগে। মদুদি—ভৃগোরপত্যং ভার্গবঃ, মরীচেরপত্যং মারীচঃ, বশিষ্ঠস্যাপত্যং বাশিষ্ঠঃ,কুৎসস্যাপত্যং কৌৎসঃ, গোতমস্যাপত্যং গৌতমঃ, অঙ্গিরসোঽপত্যং আঙ্গিরসঃ, বিশ্বামিত্রস্যাপত্যং বৈশ্বামিত্রঃ, ধৃতরাষ্ট্রস্যাপত্যং ধার্ত্তরাষ্ট্রঃ, পাণ্ডোরপত্যং পাণ্ডবঃ, বসুদেবস্যাপত্যং বাসুদেবঃ, যদোরপত্যং যাদবঃ, পুরোরপত্যং পৌরবঃ, রঘোরপত্যং রাঘবঃ, কুরোরপত্যং কৌরবঃ, মনোরপত্যং মানবঃ, দ্রুপদস্যাপত্যং দ্রৌপদঃ, পর্ব্বতস্যাপত্যং পার্ব্বতঃ।

২৫। **ঐক্ষ্বাককৌরব্যমনুষ্যমানুষাঃ**—ঐক্ষ্বাক, কৌরব্য, মনুষ্য, মানুষ, হায়বা শব্দ মরি অসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—ইক্ষ্বাকোরপত্যম্ ঐক্ষ্বাকঃ, কুরোরপত্যং কৌরব্যঃ, মনোরপত্যং মনুষ্যঃ, মানুষঃ (মনুগী মচা, মীওইবা)।

২৬। **মাতুর্দ্বুর্সংখ্যায়াঃ**—ষণ্ (অণ্) প্রত্যয় তৌরবদা সংখ্যাবাচক (মশীং খংনবা) শব্দগী মথাদা লৈবা মাতৃ শব্দগী মথাদা ডুর্ ওই ; ড্ ইৎ ওই উর্ লৈহৌগনি। মদুদি—দ্বয়োর্মাত্রোরপত্যং দ্বৈমাতুরঃ (গণেশ), ষণ্ণাং মাতৃণামপত্যং ষাণ্মাতুরঃ (কার্ত্তিকগী মমিং অমা)।

২৭। **কন্যায়াঃ কনীনঃ**—ষণ্ (অণ্) প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা কন্যা শব্দগী মফমদা কনীন ওইগনি। খুদম—কন্যায়া অপত্যং কানীনঃ (লুহোংদ্রিবী নুপীগী মচা)।

২৮। **স্ত্রীভ্যঃ ষেয়ণ্**—অপত্য অর্থদা স্ত্রীপ্রত্যয়না মমৈথংবা প্রাতিপদিকগী মথাদা ষেয়ণ্ (ঢক্) তৌই ; ষ্, ণ্ ইৎ ওই, এয় লৈহোই। মদুদি—গঙ্গায়া অপত্যং গাঙ্গেয়ঃ, রাধায়া অপত্যং রাধেয়ঃ, বিনতায়া অপত্যং বৈনতেয়ঃ (গরুড়), তাড়কায়া অপত্যং তাড়কেয়ঃ, সরমায়া অপত্যং সারমেয়ঃ (হুই), ভগিন্যা অপত্যং ভাগিনেয়ঃ, কুন্ত্যা অপত্যং কৌন্তেয়ঃ, অম্বিকায়া অপত্যং আম্বিকেয়ঃ, গোধায়া অপত্যং গৌধেয়ঃ।

২৯। **গৌধেরগৌধারৌ**—গোধায়া অপত্যম্ হায়বা অর্থদা গৌধের অমসুং গৌধার হায়বা শব্দ অনিসি নিপাতনদা থোকই।

৩০। **শুভ্রাদিভ্যশ্চ (পাঃ)**—অপত্য অর্থদা শুভ্রনচিংবা প্রাতিপদিকগী মথাদা ষেয়ণ্ (ঢক্) তৌই। মদুদি—শুভ্রস্যাপত্যং শৌভ্রেয়ঃ, অত্রেরপত্যম্ আত্রেয়ঃ, বিমাতুরপত্যং বৈমাত্রেয়ঃ, শকুনেরপত্যং শাকুনেয়ঃ, শতলস্যাপত্যম্ শাতলেয়ঃ, ইতরস্যাপত্যম্ ঐতরেয়ঃ।

---

২২। **শিবাদিভ্যোঽণ্।** ২৩। **অনৃষ্যানন্তর্য্যে বিদাদিভ্যোঽঞ্।**
২৬। **মাতুরুৎসংখ্যাসংভদ্রপূর্ব্বায়াঃ।** ২৭। **কন্যায়াঃ কনীন্চ।**
২৮। **স্ত্রীভ্যো ঢক্।**

৩১। **লোপঃ ঢেয়াবর্ণস্য**—ঢেয়ণ্ (ঢক্) প্রত্যয় তৌরবদা প্রাতিপদিকগী মমৈদা লৈবা উবর্ণগী লোপ ওই। মদুদি—মৃকণ্ডোরপত্যং মার্কণ্ডেয়ঃ, কমণ্ডল্বা অপত্যং কামণ্ডলেয়ঃ।

৩২। **ন পাণ্ডুকদ্র্বোঃ**—পাণ্ডু অমসুং কদ্রু শব্দগী উবর্ণগী লোপ ওইরোই। খুদম—পাণ্ডোরপত্যং পাণ্ডবেয়ঃ, কদ্র্বা অপত্যং কাদ্রবেয়ঃ।

৩৩। **সুভগাদেরিণ্**—ঢেয়ণ্ (ঢক্) প্রত্যয় তৌরবদা সুভগানচিংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা ইন্ (ইনঙ্) তৌই। মদুদি—সুভগায়া অপত্যং সৌভাগিনেয়ঃ, দুর্ভগায়া অপত্যং দৌর্ভাগিনেয়ঃ, বন্ধক্যা অপত্যং বান্ধকিনেয়ঃ, কনিষ্ঠায়া অপত্যং কানি-ষ্ঠিনেয়ঃ, পরস্ত্রিয়া অপত্যং পারস্ত্রৈণেয়ঃ।

৩৪। **কুলটায়া বা**—কুলটা শব্দগী মখাদা বিকল্প ওইনা ইন্ (ইনঙ্) তৌই। খুদম—কুলটায়া অপত্যং কৌলটিনেয়ঃ, কৌলটেয়ঃ (১)।

৩৫। **স্বস্রাদিভ্যঃ ষীয়ণ্**—অপত্য অর্থদা স্বসৃনচিংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা ষীয়ণ (ছ) ওই ; ষ্ ণ্ ইৎ ওই, ঈয় লৈহৌই। খুদম—স্বসুরপত্যং স্বস্রীয়ঃ (মচন, মচেগী মচা), ভ্রাত্রীয়ঃ (ভ্রাতৃব্যঃ)—ময়াম্বা, মনাওগী মচা।

৩৬। **পিতৃমাতৃস্বস্রোঃ ঢেয়ণ্ বা ঋলোপশ্চ**—পিতৃস্বসৃ অমদি মাতৃস্বসৃ শব্দগী মখাদা বিকল্প ওইনা ঢেয়ণ্ তৌই ; ঢেয়ণ্ তৌরবদা ঋকারগী লোপ ওই। মদুদি—পিতৃস্বসু-রপত্যং পৈতৃস্বসেয়ঃ, পৈতৃস্বস্রীয়ঃ—(ইপাগা পোকমিন্নবা ইনেগী মচা), মাতৃ-স্বসুরপত্যং মাতৃস্বসেয়ঃ, মাতৃস্বস্রীয়ঃ (ইমাগা পোকমিন্নবা ইন্দাল, ইন্দোমচাগী মচা)।

৩৭। **রেবত্যাদিভ্যঃ ষিকণ্**—অপত্য অর্থদা রেবতীনচিংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা ষিকণ্ (ঠক্) তৌই ; ষ্ ণ্ ইৎ ওই ইক লৈহৌই। খুদম—রেবত্যা অপত্যং রৈবতিকঃ, অশ্বপাল্যা অপত্যং আশ্বপালিকঃ।

৩৮। **লোপো গর্গাদের্বহুবচনে**—বহুবচনদা গর্গনচিংবগী মখাদা তৌবা অপত্যার্থ প্রত্যয়গী লোপ ওই। খুদম—গর্গস্যাপত্যানি গর্গাঃ, বৎসস্যাপত্যানি বৎসাঃ, অগস্ত্যেরপত্যানি অগস্তয়ঃ, বিশ্বাবসোরপত্যানি বিশ্বাবসবঃ, বভ্রোরপত্যানি বভ্রবঃ, মুদ্গলস্যাপত্যানি মুদ্গলাঃ, জমদগ্নেরপত্যানি জমদগ্নয়ঃ, পূতিমাসস্যাত্যানি পূতিমাষাঃ।

৩৯। **যস্কাদেঃ**—বহুবচনদা যস্ক-নচিংবগী মখাদা তৌবা অপত্য প্রত্যয়গী লোপ ওইগনি। মদুদি—যস্কস্যাপত্যানি যস্কাঃ, দ্রুহ্যস্যাপত্যানি দ্রুহ্যাঃ, তৃণকর্ণস্যাপত্যানি তৃণকর্ণাঃ, জঙ্ঘারথস্যাপত্যানি জঙ্ঘারথাঃ।

৪০। **বিদাদেঃ**—বহুবচনদা বিদ-নচিংবগী মখাদা তৌবা অপত্য প্রত্যয়গী লোপ ওইগনি। মদুদি—বিদস্যাপত্যানি বিদাঃ, উর্বস্যাপত্যানি উর্বাঃ, কশ্যপস্যাপত্যানি কশ্যপাঃ, কুশিকস্যাপত্যানি কুশিকাঃ, ভরদ্বাজস্যাপত্যানি ভরদ্বাজাঃ, উপমন্যোরপত্যানি উপমন্যবঃ, বিশ্বানরস্যাপত্যানি বিশ্বানরাঃ, হর্য্যশ্বস্যাপত্যানি হর্য্যশ্বাঃ, শরদ্বতোঽপত্যানি শরদ্বতঃ, শুনকস্যাপত্যানি শুনকাঃ।

---

(১) মফম অসিদা কুলটা শব্দসি সতী ভিক্ষোপজীবিনী (ভিক্ষা নিদুনা হিংবা) নুপী অদু খংগনি, ব্যভিচারিণী (লমচৎ ফজদবী) নত্তে। ব্যভিচারিণীগী অর্থদা কৌলটেয়ঃ কৌলটেরঃ হায়বা পদ অনি অসি ওই।

৩৫। স্বসুশ্ছঃ।

৩৬। পিতৃস্বসুশ্ছণ্ মাতৃস্বসুশ্চ ঢকি লোপঃ।

৩৭। রেবত্যাদিভ্যষ্ঠক্। ৩৯। যস্কাদিভ্যো গোত্রে।

৪১। **অত্র্যাদেশ্চ**— বহুবচনদা অত্রি-নচিংবগী মখাদা তৌবা অপত্য-প্রত্যয়গী লোপ ওইগনি। মদুদি—অত্রেরপত্যানি অত্রয়ঃ ভৃগোরপত্যানি ভৃগবঃ, কুৎসস্যাপত্যানি কুৎসাঃ, বশিষ্ঠস্যাপত্যানি বশিষ্ঠাঃ, গোতমস্যাপত্যানি গোতমাঃ, অঙ্গিরসোঽপত্যানি অঙ্গিরসঃ।

৪২। **রাজসংজ্ঞাভ্যো বিভাষা**— বহুবচনদা নিংথৌ খংনবা প্রাতিপদিকগী মখাদা তৌবা অপত্য প্রত্যয়গী বিকল্প ওইনা লোপ ওইগনি। মদুদি— রঘোরপত্যানি রঘবঃ, রাঘবাঃ; কুরোরপত্যানি কুরবঃ, কৌরবাঃ; যদোরপত্যানি যদবঃ, যদবাঃ; কুরোরপত্যানি কুরবঃ, কৌরবাঃ; ইক্ষ্বাকোরপত্যানি ইক্ষ্বাকবঃ, ঐক্ষ্বাকাঃ; বৃষ্ণেরপত্যানি বৃষ্ণয়ঃ, বার্ষ্ণেয়াঃ; নিমেরপত্যানি নিময়ঃ, নৈমেয়াঃ।

৪৩। **ন স্ত্রিয়াম্**— স্ত্রীলিঙ্গদা অপত্য-প্রত্যয়গী লোপ ওইররোই। খুদম— যস্কস্যাপত্যানি স্ত্রিয়ঃ যাস্ক্যঃ, বিদস্যাপত্যনি স্ত্রিয়ঃ বৈদ্যঃ অত্রেরপত্যানি স্ত্রিয়ঃ আত্রেয্যঃ, রঘোরপত্যানি স্ত্রিয়ঃ রাঘব্যঃ।

৪৪। **অর্থবিশেষে অপত্যানি**—অপত্য অর্থদা তৌগনি হায়না তাকখিবা মখোয়শিং অদু অর্থ তোঙানবদসু তৌগনি।

৪৫। **ইয়-কণ্-পীন-খীকণশ্চ**—অর্থ তোঙানবদা ইয়্, কণ্, পীন, খীকণ্ হায়বা প্রত্যয়শিং অসিসু ওইবা য়াবা মফমদা ওইগনি; কণ্-গী ণ্ ইৎ ওই, ক লৈহৌই; পীন-গী ণ্ ইংনি, ঈন লৈহৌই; খীকণ-গী খ্ ণ্ ইংনি, ঈক লৈহৌই।

৪৬। **তদ্বেত্তি তদধীতে**— তৎ বেত্তি (মদু খংই), তৎ অধীতে (মদু তমই) হায়বা অর্থ অনিসিদা প্রাতিপদিকগী মখাদা মাগী মাগী ওইবা য়াবা মফমদা হায়খিবা প্রত্যয় পুম্নমক ওই। খুদম— তর্কং বেত্তি অধীতে বা তার্কিকঃ (ঠঞ্)— তর্ক খংবা নত্রগা তম্বা কনাগুম্বা অমা। ন্যায়ং বেত্তি অধীতে বা নৈয়ায়িকঃ, বেদান্তং বেত্তি অধীতে বা বৈদান্তিকঃ, পুরাণং বেত্তি অধীতে বা পৌরাণিকঃ (ঠক্) বেদং বেত্তি অধীতে বা বৈদিকঃ (ঠঞ্), অলঙ্কারং বেত্তি অধীতেবা আলঙ্করিকঃ, জ্যোতিষং বেত্তি অধীতে বা জ্যৌতিষিকঃ (ঠক্), ব্যাকরণং বেত্তি অধীতে বা বৈয়াকরণঃ (অণ্)— ব্যাকরণ খংবা নত্রগা তম্বা কনাগুম্বা অমা।

৪৭। **ক্রমোপাঠ্যাঃ শিক্ষাদেঃ**— শিক্ষা-নচিংবা প্রাতিপদিকগী মমৈথংবা স্বর অদু হ্রস্ব ওই। খুদম— ক্রমং বেত্তি অধীতে বা ক্রমকঃ (বুন্) শিক্ষাং বেত্তি অধীতে বা শিক্ষকঃ, মীমাংসাং বেত্তি অধীতে বা মীমাংসকঃ। পদং বেত্তি অধীতে বা পদকঃ (বুন্)।

৪৮। **তেন প্রোক্তম্ (পাঃ)**— তেন প্রোক্তম্ (মহাক্না হায়রম্মী) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মখাদা মাগী মাগী মদু ওইনি হায়না তাকপা প্রত্যয় খুদিংমক ওই। খুদম— ঋষিণা প্রোক্তম্ আর্ষম্ (অণ্) — ঋষিনা হায়রম্বা। মনুনা প্রোক্তম্ মানবম্ (অণ্), মানবীয়ম্ (ছ) বিষ্ণুনা প্রোক্তম্ বৈষ্ণবম্ (অণ্), পাণিনিনা প্রোক্তং পাণিনীয়ম্, জৈমিনিনা প্রোক্তং জৈমিনীয়ম্ (ছ), অত্রিণা প্রোক্তং আত্রেয়ম্ (ঢক্) উশনসা প্রোক্তং ঔশনসম্ (অণ্), অঙ্গিরসা প্রোক্তং আঙ্গিরসম্ (অণ্), পরাশরেণ প্রোক্তং পারাশরীয়ম্ (ছ), বৃহস্পতিনা প্রোক্তং বার্হস্পত্যম্ (ণ্য), নারদেন প্রোক্তং নারদীয়ম্ (ছ), বাল্মীকিনা প্রোক্তং বাল্মীকীয়ম্, বৌধায়নেন প্রোক্তং বৌধায়নীয়ম্।

---

৪১। অত্রিভৃগুকুৎসবশিষ্ঠগোতমাঙ্গিরোভ্যশ্চ।

৪২-৪৩। তদ্রাজস্য বহুষু তেনেবাস্ত্রিয়াম্। ৪৬। তদধীতে তদ্বেদ।

৪৭। ক্রমাদিভ্যো বুন্।

৪৯। **তেন কৃতম্**—তেন কৃতম্ (মহাক্না তৌরম্বী) হায়বা অর্থ অসিদা প্রাতি-পদিকশী মথাদা ওইবা য়াবা হায়থ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। খুদম—কায়েন কৃতং কায়িকম্ (ঠক্)—হকচাংনা তৌবা থবক। অঙ্গেন কৃতম্ আঙ্গিকম্ (ঠঞ্), শরীরেণ কৃতং শারীরিকম্, বাচা কৃতং বাচিকম্ (ঠক্), মনসা কৃতং মানসিকম্, পুরুষেণ কৃতং পৌরুষেয়ম্ (ঢক্), মক্ষিকাভিঃ কৃতং মাক্ষিকম্ (অণ্), সহসা কৃতম্ সাহসিকম্ (খৌনা), ক্ষুদ্রাভিঃ কৃতং ক্ষৌদ্রম্ (অঞ্)—খোইহী।

৫০। **তেন রক্তম্**— তেন রক্তম্ (মদুনা শংবা) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকশী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়থ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। খুদম— কষায়েণ রক্তং কাষায়ম্ (অণ্) — য়োংমানবা মচু শংলবা। কুসুম্ভেন রক্তং কৌসুম্ভম্, নীল্যা রক্তম্ নীলম্ (অণ্), — আকাশ মচু শংলবা। হরিদ্রয়া রক্তং হারিদ্রম্, মঞ্জিষ্ঠয়া রক্তং মাঞ্জিষ্ঠম্ (অণ্), লাক্ষয়া রক্তম্ লাক্ষিকম্ (ঠক্), রোচনয়া রক্তং রৌচনিকম্ (ঠক্); পীতেন রক্তং পীতকম্ (কন্)।

৫১। **সাস্য দেবতা (পাঃ)**—সা অস্য দেবতা (মসি মহাক্কী দেবতানি) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকশী মথাদা ওইবা মথক্তা হায়থ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। খুদম— শিবোঽস্য দেবতা শৈবঃ (অণ্)—শিব নিংবা কাংবু। বিষ্ণুঃ অস্য দেবতা বৈষ্ণবঃ (বিষ্ণু নিংবা কাংবু)। শক্তিরস্য দেবতা শাক্তঃ, গণপতিরস্য দেবতা গাণপত্যঃ (ঝ্যণ্), প্রজাপতিরস্য দেবতা প্রাজাপত্যঃ (ঝ্যঞ্), বায়ুরস্য দেবতা বায়ব্যঃ (যৎ), অগ্নিরস্য দেবতা আগ্নেয়ঃ (ঢক্), সোমোঽস্য দেবতা সৌম্যঃ (ঝ্যঞ্), দ্যাবাপৃথিব্যৌ অস্য দেবতে দ্যাবাপৃথিবীয়ম্ (ছ), দ্যাবাপৃথিব্যম্(যৎ), অগ্নীষোমাবস্য দেবতে অগ্নীষোমীয়ম্, (ছ), অগ্নীষোম্যম্ (যৎ)।

৫২। **তস্য সমূহঃ (পাঃ)** তস্য সমূহঃ (মহাক্কী কাংলুপ) হায়বা অর্থ অসিদা প্রাতিপদিক-শী মথাদা তৌবা য়াবা মথক্তা হায়থ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক তৌগনি। মদুদি —ভিক্ষাণাং সমূহঃ ভৈক্ষ্যম্ (অণ্)—ভিক্ষাদগী ফংলকপশিং। অঙ্গারাণাং সমূহঃ আঙ্গারম্ (অণ্)—মৈতান মপৈ। ময়ূরাণাং সমূহঃ মায়ূরম্ (অঞ্)—বাহোং কাংলুপ। ধেনূনাং সমূহঃ ধৈনুকম্ (বুঞ্), কলাপানাং সমূহঃ কালাপম্ (বুঞ্), রাজন্যানাং সমূহঃ রাজন্যকম্ —নিংথৌ মচাশিংগী কাংলুপ। রাজপুত্রাণাং সমূহঃ রাজপুত্রকম্, মনুষ্যাণাং সমূহঃ মানুষ্যকম্, অপূপানাং সমূহঃ আপূপিকম্ (ঠক্ নত্রগা ঠঞ্), গণিকানাং সমূহঃ গাণিক্যম্ (ষঞ্), ব্রাহ্মণানাং সমূহঃ ব্রাহ্মণ্যম্ (যৎ)— ব্রাহ্মণগী কাংলুপ।

৫৩। **সমূহে খণ্ড-কাণ্ড-তলঃ**—সমূহ (কাংলুপ) অর্থদা প্রাতিপদিকশী মথাদা মাগী মাগী তৌবা য়াবা খণ্ড, কাণ্ড, অমদি তল্ প্রত্যয় তৌগনি। খুদম—কমলানাং সমূহঃ কমলখণ্ডম্, কুমুদানাং সমূহঃ কুমুদখণ্ডম্, দূর্ব্বাণাং সমূহঃ দূর্ব্বাকাণ্ডম্, কর্ম্মণাং সমূহঃ কর্ম্মকাণ্ডম্। তল্ প্রত্যয় তৌবা শব্দদি স্ত্রীলিঙ্গ ওই। জনানাং সমূহঃ জনতা—মীগী কাংলুপ। বন্ধূনাং সমূহঃ বন্ধুতা।

৫৪। **তত্র ভবঃ**—তত্র ভবঃ (মদুদা ওইবা) (১) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকশী মথাদা তৌবা য়াবা মথক্তা হায়থ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—মথুরায়াং ভবঃ মাথুরঃ —মথুরাদা পোকপা, কলিঙ্গে ভবঃ কালিঙ্গঃ, শরদি ভবঃ শারদঃ (অণ্), বসন্তে ভবঃ

---

৫০। সূত্র—তেন রক্তং রাগাৎ। ৫৩। গ্রামজনবন্ধুভ্যস্তল্।

(১) মফম অসিদা ভব শব্দসি জাত, স্থিত, সংক্রান্ত, আবির্ভূত নচিংবা অয়াম্বা অর্থ শংগদবনি।

বাসন্তিকঃ (ঠক্), হেমন্তে ভবঃ হৈমন্তিকঃ (ঠঞ্), হৈমন্তঃ (অণ্); সমুদ্রে ভবঃ সামুদ্রিকঃ (ঠঞ্), দ্বীপে ভবঃ দ্বৈপায়নঃ (ফক্), দ্বৈপ্যঃ (ষঞ্); অকালে ভবঃ আকালিকঃ (ঠক্), শশ্বদ্ভবঃ শাশ্বতিকঃ—লেংপ্রবা, কুলে ভবঃ কুলীনঃ (খ)—অচৌবা শাগৌদা পোকপা, দুষ্কুলে ভবঃ দৌষ্কুলেয়ঃ (ঢক্), দুষ্কুলীনঃ (খ); প্রাচি ভবঃ প্রাচ্যঃ (যৎ)—নোংপোক লমদা লৈবা কাংবু, দিশি ভবম্ দিশ্যম্, বর্গে ভবম্ বর্গ্যম্, কণ্ঠে ভবম্ কণ্ঠ্যম্, দন্তে ভবম্ দন্ত্যম্, তালৌ ভব্যম্ তালব্যম্, ওষ্ঠে ভবম্ ওষ্ঠ্যম্ জিহ্বামূলে ভবম্ জিহ্বামূলীয়ম্ (ছ), অন্তরে ভবম্ আন্তরিকম্ (ঠক্), মনসি ভবম্ মানসম্ (অণ্) পুক্নিংগী ওইবা, শরীরে ভবম্ শারীরম্ (হকচাংগী ওইবা), গ্রামে ভবঃ গ্রাম্যঃ (খুঙ্গংগী ওইবা), গ্রামীণঃ, অরণ্যে ভবঃ আরণ্যকো (বুন্) মনুষ্যঃ, আরণ্যঃ (অণ্) পশুঃ—বনদা লৈবা শা, কোশে ভবম্ কৌশেয়ম্ (ঢক্), ইহ ভবম্ ঐহিকম্, লোকে ভবম্ লৌকিকম্ (ঠঞ্), ভূমৌ ভবঃ ভৌমঃ (অণ্), দিবি ভবঃ দিব্যঃ (যৎ), অগ্রে ভবম্ অগ্র্যম্, আদৌ ভবম্ আদ্যম্, অন্তে ভবম্ অন্ত্যম্, বেশে ভবা বেশ্যা, সর্ব্বকালে ভবম্ সর্ব্বকালিকম্ (ঠঞ্), কদাচিদ্ ভবম্ কাদাচিৎকম্ (বুঞ্), সম্প্রতি ভবম্ সাম্প্রতিকম্ (ঠঞ্), অধ্যাত্মং ভবম্ আধ্যাত্মিকম্ (ঠঞ্), অধিভূতং ভবম্ আধিভৌতিকম্, অধিদেবং ভবম্ আধিদৈবিকম্, মধ্যন্দিনে ভবং মাধ্যন্দিনম্ (অণ্)।

৫৫। **টিলোপোঽকস্মাদ্বহিষোঃ**—অকস্মাৎ, বহিস্ হায়বা প্রাতিপদিক অনি অসিগী টি লোপ ওই। খুদম—অকস্মাদ্ ভবম্ আকস্মিকম্ (ঠঞ্)—খংহৌদনা খোকপা, বহির্ভবং বাহ্যং (ষঞ্), বাহীকম্ (ঈকন্)—মপানগী ওইবা।

৫৬। **স্ত্রীপুংসাভ্যাং নঞ্**—স্ত্রী অমসুং পুম্স্ শব্দগী মথাদা ভব (ওইবা) নচিংবা অর্থদা নঞ্ তৌহ ণ্ ইৎ ওই, ন লৈহৌই। মদুদি—স্ত্রীষু ভবং স্ত্রৈণম্ (নঞ্)—নুপী ওইবগী মতৌ, পুংসু ভবং পৌংস্নম্ (স্নঞ্)—নুপা ওইবগী মতৌ।

৫৭। **হৈমন-শৌবস্তিক-পৌনঃপুনিকাঃ**—হৈমন, শৌবস্তিক অমসুং পৌনঃপুনিক শব্দ নিপাতন-দা খোকই। খুদম—হেমন্তে ভবং হৈমনম্ (অণ্), শ্বো ভবং শৌবস্তিকম্ (ঠঞ্)—ঙরাং ওইবগী মতৌ, পুনঃপুনর্ভবং পৌনঃপুনিকম্—হন্না হন্না ওইবা।

৫৮। **প্রতীচ্যোদীচ্য-তিরশ্চীনাঃ**—প্রতীচ্য, উদীচ্য, তিরশ্চীন, হায়বা শব্দ অহুম অসি নিপাতন-দা খোকপনি। মদুদি—প্রতীচি ভবং প্রতীচ্যম্ (যৎ)— নোংচুপকী ওইবা, উদীচিভবং উদীচ্যম্—অৱাংগী ওইবা, তিরশ্চি ভবং তিরশ্চীনম্ (খ)—খোইবা।

৫৯। **তত্র সাধুঃ (শাঃ)**—তত্র সাধুঃ হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিক-গী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—সভায়াং সাধুঃ সভ্যঃ (যৎ), সমাজে সাধুঃ সামাজিকঃ (ঠক্)—ময়ামগী ওইবা, অতিথৌ সাধুঃ আতিথেয়ঃ (ঢঞ্)—অতিথিবু লুনা তৌবা, বেদে সাধুঃ বৈদিকঃ (ঠক্), সংগ্রামে সাধুঃ সাংগ্রামিকঃ (ঠঞ্), সংযুগে সাধুঃ সংযুগীনঃ (খঞ্), বিতণ্ডায়াং সাধুঃ বৈতণ্ডিকঃ (ঠক্), সৎ কথায়াং সাধুঃ সাৎকথিকঃ (ঠক্), সংগ্রহে সাধুঃ সাংগ্রহিকঃ (ঠক্)।

৬০। **দেয়ে কালাদবশ্যম্ভাবে**—অবশ্যম্ভাব (শোইদনা ওইগদবা) খংবদা দেয় (পিগদবা) অর্থদা কাল খংনবা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—মাসে দেয়ং মাসিকম্ (ঠঞ্), বর্ষে দেয়ং বার্ষিকম্—চহিদা তৌগদবা, অব্দে দেয়ং আব্দিকম্, সংবৎসরে দেয়ং সাংবৎসরিকম্, অগ্রহায়ণে দেয়ং আগ্রহায়ণিকম্ (ঠঞ্), শ্রাবণে দেয়ং শ্রাবণিকম্ (ঠঞ্)।

---

৬০। দেয়মৃণে।

৬১। **নির্বৃত্তে চ**—নির্বৃত্ত (পাংথোকলা) অর্থদসু ওই। খুদম—দিনেন নির্বৃত্তং দৈনিকম্ (ঠঞ্), মাসেন নির্বৃত্তং মাসিকম্—থা অমগী ওইবা। বর্ষেণ নির্বৃত্তং বার্ষিকম্, সংবৎসরেণ নির্বৃত্তং সাংবৎসরীয়ং (ছণ্) সাংবৎসরিকম্ (ঠঞ্)।

৬২। **অহ্নঃ খঞ্ঃ**—অহন্ শব্দগী মকমদা অহ্ন ওই। মদুদি—অহ্না নির্বৃত্তম্ আহ্নিকম্ (ঠক্)—নুংথিনগী ওইবা।

৬৩। **ব্যাপ্তৌ চ**—ব্যাপ্তি (শিনবা থুংবা ) অর্থদসু ওই। মদুদি—দিনং ব্যাপ্য স্থিতং দৈনিকম্ (ঠঞ্), মাসং বাপ্য স্থিতং মাসিকম্, বর্ষং ব্যাপ্য স্থিতং বার্ষিকম্—চহি অমা চুপ্পা তৌবা থবক। চতুরো মাসান্ ব্যাপ্য স্থিতং চাতুর্মাস্যম্ (যঞ্)

৬৪। **বয়সি চ**—বয়স (চহী) অর্থদসু ওই। মদুদি—দ্বে বর্ষে অস্য বয়ঃ দ্বিবর্ষীণঃ (খ), দ্বিবর্ষীয়ঃ (ছ), দ্বিবার্ষিকঃ (ঠঞ্), দ্বিবর্ষঃ—চহী অনি শুরবা, পঞ্চ বর্ষাণ্যস্য বয়ঃ পঞ্চবর্ষীণঃ, পঞ্চবর্ষীয়ঃ, পঞ্চবার্ষিকঃ, পঞ্চবর্ষঃ; ষোড়শ বর্ষাণ্যস্য বয়ঃ ষোড়শবর্ষীণঃ, ষোড়শবর্ষীয়ঃ, ষোড়শবার্ষিকঃ, ষোড়শবর্ষঃ— চহী ১৬ শুরবা।

৬৫। **তত আগতঃ (পাঃ)**—ততঃ আগতঃ (মফমদুদগী লাকপা) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়রিবা প্রত্যয় পুম্নমক ওই। খুদম—মথুরায়া আগতঃ মাথুরঃ (অণ্), নগরাদাগতঃ নাগরিকঃ (ঠক্)—সহরদগী লাকপা কাংবু, আপণাদাগতঃ আপণিকঃ, উপাধ্যায়াদাগতম্ ঔপাধ্যায়কম্ (বুঞ্), পিতামহাদাগতম্ পৈতামহিকম্, মাতুরাগতম্ মাতৃকম্ (ঠঞ্), সবিতুরাগতং সাবিত্রম্ (অণ্), ভ্রাতুরাগতম্ ভ্রাতৃকম্ (ঠঞ্) পিতুরাগতং পৈতৃকং (ঠঞ্), পিত্র্যং (যৎ)—পিতৃশিংগী ওইবা, স্ত্রিয়া আগতং স্ত্রৈণম্ (নঞ্), পুংস আগতং (পৌংস্নম্ (স্নঞ্)।

৬৬। **তদর্হতি**—তৎ অর্হতি (মদু মতিক চাই) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়রিবা প্রত্যয় পুম্নমক ওই। মদুদি—শতমর্হতি শতিকঃ (ঠক্), সহস্রমর্হতি সাহস্রিকঃ (ঠঞ্), ছেদমর্হতি ছেদ্যঃ (যৎ), ভেদমর্হতি ভেদ্যঃ, দণ্ডমর্হতি দণ্ড্যঃ—চৈরাক শিবদা মতিক চাবা, অর্ঘমর্হতি অর্ঘ্যঃ, বধমর্হতি বধ্যঃ—হাৎপদা মতিক চাবা, যজ্ঞমর্হতি যজ্ঞীয়ঃ (জ্ঞি) (ছ), দক্ষিণামর্হতি দক্ষিণীয় (ছ), দক্ষিণ্যঃ (যৎ)।

৬৭। **তস্মাদনপেতম্**—তস্মাৎ অনপেতম্ (মঙোন্দগী হেন্দোক্তবা) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা মথক্তা হায়রিবা প্রতস্য পুম্নমক ওই। মদুদি—ধর্মাদনপেতম্ ধর্ম্ম্যম্ (যৎ)—ধর্মদগী হেন্দোক্তবা, ন্যায়াদনপেতং ন্যায্যম্—অচুম্বা, অর্থাদনপেতম্ অর্থ্যম্, পথোঽনপেতং পথ্যম্, শাস্ত্রাদনপেতং শাস্ত্রীয়ম্ (ছ), বিধেরনপেতং বৈধম্, (অণ্)—বিধিদগী হেন্দোক্তবা।

৬৮। **তস্যেদম্ (পাঃ)**—তস্য ইদম্ (মসি মহাক্কীনি) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়রিবা প্রত্যয় পুম্নমক ওই। খুদম—বিষ্ণোরিদং বৈষ্ণবম্ (অণ্)—বিষ্ণুগী ওইবা কাংবু, শিবস্যেদং শৈবম্, জনপদস্যেদং জানপদম্, তস্যেদং তদীয়ম্ (ছ), এতস্যেদম্ এতদীয়ম্, দেবস্যেদং দৈবম্ (অণ্), অসুরস্যেদম্ আসুরম্, সম্রাজ ইদং সাম্রাজ্যম্ (ষ্যঞ্), ইন্দ্রস্যেদম্ ঐন্দ্রম্ (অণ,) মহেন্দ্রস্যেদং মাহেন্দ্রম্, মনসঃ ইদং মানসম্, শরীরস্যেদং শারীরম্, পিতুরিদং পিত্র্যম্ (যৎ), গোরিদং গব্যম্, মহিষস্যেদং মাহিষম্ (অণ্), বেণোরিদং বৈণবম্, পলাশস্যেদং পালাশম্, খদিরস্যেদং

---

৬১। তেন নির্বৃত্তম্।

৬৪। বর্ষাল্লুক্ চ।

৬৬। তদর্হম্; ধর্মপথ্যর্থন্যায়াদনপেতে।

খাদিরম্, বিল্বস্যেদং বৈল্বম্, মুঞ্জানামিদং মৌঞ্জম্, স্ত্রিয়া ইদং স্ত্রৈণম্ (নঞ্), পুংস ইদং পৌংস্নম্ (স্নঞ্), গঙ্গায়া ইদং গাঙ্গম্ (অণ্), হিমবত ইদং হৈমবতং, পশুপতেরিদং পাশুপাতম্, শঙ্করস্যেদং শাঙ্করম্, সূরস্যেদং সৌরম্, চন্দ্রস্যেদং চান্দ্রম্, বেদস্যেদং বৈদিকম্ (ঠঞ্), উপনিষদ ইদং ঔপনিষদম্, (অণ্), পৃথিব্যা ইদং পার্থিবম্, জলস্যেদং জলীয়ম্ (ছ), তেজস ইদং তৈজসম্ (অণ্), বায়োরিদং বায়বীয়ম্ (ছ), শত্রোরিদং শাত্রবম্ (অণ্), রুরোরিদং রৌরবম্ , ন্যঙ্কোরিদং নৈয়ঙ্কবং, ন্যাঙ্কবম্, শ্বাপদস্যেদং শৌবাপদম্, শ্বাপদম্, ভরতস্যেদং ভারতম্, ভারতবর্ষস্যেদং ভারতবর্ষীয়ম্ (ছ), যুষ্মাকমিদং যুষ্মদীয়ম্, অস্মাকমিদম্ অস্মদীয়ম্ (ছ)।

৬৯। **তবমমাবেকবচনে**—একবচনদা যুষ্মদ্‌কী মফমদা ত্বদ্ অমসুং অস্মদ্‌কী মফমদা মদ্ ওই। মদুদি—তব ইদং ত্বদীয়ম্ (ছ)—নহাক্কী ওইবা, মম ইদং মদীয়ম্—ঐগী ওইবা।

৭০। **যুষ্মাকাস্মাকৌ খীনঞণোঃ**—খীন অমসুং অণ্ প্রত্যয়না মখাদা লৈরবদা যুষ্মদ্‌কী মফমদা যুষ্মাক অমদি অস্মদ্‌কী মফমদনা অস্মাক ওই। মদুদি—যুষ্মাকমিদং যৌষ্মাকীণং (খঞ্), যৌষ্মাকম্ (অণ্), অস্মাকমিদম্ আস্মাকীনম্, আস্মাকম্।

৭১। **তবকমমকাবেকবচনে (পাঃ)**—একবচনদা তবক অমসুং মমক ওই। মদুদি—তব ইদং তাবকীনং (খঞ্) তাবকম্ , মম ইদং মামকীনম্, মামকম্— ঐগী ওইবা।

৭২। **পরাদেঃ কন্ ছীয়ণি**— ছীয়ণ্ (ছ) প্রত্যয় তোরবদা পর, স্ব, রাজন্-নচিংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা কন্ ওই ; ন্ ইৎ ওই, ক লৈহৌই। মদুদি—পরস্যেদং পরকীয়ম্। স্ব শব্দগী মখাদদি বিকল্প ওইগনি ; মদুদি— স্বস্যেদং স্বকীয়ং স্বীয়ম্—মশাগী ওইবা।

৭৩। **সৌর-সারব-স্বায়ম্ভবাঃ**—সৌর, সারব অমদি স্বায়ম্ভুব অসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—সূর্যস্যেদং সৌরং (অণ্), দিনম্, সরয্বা ইদং সারবং জলম্ (অণ্), স্বয়ম্ভুব ইদং স্বায়ম্ভবম্ (অণ্)—গ্রাম।

৭৪। **ভবদীয়ান্যদীয়ৌ**—ভবদীয় অমদি অন্যদীয় হায়বসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—ভবত ইদং ভবদীয়ম্ (ছ), অন্যস্যেদম্ অন্যদীয়ম্—অতোপ্পগী ওইবা।

৭৫। **তস্যবিকারঃ (পাঃ)**—তস্য বিকারঃ (মহাক্কী মওং)—হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মখাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুম্নমক অসি ওই। মদুদি—সুবর্ণস্য বিকারঃ সৌবর্ণঃ (অণ্) —সনাগী মওং ; রজতস্য বিকারঃ রাজতঃ—লুপানা শাবা, সীসস্য বিকারঃ সৈসঃ, দারোর্বিকারঃ দারবঃ, দেবদারোর্বিকারঃ দৈবদারবঃ (অঞ্), পয়সাং বিকারঃ পায়সঃ—শঙ্গোমদগী ওইরকপা, অগ্নের্বিকারঃ আগ্নেয়ঃ (ঢক্), মুদ্‌গস্য বিকারঃ মৌদ্‌গঃ (অণ্), ইক্ষোর্বিকারঃ ঐক্ষবঃ, গুড়স্য বিকারঃ গৌড়ঃ, পিষ্টস্য বিকারঃ পৈষ্টঃ, তিলস্য বিকারঃ তৈলম্।

৭৬। **তদস্য পণ্যম্ (পাঃ)**—তৎ অস্য পণ্যম্ (মদু মহাক্কী য়োনগদবা ওইবা) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিককী মখাদা ওইবা য়াবা মথক্কী প্রত্যয় পুম্নমক ওই। খুদম— লবণস্য পণ্যম্ লাবণিকঃ (ঠঞ্)—থুময়োনবা, তৈলমস্য পণ্যং তৈলিকঃ—থাউ য়োনবা মী, আপূপা অস্য পণ্যম্ আপূপিকঃ, তণ্ডুলমস্য পণ্যম্ তাণ্ডুলিকঃ, মোদকা অস্য পণ্যং মৌদকিকঃ, উশীরমস্য পণ্যম্ ঔশীরিকঃ, তাম্বূলম্ অস্য পণ্যং তাম্বূলিকঃ।

---

৭০। যুষ্মদস্মদোরন্যতরস্যাং খঞ।
৭২। বৃদ্ধ্‌ অন্যস্য পরস্য চ। স্বস্য চ। রাজ্ঞঃ কচ।

৭৭। **তদস্য প্রহরণম্**—তৎ অস্য প্রহরণম্ (মদুলা মহাক্কী খুৎলাইহনি) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। খুদম—ধনুরস্য প্রহরণম্ ধানুষ্কঃ (ঠক্)—লীরুং পায়বা মী, অসিঃ অস্য প্রহরণম্ আসিকঃ, প্রাসোঽস্য প্রহরণং প্রাসিকঃ, পরশ্বধঃ অস্য প্রহরণং পারশ্বধিকঃ (ঠঞ্), পরশুরস্য প্রহরণং পারশবিকঃ (ঠক্), তরবারিরস্য প্রহরণং তারবারিকঃ, শক্তিরস্য প্রহরণং শাক্তীকঃ, যষ্টিরস্য প্রহরণং যাষ্টীকঃ (ঈকক্)।

৭৮। **তদস্য প্রয়োজনম্**—তৎ অস্য প্রয়োজনম্ (মসিনা মহাক্কী কান্নবা) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—স্বর্গঃ প্রয়োজনম্ অস্য স্বর্গ্যম্ (যৎ), যশঃ প্রয়োজনমস্য যশস্যম্, আয়ুঃ প্রয়োজনমস্য আয়ুষ্যম্, কামঃ প্রয়োজনমস্য কাম্যম্, গৃহপ্রবেশনং প্রয়োজনমস্য গৃহপ্রবেশনীয়ম্ (ছ), অনুপ্রবচনং প্রয়োজনমস্য অনুপ্রবচনীয়ম্, সংবেশনম্ প্রয়োজনমস্য সংবেশনীয়ম্।

৭৯। **তদস্য শীলম্**—তৎ অস্য শীলম্ (মদু মহাক্কী হৈনবীনি) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—তপোঽস্য শীলং তাপসঃ (অণ্)— তপ তৌবা মী, গুরোর্দোষাণামাবরণং ছত্রম্ (গুরুগী মরাল অদুবু কুপশিনবা অদুবু ছত্র কৌই) ছত্রমস্য শীলং ছাত্রঃ—শিষ্য, ভিক্ষাস্য শীলং ভৈক্ষঃ, প্ররোহোঽস্য শীলং প্রারোহঃ, চুরা অস্য শীলং চৌরঃ।

৮০। **তদস্য প্রাপ্তং কালাৎ**— তৎ অস্য প্রাপ্তম্ (মদু মহাক্কী ফংখ্রবা) হায়বা অর্থদা কালবাচক প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্কী প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি— সময়োঽস্য প্রাপ্তঃ সাময়িকঃ (ঠক্ নত্রগা ঠঞ্)—মহাক্কী মতম ফংখ্রবা, কালোঽস্য প্রাপ্তঃ কালিকঃ, দিষ্টমস্য প্রাপ্তঃ দৈষ্টিকঃ (ঠক্), ঋতুরস্য প্রাপ্তঃ আর্ত্তবঃ (অণ্)।

৮১। **অধিকৃত্য কৃতে গ্রন্থে (পাঃ)**— লাইরিক খংহনবদা অধিকৃত্য কৃতম্ (মহাক্কী মথক্তা তৌবা) অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—রামমধিকৃত্য কৃতম্ রামায়ণম্—রামগী মরমদা ইঁবা লাইরিক, ভগবন্তমধিকৃত্য কৃতম্ ভাগবতম্ (অণ্), ভরতানধিকৃত্য কৃতং ভারতম্, বাক্যং পদঞ্চাধিকৃত্য কৃতং বাক্যপদীয়ম্ (ছ), রাঘবান্ পাণ্ডবাংশ্চাধিকৃত্য কৃতং রাঘব-পাণ্ডবীয়ম্, কিরাতমর্জ্জুনঞ্চাধিকৃত্য কৃতং কিরাতার্জুনীয়ম্ (ছ), অনুশাসনমধি কৃত্য কৃতম্ আনুশাসনিকম্ (ঠঞ্), অশ্বমেধমধিকৃত্য কৃতম্ আশ্বমেধিকম্ (ঠঞ্), আশ্রমবাসমধিকৃত্য কৃতম্ আশ্রমবাসিকম্, মুষলমধিকৃত্য কৃতং মৌষলম্ (অণ্), মহাপ্রস্থানমধিকৃত্য কৃতং মহাপ্রস্থানিকম্ (ঠঞ্), স্বর্গারোহণম্ অধিকৃত্য কৃতং স্বর্গারোহণিকম্ (ঠক্)।

৮২। **তস্মৈ প্রভবতি**—তস্মৈ প্রভবতি (মহাক্কীদমক্তা পোকলকই) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—সন্তাপায় প্রভবতি সান্তাপিকঃ (ঠঞ্), সন্নাহায় প্রভবতি সান্নাহিকঃ, সংগ্রামায় প্রভবতি সাংগ্রামিকঃ, সংঘাতায় প্রভবতি সাংঘাতিকঃ—মাংহল্লিবা, উৎপাতায় প্রভবতি ঔৎপাতিকঃ।

---

৭৭। প্রহরণম্। ৭৮। প্রয়োজনম্ ৭৯। তদস্য-শীলম্।
৮০। সময়স্তদস্য প্রাপ্তম্ ৮২। তস্মৈ প্রভবতি সন্তাপাদিভ্যঃ।

৮৩। **কার্মুকং ধনুষি**— ধনুঃ (লীরুং) গী অর্থদা কার্মুক শব্দ অসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—কর্মণে প্রভবতি কার্মুকং ধনুঃ—লীরুং।

৮৪। **তস্মৈ হিতম্ (পাঃ)**—তস্মৈ হিতম্ (মহাক্তীদমক কান্নবা) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—যজ্ঞায় হিতং যজ্ঞীয়ম্— যজ্ঞগীদমক কান্নবা(ঘ), অশ্বরায় হিতংঅশ্বরীয়ম্(খ), ব্রহ্মণে হিতং ব্রহ্মণ্যম্(যৎ), বিশ্বজনেভ্যো হিতম্ বিশ্বজনীনম্ (খ), সর্ব্বজনেভ্যো হিতম্ সর্ব্বজনীনম্—মী পুন্নমক্কী কান্নবা ওইবা।

৮৫। **কালে নক্ষত্রাদ্ যোগে**— কাল অমসং নক্ষত্রগা তিন্নবা খংবদা নক্ষত্রবাচক, (নক্ষত্র খংনবা) প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—বিশাখয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ বৈশাখঃ (অণ্)( বিশাখা নক্ষত্রনা তিনবা থা), রাধয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ রাধঃ, জ্যেষ্ঠয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ জ্যৈষ্ঠঃ, আষাঢ়য়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ আষাঢ়ঃ, শ্রবণয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ শ্রাবণঃ, শ্রাবণিকঃ (ঠঞ্), ভদ্রয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ ভাদ্রঃ, ভদ্রপদয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ ভাদ্রপদঃ, প্রোষ্ঠপদয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ প্রোষ্ঠপদঃ, অশ্বিন্যা নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ আশ্বিনঃ, আশ্বযুজা নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ আশ্বযুজঃ, কৃত্তিকয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ কার্ত্তিকঃ, কার্ত্তিকিকঃ (ঠক্), মৃগ্যা নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ মার্গঃ, মৃগশীর্ষেণ নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ মার্গশীর্ষঃ, মৃগশিরসা নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ মার্গশিরসঃ, মঘয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ মাঘঃ, ফল্গুন্যা নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ ফাল্গুনঃ (অণ্), ফাল্গুনিকঃ (ঠক্), চিত্রয়া নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ চৈত্রঃ (অণ্), চৈত্রিকঃ (ঠক্)।

৮৬। **যলোপস্তিষ্যপুষ্যয়োঃ**—তিষ্য অমদি পুষ্য শব্দগী য লোপ ওই। মদুদি—তিষ্যেণ নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ তৈষঃ (অণ্), পুষ্যেণ নক্ষত্রেণ যুক্তো মাসঃ পৌষঃ।

৮৭। **তদ্বহতি**— তৎ বহতি (মদু পুই) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—ধুরং বহতি ধুর্য্যঃ (যৎ), ধৌরেয়ঃ (ঢক্), সর্ব্বধুরং বহতি সর্ব্বধুরীণঃ(খ)—অরুম্বা ময়াম পুবা, চতুর্ধুরং (অরুম্বা মরি) বহতি চতুর্ধুরীণঃ, হলং বহতি হালিকঃ (ঠক্), সীরং বহতি, সৈরিকঃ, রথং বহতি রথ্যঃ (যৎ), যুগং বহতি যুগ্যঃ, শকটং বহতি শাকটঃ (অণ্)।

৮৮। **তেন জীবতি**—তেন জীবতি (মহাক্না মরম ওইদুনা হিংই) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—বেতনেন জীবতি বৈতনিকঃ (ঠক্)— তলবনা হিংবা কাংবু। বাহনেন ( পোৎ পুদুনা) জীবতি বাহনিকঃ, জালেন জীবতি জালিকঃ— ঙা ফাবা মী, উপদেশেন জীবতি ঔপদেশিকঃ (ঠঞ্), ধনুষা জীবতি ধানুষ্কঃ (ঠক্), ক্রয়বিক্রয়াভ্যাং জীবতি ক্রয়বিক্রয়িকঃ—লল্লোন-ইতিক তৌবা মী, আয়ুধেন জীবতি আয়ুধিকঃ (ঠক্), আয়ুধীয়ঃ (ছণ্), বাগুরয়া জীবতি বাগুরিকঃ (ঠক্), নাবা জীবতি নাবিকঃ—হিহোনবা মী, ব্যবহারেণ জীবতি ব্যবহারিকঃ—আইনগী থবক তৌবা।

৮৯। **তদস্মিন্ দীয়তে**—তৎ অস্মিন্ দীয়তে (মদু মফমসিদা পি) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি— দ্বাবস্মিন্ বৃদ্ধিঃ আয়ঃ লাভঃ শুল্কম্ উপদা (খুদোনপোৎ) দীয়তে দ্বিকং (কন্) শতম্, চতুষ্কং শতম্, পঞ্চকম্ শতম্— চামদা মঙা। বৃদ্ধিনচিংবগী দানগী মফমদসু ওইগনি।

---

৮৩। নক্ষত্রেণ যুক্তঃ কালঃ।
৮৭। তদ্বহতি রথযুগপ্রাসঙ্গম্। ধুরো যড্ঢকৌ। খঃ সর্ব্বধুরাৎ।
৮৮। বেতনাদিভ্য জীবতি। ৮৯। তদস্মিন্ বৃদ্ধ্যায় লাভশুল্কোপদা দীয়তে।

৯০। **তাদর্থ্যে**— তাদর্থ্য (মহাক্কীদমক) খংবদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওইগনি। মদুদি—পাদার্থমুদকং পাদ্যম্ (যৎ),—খোং হান্নবা ঈশিং, অর্ঘার্থমুদকম্ অর্ঘ্যম্, বলয়ে ইদং বালেয়ম্ (ঢঞ্), অতিথয়ে ইদম্ আতিথ্যম্ (ঞ্য)—চাকনিবগী ওইবা, অগ্নিদেবতায়ৈ ইদম্ অগ্নিদৈবত্যম্ (যৎ), পিতৃদেবতায়ৈ ইদং পিতৃদৈবত্যম্।

৯১। **স্বার্থে**— স্বার্থে (মশাগী অর্থ খংনবদা) প্রাতিপদিকগী মথাদা মহাক্কী ওইক্কম খোকপা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। হায়রিবা প্রত্যয় পুন্নমক অসি তৌরবদা প্রাতিপদিকগী অর্থ অদু হোংলরোই হান্নগী অর্থ অদুমক ইকাইকাইদনা লৈরগনি। মদুদি—বন্ধুরেব বান্ধবঃ (অণ্)—মরুপ, দেবতৈব দৈবতম্—লাই, প্রজ্ঞ এব প্রাজ্ঞঃ—জ্ঞান লৈবা মী, কুতুকমেব কৌতুকম্, কুতূহলমেব কৌতূহলম্, মরুদেব মারুতঃ, রক্ষ এব রাক্ষসঃ, ভেষজমেব ভৈষজ্যম্ (ষ্যঞ্), ইতিহৈব ঐতিহ্যম্ (ঞ্য)— ইতিহাসকী ওইবা খৌদোক, ত্রিলোকী এব ত্রৈলোক্যম্ (ষ্যঞ্), করুণা এব কারুণ্যম্, দ্বিগুণা এব দ্বৈগুণ্যম্, ত্রিগুণা এব ত্রৈগুণ্যম্, ষড়্গুণা এব ষাড়্গুণ্যম্, চত্বারো বর্ণা এব চাতুর্বর্ণ্যম্, — বর্ণমরি, সেনা এব সৈন্যম্, সন্নিধিরেব সান্নিধ্যম্, সমীপমেব সামীপ্যম্, উপমা এব ঔপম্যম্, সুখমেব সৌখ্যম্, সোদর এব সৌদর্য্যঃ (যৎ), এক এব একক: (কন্), অত্যয় এব আত্যয়িকঃ (ঠক্), সূর এব সূর্য্যঃ (যৎ), মর্ত্ত এব মর্ত্ত্যঃ, সমানমেব সামান্যম্ (ষ্যঞ্), যাব এব যাবকঃ (কন্), বাল এব বালকঃ, নৌরেব নৌকা—হি, নবমেব নব্যম্ (যৎ), নবীনম্ (খ)—অনৌবা, বাগেব বাচিকং (ঠক্), সন্দেশবচনম্ (পাউ)।

৯২। **দেবাত্তল্ (পাঃ)**—স্বার্থদা দেবশব্দগী মথাদা তল্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—দেব এব দেবতা—লাই।

৯৩। **ভাগ-রূপ-নামভ্যো ধেয়ঃ**— স্বার্থদা ভাগ, রূপ, নামন্ হায়বা প্রাতিপদিক অহুম অসিগী মথাদা ধেয় প্রত্যয় তৌই। মদুদি—ভাগ এব ভাগধেয়ঃ, রূপমেব রূপধেয়ঃ, নামৈব নামধেয়ম্—মিং।

৯৪। **মৃদস্তিকন্ (পাঃ)**— স্বার্থদা মৃদ্ শব্দগী মথাদা তিকন্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—মৃদেব মৃত্তিকা—লৈবাক।

৯৫। **সস্নৌ প্রশংসায়াম্ (পাঃ)**—প্রশংসা খংবদা স্বার্থদা মৃদ্ শব্দগী মথাদা স অমদি স্ন প্রত্যয় তৌই। মদুদি—প্রশস্তা মৃৎ মৃৎসা, মৃৎস্না— অফবা লৈবাক।

৯৬। **নূত্ননূতনৌ**—নূত্ন অমদি নূতন শব্দ অনি অসি নিপাতনদা খোকই। মদুদি—নবমেব নূত্নং, নূতনম্—অনৌবা।

৯৭। **ঔপয়িকশ্চ**— ঔপয়িক শব্দ অসি নিপাতনদা খোকই। মদুদি—উপায় এব ঔপয়িকঃ (ঠক্)— মতিক চাবা।

৯৮। **সোঽস্য নিবাসোঽভিজনো বা**—সঃ অস্য নিবাসঃ (১)—(মদু মহাক্কী লৈফমনি), সঃ অস্যাভিজনঃ (২) (মদু মহাক্কী হান্নগী লৈফমনি),— হায়বা অর্থ অনি অসিদা প্রাতিপদিকগী মথাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়খ্রিবা প্রত্যয় পুন্নমক ওই। মদুদি—মথুরা অস্য নিবাসঃ মাথুরঃ (অণ্)— মথুরাদা হৌজিক হৌজিক লৈবা নত্রগা হান্না লৈরম্বা অমা। মিথিলা অস্য নিবাসঃ মৈথিলঃ, কম্বোজোঽস্য নিবাসঃ কাম্বোজঃ,

---

৯৬। নবস্য নূত্ন প্তপ্ তনপ্ খাশ্চ। ৯৭। সোঽস্য নিবাসঃ অভিজনশ্চ।

(১) নিবাসো নাম যত্র সম্প্রত্যুষ্যতে। (হৌজিক লৈবা মফম)।

(২) অভিজনো নাম যত্র পূর্ব্বৈরুষিতম্। (হান্না লৈরম্বা মফম)।

কশ্মীরোঽস্য নিবাসঃ কাশ্মীরঃ, গন্ধারোঽস্য নিবাসঃ গান্ধারঃ, কলিঙ্গোঽস্য নিবাসঃ কালিঙ্গঃ, উৎকলোঽস্য নিবাসঃ ঔৎকলঃ—উৎকলদা লৈবা, সিন্ধুরস্য নিবাসঃ সৈন্ধবঃ, তক্ষশিলাস্য নিবাসঃ তাক্ষশিলঃ, বিদেহোঽস্য নিবাসঃ বৈদেহঃ, পঞ্চালোঽস্য নিবাসঃ পাঞ্চালঃ, মগধোঽস্য নিবাসঃ মাগধঃ, অয়োধ্যা অস্য নিবাসঃ আয়োধিকঃ (ঠঞ্), মদ্রোঽস্য নিবাসঃ মাদ্রঃ (অণ্), অঙ্গোঽস্য নিবাসঃ আঙ্গঃ, বঙ্গোঽস্য নিবাসঃ বাঙ্গঃ, অভিজন অর্থদসু অসুম্না ওই। মদুদি—গন্ধারোঽস্যাভিজনঃ গান্ধারঃ (অণ্), অসিনচিংবা।

৯৯। **লোপো বহুবচনে**—বহুবচনদা নিবাস অমসুং অভিজন অর্থদা তৌবা প্রত্যয়গী লোপ ওই। মদুদি—অঙ্গ এষাং নিবাসঃ অঙ্গাঃ, বঙ্গ এষাং নিবাসঃ বঙ্গাঃ কলিঙ্গ এষাং নিবাসঃ কলিঙ্গাঃ বিদেহ এষাং নিবাসঃ বিদেহাঃ উৎকল এষাং নিবাসঃ উৎকলাঃ, কম্বোজ এষাং নিবাসঃ কম্বোজাঃ, মগধ এষাং নিবাসঃ মগধাঃ, পঞ্চাল এষাং নিবাসঃ পঞ্চালাঃ, কশ্মীর এষাং নিবাসঃ কশ্মীরাঃ।

১০০। **ন স্ত্রিয়াম্**—স্ত্রীলিঙ্গদদি ওইরোই। মদুদি—মগধ আসাং নিবাসঃ মাগধ্যঃ, পঞ্চাল আসাং নিবাসঃ পাঞ্চাল্যঃ—পঞ্চালদা লৈবা মীশিং, বিদেহ আসাং নিবাসঃ বৈদেহ্যঃ, কলিঙ্গ আসাং নিবাসঃ কালিঙ্গ্যঃ।

১০১। **সোঽস্য রাজেত্যেবম্**—সঃ অস্য রাজা (মহাক্না মসিগী নিংথৌনি) হায়বা অর্থদসু অসিগুম্না ওই ; হায়বদি সোঽস্য নিবাসঃ, সোঽস্যাভিজনঃ হায়বা অর্থ অনি অসিদা অদুগুম্বা প্রত্যয় তৌবা অমদি অদুগুম্বা থবক তৌবা অদু সোঽস্য রাজা হায়বা অর্থদসু ওইগনি। মদুদি—কাশ্মীরানাং রাজা কাশ্মীরঃ (অণ্), কলিঙ্গানাং রাজা কালিঙ্গঃ, বিদেহনাং রাজা বৈদেহঃ, পঞ্চালানাং রাজা পাঞ্চালঃ, মগধানাং রাজা মাগধঃ, নিষধানাং রাজা নৈষধঃ। বহুবচনদা— কাশ্মীরাঃ, কলিঙ্গাঃ, বিদেহাঃ, পঞ্চালাঃ, মগধাঃ, নিষধাঃ।

১০২। **তস্য ভাবঃ**—তস্য ভাব (মদুগী মতৌ) হায়বা অর্থদা প্রাতিপদিকশী মথাদা ওইবা য়াবা হায়রিবা প্রত্যয়শিং অসি তৌই। মদুদি—কুমারস্য ভাবঃ কৌমারম্ (অণ্)— পোকপদগী চহি মঙাগী মতম। শিশোর্ভাবঃ শৈশবম্— অঙাং ওইবগী মওং, বৃদ্ধস্য ভাবঃ বার্দ্ধকম্ (বুঞ্) —অহল ওইবগী মতৌ, স্থবিরস্য ভাবঃ স্থাবিরম্ (অণ্), গুরোঃ ভাবঃ গৌরবম্— ইকায় খুম্ননিঙাই ওইবা, লঘোর্ভাবঃ লাঘবম্— পীকপগী মতৌ, সুষ্ঠোর্ভাবঃ সৌষ্ঠবম্,—ফজবা মতৌ, ঋজোর্ভাবঃ আর্জবম্—চুম্বগী মতৌ, মৃদোর্ভাবঃ মার্দবম্—থোৎপগী মতৌ, পটোর্ভাবঃ পাটবম্— হৈশিংবগী মতৌ, সুরভের্ভাবঃ সৌরভম্— মনম নুংশিবগী মতৌ, রমণীয়স্য ভাবঃ রামণীয়কম্ (বুঞ্), কমনীয়স্য ভাবঃ কামনীয়কম্, স্থিরস্য ভাবঃস্থৈর্য্যম্ (ষ্যঞ্)—তপথবগী মতৌ, ধীরস্য ভাবঃ ধৈর্য্যম্—তপথবগী মতৌ, গম্ভীরস্য ভাবঃ গাম্ভীর্য্যম্ ( চিংলেম্বগী মতৌ) কৃশস্য ভাবঃ কার্শ্যম্, জড়স্য ভাবঃ জাড্যম্, শীতস্য ভাবঃ শৈত্যম্, উষ্ণস্য ভাবঃ ঔষ্ণ্যম্, দৃঢ়স্য ভাবঃ দার্ঢ্যম্, মন্দস্য ভাবঃ মান্দ্যম্, সুভগস্য ভাবঃ সৌভাগ্যম্, দুর্ভগস্য ভাবঃ দৌর্ভাগ্যম্, মধুরস্য ভাবঃ মাধুর্য্যম্, মাধুরী (অণ্), মূর্খস্য ভাবঃ মৌর্খ্যম্ (ষ্যঞ্), বিষমস্য ভাবঃ বৈষম্যম্, সমস্য ভাবঃ সাম্যম্, কাতরস্য ভাবঃ কাতর্য্যম্, কর্কশস্য ভাবঃ

---

১০১। তদ্রাজস্য বহুসু তেনৈবাস্ত্রিয়াম্। তস্য রাজনি অপত্যবৎ।

১০২। গুণবচনব্রাহ্মণাদিভ্যঃ কর্মণি চ। হায়নান্তযুবাদিভ্যোণ্ বর্ণদৃঢ়াদিভ্যঃ ষ্যঞ্ চ।

কার্কশ্যম্, বালস্য ভাবঃ বাল্যম্, শুক্লস্য ভাবঃ শৌক্ল্যম্, সুমনসো ভাবঃ সৌমনস্যম্, দুর্মনসো ভাবঃ দৌর্মনস্যম্, বিমনসো ভাবঃ বৈমনস্যম্, প্রবীণস্য ভাবঃ প্রাবীণ্যম্, উদাসীনস্য ভাবঃ ঔদাসীন্যম্—খৌশাদবগী মতৌ, কৃপণস্য ভাবঃ কার্পণ্যম্, মধ্যস্থস্য ভাবঃ মাধ্যস্থ্যম্, উদারস্য ভাবঃ ঔদার্য্যম্, বিগুণস্য ভাবঃ বৈগুণ্যম্—মগুণ য়াওদবগী মতৌ, সুজনস্য ভাবঃ সৌজন্যম্—অফবগী মতৌ, স্থূলস্য ভাবঃ স্থৌল্যম্, অধিকস্য ভাবঃ আধিক্যম্—অহেনবগী মতৌ।

১০৩। **তস্য ভাবঃ কর্ম্ম চ**—তস্য ভাবঃ (মহাক্কী মতৌ) তস্য কর্ম্ম (মহাক্কী থবক) হায়বা অর্থ অনি অসিদা প্রাতিপদিক্গী মখাদা ওইবা য়াবা মথক্তা হায়রিবা প্রত্যয় পুম্নমক ওই। মদুদি— ব্রাহ্মণস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা ব্রাহ্মণ্যম্ (যঞ্), চোরস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা চৌর্য্যম্—হুরানবগী থবক, অলসস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা আলস্যম্—অতনবগী থবক, সেনাপতে ভাবঃ কর্ম্ম বা সেনাপত্যম্, অধিপতের্ভাবঃ কর্ম্ম বা আধিপত্যম্—খ্বাইগী মকোক ওইবগী মতৌ, সখ্যুর্ভাবঃ কর্ম্ম বা সখ্যম্ (যৎ), শূরস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা শৌর্য্যম্, বীরস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা বীর্য্যম্—পাঙ্গলগী ওইবা পোৎ, দূতস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা দূত্যং দৌত্যম্ (ষ্যঞ্), পুরোহিতস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা পৌরোহিত্যম্, সুহিতস্য ভাবঃ কর্ম্মবা সৌহিত্যম্, সারথের্ভাবঃ কর্ম্ম বা সারথ্যম্, আস্তিকস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা আস্তিক্যম্, (যৎ), নাস্তিকস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা নাস্তিক্যম্, পণ্ডিতস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা পাণ্ডিত্যম্, (ষ্যঞ্), বণিজো ভাবঃ কর্ম্ম বা বাণিজ্যম্, শুচের্ভাবঃ কর্ম্ম বা শৌচম্, অশুচের্ভবঃ কর্ম্ম বা অশৌচম্ (অণ্), মুনের্ভাবঃ কর্ম্ম বা মৌনম্, অকুশলস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা অকৌশলম্, অনুকূলস্য ভাবঃকর্ম্ম বা আনুকূল্যম্ (ষ্যঞ্), প্রতিকূলস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা প্রাতিকূল্যম্, পুরুষস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা পৌরুষম্ (অণ্), সুভ্রাতুর্ভাবঃ কর্ম্ম বা সৌভ্রাত্রম্, দুর্ভ্রাতুর্ভাবঃ কর্ম্ম বা দৌর্ভ্রাত্রম্, সুহৃদো ভাবঃ কর্ম্ম বা সৌহৃদম্, দুর্হৃদো ভাবঃ কর্ম্ম বা দৌর্হৃদম্, অনৃশংসস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা আনৃশংস্যম্, (যঞ্), কুশলস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা কৌশলং কৌশল্যম্ (যঞ্), চপলস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা চাপল্যং চাপলম্ (অণ্), নিপুণস্য ভাব কর্ম্ম বা নৈপুণ্যম্, পিশুনস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা পৈশুন্যং, পৈশুনম্ ; সহায়স্য ভাবঃ কর্ম্ম বা সাহায্যং, সাহায়কম্ ; চতুরস্য ভাবঃ কর্ম্ম বা চাতুর্য্যং (ষ্যঞ্) চাতুরী (অণ্)।

১০৪। **ইতরেষ্বপি দৃশ্যন্তে**—ষিণ-নচিংবা প্রত্যয় পুম্নমক অপত্যনচিংবা অর্থ পুম্নমক্তা তৌবা উংঙ্খে; মদুদগী তোঙানবা মথল-মখা অয়াম্বা অর্থদসু উবা ফংই। মফম কয়ামুক্তা উদাহরণ উংলি। মদুদি—ধর্ম্মং চরতি ধার্ম্মিকঃ (ঠক্)— ধর্ম্ম লৈবা মী, বশং গতঃ বশ্য (যৎ)—হায়বা ইনবা মী, পৃথিব্যা ঈশ্বরঃ পার্থিবঃ (অণ্)—নিংথৌ, সর্ব্বভূমেরীশ্বরঃ সার্ব্বভৌমঃ—পৃথিবী পুম্নমক্কী মপু ওইবা, নিংথৌরেল, চক্ষুষা গৃহ্যতে চাক্ষুষং—মিৎনা উবা ঙম্বা পোৎ, শ্রবণেন গৃহ্যতে শ্রাবণঃ শব্দঃ, রসনয়া গৃহ্যতে রাসনঃ রসঃ,ত্বচা গৃহ্যতে ত্বাচঃ স্পর্শঃ, চক্ষুষা নিষ্পন্নং চাক্ষুষং প্রত্যক্ষম্, পারং গতবান্ পারীণঃ (খঞ্)—বাংমা লাম্বোকখ্রবা, পারাবারং গতবান্ পারাবারীণিঃ, অর্থেন ক্রীতঃ আর্থঃ (অণ্)—পৈশানা লৈবা পোৎ, বিদ্যয়া লব্ধং বৈদ্যম্ (অণ্), বিদ্যায়াং কুশলঃ বৈদ্যঃ—রসায়ণদা হৈবা, স্ত্রিয়া জিতঃ স্ত্রৈণঃ, দ্বারে নিযুক্তঃ দৌবারিকঃ (ঠক্)— থোংঙাকপা, ভাণ্ডাগারে নিযুক্তঃ ভাণ্ডাগারিকঃ, হিমবতঃ প্রভবতি হৈমবতী (অণ্) গঙ্গা, বিদূরাৎ প্রভবতি বৈদূর্য্যো (ষ্যঞ্) মণিঃ, রথেণ সঞ্চরতে রথিকঃ—শাখৌবা,

১০৩। গুণবচনব্রাহ্মণাদিভ্যঃ কর্ম্মণি চ। পত্যন্তপুরোহিতাদিভ্যো যক্। সখ্যুর্যঃ।
১০৪। ধর্ম্মং চরতি। বশং গতঃ, তস্যেশ্বরঃ।

অশ্বেন সঞ্চরতে আশ্বিকঃ (ঠঞ্)—শগোলতোংবা, শকুনীন্ হন্তি শাকুনিকঃ—উচেক হাৎপা মী, শকুন্তান্ হন্তি শাকুন্তিকঃ, সহসা বর্ত্ততে সাহসিকঃ (ঠক্) —চৌরঃ, জলেন বর্ত্ততে জলীয়ো (ছ) মৎস্যঃ, অনুকূলং বর্ত্ততে আনুকূলিকঃ, (ঠঞ্)—হায়জরবদু য়াবিবা, প্রতিকূলং বর্ত্ততে প্রাতিকূলিকঃ, নাবা তীর্য্যা নাব্যা (যৎ)—নদী—তুরেল। বয়সা তুল্যঃ বয়স্যঃ—মরুপ, তুলয়া সম্মিতম্ তুল্যম্—মান্নবগী মতৌ, গৃহপতিনা সংযুক্তঃ গার্হপত্যোঽগ্নিঃ (ঝ্যঞ্), সমানে তীর্থে গুরৌ বসতি সতীর্থ্যঃ—ওঝা তিন্নবা ছাত্র, সমানে উদরে শয়িতঃ সমানোদর্য্যঃ—পোকমিন্নবা মচিন মনাও, অগ্রে দীয়তে অগ্রিয়ম্ (ইয়), (গ্রী) (ঈয়); লোকে বিদিতঃ লৌকিকঃ (ঠঞ্), সর্ব্বলোকে বিদিতঃ সার্ব্বলৌকিকঃ—মীপুম খুদিংনা খংনবা, নিত্যং ক্রিয়তে দীয়তে বা নৈত্যং (অণ্), নৈত্যকং (বুণ্); নৈত্যিকম্ (ঠক্),—নুমিৎ খুদিংগী ওইবা, নিমিত্তেন ক্রিয়তে দীয়তে বা নৈমিত্তিকম্ (ঠক্)—করিগুম্বা মরম অমনা মরম ওইদুনা তৌবা থবক, প্রবেশনে দীয়তে প্রাবেশনিকম্, সর্ব্বাঙ্গানি ব্যাপ্নোতি সর্ব্বাঙ্গীণস্তাপঃ,আপ্রপদং প্রাপ্নোতি আপ্রপদীণঃ পটঃ, অনুপদং বদ্ধা অনুপদীনা উপানৎ, অভ্যমিত্রং সম্যক্ গচ্ছতি অভ্যমিত্রীণঃ, সপ্তভিঃ পদৈরবাপ্যতে সাপ্তপদীনং সখ্যম্, ইন্দ্রস্য আত্মনো লিঙ্গম্ ইন্দ্রিয়ম্—ইন্দ্রিয়, কুশাগ্রমিব কুশাগ্রীয়া (ছ)—বুদ্ধিঃ, কাকতালমিব (১) কাকতালীয়ম্, প্রাক্ সম্ভূতঃ প্রাচীনঃ, অবাক্ সম্ভূতঃ অবাচীনঃ, সুস্নাতং পৃচ্ছতি সৌস্নাতিকঃ (ঠঞ্), সুখশয়নং পৃচ্ছতি সৌখশায়নিকঃ, পরদারান্ গচ্ছতি পারদারিকঃ (ঠক্) যাচিতেন নির্বৃত্তং যাচিতকম্ (কন্), অর্থং গৃহ্লাতি আর্থিকঃ, আপণস্য ধর্ম্ম্যম্ আপণিকম্ (ঠক্), নরস্য ধর্ম্ম্যা নারী, বাতস্য শমনং কোপনং বা বাতিকম্, পিত্তস্য শমনং কোপনং বা পৈত্তিকম্, সান্নিপাতস্য শমনং কোপনং বা সান্নিপাতিকম্, অস্তি পরলোক ইতি মতির্যস্য আস্তিকঃ (ঠক্), নাস্তি পরলোক ইতি মতির্যস্য নাস্তিকঃ অস্তি দিষ্টমিতি মতির্যস্য দৈষ্টিকঃ—প্রমাণগা লোইনবা ব্রাখল, আমলক্যা ফলম্ আমলকম্ (বুণ্),—হৈক্রু মহৈ, বদর্য্যাঃ ফলং বাদরম্ (অণ্), অশ্বত্থস্য ফলম্ আশ্বত্থম্, ন্যাগ্রোধস্য ফলং নৈয়াগ্রোধম্।

১০৫। **লোপঃ ক্বচিৎ প্রত্যয়স্য**—করি করিগুম্বা মফমদা প্রত্যয়গী লোপ ওই। মদুদি— ব্রীহীণাং ফলানি, ব্রীহয়ঃ যবানাং ফলানি যবাঃ, মাষাণাং ফলানি মাষাঃ, মল্লিকায়াঃ পুষ্পং মল্লিকাঃ, মালত্যাঃ পুষ্পং মালতী; করবীরস্য পুষ্পং করবীরম্, পাটলস্য পুষ্পং পাটলম্, জাত্যাঃ পুষ্পং জাতী; যুথ্যা পুষ্পং যুথী।

১০৬। **জম্বা বিভাষা**—জম্বু শব্দগী মখাদা বিকল্প ওইনা প্রত্যয়গী লোপ ওই। মদুদি —জম্ব্বাঃ ফলম্ জম্বুঃ, জাম্ববম্ (অণ্)।

১০৭। **হৈয়ঙ্গবীনাদ্যশ্বীনৌ**—হৈয়ঙ্গবীন, অদ্যশ্বীন অনি অসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—হ্যো গোদোহাৎ উদ্ভবতি হৈয়ঙ্গবীনম্ (খঞ্)—ঘী, অদ্য শ্বো বা ঘটতে অদ্যশ্বীনং (খ)মরণম্—ঙসি নত্রগা হয়েং শিগদবা, অদ্যশ্বীনো বিয়োগঃ, অদ্য শ্বো বা প্রসূতে অদ্যশ্বীনা স্ত্রী।

১০৮। **পান্থ-সাক্ষিবার্দ্ধুষিকাঃ**—পান্থ, সাক্ষিন্ অমদি বার্দ্ধুষিক শব্দসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—পথি কুশলঃ পান্থঃ (ণ), সাক্ষাৎ দৃষ্টবান্ সাক্ষী (ইনি)—সাক্ষী ওইবা, বৃদ্ধ্যা জীবতি বার্দ্ধুষিকঃ (ঠক্)—অহল ওইবগী মতৌ।

---

১০৫। **ফলে লুক্।** ১০৬। **জম্বা বা।**

(১) কাকাগমনমিব তালপতনমিব কাকতালম্।

১০৯। **আমুষ্মিকামুষ্যায়ণৌ**—ষিকণ্ অমদি ষায়ণণ্ প্রত্যয়-গা লোয়নবা অদস্ শব্দগী মফমদা অমুষ্মিক অমসুং আমুষ্যায়ণ হায়বা শব্দ অনি অসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—অমুষ্মিন্ (পরলোকে) হিতম্ আমুষ্মিকম্ (ঠক্), অমুষ্য (মৃতস্য) পুত্রঃ আমুষ্যায়ণঃ (ফক্)।

১১০। **পৌনঃপুন্যম্**—পৌনঃপুন্য শব্দ অসি নিপাতনদা পাংথোকই। মদুদি—পুনঃ পুনরনুষ্ঠানং সঙ্ঘটনং বা পৌনঃপুন্যম্ (যঞ্)—হন্না হন্না তৌবা।

১১১। **নস্য লোপোঽন্ত্যস্য**—তদ্ধিত প্রত্যয় তৌরবদা প্রাতিপদিকগী মমৈদা লৈবা নকারগী লোপ ওই। মদুদি—অগ্নিশর্ম্মণোঽপত্যম্ আগ্নিশর্ম্মি (ইঞ্), উডুলোম্নোঽপত্যম্ ঔডুলোমিঃ, রাজ্ঞাং সমূহঃ রাজকম্ (বুঞ্)—নিংথৌশিংগী কাংলুপ, হস্তিনাং সমূহঃ হাস্তিকম্, পথি কুশলঃ পথিকঃ—লম্বী চৎপা মী, সর্ব্বকর্ম্মসু কুশলঃ সর্ব্বকর্ম্মীণঃ, নামৈব নামধেয়ম্, আত্মন ইদম্, আত্মীয়ম্—মশাগী ওইবা।

১১২। **নান্তস্য ষণি**—ষণ প্রত্যয় তৌরবদা অন্-না মমৈথংবা প্রাতিপদিকগী নকারগী লোপ ওইররোই। মদুদি—যূনো ভাবঃ যৌবনম্—পাথং, মঘোন ইদং মাঘবনম্, শুনাং সমূহঃ শৌবনম্—হইগী কাংলুপ; পর্ব্বণি ক্রিয়তে দীয়তে বা পার্ব্বণম্, সামনি কুশলঃ সামনঃ, সুত্বন ইদং সৌত্বনম্, যজ্বনোঽপত্যং যাজ্বনঃ, চর্ম্মণা পরিবৃতঃ চার্ম্মণঃ, কর্ম্মাণ্যস্য শীলং কার্ম্মণঃ—থবক্কী মী, ভস্মনো বিকারঃ ভাস্মনঃ।

১১৩। **যে চ ভাব কর্ম্মবর্জে**—তদ্ধিতগী য-না মথাদা লৈরবদা অন্-না মমৈথংবা প্রাতিপদিকগী নকারগী লোপ ওইরোই। মদুদি—সামনি সাধুঃ সামন্যঃ (যৎ), ব্রহ্মণি সাধুঃ ব্রহ্মণ্যঃ , অধ্বনি সাধুঃ অধ্বন্যঃ, রাজনি সাধুঃ রাজন্যঃ, কর্ম্মণে প্রভবতি কর্ম্মণ্যঃ, মূর্দ্ধ্নি ভবঃ মূর্দ্ধন্যঃ। কর্ম্ম অমদি ভাবগী অর্থদা তৌবা প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা নকারগী লোপ ওই। মদুদি—রাজ্ঞঃ ভাবঃ কর্ম্ম বা রাজ্যম্—লৈবাক্কী ওইবা থবক।

১১৪। **আত্মাধ্বনোর্নীনে**—নীন (খ) প্রত্যয় তৌরবদা অধ্বন্ , আত্মন্, হায়বা প্রাতিপদিক অনি অসিগী নকারগী লোপ ওইররোই। মদুদি—অধ্বনি সাধুঃ অধ্বনীনঃ—লম্বীদা হৈশিংবা, অত্মনে হিতম্ আত্মনীনম্।

১১৫। **নস্যাপত্যেঽণি**—অপত্যার্থদা তৌবা ষণ (অণ্) প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা মন্ভোগান্ত প্রাতিপদিকগী নকারগী লোপ ওই। মদুদি—সুনাম্নোঽপত্যং সৌনামঃ, দুর্নাম্নোঽপত্যং দৌর্নামঃ, কৃতনাম্নোঽপত্যং কার্ত্তনামঃ।

১১৬। **বা হিতনাম্নঃ**—হিত নামন্ হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মথাদা বিকল্প ওইনা ষণ্ (অণ্) তৌই। মদুদি—হিতনাম্নোঽপত্যং হৈতনামঃ, হৈতনামনঃ।

১১৭। **হেম্নোঽশ্মনোর্বিকারে**— বিকারার্থদা তৌবা ষণ প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা হেমন্, অশ্মন্, হায়বা প্রাতিপদিক অনি অসিগী নকারগী লোপ ওই। মদুদি—হেম্নো বিকারঃ হৈমঃ—সনানা শাবা, অশ্মনোবিকারঃ আশ্মঃ—নুংনা শাবা পোৎ।

১১৮। **চর্ম্মণঃ কোষে**—কোষগী অর্থদা চর্ম্মন্ শব্দগী নকারগী লোপ ওই। মদুদি—চর্ম্মণো বিকারঃ চার্ম্মঃ (অণ্) কোষঃ—শাউলগী থাউ।

---

১১১। নস্তদ্ধিতে। ১১৩। যে চ ভাবকর্ম্মণোঃ।
১১৪। আত্মাধ্বানৌ খে। ১১৫। নমপূর্ব্বো ’’ত্যোঽবর্ম্মণঃ।
১১৭। অশ্মনো বিকারে টিলোপো বক্তব্যঃ। ১১৮। চর্ম্মণঃ কোষ উপসংখ্যানম্।

৩০৬। **সংখ্যায়াশ্চ গুণান্তায়াঃ (পাঃ)**—গুণ শব্দনা মমৈদা লৈরবদা মশীং খংনবা শব্দগী মথাদা কৃ ধাতু লেংলবদা কর্ম্মণ অর্থদা ডাচ্ তৌই। খুদম—দ্বিগুণাকরোতি, ত্রিগুণাকরোতি ক্ষেত্রম্, (অনিরক অমসুং অহুম্রক খোইদোকই) দ্বিগুণং ত্রিগুণং কর্ষতীত্যর্থঃ।

৩০৭। **সময়াচ্চ যাপনায়াম্ (পাঃ)**—যাপন(মতম লেনবা) খংবদা সময় শব্দগী মথাদা ডাচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—সময়াকরোতি (মতম লেপ্পি) সময়ং যাপয়তীত্যর্থঃ।

৩০৮। **সপত্র-নিষ্পত্রাভ্যাং ব্যথনে**—ব্যথন(ৱাহনবা)অর্থদা সপত্র, নিষ্পত্র হায়বা প্রাতিপদিক অনি অসিগী মথাদা ডাচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—সপত্রাকরোতি মৃগং ব্যাধঃ, সপত্রং শরম্ অস্য শরীরে প্রবেশয়ন্ ব্যথয়তীত্যর্থয়ঃ, নিষ্পত্রাকরোতি, শরীরাৎ শরম্ অপরপার্শ্বে নিষ্ক্রাময়ন্ ব্যথয়তীত্যর্থঃ।

৩০৯। **নিষ্কুলান্নিষ্কোষণে (পাঃ)**—নিষ্কোষণ (১) অর্থদা নিষ্কুল হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মথাদা ডাচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—নিষ্কুলাকরোতি দাড়িমম্, দাড়িমস্য অন্তরবয়বান্ বহির্নিঃসারয়তীত্যর্থঃ।

৩১০। **সুখপ্রিয়াভ্যামানুলোম্যে (পাঃ)**—আনুলোম্য (চানবা মওংদা) চত্থবা থবক্কী অর্থদা সুখ, প্রিয়, হায়বা প্রাতিপদিক অনিসিগী মথাদা ডাচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—সুখাকরোতি, প্রিয়াকরোতি মিত্রম্, অনুকূলাচরণেন আনন্দয়তীত্যর্থঃ।

৩১১। **দুঃখাৎ প্রাতিলোম্যে (পাঃ)**—প্রাতিলোম্য (ওন্ন-তৈনবা)অর্থ খংবদা দুঃখ হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মথাদা ডাচ্ তৌই। খুদম—দুঃখাকরোতি ভৃত্যঃ, স্বামিনং পীড়য়তীত্যর্থঃ।

৩১২। **শূলাৎ পাকে (পাঃ)**—পাক (খোংবা) অর্থদা শূল হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মথাদা ডাচ্ তৌই। খুদম—শূলাকরোতি মাংসম্, শূলেন পচতীত্যর্থঃ।

৩১৩। **সত্যাদশপথে (পাঃ)**—শপথ (ৱাশক) নত্তবা অর্থদা সত্য হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মথাদা ডাচ্ প্রত্যয় তৌই। সত্যাকরোতি ভাণ্ডং বণিক্, ক্রেতব্যমিতি প্রতিজানীতে ইত্যর্থঃ।

৩১৪। **মদ্রাৎ পরিবাপণে (পাঃ)**—মুণ্ডন (শম কোকপা) অর্থদা মদ্র শব্দগী মথাদা ডাচ্ তৌই। মদুদি—মদ্রাকরোতি, সাকল্যং মুণ্ডনং করোতীত্যর্থঃ।

## নৈনবা

১। **মথাগী শব্দশিংসি প্রকৃতি প্রত্যয় উৎলু:**—কৌন্তেয়ঃ, সারমেয়ঃ, স্ত্রীয়ঃ, বৈয়াসকিঃ দাক্ষায়ণী, মানবঃ, মানবীয়ম্, বৈদিকঃ, বৈয়াকরণঃ, রাঘবঃ, বাসুদেবঃ, মানবঃ, সাহসিকম্, শিক্ষকঃ, বার্ষিকম্, নাবিকঃ, সৌবর্ণম্, যুষ্মদীয়ম্, রামায়ণম্, প্রাজ্ঞঃ, সৌখ্যম্, হৈমম্, হিরণ্ময়ঃ, মৃন্ময়ঃ, সত্যম্, তথ্যম্, শৈশবম্, কুসুমিতং, মহিমা, প্রভুত্বম্, বিদ্বদ্দেশ্যঃ, পঞ্চবর্ষদেশীয়ঃ, ধার্ম্মিকঃ, ক্ষুধিতঃ, পার্ব্বতী, বরিষ্ঠম্, যৌবনম্, শ্রেষ্ঠঃ, প্রাচীনঃ, নাস্তিকঃ, বধ্যঃ, বান্ধবঃ, ত্রৈলোক্যম্, বৈদেহী, চৌর্য্যম্, সখ্যম্, সাক্ষী, আত্মীয়ম্, রাজ্যম্, নিদ্রিতঃ।

২। **মথাগী ৱাহৈপরেংশিংসি তদ্ধিত প্রত্যয়না খংহল্লু:**—রামো দশরথস্য পুত্রঃ। অয়ং ঘটো মৃদো বিকারঃ। অয়ং রাজা সর্ব্বভূমেশ্বরঃ। যথা কদম্বং ভবতি তথা ইয়ং

---

(১) কোষদগী লৌথোকপা।
৩০৮। সপত্র-নিষ্পত্রাদতিব্যথনে।

পৃথিবী। ইদং বস্ত্রং কষায়েণ রক্তম্। ইয়ং খট্টা কাষ্ঠেন নির্মিতা। কাষ্ঠেন নির্ম্মিতং, লক্ষ্মীরস্যাস্তি, সুহৃদো ভাবঃ, যস্যা যশঃ অস্তি সা, দারু যস্য অবয়বঃ তৎ, ইতরেণ প্রকারেণ, অমসুং কস্মিন্ কালে।

৩। **মন্থাগী শব্দনিং অসিদগী তদ্ধিত প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দনিং অদু উৎলুঃ**—প্রিয়; শীত, মৃদু, মধুর, ধীর, উদার, শুক্লঃ, কৃষ্ণ, মূর্খ, অন্ধ, মহৎ, নীল, রক্ত, উষ্ণ, লঘু, গুরু, প্রবীণ, বাল, বৃদ্ধ, স্থবির, কাতর, রমণীয়, ঋজু অমসুং সম।

৪। **মন্থাগীনিং অসিদগী বিশেষণ পদ শেম্মু**—অতিথিঃ, গ্রামঃ, সংগ্রামঃ, অগ্নিঃ, জলম্, পৃথিবী, শক্তিঃ, বিষ্ণুঃ, রঘুঃ, শরীরম্, ভ্রাতা, বধঃ, ধর্ম্মঃ, বিধিঃ, হিমবান্, শক্রঃ, চন্দ্রঃ, সূর্য্যঃ যজ্ঞঃ, সুবর্ণম্, রজতম্, রথঃ, মনঃ, কালঃ, মৃত্যুঃ, শম্ভু, লোকঃ, বসন্তঃ, শরৎ, পুরুষঃ, বেদঃ, ন্যায়ঃ, ব্যাকরণম্, অগ্রম্, আদিঃ, অন্তঃ, সভা, মাসঃ, বৎসরঃ, নগরম্, পথঃ, গুড়ঃ, হেমঃ, স্রক্, মায়া, পুষ্পম্, বুভুক্ষা, স্বরঃ, বায়ুঃ, বিদ্যা দয়া, ক্ষমা, আত্মা অমসুং বিদ্যুৎ।

৫। **মন্থাগী অসিদা তদ্ধিত প্রত্যয় তৌরগা থোকপনিংদু উৎলু**ঃ—মদ্রঃ অস্য নিবাসঃ, সিন্ধুরস্য নিবাসঃ, সিন্ধুরেষাং নিবাসঃ, পঞ্চালঃ অস্য নিবাসঃ অমসুং পঞ্চালঃ এষাং নিবাসঃ, বিদেহানাং রাজা, রথং বহতি যঃ সঃ, গুড়স্য বিকারঃ, বধম্ অর্হতি যঃ সঃ, নগরাদাগতঃ, চতুরো মাসান্ ব্যাপ্য স্থিতম্, মাসং দেয়ম্, ব্রাহ্মণানাং সমূহঃ, শরদি ভবঃ, বসন্তে ভবঃ, বায়ুরস্য দেবতা, হরিদ্রয়া রক্তং, ব্যাকরণং বেত্তি যঃ সঃ, বেদম্ অধীতে যঃ সঃ, কুরোরপত্যানি, অত্রেরপত্যম্, ভরদ্বাজস্যাপত্যানি, কুন্ত্যা অপত্যম্, ভৃগোরপত্যম্, দ্রোণস্যাপত্যম্, জৈমিনিনা প্রোক্তম্, রাজপুত্রানাং সমূহঃ, সোমোঽস্য দেবতা, পঞ্চবর্ষাণি অস্য বয়ঃ, পথোঽনপেতম্, আয়ুধেন জীবতি যঃ সঃ, পুরোহিতস্য কর্ম্ম, লঘোর্ভবঃ, বিদ্যা অস্যাস্তি, শমী যত্র অস্তি তৎ, জ্ঞানম্ যস্যাস্তি সঃ।

৬। **অরানবা চুমথোকউ**ঃ—গুণমানয়ং যুবা, ধনমতিঃ গৃহপতিঃ, নাগরিকাঃ সর্ব্বে লক্ষ্মীমন্তঃ, অসৌ উভয়োর্বলিষ্ঠতরঃ, যশোমান্ অস্মাকং রাজা, বিদ্যাবিনঃ সর্ব্বে ছাত্রাঃ, সুবর্ণবন্তৌ কুণ্ডলৌ, পয়োবতী ইয়ং ধেনুঃ, ঘৃতং ভস্মসাতং করোতি, সর্ব্বে একত্রে বসামঃ, শত্রুঘ্নঃ ভ্রাতৃষু লঘীয়ান্, দ্রাক্ষাবতী ভূমিঃ, পুস্তকস্য একষষ্টিঃ সংস্করণম্, পিতৃবৎ পূজয়তি শিক্ষকম্, একদাং বহুকার্য্যং ন কুর্ব্বীত, ইতস্মাৎ গন্তুং ন অভিলষামি।

---

# স্ত্রী প্রত্যয়

১। **স্ত্রিয়াম্**—প্রকরণ অসিদা তৌগদবা থবক পুম্নমক তাকপা মদু স্ত্রীলিঙ্গদা তৌগদবনি হায়না খংগদবনি।

২। **অজাদ্যতষ্টাপ্**—অজাদীনামকারান্তস্য চ বাচ্যং যৎ স্ত্রীত্বং তত্র দ্যোত্যে, টাপ্ স্যাৎ। অজ-নচিংবা শব্দ অমসুং অকারান্ত শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গ ওইরবদা টাপ্ (আপ্) প্রত্যয় তোই। টাপ্কী ট্ অমসুং প, ইৎ ওই, আ লৈহোই। খুদম—অজ—অজা, এড়ক—এড়কা (য়াও), কোকিল—কোকিলা, চটক—চটকা, অশ্ব—অশ্বা, মূষিক—মূষিকা, বাল—

বালা, হোড়—হোড়া(নৌকা), পাক—পাকা, বৎস—বৎসা, মন্দ—মন্দা, চপল—চপলা, ক্রুর—ক্রুরা, অনুকূল—অনুকূলা, মনোহর—মনোহরা, উত্তর—উত্তরা, চতুর—চতুরা, তরল—তরলা, দৃঢ়—দৃঢ়া, কৃপণ—কৃপণা, প্রিয়—প্রিয়া, কৃশ—কৃশা, স্থূল—স্থূলা, দীন—দীনা, মলিন—মলিনা, নিপুণ—নিপুণা, প্রবল—প্রবলা, সফল—সফলা, ত্রিফল—ত্রিফলা, অমূল—অমূলা, জ্যেষ্ঠ—জ্যেষ্ঠা, মধ্যম—মধ্যমা, কনিষ্ঠ—কনিষ্ঠা, উষ্ণিহ্—উষ্ণিহা, একপুষ্প—একপুষ্পা, শতপুষ্প—শতপুষ্পা, দক্ষিণ—দক্ষিণা, উত্তর—উত্তরা, পূর্ব্ব—পূর্ব্বা, পশ্চিম—পশ্চিমা, অসিনচিংবা।

**শূদ্রা চামহৎপূর্ব্বা জাতিঃ**—জাতি খংবদা শূদ্র শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গদা আপ্ তৌগনি। মদুদি—শূদ্রা। তৌইগুম্বসুং পুং যোগ হায়বদি শূদ্রগী পত্নী অর্থদা শূদ্রী ওই, অমসুং মহৎ শব্দনা মথক থংলবসু শূদ্রী ওই। খুদম—শূদ্র—শূদ্রা (শূদ্র জাতিগী নুপী) শূদ্র—শূদ্রী (শূদ্রগী মতু)। মহাশূদ্র—মহাশূদ্রী (অচৌবা থাক্কী শূদ্রগী নুপী)—আভীরী।

৩। **প্রত্যয়স্থাৎ কাৎ পূর্ব্বস্যাৎ ইদাপ্য-সুপঃ**—প্রত্যয়স্থাৎ ককার াৎ পূর্ব্বস্য অকারস্য ইকারঃ স্যাৎ আপি পরে ; স আপ্ সুপঃ পরো ন চেৎ। —আপ্ প্রত্যয় তৌরবদা প্রত্যয়দা য়াওরিবা ককারগী মথক্তা লৈবা অকারগী মফমদা (অক-প্রত্যয়গী অকারগী মফমদা) ইকার ওই। খুদম—সর্ব্বক—সর্ব্বিকা, কারক—কারিকা, বোধক—বোধিকা, রোধক—রোধিকা, পালক—পালিকা, পাচক—পাচিকা, সাধক—সাধিকা, নায়ক—নায়িকা, সেবক—সেবিকা, (সেবাকারিণী); তৌইগুম্বসুং আপ্ অসি বিভক্তিগী মথাদা ওইরবদি (বহু-ব্রীহিগী মমৈদদি) ইকার ওইরোই। খুদম—বহবঃ পরিব্রাজকাঃ অস্যাং নগর্য্যাম্ ইতি বহুপরিব্রাজকা নগরী (বহুপরিব্রাজিকা ওইদ্রে)। মফম অসিদা (সমাসতা লোপ ওইখ্রবা) বিভক্তিগী মথাদা আকার ওই হায়দুনা ই ওইদ্রে। ককারগী মথক্তা অকার লৈত্রবদি ওইরোই। খুদম— নৌকা।

৪। **ন যা সয়োঃ**—আপ্ তৌরবদা যদ্ তদ্ শব্দগী মথাদা ই ওইররোই। খুদম—সকা। প্রত্যয়দা য়াওবা ক নত্রবসু ই ওইরোই। খুদম—শক্নোতি ইতি শকা।

৫। **ত্যকন্চ নিষেধঃ**—ত্যকন্ প্রত্যয় তৌরবদি ই ওইরোই। খুদম—অধিত্যকা, উপত্যকা।

৬। **আশিষি বুনশ্চ ন**—আশীর্ব্বাদ (নুঙাই-য়াইফবা, অফবা মঙ্গল পীবা) অর্থদা অক প্রত্যয়গী মথাদা ই ওইরোই। খুদম—ভবতাৎ—ভবকা, জীবতাৎ—জীবকা।

৭। **ক্ষিপকাদীনাংচন**—ক্ষিপকানচিংবগী মথাদা ই ওইরোই। (১) খুদম—ক্ষিপকা, ধ্রুবকা, চটকা, কন্যকা, পাবকা, সেবকা ( সেবা তৌবী)।

৮। **অষ্টকা পিতৃদেবত্যে**—পিতৃদেবত্য-গী অর্থদি পিতৃদেবতাগী শ্রাদ্ধ ক্রিয়ানি। পিতৃদেবতাগী ক্রিয়া (থবক) খংবা অর্থদা অষ্টকাগী মথাদা ই ওইরোই। খুদম—অষ্টকা। পূপাষ্টকা, শাকাষ্টকা, মাংসাষ্টকা। অতোপ্রদদি অষ্টিকা খারী (খারী সের নিপাল)।

---

(১) ক্ষিপকাদীনাং চোপসংখ্যানম্ (বার্ত্তিক)—ক্ষিপকা, ধ্রুবকা, চরকা, (দূত), সেবকা (মলাই), করকা, চটকা, অবকা, হলকা, অলকা, কন্যকা, এড়কা, ইষ্টকা, পিঠকা, বাসকা, নন্দকা, জীবকা। অস্যা ক্ষিপকাদি অসি আকৃতিগণনি।

৯। **সূতকা পুত্রিকাবৃন্দারকাণাং বেতি বক্তব্যম্**— সূতকানচিংবগী মথাদা বিকল্প ওইনা ই ওই। খুদম—সূতকা, সূতিকা (কন্যা), পুত্রকা পুত্রিকা, বৃন্দারকা, বৃন্দারিকা(দেবী), গঙ্গাকা গঙ্গিকা।

তোঙান তোঙানবা অর্থদা মখোয় অসিগী মথাদা বিকল্প ওইনা ই ওই। মদুদি—তারকা (নক্ষত্র) তারিকা (দাসী), বর্ণকা (পরিচ্ছদ) বর্ণিকা (ব্যাখ্যাত্রী) বর্ত্তকা (পক্ষী) বর্ত্তিকা (বর্ত্তি) অষ্টকা অষ্টিকা (মথক্তা য়েংউ)।

১০। **ষিদ্গৌরাদিভ্যশ্চ**—ষিদ্ভ্যো গৌরাদিভ্যশ্চ ঙীষ্ স্যাৎ। ষকার হৌখিবা অদুগুম্বা প্রত্যয় অদুনা মমৈথংবা শব্দশিং অমসুং গৌর-নচিংবা শব্দগী মথাদা ঙীষ্ (ঈপ্) তৌই। খুদম—নর্ত্তক—নর্ত্তকী, রজক—রজকী, খনক—খনকী, পিতামহ—পিতামহী, মাতামহ—মাতামহী, গৌর—গৌরী, কুমার—কুমারী, কিশোর—কিশোরী, তরুণ—তরুণী, সুন্দর—সুন্দরী, নদ—নদী, নট—নটী, তট—তটী, স্থল—স্থলী, কদল—কদলী, মণ্ডল—মণ্ডলী, অতস—অতসী, বেতস—বেতসী, আমলক—আমলকী, কাল—কালী, নাগ—নাগী, যূথ—যূথী, তূণ—তূণী, দ্রোণ—দ্রোণী, বদর—বদরী, কবর—কবরী অসিনচিংবা।

১১। **জাতেরস্ত্রীবিষয়াদযোপধাৎ**—জাতিবাচি যন্ন চ স্ত্রিয়াং নিয়তময়োপধং ততস্ত্রিয়াং ঙীষ্ স্যাৎ।

অহানবদা স্ত্রীলিঙ্গ ওইবমদবা অমসুং উপধাগী মফমদা যকার লৈতবা জাতিবাচক শব্দগী মথাদা ঙীষ্ (ঈপ্) তৌই। খুদম—সিংহ—সিংহী, ব্যাঘ্র—ব্যাঘ্রী, মৃগ—মৃগী, কুরঙ্গ—কুরঙ্গী, শূকর—শূকরী, বরাহ—বরাহী, কুক্কুর—কুক্কুরী, শৃগাল—শৃগালী, বিড়াল—বিড়ালী, ঘোটক—ঘোটকী, ভল্লুক—ভল্লুকী, মহিষ—মহিষী, হংস—হংসী, সারস—সারসী, কাক—কাকী, বক—বকী, চক্রবাক—চক্রবাকী, মানুষ—মানুষী, ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণী, গোপ—গোপী, চণ্ডাল—চণ্ডালী, পিশাচ—পিশাচী, নিষাদ—নিষাদী, রাক্ষস—রাক্ষসী, নিশাচর—নিশাচরী, অসিনচিংবা।

অহানবদা স্ত্রীলিঙ্গ ওইরবদি ঙীষ্ (ঈপ্) তৌরোই। খুদম—বলাকা। উপধাদা যকার লৈরবদি ঈপ্ তৌরোই। ক্ষত্রিয়—ক্ষত্রিয়া, বৈশ্য—বৈশ্যা, অজ-নচিংবগী মথাদা ঈপ্ তৌরোই। অশ্ব—অশ্বা, ক্রৌঞ্চ—ক্রৌঞ্চা, মূষিক—মূষিকা।

১২। **যোপধপ্রতিষেধে হয়-গবয়-মুকয়-মনুষ্য-মৎস্যানাম-প্রতিষেধঃ**—উপধাদা যকার লৈবা শব্দগীদি ঙীষ্ (ঈপ্) তৌরোই অসুম্না হায়খ্রে তৌইগুম্বসুং হয়, গবয়, মুকয় মনুষ্য অমসুং মৎস্য শব্দগীদি ককথৎতে। খুদম, হয়—হয়ী, গবয়—গবয়ী, মুকয়—মুকয়ী, মনুষ্য—মনুষী, মৎস্য—মৎসী (মনুষ্য অমসুং মৎস্যগী স্ত্রীলিঙ্গদা উপধা যকারগী লোপ ওই)।

১৩। **ঋন্নেভ্যো ঙীপ্**—ঋকারান্ত অমসুং নকারান্ত প্রাতিপদিকগী মথাদা স্ত্রীলিঙ্গদা ঈপ্ (ঈ) তৌই। মদুদি, দাতৃ—দাত্রী, ধাতৃ—ধাত্রী, কর্ত্তা—কর্ত্রী, হন্তা—হন্ত্রী, জনয়িতৃ—জনয়িত্রী, প্রসবিতৃ—প্রসবিত্রী, হর্তৃ—হর্ত্রী, অধিষ্ঠাতৃ—অধিষ্ঠাত্রী, ক্রেতৃ—ক্রেত্রী, রক্ষয়িতৃ—রক্ষয়িত্রী, দণ্ডিন্—দণ্ডিনী, গুণিন্—গুণিনী, জ্ঞানিন্—জ্ঞানিনী, মানিন্—মানিনী, মায়াবিন্—মায়াবিনী, অধিকারিণ্—অধিকারিণী, উপকারিন্—উপকারিণী, অনুরাগিন্—অনুরাগিণী, প্রিয়বাদিন্—প্রিয়বাদিনী, মনোহারিন্—মনোহারিণী অসিনচিংবা।

১৪। **বয়সি প্রথমে**—(কালকৃতশরীরাবস্থাযৌবনাদি বয়ঃ)—অহানবা বয়স (চহি) খংহনবা প্রাতিপদিকগী মখাদা ঙীপ,(ঈপ্) তৌহ। মদুদি, কুমার—কুমারী, কিশোর—কিশোরী, তরুণ—তরুণী, কর্বর—কর্বরী (ঝারী) নত্রবদি—বৃদ্ধ—বৃদ্ধা, স্থবির—স্থবিরা, প্রৌঢ়—প্রৌঢ়া অসিনচিংবদি ঙীপ্ তৌদ্রে।

১৫। **বনো র চ**—বন্ ভাগান্ত প্রাতিপদিক অদু সমাসান্ত ওইরবসু মখোয় অদুগী মখাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌহি, অমসুং বন্ প্রত্যয়গী নকারগী মযম্ফদা র ওই। খুদম, ধীবন্—ধীবরী, পীবন্—পীবরী, শর্বন্—শর্বরী। সমাসান্ত বন্-ভাগান্ত—পারদৃশ্বন্—পারদৃশ্বরী, অতিধীবন্—অতিধীবরী।

১৬। **দ্বিগোঃ**—দ্বিগু সমাস তৌরগা খোকপা অকারনা মমৈথংবা শব্দগী মখাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌহি। খুদম—ত্রয়ানাং লোকানাং সমাহারঃ ত্রিলোকী, অসুম্না পঞ্চানাং অশ্বানাং সমাহারঃ—পঞ্চাশ্বী, অসিগুম্না দশাশ্বী, পঞ্চমূলী, দশমূলী, পঞ্চনলী, পঞ্চরাজী, সপ্তশতী, দশকুমারী।

১৭। **ন ষট্ স্বস্রাদিভ্যঃ**—ষট্-নচিংবা প্রাতিপদিক তরুক হায়বদি ষষ্, পঞ্চন্, সপ্তন্, অষ্টন্, নবন্, দশন্, শব্দ অমসুং স্বসৃ-নচিংবগী মখাদা স্ত্রীলিঙ্গ প্রত্যয় (আপ্,ঈপ্) করিগুম্বা অমত্তা তৌররোহি। মদুদি—ষট্, পঞ্চ, স্বসৃ, মাতৃ, দুহিতৃ, যাতৃ, ননান্দৃ।

১৮। **অল্লোপোঽনঃ**—ঙীপ্ (ঈপ্) তৌরবদা অন্ ভাগান্ত শব্দগী অকারগী লোপ ওই। খুদম—রাজন্—রাজ্ঞী।

১৯। **ন সংযোগাদ্বমন্তাৎ**—উপধাদা ম-গা তপ্পবা ময়েক নত্রগা ব-গা তপ্পবা ময়েক লৈরবদদি অকারগী লোপ ওইরোহি।

২০। **মনঃ**—মনন্তান্ন ঙীপ্—মন্ ভাগান্ত প্রাতিপদিকগী মখাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌরোহি। খুদম—সীমা, পামা, সুদামা।

২১। **অনো বহুব্রীহেঃ**—অনন্তাদ্বহুব্রীহের্ন ঙীপ্।—বহুব্রীহি সমাস তৌরবদা অন্ ভাগান্ত প্রাতিপদিকগী মখাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌরোহি। খুদম—বহুযজ্বা, বহুযজ্বানৌ, বহুযজ্বানঃ, বহুপর্বা বেণুযষ্টিঃ।

২২। **ডাবুভাভ্যামন্যতরস্যাম্**—সূত্রদ্বয়োপাত্তাভ্যাং ডাব্ বা স্যাৎ।— মন্ ভাগান্ত প্রাতিপদিক অমসুং বহুব্রীহি তৌরগা খোকপা অন্ ভাগান্ত প্রাতিপদিক (মথক্তা হায়খিবা) অনিসিগী মখাদা বিকল্প ওইনা ডাপ্ (আপ্) তৌহি।

খুদম—

| একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|
| সীমা | সীমে, সীমানৌ | সীমাঃ, সীমানঃ |
| দামা | দামে, দামানৌ | দামাঃ, দামানঃ |

**অন্ ভাগান্ত বহুব্রীহি**—

| | | |
|---|---|---|
| বহুরাজা | বহুরাজে, বহুরাজানৌ | বহুরাজাঃ, বহুরাজানঃ |
| সুপর্বা | সুপর্বে, সুপর্বাণৌ | সুপর্বাঃ, সুপর্বাণঃ |

২৩। **অন উপধা লোপিনোঽন্যতরস্যাম্**—অনন্তাদ্বহুব্রীহেরুপধালোপিনো বা ঙীপ্ স্যাৎ।

অন্-না মমৈথংবা প্রাতিপদিক পুম্লিঙ্গী উপধাগী অকারগী লোপ ওই (অল্লোপোঽনঃ), বহুব্রীহি সমাসতা মখোয়দুগী মখাদা বিকল্প ওইনা ডাপ্ (আপ্) অমসুং

ঙীপ্ (ঈপ্) তৌই। আপ্ তৌরবসু ঈপ্ তৌরবসু মহাক মহাজী ওইবস খোকপা মশক অদুমক অদুম লৈগনি।

খুদম—

| একবচন | দ্বিবচন | বহুবচন |
|---|---|---|
| বহুরাজ্ঞী | বহুরাজ্ঞ্যৌ | বহুরাজ্ঞ্যঃ |
| বহুরাজা | বহুরাজে | বহুরাজাঃ |
| বহুরাজা | বহুরাজানৌ | বহুরাজানঃ |

২৪। **যূনস্তিঃ**—যুবন্ শব্দাত্তি প্রত্যয়ঃ স্যাৎ, সচ তদ্ধিতঃ। যুবন্ শব্দগী মখাদা তি (তদ্ধিত) প্রত্যয় তৌই। খুদম—যুবতিঃ (যুবতী, যূনী সু ওই)।

২৫। **উগিতশ্চ**—উগিদন্তাৎ প্রাতিপদিকাৎ স্ত্রিয়াং ঙীপ্ স্যাৎ। উক্—উ, ঋ, ৯—উকারেৎ (উ-চৎখিবা), ঋকারেৎ (ঋ-চৎখিবা), ৯ কারেৎ (৯-মাংখিবা) প্রত্যয় তৌরগা খোকপা প্রাতিপদিকগী মখাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌই। মদুদি—

২৬। **উকারেৎ**—ভবৎ—ভবতী (অদোম), যাবৎ—যাবতী, তাবৎ—তাবতী, ইয়ৎ—ইয়তী, কিয়ৎ—কিয়তী, শ্রীমৎ—শ্রীমতী, বুদ্ধিমৎ—বুদ্ধিমতী, ইন্দুমৎ—ইন্দুমতী, (মতুপ্), পুত্রবৎ—পুত্রবতী, লজ্জাবৎ—লজ্জাবতী, বলবৎ—বলবতী, প্রভাবৎ—প্রভাবতী(বতুপ্), কৃতবৎ—কৃতবতী, লব্ধবৎ—লব্ধবতী, দৃষ্টবৎ—দৃষ্টবতী(ক্তবতু), প্রেয়স্—প্রেয়সী, শ্রেয়স্—শ্রেয়সী, গরীয়স্—গরীয়সী, লঘীয়স্—লঘীয়সী, কনীয়স্—কনীয়সী,সাধীয়স—সাধীয়সী(ঈয়সুন্)।

২৭। **ঋকারেৎ**—(শতৃ প্রত্যয়ান্ত) সৎ—সতী, রুদৎ—রুদতী, শ্বসৎ—শ্বসতী, শাসৎ—শাসতী,শৃণ্বৎ—শৃণ্বতী, চিন্বৎ—চিন্বতী, দ্বিষৎ—দ্বিষতী, ব্রুবৎ—ব্রুবতী, দদৎ—দদতী, বিভ্রৎ—বিভ্রতী, কুর্ব্বৎ—কুর্ব্বতী, গৃহ্নৎ—গৃহ্নতী, জানৎ—জানতী।

২৮। **শপ্‌শ্যনোর্নিত্যম্**—শপ্‌শ্যনোরাৎ পরো যঃ শতুরবয়বস্তদন্তস্য নিত্যং নুম্ স্যাৎস্ত্রীনদ্যোঃ পরতঃ।

ঈপ্ প্রত্যয় তৌরবদা ভ্বাদি (চুরাদি সনন্তাদি) (শপ্) অমসুং দিবাদি (শ্যন্) গণ চৎপা ধাতুগী মখাদা তৌবা শতৃ প্রত্যয়গী তকারগী মখক্তা ন্ ওই।

**ভ্বাদিগণীয়**—পচৎ—পচন্তী, ভবৎ—ভবন্তী, ধাবৎ—ধাবন্তী, গচ্ছৎ—গচ্ছন্তী, তিষ্ঠৎ—তিষ্ঠন্তী, ফলৎ—ফলন্তী, পশ্যৎ—পশ্যন্তী।

**চুরাদি**—কারয়ৎ—কারয়ন্তী,স্মারয়ৎ—স্মারয়ন্তী, পালয়ৎ—পালয়ন্তী। সনন্ত—চিকীর্ষৎ—চিকীর্ষন্তী।

**দিবাদিগণীয়ঃ**—দীব্যৎ—দীব্যন্তী, নশ্যৎ—নশ্যন্তী,নৃত্যৎ—নৃত্যন্তী, জীর্য্যৎ—জীর্য্যন্তী, মুহ্যৎ—মুহ্যন্তী।

২৯। **আচ্ছীনদ্যোর্নুম্**—তুদাদিগণীয় অমসুং অদাদিগণীয় আকারান্ত ধাতুগী মখাদা নুম্ (ন) বিকল্প ওইনা তৌই। খুদম—তুদাদি—তুদন্তী, তুদতী ; ইচ্ছন্তী, ইচ্ছতী ; পৃচ্ছন্তী পৃচ্ছতী ; স্পৃশন্তী, স্পৃশতী ; সিঞ্চন্তী, সিঞ্চতী।

**আকারান্ত অদাদি**—যান্তী, যাতী ; মান্তী, মাতী ; ভান্তী, ভাতী ; স্নান্তী, স্নাতী।

স্যতৃ প্রত্যয় তৌরবসু বিকল্প ওইনা নুম্ (ন) তৌই। খুদম—ভবিষ্যন্তী, ভবিষ্যতী ; দাস্যন্তী, দাস্যতী ; করিষ্যন্তী, করিষ্যতী ; যাস্যন্তী, যাস্যতী।

৩০। **টিড্ঢাণঞ্দ্বয়সজ্দঘ্নঞ্মাত্রচ্তয়প্ঠক্ঠঞ্কঞ্ক্বরপঃ**—অনুপসর্জ্জনং যট্টি-দাদি তদন্তং প্রাতিপদিকং ততঃ স্ত্রিয়াং ঙীপ্ স্যাৎ। টকার হৌখিবা নত্রগা ঢ, অণ্ অঞ্, দ্বয়সচ্, দঘ্নচ্, মাত্রচ্, তয়প্, ঠক্, ঠঞ্, কঞ্ ক্বরপ্ প্রত্যয় তৌরগা থোকপা অকারনা লোম্বা শব্দগী মথাদা স্ত্রীলিঙ্গদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌই। মদুদি—টকার হৌখিবা (অকারান্ত) কুরুচর—কুরুচরী; গায়ন—গায়নী ; গাথক—গাথকী ; কর্ম্মকর—কর্ম্মকরী ; অর্থকর—অর্থকরী ; যশস্কর—যশস্করী ; রোগকর—রোগকরী ; ক্ষোভকর—ক্ষোভকরী ; নিশাচর—নিশাচরী ; খেচর—খেচরী ; বাতঘ্ন—বাতঘ্নী ; পশুঘ্ন—পশুঘ্নী ; চতুর্থ—চতুর্থী ; পঞ্চম—পঞ্চমী ; স্বর্ণময়—স্বর্ণময়ী ; (ময়ট্) দারুময়—দারুময়ী ; জলময়—জলময়ী ; মৃন্ময়—মৃন্ময়ী ; হিরণ্ময়—হিরণ্ময়ী।

ঢ—(তৌরগা থোকপা)—সৌপর্ণেয়—সৌপর্ণেয়ী ; বৈনতেয়—বৈনতেয়ী ; ভাগিনেয়—ভাগিনেয়ী ; গৌধেয়—গৌধেয়ী ; বৈমাত্রেয়—বৈমাত্রেয়ী ; কৌলটেয়—কৌলটেয়ী ; আগ্নেয়—আগ্নেয়ী।

**অণ্** (তৌরগা থোকপা)—শৈব—শৈবী ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণবী ; দৈব—দৈবী; আসুর—আসুরী ; রাক্ষস—রাক্ষসী ; ভৌম—ভৌমী ; চাক্ষুষ—চাক্ষুসী ; মৌন—মৌনী ; মাগধ—মাগধী ; আগ্নেয়—আগ্নেয়ী।

**অঞ্**—ঐক্ষ্বাক—ঐক্ষ্বাকী ; মানুষ—মানুষী ; ঔৎস—ঔৎসী ; মানব—মানবী ; দ্রৌপদ—দ্রৌপদী ; পর্ব্বত—পর্ব্বতী ; গৌতম—গৌতমী।

**দ্বয়সচ্, দঘ্নচ্, মাত্রচ্**—উরুদ্বয়স—উরুদ্বয়সী ; জানুদ্বয়স—জানুদ্বয়সী ; (খুকউগী চাং) ; উরুদঘ্ন—উরুদঘ্নী ; জানুদঘ্ন—জানুদঘ্নী ; উরুমাত্র—উরুমাত্রী। (খুকউগী চাং)।

**তয়প্**—দ্বিতয়—দ্বিতয়ী ; ত্রিতয়—ত্রিতয়ী ; চতুষ্টয়—চতুষ্টয়ী ; পঞ্চতয়—পঞ্চতয়ী ; শততয়—শততয়ী।

**ঠক্**—সামাজিক—সামাজিকী ; লাবণিক—লাবণিকী ; ধার্ম্মিক—ধার্ম্মিকী ; সাময়িক—সাময়িকী ; (ঠঞ্) ; বাচিক—বাচিকী ; শারীরিক—শারীরিকী ; শাশ্বতিক—শাশ্বতিকী।

**ঠঞ্**—সামুদ্রিক—সামুদ্রিকী ; আধ্যাত্মিক—আধ্যাত্মিকী ; ঐহিক—ঐহিকী ; দৈনিক—দৈনিকী ; বার্ষিক—বার্ষিকী ; মাসিক—মাসিকী।

**কঞ্**—যাদৃশ—যাদৃশী ; তাদৃশ—তাদৃশী ; ঈদৃশ—ঈদৃশী ; এতাদৃশ—এতাদৃশী ; সদৃশ—সদৃশী ; কীদৃশ—কীদৃশী।

**ক্বরপ্**—ইত্বর—ইত্বরী (চৎপনা স্বভাব ওইবা); জিত্বর—জিত্বরী (জয় তৌগনবা); গত্বর—গত্বরী (চৎপনা স্বভাব ওইবা) সৃত্বর—সৃত্বরী (লেংবনা স্বভাব ওইবা), নশ্বর—নশ্বরী (মাংবনা স্বভাব ওইবা)।

ণ, নঞ্, স্নঞ্ প্রত্যয়গীসু ঈপ্ তৌই। চৌর—চৌরী ; তাপস—তাপসী ; তরুণ—তরুণী ; স্ত্রৈণ—স্ত্রৈণী ; পৌংস্ন—পৌংস্নী।

৩১। **যঞশ্চ**—যঞন্তাৎ স্ত্রিয়াং ঙীপ্ স্যাৎ অকার লোপে কৃতি। যঞ্ (য) প্রত্যয়না মমৈ থংবা শব্দগী মথাদা ঈপ্ তৌই। যঞ্গী অকার লোপ ওইরবদা।

৩২। **হলস্তদ্ধিতস্য**—হল উত্তরস্য তদ্ধিত যকারস্যোপধাভূতস্য লোপঃ স্যাদীতি পরে। ঈপ্ তৌরবদা হল্ (ব্যঞ্জন) ময়েক্কী মথাদা লৈরিবা তদ্ধিতকী উপধা যকারগী

লোপ ওই। খুদম—গার্গ্য—গার্গী ; বাৎস্য—বাৎসী ; মাণ্ডব্য—মাণ্ডবী ; আগস্ত্য—আগস্তী ; মৌদ্গল্য—মৌদ্গলী ; কৌণ্ডিন্য কৌণ্ডিনী।

৩৩। **অঞ্চতেশ্চোপসংখ্যানম্**—অঞ্চ্ ধাতুদগী থোকপা প্রাতিপদিকগী মথাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তোঁই। মদুদি—প্রাচ্—প্রাচী ; অবাচ্—অবাচী। প্রত্যচ্-নচিংবগী মশাক অনি লৈ। মদুদি—প্রত্যচ্—প্রত্যচী, প্রত্যক্ষী ; উদচ্—উদীচী, উদক্ষী ; তির্য্যচ্—তিরশ্চী, তির্য্যক্ষী।

৩৪। **পুংযোগাদাখ্যায়াম্**—যা পুমাখ্যা পুংযোগাৎ স্ত্রিয়াং বর্ত্ততে ততো ঙীষ্ স্যাৎ।

পুংযোগ হায়বদি বনাগুম্বসী নুপী (ভার্য্যা) খংনবা অর্থদা অকারান্ত প্রাতিপদিকগী মথাদা ঙীষ্ (ঈপ্) তোঁই, মদুদি—গোপস্য স্ত্রী—গোপী ; অসিগুম্না ব্রাহ্মণস্য স্ত্রী—ব্রাহ্মণী; শূদ্রস্য স্ত্রী শূদ্রী, নাপিতস্য স্ত্রী—নাপিতী ; নিষাদস্য স্ত্রী —নিষাদী ; তোঁইগুম্বসুং নুপী (ভার্য্যা) নত্তবদি তৌদে—গোপস্য কন্যা—গোপা।

৩৫। **পালকান্তান্ন**—পালক হায়বা অসিনা মমৈখংবা প্রাতিপদিকগী মথাদা ঈপ্ তৌরোই। মদুদি—গোপালকস্য স্ত্রী—গোপালিকা ; অশ্বপালকস্য স্ত্রী—অশ্বপালিকা।

৩৬। **সূর্য্যাদ্দেবতায়াং চাপ্ বাচ্যঃ**—সূর্য্যগী স্ত্রী দেবতা খংবদা আপ্ তোঁই। সূর্য্যস্য স্ত্রী দেবতা—সূর্য্যা (সূর্য্যগী নুপী); নত্রবদি—সূরী, কুন্তী, মানুষী।

৩৭। **ইন্দ্রবরুণভবশর্বরুদ্রমৃড়হিমারণ্যযবযবনমাতুলাচার্য্যাণামানুক্**—এষামানুগাগমঃ স্যাৎ ঙীষ্ চ। ইন্দ্রাদীনাং ষন্নাং মাতুলাচার্য্যয়োশ্চ পুংযোগে এবেষ্যতে।

ইন্দ্র বরুণ-নচিংবগী মথাদা আনুক্ (আন) অমসুং ঙীষ্ (ঈপ্) তোঁই। ইন্দ্রনচিংবা শব্দ তরুক অমদি মাতুল অমসুং আচার্য্য শব্দগী মথাদা পত্নী (নুপী) খংবদা আনুক্ অমসুং ঈপ্ তোঁই। মদুদি—ইন্দ্রস্য জায়া—ইন্দ্রাণী ; অসিগুম্না বরুণস্য জায়া বরুণানী, ভব—ভবানী, শর্ব্ব—শর্ব্বাণী, রুদ্র—রুদ্রানী, মৃড়—মৃড়ানী।

৩৮। **হিমারণ্যয়োর্মহত্ত্বে**—মহত্ত্ব (য়াম্না চাওবা) অর্থদা হিম অমসুং অরণ্য শব্দগী মথাদা আনুক্ তোঁই। মদুদি—মহৎ-হিমম্—হিমানী (অইংবা উনগী মপৈ), মহৎ অরণ্যম্—অরণ্যানী (অচৌবা উমং)। মহত্ত্ব অর্থ ওইদ্রবদি হিম অমসুং অরণ্য ক্লীবলিঙ্গ ওই, মখোয়সিগী স্ত্রীলিঙ্গ প্রত্যয় তৌদে।

৩৯। **যবাদ্দোষে**—ফত্তবা যব-কী অর্থদা যবানী থোকই। মদুদি—দুষ্টো যবঃ যবানী ; তোঁইগুম্বসুং যবনানাং লিপিঃ যবনানী (যবনগী খুৎই লাইরিক)।

৪০। **মাতুলোপাধ্যায়য়োরানুগ্ বা**—মাতুল অমসুং উপাধ্যায় শব্দগী মথাদা পত্নী অর্থদা বিকল্প ওইনা আনুক্ তোঁই। মদুদি—মাতুলানী, মাতুলী (মামগী নুপী); উপাধ্যায়ানী; উপাধ্যায়ী (উপাধ্যায় পত্নী—ওঝাগী নুপী)।

৪১। **যা তু স্বয়মেবাধ্যাপিকা তত্র বা ঙীষ্ বাচ্যঃ**—মশামক্না ওঝা ওইরবদা বিকল্প ওইনা ঈপ্ তোঁই। খুদম—উপাধ্যায়ী নত্রগা উপাধ্যায়া (আনুক্ তৌদ্রে)।

৪২। **আচার্য্যাদণত্বং চ**—আচার্য্যস্য স্ত্রী—আচার্য্যানী ; ন-গী ণ ওইদ্রে। (পত্নী অর্থদা); পত্নী অর্থ নত্তবদদি—আচার্য্যা (মশামক ব্যাখ্যা তৌবী নুপী, ওঝা)।

৪৩। **অর্য্যক্ষত্রিয়াভ্যাং বা স্বার্থে**—স্বার্থদা হায়বদি মফম অদুদা পত্নী (মতু)গী অর্থ খংদবা মফমদা অর্য্য অমসুং ক্ষত্রিয় শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা আনুক্ অমসুং ঙীষ্ তোঁই। খুদম—অর্য্যাণী, অর্য্যা ; ক্ষত্রিয়াণী, ক্ষত্রিয়া। পত্নী অর্থ ওইরবদি অর্যী, ক্ষত্রিয়ী।

মতাং অসিদা অমরনা ইন্নখী—

"অর্য্যাণী স্বয়মর্য্যা স্যাৎ ক্ষত্রিয়া ক্ষত্রিয়াণ্যপি।
উপাধ্যায়াপ্যুপাধ্যায়ী স্যাদাচার্য্যাপিচ স্বতঃ।
আচার্য্যানী তু পুংযোগে স্যাদর্য্যী ক্ষত্রিয়ী তথা।
উপাধ্যায়ানুপাধ্যায়ী"—ইতি।

ব্রহ্মাণী করম্ তৌনা থোকই হায়বদা ব্রহ্মাণম্ আনয়তি জীবয়তি ইতি ব্রহ্মন্+অন্+(ণিচ্)+অণ্ =ব্রহ্মাণঃ ততঃ স্ত্রিয়াম্ ঈপ্ ব্রহ্মাণী। অসিগুম্না শক্রাণী; শিবানী, ঈশ্বরাণী (রাম তর্ক বাগীশঃ)।

৪৪। **শোণাৎ প্রাচাম্**— নোংপোক লমদা লৈবা ব্যাকরণ হৈবশিংগী মতদা, অমদি —বিকল্প ওইনা শোণ শব্দগী মথাদা স্ত্রীলিঙ্গদা ঙীষ্ তৌই। মদুদি—শোণী ; শোণা (শগোল অঙাংবী)।

অসিগুম্না চণ্ড—চণ্ডী, চণ্ডা ; কমল—কমলী, কমলা ; অরাল—অরালী, অরালা ; কৃপণ—কৃপণী , কৃপণা ; বিকট —বিকটী, বিকটা ; বিশাল—বিশালী, বিশালা ; কল্যাণ—কল্যাণী, কল্যাণা ; উদার—উদারী, উদারা ; পুরাণ—পুরাণী, পুরাণা ; সাধারণ—সাধারণী, সাধারণা , সহায়—সহায়ী, সহায়া।

৪৫। **বহ্বাদিভ্যশ্চ**—এভ্যো বা ঙীষ্ স্যাৎ। বহ-নচিংবা প্রাতিপদিকগী মথাদা স্ত্রীলিঙ্গদা বিকল্প ওইনা ঙীষ্ তৌই। মদুদি—বহ—বহ্বী, বহুঃ ; পদ্ধতি—পদ্ধতী, পদ্ধতিঃ; শক্তি (অস্ত্র)—শক্তী, শক্তি; অহি—অহী, অহিঃ; কপি—কপী, কপিঃ; মুনি—মুনী, মুনিঃ; যষ্টি—যষ্টী, যষ্টিঃ।

৪৬। **স্বাঙ্গাচ্চোপসর্জনাদসংযোগোপধাৎ**—অসংযোগোপধমুপসর্জ্জনং যৎ স্বাঙ্গং তদন্তাদদন্তাৎ প্রাতিপদিকান্বা ঙীষ্।

বহুব্রীহি সমাস্ তৌরবদা স্বাঙ্গবাচক (মশাগী অঙ্গ খংবা) প্রাতিপদিকগী মথাদা স্ত্রীলিঙ্গদা বিকল্প ওইনা ঙীষ্ (ঈপ্) তৌই, করিগুম্না অতপ্পা ময়েক্লা উপধাদা লৈত্রবদা।

অতিকেশী, অতিকেশা ; চন্দ্রমুখী, চন্দ্রমুখা ; সুকেশী সুকেশা ; তাম্রনখী, তাম্রনখা; তৌইগুম্বসুং মৃগনেত্রা ; চারুগুল্ফা ; লোলজিহ্বা—মসিদা ঈপ্ তৌদ্রে ; মরমদি সংযুক্তবর্ণনা উপধাদা লৈত্রে।

৪৭। **নাসিকোদরৌষ্ঠজঙ্ঘাদন্ত-কর্ণশৃঙ্গাচ্চ**—এভ্যো বা ঙীষ্ স্যাৎ। হায়বদি—নাসিকা, উদর, ওষ্ঠ, জঙ্ঘা, দন্ত, কর্ণ, শৃঙ্গনচিংবগী মথাদা স্ত্রীলিঙ্গদা বিকল্প ওইনা ঙীষ্ (ঈপ্) তৌই। খুদম—তুঙ্গনাসিকী, তুঙ্গনাসিকা ; কৃশোদরী, কৃশোদরা ; বিম্বোষ্ঠী, বিম্বোষ্ঠা ; দীর্ঘজঙ্ঘী, দীর্ঘজঙ্ঘা ; কুন্দদন্তী, কুন্দদন্তা ; চারুকর্ণী, চারুকর্ণা ; তীক্ষ্ণশৃঙ্গী, তীক্ষ্ণশৃঙ্গা।

৪৮। **অঙ্গগাত্রকণ্ঠেভ্যো বক্তব্যম্**—অঙ্গ, গাত্র, কণ্ঠ হায়বা মখোয় অসিগী মথাদসু বিকল্প ওইনা ঙীষ্ তৌই। কৃশাঙ্গী, কৃশাঙ্গা ; মৃদ্বঙ্গী ; মৃদ্বঙ্গা ; মৃদুগাত্রী, মৃদুগাত্রা ; কোকিলকণ্ঠী, কোকিলকণ্ঠা।

৪৯। **ন ক্রোড়াদিবহ্বচঃ**—স্বাঙ্গ (মশাগী অঙ্গ) খংবদা ক্রোড়নচিংবা অনিদগী অহেনবা স্বরনতিনবা প্রাতিপদিকগী মথাদা ঙীপ্ তৌররোই। মদুদি—কল্যাণক্রোড়া ; সুজঘনা ; মৃগনয়না, চন্দ্রবদনা ; চারুদর্শনা ; লোলরসনা।

৫০। **নখমুখাৎ সংজ্ঞায়াম্**—সংজ্ঞা (মমিং) খংবদা নখ অমসুং মুখ হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মথাদা ঈপ্ তৌরোই। মদুদি—শূর্পণখা, গৌরমুখা। মিং খংদ্রবদি শূর্পণখী (য়াংকোক মানবা খুজিল পানবা নুপী খংই) ; তাম্রমুখী। চন্দ্রমুখী (কন্যা)।

৫১। **সহনঞ্‌বিদ্যমান পূর্বাচ্চ**—বহুব্রীহি সমাসতা সহ, নঞ্ অমসুং বিদ্যমান শব্দনা মথক্তা লৈরবদি হাঙ্গ বাচক (মশাগী অঙ্গ খংনবা) প্রাতিপদিকগী মথাদা ঙীষ্ (ঈপ্) তৌররোই। খুদম—সকেশা, অকেশা, বিদ্যমানকেশা, বিদ্যমান-নাসিকা।

৫২। **ঊধসোঽনঙ্**—ঊধোঽন্তস্য বহুব্রীহেরনঙাদেশঃ স্যাৎ স্ত্রিয়াম্।

৫৩। **বহুব্রীহেরূধসো ঙীষ্**—বহুব্রীহি সমাসতা ঊধস্ শব্দগী টি সংজ্ঞাগী মফমদা অনঙ্ ওই অমসুং ঙীষ্সু তৌই। মদুদি—কুণ্ডমিব ঊধোঽস্যাঃ কুণ্ডোঘ্নী ; অসিগুম্না ঘটোঘ্নী ; পীনমস্যাঃ ঊধঃ পীনোঘ্নী। [মমৈখংবা হরদগী হৌনা লৈরিবা মখাগী ময়েক অদুবু টি কৌই]।

৫৪। **দাম হায়নান্তাচ্চ**—সংখ্যাদের্বহুব্রীহেদামান্তাদ্ধায়নান্তাচ্চ ঙীপ্ স্যাৎ। বহুব্রীহি সমাসতা সংখ্যাবাচক শব্দনা মথক্তা লৈরবদা দাম অমসুং হায়ন হায়বা প্রাতিপদিক (শব্দ) অনি অসিগী মথাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌই। মদুদি—দামন্—দ্বে অস্যা দাম্নী—দ্বিদাম্নী (খৌরী অনি থাংবা ষণ অমোম) অসিগুম্না ত্রিদাম্নী। অব্যয় শব্দনা মথক্তা লৈরবদি—উদ্দামা বড়বা। হায়ন— দ্বৌ অস্যা হায়নৌ দ্বিহায়নী, অসিগুম্না ত্রিহায়ণী, চতুর্হায়ণী গৌঃ—(চহি অহুম-অমসুং মরি শুরবী ষনবী অমা)।

**বয়সোঽন্যত্র**—বয়স খংনদ্রবদি—ত্রিহায়না, চতুর্হায়না শালা (চহি অহুম অমসুং মরি শুরবা য়ুম) মসিদদি বয়স অর্থ ওইদ্রবনিনা ঙীপ্ তৌদ্রে, ণত্বসু ওইদ্রে।

৫৫। **কৃদিকারাদক্তিনঃ**—কৃৎ প্রত্যয়গী ইকারনা মমৈখংবা প্রাতিপদিকগী মথাদা বিকল্প ওইনা ঙীষ্ তৌই। তৌইগুম্বসুং ক্তিন্ প্রত্যয়না মমৈখংবগীদি তৌরোই।

খুদম—শ্রেণী শ্রেণিঃ; রাজী রাজিঃ; আলী আলিঃ; কটী কটিঃ; রাত্রী রাত্রিঃ; রজনী রজনিঃ; শারী শারিঃ; ভূমী ভূমিঃ; যষ্টী যষ্টিঃ; অহী অহিঃ; কপী কপিঃ; মুনী মুনিঃ; শকটী শকটিঃ। ক্তিন্—মতিঃ, বুদ্ধিঃ, ভক্তিঃ অসিনচিংবা।

৫৬। **সখ্যশিশ্বীতি ভাষায়াম্**—সখী অমদি অশিশ্বী অসি নিত্য ওইনা ঙীপ্ তৌই। মদুদি—অশিশ্বী (মচা পোক্তবী নুপী)।

৫৭। **পত্যুর্নো যজ্ঞ সংযোগে**—যজ্ঞ সংযোগ হায়বদি যজ্ঞগী ফলগী শরুক ফংবা খংবদা পতি শব্দগী মথাদা ঈপ্ অমসুং ইকারগী মফমদা ন ওই। মদুদি—বশিষ্ঠস্য পত্নী (বশিষ্ঠানুষ্ঠিত যজ্ঞফলভোক্ত্রী)। তৌইগুম্বসুং গ্রামস্য পতিরিয়ম্—মতাং অসিদদি পতি শব্দগী অর্থ অধিকারিণী (খৌবু) ওইরে, যজ্ঞ-ফল ভোক্ত্রী ওইদ্রে মরম অসিনা ঈপ্ অমসুং ন ওইদ্রে।

৫৮। **বিভাষা সপূর্বস্য**—পতিশব্দান্তস্য সপূর্বস্য প্রাতিপদিকস্য নো বা স্যাৎ। পতি শব্দনা সমাসান্ত (সমাসকী মমৈদা লৈবা) ওইরবদি বিকল্প ওইনা ঙীষ্ অমসুং ন ওইগনি। খুদম—গৃহস্য পতিঃ ইয়ম্—গৃহপতিঃ নত্রগা গৃহপত্নী। তৌইগুম্বসুং সমাস তৌদ্রবদি গবাং পতিঃ স্ত্রী—ষণ অমোমগী লুচিংবা ষণবীনি।

৫৯। **নিত্যং সপত্ন্যাদিষু**—সপত্নীনচিংবা অসি নিপাতন্দা থোকই। মদুদি—সমানঃ পতিরস্যাঃ সপত্নী (লোম্নবী নুপী), একঃ পতিরস্যাঃ একপত্নীঃ (সাধ্বী), বীরঃ পতিরস্যাঃ বীরপত্নী ; বৃদ্ধঃ পতিরস্যাঃ বৃদ্ধপত্নী ; ভদ্রঃ পতিরস্যাঃ ভদ্রপত্নী ; পঞ্চ পতয়োঽস্যাঃ পঞ্চপত্নী (দ্রৌপদী)। পতিরস্ত্যস্যাঃ পতিবত্নী (জীবদ্ভর্তৃকা); অন্তরস্ত্যস্যাঃ অন্তর্বত্নী গর্ভিণী (মখোয় অসিগীদি নিত্য ওইনা নকার ওইরে)।

৬০। **পাদোঽন্যতরস্যাম্**—বহুব্রীহি সমাসতা পাদ গী মফমদা পদ্ ওইরবদা পদ্ হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মখাদা স্ত্রীলিঙ্গদা ঙীপ্ (ঈপ্) ওই। মদুদি—দ্বাবস্যাঃ পাদৌ দ্বিপদী, ত্রয়োঽস্যাঃ পাদাঃ ত্রিপদী, অসিগুম্না চতুষ্পদী, বহুপদী, শতপদী। বিকল্পদা দ্বিপাৎ, ত্রিপাৎ অসিনচিংবা।

৬১। **দতশ্চ**—বহুব্রীহি সমাসতা দৎ হায়বা প্রাতিপদিক অসিগী মখাদা ঈপ্ তৌই। মদুদি—সুদতী, চারুদতী, শুভ্রদতী, কুন্দদতী।

৬২। **পাণিগৃহীতী ভার্য্যায়াম্**—ভার্য্যা (নুপী) অর্থ খংবদা পাণিগৃহীত শব্দগী মখাদা ঙীপ্ (ঈপ্) তৌই। মদুদি—পাণি গৃহীতোঽস্যাঃ পাণিগৃহীতী পত্নী, অতোপ্নদা পাণিগৃহীতা নারী।

৬৩। **বোতো গুণবচনাৎ**—গুণবাচক (গুণ খংনবা) উকারনা মমৈখংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা বিকল্প ওইনা ঈপ্ তৌই। মদুদি,—মৃদু—মৃদ্বী, মৃদুঃ; সাধ্বী, সাধুঃ; পট্বী, পটুঃ; গুর্বী, গুরুঃ; লঘ্বী, লঘুঃ; অণ্বী, অণুঃ; স্বাদ্বী, স্বাদুঃ; বহ্বী, বহুঃ।

৬৪। **খরুসংযোগোপধাৎ**—খরু (মহাক্কী মপুরোইবা মশানা খিবা নুপী মচা) অমসুং উপধাদা অতপ্না ময়েক লৈবা অসিগুম্না গুণবাচক উকারনা মমৈখংবগী মখাদা ঈপ্ বিকল্প ওইনা তৌররোই। মদুদি—খরুঃ, পাণ্ডুঃ।

৬৫। **অনড্বাহী**—অনডুহ্ শব্দগী মখাদা ঈপ্ তৌই। মদুদি—অনডুহী (ষণবী অমা), তৌইগুম্নসুং অনড্বাহী(ষণবী) অসিদি নিপাতনদা থোকই।

৬৬। **উঙুতঃ**—উকারনা মমৈখংবা প্রাতিপদিকগী মখাদা উঙ্ (উপ্) তৌই। উঙ্গী ঙ্ ইৎ ওই, ঊ লৈহোই। খুদম—কুরুঃ, ভীরুঃ; কদ্রুঃ, পঙ্গুঃ, অলাবূঃ, কর্কন্ধূ, ব্রহ্মবন্ধূঃ।

৬৭। **অপ্রাণিজাতেশ্চারজ্জ্বাদীনামুপসংখ্যানম্**—প্রাণীদি নত্তবা অদুগুম্না জাতিবাচক শব্দগী মখাদা উঙ্ তৌই। মদুদি—অলাবূঃ কর্কন্ধূঃ সরযূঃ। তৌইগুম্নসুং রজ্জুনচিংবগী মখাদদি তৌরোই। মদুদি—রজ্জুঃ, ধেনুঃ, আখুঃ, হনুঃ, কমণ্ডলুঃ, বৃক্ষবাকুঃ (য়েন—প্রাণীবাচক), বৃত্তবাহুঃ অধ্বর্য্যুঃ।

৬৮। **বিভাষা তনোঃ**—তনু-নচিংবগী মখাদা বিকল্প ওইনা উপ্ তৌই। খুদম—তনূঃ তনুঃ, চঞ্চূঃ চঞ্চুঃ।

৬৯। **শ্বশুরস্যোকারাকারলোপশ্চ**—শ্বশুর শব্দগী উকার অমসুং অকারগী লোপ ওই। শ্বশুরঃ—শ্বশ্রূঃ।

৭০। **ঊরূত্তরপদাদৌপম্যে**—উপমা খংবদা ঊরু হায়বা প্রাতিপদিকগী মখাদা উঙ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—রম্ভে ইবাস্যা ঊরূ রম্ভোরূঃ, (অদুগুম্না নুপী অদুগী কৈগন অদু লয়ু নেত্রা মানবা), ভস্ত্রোরূঃ। উপমা খংদবদা—বৃত্তোরূঃ—মসিদা উঙ্ তৌদ্রে।

৭১। **সংহিতশফলক্ষণবামাদেশ্চ**—সংহিত, শফ, লক্ষণ, বাম-নচিংবা শব্দগী মথাদা লৈবা ঊরু শব্দগী ঊঙ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—সংহিতোরুঃ, লক্ষণোরুঃ, শফোরুঃ, সহোরুঃ বামোরুঃ (যৈগন ফজবী নূপী)।

তোঙানবা—জানপদ (খুঙ্গংগী প্রজা) কুণ্ড (পুখ্রী মচা) গোণ (বোরা) স্থল (শান্নবুং), ভাজ (চবোন), নাগ (লিন, শামু) কাল (অমুবা), নীল (শংবান্নবা), কুশ (কুশ), কামুক, কবর (শমুল) হায়রবা শব্দ তরামাথোই অসিগী মথাদা হায়রিবা অর্থ অসিদা ঙীপ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—জানপদী, কুণ্ডী, গোণী, স্থলী, ভাজী, নাগী, কালী, নীলী, কুশী, কামুকী, কবরী। অসিদগী তোঙানবা অর্থদদি—আপ, তৌই। মদুদি—কুণ্ডা, গোণা, কালা, ভাজা, নাগা অসিনচিংবা।

**হলাবা।** ব্যঞ্জনান্ত (ব্যঞ্জনময়েক্না মমৈথংবা) স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা আপ্ তৌই। খুদম, বাচ্—বাচা, গির্—গিরা, দিশ্—দিশা, দৃশ্—দৃশা, রুজ্—রুজা, স্রজ্—স্রজা, ক্ষুধ্—ক্ষুধা, উষ্ণিহ্—উষ্ণিহা অসিনচিংবা।

প্রথম, দ্বিতীয়, তৃতীয়-দি নত্তবা পূরণবাচক শব্দগী মথাদা স্ত্রীলিঙ্গদা ঈ ওই। খুদম—চতুর্থী, পঞ্চমী, ষষ্ঠী কন্যা। বিংশী অসিনচিংবা। তৌইগুম্বসুং প্রথমা দ্বিতীয়া তৃতীয়া অসিদা ঈ তৌদ্রে।

**ক্রীতাৎ করণপূর্বাৎ ক্তাদল্পাখ্যায়াম্**—করণ কারকনা মাংওইনবা ক্রীত শব্দগী মথাদা ঈপ্ তৌই। খুদম—বস্ত্রেণ ক্রীতা বস্ত্রক্রীতী অমসুং অল্পার্থ (য়ামদবা অর্থ) খংবদা করণ কারকনা মাংওইনবা ক্ত প্রত্যয়না মমৈথংবা শব্দগী মথাদা ঈপ্ তৌই। খুদম—অভ্রেণ লিপ্তা—অভ্রলিপ্তী গগনম্। অল্পার্থ নত্তবগী খুদম—চন্দনলিপ্তাঙ্গনা, জলপূর্ণা ঘটী, সুখপূর্ণা ভক্তিঃ। বহুব্রীহি সমাসতা স্বাঙ্গবাচক (মশাগী কায়াৎ খংবা) শব্দগী মথাখংনা লৈরিবা ক্ত প্রত্যয় তৌবা শব্দগী মথাদা ঈপ্ তৌই। খুদম—ওষ্ঠৌ বিক্ষতৌ অস্যাঃ—ওষ্ঠ-বিক্ষতী।

নর—(নৃ)—নারী ; সখি—সখী ; শ্বশুর—শ্বশ্রূ ; পঙ্গু—পঙ্গূ ; যবন—যবনী ; মনু—মনায়ী, মনাবী ; মনু ; অগ্নি—অগ্নায়ী, কুসীদ—কুসীদায়ী মখোয় অসি নিপাতদা থোকপনি।

## নৈনবা

১। পাচক, নর, অশ্ব, অমসুং ব্যাঘ্র শব্দশিং অসি স্ত্রীলিঙ্গদা থোকপা রূপ অদু ইয়ু। উঃ—পাচিকা, নারী, অশ্বা, ব্যাঘ্রী।

২। শ্বন্ মঘবন্ সেবক, পাচক অমসুং কুর্বৎ মখোই অসিগী স্ত্রীলিঙ্গগী মশক অদু তাকউ ঃ—শুনী, মঘবতী, নত্রগা মঘোণী, সেবিকা, সেবকা, পাচিকা অমসুং কুর্বতী।

৩। শিব, পতি, রাজন্, সুন্দর, অমসুং হরিণ শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গদা রূপশিংদু ইয়ুঃ—শিবা, পত্নী, রাজ্ঞী, সুন্দরী অমসুং হরিণী। তৌইগুম্বসুং সুন্দরা মসিদি মীদগী তোঙানবা অর্থদনি।

৪। শ্বশুর, কর্তৃ, বিদ্বস্ শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গগী রূপ উংলুঃ। উঃ—শ্বশ্রূ, কর্ত্রী, বিদুষী, হরিণী।

৫। মথাগী ব্রাহেশিং অসিগী অপুনবা শব্দশিং অদু ইয়ুঃ—মহৎ অরণ্যম্, মহৎ হিমম্, পীতং বাসঃ যস্যাঃ সা, দ্বে দাম্নী যস্যাঃ সা, শুভ্রা দন্তা যস্যাঃ সা, সুন্দরং মুখং

কস্যাঃ সা, চন্দনেন লিপ্তা অঙ্গনা, একঃ পতিঃ কস্যাঃ সা, পঞ্চ পতয়ো কস্যাঃ সা, সূর্যস্য স্ত্রী (মানবী), রজ্জু ইব অস্য উরঃ, সূতকস্য জায়া, নাস্তি পিতা যস্যাঃ, গ্রামস্য পতিরিবম্; কুন্দবৎ দন্তঃ যস্যাঃ সা, আচার্যস্য পত্নী, স্বয়ম্ আচার্য্যা (অধ্যাপিকা), উপাধ্যায়স্য পত্নী, ক্ষত্রিয়জাতীয়া নারী, ক্ষত্রিয়স্য পত্নী, দুষ্টো যবঃ, সর্পস্য জায়া, গোপালকস্য জায়া, বরুণস্য জায়া, শূদ্রস্য জায়া, গোপস্য জায়া।

---

# সমাস (Compounds)

## (ৱাহৈ ময়াম তিনশিনবা)

১। **একপদীভাবঃ সমাসঃ**— ৱাহৈ অনি নত্রগা ময়ামবু অমত্তা ওইশিনবা মওং হায়বদি ৱাহৈ অমত্তা ওইবা অদুবু সমাস কৌহ। মদুদি—রামঃ লক্ষ্মণঃ—রামলক্ষ্মণৌ, রাজ্ঞঃ পুরুষঃ—রাজপুরুষঃ।

২। **লুক্ বিভক্তিঃ** (সুপোধাতুপ্রাতিপদিকয়োঃ পাঃ)—সমাসকী মনুংদা লৈবা বিভক্তি পুম্নমক লোপ ওই। মদুদি—নীলম্ উৎপলম্—নীলোৎপলম্।

৩। **নস্য লোপঃ পূর্বস্য** (লোপঃ প্রাতিপদিকান্তস্য)—সমাস তৌরবদা মথক্কী পদ অদুগী মমৈথংবা নকার অদু লোপ ওই। রাজ্ঞঃ পুরুষঃ—রাজপুরুষঃ।

৪। **অসি পরস্য** (নস্তদ্ধিতে)—স্বরবর্ণনা মথাদা লৈরবদা মথাগী পদ অদুগী মমৈদা লৈরিবা নকার অদু লোপ ওই। (১) খুদম—আত্মানম্ অধিকৃত্য—অধ্যাত্মম্। মহারাজন্ +অ=মহারাজঃ।

৫। **লোপো যয়োরটি** (যস্যেতি চ)—স্বর ময়েকনা মথাদা লৈরবদা ইবর্ণ অমসুং অবর্ণগী লোপ ওই। খুদম—প্রিয়সখি+অ=প্রিয়সখঃ।

৬। **ন লোপো নঞো হলি**(ন লোপো নঞঃ)—ব্যঞ্জন ময়েক্না মথাদা লৈরবদা নঞ্গী ন লোপ ওই (নঞ্গী মফমদা অ ওই)। ন ব্রাহ্মণঃ—অব্রাহ্মণঃ।

৭। **অনটি** (তস্মান্নুডচি)—স্বর ময়েক্না মথাদা লৈরবদা নঞ্গী মফমদা অন্ ওই। ন অশ্বঃ—অনশ্বঃ; অসিগুম্না ন আদরঃ—অনাদরঃ।

৮। **টের্লোপো ডিটি** (টেঃ)—ডকার ইৎ ওইবা প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা টি (টি সংজ্ঞা) গী লোপ ওই। (মমৈথংবা স্বরদগী হৌদুনা লৈরিবা ময়েক অদুবু টি কৌহ)। খুদম—দশানাং সমীপে যে সন্তি—উপদশাঃ।

৯। **তের্বিংশতেঃ** (তিবিংশতের্ডিতি)—বিংশতি শব্দগী তি হায়বা শরুক অসি লোপ ওই। খুদম—বিংশতেরাসন্নাঃ—আসন্নবিংশাঃ।

---

(১) ক্যপ্ প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদসু মথাগী পদগী মমৈথংনা লৈরিবা নকারগী লোপ ওই।

১০। **হ্রস্বশ্চ গোস্ত্রিয়োরন্যার্থে ( গোস্ত্রিয়োরুপসর্জনস্য)**—অদুগুম্বা মফম অদুদা অতোপ্পা পোৎ অমা খংবা, অদু ওইরবা মতমদা গো শব্দ অমসুং স্ত্রী প্রত্যয়গী হ্রস্ব ওই। খুদম—চিত্রা গাবো যস্য সঃ—চিত্রগুঃ; রূপবতী ভার্য্যা যস্য স—রূপবদ্ভার্য্যঃ।

১১। **নেয়সুঃ (ঈয়সো বহুব্রীহৌ নেতি বাচ্যম্)**—ঈয়সুন্-গী মথাদা লৈরিবা স্ত্রী প্রতয় অদু হ্রস্ব ওইরোই। খুদম—বহ্ব্যঃ শ্রেয়স্যোঽস্য—বহুশ্রেয়সী।

১২। **সমাসাঃ প্রাতিপদিকানি (কৃত্তদ্ধিতসমাসাশ্চ)**—সমাস তৌরবদা অয়াম্বা শরুক পুম্নমক প্রাতিপদিক ওই, হায়বদি অমুক হন্না মথোয় অদুগী মথাদা অনৌবা বিভক্তি হাপ্পি। খুদম—ব্রাহ্মণঃ ক্ষত্রিয়ঃ—ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়ৌ।

১৩। **বিশেষ্যলিঙ্গমন্যার্থে**—অদুগুম্বা মফমদা অতোপ্পা পদার্থ (পোৎ অমা ওইনা খংনবা) অদুগুম্বা মফমদুদা অয়াম্বা শরুক পুম্নমক বিশেষ্যলিঙ্গ ওই। খুদম—পীতমম্বরং যস্য সঃ—পীতাম্বরঃ (হরিঃ)।

১৪। **নপুংসকৈকবচনে সমাহারে (স নপুংসকম্)**—সমাহার সমাস তৌরবদি শরুক পুম্নমক নপুংসকলিঙ্গ অমসুং একবচনান্ত ওই। খুদম—পাণিশ্চ পাদশ্চ (সমাহারঃ)—পাণিপাদম্!

১৫। **আন্মহতঃ সমানাধিকরণজাতীয়য়োঃ**—মতম অদুদা মথাগী পদগা লোয়নননা মহাক্তুগী বিভক্তি অদু মাম্নবা লৈবা নত্রগা জাতীয় হায়বা শব্দনা মথাদা লৈরবদা মহৎ শব্দগী মফমদা মহা ওই। খুদম—মহান্ দেবঃ—মহাদেবঃ, মহতী জাতীয়া—মহাজাতীয়া ; বিভক্তি মাম্ননা লৈত্রবদি মহতঃ সেবা—মহৎসেবা।

১৬। **সমর্থঃ পদবিধিঃ**। * 'পদসম্বন্ধী যো বিধিঃ সঃ সমর্থাশ্রিতো বোধ্যঃ'।

অদুগুম্বা পদ ময়াম অদুগী অর্থ অদু মহৈ মহৈ তিম্নবা নত্রগা লোয়নরবদা পদ সম্বন্ধী বিধি অসি তশেংনা মথোয়সিগী মফমদদা শিজিন্নগদবনি হায়বসি খংগদবনি। নত্রগা পদ পুম্নমক্কী অর্থগী সম্বন্ধ (মরী) লৈরবদতা পদসম্বন্ধী বিধি অসি ওই। অসিগুম্বা সামর্থ্য নত্রগা সঙ্গতার্থতা হায়বসি অনি খোল্লা খায়দোকই। মদুদিঃ—ব্যপেক্ষা লক্ষণ অমসুং একার্থীভাব লক্ষণ হায়না।

**ব্যপেক্ষা**—বাক্য (ৱাহৈ পরেং)গী মনুংদা মশা মশাগী অর্থনা তিনবা পদ পুম্নমক মতম অদুদা তোঙাম্না লৈরবদা করিগুম্বা অনিংবা অমগী মথা পোন্দুনা মথোয়দুগী মহৈ মহৈ সম্বন্ধ (মরী) লৈবা অদুবু ব্যপেক্ষা কৌই। মদুদি—রাজ্ঞঃ পুরুষঃ, কৃষ্ণস্য চরণৌ। ৱাহৈশিং অসিগী অমমমগী অপাম্বা অনিংবদা অতোপ্পা পদ অমনা অমগী সম্বন্ধ লৈ। মদুদি—'রাজ্ঞঃ' হায়বা পদ অসিগী আকাঙ্ক্ষা (অনিংবা) দা পুরুষগা লোয়নননা মরী লৈ ; অসিগুম্না 'কৃষ্ণস্য' হায়বা পদ অসিগী অনিংবা আশাদা চরণৌ হায়বসিগা লোয়নননা সম্বন্ধ লৈ। অদুনা মথোয়শিং অসিগী মনুংদা মদুনা থোহিদোক-হেন্দোক্লা নকশিন্নবা অমসুং যোগ্যতা (মতিক চাবা মতৌ) লৈবা মহাক্তু মহাক্তুগা

---

* বিধান (নিয়ম) তৌবা অদুবু বিধি কৌই ; পদস্য বিধি—পদবিধি। হায়রিবা পদবিধি অসি মখল অহম খোল্লা খায়দোকই। মদুদি—সমাসবিধি, বিভক্তি বিধি, অমসুং পরাঙ্গবদ্ভাববিধি (মদুদি—বহুব্রীহি সমাসতা) সমর্থ অর্থদা শক্ত, (সমাসকী ব্যাস বাক্যগী অর্থ কোংদোক্লিবা অদু শক্ত কৌই,) শক্তদুমক সমর্থনি। "পৃথগর্থানাম্ একার্থী ভাবঃ সমর্থবচনম্" ইতি ভগবান্ পতঞ্জলিঃ। তোঙানবা অর্থ খংবা পদ পুম্নমক্কী অর্থ অমথক্তা ওইবা মওং অদুবু সমর্থ কৌই।

লোয়ননা অন্বয় তৌই। মদুদি—ঋদ্ধস্য রাজ্ঞঃ পুরুষঃ, রাজ্ঞঃ পুরুষঃ অশ্বশ্চ, রাজ্ঞঃ দেবদত্তস্য চ পুরুষঃ। অসিগুম্না ওই।

**একার্থীভাব**—বিশেষ্য অমসুং বিশেষণ ভাব কংবা পদ পুম্নমক্কী অর্থ অমথক পোকহনবগী মওং অদুবু একার্থীভাব কৌই। হায়বদি—পদ অমত্তনা বিগ্রহ বাক্যগী মতেংনা অমদগী হেনবা অর্থ খংহনবা মতমদুদা মহাক্তবু একার্থীভাব কৌই। মদুদি—রাজপুরুষঃ, কৃষ্ণচরণৌ, নীলোৎপলম্। রাজপুরুষ হায়বা পদ অসি রাজ্ঞঃ পুরুষঃ হায়বা বিগ্রহ বাক্যগী মতেংনা পদ অনিগী অর্থ "রাজ্ঞঃ, অমসুং পুরুষঃ" গী অর্থ খংহল্লি। অসিগুম্না 'কৃষ্ণচরণৌ' হায়বসিদসু 'কৃষ্ণস্য' অমসুং 'চরণৌ' হায়বা পদ অনিগী অর্থ খংহল্লি। মসিমক একার্থীভাবনি, মরমদি হায়রিবা পদ পুম্নমক অসিদা বিশিষ্ট একার্থতা (খোইদোক-হেন্দোকপা অমত্তা ওইবা অর্থ খংবগী মতৌ) খংই। মসিমক সমাস কৌই।

তৌইগুম্বসুং 'রাজ্ঞঃ পুরুষঃ অশ্বশ্চ' মসিদা সমাস তৌদ্রে ; মরমদি হায়রিবা বাক্য অসিদা পুরুষগা লোয়ননা অশ্বগী সম্বন্ধ (মরী) লৈতে হায়দুনা 'রাজ্ঞঃ পুরুষাশ্বৌ' হায়না সমাস তৌররোই। বিশিষ্ট (বিশেষণ-না তিনবা) অর্থ অমত্তা খংবগী মওং লৈত্রবদি একদেশ (মচি অমা) দা তোঙাম্না সমাস তৌদে। অসিগুম্না 'ঋদ্ধস্য রাজ্ঞঃ পুরুষঃ'—'ঋদ্ধস্য রাজপুরুষঃ' অসুম্নসু একদেশদা তোঙাম্না সমাস তৌরোই। *

মহে মহে মরু ওইবা মরী নত্রগা অর্থ অমত্তা ওইবগী মতৌ লৈত্রবদি পদ পুম্নমক্কী শরুক খুদিংদা তোঙাম্না সমাস তৌরোই। তৌইগুম্বসুং মতম পুম্নমক্তা নিয়ম অসি হোংলরোই। মহে মহে অমগা অমগা মরু ওইবা মরী নত্রগা অন্বয় লৈত্রবদসু মতমদুদা অর্থদি খংলবা অদু ওইরবদি সমাস তৌগনি। মদুদি—রামস্য নামমহিমা, বাণেন ভিন্নহৃদয়ঃ, হরিণা হৃতবন্ধুঃ, মখোয় অসিগী অর্থ অসি ইচম-চম্না মওংদা খংই, অদুনা সমাস তৌগনি। "সাপেক্ষত্বেঽপি গমকত্বাৎ সমাসঃ"। নত্রগা কনা কনাগুম্বনা হায়রম্মী, ওইবা য়াবা অর্থ খংবা অসিমক অন্বয় কৌই। অর্থ-খংলবা মতমদা সমাস তৌগদবনি। মরম অসিনা সাধারণ ওইনা পদ পুম্নমক্কী অমগা অমগা অন্বয় লৈরবতদা সমাস তৌগদবনি। অদু ওইরবদি সমাস কন্দাহ্নবু কৌই।

**অন্যোন্যং শাকটায়নপাদাঃ**—"পরস্পরাপেক্ষাণাং পূর্ব্বোত্তরপদানাং সুবন্তানাং কথঞ্চিৎ ঐকপদ্যং সমাসঃ" মসিদা শাকটায়ননা হায়রম্মী অমগা অমগা সম্বন্ধ লৈবা মথা মথাদা হাপচিল্লকপা অনি নত্রগা অহমদগী হেনবা সুবন্ত পদগী করিগুম্বা মওং অমদা পদ অমত্তা ওইহনবগী মওং অদুবু সমাস কৌই অসুম্না।

**চান্দ্রবা**—"পদৈক্যং সোঽন্বয়ে"—বোপদেবঃ। অমগা অমগা অন্বয় লৈরবদা পদ অনি নত্রগাময়ামগী অমত্তা ওইবগী মতৌ নত্রগা অমত্তা ওইহনবা অদুবু সমাস কৌই।

অদুনদি "একপদীভাবঃ সমাসঃ" মহে মহে সম্বন্ধ লৈবা পদ অনি নত্রগা ময়ামগী অদুগুম্না পদ অমত্তা ওইবগী মওং অদুবু সমাস কৌই।

খুদম—রাজ্ঞঃ পুরুষঃ—হায়বসি সুবন্ত পদ অনিনি। মখোয়সিগী অমগা অমগা মরী লৈ, অমসুং মখোয়সি অমগী মখাদা অতোপ্পা অমা হাপ্লি। মখোয় অসি তিন্নরগা "রাজপুরুষঃ" হায়বা পদ অসিমত্তা ওইহল্মী অদুনা মসি সমাসনি।

---

* "পদার্থঃ পদার্থেনাম্বীয়তে ন তু পদার্থৈকদেশেন"।

হৌজিক খংনিংঙাই ওইবা সম্বন্ধবিশিষ্ট পদ অদু করিনো ? সুবন্ত পদরা নত্রগা তিঙন্ত পদরা? হায়রবদা—

**"বাক্যং সমাসোঽতিঙন্তং বা স্যাৎ"**—মহাক অদু তিঙন্ত পদদি নত্তবা, অসুম্না মহৈ মহৈ সম্বন্ধ লৈবা সুবন্ত পদ পুম্নমক্কী বিকল্প ওইনা সমাস তৌই। মদুদি—নীলোৎপলম্, নত্রগা নীলম্ উৎপলম্। *

বিকল্প ওইনা সমাস তৌই হায়বগী মরম করিগীনো ? হায়রবদা মরম হায়রি— করিগুম্বদা সমাস তৌই, করিগুম্বদনা নিত্য সমাস তৌই, করিগুম্বা মফম অমদনা সমাস তৌদে। অদুদি নিত্য সমাস কদাইব্রু কৌবগে ?

**অবিগ্রহো নিত্য সমাসঃ অস্বপদবিগ্রহো বা**—নিত্য সমাস মখল অনি শুই—মদুদি—মহাক অদুগী বিগ্রহ বাক্য লৈতবা হায়বদি মফম অদুদা বিগ্রহ বাক্যনা মরম ওইদুনা সমাস অদুবু থোকহনবা ঙমদবা, নত্রগা সমাসকী মশাগী বাক্য নত্তবা অতোপ্পা পদনা মরম ওইদুনা সমাস অদু থোকহনবা অদুবু নিত্য সমাস কৌই। মদুদি—রক্তশালিঃ, চিত্রমৃগঃ, কৃষ্ণসর্পঃ, হিমালয়ঃ অসিনচিংবা। মফম অসিদা রক্তশালিঃ হায়বা অসি ফৌ মখল অমগী মমিংনি, রক্তবর্ণ (মচু ঙাংবা) শালি (ফৌ) নত্তে। অসিগুম্না চিত্রমৃগ শাজি জাৎ অমগী মমিংনি; কৃষ্ণসর্প (মহু কনবা) লিন জাৎ অমনি, অমুবা মচুগী লিন নত্তে, "হিমালয়" চিং অমগী মমিংনি, উনগী লৈফম য়ুম নত্তে। অদুনদি অবিগ্রহ (বিগ্রহ লৈতবা) অদুবু নিত্য সমাস হায়না খংলে, অমসুং নিত্য ওইনা সমাস তৌবা তারে।

অমনা—**অস্বপদবিগ্রহ** মহাকতুগী স্বপদ হায়বদি মশাগী বিগ্রহ পদ অদু সমাস অদুদা য়াওদবা মহাকতুবু অস্বপদবিগ্রহ নিত্য সমাস কৌই। খুদম—অন্যোদেশঃ—দেশান্তরম্, চিদেব—চিন্মাত্রম্, ধর্ম্মায় ইদং—ধর্ম্মার্থম্।

'দেশান্তরম্' হায়বা মফমসিদা সমাসকী মশাগী বিগ্রহগী পদদু সমাস অদুদা য়াওদে। অদুনা অন্যঃ দেশঃ—দেশান্তরম্ অসুম্না থোকহল্লি। অসিগুম্না "চিন্মাত্রম্' হায়বা সমাসসিদা মাত্রগী মশক উত্তে চিদ্ এব হায়বা বিগ্রহ বাক্য অসিনা মরম ওইদুনা সমাস তৌরগা চিন্মাত্রম্ থোক্লম্মী। 'ধর্ম্মার্থম্' হায়বা সমাসতসু অর্থগী মশক উত্তে। ধর্ম্মায় ইদম্ হায়বা বিগ্রহ বাক্যনা মরম ওইদুনা থোকহল্লি। স্বপদ হায়বদি মশাগী পদগী মশাক অদু বাক্যদুদা লৈতবা; অদু ওইরবদি মদুবু 'অস্বপদ বিগ্রহ' কৌই। অমুক্সু করিগুম্বা মফমদা সমাস তৌদবসু য়াওই।

সমাস তৌদবনা কদায়দনো হায়রবদা মদুদিঃ—ন বিধেয়ৈঃ সমাসঃ—বিধেয় পদগা লোয়ননা উদ্দেশ্যগী সমাস তৌদে। খুদম—রামো জামদগ্ন্যঃ, তক্ষকঃ সর্পঃ, পাণ্ডবোঽর্জুনঃ অসিনচিংবা। অমসুং তিঙন্ত পদগাসু লোয়ননা সমাস তৌদে। খুদম— গৌশ্চরতি, কৃষ্ণোরক্ষতি।

---

* তৌইগুম্বসুং ব্যাকরণ হৈবশিংগী মতদা—

সুপাং সুপা তিঙা নাম্না ধাতুনাথ তিঙাং তিঙা।
সুবন্তেনেতি বিজ্ঞেয়ঃ সমাসঃ ষড়্‌বিধো বুধৈঃ ॥

সুবন্ত পদগা লোয়ননা সুবন্তগা, সুবন্তগা লোয়ননা তিঙন্তগা, সুবন্তগা লোয়ননা নামগা, সুবন্তগা লোয়ননা ধাতুগা, তিঙন্তগা লোয়ননা তিঙন্তগা অমসুং তিঙন্তগা লোয়ননা সুবন্তগা তৌবা অসুম্না সমাস অসি মখল তরুক শুই। মদুদি—পর্য্যভূষয়ৎ, খাদতমোদতা অসিনচিংবা।

হৌজিক সমাস মখল কয়া শুই ? সমাস চাউরায়ন মখল মরি থোকই। মদুদি—অব্যয়ীভাব, তৎপুরুষ, বহুব্রীহি অমসুং দ্বন্দ্ব। তৌইগুরসুং হায়রিবা সমাস মখল মরি অসিগী মনুং চন্দবা সহসুপা হায়না কৌবা সমাস মখল অমসু লৈ। সহসুপা-গী অর্থদি সুবন্ত পদগা লোয়ননা সুবন্তগা তৌবা সমাস হায়বনি।

**'সুপা সহ সুপ সমস্যতে'**—সুবন্ত পদগা লোয়ননা সুবন্তগা সমাস তৌই। অদু ওইরবদি সাধারণ সমাসকী নিয়ম অদু সহ-সুপা হায়বা মফম অসিমক্তদা হায়রি। মসিগী উদ্দেশ্যদা মথক্তা হায়রিবা সমাস মখল মরি অসিগী লক্ষণ অসি মফম অদুদা লৈত্রবা হায়বদি মহাক অদু অতোপ্পা সমাসকী নিয়ম অদুনা থোকহনবা ওমদবা মহাকতুবু সহসুপা সমাস কৌই।

মদুদি—পূর্ব্বং ভূতঃ—ভূতপূর্ব্বঃ, ন অন্যঃ—নান্যঃ, ন একঃ—নৈকঃ (অনেকঃ নত্তে)।

সমাস মখল মরিগী বা হায়খ্রে; অদুনা হৌজিক অমুক মথোয়দুগী অমমম ওইনা লক্ষণ-নচিংবা অদু মখাদা হায়রকই।

## অব্যয়ীভাব

১। **অব্যয়ীভাবঃ**—মতাং অসিদা তাক্লক্রিবা সমাস অসিগী মমিং অব্যয়ীভাব কৌই।

২। **অব্যয়ীভাবশ্চ**—অব্যয়ীভাব সমাস তৌরবদি অয়াম্বা শরুক খুদিংমক নপুংসক লিঙ্গ ওই। অব্যয়ীভাবগী অর্থ—মহাক অদু অহানবদা অব্যয় ওইরমদবা কোনথংদা অব্যয়ী ওইরকপা, অদুনি। অদু ওইরবদি অব্যয়ীভাবতা সমস্ত (সমাস তৌরবা) পদদু অব্যয় ওইনা লৌগনি অমসুং ক্লীবলিঙ্গ ওইগনি। (১)

৩। **প্রথমা নির্দ্দিষ্টং সমাসে উপসর্জ্জনম্**—সমাসকী সূত্রদা প্রথমানা উৎলিবা পদ অদু উপসর্জ্জন কৌই।

প্রথমানা উৎপা পদ হায়বদি করিনো হায়বদা। পুক্লিংদা অমুক্তং খল্লদুনা য়েংউ—পঞ্চমী তৎপুরুষ সমাসকী সূত্রদা লৈরে—"পঞ্চমী ভয়েন"। "পঞ্চমী ভয়েন" হায়বা সূত্রসিদা 'পঞ্চমী' হায়বা পদসি প্রথমান্তনি অমসুং "ভয়েন" হায়বসিনা তৃতীয়ান্তনি। 'পঞ্চমী' হায়বা প্রথমান্ত পদ অসিনা মফমদুদা উৎলিবা মহাকতু প্রথমা-নির্দ্দিষ্ট পদ নত্রগা উপসর্জ্জন কৌই। মদুদি—'ব্যাঘ্রাৎ ভয়ম্' হায়বা বাক্যসিদা ব্যাঘ্র পদদা পঞ্চমী বিভক্তি উৎলি অদুনা 'ব্যাঘ্রাৎ' হায়বা পদসি উপসর্জ্জন নত্রগা প্রথমা-নির্দ্দিষ্ট পদনি। অসিগুম্না ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাসকী সূত্রদা য়াওরি "ষষ্ঠী"। 'ষষ্ঠী' হায়বা প্রথমান্ত পদসিনা মফমদুদা উৎলিবা মহাকতু উপসর্জ্জন কৌই। খুদম—"রাজ্ঞঃ পুরুষঃ" হায়বা বাক্যসিদা 'রাজ্ঞঃ' পদদা ষষ্ঠী নির্দ্দেশ তৌই মরমসিনা 'রাজ্ঞঃ' উপসর্জ্জননি। সপ্তমী তৎপুরুষকী সূত্রদা য়াওরি "সপ্তমী শৌণ্ডৈ"। 'সপ্তমী' হায়বা প্রথমান্ত পদ অসিনা উৎলিবা মহাকতুবু উপসর্জ্জন কৌই। খুদম—"দানে শৌণ্ডঃ"। মফমসিদা প্রথমান্ত পদ শৌণ্ডঃ—না 'দানে' হায়বা সপ্তমী পদ অসি উৎলি। মরম অসিনা 'দানে' হায়বসি উপসর্জ্জননি।

---

(১) ক্লীবলিঙ্গ বিধান তৌরমত্রবদি অব্যয়ী ভাবতা পূর্ব্বপদ অদু অব্যয় ওইরবদা কনাগুম্বা লিঙ্গ অমত্তা ওইররোইদ্রা, ওইররোই, হায়রবদি অতোপ্পা সমাসকী মতৌগুম্না পর (মথাগী) পদগী লিঙ্গ ওইখিবা তাই। মরম অসিদগী ক্লীবলিঙ্গ নিয়ম তৌবনি।

৪। **উপসর্জনং পূর্বম্**—অসিগুম্বা ''উপসর্জন'' হায়বদি ''প্রথমানির্দ্দিষ্ট পদ'' অসিনা মমাংদা লৈগনি। মদুদি—

ব্যাঘ্রাৎ ভয়ম্ —ভয়ম্ ব্যাঘ্রাৎ, হায়বা য়াদে।

রাজ্ঞঃ পুরুষঃ—পুরুষঃ রাজ্ঞঃ হায়বা য়াদে।

দানে শৌণ্ডঃ—শৌণ্ডঃ দানে হায়বা য়াদে।

অদুনা হৌজিক প্রথমানির্দ্দিষ্টপদ অমদি উপসর্জন হায়বা অদু খংগ্রে।

অব্যয়ীভাবতা অসিগুম্বা প্রথমানির্দ্দিষ্ট পদ অসি অব্যয় ওই। মরমদি ''অব্যয়ং বিভক্তি সমীপ........'' অসিনচিংবা (মখাদা লাক্কদবা লামায়দা য়েংউ) সূত্রদা 'অব্যয়ং' হায়বা অসিনা উংলি উপ, অনু ; প্রতি-নচিংববু। মরম অসিনা মখোয় অসি উপ-সর্জননি অদুনা মমাংদা লৈগদবনি। মদুদি—উপকৃষ্ণম্, অনুগঙ্গম্, প্রতিদিনম্ অসিনচিংবা।

৫। **নাব্যয়ীভাবাদতোঽম্ ত্বপঞ্চম্যাঃ**—অকারান্ত অব্যয়ীভাবকী মখাদা বিভক্তি লোপ ওইদনা অম্ আদেশ তৌই। তৌইগুম্বসুং পঞ্চমীদদি ওইদে। খুদম—অকারান্ত অব্যয়ীভাব উপনগর হায়বসিগী মখাদা বিভক্তি খুদিংমক্তা অম্ তৌরগা উপনগরম্ হায়বা পদ অসি ওই। পঞ্চমীদদি ওইদে। খুদম—উপনগরাৎ।

৬। **তৃতীয়াসপ্তম্যোর্বহুলম্**—তৃতীয়া অমসুং সপ্তমী বিভক্তিদা বিকল্প ওইনা অম্ ওই। অদু ওইরবদি প্রথমা বিভক্তি —

| | | | |
|---|---|---|---|
| | উপনগরম্ | উপনগরম্ | উপনগরম্ |
| দ্বিতীয়া বিভক্তি — | উপনগরম্ | উপনগরম্ | উপনগরম্ |
| তৃতীয়া বিভক্তি — | উপনগরেণ | উপনগরাভ্যাম্ | উপনগরৈঃ |
| | উপনগরম্ | উপনগরম্ | উপনগরম্ |
| চতুর্থী বিভক্তি — | উপনগরম্ | উপনগরম্ | উপনগরম্ |
| পঞ্চমী বিভক্তি — | উপনগরাৎ | উপনগরাভ্যাম্ | উপনগরেভ্যঃ |
| ষষ্ঠী বিভক্তি — | উপনগরম্ | উপনগরম্ | উপনগরম্ |
| সপ্তমী বিভক্তি — | উপনগরে | উপনগরয়োঃ | উপগরেষু |
| | উপনগরম্ | উপনগরম্ | উপনগরম্ |

৭। **অব্যয়াদাপ্সুপঃ**—অকারান্ত নত্তবা অব্যয়ীভাবকী মখাদা লৈবা স্ত্রীলিঙ্গ প্রত্যয় আপ্ অমসুং সুপ্‌কী (বিভক্তিগী) লোপ ওই। মদুদি—প্রথমা—যথাশক্তি, দ্বিতীয়া—যথাশক্তি, তৃতীয়া—যথাশক্তি অসিনচিংবা।

৮। **অব্যয়ং বিভক্তি-সমীপ-সমৃদ্ধি-ব্যৃদ্ধ্যর্থাভাবাত্যয়া-সম্প্রতি-শব্দপ্রাদুর্ভাব-পশ্চাদ্-যথানুপূর্ব্য-যৌগপদ্য-সাদৃশ্য-সম্পত্তি-সাকল্যান্তবচনেষু।**

বিভক্তিগী অর্থ অমসুং সমীপ (মনাক নকপা) নচিংবা অর্থ ফোংদোকপা অব্যয়গা সুবন্ত পদগা লোয়ননা তৌবা সমাসপু অব্যয়ীভাব সমাস কৌই। মদুদি—

(১) **বিভক্তি অর্থে**—বিভক্তিগী অর্থদা অদুগুম্বা সুবন্ত পদগা তিন্নবা অদুবু অব্যয়ীভাব সমাস কৌই। মদুদি—গৃহে ইতি—অধিগৃহম্। গৃহে হায়বা সপ্তমী বিভক্তি অসিদা অদুগুম্বা অর্থ অদু খংবা অদু 'অধিগৃহম্'গী অধি-দসু অর্থ অদুমক খংই ; অদু ওইরবদি 'অধি' অসি সপ্তমী বিভক্তিগী অর্থদা লৈরে। অসিগুম্বা হরৌ ইতি—অধিহরি, সমুদ্রে

ইতি—অধিসমুদ্রম্, কুমার্য্যাম্ইতি—অধিকুমারি। মতাং অসিদা মফম পুন্নমত্তা অব্যয় অধি অসি (সপ্তমী) বিভক্তিগী অর্থতদা লৈ। অদু ওইরবদি বিভক্তি অর্থদা অদুগুম্না অব্যয় অদু প্রয়োগ তৌরবদি মদু সপ্তমী বিভক্তিগী অর্থতদা ওই হায়বসি খংগদবনি। খুদম উদাহরণশিংদা লৈরে।

(২) **অসিগুম্না সমীপ অর্থে** (মনাক নকপদা) —কুম্ভস্য সমীপে—উপকুম্ভম্, কৃষ্ণস্য সমীপে—উপকৃষ্ণম্, নগরস্য সমীপে—উপনগরম্। (উপ হায়বসি সমীপার্থবাচক অব্যয়নি)।

(৩) **সমৃদ্ধি** (চাউখৎপা) অর্থদা—মদ্রাণাং সমৃদ্ধিঃ সুমদ্রম্ (মদ্রশিংগী চাওখৎপা) মফমসিদা সু হায়বা অসি সমৃদ্ধি অর্থবাচক অব্যয়নি।

(৪) **ব্যৃদ্ধি** (বিগতা ঋদ্ধিঃ—চাউখৎপা লৈতবা) অর্থদা যবনানাং ব্যৃদ্ধিঃ—দুর্যবনম্—যবনশিংগী চাউখৎতবা। (দুর্ হায়বা অসি ব্যৃদ্ধি—বিগতা ঋদ্ধিঃ অর্থ বাচক অব্যয়নি)।

(৫) **অর্থাভাব** (বস্তুনো অভাবঃ পোৎ অদু লৈতবা) অর্থদা—মক্ষিকাণামভাবঃ, নির্মক্ষিকম্, (হয়িং অমত্তা লৈতবা); বিঘ্নস্যাভাবঃ নির্বিঘ্নম্—য়ৈথাই-থিঙাই লৈতবা।

(৬) **অত্যয়** (অত্যয়—অতীত লোইখ্রবা) অর্থদা—অতীতানি হিমানি—অতি-হিমম্ (ঊন লোইখ্রবা)।

(৭) **অসম্প্রতি** (হৌজিক ওইরিবা মতমগী ককথৎপা) অর্থদা—নিদ্রা সম্প্রতি ন যুজ্যতে অতিনিদ্রম্—হৌজিক তুম্বা মতম নত্তবা।

(৮) **শব্দ-প্রাদুর্ভাব** (শব্দ ফোংদোকপা) অর্থদা—হরিঃ শব্দঃ লোকে প্রকাশতে—ইতিহরি; (জগত্তা হরি খংবা), পাণিনিঃ শব্দো লোকে প্রকাশতে—ইতিপাণিনি (পাণিনি অসি জগত্তা খংনরে)।

(৯) **পশ্চাৎ** (পশ্চাৎ—তুং খংনবা) অর্থদা—রথস্য পশ্চাৎ—অনুরথম্ (রথগী মতুংদা)। বিষ্ণোঃ পশ্চাৎ—অনুবিষ্ণু (বিষ্ণুগী মতুংদা)।

(১০) **যথা** (যোগ্যতা, বীপ্সা, অনতিক্রম অমসুং সাদৃশ্য)—

(i) **যোগ্যতা** (মতিক চাবা) অর্থদা—রূপস্য যোগ্যম্—অনুরূপম্ (শক্তা চান্নবা)। ক্রমস্য যোগ্যম্—অনুক্রমম্ (মথং মনাও নাইনা)।

(ii) **বীপ্সা** (শিন্দুংবা) অর্থদা—দিনে দিনে—প্রতিদিনম্ (নুমিৎ খুদিংগী)।

(iii) **অনতিক্রম** (অতিক্রম ওইদবা, লাম্হোক্তবা) অর্থদা—শক্তিমনতিক্রম্য—যথাশক্তি (ওম্নমথৈ)। জ্ঞানমনতিক্রম্য—যথাজ্ঞানম্ (খংবা মথৈ)।

(iv) **সাদৃশ্য** (তুল্যতা—মান্নবা) অর্থদা— হরেঃ সাদৃশ্যং সহরি (হরিগা মান্নবা)।

(১১) **আনুপূর্ব্য** (অনুক্রম—তুংইনবা) অর্থদা—জ্যেষ্ঠস্য আনুপূর্ব্বেণ অনু-জ্যেষ্ঠম্ (অহনগী মতুং ইন্না)।

(১২) **যৌগপদ্য** (এককালতা—মতম অমত্তা ওইবা) অর্থদা—চক্রেন যুগপৎ—সচক্রম্ (চক্রগা লোয়ননা)।

(১৩) **সাদৃশ্য** (তুল্যতা) অর্থদা—সখ্যা সদৃশঃ—সসখি (মরুপকা মান্নবা)। হরেঃ সদৃশঃ—সহরি (হরিগা মান্নবা)। মফম অসিদা সাদৃশ্য উৎলি অদুগা অমুকসু

হন্না উল্লেখ তৌরিবা ঐরিগীনো? রাখম অসিদা সাদৃশ্য অসি অপ্রধান (সামান্য ওইরবদা প্রয়োগ তৌগদবনি হায়রবনি)। সখ্যা সদৃশঃ—গুণদা বন্ধুগা মান্নবনি, অমনা রূপতা হরিগা মান্নবনি ; অসিনচিংবা।

(১৪) **সম্পত্তি** (অনুরূপ, আত্মভাব) অর্থদা—ক্ষত্রাণাং সম্পত্তিঃ সক্ষত্রম্—ক্ষত্রিয়গী ওইবা।

(১৫) **সাকল্য** (অশেষতা—খাকপা লৈতবা) অর্থদা—তৃণমপ্যপরিত্যজ্য—সতৃণম্ (নাপী যাওবা হন্দোক্তনা)।

(১৬) **অন্তবচন** (শেষ—লেমহৌবা) অর্থদা—অগ্নি-গ্রন্থপর্যন্তমধীতে—সাগ্নি অধীতে (অগ্নি-গ্রন্থ লোইবা যাওবা তম্মী)।

(অন্তবচনেষু—বচন, হায়বসি অমমম ওইনা লোয়নগদবনি, মদুদি —বিভক্তিবচন, সমীপবচন অসিনচিংবা)।

নুপামচাশিংনা মরূ ওইবা মশাক অসি খংগদবনি—নগরস্য সমীপম্ হায়বা বাক্যসিদা নগরসমীপম্ হায়বা পদ অসি ওই, তৌইগুম্বসুং মসিদি ষষ্ঠী তৎপুরুষনি অব্যয়ীভাবতা নগরগা লোয়ননা সমীপগা সমাস তৌদে ; তৌইগুম্বসুং সমীপগী অর্থ ফোংদোকপা উপ হায়বা অব্যয় অসিগা লোয়ননা সমাস তৌই, অদুনা মসিদা উপনগরম্ হায়বা অসি ওই। অসিগুম্না, ভিক্ষায়াঃ অভাবঃ—অভাবকী অর্থ ফোংদোকপা দুর্ হায়বা অব্যয় অসিগা লোয়ননা সমাস তৌরগা দুর্ভিক্ষম্ হায়বা পদসি থোকই, নত্রবদি ভিক্ষাভাবঃ হায়না তৎপুরুষ সমাস তৌবা তাই। সমীপ, অভাব, পর্যন্ত-নচিংবা অর্থ খংহনবা উপ, দুর্-নচিংবা অব্যয় অসিগা লোয়ননা সুবন্ত পদগা সমাস তৌবা অদুবু অব্যয়ীভাব সমাস কৌই। (সমীপ, অভাব-নচিংবা শব্দগা লোয়ননা তৌবা সমাস অদুবু নত্তে)। মসিদা অব্যয় শব্দ উপ-নচিংবনা মখত্তা লৈ। খুদম—উপকৃষ্ণম্, যথাজ্ঞানম্ অসিনচিংবা। অদুগা রাখম অমনা মতম অদুদা মশাগী বিগ্রহ বাক্যদা অব্যয়ীভাব য়াওরগা সমাস তৌরবা মতমদা অব্যয় অদু মাংখিবা মতমদুদা মহাক্তু অস্বপদবিগ্রহ নিত্যসমাস ওইদ্রিবা ঐরিগীনো? শোইদনা ওইফম থোকইনা। খুদম—উপনগরম্ হায়বা সমাসসিদা বিগ্রহ বাক্যদা অতোপ্পা পদ (সমীপম্) অসি হাপ্লগা সমাসতু ফোংদোকই, অদুগা সমীপগী মহুত্তা উপ হাপ্লগা অব্যয়ীভাব সমাস তৌই অদুনা সমাস অদু অস্বপদবিগ্রহ নিত্য অব্যয়ীভাব ওইরে। মসিদা অব্যয়ীভাব হায়রুরিবা মরমদি অসিনি। মদুদি—অব্যয় শব্দনা মখত্তা লৈ হায়বতগীনি। অসিগুম্না ভিক্ষায়াঃ অভাবঃ দুর্ভিক্ষম্, হিমস্য অত্যয়ঃ নির্হিমম্ হায়বা অব্যয়ীভাব সমাসশিং অসিদা বিগ্রহবাক্যদা স্বপদ ওইবা দুর্, নির্-নচিংবা অসি য়াওদে। মরম অসিনা মখোয় অসি অস্বপদবিগ্রহ নিত্য অব্যয়ীভাবনি। অদুগা বিগ্রহ য়াওদবা অব্যয়ীভাবসু লৈ। মদুদি—উন্মত্তগঙ্গম্, লোহিতগঙ্গম্ (দেশ অমগী মমিং) অসিনচিংবা (মখাদা য়েংগদবনি)। অদুগা মখল অমগী অব্যয়ীভাব অমসু লৈ ; মদুদি নিত্য ওইদে, বিকল্প ওই। খুদম—প্রাক্বনম্ প্রাক্বনাৎ ; আসমুদ্রম্, আসমুদ্রাৎ অসিনচিংবা (মখাদা উৎলক্কনি)। মসিদি নিত্য নত্তে তৌইগুম্বসুং অনিত্য অব্যয়ীভাবনি। নিত্য অব্যয়ীভাবতা স্বপদবিগ্রহ অমসুং অস্বপদবিগ্রহ হায়নাঅনি শুই অদুগা অনিত্যদদি বিকল্প ওই। যৌগিক অব্যয়ীভাব খংলে। অদু ওইরবদি অমুক ঐরম ঐরবা অর্থদা অব্যয়ীভাব ওইবগে হায়বা অদু হায়রবই।

১। **হ্রস্বো নপুংসকে প্রাতিপদিকস্য**—ক্লীবলিঙ্গ চংপা প্রাতিপদিকগী মমৈখংবা স্বর অদু হ্রস্ব ওই। খুদম—গাং পাতি ইতি গোপাঃ তস্মিন্ (গোপি) ইতি অধিগোপম্—

অসিদা মমেথংবা স্বর গোপাগী আকার অসি হ্রস্ব ওইরগা গোপ ওইরে অমসুং ক্লীবলিঙ্গদা অধিগোপম্ থোকলে, অসিগুম্না বিশ্বং পাতি ইতি বিশ্বপাঃ, বিশ্বপি ইতি অধিবিশ্বপম্ (বিভক্তি অর্থে)।

১০। **গোস্ত্রিয়োরুপসর্জনস্য**—প্রাতিপদিকগী মমেদা উপসর্জন, গো নত্রগা স্ত্রী প্রত্যয়ান্ত শব্দনা লৈরবদি মখোয় অদুগী হ্রস্ব ওইগনি। খুদম—চিত্রা গাবঃ যস্য সঃ চিত্রগুঃ (এ ঐ হ্রস্ব-ই অমসুং ও ঔ মখোয় অসিগী হ্রস্ব-উ ওই) খট্টামতিক্রান্তঃ অতিখট্টঃ—কাংথোন হেন্দোকপ্লবা। মালামতিক্রান্তঃ—অতিমালঃ—লৈ পরেংবু হেন্দোকপ্লবা। নিষ্ক্রান্তো বারাণস্যাঃ—নির্বারাণসিঃ। দীর্ঘস্বর অদু হ্রস্ব ওইরে।

১১। **যথাঽসাদৃশ্যে**—অসাদৃশ্য অর্থদা (সাদৃশ্য অর্থ নত্তবদা) যথা শব্দগী অব্যয়ীভাব সমাস তৌই। খুদম—যথাবৃদ্ধম্ আমন্ত্রয়স্ব—হনুবা ব্রাহ্মণ খুদিংমক বার্তন তৌ। বৃদ্ধান্ অনতিক্রম্য—যথাবৃদ্ধম্। যথাজ্ঞানং করবাণি—ঐনা খংজবা মখে তৌগনি। জ্ঞানমনতিক্রম্য—যথাজ্ঞানম্।

সাদৃশ্য অর্থদা—যথা হরিস্তথা হরঃ মসিদা সমাস তৌদ্রে।

১২। **যাবদবধারণে**—অবধারণ (নিশ্চয়করণ—অসি তৌগে লেপ্পা) অর্থদা সুবন্তগা লোয়নননা যাবৎ হায়বা অব্যয় অসিগা সমাস তৌই। মদুদি—যাবদমত্রং ব্রাহ্মণানামন্ত্রয়স্ব—যাবন্ত্যমত্রাণি সম্ভবন্তি, পঞ্চ ষড় বা তাবৎ আমন্ত্রয়স্ব ইত্যর্থঃ—অদুক্কী মখে পাত্র মঙা নত্রগা তরুক ওইরবসু লৈবা অদুক্কী মখে ব্রাহ্মণ অদু নিমন্ত্রণ তৌ। যাবন্ত শ্লোকাস্তাবন্তো-ঽচ্যুত-প্রণামাঃ—যাবচ্ছ্লোকম্—হেক লৈরিবা শ্লোকমখে কৃষ্ণ খুরুম্বা ঙাক্তনি। অবধারণ নত্তবা মফমদদি সমাস তৌরোই। খুদম—''যাবদ্দত্তম্ তাবদ্ভুক্তম্'' মসিদা সমাস তৌদ্রে।

১৩। **সুপ্ প্রতিনা মাত্রার্থে**—মাত্র(য়াম্না য়ামদবা) অর্থদা সুবন্ত পদগা লোয়ননা মাত্র হায়বা অব্যয় অসিগী সমাস তৌই। খুদম—শাকস্য লেশঃ—শাকপ্রতি, সূপস্য লেশঃ সূপপ্রতি—সাবন মচেং অমা। ['প্রতিনা',হায়না, সূত্রদা তৃতীয়া বিভক্তি লোয়নবদগী প্রতি অসি মথক্তা লৈতনা মখাদা লৈরিবনি ; প্রথমা নির্দ্দিষ্ট ওইরবদি মথক্তা লৈগদবনি—''প্রথমা নির্দ্দিষ্টম্ সমাসে উপসর্জনম্'' অমসুং ''উপসর্জনং পূর্ব্বম্''] হায়খিবদগী।

**বিভাষা**—মসিগী মখাদা হায়রক্কদবা সূত্র পুম্নমক বিকল্পনি হায়বসি খংগদবনি।

১৪। **অপপরিবহিরঞ্চবঃ পঞ্চম্যা**—পঞ্চম্যন্ত পদগা লোয়ননা বহিস্, অপ, পরি অমদি অঞ্চ ধাতুদগী থোকপা পদগা বিকল্প ওইনা সমাস তৌই। মদুদি—বহির্গ্রামং—গ্রামাদ্বহিঃ, প্রাগুপবনং—উপবনাৎ প্রাক্ (লৈকোনগী মমাং থংবা মায়কৈদা), অপবিষ্ণু, অপবিষ্ণোঃ সংসারঃ—সংসার অসি বিষ্ণুদগী তোঙাল্লি। অসিগুম্না পরিবিষ্ণু, পরিবিষ্ণোঃ।

১৫। **আঙ্ মর্য্যাদাভিবিধ্যোঃ**—মর্য্যাদা(ঙমখে) অমসুং অভিবিধি(শিনবা থুংবা) (১) খংবদা সুবন্ত পদগা লোয়ননা আঙ্ হায়বা অব্যয় অসিগা বিকল্প ওইনা সমাস তৌই। খুদম—আপাটলিপুত্রম্ (বিকল্পে) আপাটলিপুত্রাদ্ বৃষ্টো দেবঃ—পাটলিপুত্র ফাওবা নোং চুই। আকুমারম্, (বিকল্পে) আকুমারেভ্যো যশঃ কালিদাসস্য। আমুক্তি, (বিকল্পে) আমুক্তেঃ সংসারঃ—জগৎ অসি মুক্তি ফাওবগীনি। অসিগুম্না আসমুদ্রম্, (বিকল্পে) আ সমুদ্রাৎ ; আবালম্, (বিকল্পে) আ বালেভ্যঃ।

১৬। **লক্ষণেনাভিপ্রতী আভিমুখ্যে**—আভিমুখ্য (মায়ওনশিনবা) খংবদা লক্ষবাচক (লক্ষ্য খংনবা) সুবন্ত পদগা লোয়ননা অভি, প্রতি হায়বা অব্যয় অ…

---

(১) তেন বিনা মর্য্যাদা, তৎসহিতোঽভিবিধিঃ।

সমাস তোঁই। খুদম—অভ্যগ্নি, (বিকল্পে) অগ্নিমভি শলভাঃ পতন্তি—মৈ তম্না মৈরাথী-শিংনা চেংশিন্নি। অসিগুম্না প্রত্যগ্নি—অগ্নিং প্রতি।

১৭। **অনুর্যৎসমায়া**—সামীপ্য অর্থ থংনবা অনু হায়বা অব্যয় অসিগা লোয়ননা বিকল্প ওইনা সমাস তোঁই। মদুদি—বনস্য সমীপম্ অনুবনম্ অশনির্গতঃ—বনগী মনাক্তা অথাক-অরাউ তাগ্রে। বিকল্পদা বনমনু।

১৮। **যস্য চায়ামঃ**—অশাংবা মতৌ থংবদা অনু হায়বা অব্যয় অসিগা লোয়ননা বিকল্প ওইনা সমাস তোঁই। মদুদি—অনুগঙ্গং, (বিকল্প ওইনা) গঙ্গায়া অনু বারাণসী। গঙ্গাদৈর্ঘ্যসদৃশ-দৈর্ঘোপলক্ষিতা ইত্যর্থঃ—বারাণসী অসি গঙ্গা যাওবা য়োঁই।

১৯। **পারে মধ্যে ষষ্ঠ্যা বা**—ষষ্ঠ্যন্ত পদগা লোয়ননা পারে অমসুং মধ্যে শব্দগী বিকল্প ওইনা অব্যয়ীভাব সমাস তোঁই। মদুদি—সমুদ্রস্য পারং—পারে সমুদ্রম্—সমুদ্র বাংমদা; গঙ্গায়া মধ্যং মধ্যেগঙ্গম্—গঙ্গা ময়াইদা। নিপাতন্দা একার আগম ওইবনি। পক্ষ অমদনা ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাস তৌগনি।

২০। **নদীভিশ্চ**—সমাহার থংবদা নদীবাচক (তুরেল থংনবা) সুবন্ত শব্দগা লোয়ননা মশীংথংনবা শব্দগী অব্যয়ীভাব সমাস তোঁই। খুদম—তিসৃণাং গঙ্গানাং সমাহারঃ ত্রিগঙ্গম্—গঙ্গা অহুম তিন্নবা মফম। অসিগুম্না পঞ্চনদম্, সপ্তগোদাবরম্।

২১। **সংখ্যা বংশ্যেন**—(বংশে ভবঃ বংশ্যঃ) বংশ্য (পরিবার) শব্দগা লোয়ননা সংখ্যাবাচক শব্দগা অব্যয়ীভাব সমাস তোঁই। বংশ মথল অনি শুই—জন্ম সম্বন্ধ অমসুং বিদ্যা সম্বন্ধ। মদুদি—বিদ্যা সম্বন্ধদা, দ্বৌ মুণী বংশ্যৌ ব্যাকরণস্য—দ্বিমুনি। পাণিনি অমসুং পতঞ্জলি; অসিগুম্না ত্রয়ঃ মুনয়ঃ বংশ্যাঃ ব্যাকরণস্য ত্রিমুনি—পাণিনি, পতঞ্জলি, অমসুং শাকটায়ন নত্রগা কাত্যায়ন। অভেদ (থেন্নদবা) থংবদা দ্বিমুনি ব্যাকরণম্, ত্রিমুনি ব্যাকরণম্। জন্ম সম্বন্ধদা—একবিংশতি ভারদ্বাজম্—ভারদ্বাজগী শাগে কুমাথোইহনি।

২২। **অন্যপদার্থে চ সংজ্ঞায়াম্**—সংজ্ঞা (মমিং) থংবদা অমসুং অতোপ্পা পদার্থ অমা থংবদা নদীবাচক শব্দগা লোয়ননা সুবন্তগা অব্যয়ীভাব সমাস তোঁই। মদুদি—উন্মত্তা গঙ্গা যস্মিন্—উন্মত্তগঙ্গম্ নাম দেশঃ; অসিগুম্না লোহিতগঙ্গম্; তুষ্ণীংগঙ্গম্, শনৈর্গঙ্গম্। ইমানি দেশ বিশেষ নামানি (মথোয় অসি দেশ অমমম থংবা শব্দ ওাক্তনি।

২৩। **তিষ্ঠদ্গুপ্রভৃতীনি চ**— অব্যয়ীভাব সমাসতা তিষ্ঠদ্গুনচিংবা (১) শব্দ অসি নিপাতনদা থোকই। মদুদি—তিষ্ঠন্তি গাবো যস্মিন্ কালে দোহায়—তিষ্ঠদ্গু—মতম অদুদা ষণশিংনা শঙ্গোম শুম্নবগী লৈবা অদুবু। আয়ান্তি গাবো যস্মিন্ কালে গোষ্ঠম্—আয়তীগবম্—শঙ্গোনদা ষণশিংনা কারকপা মতম।

২৪। **অব্যয়ীভাবে শরৎপ্রভৃতিভ্যঃ (শরৎপ্রভৃতিভ্যঃ — টচ্)**—অব্যয়ীভাব সমাস তৌরবদা শরদ্ (২)নচিংবা শব্দগী মথাদা টচ্ প্রত্যয় তোঁই। টচ্কী ট্ চ্ ইৎ ওই, অ লৈহোঁই। খুদম—উপশরদম্—শরৎ ঋতু মনাক নকশিন্নবদা ; অসিগুম্না প্রতিদিশম্, আহিমবতম্, অনুদৃশম্।

---

(১) তিষ্ঠদ্গু, বহদ্গু, আয়তীগবম্, খলেযবম্, খলেবুসম্, লূয়যবম্, লূয়মানযবম্, পূতযবম্, পূয়মানযবম্, সংহৃতযবম্, সংহ্রিয়মাণযবম্, সমভূমি, সমপদাতি, সুষমম্ বিষমম্, দুঃষমম্, নিষমম্ : অপসমম্, আয়তীসমম্, প্রোঢ়ম্, পাপসমম্, পুণ্যসমম্, প্রাহ্ণম্, প্ররথম্, প্রমৃগম্, প্রদক্ষিণম্, অপরদক্ষিণম্, সম্প্রতি, অসম্প্রতি।

(২) শরদ্, বিপাশ্, অনস্, মনস্, উপানহ্, অনডুহ্, দিব্, হিমবৎ, হিরুক্, বিদ্, সদ্, চেতস্, চতুর্, দিশ্, বিশ্, দৃশ্, ত্যদ্, তদ্, যদ্, কিয়ৎ, জরা।

২৫। **জরায়া জরস্ চ**—টচ্ প্রত্যয় তৌরবদা জরা শব্দগী মখম্দা জরস্ ওই। মদুদি—উপজরসম্ (অহল ওইবগী মতম নকশিল্লবদা)।

২৬। **প্রতিপরসমনুভ্যোঽক্ষ্ণঃ**—প্রতি, পর, সম্, অনু হায়বা মখোয় অসিগী মথাদা লৈবা অক্ষি শব্দগী মথাদা টচ্ (অ) তৌই। খুদম—প্রত্যক্ষম্ ; (মিৎকী মাংমত্তদা) ; পরোক্ষম্ (মিৎনা উহৌদ্রবদা) ; সমক্ষম্, অবক্ষম্—হৌজিক্কী মতমদা।

২৭। **অনশ্চ [illegible]**—অন্‌ভাগান্ত শব্দগী মথাদা টচ্ (অ) তৌই। মদুদি—উপরাজম্—(নিংথৌ মনাক্তা) অধ্যাত্মম্ (ঈশ্বরগী ওইবা বাথলদা) ; প্রত্যক্ষম্ (লম্বী খুদিংদা)

২৮। **নপুংসকাদন্যতরস্যাম্**—নপুংসক অন্ ভাগান্ত শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা টচ্ প্রত্যয় তৌই। মদুদি—উপচর্ম্মম্ উপচর্ম—(উনশা মনাক্তা)।

২৯। **নদীপৌর্ণমাস্যাগ্রহায়ণীভ্যঃ ( গিরেশ্চ সেনকস্য)**—গিরি, নদী, পৌর্ণমাসী অমসুং আগ্রহায়ণীগী মথাদা বিকল্প ওইনা টচ্ (অ) তৌই। মদুদি—উপগিরম্ উপগিরি (চিংমনাক্তা), উপনদম্, উপনদি (তুরেল মনাক্তা) ; উপপৌর্ণমাসম্ উপপৌর্ণমাসি ; উপাগ্রহায়ণম্, উপাগ্রহায়ণি।

৩০। **ঝয়ঃ**—মঙাশুবা ময়েকতি নত্তবা স্পর্শ বর্ণনা মমৈথংবা শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা টচ্ তৌই। মদুদি—উপদৃশাদ্ উপদৃশৎ (নুংগী মনাক)। অনুসমিধম্—(শীংগী মতুং)।

৩১। **প্রতেরুরসঃ সপ্তমীস্থাৎ**—প্রতি শব্দগী মথাদা লৈবা সপ্তম্যর্থদা লৈরিবা উরস্ শব্দগী মথাদা টচ্ (অ) তৌই। মদুদি—উরসি প্রতি-বর্ত্ততে, প্রত্যুরসম্ (থবাক্তা)।

৩২। **অনুগবমায়ামে**—দৈর্ঘ্যে (অশাংবা মতৌ) থংবদা অনুগবম্ হায়বা পদ অসি নিপাতদা থোকই। মদুদি—গোঃ পশ্চাৎ অনুগবম্ (ষণগী মতুং)।

## খুদমগা লোইননা নৈনবা

কৃষ্ণস্য সমীপম্—উপকৃষ্ণম্ (কৃষ্ণগী মনাক)। মদ্রস্য সমৃদ্ধিঃ—সুমদ্রম্ (মদ্র লৈবাক্কী চাওখৎপা)। যবনানাং ব্যৃদ্ধিঃ (ব্যৃদ্ধি =বিগতা ঋদ্ধিঃ) দুর্যবনম্ (যবনশিংগী মাংখ্রবা চাওখৎপা)। হরিশব্দস্য প্রকাশঃ—ইতিহরি (হরি হায়বা ৱাহেসি ফোংদোকপা)। বিষ্ণোঃ পশ্চাৎ—অনুবিষ্ণু (বিষ্ণুগী মতুং)। অর্থং অর্থং প্রতি—প্রত্যর্থম্ (অর্থ খুদিংদা)। সখ্যুঃ সদৃশঃ—সসখি—(মরূপকা মান্ননা)। ক্ষত্রাণাং সম্পত্তিঃ—সক্ষত্রম্ (ক্ষত্রিয়শিংগী মরল-মথুম)। অপবিষ্ণু সংসারঃ—(অপবিষ্ণোঃ বা)—সংসারসে বিষ্ণুদগী তোঙান্নি। আপাটলিপুত্রং (আ পাটলিপুত্রাৎ বা)বৃষ্টোদেবঃ (পাটলিপুত্র ফাওবা নোং চুই)। আমুক্তি (আ মুক্তেঃ বা) সংসারঃ (মুক্তি ফাওবগী সংসার)! আবালং (আ বালেভ্যঃ বা) হরিভক্তিঃ প্রহ্লাদস্য (প্রহ্লাদগী হরিভক্তি অসি অঙাং ওইরিঙৈদগীনি)। অনুবনং অশনির্গতঃ (বন মনাক ফাওবা বজ্র তাই)। অনুযমুনং মথুরাঃ (যমুনা ফাওবা মথুরানি)। পারেগঙ্গং (গঙ্গাপারাৎ বা) আনয় (গঙ্গা লাহেক্লেগা পুরকউ)।

**অরানবা চুমথোকপা**—যথাশক্তিং ধনমুপার্জ্জয়। যশোদা উপকৃষ্ণায় নবনীতং ব্যসৃজৎ। উপবিষ্ণবে পুষ্পম্ উৎসৃজামি। দুর্ভিক্ষস্য সময়ে তৃণানি অদন্তি দরিদ্রাঃ।

যথাশক্তিং কর্ম্মকুরু। আসমুদ্রস্য পৃথিব্যা অয়ং রাজা। আসমুদ্রস্য ক্ষিতিতলস্য অহং শাসকঃ। উপনদীম্ বর্ত্ততে গিরিঃ। প্রতিদিনস্য পাঠং প্রতিদিনং পঠেৎ। বেদাঃ ন কেবলং অধ্যাত্মানম্ উপদিশন্তি। আমগন্ধস্য বৃষ্টোদেবঃ। অধিহরিং সর্ব্বং জগৎ বর্ত্ততে। স স্বকর্ম নিবির্ঘ্নায় সম্পাদয়ামাস। প্রতিসাধুম্ আমন্ত্রয়। কন্যকা অনুপতিং প্রস্থিতা। পত্যগ্নিং শলভাঃ পতন্তি। প্রত্যহস্য কর্ম্মাণি প্রত্যহং কুরু। প্রত্যকায় ছাত্রায় শিক্ষকঃ পারিতোষিকং দদাতি।

---

## তৎপুরুষ সমাস

১। **তৎপুরুষঃ**—মতাং অসিদা (প্রকরণসিদা) অদুগুম্না সমাস অদু তাকলিবা মহাকতুগী মমিং তৎপুরুষ সমাস কৌহ্।

**উত্তরপদার্থ প্রধানস্তৎপুরুষঃ**—তৎপুরুষ সমাসতা মমৈখংবা পদগী অর্থনা প্রধানতা (মকোক ওইবগী মতৌ) লৈ। মদুদি—কৃষ্ণং শ্রিতঃ কৃষ্ণশ্রিতঃ। মফমসিদা কৃষ্ণ হায়বা পদ অসিগা য়েংনবদা শ্রিতঃ হায়বা পদসিগী অর্থ অসিনা প্রধান ভাব (মরু ওইবগী মওং) খংহল্লি। অসিগুম্না শিরসা ধার্য্যম্ —শিরোধার্য্যম্ মসিদা শিরস্-কা য়েংনবদা ধার্য্যং হায়বা অসিগী অর্থ অসিনা মরু ওইনা খংহল্লি। গঙ্গাজলম্ মসিদসু গঙ্গা-গা য়েংনবদা জলম্-গী অর্থনা প্রধান ওইনা খংহল্লি।

২। **পরবল্লিঙ্গং দ্বন্দ্বতৎপুরুষয়োঃ**—দ্বন্দ্ব অমসুং তৎপুরুষ সমাসতা অরোইবা পদগী লিঙ্গ অদু সমাস তৌরবা পদ অদুদা ওইগনি। মদুদি—কুক্কুটশ্চ ময়ূরীচ কুক্কুটময়ূর্য্যৌ—অরোইবা পদ ময়ূরী অসি স্ত্রীলিঙ্গনি হায়দুনা কুক্কুট-ময়ূর্য্যৌ অসি স্ত্রীলিঙ্গ ওইরে। ময়ূরীচ কুক্কুটশ্চ ময়ূরীকুক্কুটৌ অসিদা পুংলিঙ্গ ওইরে। (মসি দ্বন্দ্বনি)। অর্দ্ধং পিপ্পল্যাঃ অর্দ্ধ-পিপ্পলী—স্ত্রীলিঙ্গ ওইরে (মসি তৎপুরুষনি)।



## দ্বিতীয়া তৎপুরুষ

৩। **দ্বিতীয়াশ্রিতাতীতপতিত-গতাত্যস্ত-প্রাপ্তাপন্নৈঃ**—শ্রিত , অতীত, পতিত, গত, অতস্ত, প্রাপ্ত, আপন্ন, হায়বা শব্দশিং অসিগা লোয়ননা দ্বিতীয়ান্ত পদগা সমাস তৌই।

খুদম—কৃষ্ণং শ্রিতঃ কৃষ্ণশ্রিতঃ, দুঃখম্ অতীতঃ দুঃখাতীতঃ—(অৱাবা হৌখ্রবা)। নরকং পতিতঃ—নরকপতিতঃ (নরকতা তাখ্রবা)। গৃহং গতঃ—গৃহগতঃ, তুহিনম্, অতস্তঃ—তুহিনাতস্তঃ (ঈন-না থুমহৎখ্রবা)। সুখং প্রাপ্তঃ সুখপ্রাপ্তঃ, সুখম্ আপন্নঃ সুখাপন্নঃ।

**গম্যাদীনামুপসংখ্যানম্**—হায়বা সূত্রসিদা গমী, গামী নচিংবসু লৌগনি। গ্রামং গমী—গ্রামগমী ; গ্রামং গামী—গ্রামগামী ; অন্নং বুভুক্ষুঃ অন্নবুভুক্ষুঃ; মধু পিপাসুঃ মধুপিপাসুঃ; বেদং বিদ্বান্, বেদবিদ্বান্ (বেদ হৈবা)।

৪। **খট্বাক্ষেপে**—নিন্দা খংবদা ক্ত প্রত্যয় তৌরগা থোকপা শব্দগা লোয়ননা দ্বিতীয়ান্ত ওইবা খট্বা শব্দগা সমাস তৌই। মদুদি—খট্বারূঢ়ঃ—উৎপথ-প্রস্থিতঃ (যক্তবা লম্বীরোমদা চৎখিবা)। মসি নিত্য সমাসনি ; মরমদি—খট্বাম্ আরূঢ়ঃ—হায়বা বাক্য অসিদা মহাক্কী অর্থ অসি য়াওদে অমসুং খট্বাম্ আরূঢ়—হায়বা নিন্দা অর্থসিমক্তসু প্রয়োগ তৌদে।

মমাংঙৈগী মতমদা ছাত্রশিং অসি গুরুগী য়ুমদা লৈদুনা বেদ তম্বগী মতমদা লৈবাক্তা তুম্মী। বেদ-তম্বা অমসুং ব্রহ্মচার্য্য পালন লোইদনা মখোয় অসি ফম্মুংদা তুমদে, হায়বদি বিবাহ কর্ম্ম তৌন্দ ; অসুম্না তৌরিবা মখোয় অদুনা অদুগুম্বা থবক অদু তৌবা তারবা মদুবু খট্বারূঢ় কৌই। অদুগা মতৌ অসুম্না যক্তবা থবক তৌরিবা মহাকতুমক খট্বারূঢ় কৌবা তারে। মদুদগী লৌদুনা যক্তবা থবক তৌবা মীবু খট্বারূঢ় (যক্তবা লম্বীরোমদা চৎখিবা) কৌই। খট্বাপুত্সু অসিগুম্না নিন্দা অর্থদা শিজিন্নে। অদু ওইরবদি মসি নিত্য সমাস ওইগনি। মরমদি খট্বাম্ আরূঢ়ঃ হায়বা বাক্যসিদা মসিগী অর্থ ওইবা শব্দ অসি য়াওদে, মহাক্কী অর্থদি খট্বাদা (ফম্মুংদা) তুম্রিবা অদুনি ; নিন্দা বাচক শব্দ নত্তে। অদুনা নিত্য সমাসনি।

৫। **কালাঃ**—কালবাচক (মতম খংনবা) দ্বিতীয়ান্ত পদগা লোয়ননা ক্ত প্রত্যয়ান্ত শব্দগা সমাস তৌই। মসিদা কাল হায়বা শব্দ অসি য়াওদে। মদুদি—মাসং প্রমিতঃ মাসপ্রমিতঃ প্রতিপচ্চন্দ্রঃ (প্রতিপচ্চন্দ্রনা থা অমগী হৌগৎলকপগী চাং ওল্লম্মী) , অসিগুম্না রাত্রিম্ অতিসৃতাঃ রাত্র্যতিসৃতাঃ মুহূর্ত্তাঃ—রাত্রিসংক্রান্তা ইত্যর্থঃ (অহিং লাচ্চোকখ্রবা মতমশিং হায়বনি)।

৬। **সামি**—ক্ত প্রত্যয় তৌরগা থোকপা সুবন্ত পদগা লোয়ননা সামি (তঙ্খাই) হায়বা অব্যয় অসিগী দ্বিতীয়া তৎপুরুষ সমাস তৌই। মদুদি—সামি কৃতম্—সামিকৃতম্ (তঙ্খাই তৌখ্রে)। অব্যয় ওইবা স্বয়ং শব্দগীসু দ্বিতীয়া তৎপুরুষ সমাস তৌই। স্বয়ং-কৃতং (মশামক্না তৌখিবা)। স্বয়ংদত্তম্ (মশানা পিখিবা)।

৭। **অত্যন্তসংযোগে**—অতস্ত সংযোগে (শিনবাথুংবা অর্থ) খংবদা দ্বিতীয়ান্ত শব্দগা লোয়ননা মতম খংনবা সুবন্ত পদগা দ্বিতীয়া তৎপুরুষ সমাস তৌই। মদুদি—মুহূর্ত্তং সুখম্—মুহূর্ত্তসুখম্ (মিকুপ অমত্তং নুঙাইবা)। মাসং গম্যঃ—মাসগম্যঃ, বর্ষং ভোগ্যঃ—বর্ষভোগ্যঃ (চহি অমা চুপ্পা চাগদবা), মুহূর্ত্তং, মাসং বর্ষং বা ব্যাপ্য ইত্যর্থঃ। ইতি দ্বিতীয়া তৎপুরুষঃ—মখোয় অসি দ্বিতীয়া তৎপুরুষ সমাসনি।

## তৃতীয়া তৎপুরুষ

৮। **তৃতীয়া তৎপুরুষে গুণবচনেন**—মতম্‌দুদা অসিগুম্বা তৃতীয়ান্ত পদ অসিনা মখোয়দু খোক্‌হনবা খংবদা তৃতীয়া বিভক্তিনা মমেথংবা শব্দগা লোয়ননা গুণবাচক ওইবা শব্দ অমসুং অর্থ শব্দগা সমাস তৌই। মদুদি—শঙ্কুলয়া খণ্ডঃ—শঙ্কুলাখণ্ডঃ(খুলাই মখল অমনা ককথংখিবা) ; ধান্যেন অর্থঃ ধান্যার্থঃ (ফৌনা খোক্‌হনবা লন) ; তৃতীয়ান্ত পদনা মরম ওইদুনা খোক্‌হনবা খংত্রবদি সমাস তৌরোই। মদুদি—অক্ষ্না কাণঃ—মমিৎ নাম তাংবা ; মফম অসিদদি মীৎনা মরম ওইদুনা 'কাণা' অসি খোক্‌হনদ্রে অদুনা সমাস তৌদ্রে।

৯। **পূর্বসদৃশ-সমোনার্থ-কলহনিপুণ-মিশ্রশ্লক্ষ্ণৈঃ**—তৃতীয়ান্ত পদগা লোয়ননা পূর্ব, সদৃশ, সম্ ঊনার্থ, কলহ, নিপুণ, মিশ্র, শ্লক্ষ্ণ হায়বা শব্দশিং অসিগী সমাস তৌই। মদুদি—মাসেন পূর্বঃ—মাসপূর্বঃ (থা অমনা মথক থংবা) ; বর্ষেণ অবরঃ বর্ষাবরঃ (চহি অমা হন্নবা); মাত্রা সদৃশী মাতৃসদৃশী, পিত্রা সমঃ পিতৃসমঃ (ঊনার্থ) একেন ঊনঃ—একোনঃ (অমা বাৎপা); বিদ্যয়া হীনঃ—বিদ্যাহীনঃ, বাচা কলহঃ বাক্কলহঃ (চিন-না খৎনবা) আচারেণ নিপুণঃ আচারনিপুণঃ; গুড়েন মিশ্রঃ গুড়মিশ্রঃ (চিনি তোৎলবা); গুড়েন সংমিশ্রঃ গুড়সংমিশ্রঃ অসিসুওই—গুড়সংমিশ্রাঃ ধানাঃ। আচারেণ শ্লক্ষ্ণঃ আচারশ্লক্ষ্ণঃ (আচারদা লুপ্পবা)।

১০। **কর্তৃকরণে কৃতা বহুলম্**—কৃৎ প্রত্যয়ান্ত সুবন্ত পদগা লোয়ননা কর্ত্তাদা (অনুক্ত কর্ত্তাদা) অমসুং করণে অদুগুম্বা তৃতীয়া ওইবা অদুগুম্বা তৃতীয়ান্ত পদ অদুগা সমাস তৌই। অদুগা করি করিগুম্বদসু তৌদে। মদুদি—ব্যাঘ্রেণ হতঃ ব্যাঘ্রহতঃ, অহিনা দষ্টঃ অহিদষ্টঃ—(লিন্না চিকপা)। ব্যাসেন রচিতঃ—ব্যাসরচিতঃ, হরিণা ত্রাতঃ হরিত্রাতঃ। অতোপ-অতোপ্পা উদাহরণশিং—

নখৈঃ নির্ভিন্নঃ—নখনির্ভিন্নঃ (খুজিন্না খোৎপা)। অসিনা ছিন্নম্—অসিচ্ছিন্নম্। শিরসা ধার্য্যম্—শিরোধার্য্যম্। কর্ত্তা নত্রগা করণ-দা ওইবা তৃতীয়া নত্রবদি সমাস তৌরোই। ভিক্ষাভিরুষিতঃ—(ভিক্ষা না মরম ওইদুনা লৈরবা), মফম অসিদা তৌরিবা অসিদি হেতুদা ওইবা তৃতীয়ানি; অদুনা সমাস তৌগনু হায়বদা সূত্রদা 'বহুল' অমদি ব্যাখ্যাদা ''করিগুম্বদা তৌরোই'' হায়রুবগী মরম করিগীনো ? হায়রবদা দাত্রেণ লূনবান্, পরশুনা ছিন্নবান্। হায়বা মফম অসিদা সমাস তৌদ্রে হায়বসি খংই।

১১। **কৃত্যৈরধিকার্থবচনে**—কর্ত্তাদা অমসুং করণদা তৃতীয়া ওইবা, আধিক্য (অথোইবা অর্থদা) অদুগুম্বা তৃতীয়ান্ত পদ অদুগা কৃত্য প্রত্যয়গা লোয়ননা সমাস তৌই। মদুদি—বাতেন ছেদ্যং বাতচ্ছেদ্যং তৃণম্ (নুংশিৎনা ফাওবা যুকপা ওম্বা নাপী (অয়াংবা নাপী)। আধিক্য অসি মতাং অসিদা প্রশংসা নত্রগা নিন্দাগী আধিক্য খংলে। অসিগুম্বা কাকেন পেয়া কাকপেয়া নদী—ক্বাকনা থকপা ওম্বা তুরেল (ঈশিং য়ামদবা), ক্বাক্না মপান্দা তোংদুনা থকপা ফংবা ঈশিং লৈবা তুরেল) প্রশংসা নত্রগা নিন্দাগী আধিক্য খংলে।

[কৃত্য প্রত্যয়না খংগদবসি ণ্যৎ অমসুং যৎ প্রত্যয়গী বিধাণ তৌবা অদুতবু খংগদবনি ; কাকেন পাতব্যা, নত্রগা কাকেন পানীয়া,—অসিনচিংবা মফমদদি সমাস তৌররোই]।

১২। **অন্নেন ব্যঞ্জনম্**—অন্নবাচক (চানবা পোৎ খংবা) শব্দগা লোয়ননা তৃতীয়ান্ত ব্যঞ্জন বাচক (ইনশাং খংবা) শব্দগা তৃতীয়াতৎপুরুষ সমাস তৌই। মদুদি—দধ্না ওদনঃ —দধ্যোদনঃ (শঙোম অফবা তোৎলবা চাক নত্রগা চেং)। অসিগুম্না ক্ষীরেণ ওদনঃ ক্ষীরৌদনঃ (শঙোমগা লোয়ননা থোংবা চাক।

১৩। **ভক্ষেণ মিশ্রীকরণম্**—ভক্ষ্যবাচক (চাননবা পোৎ খংবা) শব্দগা লোয়ননা তিনশিন্নবা খংবা তৃতীয়ান্ত পদগা সমাস তৌই। মদুদি—গুড়েন (মিশ্রাঃ) ধানাঃ গুড়ধানাঃ(চিনি অঙাংবা তোৎলবা বালীশিং)। ইতি তৃতীয়া তৎপুরুষঃ।

## চতুর্থী তৎপুরুষঃ

১৪। **চতুর্থী তদর্থার্থ-বলিহিত-সুখ-রক্ষিতৈঃ**—(তদর্থ-তস্মৈ ইদং তদর্থং) —মহাক্কীদমক) তদর্থ অমসুং অর্থ, বলি, হিত, সুখ, রক্ষিত হায়বা শব্দ অসিগা লোয়ননা চতুর্থ্যন্ত শব্দগা সমাস তৌই।

**তদর্থেন প্রকৃতি বিকৃতিভাব এব গৃহ্যতে**—তদর্থ হায়রগা প্রকৃতিগী মফম ওইবা সুবন্তগা লোয়ননা বিকৃতিগী মফম ওইবা সুবন্তদগা সমাস তৌগনি হায়বসি খংগদবনি। প্রকৃতি-বিকৃতিগী অর্থদি—বস্তু অদুগী বিকৃতি নত্রগা অতোপ্পা মশক ওইবগী মওং ফংবগী সম্বন্ধ অদুবু কৌই। মদুদি—যূপায় দারু যূপদারু ( যজ্ঞগী শা হাৎফম উচুক)। কুণ্ডলায় হিরণ্যম্ কুণ্ডলহিরণ্যম্—(নাইন শাননবা সনা)। প্রকৃতি বিকৃতি ওইদ্রবদি চতুর্থী সমাস তৌরোই। খুদম—রন্ধনায় স্থালী, মসিদা সমাস তৌদ্রে। অসিগুম্না অশ্বঘাসঃ, ধর্ম্মপত্নী, রক্ষাপুরুষঃ ধনেচ্ছা, অসিনচিংবা মফমদসু চতুর্থীসমাস তৌদ্রে। রন্ধনস্য স্থালী, অশ্বস্য ঘাসঃ, ধর্ম্মস্য পত্নী, রক্ষায়াঃ পুরুষঃ (ঙাক-শেনবা মী), ধনস্য ইচ্ছা মখোয়সিসু মতৌ অসুম্না সমাস তৌরগা 'অশ্বঘাসাদিবৎ' 'তাদর্থ্যে ষষ্ঠী সমাস' হায়বা তাই।

**অর্থেন নিত্য সমাসোবিশেষ্যলিঙ্গতা চেতি বক্তব্যম্**—অর্থ হায়বা শব্দসিগা লোয়ননা চতুর্থ্যন্ত পদগী নিত্য সমাস তৌই, অমসুং মসি বিশেষণ ওইদুনা বিশেষ্যগী লিঙ্গ ওই। চতুর্থ্যন্ত পদগা লোয়ননা অর্থ হায়বা শব্দগী নিত্যসমাস তৌই, মসিদা বিগ্রহ বাক্যদা অর্থ শব্দগী মশক উক্তনা ইদম শব্দ উৎলি। মদুদি—

দ্বিজায় অয়ম্ —দ্বিজার্থঃ, দ্বিজার্থঃ সূপঃ (ব্রাহ্মণগী ওইবা সূপনি)। (দ্বিজার্থ হায়বসি বিশেষণ ওইরে, অমসুং বিশেষ্য সুপগী লিঙ্গ ওইখ্রে) অসিগুম্না দ্বিজায় ইয়ম্—দ্বিজার্থা, দ্বিজার্থা যবাগূঃ—ব্রাহ্মণগী ওইবা যবাগূনি (মসিদসু দ্বিজার্থা হায়বসি বিশেষণনি, অমসুং বিশেষ্য যবাগূগী লিঙ্গ (স্ত্রীলিঙ্গ) ওইরে অসিগুম্না দ্বিজায় ইদম্—দ্বিজার্থং, দ্বিজার্থং পয়ঃ— ব্রাহ্মণগী ওইবা শঙোমনি। হায়বা অসিনচিংবদসু।

ভূতেভ্যো বলিঃ—ভূতবলিঃ(জীবশিংগী ওইবা যজ্ঞ অমা)।

গোভ্যো হিতম্ —গোহিতম্ (ষণগী যনবা ওইবা)।

গোভ্যঃ সুখম্ —গোসুখম্ (ষণগী নুঙাইনবা ওইবা)।

গোভ্যো রক্ষিতম্—গোরক্ষিতম্ (ষণগীদমক ওইবা ঙাকপা)।

ইতি চতুর্থীতৎপুরুষঃ।

# পঞ্চমী তৎপুরুষঃ

১৫। **পঞ্চমী ভয়েন**—ভয় শব্দগা লোয়ননা পঞ্চমন্ত শব্দগা সমাস তৌই। মদুদি—চৌরাৎ ভয়ম্ চৌরভয়ম্, ব্যাঘ্রাদ্ভয়ম্—ব্যাঘ্রভয়ম্।

**ভয়-ভীত-ভীতি-ভীভিরিতিবচনম্**—ভয়, ভীত,ভীতি, ভী ভয়ার্থক (অকিবা অর্থ হায়বা) পদশিং অসিসু ভয়গী মনুংচন্না খংগদবনি। মদুদি—বৃকাৎ ভীতঃ— বৃক-ভীতঃ, সর্পাৎ ভীতিঃ, সর্পভীতিঃ, কুক্কুরাৎ ভীঃ—কুক্কুরভীঃ।

ভয়ার্থক (অকিবা অর্থ হায়বা) ত্রাস, শঙ্কা অমসুং আগত, নির্গত ; জুগুপ্সু-নচিংবা পদগা লোয়ননা পঞ্চমী তৎপুরুষ সমাস তৌই। মদুদি—রাক্ষসাৎ ত্রাসঃ রাক্ষসত্রাসঃ পাপাৎ শঙ্কা পাপশঙ্কা, বিদেশাদাগতঃ—বিদেশাগতঃ, গৃহান্নির্গতঃ গৃহনির্গতঃ, অধর্ম্মাৎ জুগুপ্সুঃ অধর্ম্মজুগুপ্সুঃ। ( হায়রিবা সমাস খুদিংমক অসি বহুলং হায়বা সূত্রদগী পাকখোরকপনি )

১৬। **অপেতাপোঢ়মুক্তপতিতাপত্রস্তৈরল্পশঃ**—অপেত, অপোঢ়, মুক্ত, পতিত, অপত্রস্ত শব্দশিং অসিগা লোয়ননা অল্পার্থ ওইবা পঞ্চমন্ত শব্দ কয়ামুক্তা সমাস তৌই। (মখোয় অসিসু "কর্তৃকরণে কৃতা বহুলং" হায়বা সূত্রদগী পাকখোরকপনি)।

সুখাদপেতঃ সুখাপেতঃ—(নুঙাইবা লৈত্রবা)।

কল্পনায়াঃ অপোঢ়ঃ কল্পনাপোঢ়ঃ—রাখলনা শোন্না নত্তবা।

চক্রামুক্তঃ চক্রমুক্তঃ—চক্রদগী নাম্রোকপা।

স্বর্গাৎ পতিতঃ—স্বর্গপতিতঃ—স্বর্গদগী তারক্রবা।

তরঙ্গাদপত্রস্তঃ—তরঙ্গাপত্রস্তঃ—ঈথস্তগী মীপাইরবা।

সূত্রদা 'অল্প' হায়রুরিবা অসি করিগীনো ? হায়বদা মসিনা খংহল্লি মদুদি—পঞ্চমন্ত পদ পুম্নমক সমাস তৌরোই হায়বসি। অল্পার্থদা শব্দ কয়ামুক্তগী সমাস তৌগদবনি হায়বসি উৎলি। মদুদি—গুরুমুখাৎ শ্রবণং মসি পঞ্চমন্ত অপাদাননি, তৌইগুম্বসুং সমাস তৌদ্রে ; অসিগুম্না ভোজনাৎ অপত্রস্তঃ, প্রাসাদাৎ পতিতঃ মসিদা সমাস তৌদ্রে। তৌইগুম্বসুং স্বর্গাৎ পতিতা, স্বর্গপতিতা, (পুস্পবৃষ্টিঃ); ধর্ম্মাৎ পতিতঃ ধর্ম্মপতিতঃ, বন্ধনাৎ মুক্তঃ বন্ধনমুক্তঃ মসিদদি সমাস তৌরে। অল্পশঃ অর্থ—(অল্পার্থ অসি ক্রম অল্প ওইনা কনাগুম্বনা হায়রম্মীঃ—অল্পেব (তপ্না তপ্না তাবদা সমাস তৌনি)। অদুনা প্রাসাদাৎ পতিতঃ—দলানদগী তারকই হায়বা অসিদদি অল্প অর্থ নত্তবনা সমাস তৌদ্রে হায়না)।

১৭। **স্তোকান্তিকদূরার্থকৃচ্ছ্রাণি ক্তেন**—ক্ত প্রত্যয়ান্ত পদগা লোয়ননা পঞ্চমন্ত ওইবা স্তোক, অন্তিক অমসুং দূরার্থ খংনবা শব্দ অমদি কৃচ্ছ্র শব্দগা পঞ্চমী তৎপুরুষ সমাস তৌই। মখোয় অসিদা য়াওরিবা পঞ্চমী বিভক্তি অসি লোপ ওইরোই। মদুদি—

স্তোকান্মুক্তঃ—স্তোকান্মুক্ত, অল্পান্মুক্তঃ (খজিক্তং কোমখোক্লবা)।

অন্তিকাদাগতঃ—অন্তিকাদগতঃ, অসিগুম্না অভ্যসাদাগতঃ—(মনাক্তগী লাকপা)।

দূরাদাগতঃ, বিপ্রকৃষ্টাদাগতঃ—দূরাদাগতঃ, বিপ্রকৃষ্টাদাগতঃ—অরাপ্পদগী লাকপা।

কৃচ্ছ্রাদাগতঃ—কৃচ্ছ্রাদাগতঃ (য়াম্না রানা লাকপা)।

কৃচ্ছ্রাল্লব্ধঃ—কৃচ্ছ্রাল্লব্ধঃ (রানা ফংবা)।

অসিনচিংবদা পঞ্চমী বিভক্তি লোপ ওইদ্রবদা মখোয় অসিবু অলুক্ সমাস হায়বা তারে। ("পঞ্চম্যাঃ স্তোকাদিভ্যঃ" ইতি অলুক্ সমাসঃ।) ইতি পঞ্চমীতৎপুরুষঃ।

১৮। **ষষ্ঠী**—অর্থগী সম্বন্ধ লৈরবদা সুবন্ত পদগা লোয়ননা ষষ্ঠ্যন্তপদগী সমাস তৌই। মদুদি—রাজ্ঞঃ পুরুষঃ,—রাজপুরুষঃ, তরোশ্ছায়া—তরুচ্ছায়া, গঙ্গায়াঃ জলম্—গঙ্গাজলম্। কৃদ্‌যোগা চ ষষ্ঠীসমাস্যতে ইতি বাচ্যম্। "কর্তৃ কর্মণোঃ কৃতি"—সূত্রসিদা কৃৎ প্রত্যয়গা লেংমিন্নরবদা অদুগুম্বা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইগনি হায়বা অদুগুম্বা কৃদন্ত পদদুগা লোয়ননা ষষ্ঠ্যন্ত পদগী সমাস তৌই। মদুদি—বৃষ্টেঃ পাতঃ—বৃষ্টিপাতঃ; মনোর্বচনম্—মনুবচনম্ (কর্তরি ষষ্ঠী)। কন্যায়াঃ দানং—কন্যাদানম্; পয়সঃ পানম্—পয়ঃপানম্ (কর্মদা ষষ্ঠী ওইবা)।

## ষষ্ঠীসমাস নিষেধ

১৯। **ন নির্দ্ধারণে**—নির্দ্ধারণদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইবা অদুগুম্বা মহাক অদুগী সমাস তৌরোই। মদুদি—নৃণাং দ্বিজঃ শ্রেষ্ঠঃ; গবাং কৃষ্ণা বহুক্ষীরা—ষণশিংগী মরক্তা অমুবী ষণ-না মথোম থোকই। মসিদা সমাস তৌদ্রে।

(পুরুষোত্তমঃ, কবিশ্রেষ্ঠঃ; অসিনচিংবা মফমদা সমাস তৌরিবা অসিদি 'শেষে' (সম্বন্ধদা) ষষ্ঠী ওইবনি হায়বসি খংগদবনি, নির্দ্ধারণদা নত্তে)।

**প্রতিপদবিধানা ষষ্ঠী ন সমস্যতে**—শেষে ষষ্ঠী ওইদ্রবদি হায়বদি শেষ নত্তবা তোঙানবা অর্থদা ষষ্ঠী ওইরবদি সমাস তৌরোই। খুদম—মাতুঃ স্মরণম্, মধুনো জ্ঞানম্, দরিদ্রস্য দয়নম্ (লাইরববু থৌজানবা)—মসিদা সমাস তৌদ্রে।

২০। **পূরণ-গুণ-সুহিতার্থ-সদব্যয়-তব্য-সমানাধিকরণেন**—পূরণার্থ, গুণার্থ, সুহিতার্থ (তৃপ্ত্যর্থ), সৎ (শতৃ, শানচ্), অব্যয় (কৃৎ প্রত্যয়গী অব্যয়, সাধারণ অব্যয় নত্তবা, হায়বদি তুম্, ক্ত্বাচ্, যপ্), তব্য অমসুং সমানাধিকরণ (বিভক্তি অমত্তা ওইবা) পদগা লোয়ননা ষষ্ঠ্যন্ত পদগা সমাস তৌরোই। মদুদি—

**পূরণার্থ**—(মপুং ফাবা অর্থদা) ছাত্রণাং পঞ্চমঃ; সতাং ষষ্ঠঃ। **গুণার্থ**—(মগুণ খংবা অর্থদা) কাকস্য কার্ষ্ণ্যম্ (ক্রাক্কী অমুবা মচু), বলাকায়াঃ শৌক্ল্যম্ (উরোক্কী অঙৌবা মচু)।

**অনিত্যোঽয়ং গুণেন নিষেধঃ**—তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা গুণ খংনবা শব্দগী ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাস তৌরোই হায়না ককথৎপা মহাক অদুগী মতম লৈবখিবিক্তা সমাস তৌরোইদবা লৈতে, হায়বদি মতম পুন্নমক্তা নিষেধ (ককথৎপা) নত্তে। 'অর্থগৌরবম্', 'বুদ্ধিমান্দ্যম্' অসিনচিংবা মফমদা সমাস তৌই; অমদি করি করিগুম্বদসু মথোয় অসি মধ্যপদলোপী সমাস হায়নসু কৌই।

**তৎস্থৈশ্চ গুণৈঃ ষষ্ঠী সমস্যতে**—তৎস্থিত (মঙোন্দা লৈবা খংবদা) দ্রব্যদা লৈবা গুণগা লোয়ননা দ্রব্য (পোৎ) অদুগা ষষ্ঠী সমাস তৌই। মদুদি—চন্দনস্য গন্ধঃ চন্দনগন্ধঃ, পদ্মস্য সৌরভম্ পদ্মসৌরভম্, কপিত্থস্য রসঃ কপিত্থরসঃ মথোয় অসি তৎস্থিত (দ্রব্যদা লৈবা) গুণ ওইরে অদুনা মথোয় অসিগী ষষ্ঠীতৎপুরুষ সমাস তৌরে।

সুহিতার্থ (তৃপ্ত্যর্থ) ফলানাং সুহিতঃ (উহৈশিংনা পেনবা) মসিদা সমাস তৌদ্রে। অদুগা তৃতীয়া সমাসতি ককথৎতে অদুনা ফলৈঃ তৃপ্তঃ—ফলতৃপ্তঃ অসিদদি সমাস তৌরে।

সৎ (শতৃ, শানচ্)—ব্রাহ্মণস্য কুর্বন্ নত্রগা ব্রাহ্মণস্য কুর্বাণঃ (ব্রাহ্মণগী সেবা তৌবা মী), সমাস তৌদ্রে। অব্যয় (কৃদব্যয়) ক্ত্বাচ্, যপ্, তুম্—ব্রাহ্মণস্য কৃত্বা—সমাস

তৌব্রে। কৃদব্যয় নত্রবদি সমাস তৌহি। বৃক্ষস্য উপরি বৃক্ষোপরি ; তব কৃতে—ত্বৎকৃতে, মসিদনা সমাস তৌরে। তব্য—ব্রাহ্মণস্য কর্ত্তব্যম্—সমাস তৌব্রে ; ত্বৎকর্ত্তব্যম্ (মযম অসিদদি তব্যৎ প্রত্যয়নি)। সমানাধিকরণ (একবিভক্তি) নত্রগা বিধেয় পদ ওইরবদা সমাস তৌরোই ; মদুদি—তক্ষকস্য সর্পস্য ; পাণিনেঃ সূত্রকারস্য ; রাজ্ঞঃ দশরথস্য মসিদা সমাস তৌব্রে।

২১। **ক্তেন চ পূজায়াম্**—মতি, বুদ্ধি অমসুং পূজার্থদা তৌবা ক্ত প্রত্যয়, অদুগুম্না ক্ত প্রত্যয়না মমৈখংবা পদগা লোয়ননা ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাস তৌরোই। মদুদি—রাজ্ঞাম্ মতঃ, সতাং বিদিতা, বিদুষাং মতম্, সাধূনাং পূজিতঃ। মতি বুদ্ধি পূজা নত্তবা অর্থদা তৌবা ক্ত প্রত্যয় ওইরবদি ষষ্ঠীসমাস তৌহি। মদুদি—শিশূনাং হসিতং শিশুহসিতম্, বালকানাং রুদিতম্ বালকরুদিতম্। রাজপূজিত-নচিংবা লৈরিবসিদি তৃতীয়াতৎপুরুষনি হায়না খংগদবনি। রাজভিঃ পূজিতঃ—রাজপূজিতঃ।

২২। **অধিকরণ-বাচিনা চ**—অধিকরণ বাচ্যদা তৌবা ক্ত প্রত্যয়গা লোয়ননা ষষ্ঠী সমাস তৌরোই। মদুদি—ইদমেষাম্ আসিতং গতং ভুক্তং বা (মসি মখোয়না ফল্লবনি , চংলম্বনি, চারম্বনি; (আস্যতে অস্মিন্ আসিতম্)।

চংদম্বা—'মুকুন্দস্যাসিতমিদং যাতমিদং রমাপতেঃ'।

২৩। **কর্ম্মণি চ**—"উভয় প্রাপ্তৌ কর্ম্মণি" সূত্রসিদা কর্ত্তা অমসুং কর্ম্ম অনিমক ওইবা য়াবগী ফিভম লৈরবদা অদুগুম্না কর্ম্মদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইবা মহাকতূগী ষষ্ঠীসমাস তৌরোই। মদুদি—আশ্চর্য্যো গবাং দোহোঽগোপেন। ( গোপ নত্তবনা ষণ শঙ্গোম শুম্না অসি অঙকপগী মশাক্লি)।

২৪। **তৃজকাভ্যাং কর্ত্তরি**—কর্ত্তৃবাচ্যদা তৌবা তৃচ্ প্রত্যয় অমসুং অক প্রত্যয় অদুগা লোয়ননা ষষ্ঠীসমাস তৌরোই। খুদম—অপাং স্রষ্টা (ঈশিং শেম্বা)। বজ্রস্য ভর্ত্তা (বজ্র পায়বা)। ওদনস্য পাচকঃ (চাক থোংবা মী)।

২৫। **যাজকাদিভিশ্চ**—যাজক (যজ্ঞ তৌবা) নচিংবগা লোয়ননা ষষ্ঠীসমাস তৌগনি। (মসি "তৃজকাভ্যাং কর্ত্তরি" সূত্রসিগী ওন্ন-তৈনবনি)।

যাজকনচিংবা—যাজক, পূজক, পরিচারক, পরিবেষক, পরিষেচক, স্নাপক নত্রগা স্নাতক, অধ্যাপক, উৎসাহক নত্রগা উৎসাদক, উদ্বর্ত্তক, হোতৃ, ভর্ত্তৃ (মপুরোইবা, মপু), পোতৃ, হর্ত্তৃ বর্ত্তক, রথগণক, পত্তিগণক।

খুদম—ব্রাহ্মণানাং যাজকঃ—ব্রাহ্মণযাজকঃ। দেবানাং পূজকঃ—দেবপূজকঃ অসিনচিংবা।

## একদেশী সমাস

একদেশাগী অর্থদি অবয়ব নত্রগা অংশ (শরুক)। মহাক্কী করিগুম্না শরুক লৈবা মহাকতূবু একদেশী (অবয়বী) কৌহি। অবয়বগা লোয়ননা অবয়বীগী সমাস তৌবা অদুবু একদেশী সমাস কৌহি।

২৬। **পূর্ব্বাপরাধরোত্তরমেকদেশিনৈকাধিকরণে**—একবচন ওইবা ষষ্ঠ্যন্ত অবয়বীগা লোয়ননা অবয়ব খংহনবা পূর্ব্ব, অপর, অধর, উত্তর হায়বা মখোয় অসিগী একদেশী সমাস তৌহি। মদুদি—

পূর্ব্বং কায়স্য—পূর্ব্বকায়ঃ (হকচাংগী মমাং থংবা শরুক)।

অপরং কায়স্য—অপরকায়ঃ (হকচাংগী তুংথংবা শরুক)।

অধরং কায়স্য—অধরকায়ঃ (হকচাংগী মখাথংবা শরক)।

উত্তরং কায়স্য—উত্তরকায়ঃ (হকচাংগী মথক থংবা শরক)।

অবয়বনা তিনবা অবয়বী নত্রবদি সমাস তৌরোই। খুদম—পূর্বং নাভেঃ কায়স্যঃ ; পূর্বো ভরতস্য রামচন্দ্রঃ। একবচন নত্রবদি সমাস তৌরোই। খুদম—পূর্বশ্ছাত্রাণাম্—(ছাত্রশিংগী মথক)। মসি ষষ্ঠীতৎপুরুষকী ককথংপনি। মরমদি, ষষ্ঠী সমাস ওইরবদি ষষ্ঠ্যন্ত পদনা মথক থংগদবনি ; ষষ্ঠী সমাস ওইরবদি "কায়পূর্বঃ" হায়বা পদ অসি ওইগনি। অদুগা একদেশী সমাসতা একদেশ নত্রগা অবয়ব থংনবা পূর্ব, অপর-নচিংবা পদ অসিনা মথক থংনা লৈগনি।

২৭। **অর্দ্ধং নপুংসকম্**—তশেংবা তখাইগী অর্থ থংবদা অর্দ্ধ শব্দ অসি ক্লীবলিঙ্গ ওই অমসুং একবচন ওইবা ষষ্ঠী বিভক্তিনা মমৈথংবা অবয়বী থংনবা শব্দগা লোয়ননা অসিগুম্বা অর্দ্ধ শব্দ অসিগা সমাস তৌই। মদুদি—অর্দ্ধং পিপ্পল্যাঃ—অর্দ্ধপিপ্পলী (পিপ্পলী তখায় অমা)। অর্দ্ধং গৃহস্য—অর্দ্ধগৃহম্। ক্লীবলিঙ্গ ওইদ্রবদি একদেশী সমাস ওইরোই। গ্রামস্য অর্দ্ধঃ—গ্রামার্দ্ধঃ, আসনস্য অর্দ্ধঃ—আসনার্দ্ধঃ, মসিদদি ষষ্ঠীতৎপুরুষ সমাসনি। (মফম অসিদা অর্দ্ধ শব্দ পুংলিঙ্গনি, অমসুং পুংলিঙ্গ ওইবা অর্দ্ধ শব্দগী অর্থ শরুক অমা হায়বনি)। একবচন ওইদ্রবদি সমাস তৌরোই। খুদম—অর্দ্ধং পিপ্পলীনাম্, অর্দ্ধং ধনানাম্। মসিদা একদেশী সমাস তৌদ্রে।

২৮। **সর্বঃ একদেশঃ কালেন সমস্যতে**—একদেশ বাচক (মচি অমা থংবা) পদগা কালবাচক পদগা লোয়ননা সমাস তৌই। (উদাহরণদি মখাদা লাক্কদৌরিবা সূত্র অনিদা পিরি)।

২৯। **অহঃ সর্বৈকদেশ-সংখ্যাত পুণ্যাচ্চ রাত্রেঃ**—অহন্, সর্ব, একদেশ বাচক, মশিংথংনবা শব্দ অমসুং পুণ্য শব্দগী মখাদা লৈরিবা রাত্রি শব্দগী মখাদা অচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—পূর্বং রাত্রেঃ, পূর্বরাত্রঃ, অপরং রাত্রেঃ—অপররাত্রঃ, মধ্যম্ রাত্রেঃ—মধ্যরাত্রঃ, পশ্চিমং রাত্রেঃ—পশ্চিমরাত্রঃ। ['রাত্র'—পুংলিঙ্গ ওইগনি]।

৩০। **অহ্নোঽহ্ন এতেভ্যঃ**—সর্ব-নচিংবগী মখাদা লৈরিবা অহন, শব্দগী মফমদা অহ্ন ওইগনি। মদুদি—পূর্বমহ্নঃ—পূর্বাহ্নঃ, মধ্যম্ অহ্নঃ—মধ্যাহ্নঃ, অপরম্ অহ্নঃ—অপরাহ্নঃ, সায়ম্ অহ্নঃ—সায়াহ্নঃ,সর্বমহ্নঃ—সর্বাহ্নঃ ['অহ্ন' পুংলিঙ্গনি]।

৩১। **কালাঃ পরিমাণিনা**—পরিচ্ছেদবাচক (মতাং থংনবা ) পদগা লোয়ননা কালবাচক শব্দগা একদেশী সমাস তৌই। মদুদি—মাসো জাতস্য মাসজাতঃ—থা অমা হনবা মী। সংবৎসরো জাতস্য সংবৎসরজাতঃ—চহি অমা হনবা।

৩২। **দ্বিতীয়-তৃতীয়-চতুর্থ-তুর্য্যাণ্যন্যতরস্যাম্**—ষষ্ঠী বিভক্তিনা মমৈথংবা অবয়বীগা লোয়ননা একবচন ওইবা দ্বিতীয়, তৃতীয়, চতুর্থ, তুর্য্য মখোয়সিগী বিকল্প ওইনা একদেশী সমাস তৌই। মদুদি—

দ্বিতীয়ং ভিক্ষায়াঃ—দ্বিতীয়ভিক্ষা (অনিশুবা ভিক্ষা)।

তৃতীয়ং ভিক্ষায়াঃ—তৃতীয়ভিক্ষা (অহুমশুবা ভিক্ষা)।

চতুর্থং ভিক্ষায়াঃ—চতুর্থভিক্ষা (মরিশুবা ভিক্ষা)।

তুর্য্যং ভিক্ষায়াঃ—তুর্য্যভিক্ষা (মরিশুবা ভিক্ষা)।

বিকল্পদদি ষষ্ঠী সমাস তৌই। মদুদি—ভিক্ষাদ্বিতীয়ং, ভিক্ষাতৃতীয়ম্ অসিনচিংবা। ইতি ষষ্ঠীতৎপুরুষঃ।

# সপ্তমী তৎপুরুষ

৩৩। **সপ্তমী শৌণ্ডৈঃ** (১)—শৌণ্ড-নচিংবা সুবন্ত শব্দগা লোয়নননা সপ্তম্যন্ত সুবন্ত পদগা সপ্তমীতৎপুরুষ সমাস তৌহ্। মদুদি—অক্ষেষু শৌণ্ডঃ অক্ষশৌণ্ডঃ—(চৌরবদা কাওবা) দানে শৌণ্ডঃ দানশৌণ্ডঃ—(দান তৌবদা কাওবা) শাস্ত্রে প্রবীণঃ শাস্ত্রপ্রবীণঃ, সাহিত্যে পণ্ডিতঃ সাহিত্যপণ্ডিতঃ, ক্রীড়ায়াং কুশলঃ, ক্রীড়াকুশলঃ কর্ম্মসু নিপুণঃ, কর্ম্মনিপুণঃ, অক্ষেষু ধূর্ত্তঃ অক্ষধূর্ত্তঃ, ঈশ্বরে অধীনঃ ঈশ্বরাধীনঃ, ত্বয়ি অধীনঃ ত্বদধীনঃ।

৩৪। **সিদ্ধশুষ্কপক্ববন্ধৈশ্চ**—সিদ্ধ-নচিংবা সুবন্ত পদগা লোয়নননা সপ্তম্যন্ত পদগী সপ্তমীতৎপুরুষ সমাস তৌহ্। মদুদি—কাশ্যাং সিদ্ধঃ কাশীসিদ্ধঃ (কাশীদা পাংথোকখিবা) আতপে শুষ্ক আতপশুষ্কঃ (নুংশাদা কংবা), স্থাল্যাং পক্বঃ স্থালীপক্বঃ (চফুদা মুস্নবা), চক্রে বন্ধঃ চক্রবন্ধঃ (চক্রদা পান্নবা)।

৩৫। **ধ্বাঙ্ক্ষেণ ক্ষেপে**—নিন্দা থংনবদা ধ্বাঙ্ক্ষ (ক্বাক) থংবা সুবন্ত পদগা লোয়নননা সপ্তম্যন্ত পদগী সপ্তমী তৎপুরুষ সমাস তৌহ্। মদুদি—তীর্থে ধ্বাঙ্ক্ষ ইব তীর্থধ্বাঙ্ক্ষঃ, তীর্থে বায়সঃ তীর্থবায়সঃ, তীর্থে কাকঃ তীর্থকাকঃ (অতযন্ত লোভী ইত্যর্থঃ); নিন্দা থংদ্রবদি— তীর্থে ধ্বাঙ্ক্ষ তিষ্ঠতি।

৩৬। **কৃত্যৈর্ঋণে**—ঋণ (লম্মন) থংনবদা কৃত্য প্রত্যয়না মমৈথংবা সুবন্ত পদগা লোয়নননা সপ্তম্যন্ত পদগী সপ্তমী তৎপুরুষ সমাস তৌহ্। মদুদি—মাসে দেয়ম্ মাসদেয়ম্ ঋণম্ (থা অমদা পিগদবা লম্মন); বর্ষে পরিশোধ্যং বর্ষপরিশোধ্যম্ ঋণম্ ; ত্র্যহে দেয়ম্ ত্র্যহদেয়ম্। (কৃত্য প্রত্যয়গী মনুংদা যৎ প্রত্যয়গী সমাস তৌগনি হায়বসি থংগদবনি)।

৩৭। **সংজ্ঞায়াম্**—সংজ্ঞা (নাম) থংবদা সপ্তম্যন্ত সুবন্ত পদগা লোয়নননা সমাস তৌহ্। মদুদি—অরণ্যে তিলকাঃ (বনদা তিলক তৌবা), অরণ্যে মাষাঃ, কূপেপিশাচকাঃ (সপ্তমী বিভক্তিগী লোপ ওইদবনা মখোয়সি অলুক্ সমাস হায়না থংই, অদুনা মসি নিত্য সমাসনি।

৩৮। **ক্তেনাহোরাত্রাবয়বাঃ**—ক্ত প্রত্যয়ান্ত পদগা লোয়নননা অহন্ অমসুং রাত্রি শব্দগী একদেশ (শরুক) থংনবা সপ্তম্যন্ত পদগী সমাস তৌহ্। মদুদি—পূর্ব্বাহ্নে কৃতম্ পূর্ব্বাহ্নকৃতম্ (নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈ মমাংদা তৌখ্রবা থবক), অপর রাত্রে কৃতম্—অপর-রাত্রকৃতম্ (অহিংগী মমৈদা তৌখিবা)। অহন্ অমসুং রাত্রিগী মচি থরা থংদ্রবদি সপ্তমী সমাস তৌরোহ্। মদুদি—অহনি কৃতম্—(নুংথিন্দা তৌখিবা)। অহন্-গী অবয়ব থংদ্রে হায়দুনা সমাস তৌদ্রে।

৩৯। **পাত্রেসমিতাদয়শ্চ**—নিন্দা থংনবদা পাত্রেসমিত-নচিংবা পদ অসি নিপাতনা সিদ্ধ ওই। মদুদি—পাত্রেসমিতাঃ, পাত্রেবহুলাঃ চাকগী মতমদা পাত্রদা থুংলবা অতৈ মতম নত্তবদা। অসিগুম্না গেহেশূরঃ, গৃহেবীরঃ, গোষ্ঠেশূরঃ, গর্ভেতৃপ্তঃ, গোষ্ঠেপটুঃ, গেহেদৃপ্তঃ, গোষ্ঠেপণ্ডিতঃ, গেহেনদী (অসিনচিংবশিং অসিদা বিভক্তি লোপ ওইদ্রে অদুনা অলুক সমাস কৌহ্)। অসিগুম্না উদরক্রিমিঃ, কূপকচ্ছপঃ, কূপমণ্ডুকঃ, নগরকাকঃ, নগরবায়সঃ অসিনচিংবা। ইতি সপ্তমী তৎপুরুষঃ।

---

(১) শৌণ্ডাদি শব্দ—শৌণ্ড, ধূর্ত্ত, কিতব, প্রবীণ, সংবীত, অন্তর (ময়াই), অধীন, পটু, কুশল, চপল, নিপুণ।

## কর্ম্মধারয় সমাস

১। **তৎপুরুষঃ সমানাধিকরণঃ কর্ম্মধারয়ঃ**—অদুগুম্বা তৎপুরুষ সমাস অদুদা সমাস তৌগদৌরিবা পদ পুম্নমক অদু বিভক্তি অমত্তদা লৈরবা মহাক অদুবু কর্ম্মধারয় সমাস কৌহ। মদুদি—নীলম্ উৎপলম্ —নীলোৎপলম্ ; পরমঃ আত্মা—পরমাত্মা। মফম অসিদা পদ অনিমক্তা বিভক্তি অমত্তা ওইনা লৈ। কর্ম্মধারয় অসি তৎপুরুষকী মনুংচল্লি; অদুনা কর্ম্মধারয়দা মথক থংবা পদ অসি চাওরাক্লা বিশেষণ ওইনা লৈ, অমসুং তৎপুরুষতদি মথক থংবা পদসি মথাগী পদনা নমহৎলি।

২। **বিশেষণং বিশেষ্যেণ বহুলং**—বিশেষণ পদ অসি বিশেষ্য পদগা লোয়ননা সমাস তৌহ। মদুদি—নীলম্ উৎপলম্—নীলোৎপলম্ ; রক্তং পদ্মম্—রক্তপদ্মম্ ; শুভ্রং কুসুমম্—শুভ্রকুসুমম্ ; দৃঢ় বন্ধঃ—দৃঢ়বন্ধঃ; মহান্ দেবঃ—মহাদেবঃ; সন্ পুরুষঃ—সৎপুরুষঃ। অসিনচিংবা।

সূত্রদা ‘বহুলম্’ হায়রুরিবা অসি করি মরমগীনো হায়রবদা ‘বহুল’ হায়রুবনা থংহল্লি, মদুদি—অদুগুম্বা সমাস অদু করিগুম্বা মতমদা নিত্য ওই, মদুদি—কৃষ্ণসর্পঃ (মহুকনবা লিন), রক্তশালিঃ (ফৌ ঙথল জাৎ অমা)। করিগুম্বদসু সমাস তৌদে—মদুদি—রামো জামদগ্ন্যঃ, অর্জ্জুনঃ কার্ত্তবীর্য্যঃ। অদুগা করিগুম্বা মতমদসু বিকল্প ওই। মদুদি—নীলোৎপলম্, নীলম্ উৎপলম্।

বিশেষণগী ‘বহুল’ ওইগনি হায়বদি বিশেষণ ওইদ্রবদা করি মশাক ওইগনি ? হায়বদা তক্ষকঃ সর্পঃ (তক্ষকঃ দ্রব্যনি অদুনা বিশেষণ নত্তে অদুনা সমাস তৌদ্রে)। বিশেষ্যগী ‘বহুল’ ওইগনি হায়বদি বিশেষ্য ওইদ্রবদা করম্বা মশাক ওইগনি ? হায়বদা লোহিত তক্ষকঃ—তক্ষক অসি অতোপ্পা মচুগী লৈতে। মরম অসিনা মফমসিদা লোহিতগা লোয়ননা সমাস তৌদ্রে (১)।

৩। **পুংবৎ কর্ম্মধারয়-জাতীয়-দেশীয়েষু**—কর্ম্মধারয় সমাস তৌরবদা ভাষিতপুংস্ক (২) (পুংবদ্‌ভাব) ওইবা স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা শব্দ অদুগী মথক থংবা শব্দদুগী পুংবদ্ভাব ওইগনি। মদুদি—মহতী নবমী—মহানবমী, কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী—কৃষ্ণচতুর্দ্দশী, পাচিকা স্ত্রী—

---

(১) সূত্রদা বিশেষণনা মমাং থংই, মরম অসিনা প্রথমা নির্দ্দিষ্ট (মমাং ওইনা উৎলিবা অদু বিশেষণ পদনি, নীলম্ রক্তং-নচিংবা অসি মমাং থংনা লৈ, অদুগা বিশেষ্য পদ অদুদি মমাং থংনা লৈতে হায়বদি ‘উৎপলম্ নীলম্’ অসুম হায়না ওইদে) ‘‘প্রথমা নির্দ্দিষ্টং সমাস উপসর্জ্জনম্,’’ উপসর্জ্জনং পূর্ব্বম্। মতম অদুদা বিশেষণ পদনা মথক্তা লৈরবদা বিশেষণ অমগা সমাস তৌবা তারবদি অমনা হেক্তা মথক থংগনি। খুদম্—নীলঃ রক্তঃ—নীলরক্তঃ নত্রগা রক্তনীল ; খঞ্জঃ কুব্জঃ—খঞ্জকুব্জঃ, কুব্জখঞ্জঃ; পাচকঃ পাঠকঃ—পাচক-পাঠকঃ, পাঠকপাচকঃ অসি-নচিংবা। অসি নত্তবা কর্ম্মধারয়দা বিশেষ্য পদনা মথক থংবসু য়াওই। মদুদি—নাপিতঃ যুবা—নাপিতযুবা ; ঘোষঃ বৃদ্ধঃ—ঘোষবৃদ্ধঃ। মথোয় অসি ‘‘কড়ারাঃ কর্ম্মধারয়ে’’ সূত্রগী মনুংচনবনি। অদু ওইরবদি সাধারণ ওইনা বিশেষণ-তনা মথক থংবা তাই। মদুদি—নীলমুৎপলম্—নীলোৎপলম্। গুণ, ক্রিয়া, নাম, জাতি হায়না বিশেষণ মরি থোক্প থায়রবদা মথাগী পদ বিশেষ্যসু মথল মরি খোকই। মদুদি—নীলঃ ঘটঃ—নীলঘটঃ (গুণ); পাচকঃ ব্রাহ্মণ—পাচকব্রাহ্মণঃ (ক্রিয়া); কৈলাসঃ অচলঃ—কৈলাসাচলঃ (নাম); পারিজাতঃ বৃক্ষঃ—পারিজাতবৃক্ষঃ (জাতি); মফম অসিদা কৈলাসঃ অমসু পারিজাতঃ বিশেষণ পদনি।

(২) শব্দ অয়াম্বা স্ত্রীলিঙ্গ অমসুং পুংলিঙ্গ অনিমক চৎপা মথোয় অদু ভাষিতপুংস্ক কৌহ। মদুদি—মহৎ শব্দ স্ত্রীলিঙ্গ পুংলিঙ্গ অনিমক্তা লৈ। অদুগা অদুগুম্বা শব্দশিং অদু নিত্য ওইনা স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা মথোয়দু ভাষিতপুংস্ক কৌদে মদুদি—শ্রী, লক্ষ্মীনচিংবনি।

পাচকস্ত্রী,—(চাকথোংবী নুপী)। পঞ্চমী কন্যা—পঞ্চমকন্যা—(মঙাশুবী মচানুপী) সুকেশী ভার্য্যা—সুকেশভার্য্যা, ব্রাহ্মণী ভার্য্যা—ব্রাহ্মণভার্য্যা (ব্রাহ্মণ ওইবা নুপী—ভার্য্যা), পাচিকা জাতীয়া পাচকজাতীয়া, অসিগুম্না পাচিকা দেশীয়া—পাচকদেশীয়া। তৌইগুম্বসুং ঊপ্ প্রত্যয়না মমৈথংবা শব্দগীদি পুংবদ্‌ভাব ওইরোই। মদুদি—বামোরুঃ ভার্য্যা—বামোরুভার্য্যা [ফৈগন ফজবী নুপী (ভার্য্যা)]।

৪। **ক্তেন নঞ্‌বিশিষ্টেনানঞ্‌**—নঞ্‌-গা লোয়ননবা ক্ত প্রত্যয়ান্ত পদগা লোয়ননা নঞ্‌ য়াওদবা ক্ত প্রত্যয়ান্ত পদগা সমাস তৌই। মদুদি—কৃতঞ্চ তদকৃতঞ্চ—কৃতাকৃতম্ (তৌবগা তৌদবগা তগ্নাই য়ানবা), ভুক্তঞ্চ তদভুক্তঞ্চ ভুক্তাভুক্তম্। হায়রগী মশক চপমান্নবা মফম্‌দা সমাস তৌগনি, সিদ্ধঞ্চ অভুক্তঞ্চ হায়বা মফম অসিদদি সমাস তৌদ্রে।

৫। **বর্ণোবর্ণেন**—মচু খংনবা সুবন্ত পদগা লোয়ননা মচু খংনবা শব্দ অমগা সমাস তৌই। মদুদি—নীলশ্চ স লোহিতশ্চ নীললোহিতঃ। লোহিতশ্চ স ধবলশ্চ—লোহিতধবলঃ, পিতশ্চ স ধবলশ্চেতি—পীতধবলঃ।

৬। **পূর্ব্বকালঃ অপরকালেন সমস্যতে**—মথঙী মতম অমসুং মথাগী মতম খংবদা ক্ত প্রত্যয়ান্ত পদগা লোয়ননা কর্ম্মধারয় সমাস তৌই। মদুদি—পূর্ব্বং স্নাতঃ পশ্চাদনুলিপ্তঃ স্নাতানুলিপ্তঃ—ইরুজরবা মতুংদা তৈবা থোংপা তৌবা। অসিগুম্না শয়িতোত্থিতঃ—তুম্নবা তুংদা হৌগংপা। দত্তাপহৃতম্—পিরবা তুংদা লৌবা।

৭। **কিং ক্ষেপে**—নিন্দা (থীনা হায়বা) খংবদা সুবন্ত পদগা লোয়ননা কিম্ শব্দগী কর্ম্মধারয় সমাস তৌই। মদুদি—কুৎসিতঃ রাজা কিংরাজা ; কুৎসিতঃ সখা—কিংসখা। মফম অসিদা সমাসান্তবিধি টচ্ (অ) তৌদ্রে। নিন্দা খংদ্রবদি সমাস তৌরোই। মদুদি—কঃ রাজাধুনা পৃথিব্যাম্ ?

৮। **কড়ারাঃ কর্ম্মধারয়ে**—কর্ম্মধারয় সমাসতা কড়ার (শাওগনবা, নাপল চাওবা) নচিংবা সুবন্ত পদ অসি বিকল্প ওইনা মমাং থংনা থমগনি। মদুদি—কড়ারঃ জৈমিনিঃ কড়ারজৈমিনিঃ, জৈমিনিকড়ারঃ (নাপল চাওবা জৈমিনি); কাণঃ নাপিতঃ কাণনাপিতঃ, নাপিতকাণঃ; ভিক্ষুকব্রাহ্মণঃ, ব্রাহ্মণভিক্ষুকঃ; বৃদ্ধঘোষঃ, ঘোষবৃদ্ধঃ (মথঙী টিঙনীদা য়েংউ)।

কড়ার-নচিংবা—কড়ার, কাণ, খঞ্জ, গৌর, বৃদ্ধ, ভিক্ষুক, পিঙ্গল, তনু, অসিনচিংবা।

৯। **ময়ূরব্যংসকাদয়শ্চ**—ময়ূরব্যংসকনচিংবা শব্দ অসি নিপাতনদা থোকই। মখোয় অসি তৎপুরুষকী মনুং চল্লি। ময়ূরঃ ব্যংসক ইব ময়ূরব্যংসকঃ লৌনম তৌবা রাহোং)। ছাত্রঃ ব্যংসক ইব—ছাত্রব্যংসকঃ, উদক্ চ অবাক্ চ উচ্চাবচম্—অৱাংবা অমসুং অনেম্বা; নাস্তি কিঞ্চন যস্য সঃ অকিঞ্চনঃ (করিগুম্বা অমত্ত লৈতবা, য়াম্না লাইরবা); নাস্তি কুতঃ ভয়ং যস্য সঃ অকুতোভয়ঃ; অন্যঃ অর্থঃ অর্থান্তরম্ ; অন্যো দেশঃ দেশান্তরম্ ; চিদেব চিন্মাত্রম্, উচ্চৈশ্চ নীচৈশ্চ—উচ্চনীচম্ (অনেম-অৱাং মান্নদবা)।

## উপমান, উপমিত অমসুং রূপক সমাস

উপমা হায়রগা কনাগী উপমানো, কনাগা লোয়ননা উপমা তৌগদৌরিবনো অমসুং কনরা বিষয়দা উপমা তৌগদৌরিবনো হায়বা মখল অহুম অসি পুক্রিংদা থমগদবনি; মরম অসিনা অহানবদা মওং অহুম অসি খংগদবনি।

মহাক অদুগী উপমা (চাংদম্নবা) পিরিবা মহাকতুসু উপমেয় কৌই। খুদম—"চন্দ্র ইব সুন্দরং মুখম্" বাক্যসিদা মুখগী উপমা পি অদুনা মুখ অসি উপমেয়নি।

মহাক্তা লোয়ননা উপমা পিরিবা মহাকতুসু উপমান কৌই। মফম অসিদা চন্দ্রগা লোয়ননা উপমা পি অদুনা চন্দ্র অসি উপমান-নি।

অদুগুম্না মহাকতুগী বিষয়দা উপমা পিরিবা হায়বদি উপমান অমসুং উপমেয়গী অদুগুম্না সমান (মান্নবা) ধর্ম অমা লৈবা অদুগুম্না ধর্মদুসু 'সামান্য' কৌই। সুন্দরতা (ফজবগী মতৌ) গী বিষয়দা উপমা পিরি, অদুনা উপমা উপমেয় অনিমক্কী মান্নবা ধর্মদি সুন্দর হায়বসিনি, অদুনা সুন্দর সামান্যনি।

১। **উপমানানি সামান্য বচনৈঃ**—সামান্য হায়বদি মান্নবা ধর্ম খংহনবা পদ অদুগা লোয়ননা উপমান (চাংদম্নরিবা) খংনবা পদগা সমাস তৌই। মদুদি—ঘন ইব শ্যামঃ ঘনশ্যামঃ (বর্ণঃ); অর্ণব ইব গভীরম্ অর্ণবগভীরম্ (জ্ঞানম্); নবনীতমিব কোমলম্—নবনীতকোমলম্ (সতাং হৃদয়ম্)। মফম অসিদা বর্ণ অমসুং ঘন-গী মান্নবা ধর্ম শ্যামনি; অসিগুম্না মান্নবা ধর্ম শ্যামগা লোয়ননা উপমান ওইবা ঘনগী (নোংগী) সমাস তৌই। মসিবু উপমান সমাস কৌই।

২। **উপমিতং ব্যাঘ্রাদিভিঃ সামান্যাপ্রয়োগে**—অসিগুম্না মান্নবা ধর্ম অসি শিজিন্নদ্রবদা হায়বদি উৎত্রবদা ব্যাঘ্রনচিংবা উপমান * বাচক পদগা লোইননা উপমেয়গী সমাস তৌই। মদুদি—পুরুষঃ ব্যাঘ্র ইব পুরুষব্যাঘ্রঃ—(কৈগুম্না নিপা, নিপা অথৌবা), পুরুষ সিংহ ইব পুরুষসিংহঃ (নোংশাগুম্না নিপা), রামচন্দ্র ইব রামচন্দ্রঃ, মুখং কমলমিব মুখকমলম্ (থম্বালগুম্না মায়খোং)। তৌইগুম্নসুং ধর্ম চপমান্নবা অমা শিজিন্নরবদি সমাস তৌরোই। মদুদি—পুরুষঃ ব্যাঘ্র ইব শূরঃ, মুখং কমলম্ ইব সুন্দরম্। মফম অসিদা সমাস তৌদ্রে। মখোয়সি উপমিত সমাস কৌই।

মসি নত্তবা উপমান অমসুং উপমেয়গী সমাসপু রূপক সমাস কৌই। মদুদি—শোক এব অগ্নিঃ—শোকাগ্নিঃ (শোক উপমেয়নি অদুগা অগ্নি উপমান-নি), পাপম্ এব পঙ্কঃ পাপপঙ্কঃ, দুঃখম্ এব অর্ণবঃ দুঃখার্ণবঃ, শোক এব সিন্ধুঃ শোকসিন্ধুঃ, নরেন্দ্র এব নাথঃ নরেন্দ্রনাথঃ, মন এব রথঃ মনোরথঃ।

মদু ওইরবদি উপমিত অমসুং রূপক সমাসকা করি খেন্নবগে ? সমাস অনিমক্তা উপমান উপমেয়গী সমাস তৌই।

খেন্নবদি মসিনি খেন্নবা কল্পনা তৌরবদা উপমিত সমাস ওইগনি। মদুদি—নরঃ ব্যাঘ্র ইব নরব্যাঘ্রঃ, মসিদা নরগা ব্যাঘ্রগা খেন্নবা লৈ অমসুং মসি ইয়াই-লাইনা খংই। অদুগা অভেদ (খেন্নদনা) কল্পনা তৌরগনা রূপক সমাস ওইগনি। খুদম—শোকাগ্নিঃ শোক অসি খোইদোক্না হেক্কংলক্লবদা অগ্নিদগী তোঙাদ্রে। পাপপঙ্কঃ—পাপ অসিমক্তনা খোইদোক্না মকপিন্নবা মদু পঙ্ক (লৈখোম) দগী তোঙাদ্রে। মনোরথঃ—মন হায়বসি অদুক্কী মখে য়াংনা চংলি অদুনা মসি রথ (দোলাই) দগী তোঙাদ্রে। মরম অসিদগী রূপক সমাসতা "ইব" শব্দ হাপুনা "এব" শব্দ-তা শিজিন্নরিবনি। মন এব রথঃ। ইবগী অর্থদি—গুম্না, অদুগা এবগী অর্থনা—মদুমক হায়বনি।

---

* 'স্যুরুত্তরপদে ব্যাঘ্র-পুঙ্গবর্ষভ-কুঞ্জরাঃ।
সিংহশার্দুলনাগাদ্যাঃ পুংসি শ্রেষ্ঠার্থবাচকাঃ॥'

হায়রিবা শব্দশিং অসি মমৈখংনা লৈরবদি অখোইবা অর্থ খংই। মদুদি—নরব্যাঘ্রঃ নরশার্দুলঃ, পুরুষর্ষভঃ, পুরুষসিংহঃ। অসিনচিংবা। মখোয়সি নত্তবা বৃক, বৃষ, বরাহ, চন্দ্র, কমলসু শ্রেষ্ঠ অর্থদা শিজিন্নে।

# দ্বিগু সমাস

১। **সংখ্যা পূর্বো দ্বিগুঃ**—অদুগুম্বা তৎপুরুষ সমাসতা মথক থংবা পদ অদু সংখ্যাবাচক (মশীং থংনবা) শব্দ ওইবা মহাকতুবু দ্বিগু সমাস কৌই ( Numeral Compound)।

২। **তদ্ধিতার্থোত্তরপদসমাহারে**—তদ্ধিতার্থদা, উত্তরপদপর অমসুং সমাহার থংলবদা সংখ্যাবাচক শব্দনা মথক থংবা অদুগুম্বা তৎপুরুষ অদুবু দ্বিগু কৌই। হায়বদি তদ্ধিত প্রত্যয়গী অর্থ অদু ফোংদোকপা অদুগা সংখ্যাবাচক শব্দনা মথক থংবা তৎপুরুষ অদুনা অদুগুম্বা অর্থ অদু ফোংদোক্লবদা অদুগা সংখ্যা পূর্বক তৎপুরুষ অদু উত্তরপদনা মথাদা লৈরবদা হায়বদি পদ অহুম ওইরবদা অমসুং সংখ্যাপূর্বক তৎপুরুষ অদুনা সমাহার অর্থ থংলবদা অমা দ্বিগু সমাস কৌই।

**তদ্ধিতার্থ দ্বিগু**—খুদম—দশসু কপালেষু সংস্কৃতঃ—দাকপালঃ * (পুরোডাশঃ)—চফু তরাদা শেংদোক্লবা অহাওবা তল। অসিগুম্না দ্বয়োর্মাত্রোরপত্যং পুমান্—দ্বৈমাতুরঃ(মমা অনিগী মচা হায়বদি মমা অনিগুবা মচা)। পঞ্চভির্গোভিঃ ক্রীতঃ—পঞ্চগুঃ (ষণ মঙানা লৈগ্রবা)।

**উত্তরপদপরে দ্বিগু**—পঞ্চ গাবঃ ধনং যস্য সঃ—পঞ্চগবধনঃ। ধন হায়বা মথাগী পদ অসিনা মথাদা লৈরবদা পঞ্চ অমসুং গাবঃ হায়বা পদ অনিসিগী দ্বিগু সমাস তৌরম্মী; অসিগুম্না দশ হস্তাঃ প্রমাণমস্য দশহস্তপ্রমাণঃ। মফম অসিদসু প্রমাণ হায়বা উত্তরপদ (মথাগী পদ) অসিনা মথাদা লৈরবদা দশ অমসুং হস্তাঃ হায়বা পদ অনিসিগী দ্বিগু সমাস তৌরম্মী, পঞ্চ নাবঃ প্রিয়াঃ যস্য সঃ পঞ্চনাবপ্রিয়ঃ; দ্বয়োর্মাসয়োর্জাতঃ—দ্বিমাসজাতঃ, চতসৃষু দিক্ষু ঈশঃ চতুর্দিগীশঃ, ষণ্নাং মাসানাম্ অভ্যন্তরং—ষণ্মাসাভ্যন্তরম্। অসিগুম্না মফম পুম্নমক্তা পদ অহুম ওইরবদা দ্বিগু সমাস ওই; মরম অসিনা উত্তরপদনা মথাদা লৈরবদা দ্বিগুবু ত্রিপদদ্বিগুসু কৌই।

**সমাহার দ্বিগু**—খুদম—ত্রয়াণাং ভুবনানাং সমাহারঃ—ত্রিভুবনম্, চতুর্ণাম্ যুগানাং সমাহারঃ—চতুর্যুগম্, পঞ্চানাং গবাম্ সমাহারঃ—পঞ্চগবম্, পঞ্চানাং পাত্রানাং সমাহারঃ—পঞ্চপাত্রম্।

৩। **দ্বিগুরেকবচনম্**—সমাহার অর্থদা দ্বিগু সমাস একবচনান্ত ওই। খুদম—ত্রিভুবনম্, চতুর্যুগাম্, অসিনচিংবা।

---

* সংস্কৃতং ভক্ষাঃ—করিগুম্বা পাত্র অমদা চানবা পোৎ অমা শেম শারবদা অদুগুম্বা পাত্র অদুগী মথাদা অণ্ প্রত্যয় তৌই; অমসুং ''দ্বিগোর্লুক্ অনপত্যে'' হায়বা সূত্রসিনা অণ্গী লোপ ওই। মদুদি—দশসু কপালেষু সংস্কৃতঃ হায়বসিদা অণ্ তৌরে অদুগা অণ্গী লোপ ওইরগা দশকপালঃ ওইরম্মী। অদুনা তদ্ধিত প্রত্যয় অণ্ তৌরগা অমসুং অণ্ অদু লোপ ওইরগা অদুগুম্বা অর্থ অদু থংবা, দ্বিগু সমাসতসু হায়রিবা অর্থ অদু ফোংদোকই ; মরম অসিনা তদ্ধিতার্থদা দশকপালঃ অসি দ্বিগু ওইরে। অসিগুম্না দ্বৈমাতুরঃ—দ্বয়োর্মাত্রোরপত্যং পুমান্ —দ্বিমাতৃ শব্দগী মথাদা অপত্যার্থদা অণ্ তৌরগা [দ্বিমাতৃ +অণ্ =দ্বিমাতৃ +উ + অণ্ (ঋগী মফমদা উ ওইবা)= দ্বৈমাতৃ +উ +র্ +অ ('উরণ্ রপরঃ'—উরগী মথাদা র্ ওই)]= দ্বৈমাতুরঃ পদসি থোকলে ; অদুনা তদ্ধিত প্রত্যয় অণ্গী অদুগুম্বা অর্থ অদু দ্বিগুদসু অদুগুম্বা অর্থদুমক ফোংদোকই। অসিগুম্না ষণ্নাং মাতৃণাম্ অপত্যং ষাণ্মাতুরঃ (কার্ত্তিকেয়ঃ)।

৪। **স নপুংসকম্**—সমাহার দ্বন্দ্ব অমসুং সমাহার দ্বিগু ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—ত্রিভুবনম্।

৫। **দিক্সংখ্যে সংজ্ঞায়াম্**—দিক্বাচক শব্দ অমসুং সংখ্যাবাচক (মশীং খংবা) শব্দগী সংজ্ঞা (মমিং) খংবদা সমাস তৌই। হায়বদি সমাহার দ্বিগু অসি মমিং খংহনবদসু সমাস তৌগনি। খুদম—ত্রিভুবনম্, পঞ্চবটী অসিনচিংবা। মমিং খংহন্দ্রবদি সমাস তৌরোই। মদুদি—চতুর্ণাং বটানাং সমাহারঃ—চতুর্বটী অসিগুম্বা সমাস অসি ওইরোই। অদু ওইরবদি সমাহারদ্বিগু নিত্যসমাস ওইবা তাই।

৬। **অকারান্তোত্তরপদো দ্বিগুঃ স্ত্রিয়ামিষ্টঃ**—(স্ত্রী প্রকরণদা য়েংউ) সমাহার দ্বিগুদা অকারান্ত শব্দগী মথাদা ঈপ্ তৌই। মদুদি—ত্রয়াণাং লোকানাং সমাহারঃ ত্রিলোকী, চতুর্ণাম্ পদানাং সমাহারঃ চতুষ্পদী, পঞ্চানাং নলানাং সমাহারঃ পঞ্চনলী, সপ্তানাং অশ্বানাং সমাহারঃ— সপ্তাশ্বী; সপ্তানাং শতানাং সমাহারঃ সপ্তশতী (চণ্ডী); পঞ্চানাং বটানাং সমাহারঃ—পঞ্চবটী; অসিগুম্বা পঞ্চমূলী, দশমূলী অসিনচিংবা।

৭। **আবন্তো বা**—সমাহার দ্বিগুদা স্ত্রীলিঙ্গগী আপ্ (আ) না মথাদা লৈরবদা আপ্-না মমৈথংবা শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা ঈপ্ তৌই; (নত্তবদদি ক্লীবলিঙ্গ ওইগনি); মদুদি—পঞ্চানাং খট্বানাং সমাহার পঞ্চখট্বী পঞ্চখট্বম্, দশানাং পতিব্রতানাং সমাহারঃ—দশপতিব্রতী, দশপতিব্রতম্।

৮। **অনো ন লোপশ্চ বা দ্বিগুঃ স্ত্রিয়াম্**—সমাহার দ্বিগুদা অন্ ভাগান্ত শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা ঈপ্ তৌই অমসুং ন-গী লোপ ওই। মদুদি—পঞ্চানাং রাজ্ঞাং সমাহারঃ—পঞ্চরাজী, পঞ্চরাজম্; পঞ্চতক্ষী, পঞ্চতক্ষম্।

৯। **পাত্রাদ্যন্তস্য ন**—পাত্রনচিংগী মথাদা ঈপ্ তৌররোই। মদুদি—পঞ্চানাং পাত্রাণাং সমাহারঃ—পঞ্চপাত্রম্, ত্রিভুবনম্ অসিনচিংবা।

## মধ্যপদলোপী তৎপুরুষ

১। **শাকপার্থিবাদীনাং সিদ্ধয়ে উত্তরপদলোপস্যোপসংখ্যানম্**—শাকপার্থিব-নচিংবা সমাসতাময়াইথংবা পদ অদু মাংখিগনি। মদুদি—শাকপ্রিয়ঃ পার্থিবঃ—শাকপার্থিবঃ (মনামশিং পাম্বা নিংথৌ)। অসিগুম্বা দেবপূজকঃ ব্রাহ্মণঃ—দেবব্রাহ্মণঃ, শাল্মলীনামা তরুঃ—শাল্মলীতরুঃ, গুড়মিশ্রা ধানাঃ—গুড়ধানাঃ, সুমেরু নামা পর্ব্বতঃ—সুমেরু-পর্ব্বতঃ, বিন্ধ্যনামা গিরিঃ—বিন্ধ্যগিরিঃ, কৈলাস নামাচলঃ —কৈলাসাচলঃ। অসিনচিংবা।

## নঞ্ তৎপুরুষ

১। **নঞ্**—সুবন্ত পদগা লোয়ননা নঞ্-গী সমাস তৌই। মদুদি—ন ব্রাহ্মণঃ—অব্রাহ্মণঃ, ন প্রিয়ঃ—অপ্রিয়ঃ ন সুখম্—অসুখম্, ন দর্শনম্ —অদর্শনম্। নঞ্-গী অর্থ মখল তরুক থোক্না খায়দোকই। মদুদি—

তৎসাদৃশ্যমভাবশ্চ তদন্যত্বং তদল্পতা।
অপ্রাশস্ত্যং বিরোধশ্চ নঞর্থাঃ ষট্ প্রকীর্ত্তিতাঃ॥

সদৃশ (মান্নবা), অভাব (নত্তবা), ভিন্নতা (মহাক্না মান্নদবা), অল্পতা (মঙোন্দগী হন্নবগী মতৌ), অপ্রশস্ততা (মঙোন্দগী থরা থোইদোক্তবগী মতৌ) অমসুং বিরোধ

(মহাত্মা মেরুবা), অসুম্না নঞ্‌গী মখল তরুক অসিগী অর্থনি। খুদম—ন ব্রাহ্মণঃ অব্রাহ্মণঃ—ব্রাহ্মণসদৃশঃ, ন সুখম্ অসুখম্—সুখস্যাভাবঃ, ন ঘটঃ অঘটঃ—ঘটাদন্যঃ, ন কেশী অকেশী—অল্পকেশী, ন কার্য্যম্ অকার্য্যম্ অপ্রশস্তকার্য্যম্, ন ধর্ম্মঃ অধর্ম্মঃ—ধর্ম্মবিরোধী।

২। **ন লোপো নঞঃ**—সমাসকী মথক থংবা পদ ওইনা লৈরবদি নঞ্‌গী ন্ লোপ ওই অদুগা অ লৈহোই। ন ধার্ম্মিকঃ অধার্ম্মিকঃ, ন দীর্ঘঃ অদীর্ঘঃ।

৩। **তস্মান্নুডচি**—মথাগী পদদা স্বরময়েক লৈরবদি নঞ্‌গী অ-গী মথাদা ন্ অমা লাক্কনি, হায়বদি অন্ ওইগনি। খুদম—ন অন্তঃ অনন্তঃ, ন ইচ্ছা অনিচ্ছা, ন উদারঃ অনুদারঃ।

মথাদা ইরিবা অসিগী মফমদা নঞ্‌গী ন-গী মশাক ওন্নরোই।

নপাৎ— (ন পাতি ইতি, পা + শতৃ, পাৎ অমসুং ন পাৎ)—মচাক।

নাসত্যাঃ— (ন অসত্যাঃ) —অশ্বিনীকুমার।

নমুচিঃ— (ন মুঞ্চতি ইতি) —হিংচাবা অমগী মমিং।

নকুলঃ— (নাস্য কুলম্ অস্তি) —খৈরোই।

নখম্— (ন খম্ ছিদ্রমত্র)—খুজিল।

নপুংসকম্— (ন স্ত্রী, ন পুমান্)—নুপীসু নত্তবা, নুপাসু নত্তবা।

নক্ষত্রম্— (ন ক্ষরতি)—থবানিচাক।

নক্রঃ— (ন ক্রামতীতি)—কুম্ভীর।

নাকম্— (ন অকম্ অস্মিন্)—স্বরারেল।

নগ— (ন গচ্ছতীতি)—উ নত্রগা চীং।

নগ-গী বিকল্পদা অগ— (ন গচ্ছতীতি)—উ নত্রগা চীং।

অতোপ্পা অর্থদদি ওইরোই। অগঃ—শিবঃ। অগঃ পুরুষঃ শীতেন—অইংবনা চংপা ঙমদ্রবা মী।

নৈকধা—(ন একধা) মসিদি সুপসুপেতি সমাসনি।

**নঞ্ ন লোপস্তিঙি ক্ষেপে**—নিন্দা (খিনা হায়বা) থংবদা তিঙন্ত পদগা লোয়ননা নঞ্‌গী সমাস তৌই। নঞ্‌গী ন্ লোপ ওই। অ লৈহোই। খুদম—ন পচসি—অপচসি ত্বং জাল্ম—নিংখিনা থোংদেদা অপংবা। অগচ্ছসি ত্বং মূঢ় —অপংবা নংসি চংপা ঙমদ্রিনা।

# কু, গতি অমসুং প্রাদি তৎপুরুষ

১। **কুগতিপ্রাদয়ঃ**—অব্যয় 'কু' (ফত্তবা), গতি হায়বা অব্যয় কয়া অমা লৈ অমসুং প্র, পরা নচিংবা উপসর্গ, হায়রিবা মথোয় অদুগা সুবন্ত পদগা লোয়ননা সমাস তৌই। মদুসু তৎপুরুষ সমাসনি।

## কু তৎপুরুষ।

২। **কোঃ কৎ তৎপুরুষেঽচি**—তৎ পুরুষ সমাসতা মথাগী পদদা স্বর ময়েক লৈরবদা কু-গী মফমদা কৎ আদেশ ওই। মদুদি—কুৎসিতঃ অশ্বঃ—কদশ্বঃ, কুৎসিতম্ অন্নম্—

কদম্নম্; প্রমাণ—"কদম্নে পুণ্ডরীকাক্ষঃ"। তৎপুরুষ সমাস ওইরবদি করে নত্রবদি কদ্রদৌনি ? কুৎসিতঃ উষ্ট্রঃ যস্য সঃ কূষ্ট্রো রাজা (বহুব্রীহিঃ)—কত্তবা উট-না মহাক্কী ওইবা নিংথৌ। মথাগী পদদা স্বরবর্ণ লৈত্রবদি—কুৎসিতঃ ব্রাহ্মণঃ কুব্রাহ্মণঃ।

৩। **কা পথ্যক্ষয়োঃ**—পথিন্ অমদি অক্ষ শব্দনা মথাদা লৈরবদা কু-গী মফমদা কা ওই। মদুদি—কুৎসিতঃ পন্থাঃ কাপথঃ। প্রমাণ—'কাপথে বিচরাম্যহম্'—রামায়ণম্। কুৎসিতঃ অক্ষঃ কাক্ষঃ নত্রগা কুৎসিতম্ অক্ষি যস্য স কাক্ষঃ।

৪। **ঈষদর্থে**—ঈষৎ (য়ামদবা) অর্থদা কুগী মফমদা কা আদেশ ওই। মদুদি—কু মধুরম্—কামধুরম্—য়াম্না থুমদবা। অসিগুম্না কালবণম্, কুৎসিতং জলম্—কাজলম্ —ঈশিং য়ামদবা।

৫। **বিভাষা পুরুষে**—পুরুষ শব্দনা মথাদা লৈরবদা কু-গী মফমদা কা বিকল্প ওইনা ওইগনি। মদুদি—কুৎসিতঃ পুরুষঃ—কাপুরুষঃ নত্রগা কুপুরুষঃ—ফত্তবা মী।

৬। **কবং চোষ্ণে**—উষ্ণ শব্দনা মথাদা লৈরবদা ঈষদর্থ (খজিত্তংগী অর্থদা) কু-গী মফমদা বিকল্প ওইনা কা অমসুং কব আদেশ ওই। হায়বদি—কব, কা অমদি কৎ ওই। মদুদি—কবোষ্ণং কোষ্ণং অমসুং কদুষ্ণম্—খজিত্তং শাবা (কা, কবগী বিকল্পদা কৎ ওইবা)।

## গতি তৎপুরুষ

১। **ঊর্য্যাদি চ্বি ডাচশ্চ**—এতে ক্রিয়া যোগে গতি সংজ্ঞাঃ স্যুঃ। ঊরী, উররী (য়াবগী মত পিবা), স্বাহা, স্বধা আবিস্, প্রাদুস্, শ্রৎ-নচিংবা শব্দ অসি অভূততদ্ভাব (ওইরমদবদগী ওইবা) অর্থদা চ্বি প্রত্যয় তৌরবা শব্দ অমসুং ডাচ্ (আ) প্রত্যয় তৌরবা শব্দগী ভূ, কৃ অমসুং অস্ ধাতুগা লোয়ননা সমাস তৌরবদা মদুবু গতি সমাস কৌই।

ঊরীকরোতি, ঊরীকৃত্য, উররীকৃত্য (য়াবগী মত পিরগা) আবির্ভবতি (ওইরকই, পোক্লকই), আবির্ভূয়, প্রাদুর্ভূয়। চ্বি প্রত্যয়—শুক্লীভবতি শুক্লীভূয়। হরিতীকরোতি, হরিতীকৃত্য, প্রমাণ—"যেন শুক্লীকৃতা হংসাঃ শুকাশ্চ হরিতীকৃতাঃ"; ডাচ্—খাট্-করোতি, খাট্কৃত্য (মখোল খোকহল্লগা)। পটপটাকৃত্য। মখোয় অসি গতি সমাসনি।

হৌজিক গতি সমাস খংগ্রে, অদু ওইরবদি করম কয়ম্বা অর্থদা গতি সমাস ওই হায়বা অদু য়েংউ। (গতি সমাসতা তিঙন্তগা য়েংনবদা কৃদন্তগী প্রয়োগ তনা উবা হেন্নি)।

২। **আদরানাদরয়োঃ সদসতী**—আদর (ইকাই খুম্নবা) অর্থদা ধাতুগা লোয়ননা সৎ-কী অমসুং অনাদর অর্থদা ধাতুগা লোয়ননা অসৎ শব্দগী গতি সমাস তৌই। মদুদি—সৎ করোতি সৎকারঃ, সৎকৃত্য (ইকায় খুম্নরগা)। অসিগুম্না অনাদর অর্থদা অসৎকৃত্য—(ইকায় খুম্নদনা) অসুম্না কৃদন্তদগী প্রয়োগ অসি উরম্মী।

৩। **ভূষণেঽলম্**—ভূষণ অর্থদা ধাতুগা লোয়ননা অলম্ শব্দগী গতি সমাস তৌই; মদুদি—অলঙ্কৃত্য (লৈতেংলগা)। ভূষণ অর্থ নত্তবদদি সমাস তৌরোই, মদুদি—অলং কৃত্বা, অলং গত্বা। মসিদা সমাস তৌদ্রে।

৪। **অন্তরপরিগ্রহে**—পরিগ্রহ অর্থ নত্তবদা ধাতুগা লোয়ননা অন্তর্ হায়বা অব্যয় অসিগী গতি সমাস তৌই। অন্তর্হত্য গৃহংগতঃ। প্রমাণ—"অন্তরাবিশ্য তানি বিভর্ত্তি পরমেশ্বরঃ"।

৫। **পুরোঽব্যয়ম্**—ধাতুগা লোয়ননা পুরস্ হায়বা অব্যয় অসিগী গতি সমাস তোই। মদুদি—পুরস্কৃত্য।

৬। **অস্তং চ**—ধাতুগা লোয়ননা অস্তম্ হায়বা অব্যয় অসিগা সমাস তোই। মদুমু গতি সমাস কৌই। মদুদি—অস্তংগত্য পুনরুদেতি সূর্য্যঃ।

৭। **তিরোঽন্তর্ধৌ**—অন্তর্ধান (মাংখিবা) খংবদা ধাতুগা লোয়ননা তিরস্ হায়বা অব্যয়সিগী গতিসমাস তোই। মদুদি—তিরোভূয় (মাংগ্রলা)।

৮। **বিভাষা কৃঞি**—মথক্তা হায়স্লিবা অর্থ অসিদা কৃ ধাতুগা লোয়ননা তিরস্ শব্দগী বিকল্প ওইনা গতি সমাস তোই। মদুদি—তিরস্কৃত্য, তিরস্কৃত্বা, তিরঃকৃত্বা।

৯। **সাক্ষাৎপ্রভৃতীনি চ**—কৃ ধাতুগা লোয়ননা সাক্ষাৎ (১) নচিংবা শব্দগী বিকল্প ওইনা সমাস তোই। মদুদি—সাক্ষাৎকৃত্য, সাক্ষাৎকৃত্বা, নমস্কৃত্য, নমস্কৃত্বা, বশেকৃত্য, বশেকৃত্বা, মিথ্যাকৃত্য, মিথ্যাকৃত্বা।

১০। **অনত্যাধান উরসিমনসী**—কৃ ধাতুগা লোয়ননা উরসি, মনসি হায়বা সপ্তম্যন্ত পদ অনি অসিগী বিকল্প ওইনা সমাস তোই। খুদম—উরসিকৃত্য উরসিকৃত্বা, অভ্যুপগমেত্যর্থঃ—অপেংনা কংলগা হায়বনি। মনসিকৃত্য মনসিকৃত্বা, নিশ্চিত্যে-ত্যর্থঃ অত্যাধান হায়বদি—মচি অমদা থম্বা অর্থদদি ওইরোই। খুদম—উরসি কৃত্বা পাণিং শেতে—খবাক্তা খুং থম্লগা তুম্বী।

১১। **মধ্যেপদেনিবচনে চ**—কৃ ধাতুগা লোয়ননা মধ্যে, পদে, নিবচনে হায়বা সপ্তম্যন্ত পদ অহুম অসিগী বিকল্প ওইনা সমাস তোই। খুদম—মধ্যেকৃত্য মধ্যেকৃত্বা, পদেকৃত্য পদেকৃত্বা, নিবচনেকৃত্য নিবচনেকৃত্বা (ফাজিন্দুনা বা ঙাংলগা)। মচি অমদা থম্বা অর্থদদি ওইরোই। খুদম—মধ্যে শিরঃ কৃত্বা শেতে, পদে শিরঃ কৃত্বা শেতে, শিরঃ স্থাপয়িত্বা ইত্যর্থঃ।

১২। **নিত্যং হস্তে পাণাবুপযমনে**—বিবাহ (লুহোংবা) অর্থ খংবদা কৃ ধাতুগা লোয়ননা হস্তে, পাণৌ, হায়বা সপ্তম্যন্ত পদ অনি অসিগী নিত্য ওইনা গতি সমাস তোই। মদুদি—হস্তেকৃত্বা, পাণৌকৃত্য, দারকর্ম কৃত্বেত্যর্থঃ।

১৩। **শ্রেণ্যাদয়ঃ কৃতাদিভিঃ**—অভূততদ্ভাব অর্থ খংবদা কৃতনচিংবা (২) সুবন্ত পদগা লোয়ননা শ্রেণি (৩)নচিংবা শব্দগী সমাস তোই। মদুদি—অশ্রেণয়ঃ শ্রেণয়ঃ কৃতাঃ শ্রেণিকৃতাঃ—ক্লাস ওইরমদবদগী ক্লাস ওইখিবা। অরাশয়ঃ রাশয়ঃ কৃতাঃ রাশিকৃতাঃ। (৪) অশ্রেণয়ঃ শ্রেণয়ো ভূতাঃ শ্রেণিভূতাঃ। (মখোয় অসিদি তৎপুরুষ সমাসনি)।

---

(১) সাক্ষাৎ, মিথ্যা, নমস্, প্রাদুস্, অর্থে, বশে, অমা, অচ্ছা, উষ্ণম্, শীতম্, আস্থম্, ন, প্রভৃপনে অসিনচিংবা।

(২) কৃত ; মিত, মত, ভূত, উক্ত, যুক্ত, সমাজ্ঞাত, সমাম্নাত, সমাখ্যাত, সম্ভাবিত, সংসেবিত, অবধারিত, অবকল্পিত, নিরাকৃত, উপকৃত, উপাকৃত, দৃষ্ট, কলিত, দলিত; উদাহৃত, বিশ্রুত, উদিত।

(৩) শ্রেণি, পূগ, মুকুল, রাশি, নিচয়, বিষয়, বিশাল, পর, ইন্দ্র, দেব, মুণ্ড, ভূত, শ্রবণ, বদান্য, অধ্যাপক, অভিরূপক, ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বিশিষ্ট, পটু, পণ্ডিত, কুশল, চপল, নিপুণ, কৃপণ।

(৪) চ্বিপ্রত্যয় তোরবদা মরুপ্প পুননিবা (কোননিবা) বহুপুরুষসু তোই। মদুদি—শ্রেণীকৃতঃ, পূগীকৃতঃ, রাশীকৃতঃ, শ্রেণীভূতঃ, নিপুণীভূতঃ, রাশীভূতঃ, কুশলীভূতঃ অসিনচিংবা।

১৪। **আখ্যাতমাখ্যাতেন ক্রিয়াসাতত্যে**—(বা)—অতৎপা লৈতনা থবক পাং-থোকপা খংবদা আখ্যাত পদ (তিঙন্ত পদ) গা লোয়ননা আখ্যাতগী (তিঙন্তগী) সমাস তৌই। মখোয় অসি নিপাতনদা থোকপনি। খুদম—অশ্নীত পিবত ইত্যেবং সততমভিধীয়তে যস্যাং ক্রিয়ায়াং সা—অশ্নীতপিবতা—অদুগুম্বা থবক অদুদা অতৎপা লৈতনা চাদুনা থক্তুনা লৈবা। পচতভৃজ্জতা—ঙৌবা থোংবগী থবক। খাদতমোদতা, অসিগুম্বা খাদতাচামতা। মখোয়সি "তিঙাং তিঙা" হায়বা সূত্রগী মতুংইন্না তৌবা সমাসনি।

## প্রাদি

১। **প্রাদয়ঃ**—অদুগুম্বা তৎপুরুষ অদুদা মথক্কী পদদা প্র-নচিংবা উপসর্গ অসি লৈবা মদুবু প্রাদি সমাস কৌই। মদুদি—প্রপিতামহঃ, প্রাচার্য্যঃ।

মসিদা উপসর্গগী সমাস হায়দনা প্রাদি সমাস হায়রুরিবা করিগীনো ? মসিদা হায়রকই।

২। **প্রাদি-গ্রহণমগত্যর্থম্**—গতি সমাস ওইনা খংনদবা মরমদগী প্রাদি সমাস হায়খ্রিবনি। গতি সমাসতদি ধাতুগা লোয়ননা সমাস তৌই। প্রাদি সমাসতদি মদু ওইদে। খুদম—সুপুরুষঃ, অতিমালঃ।

হৌজিক করম করম্বা অর্থদা প্রাদি সমাস তৌই হায়বদু য়েংউ।

৩। **প্রাদয়ো-গতাদ্যর্থে প্রথময়া**—গত-নচিংবা অর্থদা প্র-নচিংবা উপসর্গগী প্রথমা বিভক্তিনা মমৈথংবা সুবন্ত পদগা লোয়ননা সমাস তৌই। মদুদি—প্রগতঃ আচার্য্যঃ প্রাচার্য্যঃ (আচার্য্যদগী হেনগৎখ্রবা)। প্রগতঃ পিতামহঃ প্রপিতামহঃ(ইপা পোকপা ইবুংঙো)। প্রমাতামহঃ। অসিনচিংবা।

৪। **অত্যাদয়ঃ ক্রান্তাদ্যর্থে দ্বিতীয়য়া**—ক্রান্ত-নচিংবা অর্থদা দ্বিতীয়া বিভক্তিনা মমৈ-থংবা পদগা লোয়ননা অতি-নচিংবগী সমাস তৌই (স্ত্রীলিঙ্গ দ্বিতীয়ান্ত পদগী পুংবদ্ভাব ওই)। খুদম—অতিক্রান্তঃ খট্বাম্ অতিখট্বঃ (কাংখোন হেন্দোকখ্রবা), উৎক্রান্তো বেলাম্ উদ্বেলঃ (লৈরাই হেন্দোকখ্রবা), অতিক্রান্তো মালাম্ অতিমালঃ (লৈপরেং হেন্দোক্না ফজরবা), উৎগতো বেলাম্—উদ্বেলঃ, অভিগতো মুখম্—অভিমুখঃ, প্রগতোঽক্ষম্ —প্রত্যক্ষঃ, অনুগতোঽক্ষম্ অন্বক্ষঃ। অসিনচিংবা।

৫। **অবাদয়ঃ ক্রুষ্টাদ্যর্থে তৃতীয়য়া**—ক্রুষ্ট (খোংখিবা) নচিংবা অর্থদা তৃতীয়ান্ত পদগা লোয়ননা অব-নচিংবগী সমাস তৌই অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ তৃতীয়ান্ত পদগী পুংবদ্ভাব ওই। মদুদি—অবক্রুষ্টঃ কোকিলয়া—অবকোকিলঃ (কোকিলনা খোংখিবা), পরিণদ্ধো বীরুধা পরিবীরুৎ (উরীনা কোইশিনবা), সন্নদ্ধঃ বর্ম্মণা সংবর্ম্ম (ফুরিৎ লিংশিনবা)। (অব, পরি, সম্ উপসর্গগা লোয়ননা সমাস তৌরম্মী)।

৬। **পর্য্যাদয়ো গ্লানাদ্যর্থে চতুর্থ্যা**—গ্লান (বাবা) নচিংবা অর্থদা চতুর্থ্যন্ত পদগা লোয়ননা পরি-নচিংবগী সমাস তৌই। অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ চতুর্থ্যন্ত পদদুগী পুংবদ্ভাব ওই। খুদম—পরিগ্লানোঽধ্যয়নায় পর্য্যধ্যয়নঃ (মহৈ তম্বগীদমক্তা বারবা)। পরিগ্লানঃ সেবায়ৈ—পরিসেবঃ (সেবাগীদমক বারবা), অলং কুমার্য্যৈ—অলংকুমারি, (কুমারীগী-দমক্তা কাম্নরবা)।

৭। **নিরাদয়ঃ ক্রান্তাদ্যর্থে পঞ্চম্যা**—ক্রান্ত (হেন্দোকপ্রবা) নচিংবা অর্থদা পঞ্চমন্ত পদগা লোয়ননা নির্-নচিংবগী সমাস তৌই অমসুং স্ত্রীলিঙ্গ পঞ্চমন্ত পদগী পুংবদ্ভাব ওই। খুদম—নিষ্ক্রান্তঃ কৌশাম্ব্যাঃ—নিষ্কৌশাম্বিঃ (কৌশাম্বিদগী হেন্দোকপ্রবা), উত্থিতো নিদ্রায়াঃ—উন্নিদ্রঃ (তুম্বা লোইপ্রবা), অমসুং নির্বারাণসিঃ (বারাণসিদগী হেন্দোকপ্রবা), উৎক্রান্তঃ কূলাৎ—উৎকূলঃ (শাগে লাহোকপ্রবা), নির্গতমঙ্গুলিভ্যঃ—নিরঙ্গুলম্ (খুৎ মচাশিংদগী হেন্দোকপ্রবা)।

৮। **কর্ম প্রবচনীয়ানাং প্রতিষেধো বক্তব্যঃ**—প্রাদি সমাসকী মতাংদা কর্ম প্রবচনীয়গী সমাস তৌরোইদবনি হায়সি খংগদবনি। খুদম—বৃক্ষং প্রতি বিদ্যোততে বিদ্যুৎ। সাধুঃ দেবদত্তো মাতরং প্রতি। কর্মপ্রবচনীয় ওইবা প্রতিগী সমাস তৌদ্রে।

## উপপদ তৎপুরুষ

১। **তত্রোপপদং সপ্তমীস্থম্**—(ধাতু অধিকারদা) সপ্তমী বিভক্তি উৎলিবা পদ অদুবু উপপদ কৌই। খুদম—"কর্মণ্যণ্" হায়বা সূত্র অসিদা "কর্মণি" অসুম্বা সপ্তমী বিভক্তি উৎলি। কর্মণি হায়বসিনা উৎলি কর্মবু অদুনা কর্মসি উপপদ ওইরে। খুদম—কুম্ভকারঃ হায়বা পদসিদা (কুম্ভং করোতীতি—কুম্ভ + কৃ + অণ্) কুম্ভ কর্মনি, অদুনা উপপদনি। করি করিগুম্বা মফমদসু সপ্তমী পদতবু উৎলি। মদুদি—জলে জায়তে ইতি জলজম্ (জল+জন্ + ক), সরসি জায়তে যৎ তৎ সরোজম্ (সরস্ + জন্ +ক)। মফম অসিদা জলে, সরসি সপ্তমী বিভক্তি ওইনা উৎলি অদুনা মখোয়সি উপপদনি। অদুনা মকোক ওইবা পদ অমগা লোয়ননা অদুগুম্বা পদ অদু লৈরবদি মহাক্তু উপপদ কৌই।

২। **উপপদমতিঙ্**—মহাক্কা মরি লৈনবা সুবন্ত উপপদ অমগা মহাক্কা লোয়ননা সমাস তৌই; তিঙন্ত পদ ওইরবদি তৌরোই। খুদম—কুম্ভং করোতীতি কুম্ভকারঃ। মফমসিদা কুম্ভ হায়বা উপপদসিগা লোয়ননা তিঙন্ত নত্তবা কৃ ধাতুগী সমাস তৌরগা (কুম্ভ + কৃ) লৈরে অদুগী তুংদা অণ্ হায়বা কৃৎ প্রত্যয় অসি লাকপনি। অসিগুম্বা নগরকারঃ, সূত্রকারঃ, মালাকারঃ, নিশাকরঃ (নিশা + কৃ + ট); জলচরঃ, পঙ্কজম্ (পঙ্ক +জন্ + ক); জলজঃ, অণ্ডজঃ, ভুজগঃ, বিহগঃ অসিনচিংবা। অদু ওইরবদি উপপদগা লোয়ননা ধাতুগী সমাস তৌরবদা মখোয়দুগী মখাদা উৎপ্রিবা কৃৎ প্রত্যয় কয়ামুকসি তৌরবই। অসিগুম্বা সমাসসিবু উপপদ সমাস কৌই।

**নোংগবরা**—মফম অসিদা উপপদগা লোয়ননা ধাতুগী সমাস তৌরগা সমাস তৌরিবা মখোয়দুগী মখাদা উৎপ্রিবা কৃৎ প্রত্যয় কয়ামুকসি লাকই। মদুদি—দ্বাভ্যাং পিবতীতি—দ্বিপঃ (শামু) দ্বি শব্দগা লোয়ননা পা ধাতুগী সমাস তৌরগা অদুগী তুংদা ক হায়বা কৃৎ প্রত্যয়সি তৌই (দ্বি+পা+ক)। অসুম্বা মফম খুদিংদা ওইগনি।

৩। **অব্যয়েনাসমেন**—মতম অদুদা অদুগুম্বা উপপদদুগী অবয়গা লোয়ননা সমাস তৌগদবা অদুগুম্বা মতমদা অশেংনা অব্যয়দুমকী মখাদা অম্ (ণমুল্, খমুঞ্) প্রত্যয় লৈবা মহাক্তুদগা লোয়ননা সমাস তৌগনি। খুদম—স্বাদুঙ্কারং ভুঙ্‌ক্তে, (স্বাদু—কৃ + ণমুল্) ণমুল্ প্রত্যয় অব্যয়নি। অসুম্বা লবণঙ্কারং ভুঙ্‌ক্তে।

৪। **ক্ত্বাচ্**—ক্ত্বাচ্ প্রত্যয় তৌরবদা তৃতীয়ান্ত উপপদগী ধাতুগা লোয়ননা বিকল্প ওইনা সমাস তৌই, উচ্চৈঃকৃত্য নত্রগা উচ্চৈঃকৃত্বা। (চতুর্থী, পঞ্চমী, ষষ্ঠী, সপ্তমন্ত পদনা উপপদ ওইরবদসু ওইগনি)।

## তৎপুরুষ সমাসান্ত প্রত্যয়

১। তৎপুরুষস্যাঙ্গুলেঃ সংখ্যাব্যয়াদেঃ—তৎপুরুষ সমাসতা সংখ্যা বাচক শব্দ অমসুং অব্যয় শব্দনা মথক্তা লৈরবদা অঙ্গুলী শব্দগী মথাদা অচ্ (অ) প্রত্যয় তোই। খুদম—দ্বে অঙ্গুলী প্রমাণমস্য দ্ব্যঙ্গুলম্ দারু (খুদোল অসি শাংবা উ), নির্গতমঙ্গুলিভ্যঃ—নিরঙ্গুলম্, অত্যঙ্গুলম্ (খুদোল অমদগী হেন্দোকপবা)।

২। অহঃসর্বৈকদেশসংখ্যাতপুণ্যাচ্চ রাত্রেঃ—তৎপুরুষ সমাসতা অহন্ শব্দ, সর্ব্ব শব্দ একদেশবাচক (মচি অমা থংবা শব্দ), সংখ্যাত (মশীং থীরবা) শব্দ, মতুংগা পুণ্য শব্দনা মথক্তা লৈরবদা রাত্রি শব্দগী মথাদা অচ্ (অ) প্রত্যয় তোই। মদুদি—অহশ্চ রাত্রিশ্চ—অহোরাত্রঃ (অহিং অমসুং নুংথিল), সর্ব্বা রাত্রিঃ—সর্ব্বরাত্রঃ, পূর্ব্বং রাত্রেঃ—পূর্ব্বরাত্রঃ, অপরং রাত্রেঃ—অপররাত্রঃ, সংখ্যাতা রাত্রিঃ—সংখ্যাত-রাত্রঃ (মশীং থীরবা অহিং), পুণ্যা রাত্রিঃ—পুণ্যরাত্রঃ।

সংখ্যাব্যয়াদেরপি ইতি বোধ্যম্—সংখ্যাবাচক (মশীং থংনবা) অমদি অব্যয় শব্দনা মথক্তা লৈরবসু অচ্ (অ) প্রত্যয় তোই। খুদম—দ্বয়ো রাত্র্যোঃ সমাহারঃ—দ্বিরাত্রঃ, অসিগুম্না ত্রিরাত্রঃ, অতিক্রান্তঃ রাত্রিম্—অতিরাত্রঃ, নীরাত্রঃ।

৩। রাজাহঃসখিভ্যষ্টচ্—তৎপুরুষ সমাসতা রাজন্, অহন্ অমসুং সখি শব্দনা অরোইবা পদ ওইনা লৈরবদা মখোয় অসিগী মথাদা টচ্ (অ) প্রত্যয় তোই। খুদম—পরমঃ রাজা—পরমরাজঃ, পরমং অহঃ—পরমাহঃ, উত্তমম্ অহঃ—উত্তমাহঃ (খ্বাইদগী হেন্না ফবা নুমিৎ), কৃষ্ণস্য সখা—কৃষ্ণসখঃ। চাংদম্নবা—"অজুর্নো বিবুধসখঃ পরন্তপঃ"—ভট্টি। তৎপুরুষ নত্তবদি—মহান্ রাজা যস্মিন্ স মহারাজো দেশঃ।

অহ্নষ্টখোরেব—ট নত্রগা খ প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা অহন্ শব্দগী ন্-গী লোপ ওই। খুদম—উত্তমম্ অহঃ—উত্তমাহঃ, পরমাহঃ। (টচ্ তোবদি)।

৪। অহ্নোঽহ্ন এতেভ্যঃ—মখোয় অসিগী মথাদা হায়রবদি সংখ্যাবাচক শব্দ, সর্ব্ব শব্দ, একদেশবাচক শব্দ, সংখ্যাত হায়বা শব্দ মতুংগা পুণ্য শব্দগী মথাদা অহন্ শব্দ লৈরবদা অহন্ শব্দগী মফমদা অহ্ন আদেশ ওই। খুদম—দ্বয়োঃ অহ্নোঃ ভবঃ—দ্ব্যহ্নঃ, অহঃ অতিক্রান্তঃ—অত্যহ্নঃ, সর্ব্বম্ অহঃ—সর্ব্বাহ্নঃ, অপরম্ অহঃ—অপরাহ্নঃ, মধ্যম্ অহঃ—মধ্যাহ্নঃ, সায়ম্ অহঃ—সায়াহ্নঃ, সংখ্যাতম্ অহঃ—সংখ্যাতাহ্নঃ।

৫। ন সংখ্যাদেঃ সমাহারে—সমাহার অর্থদা সংখ্যাবাচক শব্দগী মথাদা অহন্ শব্দ লৈরবদা অহ্ন আদেশ ওইরোই; খুদম—দ্বয়োঃ অহ্নোঃ সমাহারঃ—দ্ব্যহঃ, ত্র্যহঃ।

৬। উত্তমৈকাভ্যাং চ—পুণ্য অমসুং এক শব্দগী মথাদা অহন্ লৈরবদা অহ্ন আদেশ ওইরোই। খুদম—পুণ্যম্ অহঃ—পুণ্যাহম্। চাংদম্নবা—'পুণ্যাহম্ ভবত্যাহবিজিতম্' (নখোয়না পুণ্যগী নুমিৎনি হায়বসি হায়বিয়ু) অসিগুম্না সুদিনাহম্; একাহঃ। [সংখ্যাতাহঃ, সংখ্যাতাহ্নঃ হায়বা রূপ অনিমক লৈ]। (উত্তম অর্থ অসি সূত্রদা অরোইবদা পুণ্য শব্দ লৈ হায়দুনা উত্তম নত্রগা অরোইবগী শব্দনা পুণ্যতমু থংগনি)।

৭। গোরতদ্ধিতলুকি—তৎপুরুষ সমাসতা মথাগী পদনা গো শব্দ লৈরবনা মহাক্কী মথাদা টচ্ (অ) তোই। তোইগুমসুং তদ্ধিত প্রত্যয়গী লোপ ওইরবদি তোরোই। খুদম—পঞ্চমঃ গৌঃ পঞ্চমগবঃ, উত্তমঃ গৌঃ—উত্তমগবঃ, পঞ্চানাং গবাং সমাহারঃ—

পঞ্চগবম্, চিত্রা গৌঃ—চিত্রগবী। তদ্ধিতকী লোপ ওইরবদদি—পঞ্চভিঃ গোভিঃ ক্রীতঃ—পঞ্চগুঃ, অসিগুম্না দশগুঃ, (তেন ক্রীতম্—ঠকে লুপ্)। টচ্ প্রত্যয় তৌরে।

৮। **নাবো দ্বিগোঃ**—দ্বিগু সমাসতা উত্তরপদ (মথাগী পদ) দা নৌ শব্দ লৈরবদা নৌ শব্দগী মথাদা টচ্ (অ) প্রত্যয় তৌই; তদ্ধিত প্রত্যয় লোপ ওইরবদি তৌরোই। খুদম—দ্বাভ্যাং নৌভ্যাম্ আগতম্—দ্বিনাবময়ম্, দ্বয়োঃ নাবোঃ সমাহারঃ—দ্বিনাবম্, ত্রিনাবম্। তদ্ধিত প্রত্যয় লোপ ওইরবদি—পঞ্চভিঃ নৌভিঃ ক্রীতঃ—পঞ্চনৌঃ, দশনৌঃ।

৯। **অর্দ্ধাচ্চ**—অর্দ্ধ শব্দগী মথাদা নৌ শব্দ লৈরবদি মহাক্কী মথাদসু টচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—নাবোঽর্দ্ধম্—অর্দ্ধনাবম্।

**ক্লীবত্বং লোকাৎ**—লৌকিক প্রয়োগদি হায়দুনা ক্লীবলিঙ্গ ওইবনি। ব্যাকরণ য়েংলগা প্রয়োগকী মতুংইন্না লিঙ্গ লেপকনবনি।

১০। **অগ্রাখ্যায়ামুরসঃ**—অগ্র হায়বদি শ্রেষ্ঠার্থ (অথোইবা অর্থ হায়বা) উরস্ শব্দগী মথাদা টচ্ তৌই। খুদম—অশ্বানামুর ইব—অশ্বোরসম্, মুখ্যোঽশ্বঃ ইত্যর্থঃ (অথবা শগোল)।

১১। **অনোঽশ্মায়ঃসরসাং জাতিসংজ্ঞয়োঃ**—জাতি অমসুং সংজ্ঞা খংহনবদা অনস্, অশ্মন্, অয়স্ অমসুং সরস্ শব্দগী মথাদা টচ্ তৌই। খুদম, জাতি—উপানসম্, অমৃতাশ্মঃ, কালায়সম্, মণ্ডুকসরসম্; সংজ্ঞা—মহানসম্, পিণ্ডাশ্মঃ, লোহিতায়সম্, জলসরসম্।

১২। **গ্রামকৌটাভ্যাং চ তক্ষ্ণঃ**—গ্রাম অমসুং কৌট শব্দগী মথাদা লৈরিবা তক্ষন্ শব্দগী মথাদা টচ্ তৌই। খুদম—গ্রামতক্ষঃ—প্রজাগী ওইবা উত্তবা—সাধারণ ইত্যর্থঃ; কৌটতক্ষঃ—মশিংতবা উত্তবা—স্বতন্ত্র ইত্যর্থঃ; অসিদগী তোঙানবদদি রাজতক্ষ।

১৩। **অতেঃ শুনঃ**—অতি শব্দগী মথাথংনা লৈরিবা শ্বন্ শব্দগী মথাদা টচ্ তৌই। খুদম—অতিক্রান্তঃ শ্বানম্—অতিশ্বো বরাহঃ (হুইদগী হেন্দোকপ্পবা ওক); অতিশ্বী সেবা—(হুইদগী হেনপ্পবা সেবা)।

১৪। **উপমানাদপ্রাণিষু**—উপমান বাচক (চাংদমনবা খংনবা) শ্বন্ শব্দগী মথাদা টচ্ তৌই। খুদম—আকর্ষঃ শ্বেব—আকর্ষশ্বঃ (শীরুং মানবা হুই)। প্রাণী (থবাই পানবা) খংলবদি ওইরোই। খুদম—বানরঃ শ্বেব—বানরশ্বা (হুইগুম্বা য়োং)।

১৫। **উত্তরমৃগপূর্বাচ্চ সক্থ্নঃ**—উত্তর, মৃগ, পূর্ব্ব, অমসুং উপমান বাচক (চাংদম্ন বা খংবা) কী মথাথংনা লৈরিবা সক্থি শব্দগী মথাদা টচ্ তৌই। খুদম—উত্তরসক্থম্—(খৈগন মথা), মৃগসক্থম্—(শজিগী খৈগন), পূর্ব্বসক্থম্; উপমান—ফলকমিব সক্থি—ফলকসক্থম্ (তেনথাও গুম্বা খৈগন)।

১৬। **খার্য্যাঃ প্রাচাম্**—দ্বিগু সমাস তৌরবদা অমসুং অর্দ্ধ শব্দগী মথাদা খারি শব্দ লৈরবদা খারী শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা টচ্ তৌই। খুদম—দ্বে খার্য্যৌ প্রমাণমস্য—দ্বিখারম্, দ্বিখারি; অর্দ্ধং খার্য্যাঃ—অর্দ্ধখারম্, অর্দ্ধখারি।

১৭। **অক্ষ্ণোঽদর্শনাৎ**—অক্ষি শব্দগী মথাদা টচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—গবামক্ষীব—গবাক্ষঃ (থোংনাও)। চক্ষু (মীৎ) খংনবদদি ওইরোই। খুদম—বালকস্য অক্ষি বালকাক্ষি (অঙাংগী মমিৎ)।

১৮। **বৃদ্ধমহজ্জাতেভ্য উক্ষ্ণঃ**—বৃদ্ধ, মহৎ অমসুং জাত শব্দগী মথাদা লৈরিবা উক্ষন্ শব্দগী মথাদা টচ্ প্রত্যয় তোই। খুদম—বৃদ্ধঃ উক্ষা—বৃদ্ধোক্ষঃ (অহনুরবা বণ লাবা); মহান্ উক্ষা—মহোক্ষঃ (অচৌবা বণ লাবা); জাতঃ উক্ষা—জাতোক্ষঃ (নহা ওইরিবা বণ লাবা)।

১৯। **নিঃশ্রেয়সপুরুষায়ুষম্**—নিঃশ্রেয়স অমসুং পুরুষায়ুষ শব্দ অনিসি নিপা-তনদা থোকই। খুদম—নিশ্চিতং শ্রেয়ঃ—নিঃশ্রেয়সম্ (অফবা মঙ্গল), পুরুষস্যায়ুঃ—পুরুষায়ুষম্ (নুপাগী পুন্সি)।

২০। **কুক্কুট্যাদীনামণ্ডাদিষু পুংবদ্ভাবো বক্তব্যঃ**—অণ্ড-নচিংবা শব্দনা মথাদা লৈরবদা কুক্কুটানচিংবগী পুংবদ্ভাব ওই। খুদম—কুক্কুট্যাঃ অণ্ডম্—কুক্কুটাণ্ডম্ (য়েনগী মরূম), হংস্যা অণ্ডং—হংসাণ্ডম্, কুক্কুট্যাঃ শাবঃ—কুক্কুটশাবঃ (য়েনমাউ), হংস্যাঃ শাবঃ—হংসশাবঃ, মৃগ্যাঃ ক্ষীরং—মৃগক্ষীরম্ (শজি মথোম)।

২১। **দ্বিত্রিভ্যামঞ্জলেঃ**—দ্বিগু সমাসতা দ্বি নত্রগা ত্রি শব্দগী মথাদা অঞ্জলি শব্দ লৈরবদা মহাক্কী মথাদা বিকল্প ওইনা টচ্ (অ) তোই। তোইগুম্বসুং তদ্ধিতকী লোপ ওইরবদি ওইরোই। খুদম—দ্বৌ অঞ্জলী সমাহৃতৌ—দ্ব্যঞ্জলম্, অসিগুম্না ত্র্যঞ্জলম্। দ্বিগু নত্তবা সমাসতদি টচ্ তৌরোই। খুদম—দ্বয়োঃ অঞ্জলিঃ—দ্ব্যঞ্জলিঃ ষষ্ঠী তৎপুরুষনি। তদ্ধিতকী লোপ ওইদ্রবদি টচ্ তৌররোই, খুদম—দ্বাভ্যামঞ্জলিভ্যাং ক্রীতঃ—দ্ব্যঞ্জলিঃ।

২২। **ব্রহ্মণো জানপদাখ্যায়াম্**—তৎপুরুষ সমাসতা করিগুম্বা দেশ অমা খংনবা শব্দগী মথাদা লৈরিবা ব্রহ্মন্ শব্দগী মথাদা টচ্ তোই, মতম অদুদা অদুগুম্বা দেশ অদুগী ব্রাহ্মণ খংগদবনি। খুদম—সুরাষ্ট্রেষু ব্রহ্মা—সুরাষ্ট্রব্রহ্মঃ। অসিগুম্না অবন্তিব্রহ্মঃ (অবন্তি দেশকী ব্রাহ্মণ)।

২৩। **কুমহদ্ভ্যামন্যতরস্যাম্**—কু অমসুং মহৎ শব্দগী মথাদা ব্রহ্মন্ লৈরবদা মহাক্কী মথাদা বিকল্প ওইনা টচ্ (অ) তোই। খুদম—কুব্রহ্মঃ নত্রগা কুব্রহ্মা ব্রহ্মন্ হায়বসি ব্রাহ্মণগী প্রতিবাক্যনি।

২৪। **আন্মহতঃ সমানাধিকরণ-জাতীয়য়োঃ**—মহৎ শব্দগী অরোইবা শরক্কী মফমদা (হায়বদি ত্ গী মফমদা) আ ওই, মতম অদুদা মথাগী পদ অদুগা বিভক্তি অমত্তা ওইনা লৈরবদা নত্রগা জাতীয় শব্দনা মথাদা লৈরবদা। খুদম—মহান্ দেবঃ—মহাদেবঃ, মহান্ জাতীয়ঃ—মহাজাতীয়ঃ। বহুব্রীহি সমাসতসু মথাগী পদ অদুগা বিভক্তি মান্নরবদা মহা আদেশ ওইগনি। খুদম—মহান্ জলাশয়ঃ যস্মিন্ সঃ মহাজলাশয়ো গ্রামঃ। তোইগুম্বসুং মথাগী পদগা বিভক্তি অমত্তা ওইদ্রবদি মহা ওইরোই। খুদম—মহতঃ সেবা—মহৎসেবা।

২৫। **দ্ব্যষ্টনঃ সংখ্যায়ামবহুব্রীহ্যশীত্যোঃ**—দ্বি শব্দ অমসুং অষ্টন্ শব্দগী মমৈথংবা ময়েক্কী মফমদা আ ওই, মতম অদুদা অতোপ্পা মশীং খংনবা শব্দ অমনা মথোয়দুগী মথাদা লৈরবদা, তোইগুম্বসুং বহুব্রীহি সমাসতা নত্রগা অশীতি শব্দনা মথাদা লৈরবদা আ ওইরোই। খুদম—দ্বৌ চ দশ চ, নত্রগা দ্ব্যধিক দশ = দ্বাদশ, দ্ব্যধিকা বিংশতিঃ—দ্বাবিংশতিঃ, অষ্টাধিকা দশ—অষ্টাদশ, অষ্টাবিংশতিঃ, অষ্টাত্রিংশৎ। অশীতি-না মথাদা লৈরবদি ওইরোই। খুদম—দ্ব্যশীতিঃ। বহুব্রীহি সমাসতসু ওইরোই। খুদম—দ্বে বা ত্রীণি বা যেষাং তে—দ্বিত্রাঃ, ত্রিচতুরাঃ (অহুম নত্রগা মরি)।

**প্রাক্ শতাদিতি বক্তব্যম্**—চামা ফাওবগী মথক্তা লৈবা মণীং পুন্নমক্তা নিয়ম অসি চৎকনি। খুদম—দ্বিশতম্, ত্রিসহস্রম্, অষ্টশতম্, অষ্টসহস্রম্ (মসিদা আ ওইদ্রে)।

২৬। **ত্রেস্ত্রয়ঃ**—ত্রি শব্দগী মযক্সদা ত্রয়ঃ ওই, মতমদুদা মহাক্কী মথাদা অতোপ্পা মণীং খংনবা শব্দ অমা লৈরবদা ; তৌইগুরুসুং বহুব্রীহি সমাসতা নত্রগা অশীতি শব্দনা মথাদা লৈরবদি ওইরোই। খুদম—ত্র্যধিকা দশ—ত্রয়োদশ, অসিগুম্না ত্রয়োবিংশতিঃ, ত্রয়স্ত্রিংশৎ। বহুব্রীহিদদি—ত্রিয়ো দশাঃ যেষাং তে ত্রিদশা দেবাঃ। অশীতিনা মথাদা লৈরবদা—ত্র্যশীতিঃ। শতগী মথাদদি—ত্রিশতম্, ত্রিসহস্রম্।

২৭। **বিভাষা চত্বারিংশৎপ্রভৃতৌ সর্বেষাম্**—দ্বি অমদি অষ্টন্ শব্দগী মমেথংবা ময়েক্কী মযক্সদা বিকল্প ওইনা আ ওই, অমসুং ত্রি শব্দগী মযক্সদা বিকল্প ওইনা ত্রয়স্ ওই, মতমদুদা চত্বারিংশৎ, পঞ্চাশৎ, ষষ্টি, সপ্ততি নত্রগা নবতি শব্দনা মথাদা লৈরবদা। খুদম—দ্বিচত্বারিংশৎ নত্রগা দ্বাচত্বারিংশৎ, ত্রিপঞ্চাশৎ নত্রগা ত্রয়ঃপঞ্চাশৎ, অষ্টষষ্টিঃ নত্রগা অষ্টাষষ্টিঃ। শতগী মথক থংবা মণীং ফাওবা নিয়ম অসি চৎকনি। অসিদগী তোঙানবদি—দ্বিশতম্, অষ্টশতম্, ত্রিসহস্রম্। অসুম্না লৈগনি।

২৮। **একাদিশ্চৈকস্য চাদুক্**—এক শব্দগী মথাদা ন লৈরবদি এক শব্দগী মথাদা অদুক্ (অদ্) আগম ওই। খুদম—একেন ন বিংশতিঃ একান্নবিংশতিঃ। একান্নত্রিংশৎ।

## তৎপুরুষ সমাসান্তগী লিঙ্গনির্ণয়

১। **পরবল্লিঙ্গং দ্বন্দ্বতৎপুরুষয়োঃ**—দ্বন্দ্ব অমদি তৎপুরুষ সমাসতা মমেথংবা পদদা লৈবা লিঙ্গ অদু সমাস তৌরিবা পদ পুন্নমক্তা ওইগনি। খুদম—কুক্কুটশ্চ ময়ূরীচ—কুক্কুটময়ূর্যৌ ইমে, ময়ূরীচ কুক্কুটশ্চ ময়ূরীকুক্কুটৌ ইমৌ। মসিনা দ্বন্দ্বনি। অর্দ্ধং পিপ্পল্যাঃ অর্দ্ধপিপ্পলী ; পূর্বং কায়স্য—পূর্বকায়ঃ, চেষ্টয়া কৃতঃ চেষ্টাকৃতঃ। মসিনা তৎপুরুষনি।

**দ্বিগু-প্রাপ্তাপন্নালং-পূর্ব-গতি-সমাসেষু প্রতিষেধো বাচ্যঃ**—তৌইগুরুসুং দ্বিগু সমাসতা অমসুং প্রাপ্ত, আপন্ন, অলং শব্দগা লোয়ননা সমাস তৌরবদা অমদি গতি নত্রগা প্রাদি সমাসতা মথক্তা হায়রিবা নিয়ম অসি চৎলোই। খুদম—পঞ্চসু কপালেষু সংস্কৃতঃ পুরোডাশঃ—পঞ্চকপালঃ, প্রাপ্তঃ জীবিকাম্—প্রাপ্তজীবিকঃ; অসিগুম্না আপন্নজীবিকঃ; অলং জীবিকায়ৈ—অলংজীবিকঃ; অলং কুমার্যৈ—অলংকুমারি ; নির্বারাণসিঃ।

২। **পূর্ববদ্ অশ্ববড়বয়োঃ**—অশ্ব পদগা লোয়ননা বড়ব শব্দগী সমাসতা অহানবা পদগী লিঙ্গ ওই। খুদম—অশ্বশ্চ বড়বা চ অশ্ববড়বৌ।

৩। **রাত্রাহ্নাহাঃ পুংসি**—রাত্র, অহ্ন অমসুং অহভাগান্ত, দ্বন্দ্ব অমদি তৎপুরুষ মখোয়সি পুংলিঙ্গ ওই। খুদম—রাত্রেঃ পূর্বভাগঃ—পূর্বরাত্রঃ, অহোরাত্রঃ, পূর্বাহ্ণঃ, মধ্যাহ্নঃ, দ্ব্যহ্নঃ। তৌইগুরুসুং সংখ্যাপূর্বং রাত্রং ক্লীবম্—সংখ্যাবাচক শব্দনা মথক্তা লৈরবদি রাত্র শব্দদু ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—দ্বিরাত্রম্, ত্রিরাত্রম্।

৪। **পুণ্যসুদিনাভ্যামহ্নঃ**—পুণ্য অমসুং সুদিনগী মথাদা অহন্ লৈরবদি অহন্ শব্দ ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—পুণ্যাহম্, সুদিনাহম্।

৫। **অপথং নপুংসকম্**—তৎপুরুষ সমাসতা অপথ শব্দ ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—অপথম্ (যক্তবা লম্বী)।

**পথঃ সংখ্যাব্যয়াদেঃ**—সংখ্যাবাচক শব্দ নত্রগা অব্যয় শব্দগী মথাদা (অ) প্রত্যয়ান্ত পথিন্ শব্দগী থোকপা পথ অদু ক্লীবলিঙ্গ ওই। মতুঙ্দি—ত্রয়াণাং পন্থাঃ ত্রিপথম্, চতুর্ণাম্ পন্থাঃ চতুষ্পথম্, অব্যয়গী মথাদা লৈবগী খুদম—বিপথম্, সুপথম্।

৬। **স নপুংসকম্**—সমাহারদা দ্বিগু অমসুং দ্বন্দ্ব নপুংসক লিঙ্গ ওই। খুদম—পঞ্চানাং গবাং সমাহারঃ—পঞ্চগবম্, পাণিপাদম্ ; তৌইগুবসুং অকারনা মমৈথংবা দ্বিগু সমাসতি স্ত্রীলিঙ্গ ওই। খুদম—পঞ্চমূলী, ত্রিলোকী। পাত্রনচিংবগীদি স্ত্রীলিঙ্গ ওইদে। খুদম—পঞ্চপাত্রম্ (দ্বিগু সমাসতা য়েংউ)।

**আবন্তো বা**—দ্বিগুগী মমৈথংবা পদ অদু করিগুম্বা অকারান্ত স্ত্রীলিঙ্গ ওইরবা অদু ওইরবদি বিকল্প ওইনা স্ত্রীলিঙ্গদা ঈপ্ তোই। খুদম—পঞ্চখট্টি, পঞ্চখট্টম্। অন্ ভাগান্ত ওইরবসু বিকল্প ওইনা ঈপ্ তোই। খুদম—পঞ্চতক্ষম্, পঞ্চতক্ষী।

৭। **ছায়া বাহুল্যে**—মথক থংবা পদগী অর্থদু ময়াম থংলবদা ছায়া শব্দ ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—ইক্ষূণাং ছায়া ইক্ষুচ্ছায়ম্ ; লতানাং ছায়া লতাচ্ছায়ম্; অসিদগী তোঙানবদি—বৃক্ষস্য ছায়া বৃক্ষচ্ছায়া।

৮। **সভা রাজাঽমনুষ্যপূর্বা**—রাজন্ শব্দদি নত্তবা রাজাগী অর্থ হায়বা শব্দনা মথক্তা লৈরবদা অমসুং অমনুষ্য (মীওইবগী অর্থ হায়দবা) শব্দনা মথক্তা লৈরবদা সভা শব্দ ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—নৃপসভম্, ঈশ্বরসভম্, ইনসভম্ (নিংথৌগী সভা), তৌইগুবসুং রাজন্ শব্দনা মথক্তা লৈরবদি ওইরোই। খুদম—রাজসভা, চন্দ্রগুপ্তসভা।

অমনুষ্য—খুদম—রক্ষসভম্, পিশাচসভম্, তৌইগুবসুং মনুষ্যগীদি—মনুষ্যসভা।

৯। **অশালা চ**—সভা শব্দগী অর্থনা শালা ওইদ্রবদি সভা অদু ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—স্ত্রীণাং সভা স্ত্রীসভম্ (সমূহঃ ইত্যর্থঃ); শিশুসভম্ ; তৌইগুবসুং শালা অর্থগী খুদম—ধর্মসভা (ধর্মশালা), হরিসভা (হরিশালা)।

১০। **বিভাষা-সেনা-সুরা-ছায়া-শালা-নিশানাম্**—তৎপুরুষ সমাসতা সেনা, সুরা, ছায়া, শালা, নিশা শব্দনা মথাগী পদদা লৈরবদা মথোয় অসি বিকল্প ওইনা ক্লীবলিঙ্গ ওই। খুদম—ব্রাহ্মণসেনা ব্রাহ্মণসেনম্, যবসুরা যবসুরম্, তরুচ্ছায়া তরুচ্ছায়ম্ (তরোঃ ছায়া নত্রগা তর্বোচ্ছায়া), গোশালম্ গোশালা, শ্বনিশম্ শ্বনিশা। কর্মধারয় অমদি নঞ্ তৎপুরুষতা স্ত্রীলিঙ্গ ওইরোই ; খুদম—সাধুসেনা, পরমসেনা, অসেনা।

## বহুব্রীহি সমাস

১। **অন্যপদার্থপ্রধানো বহুব্রীহিঃ**—অদুম অদুনা সমাস তৌরিবা পদশিং অদুগী অর্থ অদু মরু ওইনা থংদনা মথোয়না লক্ষ্য (তম্বিবা) তৌবা অতোপ্পা পদগী অর্থ অদুনা মরু ওইনা থংবা অদুবু বহুব্রীহি সমাস কৌই। খুদম—দীর্ঘবাহুঃ, বহুধনঃ। দীর্ঘবাহু, বহুধন হায়বা পদশিং অসিগী অর্থ অসি মরুওইনা থংদনা দীর্ঘবাহু অমসুং বহুধন-নত্তিনবা মীশক অদুবু থংই অদুনা মসি বহুব্রীহিনি।

২। **অনেকমন্যপদার্থে**—অনেকং প্রথমান্তম্ অন্যস্য পদস্য অর্থে বর্ত্তমানং বা সমস্যতে স বহুব্রীহিঃ।

অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা প্রথমান্ত পদ অদুনা ইতোপ তোপ্পা অহমত্তবা পদগী অর্থ অদু মরু ওইবা মওংদা থংলিবা অদুবু বহুব্রীহি সমাস কৌই। খুদম—পীতম্

অম্বরং যস্য স পীতাম্বরো (হরিঃ)। মফমসিদা পীত অমসুং অম্বর (বস্ত্র) মখোয় অসিগী অর্থ খংদনা পীতবস্ত্র শেংপা হরিবু খংই। মফম অসিদা প্রথমান্ত পদ অনি হায়বদি— পীত অমসুং অম্বরনা অতোপ্পা (তৃতীয়) পদগী অর্থবু (হরিবু) খংহল্লি।

অনি নত্রগা অনিদগী অহেনবা প্রথমান্ত পদ হায়রুবগী মরম করিনো ? য়েংউ— সুলভং বল্কলং বাসঃ যস্য সঃ—সুলভবল্কলবাসাঃ, অসিগুম্বা দুর্লভক্ষৌমবস্ত্রেণ, সুসূক্ষ্মজটকেশেন অসিনচিংবা মফমদা প্রথমান্ত পদ অহুম, মরিদসু সমাস তৌই অদুনা অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা হায়রুবনি।

মফম অসিদা অন্যপদগী অর্থ হায়রি, অদুগুম্বা অন্য (তৃতীয়) পদ অসি বহুব্রীহি সমাসতা অপ্রথমান্ত (প্রথমান্ত নত্তবা) ওইগদবনি হায়বসি খংগদবনি। খুদম— প্রাপ্তমুদকং যং—প্রপ্তোদকঃ (গ্রামঃ), কৃতং কর্ম্ম যেন সঃ—কৃতকর্ম্মা (পুরুষঃ), দত্তং ধনং যস্মৈ স—দত্তধনঃ (দরিদ্রঃ), উদ্ধৃতম্ উদকং যস্মাৎ স—উদ্ধৃতোদকঃ (কূপঃ), খর্ব্বা আকৃতির্যস্য স—খর্ব্বাকৃতিঃ (জনঃ), বীরাঃ পুরুষাঃ যস্মিন্ স বীরপুরুষঃ (গ্রামঃ)। য়েংউ—যম্, যেন, যস্মৈ, যস্মাৎ, যস্য, যস্মিন্ হায়বা মফম পুম্নমক অসিদা প্রথমান্ত ওইদ্রে। প্রথমান্ত ওইরবদি বহুব্রীহিঃ সমাস ওইদে, খুদম—বৃষ্টে দেবে গতঃ। গতঃ শব্দ অসি প্রথমান্ত ওইরবদা সমাস তৌদ্রে।

বহুব্রীহিদা অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা অয়াম্বা পদ ওই হায়রিবা মখোয় অদু সমানাধিকরণ, হায়বদি বিভক্তি চপমান্নবা ওই হায়বসি খংগদবনি। খুদম—প্রাপ্তম্ উদকম্ যং প্রপ্তোদকঃ গ্রামঃ। প্রাপ্তম্ অমসুং উদকম্ অসি সমানাধিকরণ, (বিভক্তি চপমান্নবা) নত্রগা বিশেষ্য বিশেষণ ভাব ফংই।

৩। **ব্যধিকরণানাং ন**—পাণিনিগী মতদা ব্যধিকরণ বহুব্রীহি, হায়বদি সমানাধিকরণ নত্তবা অসিগুম্বা পদদা বহুব্রীহি ওইদে। খুদম—পঞ্চভির্ভুক্তমস্য—হায়বসিদা সমাস তৌদে। তৌইগুম্বসুং মখাদা ''সপ্তমী বিশেষণে বহুব্রীহৌ,'' সূত্র অসি হায়রবদা হায়বদি সপ্তম্যন্ত পদ নত্রগা বিশেষণ পদনা মখক্তা লৈগদবনি হায়রবদা, খুদম—ধর্ম্মে মতি র্যস্য স—ধর্ম্মমতিঃ—অসিগুম্বা ব্যধিকরণ বহুব্রীহি ওই। অদু ওইরবদি মহাক্কী মতদা উংলিবা অয়াম্বা মফমদসু ব্যধিকরণ বহুব্রীহি ওই হায়বসি খংগদবনি।

৪। **প্রাদিভ্যো ধাতুজস্য বাচ্যো বা চোত্তরপদলোপঃ**—প্র-নচিংবা উপসর্গগী মখাদা মতম অদুদা করিগুম্বা ধাতুদগী পোকপা (ক্ত-নচিংবা প্রত্যয়না মমৈথংবা) পদ লৈরবদি অদুগুম্বা ধাতুদগী পোকপা পদগী (ক্ত প্রত্যয়ান্ত পদগী) বিকল্প ওইনা লোপ ওই। খুদম— প্রপতিতং পর্ণমস্য প্রপর্ণঃ নত্রগা প্রপতিতপর্ণঃ (বৃক্ষঃ)। বিগতং মুখং যস্য বিমুখঃ নত্রগা বিগতমুখঃ। প্রমাণ—'মমৈতে পুত্রাঃ শাস্ত্রবিমুখাঃ বিবেকরহিতাশ্চ'—পঞ্চতন্ত্রম্।

৫। **নঞোঽস্ত্যর্থানাং বাচ্যো বা চোত্তরপদলোপঃ**—নঞ্গী মখাদা অস্তি (লৈবা) অর্থ খংনবা (বিদ্যমান, বর্ত্তমান-নচিংবা) শব্দ লৈরবদা অসিগুম্বা বিদ্যমান-নচিংবগী বিকল্প ওইনা লোপ ওই। খুদম—অবিদ্যমানঃ পুত্রো যস্য সঃ অপুত্রঃ নত্রগা অবিদ্যমান পুত্রঃ, অবর্ত্তমানা ভার্য্যা যস্য সঃ—অভার্য্যঃ নত্রগা অবর্ত্তমানভার্য্যঃ।

৬। **সংখ্যয়াব্যয়াসন্নাদূরাধিকসংখ্যাঃ সংখ্যেয়ে**—সংখ্যাবাচক পদগা লোয়ননা অব্যয়, আসন্ন, অদূর, অধিক অমদি সংখ্যাবাচক-কী বহুব্রীহি সমাস তৌই, মতমদুদা মদুবু সংখ্যেয় (মশীং থীগদবা পোৎতুবু) খংগদবনি। খুদম,অব্যয়—দশানাং সমীপে যে সন্তি উপদশাঃ (উপদশান্ +অ) (৯ নত্রগা ১১)।

আসন্ন—বিংশতেরাসন্নাঃ যে স্থিতাঃ আসন্নবিংশাঃ (১৯ নত্রগা ২১)।

অদূর—ত্রিংশতোঽদূরে যে স্থিতাঃ অদূরত্রিংশাঃ (২৯ নত্রগা ৩১)।

অধিক—চত্বারিংশতোঽধিকা যে স্থিতাঃ অধিকচত্বারিংশাঃ (নিপুমাথোই)।

সংখ্যাবাচক—দ্বৌ বা ত্রয়োবা যেষাং তে দ্বিত্রাঃ (অনি নত্রগা অহুম), পঞ্চ ষট্ বা যেষাং তে পঞ্চষাঃ (মঙা নত্রগা তরুক), সপ্ত অষ্ট বা যেষাং তে সপ্তাষ্টাঃ (তরেৎ নত্রগা নিপাল), বহু অমসুং গণ শব্দগী মথাদা অ প্রত্যয় তৌরোই, বহুনাং সমীপে যে স্থিতা উপবহুবঃ (উপবহাঃ ওইদে) অসিগুম্না উপগণাঃ।

৭। দিঙ্নামান্যন্তরালে—অন্তরাল (মরক, লোম্নবা) খংবদা মাইকৈ অর্থ খংবা পূর্ব-নচিংবা শব্দগী বহুব্রীহি সমাস তৌই। খুদম—দক্ষিণস্যাঃ পূর্বস্যাশ্চ দিশোরন্তরালং দক্ষিণপূর্বা (খা-নোংপোক লোম্নবা লম), পূর্বস্যা উত্তরস্যাশ্চ দিশোরন্তরালং পূর্বোত্তরা (অৱাং-নোংপোক লোম্নবা লম), উত্তরস্যাঃ পশ্চিমায়াশ্চ দিশোরন্তরালম্ উত্তরপশ্চিমা (অৱাং-নোংচুপ লোম্নবা লম)।

৮। তেন সহেতি তুল্যযোগে—তৃতীয়ান্ত পদগা লোয়নননা সহ শব্দগী সমাস তৌই।

৯। বোপসর্জনস্য—বহুব্রীহি সমাসতা সহ শব্দগী মফমদা বিকল্প ওইনা স ওই। খুদম—পুত্রেণ সহ সপুত্রঃ, সহপুত্রঃ; অনুজেন সহ সানুজঃ, সহানুজঃ; বান্ধবেন সহ সবান্ধবঃ, সহবান্ধবঃ; ভৃত্যেন সহ সভৃত্যঃ, সহভৃত্যঃ (মনাই অমগা লোয়নরিবা)।

১০। তত্র তেনেদম্ ইতি সরূপে—মহে-মহে লান তৌনবা খংবদা মশক মান্নবা তৃতীয়ান্ত অমদি সপ্তম্যন্ত পদগী বহুব্রীহি সমাস তৌই।

১১। পূর্বপদস্য দীর্ঘঃ—কর্মব্যতিহার (মহে-মহে অমগা অমগা লান তৌনবা) সমাস তৌরবদা মথক্কী শব্দগী মমৈথংবা স্বর অদু দীর্ঘ ওই।

১২। ইচ্ কর্মব্যতিহারে—কর্মব্যতিহার সমাস তৌরবদা মথাগী পদগী মথাদা ইচ্ প্রত্যয় তৌই, ইচ্-কী চ অদু ইৎ ওইগনি ; অদুগা সমাস তৌরগা থোকপা পদদু অব্যয় ওই ; ইচ্-না মথাদা লৈরবদা মমৈথংবা উবর্ণগী গুণ ওই। খুদম—কেশেষু কেশেষু গৃহীত্বেদং যুদ্ধং প্রবৃত্তং—কেশাকেশি (মশমগা মশমগা পায়নদুনা মহে-মহে তৌনবা লান); দণ্ডৈশ্চ দণ্ডৈশ্চ প্রহৃত্যেদং যুদ্ধং প্রবৃত্তং—দণ্ডাদণ্ডি (চৈগা-চৈগা পায়দুনা তৌবা লান) অসিগুম্না মুষ্টীমুষ্টি, বাহুবাহবি (১), অস্যাসি (থাংগা থাংগা পায়দুনা তৌবা লান )।

১৩। স্ত্রিয়াঃ পুংবদ্ভাষিতপুংস্কাদনূঙ্ সমানাধিকরণে স্ত্রিয়াম্ অপূরণীপ্রিয়াদিষু—বহুব্রীহি সমাসতা স্ত্রীলিঙ্গ শব্দনা মথাদা লৈরবদা সমানাধিকরণ হায়বদি বিভক্তি অমত্তা ওইবা ভাষিত-পুংস্ক স্ত্রীলিঙ্গ শব্দগী (অদুগুম্না অয়াম্বা স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা শব্দগী চপমান্নবা মূর্তিদা পুংলিঙ্গদা লৈবা, খুদম—স্ত্রীলিঙ্গ ওইবা চিত্রা পুংলিঙ্গ চিত্রঃ) পুংলিঙ্গগী মশক ওই, তৌইগুম্নসুং পূর্ব পদদা উঙ্ প্রত্যয় লৈরবদি ওইরোই, নত্রগা মথাগী পদ অদু পূরণবাচক (মপুং ফাবা অর্থ খংনবা) শব্দ লৈরবদি ওইরোই ; নত্রগা মথাগী পদদু প্রিয়-নচিংবা

---

(১) বোপদেবগী মতদা মথক থংবা পদগী মমৈথংবা স্বরগী মফমদা বিকল্প ওইনা আ ওই। খুদম—মুষ্টামুষ্টি, মুষ্টীমুষ্টি, বাহাবাহবি; বাহুবাহবি। স্বরবর্ণনা মথাদা লৈরবদি ওইরোই। খুদম—অস্যাসি।

শব্দনা লৈরবদি ওইরোই। খুদম, ভাষিতপুংস্ক—চিত্রা গাবঃ যস্য সঃ চিত্রগুঃ, রূপবতী ভার্য্যা যস্য স রূপবদ্ভার্য্যঃ, মহতী মতির্যস্য স মহামতিঃ, স্থিরা বুদ্ধির্যস্য সঃ স্থিরবুদ্ধিঃ, দ্রুতগ্ন চূড়া যস্য সঃ দ্রুতচূড়ঃ, সুন্দরী আকৃতির্যস্য সঃ সুন্দরাকৃতিঃ।

ভাষিতপুংস্ক ওইদ্রবদি ওইরোই—খট্টা ভার্য্যা যস্য স খট্টাভার্য্যঃ, গঙ্গা ভার্য্যা যস্য সঃ গঙ্গাভার্য্য।

মশাক মাম্নবা পুংলিঙ্গ চংপা শব্দ নত্রবদি ওইরোই—দ্রোণীভার্য্যঃ। দ্রোণ হায়রগা মহাক্তুবু খংই অদুগা দ্রোণী হায়বসিনদি মহাক্তু খংদ্রে।

ঊঙ্ প্রত্যয়গীদি ওইরোই—বামোরূঃ ভার্য্যা অস্য বামোরূভার্য্যঃ, অসিগুম্না ব্রহ্মবন্ধুভার্য্যঃ।

সমানাধিকরণ ওইদ্রবদি ওইরোই—কল্যাণ্যাঃ মাতা কল্যাণীমাতা ; সুন্দর্য্যাঃ পতিঃ সুন্দরীপতিঃ। কল্যাণ্যাঃ অমদি মাতা সমানাধিকরণ নত্তে মরম অসিদগী পুংলিঙ্গগী মশাক ওইবা 'কল্যাণ' হায়বসি ওইদ্রে।

স্ত্রীলিঙ্গ শব্দনা মথাদা লৈত্রবদি ওইরোই—কল্যাণী প্রধানং যস্য সঃ কল্যাণীপ্রধানঃ। প্রধানং হায়বা স্ত্রীলিঙ্গ শব্দ নত্তবনা মথাদা লৈবনা মরম ওইদুনা কল্যাণী শব্দগী মশাক অসি পুংলিঙ্গগী মশাক ওইদ্রে।

পুরণ বাচক্কী ওইরোই—কল্যাণী পঞ্চমী যাসাং তাঃ কল্যাণীপঞ্চমাঃ (রাত্রয়ঃ)। ('পঞ্চমী') অসি পুরণ বাচকনি।

প্রিয়াদি (১) (প্রিয়া-নচিংবনা) মথাগী পদ ওইনা লৈরবদা ওইরোই—শোভনা প্রিয়া যস্য সঃ—শোভনাপ্রিয়ঃ, সুলোচনা কান্তা অস্য—সুলোচনাকান্তঃ।

১৪। **ন কোপধায়াঃ**—অদুগুম্না স্ত্রীলিঙ্গ শব্দগী উপধাগী মফমদা ক (তদ্ধিত নত্রগা অক প্রত্যয়গী ক) লৈরবদি মহাক অদুগী পুংবদ্ভাব ওইরোই। খুদম—রসিকা ভার্য্যা অস্য—রসিকাভার্য্যঃ (রস খংবী নুপীনা মহাক্কী ওইবী নুপা), পাচিকা ভার্য্যা অস্য—পাচিকাভার্য্যঃ। অসিদগী অতোপ্পদদি ওইগনি। খুদম—একা ভার্য্যা যস্য—একভার্য্যঃ।

১৫। **সংজ্ঞাপূরণ্যোশ্চ**—সংজ্ঞাবাচক অমদি পূরণবাচক (মপুং ফংবা মশীং খংনবা) স্ত্রীলিঙ্গ শব্দগী পুংবদ্ভাব ওইরোই। সংজ্ঞাবাচক—দত্তা ভার্য্যা অস্য—দত্তাভার্য্যঃ(দত্তা কৌবী নুপীনা মহাক্কী ওইবী কনাগুম্না নুপা অমা), পূরণবাচক—দ্বিতীয়াভার্য্যঃ, তৃতীয়াভার্য্যঃ, পঞ্চমীভার্য্যঃ।

১৬। **স্বাঙ্গাচ্চেতঃ**—স্বাঙ্গবাচক (মশাগী অঙ্গ খংনবা) দীর্ঘ ঈকারনা মমৈথংবা স্ত্রীলিঙ্গ চংপা শব্দগী পুংবদ্ভাব ওইরোই। খুদম—সুকেশী ভার্য্যাস্য—সুকেশীভার্য্যঃ, কৃশাঙ্গী ভার্য্যাস্য—কৃশাঙ্গীভার্য্যঃ। স্বাঙ্গ ওইদ্রবদি—পটুভার্য্যঃ। দীর্ঘ ঈকারান্ত ওইদ্রবদি—অকেশাভার্য্যঃ।

১৭। **জাতেশ্চ**—জাতি বাচক স্ত্রীলিঙ্গ শব্দগী পুংবদ্ভাব ওইরোই। খুদম—ব্রাহ্মণী ভার্য্যা অস্য—ব্রাহ্মণীভার্য্যঃ ; শূদ্রাভার্য্যঃ, ক্ষত্রিয়াভার্য্যঃ।

---

(১) প্রিয়ানচিংবা কাংলুপ—প্রিয়া, মনোজ্ঞা, কল্যাণী, সুভগা, দুর্ভগা, সচিবা, স্বা, কান্তা, ক্ষান্তা, সমা, চপলা, বামনা, ভক্তি, তনয়া, দুহিতা অসিনচিংবা।

১৮। **অপ্‌পূরণী প্রমাণ্যোঃ**—বহুব্রীহি সমাসতা পূরণবাচক স্ত্রীলিঙ্গ চৎপা পূরণী অমসুং প্রমাণী শব্দগী মথাদা অপ্ প্রত্যয় তৌই ; প্ হৎ ওইথিনি অ লৈহৌগনি। খুদম—কল্যাণী পঞ্চমী যাসাং রাত্রীণাং তাঃ—কল্যাণীপঞ্চমারাত্রয়ঃ (১) (রাত্রিশিংদুগী মনুংদা অথোইবী মঙাশুবী রাত্রিনা মথোয়গী ওইবী অহিংশিং), স্ত্রী প্রমাণী যেষাং তে—স্ত্রীপ্রমাণাঃ কুটুম্বিনঃ (মথোয়দুগী মনুংদা নুপীনা প্রমাণ ওইবা শাগেশিং)।

১৯। **নদ্যূতশ্চ**—নদী সংজ্ঞক অমসুং ঋকারান্ত শব্দগী মথাদা কপ্ তৌই। খুদম—মৃতা পত্নী যস্য সঃ—মৃতাপত্নীকঃ, বহ্ব্যঃ কুমার্য্যঃ যস্মিন্ স—বহুকুমারীকঃ (দেশ), অসিগুম্না বহুবধূকঃ—মথোয়শিংসি নদীসংজ্ঞকনি। বহবঃ কর্ত্তারঃ যস্মিন্ স—বহুকর্ত্তৃকঃ দেশঃ। অসিগুম্না নদীমাতৃকঃ, দেবমাতৃকঃ, সুভ্রাতৃকঃ, বহুভ্রাতৃকঃ, মৃতঃ ভর্ত্তা যস্যাঃ সা—মৃতভর্ত্তৃকা (মপুরোইবা শিখ্রবী নুপী) মথোয়শিংসি ঋকারান্ত শব্দনি।

২০। **কেঃণঃ**—ক প্রত্যয়না মথাদা লৈরবদা আকারান্ত, ঈকারান্ত অমদি ঊকারান্ত শব্দগী দীর্ঘস্বর অদু হ্রস্ব ওই। খুদম—কুমারিকা, কিশোরিকা, বধূকা, ব্রহ্মবন্ধুকা। আ, ঈ, ঊ-না মমৈদা লৈত্রবদি ওইরোই ; খুদম—নৌকা। তৌইগুম্বসুং 'রাকা'গী আকার অদু হ্রস্ব ওইরোই।

২১। **ন কপি**—তৌইগুম্বসুং বহুব্রীহি সমাসতা তৌবা কপ্ প্রত্যয় অদুনা মথাদা লৈরবদা আ, ঈ, ঊ-গী হ্রস্ব ওইরোই। খুদম—বহুকুমারীকঃ, সপত্নীকঃ, সলক্ষ্মীকঃ, বহুবধূকঃ।

২২। **নঞ্‌-সু-বি-ভ্যোপেভ্যশ্চতুরঃ**—নঞ্, সু, বি, ত্রি, উপ হায়বা মথোয়সিগী মথাদা লৈরিবা চতুর্ শব্দগী মথাদা অপ্ তৌই। খুদম—অবিদ্যমানানি চত্বার্য্যস্য—অচতুরঃ—মরিথক য়াওদবা (লৈতবা)। সুচতুরঃ—মরিথক যম্বা ; বিচতুরঃ (মরিথক চংথিবা); ত্রিচতুরঃ, উপচতুরঃ (মরিগা নকশিন্নবা)।

২৩। **নেতুর্নক্ষত্রে অব্ বক্তব্যঃ**—নক্ষত্র খংনবা শব্দগী মথাদা লৈরিবা নেতৃ শব্দগী মথাদা অপ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—মৃগনেত্রাঃ, পুষ্যনেত্রাঃ রাত্রয়ঃ।

২৪। **নাভেঃ সংজ্ঞায়াম্**—সংজ্ঞা খংহনবদা নাভি শব্দগী মথাদা অপ্ তৌই। খুদম—ঊর্ণনাভঃ, পদ্মনাভঃ, অজ্ঞনাভঃ।

২৫। **অন্তর্বহির্ভ্যাঞ্চ লোম্নঃ**—অন্তর্ অমসুং বহিস্ শব্দগী মথাদা লৈরিবা লোমন্ শব্দগী মথাদা অপ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—অন্তর্লোমানি যস্য—অন্তর্লোমঃ (মনুংদা তু য়াম্না হৌবা), বহির্লোমানি যস্য—বহির্লোমঃ।

---

(১) মুখ্য পূরণীগী মথাদা অপ্ তৌই, গৌণগী মথাদদি তৌদে। কল্যাণী পঞ্চমী রাত্রি যস্মিন্ পক্ষে স কল্যাণপঞ্চমীকঃ পক্ষঃ মফমসিদা পূরণ বাচক শব্দ গৌণনি; মরম অসিনা মহাক্কী মথাদা অপ্ তৌদ্রে।

সমাস তৌদবা মতাংদা অদুগুম্না অর্থদু খংনবা অদুগুম্বা অর্থদুমক সমাস তৌরবদসু খংবা অদুবু মুখ্য,অদুগা সমাস তৌদবা মতাংদা অদুগুম্বা অর্থদু খংবা, সমাস তৌরগদি মদুদগী তোঙানবা অর্থ অমা খংল্লবদি মদু গৌণ কৌই। কল্যাণপঞ্চমা রাত্রয়ঃ হায়বা মফমসিদা পূরণ-বাচক শব্দসি সমাস তৌদ্রগা অমসুং তৌরগসু রাত্রিবাচক ওই মরম অসিনা মুখ্যনি। অদুগা কল্যাণপঞ্চমীকঃ পক্ষঃ হায়বা মফমসিদা পূরণবাচক শব্দ অসি সমাস তৌদবা মতাংদা রাত্রিবাচক-নি। তৌইগুম্বসুং সমাস তৌরবা মতাংদদি মহাক্কী অর্থ খংবা শব্দ নত্তনা মঙোন্দগী তোঙানবা অর্থ পক্ষ বাচক ওইরে মরম অসিদগী মহাক অসি গৌণনি।

২৬। নঞ্‌দুঃসুভ্যো হলিসক্থ্যোরন্যতরস্যাম্— নঞ্, দুর্, সু হায়বা মখোয় অহুম অসিগী মখাদা লৈরিবা হলি, অমসুং সক্থি শব্দগী মখাদা বিকল্প ওইনা অচ্ তৌই। খুদম —অহলঃ, অহলিঃ; অসক্থঃ, অসক্থিঃ; দুঃসক্থঃ, দুঃসক্থিঃ; সুসক্থঃ, সুসক্থিঃ।

২৭। বহুব্রীহৌ সক্থ্যক্ষ্ণোঃ স্বাঙ্গাৎ ষচ্—স্বাঙ্গ (মশাগী শরুক) ওইবদা সক্থি অমসুং অক্ষি শব্দগী মখাদা ষচ্ প্রত্যয় তৌই; ষ্ চ্ ইৎ ওই অ লৈহোই। খুদম—দীর্ঘে সক্থিনী অস্য—দীর্ঘসক্থঃ পুরুষঃ (মকেন্সন শাংবা মী); বৃত্তে সক্থিনী অস্যাঃ—বৃত্তসক্থী নারী (মকে পুঙুম তাবা নুপী)। দীর্ঘে অক্ষিণী অস্মিন্—দীর্ঘাক্ষং বদনম্। বিশালে অক্ষিণী অস্যাঃ বিশালাক্ষী দেবী (মমিৎ লাওবী দেবী)। মশাগী অঙ্গ ওইদ্রবদি ওইরোই। খুদম—দীর্ঘসক্থি শকটম্, স্থূলাক্ষিঃ ইক্ষুদণ্ডঃ, স্থূলাক্ষা বেণুযষ্টিঃ [অক্ষ্ণোঽদর্শনাৎ]।

২৮। অঙ্গুলের্দারুণি—দারু (উ) ওইবদা অঙ্গুলি শব্দগী মখাদা ষচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—পঞ্চ অঙ্গুলয়ঃ যস্য তৎ—পঞ্চাঙ্গুলং দারু (খুদোল মঙা শাংবা উ)। দারু ওইদবা মতমদদি—পঞ্চাঙ্গুলির্হস্তঃ অসুম্না ওইগনি।

২৯। দ্বিত্রিভ্যাং ষ মূর্ধ্নঃ—দ্বি অমসুং ত্রি শব্দগী মখাদা লৈরিবা মূর্দ্ধন্ শব্দগী মখাদা ষ প্রত্যয় তৌই। খুদম—দ্বৌ মূর্দ্ধানাবস্য—দ্বিমূর্দ্ধঃ, ত্রয়ঃ মূর্দ্ধানোঽস্য—ত্রিমূর্দ্ধঃ। অসিদগী তোঙানবদদি ওইরোই। খুদম—পঞ্চ মূর্দ্ধানোঽস্য—পঞ্চমূর্দ্ধা।

৩০। অস্-নঞ্-দুঃ-সুভ্যঃ প্রজায়াঃ—নঞ্, দুর্ সু হায়বা মখোয় অহুম অসিগী মখাদা লৈরিবা প্রজা শব্দগী মখাদা অস্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—অপ্রজাঃ, দুষ্প্রজাঃ, সুপ্রজাঃ।

৩১। নিত্যমসিচ্ প্রজামেধয়োঃ—(মন্দাল্পাৎ চ তু মেধায়াঃ)—নঞ্, দুর্, সু, মন্দ, অল্প হায়বা মখোয় অসিগী মখাদা লৈরিবা মেধা শব্দগী মখাদা অস্ তৌই। খুদম—অমেধাঃ, দুর্মেধাঃ (বাখল লৈতবা), সুমেধাঃ, মন্দমেধাঃ, অল্পমেধাঃ (বুদ্ধি লৈবা, অমসুং বুদ্ধি লৈতবা)।

৩২। ধর্মাদনিচ্ কেবলাৎ—ধর্ম শব্দগী মখাদা অন্ তৌই। খুদম—সুধর্মা, শুভধর্মা, অর্জিতধর্মা। ধর্ম শব্দ অসি অতোপ্পা শব্দ অমগা লোয়নরবদি ওইরোই। খুদম —পরমস্বধর্মঃ।

৩৩। ধনুষশ্চ। বা সংজ্ঞায়াম্—বহুব্রীহি সমাসতা ধনুস্ শব্দগী মখাদা অনঙ্ তৌই। সংজ্ঞা ওইনরবদদি বিকল্প ওইনা তৌগনি। খুদম—গৃহীতং ধনুর্যেন—গৃহীতধন্বা, তৌইগুম্বসুং পিনাকঃ ধনুর্যস্য—পিনাকধন্বা, নত্রগা পিনাকধনুঃ শিবঃ। পুষ্পং ধনুর্যস্য—পুষ্পধন্বা নত্রগা পুষ্পধনুঃ কামদেবঃ; অসিগুম্না শার্ঙ্গধন্বাঃ, শার্ঙ্গধনুঃ (বিষ্ণুঃ); গাণ্ডীবধন্বা, গাণ্ডীবধনুঃ (অর্জ্জুনঃ)।

৩৪। দক্ষিণের্মা লুব্ধযোগে—ব্যাধ (শাদানবা) গী মরী লৈনবা ওইবদা দক্ষিণ শব্দগী মখাদা লৈরিবা ঈর্ম শব্দগী মখাদা অন্ তৌই। খুদম—দক্ষিণে ঈর্মং ব্রণং যস্য —দক্ষিণের্মা মৃগঃ, ব্যাধেন দক্ষিণে পার্শ্বে কৃতব্রণ ইত্যর্থঃ।

৩৫। প্রসম্ভ্যাং জানুনোর্জ্ঞুঃ—প্র, সম্ হায়বা অব্যয় অনি অসিগী মখাদা লৈরিবা জানু শব্দগী মখমদা জ্ঞু ওই। খুদম—প্রজ্ঞুঃ, সংজ্ঞুঃ।

৩৬। ঊর্দ্ধাদ্বিভাষা—ঊর্দ্ধ শব্দগী মখাদা লৈবগীদি বিকল্প ওইনা জ্ঞু ওই। খুদম —ঊর্দ্ধজ্ঞুঃ, ঊর্দ্ধজানুঃ।

৩৭। **অক্ষ্ নাসিকায়াঃ সংজ্ঞায়াম্ নসং চাস্থুলাৎ**—সংজ্ঞা খংহনবদা নাসিকা শব্দগী মফমদা নস্ ওই। খুদম—দ্রুরিব নাসিকাস্য—দ্রুণসঃ, বাধ্রীব নাসিকাস্য—বাধ্রী-ণসঃ, গৌরিব নাসিকাস্য—গোনসঃ। স্থূল শব্দগী মথাদদি ওইরোই। খুদম—স্থূলা নাসিকাস্য—স্থূলনাসিকঃ। সংজ্ঞা খংহনবা নত্রবদি ওইরোই। খুদম—তুঙ্গা নাসিকাস্য—তুঙ্গনাসিকঃ পুরুষঃ।

৩৮। **উপসর্গাচ্চ**—উপসর্গগী মথাদা লৈরিবা নাসিকা শব্দগী মফমদা নস্ ওই। খুদম—প্রণসঃ, উন্নসঃ (নাতোন বাংবা), অপনসঃ।

৩৯। **খুরখরাভ্যাং বা নস্**—খুর অমসুং খর শব্দগী মথাদা লৈরিবা নাসিকা শব্দগী মফমদা নস অমসুং নস্ আদেশ ওই। খুদম—খুরনসঃ, খুরণাঃ; খরণসঃ, খরণাঃ।

৪০। **বেগ্রো বক্তব্যঃ**—বি হায়বা উপসর্গগী মথাদা লৈরিবা নাসিকা শব্দগী মফমদা গ্র আদেশ ওই। খুদম—বিগতা নাসিকা যস্য স—বিগ্রঃ (বিখ্র, বিখ্য, বিগ্রু অহুম অসি নিপাতনদা থোকই)।

৪১। **জায়ায়া নিঙ্**—জায়া শব্দগী মফমদা জানি ওই। খুদম—যুবতির্জায়াস্য —যুবজানিঃ (নহা ওইবী নুপী লৌবা নুপা), প্রিয়া জায়াস্য—প্রিয়জানিঃ (নুংশিবা নুপী লৌবা নুপা), সুন্দরী জায়াস্য সুন্দরজানিঃ (ফজবা নুপী লৌবা মী)।

৪২। **গন্ধস্যেদুৎপূতিসুসুরভিভ্যঃ**—উৎ, পূতি, সু, সুরভি মখোয় অসিগী মথাদা লৈরিবা গন্ধ শব্দগী মথাদা ই ওই। খুদম—উদ্গন্ধিঃ, পূতিগন্ধিঃ, সুগন্ধিঃ, সুরভিগন্ধিঃ। দ্রব্যান্তর (অতোপ্পা পোৎ অমগী) মনমগা মরী লৈনবদদি ওইরোই। খুদম—সুগন্ধঃ পবনঃ।

৪৩। **অল্পাখ্যায়াম্**—অল্প (খজিক্তং) লোয়নবা খংহনবদা গন্ধ শব্দগী মথাদা ই ওই। খুদম—ঘৃতগন্ধি, দধিগন্ধি, সূপগন্ধি ভোজনম্।

৪৪। **উপমানাচ্চ**—উপমান (চাংদম্নবা) খংবা পদগী মথাদা লৈরিবা গন্ধ শব্দগী মথাদা ই তৌই। খুদম—পদ্মস্যেব গন্ধোঽস্য পদ্মগন্ধিঃ (থম্বালগী মনম নম্বা), করিষ-গন্ধিঃ (১)।

৪৫। **পাদস্য লোপোঽহস্ত্যাদিভ্যঃ**—উপমানবাচক (চাংদম্নবা খংনবা) পদগী মথাদা লৈরিবা পাদ শব্দগী মফমদা পাদ্ ওই। খুদম—ব্যাঘ্রস্যেব পাদাবস্য ব্যাঘ্রপাৎ (কৈগী মখোংগুম্বা মখোংনা মহাক্কী ওইবা) হস্তিন্ (২) নচিংবগী মথাদা লৈবগীদি ওইরোই। খুদম—হস্তী ইব পাদাবস্য—হস্তিপাদঃ।

৪৬। **সংখ্যাসুপূর্বস্য**—সংখ্যাবাচক অমসুং সু-উপসর্গনা মথকতা লৈরবদা পাদ শব্দগী মফমদা পাদ্ আদেশ ওই। খুদম—দ্বিপাৎ, ত্রিপাৎ, চতুষ্পাৎ, সুপাৎ।

৪৭। **কুম্ভপদীষু চ**—স্ত্রীলিঙ্গদা কুম্ভ (৩) নচিংবগী মথাদা লৈরিবা পাদ শব্দগী মফমদা পদ্ ওই। খুদম—কুম্ভপদী, একপদী, দ্বিপদী, ত্রিপদী, বিষ্ণুপদী (গঙ্গা), আর্দ্রপদী।

---

(১) বোপদেবগী মতদা বিকল্প ওই।

(২) হস্তিন্, কুদ্দাল, অশ্ব, অজ, কপোত, জাল, গণ্ড, গণ্ডোল, কুসুম অসিনচিংবা।

(৩) কুম্ভ, এক, দ্বি, ত্রি, শত, শূল, জাল, মুনি, গুণ, সূত্র, গোধা, তৃণ, বিষ্ণু, আর্দ্র, কৃষ্ণ, শুচি, স্থূণা অসিনচিংবা।

৪৮। **বয়সি দন্তস্য দতৃ**—বয়স (ঙশাগী চহী) থংবদা সু নত্রগা সংখ্যাবাচক পদগী মথাদা দন্ত শব্দগী মফমদা দৎ ওই। খুদম—দ্বিদন্, চতুর্দন্ কুমারঃ। স্ত্রীলিঙ্গদা—দ্বিদতী, চতুর্দতী, সুদন্—সুদতী। ঙশাগী চহী থংদ্রবদি—দ্বিদন্তঃ করী, সুদন্তঃ নটঃ।

৪৯। **স্ত্রিয়াং সংজ্ঞায়াম্**—সংজ্ঞা (নাম) থংবদা স্ত্রীলিঙ্গদা দন্ত শব্দগী মফমদা দৎ ওই। খুদম—অয়োদতী, ফালদতী, সুদতী। তোঙানবদদি—সমদন্তী স্নিগ্ধদন্তী।

৫০। **বিভাষা শ্যাবারোকাভ্যাম্**—শ্যাব অমসুং অরোক শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা দৎ ওই। খুদম—শ্যাবদন্ নত্রগা শ্যাবদন্তঃ, অরোকদন্ নত্রগা অরোকদন্তঃ।

৫১। **অগ্রান্ত-শুদ্ধ-শুভ্র-বৃষবরাহেভ্যশ্চ**—মথোয় অসিগী মথাদা লৈরিবা দন্ত শব্দগী মফমদা বিকল্প ওইনা দৎ আদেশ ওই। খুদম—শুদ্ধদন্, শুদ্ধদন্তঃ; শুভ্রা দন্তা যস্য—সঃ শুভ্রদন্ নত্রগা শুভ্রদন্তঃ; বৃষদন্, বৃষদন্তঃ; বরাহদন্, বরাহদন্তঃ; মুষিকদন্, মুষিকদন্তঃ ; শিখরদন্, শিখরদন্তঃ।

৫২। **সুহৃদ্দুর্হৃদৌ মিত্রামিত্রয়োঃ**—মিত্র, অমিত্র হায়বা অর্থ অনি অসিদা মথং-মনাও নাইনা সুহৃদ্ দুর্হৃদ্ হায়বা শব্দ অনি অসি নিপাতনদা থোকই। খুদম—শোভনং হৃদয়ং অস্য—সুহৃৎ মিত্রম্, দুষ্টং হৃদয়মস্য—দুর্হৃৎ অমিত্রঃ।

৫৩। **উরঃপ্রভৃতিভ্যঃ কপ্**—উরস্ (১) নচিংবা শব্দগী মথাদা কপ্ তৌই, প্ ইৎ ওই, ক লৈহৌই। খুদম—ব্যূঢ়মুরোঽস্য—ব্যূঢ়োরস্কঃ (ব্যূঢ় গুম্বা থবাক), উপানহ্যাং সহ—সোপানৎকঃ (খোংউপকা লোয়নবা) ভাষিতঃ পুমাননেন—ভাষিতপুংস্কঃ, ন বিদ্যতে

৫৪। **ইনঃ স্ত্রিয়াম্**—স্ত্রীলিঙ্গদা ইন্ ভাগান্ত শব্দগী মথাদা কপ্ প্রত্যয় তোই। খুদম—বহবোঽস্যাং বাগ্মিনঃ—বহুবাগ্মিকা সভা।

৫৫। **শেষাদ্বিভাষা**—মথক্তা হায়খ্রিবা অসিদগী তোঙানবগী মথাদদি বিকল্প ওইনা কপ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—ধৃতধনুষ্কঃ, ধৃতধনুঃ; লব্ধযশস্কঃ,লব্ধযশাঃ; মুণ্ডিতশিরস্কঃ, মুণ্ডিতশিরাঃ; অর্জ্জিতধনকঃ, অর্জ্জিতধনঃ; ধৃতমালকঃ, ধৃতমালঃ।

৫৬। **কপ্নিষেধঃ ঈয়সশ্চ**—ঈয়সুন্ প্রত্যয়না মমৈথংবা শব্দগী মথাদা কপ্ তৌরোই। খুদম—বহুপ্রেয়ান্ বহুপ্রেয়সী, বহুশ্রেয়ান্, বহুশ্রেয়সী।

৫৭। **বন্দিতে ভ্রাতুঃ**—প্রশংসা (থাগৎপা) থংবদা ভ্রাতৃ শব্দগী মথাদা কপ্ তৌররোই। খুদম—সুভ্রাতা, পণ্ডিতভ্রাতা, সাধুভ্রাতা। অতোপ্পদদি—মূর্খভ্রাতৃকঃ, বহুভ্রাতৃকঃ।

৫৮। **নাড়ীতন্ত্র্যোঃ স্বাঙ্গে**—স্বাঙ্গ (মশাগী অঙ্গ) থংবদা নাড়ী অমসুং তন্ত্রী শব্দগী মথাদা কপ্ তৌরোই। খুদম—বহুনাড়িঃ কায়ঃ, বহুতন্ত্রীগ্রীবা। স্বাঙ্গ থংনদ্রবদি-বহু-নাড়ীকঃ স্তম্ভঃ, বহুতন্ত্রীকা বীণা।

৫৯। **সুপ্রাত-সুশ্ব-সুদিব-শারিকুক্ষ-চতুরশ্রৈণীপদাজপদ-প্রোষ্ঠপদাঃ**—বহুব্রীহি সমাসতা সুপ্রাত, সুশ্ব, সুদিব, শারিকুক্ষ, চতুরশ্র, এণীপদ, অজপদ, প্রোষ্ঠপদ হায়বা পদশিং অসি নিপাতনদা পাংথোকই।

শোভনং প্রাতরস্য—সুপ্রাতঃ, শোভনং শ্বঃ অস্য—সুশ্বঃ (হয়েং যজবনা মহাক্কী ওইবা)। শোভনং দিবা অস্য—সুদিবঃ (যজবা নুংথিননা মহাক্কী ওইবা)। শারিরিব

(১) উরস্, উপানহ, পুমস্, দধি, মধু, শালি, সর্পিস্ অনডুহ্ নৌ, নিরূনঞ্ পূর্ব্বকঅর্থশব্দ।

কুক্ষিরস্য—শারিকুক্ষঃ। চত্বারঃ অস্রাঃ অস্য—চতুরস্রঃ (কোণা মরি লৈবনা মহাক্কী ওইবা মকম)। এণ্যাঃ (মৃগ্যাঃ) ইব পাদৌ অস্য—এণীপদঃ (শজি অমোমগীগুম্বা মখোং অনিনা মহাক্কী ওইবা)। অজস্য (ছাগস্য) ইব পাদৌ অস্য—অজপদঃ, প্রোষ্ঠস্যাঃ ইব পাদাবস্য—প্রোষ্ঠপদঃ (কণ অমোমগীগুম্বা মখোং অনিনা মাগী ওইবা)।

## পূর্ব্ব নিপাত

১। **সপ্তমী বিশেষণে বহুব্রীহৌ**—বহুব্রীহি সমাসতা সপ্তম্যন্ত পদ অমসুং বিশেষণ পদগী পূর্বনিপাত ওই, হায়রবদি মখোয় অসি মথক্তা লৈ। সপ্তম্যন্ত পদনা মথক্তা লৈবা হায়বসিনা ব্যধিকরণ বহুব্রীহিদা হায়বসি থংগদবনি। খুদম—ধর্মে মতির্যস্য স—ধর্মমতিঃ, দীর্ঘৌ বাহূ যস্য সঃ—দীর্ঘবাহুঃ।

২। **বহুব্রীহৌ সর্বনামসংখ্যয়োরুপসংখ্যানম্**—বহুব্রীহি সমাসতা সর্বনাম শব্দ অমসুং সংখ্যাবাচক শব্দনা মথক্তা লৈগনি। খুদম—সর্বঃ শ্বেতঃ যস্য সঃ—সর্বশ্বেতঃ; ত্রয়ঃ শুক্লাঃ যস্য সঃ—ত্রিশুক্লঃ।

৩। **বা প্রিয়স্য**—প্রিয় শব্দ বিকল্প ওইনা মথক্তা লৈগনি। প্রিয়ঃ পুত্রঃ যস্য সঃ—প্রিয়পুত্রঃ নত্রগা পুত্রপ্রিয়ঃ; প্রিয়ং ভূষণং যস্যাঃ সা—প্রিয়ভূষণা নত্রগা ভূষণপ্রিয়া।

৪। **নিষ্ঠা**—নিষ্ঠা (ক্ত ক্তবতু) প্রত্যয়না মমেথংবা পদনা মথক থংগনি। খুদম

৫। **গড্বাদেঃ পরা সপ্তমী**—সপ্তম্যন্ত পদনা মথক্তা লৈগদবগী বা হায়ব্রে, তৌই-গুম্বসুং গড়ু-নচিংবগা লোয়ননা সমাস তৌরবদি হায়রিবা সপ্তম্যন্তপুগী পরনিপাত ওই, হায়বদি সপ্তম্যন্ত পদনা মথা থংগনি। খুদম—গড়ুঃ কণ্ঠে যস্য সঃ—গড়ুকণ্ঠ, মধুপর্কঃ পাণৌ যস্য সঃ—মধুপর্কপাণিঃ, কঙ্কণং হস্তে যস্য সঃ—কঙ্কণহস্তঃ।

৬। **প্রহরণার্থেভ্যঃ পরে নিষ্ঠা সপ্তম্যৌ**—নিষ্ঠা নত্রগা সপ্তম্যন্ত পদনা মথক্তা লৈগনি হায়বসি হায়ব্রে, তৌইগুম্বসুং প্রহরণ (অস্ত্র) বাচক পদগা লোয়ননা সমাস তৌরবদি মখোয় অদু মথাদা লৈগনি। খুদম—ধনুঃ পাণৌ যস্য সঃ—ধনুষ্পাণিঃ, লগুড়ঃ হস্তে যস্য সঃ লগুড়হস্তঃ, উদ্যতঃ অসি যেন—অস্যুদ্যতঃ, উদ্যতাসিঃ।

৭। **জাতিকালসুখাদিভ্যঃ পরা নিষ্ঠা বাচ্যা**—নিষ্ঠা প্রত্যয়না মথক্তা লৈগনি হায়বসি হায়ব্রে; অদুগুম্বা জাতি, কাল, সুখ, থংনবা শব্দগা লোয়ননা সমাস তৌরবদা নিষ্ঠানা মথাদা লৈগনি। খুদম—সারঙ্গঃ (ব্যাঘ্রেং) জগ্ধঃ (ভক্ষিতঃ) যয়া সা—সারঙ্গজগ্ধী জাতিঃ, মাসঃ জাতঃ অস্যাঃ—মাসজাতা, সুখং জাতমস্যা—সুখজাতা।

৮। **বাহিতাগ্ন্যাদিষু**—আহিতাগ্নি-নচিংবা মফমদা নিষ্ঠা প্রত্যয় তৌরগা থোকপা পদগী বিকল্প ওইনা পূর্বনিপাত ওই। খুদম—আহিতাগ্নিঃ অগ্ন্যাহিতঃ (নুমিৎ খুদিংগী মৈ মুত্তবা কাংবু। জাতসুখঃ সুখজাতঃ, জাতপুত্রঃ পুত্রজাতঃ, জাতদন্তঃ দন্তজাতঃ, জাতশ্মশ্রুঃ শ্মশ্রুজাতঃ, তৈলপীতঃ পীততৈলঃ, ঘৃতপীতঃ পীতঘৃতঃ, মদ্যপীতঃ পীতমদ্যঃ, সুরাপীতঃ পীতসুরঃ, ভার্যোঢ়ঃ ঊঢ়ভার্যঃ, অর্থগতঃ গতার্থঃ, প্রাপ্তকালঃ, কালপ্রাপ্তঃ, অস্যুদ্যতঃ উদ্যতাসিঃ।

# দ্বন্দ্ব সমাস

১। **চার্থে দ্বন্দ্বঃ**—'চ' (এবং-অমসুং) হায়বা অর্থদা অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা সুবন্ত পদদা দ্বন্দ্ব সমাস তৌহ্।

'চ'-গী অর্থ মরি থোকলা লৈ। (১) সমুচ্চয় (ময়াম থোমজিনবা) হায়বদি মহে-মহে অমগা অমগা অপেক্ষা (শাহিনবা) লৈতবা অদুগুম্বা পদ অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা অয়াম্বা পদগী থোমজিন্নগা মরি লৈনবা। (২) অন্বাচয় (মতাংচানা তিন্নবা)—মতিক চানবা বিষয়গী মতুংইন্না তিন্নরুবা। (৩) ইতরেতর যোগ (তোঙান-তোঙান্না তিন্নবা) তিন্নরিবা পদদুগী অর্থগা লোয়নবা। (৪) সমাহার (পুনশিনবা)—সমূহ। খুদম—

(১) সমুচ্চয়—ঈশ্বরং গুরুং চ ভজস্ব (ঈশ্বর অমসুং গুরুবু (শিংউ)।

(২) অন্বাচয়—ভিক্ষামট গাং চানয় (ভিক্ষা চংলু মণসু পুরকউ)।

(৩) ইতরেতর—রামশ্চ লক্ষ্মণশ্চ—রামলক্ষ্মণৌ (রাম অমসুং লক্ষ্মণ অনি)।

(৪) সমাহার—শিরশ্চ গ্রীবা চ —শিরোগ্রীবম্ (কোক অমসুং ভকশাম অনি)।

অহানবদা হায়খ্রিবা অনিগী মফমদা হায়বদি সমুচ্চয় অমসুং অন্বাচয়—'চ'গী অসিগুম্বা অর্থ অনি অসিদা সমর্থ নত্রগা বিশিষ্ট-গা লোয়নবা অর্থ লৈত্রবদা দ্বন্দ্ব সমাস ওইদ্রে। ''সমর্থঃ পদবিধিঃ''। অরোইবগী অনি অসিগী মফমদদি দ্বন্দ্ব সমাস ওই। অদু ওইরবদি ইতরেতর যোগ খংলবদা অমসুং পদ অনি নত্রগা ময়ামগী অর্থ ওইবা সমাহার খংবদা 'চ'গী অসিগুম্বা অর্থ অনিসিদতা দ্বন্দ্ব সমাস তৌহ্।

হৌজিক অহানবদা ইতরেতর দ্বন্দ্ব অদু য়েংউ—ঐখোয়না মথক্তা উংগে—

২। ''পরবল্লিঙ্গং দ্বন্দ্ব তৎপুরুষয়োঃ''—দ্বন্দ্ব অমসুং তৎপুরুষদা অরোইবা পদদা লৈবা লিঙ্গ অদু সমাস তৌরবা (সমস্তপদ) অদুদা লৈগনি।

৩। **রাজদন্তাদিষু পরম্**—রাজদন্ত-নচিংবা মফমদা উপসর্জন (প্রথমা বিভক্তিনা উংলিবা) পদগী পর-নিপাত (মথাখংনা লৈবা) ওই। খুদম—দন্তানাং রাজা—রাজ-দন্তম্ (য়ামাং), অতোপ্পা সমাসতদি মথোয়সি পূর্বনিপাত ওইবা মরম্না সূত্রসিদা পরনিপাত ওইবনি।

হংসানাং রাজা—রাজহংসঃ, বনস্য অগ্রে—অগ্রেবনম্, আর্য্যশ্চ শূদ্রশ্চ—শূদ্রার্য্যম্, উলূখলমুসলম্, স্নাতকরাজানৌ, অক্ষিভ্রুবম্, দারগবম্, ধর্মার্থৌ নত্রগা অর্থধর্মৌ,অর্থকামৌ, শব্দার্থৌ নত্রগা অর্থশব্দৌ, ভার্য্যাপতী জায়াপতী, দম্পতী, জম্পতী, সর্পির্মধুনী, মধুসর্পিষী, আদ্যন্তৌ, অন্তাদী, গুণবৃদ্ধী, বৃদ্ধিগুণৌ অসিনচিংবা।

৪। **দ্বন্দ্বে ঘি**—ঘি সংজ্ঞক (ইকারান্ত অমদি উকারান্ত শব্দ—সখিদি নত্তবা) শব্দনা মমাং থংনা লৈগনি। খুদম—হরিশ্চ হরশ্চ—হরিহরৌ। হরিশ্চ হরশ্চ গুরুশ্চ—হরিহরগুরবঃ। অসিগুম্না রবিশ্চ বুধশ্চ—রবিবুধৌ; মৃদুদৃঢৌ; পটুশুক্লৌ; বিষ্ণুহরৌ অসিনচিংবা।

৫। **অজাদ্যদন্তম্**—ঐদুগুম্বা অয়াম্বা পদ পুম্নমকী মকোক্তা স্বর ময়েক লৈবা অদুগা মমৈদনা অকার লৈবা মখোয়দুনা মথক থংনা লৈগনি। খুদম—ঈশশ্চ কৃষ্ণশ্চ—ঈশকৃষ্ণৌ, ইন্দ্রশ্চ বহ্নিশ্চ—ইন্দ্রবহ্নী। বহুষনিয়মঃ—পদ ময়াম ওইরবদি নিয়ম লৈতে। অশ্বরথেন্দ্রাঃ নত্রগা ইন্দ্রাশ্বরথাঃ নত্রগা অশ্বেন্দ্ররথাঃ।

৬। **অল্পাচ্তরম্**—অপেক্ষা লৈবা স্বর য়ামা য়াওনবা পদনা মথক্তা লৈগনি। খুদম—শিবশ্চ কেশবশ্চ শিবকেশবৌঃ অসিগুম্না সোমহিবৌ, অলভমালৌ, গজ-তুরগৌ, হংসসারসৌ, তিত্তকমায়ৌ, অভ্রমধুরৌ, কাক-কোকিলৌ।

৭। **ঋতুনক্ষত্রাণাং সমাক্ষরাণামানুপূর্ব্বেণ**—ময়েক মাপ্নবা ঋতু অমদি নক্ষত্র থংনবা পদনা মথং-মনাও নাইনা মথক্তা লৈগনি। খুদম, ঋতু বাচক—হেমন্তশিশির-বসন্তাঃ, শিশিরবসন্তৌ, বসন্তনিদাঘৌ। নক্ষত্র বাচক—অশ্বিনীভরণ্যৌ, কৃত্তিকা-রোহিণ্যৌ। ময়েক মাপ্নবগীদি নিয়মসি ওই, নত্তবগীদি বিকল্প ওই। খুদম—গ্রীষ্ম-বসন্তৌ।

৮। **লঘ্বক্ষরং পূর্ব্বম্**—ময়েক য়ামদবা পদনা মথক্তা লৈগনি। খুদম—কুশকাশম্ (মসিদি সমাহার দ্বন্দ্বনি)।

৯। **অভ্যর্হিতঞ্চ**—খোইদোক হেন্দোক্লা পূজা তৌনিঙাই ওইবা মীনা মথক থংগনি। খুদম—তাপসশ্চ পর্ব্বতশ্চ—তাপসপর্ব্বতৌ, দেবযক্ষৌ, বাসুদেবার্জ্জুনৌ, তাপসযাচকৌ।

১০। **বর্ণানামানুপূর্ব্বেণ**— ব্রাহ্মণ-নচিংবা বর্ণ থংনবা পদনা মথং-মনাও নাইনা মথক্তা লৈগনি। খুদম—ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়বৈশ্যশূদ্রাঃ, ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়াঃ, বিট্শূদ্রাঃ, ক্ষত্রিয়বৈশ্যাঃ।

১১। **ভ্রাতুর্জ্জ্যায়সঃ**—ময়াম্বা অহল থংনবা পদনা মথক্তা লৈগনি। খুদম—যুধিষ্ঠিরার্জ্জুনৌ, বলদেবকৃষ্ণৌ, রামলক্ষ্মণৌ, ধৃতরাষ্ট্রপাণ্ডূ।

মখোয়সি ইতরেতর দ্বন্দ্ব সমাসনি। যৌজিক সমাহার দ্বন্দ্ব করম করম্বা অর্থদা অমদি করম কয়া মফমদা ওই হায়বদু য়েংউ।

## সমাহার দ্বন্দ্ব

১। **দ্বন্দ্বশ্চ প্রাণিতূর্য্যসেনাঙ্গানাম্**—দ্বন্দ্ব সমাসতা থবাই পানবগী অঙ্গ থংবদা তূর্য্যাঙ্গ বাচক হায়বদি নর্ত্তক, গায়ক, বাদক (জগোই শাবা, ঈশৈ গা, যন্ত্র খোংবা থংনবা) (১) অমদি সেনা থংনবা পদগী সমাহার দ্বন্দ্ব তৌই। সমাহার দ্বন্দ্ব অমসুং সমাহার দ্বিগু অনি অসি ক্লীবলিঙ্গ অমসুং একবচনান্ত ওই। খুদম—পাণী চ পাদৌ চ (সমাহারঃ) পাণিপাদম্, শিরশ্চ গ্রীবা চ (সমাহারঃ) শিরোগ্রীবম্। অসিগুম্না মুখনয়নম্, করচরণম্। তূর্য্যাঙ্গবাচক—মার্দ্দঙ্গিকাশ্চ পাণবিকাশ্চ (সমাহারঃ) মার্দ্দঙ্গিকপাণবিকম্—(মৃদঙ্গ অমসুং পণব খোংবা মী অনি) অসিগুম্না—বীণাবাদকবেণুবাদকম্। সেনাঙ্গ-বাচক—রথিকাশ্চ অশ্বারোহাশ্চ—রথিকাশ্বারোহম্; রথিকাশ্চ পাদাতাশ্চ—রথিকপাদাতম্।

২। **জাতিরপ্রাণিনাম্**—প্রাণী নত্তবা জাতিবাচক পদগী সমাহার তৌই। খুদম—ধানাশষ্কুলি (খৌ অমসুং বালি) জাতি অসি মফম অসিদা দ্রব্যবাচকনি। গুণ নত্রগা ক্রিয়াবাচক নত্তে। মরম অসিনা রূপরসৌ (গুণবাচক) গমনাকুঞ্চনে (ক্রিয়াবাচক) অদুনা সমাহার তৌদ্রে। প্রাণীবাচককীদি সমাহার তৌরোই। খুদম—বিট্শূদ্রাঃ (ইতরেতর দ্বন্দ্ব)।

৩। **বিশিষ্টলিঙ্গো নদীদেশোঽগ্রামাঃ**—তোঙান-তোঙানবা লিঙ্গ চংগা নদীবাচক অমসুং দেশবাচক পদগী সমাহার দ্বন্দ্ব তৌই; গ্রামবাচককীদি তৌদে। খুদম, নদীবাচক—

---

তূর্য্যাঙ্গত্বম্ চ তদ্বাদকতয়া বোধ্যম্ ইতি বালমনোরমা।

—গঙ্গা চ শোণশ্চ—গঙ্গাশোণম্, ব্রহ্মপুত্রশ্চ চন্দ্রভাগা চ—ব্রহ্মপুত্রচন্দ্রভাগম্; নর্মদা-ব্রহ্মপুত্রম্। দেশবাচক—কুরবশ্চ কুরুক্ষেত্রঞ্চ কুরু-কুরুক্ষেত্রম্ ; অসিগুম্মা কাশীমগধম্; কুরুজাঙ্গলম্। গ্রামবাচককীদি ওইরোই। খুদম—জাম্ববং চশালূকিনী (গ্রামৌ) চজাম্বব-শালূকিন্যৌ। লিঙ্গ মান্নবগীদি ওইরোই ; খুদম—গঙ্গাযমুনে অসিদি অনিমক লিঙ্গ অমত্তনি স্ত্রীলিঙ্গনি। গ্রামবাচককী ককথংলবনিনা নগরবাচককীদি সমাহার ওইবা তারে। খুদম—মথুরাপাটলিপুত্রম্, (মথুরা অমসুং পাটলিপুত্র কৌবা সহর অনি)।

৪। **ক্ষুদ্রজন্তবঃ**—অপিকপা জীব খংনবা পদগী সমাহার দ্বন্দ্ব তৌই। খুদম—দংশাশ্চ মশকাশ্চ—দংশমশকম্, যুকাশ্চ লিক্ষাশ্চ যূকালিক্ষম্।

৫। **যেষাং চ বিরোধঃ শাশ্বতিকঃ**—মতম পুম্নমক্তা য়েক্নবা ওইবা জাতি খংনবা পদগী সমাহার দ্বন্দ্ব সমাস তৌই। খুদম—অহয়শ্চ নকুলাশ্চ (সমাহারঃ) অহিনকুলম্, গোব্যাঘ্রম্, মার্জ্জারমূষিকম্, কাকোলূকম্।

৬। **শূদ্রাণামনিরবসিতানাম্**—অদুগুম্মা শূদ্রশিং অদুগী চানবা পাত্রদু ফেংদোক্নবা ফাওবদা শেংবা লৈতবা মখোয়দুবু নিরবসিত শূদ্র কৌই। মদু নত্তবা শূদ্র খংনবা শব্দশিং অদুগী সমাহার দ্বন্দ্ব তৌই। চাংদম্নবা—নবশাক হায়বসি ক্লাস লৈবা নত্রগা অরাংবা ক্লাসকী শূদ্রনি। খুদম—গোপাশ্চ নাপিতাশ্চ—গোপনাপিতম্। অসিগুম্মা—কর্ম্মকারকুম্ভকারম্ ; তাম্বূলিকাশ্চ (বল য়োনবা) তন্তুবায়াশ্চ—তাম্বূলিকতন্তুবায়ম্, তক্ষাশ্চ অয়স্কারাশ্চ—তক্ষায়স্কারম্ (উশুবা-য়োংশুবশিং)। নিরবসিত শূদ্রগীদি সমাহার দ্বন্দ্ব সমাস তৌরোই। খুদম—চণ্ডালাশ্চ মৃতপাশ্চ—চণ্ডালমৃতপাঃ (চণ্ডাল অমসুং মৃতপশিং)।

৭। **গবাশ্বপ্রভৃতীনি চ**—গবাশ্ব-নচিংবা পদশিংগী সমাহার দ্বন্দ্ব তৌই। খুদম—গাবশ্চ অশ্বাশ্চ—গবাশ্বম্। গবাবিকম্ (যণ অমসুং য়াওশিং), (অবিক—য়াও), গবৈড়কম্ (যণ অমসুং শজিশিং), অজাবিকম্ (হামেং অমসুং য়াও), অজৈড়কম্ (হামেং অমসুং শজিশিং), কুব্জবামনম্ (নয়োনবা অমসুং খিকনেম্বশিং), কুব্জকৈরাতম্ (নয়োনবা অমসুং শাদানবশিং), পুত্রপৌত্রম্ (মচা মশুশিং), শ্বচাণ্ডালম্ (হুই অমসুং চণ্ডালশিং), স্ত্রীকুমারম্ (নুপী অমসুং নুপামচা), দাসীমানবকম্ (মীনাই অমসুং নুপামচা), শাটী-পিচ্ছকম্ (শারী অমসুং পর্দ্দা), উষ্ট্রখরম্ (উট্ অমসুং খচর), উষ্ট্রশশম্ (উট্ অমসুং খেব), দর্ভপূতীকম্ (কুশ অমসুং পূতী কৌবা উরী মখল অমা), মূত্রশকৃৎ (য়ুং অমসুং খী), মূত্রপুরীষম্ (য়ুং অমসুং খী), যকৃন্মেদঃ (যীরাক, অমসুং মহাও), মাংসশোণিতম্ (শদোং অমসুং ঈ), দর্ভশরম্ (কুশ অমসুং তৌ পাম্বী), অর্জ্জুন-শিরীষম্ (মায়োকফা অমসুং শিরীষকুসুম্), তৃণোপলম্ (নাপী অমসুং নুং) দাসীদাসম্ (মীনাই নুপী অমসুং মীনাই নুপা), কুটীকুটম্ (য়ুম মচা অমসুং খাংপোকশং), অসিগুম্মা ভাগবতী ভাগবতম্। গবাশ্ব-নচিংবগী বহুবচনদা নিত্য ওইনা সমাহার তৌই। খুদম—গাবশ্চ অশ্বাশ্চ—গবাশ্বম্, একবচন ওইরবদি বিকল্প ওইনা সমাহার তৌগনি। খুদম—গৌশ্চ অশ্বশ্চ—গোঽশ্বম্ নত্রগা গোঽশ্বৌ।

৮। **বিভাষা বৃক্ষমৃগতৃণধান্যব্যঞ্জনপশুশকুন্যশ্ববড়বপূর্বাপরাধরোত্তরাণাম্**—বৃক্ষ, মৃগ, তৃণ, ধান্য, ব্যঞ্জন, পশু, শকুনি হায়বা মখোয় তরেং অসি অমসুং অশ্ব+বড়ব, পূর্ব্ব+অপর, অমসুং অধর + উত্তর শব্দগী বিকল্প ওইনা সমাহার তৌই। অসুম্না বৃক্ষ নচিংবা বিশেষ কয়ামুক্কী খংগদবনি। অমসুং মখম খুদিংমক্তসু বহুবচনান্ত পদগী সমাহার দ্বন্দ্ব তৌই হায়বসি খংগদবনি।

পদ অমথক্তা লৈহৌরবদা একশেষ অসি অশেংনা দ্বন্দ্বগী তোঙাজি; মরমদি দ্বন্দ্ব সমাসতা পদ পুম্মক মাংদনা লৈ, খুদম—রামলক্ষ্মণৌ। অদুনদি একশেষ অসি সমাস নত্তে। সমাস ওইরবদি পদ খুদিংমক কাইদনা লৈগনি। অমুক্তসু একশেষদা সমাসান্ত বিধি লৈতে। খুদম—সমাসতা পথিন্ শব্দগী মথাদা ড (অ) প্রত্যয় তৌরগা পথ ওই। পথঃ সমীপে উপপথম্, জলে পন্থাঃ—জলপথঃ, মহান্ পন্থাঃ—মহাপথঃ, চতুর্ণাং পথাং সমাহারঃ—চতুষ্পথম্, রম্যঃ পন্থাঃ অস্মিন্—রম্যপথং নগরম্, ক্ষেত্রশ্চ পন্থাশ্চ ক্ষেত্রপথৌ। সমাস খুদিং অসিদা 'অ' তৌরগা 'পথ' ওই। সমাস নত্তে হায়দুনা একশেষতা সমাসান্ত বিধি অসি তৌদে ; পন্থাশ্চ পন্থাশ্চ—পন্থানৌ অসি থোকই। অদুনা মসি পঞ্চবৃত্তিগী (১) মনুংদা অমনি।

২১। **বিরূপাণামপি সমানার্থানাম্**—অর্থ চপমান্নবা ওইরবদি মশাক চপ মান্নদ্রবসু পদ অনিগী একশেষ তৌই। খুদম—বক্রদণ্ডশ্চ কুটিলদণ্ডশ্চ—বক্রদণ্ডৌ নত্রগা কুটিলদণ্ডৌ।

২২। **পুমান্ স্ত্রিয়া**—মশাক মান্নবা স্ত্রীবাচক (নুপী খংনবা) পদগা লোয়ননা সমাস তৌরবদা পুরুষবাচক (নুপা খংনবা) পদ লৈহৌগনি। খুদম—হংসী চ হংসশ্চ—হংসৌ, কুক্কুটশ্চ কুক্কুটী চ—কুক্কুটৌ, শ্বা চ শুণী চ—শ্বানৌ, ব্রাহ্মণশ্চ ব্রাহ্মণী চ—ব্রাহ্মণৌ, মশাক মান্নবা নত্রবদি ওইরোই। হংসশ্চ সারসীচ—হংসসারস্যৌ (ইতরেতর দ্বন্দ্ব)।

২৩। **ভ্রাতৃপুত্রৌ স্বসৃদুহিতৃভ্যাম্**—স্বসৃ শব্দগা লোয়ননা ভ্রাতৃ শব্দগী অমসুং দুহিতৃ শব্দগা লোয়ননা পুত্র শব্দগী একশেষদা ভ্রাতৃ অমসুং পুত্র পদ লেমহৌগনি। খুদম—ভ্রাতা চ স্বসা চ—ভ্রাতরৌ, পুত্রশ্চ দুহিতা চ—পুত্রৌ।

২৪। **পিতা মাত্রা**—মাতৃ শব্দগা লোয়ননা সমাস তৌবদা পিতৃ শব্দ বিকল্প ওইনা লৈহৌগনি। খুদম—মাতা চ পিতা চ—পিতরৌ, মাতাপিতরৌ নত্রগা মাতরপিতরৌ।

২৫। **শ্বশুরঃ শ্বশ্র্বা**—শ্বশ্রূ শব্দগা লোয়ননা সমাস তৌবদা শ্বশুর শব্দ বিকল্প ওইনা লৈহৌগনি। খুদম—শ্বশ্রূশ্চ শ্বশুরশ্চ—শ্বশুরৌ, শ্বশ্রূশ্বশুরৌ।

২৬। **নপুংসকমনপুংসকেনৈকবচ্চাস্যান্যতরস্যাম্**—নপুংসক নত্তবা শব্দগা সমাস তৌবদা নপুংসক পদ লৈহৌগনি অমসুং বিকল্প ওইনা একবচন ওই। খুদম—শুক্লঃ পটঃ, শুক্লী শাটী, শুক্লং চ বস্ত্রম্—তদিদং শুক্লং, তানি ইমানি—শুক্লানি; নপুংসকগা লোয়ননা সমাস তৌবদদি একবচন ওইরোই। খুদম—শুক্লঞ্চ শুক্লঞ্চ শুক্লঞ্চ—শুক্লানি। মসিদগী খংই ; অদুগুম্বা পদ অদুনা তোঙান তোঙানবা লিঙ্গগী বিশেষণ ওইরবদা, অমসুং মখোয় অদুগী মনুংদা ক্লীবলিঙ্গ অমথক য়াওরবদা মখোয়গী বিশেষণ অদু ক্লীবলিঙ্গ ওইগনি। প্রমাণ—''আলস্যং মৈথুনং নিদ্রা সেব্যমানং বিবর্দ্ধতে'' (অতনবা হায়বসিনে, নুপীতিন্নবা, অমসুং তুম্বা হায়বসিনে মখোয়সি শিজিন্নরগা হেনগৎলকই)। মফম অসিদা তোঙান-তোঙানবা লিঙ্গগী বিশেষণ ওইবা সেব্যমানং হায়বা পদ অসি ক্লীবলিঙ্গ ওইরে।

---

(১) কৃত্তদ্ধিত-সমাসৈকশেষসনাদ্যন্তধাতুরূপাঃ পঞ্চবৃত্তয়ঃ। (কৃৎ, তদ্ধিত, সমাস, একশেষ, সনন্ত-নচিংবা ধাতুশিং মখোয় মঙাসি বৃত্তি কৌই।

# সমাসান্ত প্রত্যয়

১। **ঋক্পূরব্ধূঃপথামানক্ষে**—সমাসকী মমৈদা ঋচ্, পুর্ অপ্, ধুর্ অমসুং পথিন্ শব্দ লৈরবদি মখোয়দুগী মথাদা অ প্রত্যয় তোই। তোইগুরসুং অক্ষ-গা মরী লৈরবদি ধুর্ শব্দগী মথাদা অ প্রত্যয় তৌরোই। খুদম—

ন ঋচঃ যস্য সঃ অনৃচঃ—(ঋগ্বেদ হৈতবা কনাগুম্বা অমা), অর্দ্ধম্ ঋচঃ অর্দ্ধর্চঃ(ঋগ্বেদ তংখাই অমা) বিষ্ণোঃ পূঃ বিষ্ণুপুরম্, বিমলা আপঃ অস্মিন্ বিমলাপং সরঃ(অরুবা ঈশিংনা তিনবা পুখ্রি), জলে পন্থাঃ জলপথঃ(ঈশিং লম্বী), রম্যঃ পন্থাঃ অস্মিন্ রম্যপথঃ(নিংথিবা লম্বীনা তিনবা (নগরম্), মহান্ পন্থাঃ মহাপথঃ, রাজ্ঞঃ ধূঃ রাজধুরা (নিংথৌগী পোৎলুম), মহতী ধূঃ মহাধুরা (অচৌবা জুবান্ য়াওবা গাড়ী), ধৃতা ধূরনেন—ধৃতধুরঃ। অক্ষগা মরী লৈনবদদি ওইদে। খুদম—অক্ষস্য ধূঃ—অক্ষধূঃ (গাড়ীগী জুবান্), দৃঢ়া ধুরস্মিন্—দৃঢ়ধূরক্ষঃ (অচেৎপা জুবান্ পানবা গাড়ী); মফম অসিদা অ তৌদ্রে।

২। **ঊদনোর্দেশে**—দেশ খংহনবদা অনুগী মথাদা অপ্ শব্দ লৈরবদা অপ্কী অগী মফমদা উ ওই। খুদম—অনুকূলা আপঃ অস্মিন্—অনূপো দেশঃ (ঈশিং য়াম্না লৈবা মফম)।

৩। **দ্ব্যন্তরুপসর্গেভ্যোঽপ ঈৎ**—দ্বি, অন্তর্ অমসুং উপসর্গগী মথাথংনা লৈরিবা অপ্ শব্দগী অগী মফমদা ঈৎ ওই। খুদম—দ্বয়োর্দ্দিশোরাপোঽস্য—দ্বীপম্ (ঈশিং ময়াইদা লৈবা দেশ), অন্তরীপম্ (অন্তর্গতা আপঃ যস্মিন্ তৎ)—ঈশিং মনুংদা লৈবা দেশ, প্রতীপম্ (অলঙ্কার বিশেষ অমা)।

৪। **অচ্ প্রত্যন্ববপূর্বাৎ সামলোম্নঃ**—সমাসতা প্রতি, অনু,অব হায়বা উপসর্গ অহুম অসিগী মথাদা লৈবা সামন্ অমসুং লোমন্ শব্দগী মথাদা অচ্ তোই। খুদম—প্রতিগতং সাম—প্রতিসামম্ (সামদগী হেন্দোকখ্রবা), অনুগতং সাম—অনুসামম্ (পেনখ্রবা), প্রতিগতং লোম—প্রতিলোমম্ (অতোনবদগী হেনগৎপলোমদা চংথিবা মরী), অনুগতং লোম—অনুলোমম্ (হেনগৎপনা হুম্বলোমদা চংপা মরী)।

৫। **কৃষ্ণোদক্পাণ্ডুসংখ্যাপূর্বায়া ভূমেরজিষ্যতে**—সমাসতা কৃষ্ণ, উদক্, পাণ্ডু অমসুং সংখ্যাবাচক শব্দগী মথাদা ভূমি শব্দ লৈরবদি ভূমিগী মথাদা অচ্ প্রত্যয় তোই। মদুদি—কৃষ্ণা ভূমির্যস্য সঃ—কৃষ্ণভূমঃ, উদীচি ভূমির্যস্য সঃ—উদগ্ভূমঃ—(অৱাং থংবা মফম), পাণ্ডুঃ ভূমির্যস্মিন্ স—পাণ্ডুভূমঃ (অঙৌবা লৈবাক লৈবা মফম), দ্বে ভূমী যস্য সঃ— দ্বিভূমঃ প্রাসাদঃ (দোলান মথোন অনি ওইবা), অসিগুম্না ত্রিভূমঃ, চতুর্ভূমঃ প্রাসাদঃ।

৬। **সংখ্যায়া নদীগোদাবরীভ্যাং চ**—সমাসতা মশীং খংনবা শব্দগী মথাদা লৈরিবা নদী অমসুং গোদাবরী শব্দগী মথাদা অচ্ প্রত্যয় তোই। খুদম—পঞ্চানাং নদীনাং সমাহারঃ পঞ্চনদম্, সপ্তানাং গোদাবরীণাং সমাহারঃ সপ্তগোদাবরম্।

৭। **অক্ষ্ণোঽদর্শনাৎ**—অক্ষি শব্দগী অর্থ অসি চক্ষু (মীৎ) হায়দ্রবদি অক্ষি শব্দগী মথাদা অচ্ প্রত্যয় তোই। খুদম—গবাম্ অক্ষি ইব—গবাক্ষঃ (খোংনাও)।

মথাদা ইরিবা শব্দ কুলমঙা অসিগী মথাদা অচ্ প্রত্যয় তোই অমসুং মখোয় অসি নিপাতনদা খোবই। খুদম—অবিদ্যমানানি চত্বারি যস্য সঃ অচতুরঃ, বিগতানি চত্বারি

যস্য স বিচতুরঃ (মখোয়দুগী মনুংদা মরী চংগ্রবা), শোভনানি চত্বারি যস্য সঃ সুচতুরঃ মখোয়দুগী মনুংদা মরীদি যজবা), মথাগী ভরামাথোহ্ অমদি দ্বন্দ্ব সমাসনি। মদুদি— স্ত্রীচ পুমান্ চ—স্ত্রীপুংসৌ, ধেনুশ্চ অনড্বাংশ্চ—ধেনবনডুহৌ, ঋক্ চ সাম চ—ঋক্-সামে, বাক্ চ মনশ্চ—বাঙ্মনসে, অক্ষিনীচ ভ্রুবৌ চ—অক্ষিভ্রুবম্, দারাশ্চ গাবশ্চ—দারগবম্, ঊরূচ অষ্ঠীবন্তৌ চ—ঊর্বষ্ঠীবম্, (ফৈগান অমসুং খুক্উ) পাদৌচ অষ্ঠীবন্তৌ চ —পদষ্ঠীবম্ (খোং অমসুং খুক্উ), নক্তং চ দিবাচ—নক্তন্দিবম্ (অহিং নুংথিল চুপ্পা) রাত্রৌ চ দিবা চ—রাত্রিন্দিবম্ (অহিং নুংথিল চুপ্পা), অহনি চ দিবা চ—অহর্দিবম্ (ê ä³-ê ä³Kä , ¹Q äপি অপরিত্যজ্য সরসজম্ (অব্যয়ীভাব), নিশ্চিতং শ্রেয়ঃ—নিঃশ্রেয়সম্, পুরুষস্য আয়ুঃ—পুরুষায়ুষম্ (তৎপুরুষ), দ্বয়োঃ আয়ুষোঃ সমাহারঃ—দ্ব্যায়ুষম্, ত্রয়াণাম্ আয়ুষাং সমাহারঃ—ত্র্যায়ুষম্ (দ্বিগু), ঋক্চ যজুংষি চ —ঋগ্যজুষম্ (দ্বন্দ্ব), জাতঃ উক্ষা—জাতোক্ষঃ, মহান্ উক্ষা—মহোক্ষঃ, বৃদ্ধঃ উক্ষা—বৃদ্ধোক্ষঃ (অহল ওইরবা শল্লাবা), (কর্ম্মধারয়), শুনঃ সমীপম্—উপশুনম্, গোষ্ঠে শ্বা—গোষ্ঠশ্বঃ (শঙ্গোম্দা লৈবা হুই)।

৪ [১] **ব্রহ্মহস্তিভ্যাং বর্চ্চসঃ**—সমাসতা ব্রহ্মণ্ অমসুং হস্তিন্ শব্দগী মথাদা বর্চ্চস্ শব্দ লৈরবদি মদুগী মথাদা অচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—ব্রহ্মণঃ বর্চ্চঃ—ব্রহ্মবর্চ্চসম্ (ব্রহ্মগী শক্তি), হস্তিনঃ বর্চ্চঃ—হস্তিবর্চ্চসম্ (শামুগী পাঙ্গল)।

**পল্যরাজভ্যাং চেতি বক্তব্যম্**—অসিগুম্বা পল্য (মাংস চাবা), অমসুং রাজন্ শব্দগী মথাদা লৈরিবা বর্চ্চস্ শব্দগী মথাদসু অচ্ প্রত্যয় তৌই। খুদম—পল্যস্য বর্চ্চ পল্যবর্চ্চসম্ (শা চাবগী পাঙ্গল), রাজ্ঞঃ বর্চ্চঃ—রাজবর্চ্চসম্ (নিংথৌগী থৌনা)।

৯। **অবসমন্ধেভ্যস্তমসঃ**—সমাসতা অব, সম্ অমসুং অন্ধ শব্দগী মথাদা লৈরিবা তমস্ শব্দগী মথাদা অচ্ তৌই। খুদম—অবহীনঃ তমঃ—অন্ধতমসম্ (য়াম্না মমা)।

১০। **অন্ববতপ্তাদ্ রহসঃ**—অনু, অব, তপ্ত হায়বা মখোয় অসিগী মথাদা লৈরিবা রহস্ শব্দগী মথাদা অচ্ তৌই। খুদম—অনুরহসম্ (অচিকপা মফম), অবরহসম্ (খর চিকপা মফম), তপ্তরহসম্ (অশাবা অচিকপা মফম)।

১১। **প্রতেরুরসঃ সপ্তমীস্থাৎ**—সমাসতা সপ্তমী বিভক্তিগী অর্থদা প্রতিগী মথাদা লৈরিবা উরস্ শব্দগী মথাদা অচ্ তৌই। খুদম—উরসি বর্ত্ততে ইতি—প্রত্যুরসম্ (থবাক্তা লৈবা), মসি বিভক্তি অর্থদা ওইবা অব্যয়ীভাবনি।

১২। **শ্বসোবসীয়ঃ শ্রেয়সঃ**—শ্বস্ শব্দগী মথাদা বসীয় (অবসীয়) অমসুং শ্রেয়স্ শব্দ লৈরবদি মখোয়দুগী মথাদা অচ্ তৌই। খুদম—শ্বঃ বসীয়ঃশ্বোবসীয়সম্, শ্বঃ শ্রেয়ঃ শ্বঃশ্রেয়সম্ (হয়েং ওইরক্কদবা মঙ্গলগী থবক)। মসি ময়ূরবংসকনচিংবগী মনুং চনবনি।

১৩। **উপসর্গাদধ্বনঃ**—উপসর্গগী মথাথংনা লৈরিবা অধ্বন্ শব্দগী মথাদা অচ্ প্রত্যয় তৌই।

খুদম—প্রগতোঽধ্বানম্—প্রাধ্বো রথঃ (লম্বী হেন্দোকখ্রবা দোলাই); অসিগুম্বা নিরধ্বম্, প্রত্যধ্বম্; উপসর্গগী মথাথংদ্রবদি—উত্তমঃ অধ্বা উত্তমাধ্বা (অফবা লম্বী)।

## সমাসান্ত প্রত্যয় নিষেধ (সমাসান্ত প্রত্যয় তৌদবা)

১৪। **ন পূজনাৎ**—মথকথংবা পদদু প্রশংসাবাচী শব্দ ওইরবদি সমাসান্ত প্রত্যয় তৌরোই। মফম অসিদা প্রশংসাবাচীদু সু, অতি শব্দ অসিমক থংগদবনি। খুদম—

শোভনঃ রাজা সুরাজা, শোভনঃ রাজা অস্মিন্ সুরাজা দেশঃ, শোভনঃ পন্থাঃ সুপন্থাঃ, অতিরাজা (পূজ্য রাজা)। সু অমসুং অতি মত্রবদি ওইরোই। খুদম—পরমরাজঃ, মহারাজঃ।

১৫। **কিমঃ ক্ষেপে**—নিন্দা খংনবা কিম্ শব্দনা মথক থংনা লৈরবদা সমাসান্ত বিধি তৌরোই। খুদম—কিংরাজা যো ন রক্ষতি (মহাক অদুনা প্রজা অদু ঙাক-শেনবা নিংথৌদু নিংথৌ নত্তে)। কিংসখা যোঽভিদ্রুহ্যতি, কিংগৌ র্যোভারং ন বহতি। নিন্দা খংনত্রবদি—কস্য রাজা কিংরাজঃ, কিংসখঃ।

১৬। **নঞস্তৎপুরুষাৎ**—নঞ্ তৎপুরুষতা নঞ্না মথক্তা লৈরবদা সমাসান্ত বিধি তৌরোই। খুদম—ন রাজা অরাজা ; অসখা (তৎপুরুষ)। তৎপুরুষ নত্রবদি—নাস্তি ধূর্যস্মিন্ তৎ অধুরং শকটম্ (বহুব্রীহি সমাস)।

১৭। **পথো বিভাষা**—নঞ্ না মথক থংবা পথিন্ শব্দগী মথাদা বিকল্প ওইনা সমাসান্ত বিধি তৌগনি। খুদম—অপথঃ, অপন্থাঃ (যত্তবা লম্বী), তৎপুরুষ নত্রবদি নাস্তি পন্থাঃ যস্মিন্ সঃ অপথো দেশঃ।

---

## অলুক সমাস

[illegible] লোপ ওইদবা অদুগুম্বা সমাসতগী অলুক্ সমাস কৌই। খুদম—আত্মনেপদম্, পরস্মৈপদম্, ত্বচিসারঃ, যুধিষ্ঠিরঃ।

অদু ওইরবদি অলুক সমাস অসি মরু ওইনা সমাস মথল মরী অদুগী মনুং চাল্লি। মরমদি—আত্মনেপদম্ হায়বসি চতুর্থী তৎপুরুষনি তশেংনা আত্মন্ শব্দগী চতুর্থী বিভক্তিগী লোপ ওইদবতনি। ত্বচিসারঃ মসিদসু অসিগুম্বা সপ্তমী তৎপুরুষনি, তশেংনা ত্বচি হায়বসিদা সপ্তমী বিভক্তি অসি লোপ ওইদবতনি।

২। **পঞ্চম্যাঃ স্তোকাদিভ্যঃ**—মথাদা পদ অমা লৈরবদা স্তোকনচিংবগী পঞ্চমী বিভক্তি অদু লোপ ওইরোই। খুদম—স্তোকাৎ মুক্তঃ স্তোকান্মুক্তঃ, অল্পাৎ মুক্তঃ অল্পান্মুক্তঃ, অন্তিকাৎ আগতঃ অন্তিকাদাগতঃ, অভ্যাসাৎ আগতঃ অভ্যাসাদাগতঃ, দূরাৎ আগতঃ দূরাদাগতঃ, কৃচ্ছ্রাৎ মুক্তঃ কৃচ্ছ্রান্মুক্তঃ, (তশেংনা সন্ধিতমক তৌরে); মখোয়শিং অসি পঞ্চমী তৎ পুরুষগী মনুংচানবনি।

৩। **ওজঃ সহোঽম্ভস্তমসস্তৃতীয়ায়াঃ**—ওজস্, সহস্, অম্ভস্, তমস্ শব্দগী তৃতীয়া বিভক্তি লোপ ওইরোই, পদ অমনা মথাদা লৈরবদা। খুদম—ওজসাকৃতম্, সহসাকৃতম্, অম্ভসাকৃতম্, তমসাকৃতম্ (থৌনা কনা তৌখিবা অসিনচিংবা)।

**অঞ্জস উপসংখ্যানম্**—সূত্র অসিনা অঞ্জস্ সু লৌশিনগনবনি। খুদম—অঞ্জসাকৃতম্ (চুম্না তৌখিবা)।

**পুংসানুজো জনুষান্ধ ইতি চ**—পুংসানুজ অমসুং জনুষান্ধ সু লৌশিনগনবনি। খুদম—পুংসা অনুজঃ পুংসানুজঃ (যস্য অগ্রজঃ পুমান্—মাগী মথক্তা পোকখিদু নুপা ওইবা), জনুষা অন্ধঃ জনুষান্ধঃ, জন্মান্ধঃ (মহাকতু পোকপদগী হৌনা মমিৎ অংবা)।

